# অরিবা মণিপুরী লোনগৈ

খোমজিনবা —
নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ




মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল

**Ariba Manipuri Longei :** Old Manipuri to modern Manipuri Dictionary. Compiled by Ningthoukhongjam Khelchandra Singh, Manipur State Kala Akademy, Imphal 1978.

---



ডি,এম, কলেজ কম্পাউণ্ড

ইম্ফাল, মণিপুর।



মমল - লুপা ১৫·০০



---

ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফালদা নম্বা।

# অফোঙবগী ৱাহৌদোক

ভারতকী লোন অমসুং সাহিত্যশিংগী মনুংদা মণিপুরীগুম্বা অসুক মচা তানা অরি-অনৌ খায়বা সি লৈতে হায়না নাংঙে। মণিপুরগী তোপ-তোপ্পা সংস্কৃতিগী য়াওন্দগী হায়রিবা অসি ওইখ্রবনি। ওস্থোক্লা লিরবা অমসুং মমল য়াম্লবা অরিবা সাহিত্যবু নৌহৌনা থিজিনবা, খোমজিনবা অমসুং নৈনবগী চৎথরিবা আন্দোলন অসিদা খঙনীংলিবা নহারোল কয়ানা অরিবা মণিপুরী লোনগী অভিধান অমা দরকার ওইরকপসি কুইরবনি।

ইং কুমজা ১৯৬০ দা পণ্ডিত দিনচন্দ্র সিংহনা লামায় ১৪৩ পানবা 'খুমুংলোনগী অর্থ' হায়বা অমা ফোঙখি। অরাংপা খরগী মখৈদি মেন্নরবসু চংচাবা অভিধান অমা কৌবদি য়াদে। হান্নসু মণিপুরী অভিধান ফোঙখ্রবা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা য়াম্না ৱানা চেকশিন্না হোৎনবীদুনা পুথোকপা 'অরিবা মণিপুরী লোনগৈ' হায়বা অভিধান অমা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফোঙজবা ফংবসি জাতিগী ওইনা অৱাংপা অমা মেনশিল্লে হায়না লৌজে। হীরম অসোমদদি হন্দক্কী অসিনা অহানবনি হায়না লৌজে। অহানবা ওইবগী হৌনবা অৱাং-অপা অমসুং হেন্দোক হেঞ্জিন্নচিংবা খরা য়াওরম্বসু য়াই। মতু পূম্নমক লেখক মশামক্কী মথংগী সংস্করণদা অমসুং অতৈ মায়কৈ অসোমদা চঙবীনিংলিবশিংগী পুক্নীং লৌশিং ওইহৌবগী মায়কৈদা কাম্নগনি লৌজে।

ফোঙজরিবা লাইরিক অসিগী তোপতোপ্পা অমদি খুদম পীরকপা অয়াম্বদা অরিবা লাইরিক্কুগী ৱাহৈ ৱাতা লৌথোক্নুনা হাপ্পীবা অসিনি। মসিনা অথবু খঙহনবদা নত্তুনা থায়নগী লোন্দাদা

ৱাহৈ অসিগী মশীজিন্ন অহু তশেংনা উবিবা ঙমগনি। অসিগুম্বা মহোৎন অসিগী মতাংদস্থ লেখক মশামক্কী ৱাহৌদোক অমস্থ লাইৱিক অসিদা য়াওরি। অহ্নগা মরু ওইবা ৱাফম অমনা হৌজিমক ঐখোয়না বাংলা ময়েক্কী মশীং পুন্নমক লৌশিল্লবস্থ অরিবা মণিপুরী লোন্দা করম্বা ময়েক্কা কমদৌনা য়াওবা অমস্থং খরা অমনা ইয়াও য়াওরমদবগে হায়বহ্নগী তশেংবা মশক অমস্থ থেংনবীগনি। ৱাহৈগী মতাংদদি সংস্কৃতিগী য়াওনগা লোয়নবা ওইবনা অমস্থং শীজিন্নরিবা ময়েক অসিমক্তদস্থ অরিবা সাহিত্যগী লাইৱিক কয়া য়াওবনা সংস্কৃত ৱাহৈগা নকশিন্নবা পুন্নমক লৌথোকপা হায়বা অহ্নমদি লেখক্না তৌদ্রে হায়বস্থ উজে।

অসিগুম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী অৱাংপা অসি মেনশিনবীবগীদমক শ্রীখেলচন্দ্র সিংহবু থাগচরি। থোইদোক্নস্থ মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফোঙজগে হায়জরুবদা হরাওনা য়াবীরকপগীদমক অমস্থং লাইৱিক অসি নম্বদা প্রুফনচিংবা লৌবগী দায়ীত্ব পুন্নমক লৌবীবগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লাইৱিক অসিনা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যবু থিজিনবা অমস্থং খঙজিন্নবা হোৎনবগী মায়কৈদা খরদং ওইরবস্থ মতেং ওইরবদি ফোঙজরিবা অসিগী মহৈ য়াল্লে হায়না খঞ্জগনি।

ইম্ফাল
তাং ৬।৩।৭৮ ইং

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ
সেক্রেটরী—
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল।

# অরিবা মণিপুরগী লোনগৈ

মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বা অরিবা লাইরিক নৈনবদা ইরম্লবা লোন্দা পুদা অহু য়ামনা লিমনখিহুনা খঙবদা রানা থোকই। অসিগুম্বা লোন্দা পুদা অসি হৌজিক চংনরিবা ঙাঙনরিবা অমদি ইনরিবা লোন্দাগা খেন্নবা য়ামনা য়াংই। মৈতৈগী অরিবা সাহিত্য অমদি ইতিহাস নৈনবা তাম্নবদি অসিগুম্বা অরিবা রাতৈ অসি ওইদ্রবদনা পঙদবা য়াদে। করম তৌরগা অরিবা রাহৈশিং অসি খঙবদা থুদোং চাগদগে হায়না খঞ্জহুনা "অরিবা মণিপুরী লোনগৈ" কৌবা লাইরিক অসি ইজবনি। লাইরিক অসি ছাপা নমদ্রিঙৈদা লোংগাগ্রবা ঐগী ওঝা ৺মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, সনা কোন্নুং পণ্ডিত অচৌবা, মোইরাং নিংথৌ, সাহিত্য রত্ন অমসুং ৺থোঙাম মাধব সিংহ সনা কোন্নুং পণ্ডিত ওইবিরম্বা, গবেষণা ভূষণ অনীনা পাবিহুনা য়েংবিরগা অচুম অরান কয়া শেম্বিরম্মী অমসুং তাকপিরম্মী। মহুগীদমক লাই ওইগ্রবা ঐগী ওঝা ইবুংঙো অনীগী মফমদা হন্না হন্না খুরুমজরি। অহুগা ঐনা খঙদবা কয়া তাকপিরম্বা লৈখিদ্রবা ওঝা ৺নামৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা, গবেষনা ভূষণ, ৺খাম্নাইবম ওঝা দেবসিংহ, হৌজিক পণ্ডিত অচৌবা ওইরিবা, থুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ গবেষনা ভূষণ অমসুং লাইরিক অসি ওইনবা হোংনবদা ইতেং পাংবিখিবা ওঝাশিং অমদি মরূপ মপাং অতৈবুসু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

মণিপুরগী কাচিন কোয়া কয়াদা অমদি মণিপুরগা তাইনবা অমসুং নক্কবা লম ব্রহ্মদেশ, আসাম, ত্রিপুরা, বাঙ্গলা দেশনচিংবদা তাখিবা মৈতৈশিংদগী ফংবা মৈতৈ চেদা অমদি আগরপাম্নচিংবদা ইবা

অমসুঙ মৈতৈগী শাগৈ শাগৈগী য়ুমজওবা য়ুমদাবা মৈহৌবরোন ইবদা শীজিন্নবাময়েক্তি মৈতৈ ময়েকনি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা মতুনা থায়না পাল্লব্বা মৈতৈশিংনা নুংদা ইতুনা থম্মশিং অতুসু হায়রিবা ময়েক অসিদা ইবনা নমই। নিংথৌরোল কয়াগী হাক্তুগী হৌতুনা হৌজিক ক্ষাওবদা সনা কোন্নুংগী পণ্ডিত লোয়শঙনা চৈথারোল কুম্বাবনচিংবা ইবদা শীজিন্নরিবা মৈতৈ ময়েক অসি অঙ্গিগা থারগা ময়েক কুম্থাতরকনি। মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তুক্তা (খৃঃ১৮৫০-৮৬) মণিপুরদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেণ্ট ওইনা লৈরম্বা মিষ্টর জি,এইচ, ডামাণ্টনা মণিপুরী (মৈতৈ) ময়েক খৃঃ ১৮৭৭ ইংদা এসিয়াটিক সোসাইটি, বেঙ্গলগী জর্ণেলদা ফোঙখি। মতুগী ফোটো কোপী মখাদা উচ্চরি।

মণিপুরগী ময়েক কুম্থামঙা

Journal Asi Soci Bengal, Pt I for 1877. Pl. VII

**মৈতৈময়েক্না ইবা মথক্কী অসিগী বাঙ্গালা ময়েক্তা ইথোকপা :—**

হায়া হে হে লীকলাই ৬ ॥ ঈপুংথৌ নোংথৌরেন্ পুমাপা-৬ ॥ লাইরেন মৈতেংঙু ॥ থোংনাং মায়ামপাকি ॥ তুপী থায়াঙ্ মাথৌমন্ ॥ লাইরেন চুঙ্সেন্ মারান্ওন্ ॥ ঔরা তেংকোন তরা চাইনা ॥ সেনপী সোংস্থক লোইথোম নোংকিপু ॥ হায়া রাউনা সৈথিরকৃকে ॥ লাইরেন মাপা মৈতেংঙু তুপী চারাইরেংপা ॥ থোইয়ম ল ইমিংথোংপু সৈওনপা ॥ সেনপী তেথাউ লানথাপা ॥ হেবেন লোনলোই থাফাপানা ॥ ফম্মোই ফম ॥ ফনলাংমৈ তোংঙৈ ॥ ঔরা সেনচঙ্না পোইরৈ পাইচঙ্ননা ॥ মামোম্ তম্বা রাংওমলোন ॥ চকপা মাথাউ ওম্পীপু ॥ থামারন মাঙানন্তা-॥ কাওচানাঙৈকিপু ॥ হায়া রাউনা সৈথিরকৃকে ॥০॥ ˮঔরা তোঙতোই নিংথৌ পাউমেন্থিএ ॥ ইতাইরেন সেনপী মায়াংকোঙ লৌসিংপা ঔরা তুংলাচা লৌসিংপা অনীমা-ও ॥ নাপীঙাত্তী ॥ পোইরৈ তমতা তারুও ॥

মণিপুরগী সনা কোন্নুংগী পণ্ডিত ওঝা সরাং পণ্ডিতনা ইবিরম্বনি হায়না ডাক্তর জিঃ এঃ গ্রিয়ারসন্না সম্পাদন্ তৌবা কালকাতাদা ১৯০৪ দা ফোঙবালিঙ্গুইষ্টিক সর্ভে ওব ইণ্ডিয়া ভোলম থি পার্ট থিদাফোঙবা মৈতৈ ময়েক্কা (Meitei Alphabet) ফোটো মথাদা উচ্চরি।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ka | kha | ga | gha | nya |
| cha | chha | ja | jha | ña |
| ṭa | ṭha | ḍa | ḍka | ṇa |
| ta | tha | da | dka | na |
| pa | pha | ba | bha | ma |
| a | ya | ra | la | wa or u |
| sa | ṣa | sha | ha | ksha |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| *kâ* | *kî* | *ki* | *ke* | *ku* |
| *kû* | *koi* | *kai* | *kau* | *kao* |
| *kang* | *ko* | *kâng* | *kîng* | *king* |
| *keng* | *kung* | *kûng* | *kong* | *kang* |

| | | |
|---|---|---|
| *ilpâ* | *û-pa* | *u* |
| *ôlpâ* | *aurâipâ* | *ae* |
| *wôi-pa* | *yae-pâ* | *wâ* |

মণিপুরগী মহারাজশিংনা মৈতৈ ময়েক ইতুনা য়ুংলম্বা নুং খনগী ফোটো কোপী :—

(১) কৌঙ্গিক মণিপুর সেন্ট্রেল ডিস্ট্রিক্ট লৈবা **কোন্থৌজম লাইরেম্বাগী** লাইকোন্দা ( লাই ইংখোন্দা ) লৈরিবা ইং ১৬৩৭ তগী ১৭০০ ফাওবদা পঙ্গা লৈদিঙ্গু তবী চরাইরোংবগী মনা হাক্তকা য়ুংলম্বা নুংদা ইরম্বা মৈতৈ ময়েকশী থায়। লাইরিক ইরিবা নুং অসি মতোন্দা ফুট ১ ইঞ্চি ২ পাকই, মখোঙদা ফুট ১ ইঞ্চি ১০ পাকই, রাংবনা ফুট ১২ রাংই, থাবনা ইঞ্চি মরি থাই।



---

(২) ম্লাঙ্গোইগী মনাক থিয়াম লৈশাংখোংদা য়ুংবা নুং—

শ্রীপঞ্চযুক্ত মার্জিৎ মহারাজ (খৃঃ ১৮ ৩-১৯) ময়াংঙম্বা মৈতেংঙু নোংপোক রাইরং পামহৈবনা শকাব্দ ১৭৪১ (খৃঃ ১৮১৯) থরান থা ১৬ নি পানবদা ময়াং ঙম্বা কৈথেল তোঙবদা য়ুংলম্বা লাইরিক ইবা মথাগী নুং অসি লৈপাক্তগী ইঞ্চি ২২ রাংই, ময়ায়রাইদা ইঞ্চি ১১ পাকই, লৈপাক্তা তাইনবা মখোঙদা পাক্লগা মতোল্লোমদা লোইরোই ভুইথরপ তৌই। লাইরিকয়েংবা শৃদানন্দ প্রভৃত্তম অনীনা ইরম্বনি। মথক্কী পরেং মাপন্দি আসামীগা য়াম্নবা বাঙ্গলা ময়েক্কা ই, মথং পরেং অমকনা মৈতৈ ময়েক ই, মথা ইথং থংবা পরেং অনীনা বাঙ্গলা ময়েকনা মৈতৈলোন ই।

| লাইরিক মমিং | অশম্বা মিং | লাইরিক মমিং | অশম্বা মিং |
|---|---|---|---|
| শঙলোন | শঙলোন | সনা লমলেমরা | সঃলমঃ |
| শমশোক ঙম্বা | শমঃঙঃ | সনামহী তেংথা লাইশোন | সঃতেংঃলাঃ |
| শলকাও | শলকাও | সনামহী লাইকন | সনাঃলাইঃ |
| শলাই থৌনিরোল | শঃথৌনিঃ | সনামহী লাইহুই | সঃলাইঃ |
| শাকোক লমলেন | শাঃলমঃ | সরোংথাইবম লোন | সঃলোনঃ |
| শাকোক লাইরমলেন | শাঃলাইঃ | সোবোন য়াইরেন | সো য়াইঃ |
| শীংখন লাংহৈ | শীংঃলাংঃ | হিজন হিরাউ | হিঃহিঃ |
| সনা মনিক | সঃমঃ | হেঞ্জু নাহা | হেঞ্জু |
| সনা লমণ্ডক | সনাঃলমঃ | য়ুমজাউ লাইরেম্মগী কায়াং | য়ুমঃলাঃকাঃ |

কারিগুম্বা অশোয়-অভাম য়াওরমদুনা তাকপিরক্লবদি মথংগী থংনমদা চুমথোরকবা হোৎনজগনি।

লাইরিক অসি ফোঙবগী অরূধা শরুক পুবরিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী গশীন-গরাও তৌবিরীবাশিংবু্স্থ তৌবিমল খডবা উচ্চার।

তাং ৩। ৩। ৭৮ ইং
ফাইরেন ২৪ নি পানবা, ঈরাই

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
নিংথৌখোংজম লৈকাই, উরিপোক,
ইম্ফাল।

| লাইরিক মমিং | অশম্বা মমিং | লাইরিক মমিং | অশম্বা মমিং |
| --- | --- | --- | --- |
| থৌদোৌ মশিন | থৌঃমশিন | ফমগী মিংগো | ফমঃমিংঃ |
| দাতা কর্ণ | দাঃকঃ | ফমলোন | ফমঃ |
| ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা | ধঃলাঃনীঃ | ফম্বাল্লোন | ফম্বাল |
| নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা | নাঃফঃকাঃ | ফৌওইবী রারোন | ফৌঃরাঃ |
| নাহৈরোন | নাহৈঃ | ফেকৌরোন | ফৌ কৌঃ |
| নিংথৌ ফি শাবা | নিঃশা | বিরাট পর্ব্ব মহাভারত | বিঃ(মহা) |
| নিংথৌরোন | নিংথৌরোন | বীরসিংহ | বীঃ |
| নিংথৌরোন লম্বুবা | নিংঃলম্বুঃ | মথুরা বিরহ | মঃবিঃ |
| নুমিৎ কাপ্পা | নুঃকাঃ | মশিন | মশিন |
| নুংলোন অচৌবা | নুংঃঅচৌঃ | মহাদেব লৈহেকলোন | মঃলৈঃ |
| নোংদোন লাংবুম | নোংঃলাংঃ | ময়াং ওম্বা | মঃওম্বাঃ |
| নোংমাইজিং চীঙ্গোইবা | নোংঃচীঙ্গোইঃ | মিকৌরোন | মিকৌঃ |
| নোংলাউ ঈশৈ | নোংঃঈঃ | মিয়াৎ | মিঃ |
| নোংশামৈ | নোং | মৈগী তেংথা | মৈঃতেংথাঃ |
| নোংসাপা লাইহুই | নোংঃলাইঃ | মোইরাং নিংথৌরোন লম্বুবা | মোইঃনিংঃলম্বুঃ |
| পরীক্ষিত সর্প যজ্ঞ | পঃসঃযজ্ঞঃ | মোইরাং য়মকোকলোন | মোঃয়মকোকঃ |
| পাখংবা নোংগারোন | পাঃনোংঃ | লঙ্কা কাণ্ড রামায়ণ | লঃ(রা) |
| পাখংবা নাউয়োম | পাঃনাউঃ | লাইকাও | লাঃকাঃ |
| পাখংবা ফম্বাল | পাঃফঃ | লাংগোই শগোল থাবা | লাংঃশঃথাঃ |
| পাখংবা ফানখোং | পাঃফানঃ | লাংলোন | লাংলোন |
| পাখংবা লাইহুই | পাঃলাইঃ | লানফা লমওক | লাঃলমওক |
| পাখংবা লাংয়েনশৈ | পাঃলাংয়েন | লুরাংলোন খোঙ্গুন | লুঃখোঃ |
| পাম্হোইবী খোঙ্গুন | পাঃখোঃ | লৈকাই মরিগী লায়াৎ | লৈঃমঃলায়াৎঃ |
| পাম্হোইবী নাহেরোল | পাঃনাহেঃ | লৈকোই চিকংলেন | লৈঃচিঃ |
| পুদিন | পুদিন | লৈচিল্লোন | লৈচিনঃ |
| পুরারী | পুরারী | লৈমরেল নাউয়োম | লৈঃনাউঃ |
| পেল্লোন তেংথা | পেনঃতেংথাঃ | লৈরোল | লৈরোল |
| পোইরৈতোন খুন্থোকপা | পোঃখুন্থোকঃ | লোইয়ুম্বা লাইখাই | লোইঃলাইঃ |
| পোং নিং | পোং নিং | লোইয়ুম্বা শিনয়েন | লোঃশিনয়েন |
| পোম্বীরোন শেকনীং | পোঃশেকঃ | লৌতা ঈশৈ | লৌঃঈঃ |
| পোম্বী লুরাউবা | শোঃলুঃ | শঙ্গাই ফম্মাং | শঙঃফঃ |

# অরিবা মণিপুরী লোন্‌গৈ

## অ

**অ** মৈতৈ ময়েক্কী কুন্থরক শুবা ময়েক। ময়েক অসিদা লোঙ্গান তোঙানবা চৈত্রপ হাপচিল্লগা স্বর ময়েক অতৈ অতৈ শেম্বা য়াই।

**অওঙ্, অউম**, চহু নিংত্রোন থাজবদা পীবা পোং, অঙনপোং "অওঙ্ অউমগা কৈকন শন্নং শনসেন নাউরোই অপকমা পুমনা লোইরবদা—ঙম্ম মরী-শিন কাওরেন শনক্ তোই শেরী শেক্লাউ ফংগা কিমু য়াফ্ট লৈরম কানা চাপনা"—নাঃ ফঃ বাঃ

**অকন মীপোকপা**, থৌনা ফবা, মরীন লৈবা।

**অকাও**, পোংগোরোন অমগী মিং "অকাও খেংগোনা গম্বদি ঙা চাক কোংখ্রে।"—খংগোঃ।

**অক পুকনীং চঙবা**, পুকনীংদা অকিবা পোকপা, "মোনম্ন পুকনীং অকি চঙ পায়মা মুংসা মপা থোন্না" থঃ লাঃ নীঃ।

**অকুইবা**, অশাংবা।

**অকো**, মৈদিংঙু নাউকংবগী হাকুক্লো (খৃঃ ৪০০-৫১৮) লৈরম্বা কিশাহনবা অমগী মিং, মথাকনা তুবী নাইরেন মণ্ডল ভরম্বগী ময়েক য়েংলগা নিংথোকি শাবা তৌ-দোকখি।

**অখম (অথম) মীপোকপা**, অথৌবা, থোনা ফবা, খনগংলবা, অফবা মী, "অথম পোক্টরে অথম মী-পোকপা অথৌ-লাংগোন-শিংঙ লাইরেন ইমোম বাং-ঙমলোন চকপা মথাঙ ঙম্বীবু ঙবা সনা কম্বাল্লাংগী ঈঙা লোথোং থৈঙম সনা কম্বাল লেপলমদন। থৈণরে হায়রে"—শমঃ ঙঃ।

**অথম্বা**, অরোইবা, অকোনবা, টংকোন কোনব্রা।

**অখুবা**, অপিকপা, পাক্লবা, অচম্বা, লাঙদবা, "ঙসি কোরৌ হুমিংমবু নাউবা অখুবা অপ মতীক চঙ্খোনবা থোইম্নম মশানওন অরেম্বনা অঙাং মশক ঙইববা অমবু শরীক নঙগী লাইথবুংদা লৈবনে"—বীঃ পঃ।

**অখুবী**, অচানবী।

**অখেবা**, অরোইবা, অথেংবা।

**অখোম অচাই**, শালান কায়রবদা খেমচিন্নবা শাবা খেংগোরোন অমগী মিং।

**অঙনবা**, অরাংবা, মতিক মঙন লৈবা, মচিক চাউবা

**অঙম্বা**, কম্লাইবা।

**অঙমঅথৌ**, অচৌ অশাং।

**অঙল্লা**, ঙম্না তৌবা।

**অংগো**, অঙাং অপিকপা, "মপারি অংগো নাউবা অপিশা অনীমাপু শম্নাংতোনগা নাম্না বাহমগিরে"—উঃ (রাঃ)।

**অঙক অঙাও হৌ শিকপ শিকাই হৌবা**, ঙাও লৈবা, জ্ঞান থাদবা, "অঙক অঙাও হৌ শিকপ শিকাই হৌরববু মমাইবা অম্পাক লৈহৌ মাই লংমাই লৈহৌ মাইবীনা তাইরেন লোংমা লোনা লাইজা থিককেন চাইরবদা"—নাহৈঃ।

**অঙাং**, নাউবা, চহী য়ামখিবা, সনা মচৈ, লৈমা মচৈ-নচিংবদা থাদা মামা খুরানচিংবা কোবগী মথেদা হাম্না বাহে।

**অঙাং নাউবা অপঙবা**, পঙলিবা অঙাং, লৌশিং মপুং ফাদ্রিবা নাহা।

**অঙান**, মমদবা, অঙানবা "তাইবঙপানবনা খঙবা ঙমদবা কোরৌ নোং লৈত্ত মালেম লৈ লৈতরিঙৈ অমম অঙান ঙইরিবা"—সনাঃ লাইঃ।

**অঙান তাংলৌ**, মুংশিনগী মতম, "অঙান তাংলৌ থেঙলবদা পোইরৈ পুন্নমক্তি মরান লোনরিমম্বায়দা কলবাইথিয়ে হায়দবনা?"—সনাঃ লাইঃ।

**অঙানবা**, হুনিং, য়োয়মনাই তাউদনবা, মমদবা।

**অঙামবনা থোঙলেন থমাখবা**, হুমিং তাখিবা অতিং চঙলকপা, "ঙাংঙাই লৈমাবনা থোরেল অঙান-বনা থোঙলেন থমথিরবদা কোরৌ হুমিদাংদা"—মোঃ নিঃ লম্বঃ।

**অঙোম**, য়েক শলাই অমা, "বাংমা তাবা নিংথৌ তরামক্তি অঙোম শলাইনে।"—কমঃ।

**অঙৌ পানবা, (অঙৌ পাম্বা),** অঙোম নিংথৌ "অঙৌপানবা ক্যাম্বনা ঊরেকসেক চাসংবা চিনববু মৈতৈরৈমা চংনিংঙ্কাবীনা নযুম অঙোমদি চিন্দবনে হায়না খুমগিয়ে"— চৈঃ কুম্বাঃ।

**অঙৌবা,** অঙোম, মচু ঙৌরোক ঙৌবা।

**অঙৌবা চমু,** অঙোম নিঙেঙান, "মশানৌ নোংবালোন অঙৌবা চমুদি মালেম চীং লৈপাকপু তরা চাওই য়াম্না অৱা হকচোক লাংলবগী"—সনাঃ লাইঃ।

**অঙৌবা নোংনিংথৌ,** অঙোম নিংথৌ, "অঙৌবা নোং নিংথৌগী অাতা কোয়াম্বা চমু সনা লাংবকোই কম্নাং চাম্না নিংথোং ফবী"—চাঃ লাইঃ।

**অঙৌবা লোংনা তাবা,** শিবা, "অঙৌবা লোংনদি য়াম্তানা ঈঙাঙ পাকত্তকনা ঈমু পামক্কেন্নরমলে"— হেঙ্গুঃ।

**অচঙবা,** অহিংবা।

**অচঙ অশি লুংবা,** পোকপা শিবা নোংম্বা, "নমু ফমফম শীনবা তাইপঙ অচঙ অশি লুংবা শরুক লৌভম চনপা"—কোয়ৌঃ নোকাঃ।

**অচ ম্বা,** ফম অমা।

**অচ ম্বী,** ফম অমা।

**অচাউরম কাৱা,** চাউজনীংবা, অাশা চাউবা।

**অচাউ পাইবু লোনবা,** অচৌবা, "যুধক তৱা শাংবা অচাউ পাইবু লোনবা লিনশিংবু মজু মৈ চঙনা নোংমল্লে"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**অচাউ লেপফাবা,** শারেপ ফাবা, মপুং মরৈ ফাবা, চাউরক শাংলকপা, "নপারি অচাউ লেপফাদ্রিবা পম্বৌ ইপা গঙদবা"—ঙঃ (রাঃ)।

**অচাউ লেপফাবা শাংস্নু ঙমতমলবা,** কাংদোং ফানা চাউরবা, চাউরক শাংলকলবা "হয়েং নঙনা অচাউ লেপফাবা শাংস্নু ঙমতমলা"— চোঃ খাঃ পাঃ।

**অচিৎ,** লাংবন থা "লোইদাম অচিৎ লাংবন থা-ও কৌবদি কদোনোংগীনো?"—থাঃ।

**অচিবা,** অখোইবা, মকোক ওইবা, অহেনবা।

**অচুলৈ,** নোংদা থাঙবা লৈ।

**অচেৎপা,** অক্লবা, মরু ওইবা, কোক্কবা।

**অচেন খংলৈ হোৌবা,** য়ামনা থুনা কম্না চেনবা "ঈঙ্গং শোয়ায়মদা অচেন খংলৈ হোনা লাইরেন সনা মখোঙ খাবু ইন্দাল্লকএ"—নিংঃ লঙ্গঃ।

**অচেন খংলৈয়াঙলা,** য়ামনা থুনা চেন্না চেন্না, "চেংলৌ শক উনিংবগী অচেন খংলৈ য়াঙনা থুবোম শিংকাই হৌ য়াংলৌ লম কৈড্রনা চেন্নরকপবু"—ঙঃ (রাঃ)

**অচেন লোকলৈ হোনা হলরাইরকপা,** চেন্না চেন্না হল্লকপা "মরোয় শোঙাইরাবনা অচেন লোকলৈ হৌনা হলরাইরকএ"—চাঃ লাইঃ।

**অচেন লোকলৈ হোৌবা,** চেনবা, লমজেন চেনবা।

**অচেন লোকলৈ হৌ লোকলৌ খুদোম ফুনা,** চেন্না চেন্না "মৈদিংঙু মদাইরেম নোংবান কদেম শোয়শেনবদি অচেন লোকলৈ হৌ, লোকলৌ খুদোম ফুনা পোইরৈ যুমলক চঙকলে।"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**অচেন কোংলৈ,** লমজেন য়াঙবা।

**অতৎ অরান থা,** থরান থা, "তংনা বাম্না থাঙলম্মে অচুনোংগীবু লোইভাম অতৎ অরান থা-ও তৌনা কৌএ"—থাঃ।

**অতন নাইবা,** তনবা।

**অতাই,** লাইশোন অমগী মিং।

**অতান,** খোংগোয়োন অমা।

**অতাম্বা,** অরাম্না, অথাম্না, "মীরৈপাক অতাম্বা নঙ্গং অথাম্না করম্বদা পাণ্ডব মজামক......চেংলৌ শক উনরবদি"—বিঃ পঃ (মহাঃ)।

**অতাম শোয়শেনবা,** লম অরাম্বদা শোয় চানা, কুংবান চমু কোরৌ খোংজোমসুবী খোননৌ মতা তক্কী মাঙ্গা মরা ওইবা নিপা তরুক।

**অতিংকোক,** লাই অমা, করি অমত্তা লৈতবা, "অতিংকোক গুরু শিদবা নঙনা অঙাং মুমেক ওইরো ওইরে"— নুঃ অচোঃ।

**অতিংঙা,** অতিয়া।

**লৈরাং অতিংঙা,** করিস্নু কায়দবা, অরেম্বা।

**অতিং পুকনীং লেপ্তবী,** পুকচেল লেপ্তবী।

**অতিয়া,** কোরৌ, লৈপাক শেম্বা লাই অমগী মিং, "অতিয়ানা তাউরোইনাই শিদবা কৌনা ঈশিংদা তাত্তরে"—নুঃ অচোঃ।

**অতিয়া গুরু,** লাই অমা।

**অতিং পুক্নীং পান্দমদবী,** পুকচেল লেপ্তবী।

**অতিং পুক্নীং লেপ্তবী,** পুকচেল লেপ্তবী।

**অতেংবা,** অরোইবা, কজবা নীংখিজবা।

**অতেংবী,** কজবী, নীংখিজবী, অখোইবী "হৈরেমচা নুরা অতেংবী"—চাম্বঃ।

**অতেৱা,** মপুক ঈংবা, শাউগন্দবা, অতপ্পা।

**অতৈবা**, কত্তবা, মপূক মাংবা, পূকশেঙ্দবা, অত্তোপ্পা।

**অত্তোৎপা**, অশিবা (শেল্লোয় লংমাইনা হায়নবা), "মৱিম শেল্লোয়না ৱাহায়না লংমাইনা মিকৌনা অশিবগুদি অত্তোৎপা, হল্লকপবুদি ত্তেরকপা ত্তৌনা কৌএ।"—না: ক: কা:।

**অতোন তাবা**, অৱাবা নংবা, অৱাবা তাবা "ইপূংয়ায় অসিবু মরান অতোন তাদনা য়ামশিল্লকডেনে।"—উ: (রা:)।

**অতোন নোংয়ায়**, অদোন নোংয়ায়, থূমন।

**অথা কায়বা**, তৱাং তশোইবা, ইকিং ফিংগংপা, থবক মরোঙ মরোঙ শূবা।

**অথিদি থিবিগনু**, ৱাপি ৱায়েন নাইবিগনু।

**অথুপ্পা**, অরোনবা, অকবা।

**অথোইবী**, অহেনবী।

**অথৌ**, থৌশারোন অমা, মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহারাজনা খেবু চীদা শাগিবা থৌশারোন, শাকা লানকাদ্রিবা মীনা নগ্নপা নিংথৌগী সনা য়াখং ফংদনা মীনা থৌশারোন অসি শাবদা শামী লানমী নেংইহে, থৌ অসি শাবদা থৌ উচেকখোঙনা হলি, চ লেংজ মদগী হাইবনা পুই।

**অথৌ থৌশিশাং**, অকল অথৌ।

**অথৌ থৌশিশাংবা তেংথানবা**, অকল অথৌনি হায়না শীংথানবা।

**অথৌ লাংগোনবা**, থৌনা ফনা 'ইদাইরেম থম্বং অথৌ লিচা হেল্লশিংঙ অগম মীপোকপা মথৌ লাংগোনবগু কনা লৈবনো ?'—পো: লু:।

**অথৌ লিচা হেল্লা**, অথৌবা, লানা থৌবা, শিবা কিদবা, "মদাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেল্লা ৱাংঙম থয়াং কোন্দাইলোনবশিংদা ৱাংমশিঞ।"—শম: ঙ:। "বিরাট নিংথৌগী তম্বা চাকথোংবনে হায়না সুবর্ণ পাংগল ইপাত্তাগা ঐগা হুয়েন লান শোক্লবা অসিবু অথৌ লিচা হেল্লা পাংগল মপা তাম্বা কয়বনো ?"—বি: প: (মগা:)।

**অদু লোংগী**, মরম অদুগী।

**অদুস্নঙ মদোমদে**, অদুদস্নু নত্তে, অদুনস্নু লোইবা নত্তে, অতৈ লৈরি, "মশানৌ লক্ষ্মণ তেলহৈবস্নঙ লানমী তেংগোল শত্রুঘমাস্নঙ নবকুশ অনীমকী শম্নু মথৎপাক্কা লোংমল্লে, অদুস্নঙ মদোমদে।" উ: (রা:)।

**অদোন**, অদোল, নোংয়ায়, থূমন নিপা, থূমন মচা।

**অদোম নোংয়ায়**, থূমন নিপা, থূমন মচা।

**অনং ফিহাইরোয়**, মখোঙ য়াঙবা খোঙলোয়, "মৈদিংঙু মদাইরেম মচেঙ কাইরৈ য়েনহোইরোয় অনং ফিহাইরোয়শিংবু খৌমীখিএ।"—না: ক: কা:।

**অঙ্গি**, লাইরিক ইবগী অহোবদা মৈতৈনা ইনবা ময়েক।

**অঙ্গি লাইয়ুম য়েকপা**, লাইরিক ইবা।

**অঙ্গি লৈমা শীংজাখোম্বী**, লাইরিক লৈমা, মহৈগী মবেম্মা, সরস্বতী।

**অনম্বা কোকপা**, কোকখোক চামথোকপা, প্রায়শ্চিত্ত তৌবা, "পুয়াম নিপা অমনা কমদোম নুপী অমগা শামুশঙদা ওংনরম্ম হায়তুনা অনম্বা কোকএ।" চৈ: কুম্বা:।

**অনান**, চীংমী কাঙলুপ অমা, "তরানি কাকথাত্রাদা কৈ কাবা অনান হাঙ মাপনবু পরিকি থুম নামা পীএ"।—চৈ: কুম্বা:।

**অনাম শঙ** লোয়শঙ অমা "অনাম শঙনা কৈথেন্দা কি পুখোক্তুনা লানমীনা মৈ থায়"—চৈ: কুম্বা:।

**অনা লাইপোৎ ফাবা**, য়ামনা কন্না নাবা, "পল্লেমপীশোল্লে শল্লৌ পাশোল্লে, অনা লাইপোৎ ফারবদা অসাইডগী লানশোকরাদি হৈক্কেম মপাচা থুম্লান মেল্লব ঈকাই শেনগোইগী পাত্তাক্তুনা অনা লাইরম খঙদরে হায়দবরা ?"—চায়:।

**অনা লাইরম খঙদবা**, লায়পু শলাই খঙদবা, লায়না অসিনা নাবনি হায়কম খঙদনা।

**অনৌ**, অনৌবা।

**অনৌ খিংনিংতেনা**, অমুক নোবা, হেঙ্গিল্লকপা, নোংৌনবা।

**অনৌবা**, হারগী মথক্তা অমুক্তা হন্না, অমুক্তা।

**অপকণ্ডা**, খোয়ানমিচাক।

**অপাইবা**, অচেনবা (মোইরাংনা হায়নবা), "মোইরাংনা মিকৌনবদি অচেনবু অপাইবা-ঙ কৌএ"—মোই: নিং: লম্বু:। অথংপা, আতিয়াদা য়াঙনা চংপা।

**অপাঙ**, থাবম পানা, "অপাঙচা থাবম থনববু তেকপী ঙকপূক ফাংতনা শরেন পূমনা লুকথোংনৈএ"—চা: লাই:।

**অপান অপিন**, থোইদোকপা।

**অপানবা**, অরুবা, অরু অহেন, নিংথৌ অপানবা—মৈত্তে নিংথৌ।

**অপানুবা শাগৈ,** সনা লুপানচিংবা অপানবা পোচ্চে।

**অপাবা,** খাদবা, অরনবা।

**অপাম,** অপাম্বা।

**অপাম চেংলৌ মিৎখিৎপা,** অপাম্বা পোৎ উবা, মিৎনা য়েংবদা য়ামনা পাম্বা।

**অপাম পুকনীং চঙবা,** খোয়দাবা, থবায় তাবা, থবায়না পাম্বা, "অশৈ লিওং শকপবু নশানৌ ঐনা অপাম পুকনীং চঙেঙ"—ধঃ লাঃ নীং।

**অপাম্বী,** নিংথৌগী নুপী।

**অপাম্বী মাহা,** নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা অমা।

**অপাম্বী অহল,** নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা মহারাণীগী ওমথং।

**অপিশা,** অপিকপা।

**অপোক ঈহুল নোংদম্বা,** পোক্লবা শীনবিবা, "তাই-বঙ থবায় অপকমা পুম্নমকপু কোরৌ নোংজা খুদিং লাংবন কাওরেন শনশেনবগুমনা অপোক ঈহুল নোংদমলিবা লাইয়িংথৌ-ও"—পোঃ লুঃ।

**অপোক চাদা,** পোকলকপা মচা, "কোরৌ নোংম-দোনগী অৱাং নোং নিংথৌ মচা য়োইরেনবা অপোক চাদা লাইহুই হৌরকপা"—লাং।

**অপোক লিহুই,** অপোক অশি, "লাংবন তৌম্না তৌরিক লাইবু ইমু মচেঙ খোমনা থবী শেঙ্গোইরেং অপানবদা সনা তোনৌ হুনবা, তাইবঙ থবায় অপকমা পুম্নমকপু লাংবন কাওরেন শল শেনবগুমনা অপোক লিহুই নোংদম্বা, নমু পোং শেম্বা, থবায় মীপোকপা লাইয়িংথৌও"—লাং।

**অপোক লিহুইতৈ,** পোকলকতৈ।

**অবোক,** নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা, ইবেনবোক।

**অমং থরৈ কুম্বা,** শিবা।

**অমংবা,** অথনবা, "অথনববু অমংবা-ও কৌএ"—নিংলম্বুঃ।

**অমং শীংগুম্বা.** শিবা, "শানৌ লৈহোরো নশাবিদ্রি অমং শীংগুমলে"—হেঞ্জুঃ।

**অমং য়াইথোং কুম্বা,** শিবা।

**অমম কুম্বা,** শিবা।

**অমম থমলৈ কুম্বা,** শিবা, "কৌরব লানমী পুম্নমক্তি দুর্য্যোধন নিংথৌরেম্নচিংবা অমম থমলৈ কুম্নরবগুম তাংজা ঊকাই পুনা হলবাইখিরে"—বিঃ পঃ (মহাঃ)।

**অমম থরৈ কুম্বা,** শিবা।

**অমম নোংগা কি,** অশিবদা চেন্নবা কি, খোইমোম নোংলৈমা মথুংশা কুয়াক হুমদং মানবা কি, "লাইরেন মৈদিংঙুগী খাওলেন কোমশৎনবদা য়াইবী থবায় মাঙবরা থঙঙমদে অমন ঐগী নোংগা কি খোইমোম নোংলৈমা মথুংশা কুয়াক হুমদং মানববু লনহোং-খিগে"—সনাঃ লাইঃ।

**অমন নোংগাবা,** শিবা, "মৈদিংঙু লাইরেন উরা কোশ্নৌবগী মদাইরেম নোংবান কদেম শোয়শেনবা অসিদি অমন নোংগারে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**অমন নোংগা য়াংবা,** শিবা, "য়াথং ৱাপে হায়বগী অমন নোংগা য়াংলে"—চায়ঃ।

**অমন পিখোম্বা,** অশিবা পোংলোইবা, সংস্কার তৌবা, "পঙ্গৌ মপা মচা মরিম্নকপু হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবগা অমন পিখোমবিসে হায়না মরান ওন্দে-রকলে"—ধঃ লাঃ নীং।

**অমন শাওক লম,** অশিবা ওকপা লম।

**অমন শিরাইতমকুমলবা,** শিগদৌরবা।

**অমনশিরৈ তেংবা,** শিবা, "অমম শিরৈ তেংলবদা পোকইরে খুঙ্গা লৌ তরুম নাইজা হিম্না কোরৌ নোংগা লাওলবদা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**অমন শীকপ্পী ৱাক তেংথাবী,** অশিবা মীগীদমক তেংথা নাওইবী, শীকপলোন শকপী, "মৈদিংঙু মদাই-রেম অমন শীকপ্পী ৱাক তেংথাবী লম্নান অশৈবীনা লাইরেন মৈদিংঙু কোরৌ ইনোংথৌ ৱাংবন ইকা-শা-ও চেংলৌ নওগী শকপাঙ্গোও পুঙং লেপ্পান থোওবু মালেম চিথেক মরিমক্তা খিথওলরোইএ হায়না অমন কপনা তেংথারে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**অমন শীঙুম্বা,** অশিবগী মরক্তা তিনবা, শিবা।

**অমম য়াইথোঙ কুম্বা,** শিবা, "অমন করম য়াইথোঙ কুমশিবনো"—শমঃ ঙঃ।

**অমম অঙান,** অমম্বা অমঙুং অঙানবা।

**অমম অঙান শিম্নবা মতম,** নোং ঙানকুং ঙানফুং তৌবা মতম,. য়াচঙবা মতম।

**অমম তোনবা নারন শিবা (চনবা),** হুমিদাং, অহিং ওইবা, "হুমিদাং তাংলৌ নৈনা থেঙ অমম তোনবা নারনশি"—হিঃ হিং।

**অমম্বা খোংজেল,** মী শিরগা অশিবগী থবায়না লাজি হায়নবা খোং অমা, বৈতরণী, "অমম্বা খোংজেল য়োঙামলে"—হেঞ্জুঃ।

**অমম** [illegible], সনামহী, খোইরম অশীবা, "হে ইশাবি অমম লৈশাহনবা-ও গুরুশিদবদি খোইরম শানওন য়াম্বা লাইনে"—সনাঃ লাইঃ।

**অমরক**, অমুক হয়া "লৈমা নামুন থাম্বীদি নোংয়াম মপুংয়ায়দা অমরক হলবাইরকলে"—চায়ঃ।

**অমল কুম্বা**, অমন কুম্বদা য়েংশি।

**অমাই**। মাইবা, পণ্ডিত।

**অমাইবা**, লাইভীন ঈরাং থৌনি ভৌবা মী, পণ্ডিত।

**অম'ইবী**, মাইবী।

**অমাই, লেংঙিনবা শঙলেময়াই**, মাইবা লোয়শঙ।

**অমা তেনা নৈতবা**, থোইদোকপা অতোপ্পা অমা লৈতবা।

**অমা তৈরগদবা**, অমা হোংলগদবা।

**অমু কোইচা য়েকপা**, অমুবনা কোয়না যেকপা।

**অমেওবা (অমেঙপা)**, অপোৎপা।

**অরংচি**, নি'থোগী সনা থোগলদা শীজিন্নবা কোইবপ কোয়বা মপোক পানবা পোৎশক অমা, "লোইতাম থাচা পাখংপনা অরংচি ওই"—নো'ঃ লাইঃ।

**অরাই (অলাই)**, **লীকলা**, "অঙান মথোঙ হা'দবা অবাই লীকলা তাক্কবু অমম শিফা নীকপবুদি ঙ-ও কোএ।"—নি'ঃ লম্বু।

**অরাই কংদবা**, অরাং ত'পা লৈতবা, মবাং কায়বা।

**অরাই লাংবা**, অয়ান অহুই থিবা, "থোইযম অরাই লা'বিগম্বু"—লৌঃ ঈঃ।

**অরাই শংকুচেক**, **বাহোং**, "তম্ফা লীককোয় থিমকবা অরাই শংকুচেক হুংবা থায়াম্বা মৈপুমৈ পোনবী কোইজা যেকতেবা শৌবা তুমৈ তকুপ য়েকপা বাহোং মৈপুংলৈ চেংলৌ মিৎকোয় থোংকববু চেকলা তুফাং থেৎনা হেনমোইলৈ চোযনৌ সনা লুগুপ নীংথিবনা তাংজা লুয়েন ঙাম্না কথাম চমৈ কিনৌ থোম্লবগা"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**অরাং**, ঙয়াং "নমোমসিবু অরাং হুমিদাংনা ত<u>চে</u>ন লোকলৈ হৌথিরবনে।"—উঃ (বাঃ)।

**অরানবা (অলানপা)**, অকৎপা ময়াল লৈবা, "কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনবদি অকৎপবুদি অরানবা-ও কৌএ।"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**অরাবা**, মৈ, অরুবা, "চকমোম থাম্বী মৈমেং অরাবা"—মৈ তেংথা।

**অরাম**, লৈমা শীজা মচা নত্তবা, চুম্নগী মীচম, "নওগী মনা পীনিংঙাই লৈতরে, অবামগী কিজেং চাকচা লোইজরো।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**অরাম তম্পাক শঙ**, যুবরাজগী শঙাই।

**অরেপ্পা লাইনীং**, মহাক থঙবা, "লাইবু নীংবা লমচত্তি অরেপ্পবু লাইনীং ওইনৈএ......অরেপ্পা হায়বদি মহাক থঙববু কৌএ"—শাঃ লমঃ।

**অরোং অপাঙ**, লাইকম, খাবম পানা।

**অরোন নুং**, লোইজিংদা লৈবা নোং কাংলগা নোং তানবা ঈবাৎ পূজা তৌনবা লাই ওইবা নুং, "কোবোংনবা লৈবনে, মনাক্তা অরোন নু' লৈবনে।"—চীংঃ লাইঃ।

**অরৌ লংবা**, লা<u>ক</u>চবা, লাকচ খুত্তুমচনবা, "লোইবী কনানা অকেং থিবদা হেন্না কবথনা অরৌ-লংলদনা পাল্লে হাযদবরা?"—মোইঃ নি'ঃ লম্বুঃ।

**অরাং কোবা চীং লুখুম**, কৌক্র চীং।

**অরাং কৌক্র অস্তুপ্পা**, মায়কৈ ঙাকপা (হু'শিৎলম ঙাকপা) লাই অমা, "অবাং কৌক্র অস্তুপ্পনা নমথাং ওই"—নো'ঃ লাইঃ।

**অরাং থাংরাই পাখং য়োইরেন তোম্পোকপা**, সোবাবেন।

**অরাং থাংরাই য়োইরেনবা**, সোয়াবেন, কাসা নোংথৌ, থাকপা নিংথৌ পাঙুম্বা।

**অরাং পাখং য়োইরেনবা**, সোবায়েন, "অবাং পাখং যোইরেনবনা লাইরেন ঙাংঙোই য়োযমো'বা নঙদি মালেম লৌমনবা খোংলেন লৈয়াংপনিগীনা মোংবা তুখুন ইনগিবগী শমু ননাতোন্দা মালেম লৈনাং পকলিএ।"—তুতেংঃ।

**অরাং ফাল্লৌ লাইমাখোম্বা**, লাইয়িংথৌ সনামহী, "মশাবী তাইবং সোয়ায়েনগা মোল্লাং তপ্পাইথক্তা য়াতানোংদা অবাং ফাল্লৌ লাইমাখোম্বনা হৈয়াঙ মচা য়ান তাউজীং মরূ পল্লবে"—সনাঃ লাইঃ।

**অরাং লাইমা পাংবা** অবাংলোম পাংহুনা, "অবাং লাইনা পাংনা তেথংলকএ"—তুতেংঃ।

**অরাং লাইনা পাংবা**, অবাংথংবা মায়পৈ।

**অরা পোৎথোকপা**, অরা পোথাবা।

**অরা মখৈ লৈতনা**, হায়নঙাই লৈতবা মখৈ বাহুনা।

**অরা মখৈ লৈতবা**, হায়নিংঙাই লৈতবা মখৈ বাবা।

**অরা লৈখৈ তাবা**, বাবনা খম থেংবা, বাবদা মতোন লোমলবা।

**অৱা লোংকি চত্তবা**, য়াম্‌না কিবা, তুচুংবা মথৈ কবা।

**অৱা হকচোক লাংবা**, ৱাবনা তপ তাবা, ৱাবা, "অঙোবা চহুদি মালেম চীং লৈপাকপু অৱা চাওই য়ামনা অৱা হকচোক লাংলবগী" সনাঃ লাইঃ।

**অৱা হুইৱাং শোল্লনা**, অৱা পোথাবা লৈত্তনা, অৱা অনা থিল্লনা, "ভক্ত কোলোয় নয়াথংগীবু মালেম লৈশেম্বা কোয়ো নোংহোবা অৱা হুইৱাং শোল্লা ইতোম থোনাজবনে"—পোঃ লুঃ।

**অৱা হুইৱাং শোল্লা**, য়ামনা ৱাবা, য়ামনা নুংঙাইতনা, "পরীক্ষিৎ নিংথৌৱেনসুঙ অৱা হুইৱাং শোল্লা য়াং-কোইহৌরে হায়দবরা ?"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**অৱা হুইশোন লাংবা**, ৱাবা, হকচাং ৱাবা।

**অশনবা**, ঈশিং অথেনবা, "হৱিঙৈদা লাইজা অথেনব-বুদি অশনবা-ও কৌএ। লাইজা অশনবদা লাল্লকএ, ইশন ঈইথেন-ও থোল্লেএ।"—পোঃ খুম্বোকঃ।

**অশাই**, ঙসাই।

**অশাউ**, ঈঙা থা, "লোইতাৱ অশাউ ঈঙা থা-ও কৌবদি কদোনোংগীনো ?", থারোন, "থাদি অশাউ ঈঙাথানে।"—থিঃ মৈঃ লীঃ।

**অশা খাঙওমদবা**, অশাবগী মৈশা খাঙবা ঙমদবা, "ৱাংবন অশা খাঙওমদরবগী ঐদি কোয়ো নোংনা য়েংবা শা, মালেম লৈনানীংবা শাবু ওইরগে",—হিঃ হিঃ।

**অশাং লেপতম ফাবা**, চাউরক শাংলকলবা।

**অশারাংবা**, নুংশা শাবা নংবা।

**অশি খুরাই**, অশিবগী লাই, যম, "বভ্রুবাহন খাম্বী মৈতান লাওখদি কঞ্জাও মৈরা থোকলকপবু যম অশি খুরাই মহাকনা মীওই লাংওয়া কনা কনাশিংবু অমন থমলৈ কুমলাইতমদা"—লাঃ শঃ থাবা ১১৩।

**অশীৎ**, কাইরেন থা, "থোইয়ুম পায়মা মনিংসা মালং য়াইবিরেল্লা মালেম ভম্পাক লৈনেমথক্তী থোৱায় পুম্নমাক্সুঙ মালং য়াইবী চৈরোয়নমা হুমজিল্লকলে হায়বগী থমকপু লোইদাম অশীৎ কাইরেন থা-ও কৌনা কৌএ।"—থাঃ।

**অশীবা**, লৈশেম্বা লাই অমগী মিং, সমামহী, "অশীবা ঙকনা মমিং লৈহকলেন য়াশোবা কোমা লৈপাক শেমলে।"—নুং অচৌঃ।

**অশুবা**, ঈশিং অরুবা, কয়াইবা থরদা কৌনবা মিংগৌ, "থাইরাকপা, য়াইস্থরাকপা, কম্বান, পানাগী শঙ-লাকপা মরি, শঙলেন থাকপা মরি, কৈরুংবা অহন মরি, কৈদা হঙবা, হিনাউ হনবা, ফুংগা নাই শঙ-লাকপা হায়ৱিবা কমশিংসি ওইবা কমনাইবশিংগী মিংগৌ অশুপ্পা কৌই। পানা হাজারি মরি, পোং-শংবা হঙবা, হীদাক ফানবা হঙবা, লৈমনাই হঙবা কমশিং অসি ওইবা কম্নাইবশিংবু মশঙনদি অশুপ্পা কৌই, লৈপাক্লদি য়াম্মথৌবা কৌই।" কমঃ মিংঃ।

**অশেৎ ৱাৎপা**, শেংনবা কি লৈত্তবা, "চরৈ কিনা অগ্নিন তাম মাল্লৌ অশেৎ ৱাৎ"—খুঃ কংলৈঃ।

**অশৈ**, ঈশৈ "হেপলি মপা খি অশৈ লিঙং শকপবু" —ধঃ লাঃ নীঃ।

**অশৈ খোঙক্রেল্লবা**, ঈশৈ শকপা ফাংনবা।

**অশৈ খোনমাল্লবা**, চপমাল্লবা, পুন্না ঈশৈ শকমিল্লবা, "খুংনাউ থংমা য়ৈনা হুংশি শামে শেমনা অশৈ খোনমাল্লরিবা অসিবু কনানো ?" উঃ (য়াঃ)।

**অশৈনবা**, শক্ল শোল্লবা।

**অশৈনবা চন্নু**, মতিক মগুণ থাতুনা শৈশক্লবা নিং-ঙোন, "নোংচুপ মঙাং ঙম্বা চোয়নো সনা চুংশেন কোন পুমনা চন্না অশৈনবা চন্নু"—চেংলৈঃ।

**অশৈনবা পুং**, শক্লৱিবা মকম।

**অশৈনবী**, মতিক মগুন থাতুনা শক্লবী, "নোংবাল্লোন শেনবী অকোং চন্নু অকনা খুনথৈতোনবু অশৈনবী সনা লাংবকোইবু কমলাং চান্না মিংথোংকবী"—চাঃ লাইঃ।

**অশৈ নুংঙন**, ঈশৈ নুংশিবা, "অশৈ শকপনা অশৈ নুংঙন শকএ।"—লাঃ শঃ থাবাঃ।

**অশৈ পনমাবা শঙলেন য়াই**, পেনা খোংবা লোয়-শঙ।

**অশৈবা**, ঈশৈ শকপা, পেনা শকপা, মাইবা লোয়-শঙগী মী অমা, "লৈহুং থরুক অশৈবনা তুপী য়োই-নোংঙা নোংঙা লাইরেন পাথংবগী কোলোয় মনিং কংলে।"—পাথংঃ লাইঃ।

**অসাই**, ঙসাই।

**অসি**, ওসি, "অসি পরেম ইমা ইচা মরিমকনা হয়েন লাঙেল্লকপা অসিবু"—ধঃ লাঃ নীঃ। "ইশাবি চেংলৈয়োই পাথং অহনবা-ও লেমলৈ অকুমশোয় নমপুম শোয়রেন অচৌবদি অসিগী য়াবৎমরগী মথৈবু নশানৌ ঐগী নমরে হায়না হায়মথিএ।"—চেংলৈঃ।

**অসি কোৱো মুমিং**, ঙসি মুমিং।

**অসি কোৱো মুমিংঋদি**, ঙসি মুমিং অসিঋদি।

**অসি কোৱো নোংজা**, ঙসি, "অসি কোৱো নোংজাদা ইথংলেনগী কোলোয় মানবৰু তায়।"—হেঞ্জু:।

**অসি নোংলেন নোংজা**, ঙসি মুমিং, "অসি নোংলেন নোংজাদা মুংবান ৰাংমিংথু থুংহৈবা লুৱাং ৰাংমবাউ শিনহৈবা মুংবান উ থিৰা লুৱাং উয়েংবনা চেংলৌ মিংথিংলা মিংয়েং তেনপাল্লতুনা"—হিঃ হিঃ।

**অসিন্থুঙ মদোমদে**, অসিনসু লোইবা নত্তে, অসিদসু নত্তে (অতৈসু লৌৱ)।

**অহকপা**, অরূবা, ঈশিং অরুবা।

**অহিং খোয়েন তুমগন্দলা**, অহিং মিং ককলা অমত্তা উইদনা, অহিং তুমদলা, "লাইরেন মৈদিংঙুগা মশানৌ মচীন মনাউ অনিমানা হাওশি ঙমগচিংনা অহিং খোয়েন তুমগন্দা মুংথিল অৱা পোখাদনা থায় ঈৱঙ কৈনা লান ঈৱঙ কান্না চোংনা ঈয়োক (চীংগী লোক) লাইচম লান চীংশাং নাপোম তুপনা লমলেন লোইচীং কৌওইচীংদা ৰাইথুংলরবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা ৰাহমলকএ"—চীং: শা কাঃ।

**অহেনবী**, অথোইবী, কজবী, "নমোম চৈরৈ থোম্মদোন ৰাংগোন লাইকুয়া অহেনবীবু লৈবৰা?" —ভূতেং:।

**অহোঙ**, কুম্মৈ, "নয়িম কেগে মোইরাংনা খুয়োন ৰাহোঙবৰু অহোঙ কুম্মৈ য়েংগে হায়না নোংয়ায় মতুংইন অদোন সনা মমৈ ৰায়ৰকপনে।"—নাঃ ক: কাঃ।

**অহোঙ অচাউ থোকনা পানবা**, মুংঙাই য়াইকনা মরাং কায়না পানবা, "অসি অনা লৈহন্দনা শাথোঙ লাম্থোঙ থিংহন্দনা মুংঙাই মরাং কায়না কুইনা শাংজা অহোঙ অচাউ থোকনা নূপী নিপা অনীমা পুকনীং লৌশিং থোকনা হয়াউ ঙয়ামনা ফিশেং চাকচা বাক্তনা পানহয়ে।"—মশিন।

**অহোং তানকংবা**, মুংঙাইবা কংবা।

**অহোঙপুং**, ঐতিহাসিক ওইবা য়াবা থৌথোক নীংশিংনবা পুং কুথোম্নুনা মৈ তৌথিবা মকম।

**অহোঙ লৈয়েন থৈজা**, কুম্মৈ তৌনবা অহোঙ মুম শাতুনা।

**অয়াঙ কমথৌ**, কমলুপ অমা, "পোইরৈথোনে ঙয়মথৌনে অসিবু কংলা অয়াঙ কমথৌ কৌএ।"—লোঃ শিনঃ।

**অয়াঙবা**, মুংশিং, মালং, খু: ৮২১ দগী ৯১০ ফাওবা মণিপুরদা পাল্লবা মৈতৈ নিংথৌ, "শারি লাংথোং চোংবৰু ৰাংমা লান্না চোংএ হায়ৰগী অয়াঙবা শারি লাংথোং চোংবা কৌএ। মহাক্কথক্তা অয়াংপল্লী থোল্লম্মে।" চৈঃ কুম্বাঃ।

**অয়াওবা**, (১) অথৌবা (শেলোয় লংমাইনা হায়নবা), "শেলোয়না ৰাহায়না লংমাইনা তেংথানা অথৌবৰুদি অয়াওবা-ও তৌমা কৌএ। ইপন শেলোয় অয়াওবা ইতু লংমাই অথৌবশিংও নথোয়না চীংশাং পনদা লাউ তাউবা কাঙদেন শূনা য়িমলেন শাইগঙ কোয়বা অসিবু", নাঃ ক: কাঃ। (২) খোমজিন পৈশিনবা, "হয়িঙৈদা খোমচিন পৈচিনবৰু অয়াওবা কৌএ।" —নিং: লম্বু: । (৩) চাগন থক্কনবা।

**অয়াকপা**, ঈকাইবা, "হয়িঙৈদা ঈকাইবৰুদি অয়াকপা-ও কৌএ।" পোঃ খুম্বোক:। অকনবা ৰা, মহাউ মখল অমা (উতি চাবগী মহাউগুম্বা)।

**অয়ানখাক**, হান্না য়াম্থোকপ্রগা লৈহৌবা শরুক।

**অয়ামচা**, অথৌবা, থৌনা কবা।

**অয়িন তাম্বা**, ফাইগ্গবা মরাং কায়না লৈত্তবা, "চরৈ ফিনা অয়িন তাম"—খু: কংলৈ:।

**অয়িম**, ইয়ুম।

**অয়ুক য়েন্দামাঙ**, য়েন থোংগ্রিগৈ অয়ুক য়ামনা ঙনবা মতম, "অয়ুক য়েন্দামাঙ অঙনবদা চরৈ ফিঙৌ শেং চীংঙু লাকথোং কানা" হিঃ হিঃ।

**অয়ুম**, ইয়ুম।

**অয়ুমনাক**, ইয়ুম।

**অয়েং কায়বা**, ঙাইবা কনবা।

**অয়োন অরান**, লঙজবা, মরান।

**অয়োনবা**, অরানবা, লঙজবা।

# আ

**আথা কায়না**, নীংবা কায়না।

**আরাম মীচম**, "আরাম নূপীগী ফিশেৎতি থানিক থানাকনে।" মশিন।

**আরে**, মেরা থা, "লোইদাম আরে মেরা থা-ও কৌবদি কদোনোংগীনো ?"—থাঃ।

**আরো হঙোই**, "লংমাই থান্নে লৌপাক মনম শীন্না আরো খোঙ্কেন লাউমা হঙোই মনিল নাইনাত্তি ঈঙা কুমচেল লৈ য়িংঙেল কুমথাই লাউনা লোইতাম কুমহোৎরকএ।"—খোঃ নোংকাঃ।

# ই

**ইকাইফম**, ইফম, ঐগী লম।

**ইখৈমবু**, ইথৈ ফংনা।

**ইখোন**, ঐগী খোঞ্জেন।

**ইখোন হান্না ফাৎপা**, খোঞ্জেন খোক্তবা।

**ইখোয়**, ঐখোয়।

**ইংখোল কৈক্রোয়**, শম্বল।

**ইজি, কাংমায় শীৎপা**, বাই তৈবা।

**ইঙম**, ঐগী খোদাং।

**ইঙম তম্বা**, ঐনা লাওজবা।

**ইখুৎশি**, ঐগী খুজি, ঐগী খুত্তা শিবা খুজি।

**ইঙাই**, ঐগী ঙাইশেন।

**ইঙাই ঙাইরংচান**, ঐগা য়ামনা লোন্দিন্ননা চান্নবা ঙাইশেন, "লুবাং খুম্বিবদি থায়না ঐগী ইঙাই ঙাইরং-চায়ে।"—পোঃ লুঃ।

**ইঙাইরোয়**, ইরোয় ইনাউ।

**ইঙারুক**, ঐগী য়েরুবা।

**ইঙেল লৈথেৎ**, চুংদা থেৎপা লৈতেং।

**ইঙো**, মশক নাইবা কন্নাইবা থরদা কৌনবা মিংগৌ, "সেনাপতি, মন্ত্রী অনীমক হাও আরান্না ওইরবদি ইঙো কৌনৈ ; পাখংবগী কমলুপ পুথ্রন নোংখোনবা অনীবুম্সু ইঙো কৌনৈ ; মহারাণীগী মপা ওইরবস্সু মবুং ওইরবস্সু অমত্তংদি ইঙো কৌএ।" কমঃ মিংঃ।

**ইঙো অঙৌপানবা**, অঙোম নিংথৌ, অঙৌপানবা।

**ইচাউবী চাইরানবা**, পি তাবা।

**ইচাম্বা**, খুড়া।

**ইচাম্বী**, ইন্দোনমচা।

**ইচামা**, ইচীন ইনাউ।

**ইচারোন**, ইচা মরোন।

**ইচি**, ইয়াম্বা, ইচীন ইনাউ, "ইচি থমলাং পামশবা নঙস্থ কৌবা মাপৎ লৈনবা শানন চাইবা হাঙকুথাং শনথিনববু কাইনা হুনবা-ও কৌসে।"—নিংঃ লম্বুঃ।

**ইচিকলুং**, অমম্বা মকম, অচিকপা মকম।

**ইচি ঙাই**, ঐগী তাদগী মঙাই।

**ইচীং**, ঐগী চীং, ঐখোয়গী চীং, ইয়ুম।

**ইচীং হনরাইবা**, ইমুমদা হনবা।

**ইচুম্মা**, পাখৌ, ঐগী ইরূপ, ইতাউ "হয়িঙৈদা পা-খোও কৌবদি ইচুম্মা-ও কৌএ।"—নিং: লম্:।

**ইতাউরেন**, লাই অমগী মিং।

**ইতিক**, ইওল, ইগুণ।

**ইতুরেগী**, ইরাইবকনা তমলকপগী।

**ইতেঞ্চা**, ঐহাক্কী তেন।

**ইতোম**, ঐহাক ইথন্দা "ঐগী তালোয় অপাম্বী য়াও-রৈবা চম্বু লাইরেন নাউথম্বনা মুনখিরবগী ইতোম কোয়ো থোইনা য়েং ৱাংবন পাংনা য়েং মালেম লৈবু হোৎনা নোংথোইরিএ"—চেং লৈ:।

**ইতোম্মা**, ইথন্দা, ইতোমদা।

**ইতোম লাইশেংচরোবা**, ইথন্দা হিংহৌবা, ইতোমদা নাম্বোকহৌবা।

**ইথংলেন**, ইপুরোইবা, ইশাবি।

**ইথোকলকপা**, মথোক কাখৎলকলিবা ঐহাক।

**ইথোকলকপী**, মথোক কারকপী ঈনখৎলকলিবী নুপী।

**ইদাইরেম**, ইনাই অচানবা "হে ইদাইরেম তনবা মুংবান ৱাংমিৎখ্ খুংহৈবা লুৱাং ৱাংমনাউ শিনহৈবা নবিঙভাবু লাউ-ও"—হিঃ হিঃ।

**ইদু**, ইবুং, ইকপ্‌া।

**ইদু কাইনা**, ইশম হৌবা তু।

**ইদু নিংথৌ**, ইকপ্‌া, "মকম কদাইদগী লাকপনো হায়না পাউহংলবদা বিরাট লৈমাবীনা হে ইদুনিংথৌ কীচক পাংগনবাও, মাগী ফম্বীরেন্দি হস্তিনা মপুংয়ায় কৌরকএ।"—বি: প:। ইবুং, তাদা, "ইদু নিংথৌ মালেম লৈশেম্বা নমু পোংলিংবা তল্লা উ থাবা, পা-মেল উ লিংবা নওবু পায়মা করিগী নীংতে নীংহন্ন-বনো?"—পো লু।

**ইদু লোকলৌ তাক্তিনথক**, নাহা ওইরিঙৈ।

**ইধ্ম (ইন্ধন)**, পে।

**ইন্তানখিবা**, য়োননবা চৎখিবা।

**ইন্তাল্লকপা**, লাকপা।

**ইন্নথা**, ৱাকচীংথা, "খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চীংঙু নামুং-বদি অৱা ইশৌ লাংবা খাওক্সে অচু নোংগীবু লোই-দাম ৱাকচীং ইনথম থা-ও তৌনা কৌএ।"—থা।

**ইন্থৌ**, নিংথৌ।

**ইন্দানবা**, য়োননবা চৎপা, ফংনমবা চৎপা, "পোইরৈ মুনা পুংবু ইন্দান্নকলে"—লনা: লাই:।

**ইনিংথৌ**, ঐথোয়গী নিংথৌ।

**ইনুং**, অহিং, মুংদাং, "লাইরুকলেৰীদি অমম্বা খোং মপান্দা লৈঙোই চংলে মথক্তা ওন্দনা ইনুংলেন্লে।"—হেঞ্জ:।

**ইনুং কৌবা শোয়বা**, নোংঙানবা, "ইনুং কৌবা শোয়রবদা ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা ৱাংখৈ ওকথিয়াম মরৈকাইশিংও নখোয় লাইরেন ইচীন ইনাউগী তরা চাপুম হিক্তুপ থনবৰু হুখিরে।"—তুতেং:।

**ইনুং খোমলেন মঙলানচান**, মঙ, অহিংদা মঙবা মঙ "ইনুং খোমলেন মঙলানচানগুমএ।"—লাং: শ: থা:।

**ইনুং ঙানবা**, নোং ঙানবা "ইনুং ঙাল্লে হায়রগা তরা চৌবৃপুঙদা মনাই লনহাম্বগা চীংঙু মায়োক্লরে।"—সনা: লাই:।

**ইনুং চীথোঙ**, চীংখৈ হুনবা।

**ইনুংচঙ**, ঐনা য়ামনা পাম্বা, "ৱাকয়ৈ ইখুনেৎ তোং-জেং ইনুংচঙ অসিবু ৱাকয়ৈ কনাবু হান্না হিদোং-হাক্সনসিবনো।"—হিঃ হিঃ।

**ইনুংমদা**, নোংমগী অহিংদা।

**ইনুং মিশেং খাওবা**, অহিং তুমদনা শওবা, "হৈরেম কাংবিশূ অথৌবদি অনা লাইপোৎ ফারবগী মিৎয়েং নাউগুমদা ইনুং মিশেং থাওনা লৈথিসুনো।"—চায়:।

**ইনুং শিলয়োমমুং**, মূম, পূক, গর্ভ।

**ইনুং শোরা ঙানবা**, নোংঙানবা, "ইনুংশোরা ঙাল্লক-লে।"—হেঞ্জ:।

**ইনুং শোরা তৈবা**, নোংঙানবা।

**ইনুং শোয়বা**, অহিংচুপ্পা, অহিং নোংশোয়বা, নোং-ঙানবা, অহিংগী মতম লোইৰা, "খোইমোম লাইরুপ ক্তয়েৎমানা ইনুং শোয়বনা হাল্লগনে ইপা সোরারেনগী লাইরৈপাক্তা কারগে চরৈ কি পীয়ো"—চায়:।

**ইনুং শোয়ায়মা**, অহিং চবুক, নোংয়ায়, "দ্রৌপদী অচুম্বীনা অর্জুন ময়াথংবু লুদা থোংনা ইনুং শোয়ায়-মদা মশাবি ভীম পাংগনবগী তরা চাকথোংশওবু ইন্তানখিরে।"—বি: প: (মহা)।

**ইনুংহকপা**, ঈশিং অরুবা, থেন্দবা।

**ইনেম মচা**, ইনেম্বোক্কী মচা, ইপুরোইবা, ইথংলেন, ইশাবি, "ইনিংথৌ অদোন পুক্তিবা-ও নদাইরেম থং-লেন ইনেম মচা চথা মোইরেম্বদি নোংয়ায় নিংথৌ নথৌথাগী হৈরেম মপুংয়ায়দা নোংমল্লে"—চায়:।

**ইলোংথৌ**, ইনিংথৌ, ইবুংঙো, ইপুরোইবা।

**ইলোং লোংশীং শুরবা**, ঐগী মুমিং তুরবা।

**ইলোংয়ায়**, ইশু, "লাইরেম ইনোংয়ায় নওদি লাংগোই শায়াওথক্তা করিগী লক্করোই নোংথোইরগো লাক-শিকও।"—সনাঃ লমঃ।

**ইলৌকাবা**, পুকনীং মুংঙাইবা।

**ইপন**, ইপা, ইমা, "ইপন পলেম ইমা-ও মালেম লৈদ। ওয়া মীকপলিবা অসিবু পলেম কয়ি ৰালো?"—উঃ (রাঃ)। ইপাগী ময়াম্বা।

**ইপন লোন**, ইমা, "নদাইরেম ঐদি ইপনলোন য়াং-গোইস্ন লিনকোয়গীনে"—থোঃ হিঃ।

**ইপন শাৎমাম্বা**, ইপা অপোকপা।

**ইপাউত্তাক**, ঐগী পাউত্তাক।

**ইপাচা ইয়েন্নু**, ইচা ইশু, ঐগী ধারা নালা, "মুংবান ইপাচা ইয়েন্নুশিংও য়োয়ময়ায় লাইরেন তাউরোইনাই মুমিৎ মতাং তেনখরে।"—হিঃ হিঃ।

**ইপাতাউ**, ইতাউ, ইপিজা, ইরূপ, ঐগী মরূপ, "লোয়না ঐগী অপাম্বা হোডনেম লুবাং খুম্বিবদি থায়নঃ ঐগী ইঙাই ঙাইরাংচান শেলোয় ইপাতাউ অচেৎপা মহাকনে।"—পোঃ লুঃ।

**ইপাতোন**, পাবুংতোন, খুরাতোন।

**ইপাম্বাবা**, অঙাং পোকপা মুমিত্তগী তরুকনি শুবা (ইপাম্বাবা) মুমিৎ, ইপান মুমিৎ।

**ইপান মুমিৎ** ষষ্ঠী পুজা মুমৎ, পোকপা মুমিত্তগী তরুকনি শুবা, ইপাম্বাবা মুমিৎ।

**ইপাল্লাংবা**, ঈশিং শোকপা, লাইজা ইপাল্লাংবা, "কোরৌ মুমিৎমাদি তাল্লোয় মরুম্বীনা কৈজ্জা পোপ-তেক লৈ, পুল্লাং লুরোইথোং লাইজা ইপাল্লাং, ইমু ময়োন শৎ লৈরাই হুইশোন কারকপদা খুাই নোং-জেংবেম নাইচা য়েকমা হাওদংলান নমু পোংঙা-রাজানা লীরি থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাকমা পান্দববু পুল্লাং ময়ায় থায়না কাপথায়রে।"—মুঃ কাঃ।

**ইপারি**, ইচানিপা।

**ইপারি উনৌ কোন্দে কোম্না ছনবা**, ইচানিপা অতোম্বা।

**ইপারি চীংবন খোমোন অওম্না**, ইচানিপা কোকহন লাইহম, ইচানিপা অহল, "ইপারি চীংবন খোমোন অওম্না নওমুও পারি উনৌ কোন্দে কোম্না ছনবা হুইথাই লীকলু অথেওঙা পারি নপিওঙাবু লাউ-ও।" —পোঃ লুঃ।

**ইপারি লাংলেম রাপীহন**, ইচা নিপা অহল।

**ইপারি লৈরাং অতোম্বা**, ইচানিপা অতোম্বা।

**ইপারী শাৎতা ইয়োম ফুয়দবা**, ইচা নিপা, ইচা নূপী পোক্তবা।

**ইপারী ইপুরী**, ইপা ইপুগী বারী, অহল্লমনগী বারী, "ইপারী অরুবা ইপুরী অচেৎপা বারী লমদাং শাংনা হানবা থুমুং পুৰারী অমনবনে।" — শাঃ লঃ।

**ইপিঙঙা**, ইবিঙঙা, ঐখোয় অনী।

**ইপী**, নিংথৌগী মমাউ ইবেম্মা "লংমাইথেম লোই-জাগী কুম শক ১৬৪৭ লাংবম থা ২১ দি য়ুমশকৈশদা ইপী লাইরিকয়েংবীনা মচা ইবুংঙো পোকএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ইপুং**, ইরৈবাক, "ইদাইরেম অথৌ-লিচা হেপ্পা থাম্নাং কোন্দাইলোনবশিংও কেগে ইপুংতাক মোইরাং ইরৈ-কায়বনা হাল্লগনে।"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**ইপুংয়ায়**, ইরৈপাক, "চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্লা তেথাউ ঐগী ইরৈপাক ইপুংয়ায়দদি লেপনা মালেম তম্পাক লৈতারকলবনে।"—চীংঃ শাঃ কাঃ।

**ইফমলেন**, ঐগী ফমফম, ঐগী ইফম।

**ইফাই চনবা**, ঈরাকপা, ঈশিংনা লাকপা, "লাইজা ঈরানবদা ৰাকয়ৈ ঈফাই চল্লে।"—নিং, লম্বুবা।

**ইবনাই**, ইনেম্মচা।

**ইবিংঙা**, ঐখোয় অনী, "ইবিংঙা লৈরাং খাইন-রগনে।"—পোঃ লুঃ।

**ইবুংথৌ**, ইয়াম্বা, ইনিংথৌ।

**ইবুংথৌ মোংথৌরেন পুমাবা**, ইনিংথৌ, নিংথৌ-রেন, নিংথৌরেন অথোইবা ইবুংঙো, লৈবাক্কী মপু নিংথৌ।

**ইবুংশি**, নিংথৌমকনা পোকপা নম্ববা মশু নত্রগা শূথাও, মিংথেম্মচা, "মহারাজ ময়াম্বা (গৌরশ্যাম), মহারাজ চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) অনীমক্কী হাকথক্তা মিংথৌ মচা য়ামলবদা নূপী য়ামলবদা ৰাংথৈ পণ্ডিত পাচহনবা, ৰাহেংবা, লোয়েম্বা, ঙাম্বকশাবা, থাঙেনবা মঙামকপ্ন কোদনা নিংথেম্মচা অয়াম্বা অসিবু কয়ি হায়মা চৎসিবা (কৌশিবা) হায়রবদা পণ্ডিৎশিংনা থুমথি নিংথৌমকনা পোকপা মচা মথৈদি সনা ইবুংঙো শীজ, সনা ইবেম্মা শীজ হায়না চৎকনি, তফা হাপ্পদি মহারাণী মচাদনে, নিংথৌ মচা অয়াম্বদি নিপানা ইবুংশি, নূপীনা শীজ হায়না চৎকয়ি হায়রবদা মহারাজমা চৈরোপ অঙথা পুল্লমক্তা হায়দোক্কমা

চংহনথি" (কমগী মিংগৌ)। অলিগী মমাংদা হায়বদি মহারাজ গরিবনিৱাজগী মতম অমসুং মতুং কাওবদা নিংথৌমক্কী মচাদা ইবুংশি কৌনবমী।

**ইমান,** ইচু, মামা, "ইমান মণিপুর পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ চোয়নৌ সনা চোঙতোনলেনগুম্বা-ও"—চীং: শা: কা:।

**ইমান কৌবা চীংথংলাং,** চীংখৈ পাংবা লাইগী নিংথৌ।

**ইমান মচা,** ইথংলেন, ইশাবি, ইকুবোক্কী মচানিপা ইবা ইপুথোয়বা, "ইমান মচানা শমু খুত্তা শূরকপা অসিবু কবিনো ?"—চায়:।

**ইমায় নোংনেম লাইনা পাংবরম,** ঐগী মায় অৱাং ওম্না।

**ইমিঙ ইমাঙ,** ঐগী মাঙ তুং।

**ইমিঙ থোঙ,** মনীংথোঙ।

**ইমিঙলোয় হঙবা,** চৈবাপক্কী কম অমা, নিংথৌ পোংবা তবাগী মচুংদা অমা, "মদাইবেম ইমিঙলোয় হঙবগা অনীনা মিৎয়েং শানখৈববগী"—নিং: শা:।

**ইমু,** লোক্তাক (পাৎ) মপান্দা তাবা খুল, "ইমু ইঙৌসুঙ তায়ৈ ... ... ইমুনা কোন্না থোইএ।" —চৈ: কুম্বা:।

**ইমু খোঙ্গাওনবা,** ঈরোইবদা খোঙনা ঈশিংদা কাওবা।

**ইমু খোঙ্গাওনা ইঙৌ শারাইননা,** ঈশিংদা খোঙনা কাওদুনা।

**ইমু খৌহক্লবা,** ঈশংদা ঈবাক্লবা, "খোংচি চুংলাইবম চমু ঙাবা ঙাওইবী ৱাকয়ৈ হিপান লামু লাময়োনবীনা ইমু খৌহক্লনা নোংমনবাই" — চা: লা:।

**ইমু খৌয়েক্লবা,** ঈশিংদা ঈবাক্লবা, "ঐদি লাইজা ঈদা হৈত্তবগীনা ইমু খৌয়েক্লনা নোংমনঙৈনে।"—তুঙেং:।

**ইমু তোংগচিংবা,** ঈ থকপা, ঈ চুপ্পা, "পোনবা নত্তনা শাগন তুকাং কুবা, পানবা নত্তনা ইমু তোংগচিংবা অহিং কাঙবী লোয়াম্বীনা কাঙবী লাংকপ লাংকপ তোংএ।"—ধ: লা: নীং:।

**ইমু পাকত্তক্লবা,** ঈ য়ামনা থোকপা।

**ইমু ফিরাক শাবা,** ঈ য়ামনা থোকপা, "ইমু ফিরাক শানা পায়মা নিংসা শথহোয়না শিশরঙমগে।"—চা: লাই:।

**ইমু ফিরাক শাবা ঈঙৌ পামফেল্লবা,** ঈ ঙাক্তা ঙায়বা, ঈ য়ামনা থোকপা, "পানবা অথৌবা কৈরেন য়েকলাবনা ঙথল্লে, ইমু ফিরাক শা ঈঙৌ পামফেল্লরে।"—চেংলৈ:।

**ইমু মঙাও হৌবা,** ঈশিং খংচাউ চাউবা, "লাইজ মথি নাই ইমু মঙাও হৌএ।"—ধ: লা: নীং:।

**ইমু মচেঙ খোম্বীবা,** পোকপিবা, মরু হনবিবা, "ইমু ঐবু মচেঙ খোম্বীবা ইপুংগু তা-ও।" — পো: লু:।

**ইমু থকলম খত্তা,** ঈশিং কংলম কংকাত্তা।

**ইমু ময়োন শৎপা,** ঈশিং হাইদোকলগা শোকপা, "লাইজা ইপাল্লাং ইমু ময়োন শৎ লৈরাই হুইশোন কারকপদা।"—মু: কা:।

**ইমোইমু,** লাইরেম্মা অমা।

**ইমোম,** ইচা নূপী, "ইমোম য়োয়বু নোংথাঙ লৈমা নঙসুঙ ইপাবিগী শমু নাক্তা শেল্লরো।"— পো: লু:।

**ইমোম লাংলেন,** (লাংগী মশক ওইবী) ইচা নূপী।

**ইমোমলোন,** ইচন নূপী, ইচা নূপী।

**ইমোম শানম ঙাইথিংতোন,** ইচা নূপী অতোম্বী।

**ইরনকু,** ইথৌজান, ঐগী থৌজান।

**ইরম,** ঐগী লম।

**ইরমখৈ,** ঐগী লমগী অরোইবা শকক, ঐগী সীমানা।

**ইরমশাং,** ঐখোয়গী লমগী লমশাং।

**ইরাই ঙানবা,** ঈযায় ঙানবা, ঈশিং ইপোম হৌবা।

**ইরাই ফুনবা,** ঈয়ায় মেনবা।

**ইরাকলৌ,** ঈশিং লৈবা লোকম।

**ইরান,** ঐগী দোষ, ঐগী অশোয অঙাম, ঐগী মরান ঐগী লান, তঙাইফদনা থেংনদবা য়াদ্রবা ঐগী নত্রগা ঐখোযগী লান, ইয়ুম, ঐগী য়ুম।

**ইরান খাক,** লান্দা ঐনা ডমগ্রবা ইথুংখাক।

**ইরান লোমলেময়াই,** ইয়ুম, ঐগী য়ুম, "নমু ঐগী ইরান লোনলেময়াই অসিদা নিংথৌ নতোম্মদমা কবম ৱাইথুংলবনো ?"—বী: প:।

**ইরানরায়,** ইয়ুম।

**ইরাল,** ইয়ুম।

**ইরুম,** ইতু, ঐগী নূপী।

**ইরুম্বী,** ইতু।

**ইরেং,** থায়নগী, ইপু।

**ইরেং পুরারী,** থায়নগী অহল্লমনগী ৱারী, "লাইরিক অসিদি থমলাংপা ৱারী ইরেং পু ৱারীনে।"—পুদীন।

**ইরেনপুং**, সমুদ্র।
**ইরেল**, ঈশিং অরুবা।
**ইরৈকাই**, ঐগী লৈকোক লৈকাই, ঐগী লৈকাই।
**ইরোন**, ঐগী লোন, ইমালোন।
**ইরোন পাউরম তোইয়াম্বা**, বা অচুম্বা ভাঙদবা।
**ইরোয়নবা**, লোয়নবা।
**ইলহম**, য়েম্পাক।
**ইলুম**, য়েম্পাক।
**ইলুম শোক্তোঙা**, য়েম্পাক, য়েংখুং।
**ইলেন থানবা**, পে থানবা
**ইরাক চামদরিবা**, ঐগী কুচু কুমেন মাঙদরিবা।
**ইরাকমা**, লাইরিক লেংবা ঐহাক।
**ইরাং**, মোইরাং।
**ইরাং পুংকারোন**, মক্কি মরোন লৌথোক্নুনা থম্বা।
**ইরাং পুরিকলাই**, মোইরাং নিংথৌ।
**ইরাংলোন**, য়েক মোইরাং (অরিবা) ওইবা য়ুমনাক্কী নিংঙোন, মোইরাং চম্নু, "শ্রীপঙ্কযুক্ত মৈতিংঙু মার্জিৎ নোংপোক ৱাইরং পামহৈবনা......শ্রীমতী মহারাণী ইরাংলোন নিংথৌখোংজম চম্নু কুমাবতী লৈরিক শাইপু ঙম্পানে...... ইবেম্মশিং ৩১ মক্সি পান্নতুনা ইবেম্মশিং ১৯ দি শোইনাইদে।"—শঃ ফম্মাং।
**ইরাংলোন চথা তাংখুন ঙম্বী**, মোইরাং চম্নু, "ইরাংলোন চথা তাংখুন ঙম্বী হায়না ভেংথাবদি মোইরাং চম্নবু থাএ।"—পেঃ ভেংথা।
**ইরাংলোন লৈরি লৈশংখোম্বী**, মোইরাং চম্নু, "ইরাংলোন লৈরি লৈশংখোম্বী হায়না ভেংথাবদি মোইরাং চম্নুনে।"—পেঃ ভেংথা।
**ইরান**, য়েম্বাং থোংনবা চফু।
**ইশঙ**, ঐগী শঙ।
**ইশঙ লৈনা থনবা**, শঙ থনবা, শঙ শাবা।
**ইশঙ লৈনা শাবা**, ঐখোয়গী শঙ শাবা, ইয়ুম শাবা।
**ইশজাই**, ইয়ুম, "কোল্লোয় ইশজাইবু থাম্বী মৈপোক থোকলকলে।"—ধঃ লাঃ নীংঃ।
**ইশানৌ**, ইনাউ, ঐগী নূপী, ইরুম, ইতু।
**ইশানৌ লৈরাং অতোনবা**, ইনাউ নিপা অতোম্বা।
**ইশানৌ লোয়রক অথুবা**, ইনাউ নিপা।
**ইশাবি**, ইথংলেন, ইপুরোইবা, ইয়াম্বা, "থোইয়ম ইশাবি-ও কার থোয়নো কল্লকএ।"— পোঃ লু। "ইশাবিবু ৱাফয়ৈ লুদা তোংহল্লো"— হিঃ হিঃ।
**ইশাবি লাংলেন ৱাপীহন**, ইয়াম্বা অহন, তাধন, "নোংয়ায় ইশাবি লাংলেন ৱাপীহন শোয়রেন হান্না লৈফাওবা-ও।"—ধঃ লাঃ নীংঃ।
**ইশুংলাং**, ঐগীদমক, ঐগী মরমগী।
**ইশূ**, ইনোংয়ায়, ইচাগী মচা।
**ইশূরোন**, ইশূ মথং মথং, ইশূ মরোন মরোন।
**ইহন**, ঈশিংগী ইহন।
**ইহন পাউহন্নবা**, হংগৎ হন্দা পাউচৎপা।
**ইহনলেন**, ঈশিংগী ইহন অচৌবা।
**ইহম**, য়ুমগী যাত্রা, "য়ুমজাতগী ইহমদা থুংহল্লো।"—খুঃ থিরেন।
**ইহুইরোই**, ইমৌনূপী।
**ইহুইরোন**, ইমৌ নূপী, ইচা নিপাগী মতু।
**ইয়াম্বা**, ভাদা।
**ইয়ু**, ইবুধৌ, ইপু, "ইয়ু তুবী য়োইনোংতা মোংদা লাইরেন পাখংবগী তুবী হৈনা লৌ লাইরেন য়েকতম লৌবৰু লোয়োলঙমগবরা।"—নিংঃ শাঃ।
**ইয়ুরা**, ইবুধৌ।
**ইয়েল্লু**, ঐগী ধারা, ইচা ইশূ।
**ইয়োং**, ফি শানবা য়োঙথম।
**ইয়োং কোংদিং থাবা**, ইয়োং ভিংবা।
**ইয়োন**, ইবেন।

# ঈ

**ঈ**, ঈশিং, "নিংথৌ মুংয়াং চাউবা ঈকা ৱাইথং নেন্নবনা ঙাইতে পন মরুদা লাইজা ঈয়োককোমবু শেমনা ঈ য়োকএ"—চায়ঃ। হকচাংগী ঈ, মচামশু, ধারা, "ঈ তাদে"—শঃ কম্মাং।

**ঈকাইখাঙ**, কাঞ্চন।

**ঈকাই শেঙ্গোয়বা**, ঈকাইবা নংবা, মীমাঙ কম্বা, "অসাইঙৈগী লানশোকবাদি হৈরেম মপাচা খুঞ্জান ময়েল্লবু ঈকাই শেনগোইবগী পাউতাক্কনা অনা লাইরম খঙদ্রে"—চায়ঃ।

**ঈকাই শেঙ্গোয় হাঙবা**, ঈকাইবা ৱাংমা লানবা।

**ঈকৌবা**, লাই হরাওবদা মাইবা মাইবীনা ঈশিংবগী থেমগত্তুনা লাই কৌথৎপা।

**ঈখিন তৈ**, ঈশিং খিনবা।

**ঈখেং**, ঈ মতুম মতুম, "ইমু কীরাক খায়না নমু তোংশা শেংনা ঈখেং থকলরে"—হেঞ্জুং।

**ঈখৌরাংবা**, ঈশিং খৌরাংবা, "লাইজা ঈখৌ লাং বনা মোংবা তুয়া থিবা"—ধঃ লাঃ নীং।

**ঈঙাঙ**, ঈ অঙাঙবা।

**ঈঙাঙ পাকতক্লবা ইমু পামফেল্লবা**, ঈনা লৌখোং ওইনা চেনবা, "থানকমদা অঙৌবা লোংমদি য়াত্তাদুনা ঈঙাঙ পাকতক্লা ইমু পামফেল্লমলে"—হেঞ্জুং।

**ঈঙাঙ ফাফেল্লবা**, ঈ ঙাংশং ঙাঙনা তৈবা, ঈগী ঈ ঙাক্তা তৈবা।

**ঈঙৌ**, তুরেন মপান্দা তাবা খুন, ঈরম্মু ঈঙৌ কৌএ"—কমঃ। ইমু ঈঙৌ তান্নবা—লোক্তাক (পাৎ) ময়াদা তাবা মীগা তুরেন মপান্দা তাবা মীগা হীয়াং তান্নবা।

**ঈতব্বা**, ঈশিং লুবরা থেনবরা য়েংবা।

**ঈ তাদবা**, মচা পোক্তবা, ধারা লৈতবা, "ঈ তাদে"—শঃ কঃ।

**ঈতোম**, ঈমৈ, "ঐদি হাওয়েন ঈমৈ খৈবা য়াংগোই ঈতোম ঙাকপনে"—চায়ঃ।

**ঈথক ঈফেল**, ঈতৈমা।

**ঈথক্লবা**, ঈশিং থক্লবা।

**ঈনপুকল্লুং**, ঈন মল্লুং, "লেমলৈ চাউথোইবা শয়েং মীমানবা অত্তুবু মোংবা ঈনপুকল্লুংদা চল্লবগী"—ধঃ লাঃ নীং।

**ঈনফুই**, ঙা ফানবা ঈল।

**ঈনফুই তোনগা লংবা**, ঈল নংবা, নিপা ঈন খোনবা, ঈল হুনবা, "ঈনফুই তোনগা লংনা লাইজা ঈমায় শীন্না হুম্বরকপবু"—ধঃ লাঃ নীং।

**ঈনফুই মায়রং শোনবা**, ঈন শোনবা, "মোমন্থু তাল্লোয় মরুব্বী শেদৌ তৌঙাম হোইহোইবীনা মোমন্থ ঈনফু মায়রংশোন, তিল্লাং হাইশিংননা লেমলৈ ঙাচোপ থেম্বদা"—চায়ঃ।

**ঈনিফু**, লাইগীদা ঈশিং থম্নবা চফু, "হাকুম লাইজা ঈনিফু অমনবদা শেকপী শেনবাং তুমিৎ কাঙ কৌজেং হারৌ পুম্বমকপু ফুরেপ ঙাঙ্গোই থন্না শিঙমলে"—শময়ঃ ঙঃ।

**ঈনৌ কাবা**, মুংঙাইবা, অমুক নৌবা হেল্লকপা, ঈশিং ঈনৌ ঙাবা।

**ঈনৌ কারকপা**, ঈশিং ঈনৌ তারকপা, "লাইজা ঈনৌ কারকপদা হুপনৌ খাঙতপ য়ায়রকপদা চাক্তাবা"—নিংঃ লম্বুঃ।

**ঈপাক**, ঈশিং অচৌবা।

**ঈপাল**, ঈশিং ময়া, "খুঞ্জানা ঈপাল্লম লান চৎলে"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ঈপু লাৎপা**, ঈশিং লাৎপা।

**ঈপোকপা**, ঈশিং পোকপা।

**ঈফাই চনবা**, ঈশিংনা লাকপা, "ইশাবিবু লাইজা ঈফাই চনগনে"—হিঃ হিঃ।

**ঈফুকম**, ঈশিংদা শান্নকম।

**ঈফুবা**, ঈশিংদা শান্নবা, "তীংই নাউসং ঈকপলে, ঙামু খেরাংথাংমদি ঈফুরে"—কুমঃ শৈঃ।

**ঈফু শান্নবা**, ঈফু নাত্তুনা শান্নবা।

**ঈরম**, তুরেন তুশাং, ঈঙৌ, "ঈরম কৌবদি তুরেন তুশাং তাববু কৌএ"—কমঃ। "ঈরম্মু ঈঙৌ কৌএ"—কমঃ।

**ঈরম তরেৎ**, ১। খাখোং, ২। লাইখোং, ৩। ময়োংখোং, ৪। মুংজেং, ৫। লাঙ্গোনগী পুন্সিখোং, ৬। তাকনা পুরুকশোবী, ৭। মন্ত্রী পুন্সিবগী পুত্রী (হৈরোক্তা লৈবা হৌজিক লাইরেন কোম হায়না খঙনবা) নিংথৌ কব্বাল তোংবনচিংবদা হায়য়িবা মকমাশং অসিদগী ঈশিং শোকই।

**ঈরাই**, চয়োমগী তরুকনি শুবা হুমিৎ, সগোলসেনগী মথংগী হুমিৎ।

**ঈরাঈ লৈমা**, ঈশিংগী লাইরেম্মা।

**ঈরাৎ থেল্লাৎপা**, ঈরাৎ পূজা তৌবা, "ঈরাৎ থেল্লাৎলবগা কংলে লমথোনলে, অতাই পুয়োকএ"—শাঃ লমঃ।

**ঈরাংপুল**, ঈশিং শোল্লবা চফু, ঈরাংপুন তরেৎ ঈরুম্নবা ঙাংথা অমা"—ক্ষান।

**ঈরাৎপা**, পূজা তৌবা, লাই খুরুম্বা।

**ঈরাৎ পুরুম্বা**, খুরুম্বা।

**ঈরাৎ লাংবা**, কম অমা, "লৈশাংথেম কোইরেংবু ঈরাৎ লাংবা হাপএ"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ঈরাৎলুংবা**, কম অমা।

**ঈরানবা**, ঈশিং লানবা, "তন্না চাউথোইবা পামেন বাংথোইববু হোই থিরুরবগা মরাং উকু হন্না বাকয়ে হি ওইরবদি লাইজা ঈরান ঙমদৈনে।"—হিঃ হিঃ।

**ঈরিক থোইয়ুম লাই**, ঈশিংদা লৈবা লাই।

**ঈরিকলাই**, ঈশিং মরিক।

**ঈরিৎপা**, ঈশিং যুবা।

**ঈরুম**, খাংপোক, "লুবাং ইথোয়বু তময়া লোকমায় অহেনবা অসিদা ইরুম খাংপোক লৈমা শানা কোবা য়ায়রেকশে"—হিঃ হিঃ।

**ঈরুম্নবা**, ঈশিং লুম্নবা, "ঙাংথা ২ ঈবাংপুন ৭ ঈরুম্নবা ঙাংথা অমা"—ক্ষান।

**ঈরুম শোকতোঙা**, য়েম্পাক।

**ঈরু লাইশোন**, লাইশোন অমা মাতৃদি—"হা য়ে কোরৌ মচি ঈ, বাংবন মনাউ ঈ, কসা লান্নং ঈ, থাকপা পুরৈরোম্বা পুরাং নাগাবা, থোকমরোক্কী ওন্দে ঈ, থোকমারোক্কী হলবাইবা, থোংনাং নানিরোংবা কেন্দাই ঈ, লৈতুম নৃতুম ঈ, নৃংমু নৃঙেঙৌ ঈ, অবাং কৌক্র অসুপ্পা য়ারক্তগী শিম্বা ঈ, অশাংবম ঈদি বাইচং ঈ, অরাম্বম ঈদি বাইকোই ঈ, নিংথৌ সোয়ারেন, অরিবা, মরিকপী মরিকপা, শনকোনমী শনকোনবা, ইবেন পিথ্রাই থোংগ্রাইবী কাসা অসেম অশা হৈবী নঙনা শেম্বিও, শাবিও, হা য়ে কোরৌকয়াগে।"—

**ঈরু শান্দেংবা**, ঈরুজবা, "ঈরু শান্দেংলবগা শীঙেন লৈয়াম হেক লাইজা খুজোক লোনা"—বীঃ পঃ।

**ঈরু শান্দেংবা**, ঈরুজবা, "ঈরু শান্দেংলে"—হেঞ্জুঃ।

**ঈরেম পুং**, সমুদ্র।

**ঈরেম**, নিংথৌ কাংবগী মচা নিপা অমগী মিং।

**ঈরেম থাবা**, নিংথৌ তরা, লুবাং শলাই, 'ঈরেম থাবা নিংথৌ তরামক্তি লুবাং শলাইনে"—কমুঃ।

**ঈরোইরাই**, ঈরোইবা মফম।

**ঈরোক**, ঈশিং লৈবা লোক, "ঈরোক নিংথৌ নিংথিবা নপন্না মিকপ্পবু তারুগুনো"—হিঃ হিঃ।

**ঈরোক লাইচম**, লোক তায়, "পলেম ইমানা ঈরোক লাইচম খুদিংদা কোয়না মিৎয়েং শানথৈববু তন্না নঙুম্ববু শাত্তরিয়ে"—হিঃ হিঃ।

**ঈল্লেন**, ঙা কানবা ঈল, ঈল্লেন থাকুপ হৌবা লেমলৈ ঙাহা তানববু লাক্তয়ে" হিঃ হিঃ।

**ঈল্লেন থাকুপ হৌনা**, ঈল চিংদুনা; "ঈনফুই মায়রং শোন্না ঈল্লেন থাকুপ হৌনা থারকপবু"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**ঈল্লেন পনঙমগে তৌগুমলবা**, ঈন্দগী নাম্বোকুনা চৎথিগে তৌরবা, 'লেমলৈ চাউথোইবনা ঈল্লেন পনঙমগে তৌগুমলবদা"—ধঃ লাঃ নীং।

**ঈল্লা**, ঈশিং।

**ঈবানবা**, ঈশিং শোকপা (নিংথৌ ক্ষান তোংবগী ঈশিং শোকপনচিংবদা শীজিন্নবা) "হীযাও হিরেম তোংদুনা ঈবানবা চৎলে।"—চৈঃ কুম্বা।

**ঈশিংপুল**, কুম্ভবাশি, ঈশিং হাপ্পবা পুন।

**ঈশোকপা**, ঈশিং শোকপা, "চাগ্রং পোনগ্রং অরনবদা ঈশোকপবু ঈরিৎতবীবু লুম্নবা মপাবি"—উঃ।

**ঈশোকলম**, ঈশিং শোকফম।

**ঈয়া**, ঈশিং মযা, ঈশিং মনাক।

**ঈয়াচাউ**, ঈশিং অচৌবা।

**ঈয়াশঙ**, খাংপোক, "লুবাং মথোয়গী খাংপোক ঈয়াশঙদা থিংলৌ নীংনা তেনা হলবাইদুনা য়ায়রেকথিগে"—হিঃ হিঃ।

**ঈয়ায়**, ঈশিং ময়ায়।

**ঈয়োক কোম**, পুথ্রী।

**ঈয়োকপা**, ঈশিং য়োকপা।

**ঈয়োকফু**, ঈশিং পুল, "কোরৌ হুমিৎমদি মপাম নোংয়ায় শংলৌ চীংদা লাইজা ঈয়োকফুবু অমা তৈনা থিন"—শলঃ।

**ঈয়োংবা**, ঈশিং থকপা, 'কোরৌ নোংশামৈদা থৌদু নৃংনা নন্না তরা চাথংদা লাইজা ঈয়োংখরে"—পোঃ লুঃ।

# উ

**উইপোংদৌ লোনবা,** বা কৈবা।
**উকাক খুমানবা,** নাম্ব ুবা।
**উকুহনবা,** উ হন্দোকপা, "পামেন নঙবু মরাং উকু হন্না মোংবা য়ুমলেন শাইগংখাদা কোরৌ নোংমা-হিবু য়ানগে হায়দে"—হিঃ হিঃ।
**উখা থাবা,** উগী মখা থাবা।
**উখিন্নবা,** উ য়ুংবা।
**উংখা,** উং।
**উত্রা,** কংলাগী শঙ অমা।
**উতোমপোক,** নায়তোম হৌবা উ।
**উথিংতানবা,** কাবা।
**উনকোই, উনগোই,** পুকনীং।
**উনগোইমুং,** পুকমুং।
**উনচিক,** উনমুক ঈংবা।
**উনতরক,** নিংথমথা থা তরক।
**উনতরক রাউতরক,** নিংথম কাম্বী, অঙৈংবা থা তরক অশাবা (ওলাংথা) থা তরক, উত্তরায়ন দক্ষিনায়ন, "ঈশিং পেরে থোকপনে উনতরক রাউতরক্তা কংদবনে।"—চীঃ লাইঃ।
**উনথম,** পোয়নু থা, "লোইদাম উনথম পোয়নু থা-ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো?"—থাঃ।
**উনথমথা,** নিংথমথা।
**উনথম তরক চনবা,** য়ামনা নিংথম্বা, "পলেম ইমা মানবীশিংও নমোম চীংঙু লাইবকথাবী পলেম ইমা ইচাবু চরৈ ফিরোন চোংলবগী উনথম তরক চল্লে।"—সঃ মঃ।
**উনথম্বা,** নিংথম্বা।
**উনথম্বী,** নপ।
**উনথম্বী চাইরাল্লবা,** নপচোবা।
**উনবী,** পুকনীং, "কোরৌ নোংজা থৃদিং তোয়নববু উনবী অপেন নাইদে।"—ধঃ লাইঃ নীং।
**উনবী অদোম লাইফবা,** পুকনীং মরোঙ মরোঙ লোঙবা।
**উনবী কাচক হৌবা,** খোয়দৌ শাউগংপা, শাউনিংবা পোকপা, "খোইমোম কল্লাউ মখৈ লৈতনা উনবী কাচক হৌনা।"—উঃ।
**উনবী খোয়খৈ তানা,** পুকনীং চঙনা।
**উনবী খোয়খৈ তানা রাইচিনবা,** পুকনীং চঙনা তাবা।
**উনবী খোয়খৈ নীকনা,** য়ামনা লুনা চেকাশন্না, জোনে চঙনা "নিংথৌ নঙগী দমকপু মুনি উনবী খোয়খৈ নীকমা ঐবু থৌশীরকএ।"—পঃ সঃ বজ্র।
**উনবী চকম লেংবা,** পুক্তা (খুংলাইনা) লেংবা, "খুবাক তিল্লাই মেন খোকলাং পমশিংননা তিমেন তা হনখিববু লাবা থনুংথিং উনবী চকম লেংজে।"—চায়ঃ।
**উনবী চকম হোংবা,** পুক মথক মথা ওনবা।
**উনবী চাম্নু ফবা,** লোশিং চাউবা।
**উনবী চৈরৎ লৈতনা,** পুকনীং হনবা তৌদনা, নীংহন্নদনা।
**উনবী নিংশিং তাংথক লাইদবা,** অকাউবা লৈতবা, কাউগন্দবা।
**উনবী পরৈবা,** পুকচেন শেগ্না, মপুক মাংবা, "ইশানৌ খোইমোন লাইবু নীংবা অসি উনবী পরৈববু মাল্লে।"—থঃ লাঃ নীং।
**উনবী পুকথোক কায়না,** পুকনীংদা নীংবা কায়না।
**উনগী পুকনীং ইরৈ চন্না,** জান মান তাদনা।
**উনবী পুকনীং চঙনা,** পুকনীং চঙনা, মুন্না।
**উনবী পুকনীং চেৎনা,** পুকনীং চঙনা; মপুকচেন চেৎনা।
**উনবী চৈরৎ লৈতনা,** পুকনীং হনবা তৌদনা, নীংহন্নদনা।
**উনবী পুকথোক কায়না,** নীংবা কায়না, নীংবা থুংদনা।
**উনবী পুকনীং তপ্পা,** মপুক ঈংবা, পুকচেন খোয়জেন ঈংবা।
**উনবী পুকনীং পীনা,** পুকনীং চঙনা, খোয়দানা, "পারি নাউবা অথুবা নঙদি নপন ঐগী ইত্তিক অরুববু কয়না শানথংবনো হায়না উনবী পুকনীং পীনা হয়াউখিয়ে।"—পোঃ লুঃ।
**উনবী পুকনীং পীবা,** খোয়দাবা, "চীংঙু লাইরুপ পুন্নকনা উনবী পীনা পুরুম্বা লাইরিংথৌ।"—মোঃ লাইঃ।

**উনবী পুকনীং লেপ্পী**, পূকচেন চেৎপী।

**উনবী পুকনীং য়াংবা**, পূকনীং তয়াং তশোইবা।

**উনবী পুকমান্নবা**, পূকচেল খোয়জেল ভিন্নবা, মোং বান্নবা "কোরৌ হুনিৎ অমদা উনবী পূমান্নবা বা-তান্নখএ।"—এঃ পঃ।

**উনবী ককমাওনবা**, পুকনীংদা তৌকম খওদবা।

**উনবী মলুং হৌবা**, য়ামনা শাত্তবা, খোয়দৌ শাউ-গৎপা, "লাইরেন উনবী মলুংহৌবা তরা চমাংচাবা নওদি কোলোয় য়াথং চুমদে লাইরেন ঐগী সনা কোলুং চওকরোই হায়খিয়ে।"—সনাঃ লাইঃ।

**উনবী লাংতক্লবা**, পুকনীং ইরাঙ লাওনা।

**উনবী লিতিন্নবা**, পূকচেল খোয়জেল তিন্নবা।

**উনবী লীয়েৎলবা**, পুকনীংদা নিংজিং মাওজিংনবা।

**উনবী লৈখন তাবা**, পুক্তা বাখল লৈবা।

**উনবী লৈখল্লবা**, পুকনীংদা বাখল তৌহোদবা।

**উনবী লৈখন লনবা**, বাখল থেনবা, লৌশিং বাৎপা, বাখল মপুং ফাদবা, "নাউবা ইখোয়বু পায়মা লৌশিং তামনা উনবী লৈখন লনবা মাকোই পূকথোঙ হাঙবা মশেন্নে।"—লাঃ শঃ থাবা।

**উনাইবা**, মপান ফাবা।

**উনৌ**, উ অনৌবা।

**উপন**, উ জাৎ অমা।

**উপন চৈরোঙ**, উপন্না শাবা ফৌ য়ৈমবা চৈরোঙ।

**.উপিন্দ্র**, উপী শীং।

**উপীন্দ্র শীংবী**, উপী শীং।

**উফে ফাক্লোং থাইবা**, উগী কাংথক (কম্পাক) হাবা।

**উফোং ওাকু**, থবানমিচাক, হস্তা নক্ষত্র।

**উমং লাই**, মৈতৈশিংনা লাৎনবা লাইয়িংথৌ লাই-রেম্মা।

**উমং লাই মাপন**, (১) লাইয়িংথৌ হনবা, (২) মুবা-নিংথৌ, (৩) মোংবাহনবা, (৪) নাউকন, (৫) চখাবা, (৬) কৌবরেন, (৭) খমলাংবা, (৮) লুবাং পুন্সিবা, (৯) মার্জিং। উমংলাই মাপনমক্তী শিম্বাদি মপাম লৈবা লাইগী মথৈ পোচ্চেদি মপামনা তানগনি, দোলাইস্ম মপামবা পুগনি, মপাম লৈতবা নিংথৌ লাইদি মশিন্না থাজনি, দোলাই দোলাইরোইনা পুগনি।"—শওঃ মশিন।

**উমত্থু**, লুকথবা, নোম্বা।

**উম্বী**, খৌনা কবা।

**উম্বীচা**, কৈরেন অখৌবা, "কৈরেন উম্বাচানা শা-খৌনববু কনা কনা লৈবনো?"—চীঃ শাম্নঃ।

**উমিৎলোই**, উগা মিং মান্নবা।

**উমু চাকথেকখাক**, মৈনা চাকথেকখিবগী মুসুক মুনা লৈহৌবা মখাক, "অশৈ তেংথা শকলুবা খুদিংদা নোং-পান উমু চাকথেকখাককুম্বা লৌশিং মিৎথোঙ মন্নবা ঐগী ভক্তি ইথৌগনবু ওইজগে।"—লাঃ শঃ থাবা।

**উরাই হকপা**, উদা থাঙনা হকপা, "তল্লা নর্মল হল্লমলে, পামেন উরাই হকলবগী তল্লা ননিংনববু নীংফদরে।"—হিঃ হিঃ।

**উরাউ চৈ**, উ লাউবদা পায়বা চৈ, "তল্লা চাউখোইব-নিগিনা পামেল চিংওমদরবগী লুবাং বাংমিৎখু খুৎহে-বনা পামেল লুদা তোং তল্লা হোইখেম চৈ পামেন উরাউ চৈবু শমু খুত্তা শুনা পামেন নঙবু ননিংকরোইএ তল্লা নপামনবু পামকরোইএ।"—হিঃ হিঃ।

**উরাংমৈ**, উ জাৎ অমা, মথোক কারকপা মী।

**উরাংমৈ খ্‌ঙনৌবা**, মথোক কাখৎলকইবা মশা তনাপ তনাপ্পা মখাঙ চেংলপ তৌবা নাহা (পাখং), "নাউবা মথোকলকপা পাখং উরাংমৈ খ্‌ঙনৌবশিংনা অনী চীনপকনা অহুম চীন্দিন্নবা নাপা লোনহায়ননা বা তান্নখিয়ে।"—ধঃ লাঃ নীং।

**উরান**, নোংমাইজিং চীংগী চীংশা অমা।

**উরিংকোন**, তয়োক।

**উরুক**, খুদেং, "দোবা চরৈ কিশাং হাইবীদি চৈরে লেংদোন য়ান, উরুক নাক্তা য়েপনা মাল্লৌ ফি শূগে হায়না হিদেন খোওবাই কুমখিবদা।"—ধঃ লাঃ নীং।

**উরুং পুরেম**, ফম অমা।

**উরুংবা**, লোয়শঙ অমগী মিং, "উরুংবগী শিম্বাদি—শীংজংথোক, হাওমৈথোক, থাঙগোক, য়োংথোক, মৈকাপ্পা, শনৈবী ফীরান বা, উগী মোইদোন, ফী-য়ানথোক, পৈম্না, কাওক্রুম, ফক, কাংথোন, পেথোক, হমদাং, নাচৈ, য়েৎপু, শমচেৎ, তেম, পাওবদেম, খুনেৎ, তমং, লংথোক তরেং, কোন্নবা, শুনা উপাক, তরেং, কবো তরেং, য়োংখম, ফিহৌ কৈরাক, শানম, শিন্নাই-রুক, তবোং, শীংচুম, শিনাই চৈ, খুদাফান, হিয়ান, লাইরিকফান, লাইরিক মখুম, কু, কাইরেন কাইজাউ, উমা বানা চওবা, লৈশা, মিউ, তেরাককচেং, শেকপী, খোইনিংথৌ, শম্নি মচুম, উশোই নারেং, ঙা মচম, লিনপোম মরু, বাং মচুম, খোংনাং মচুম অসি উরুং-বদা থাগনি।"—শওঃ মশিন।

**উরুংবা পাইশূবা**, লোয়শঙ অমগী মিং, "উরুংবা পাইশূবগী শিম্বাদি, পুংমায়, পুংজৈ, খামেন চম্মা,

লৈচল্লা অনীমক্কী উকম য়ানফংপা, কাংথোন, কু, য়োংথম, হিদান, ফিহৌ কৈরাক, শূনা উপাক, নোংমৈথোক, লাইরিককান, লাইরিক মথুম, খুকম, শাইরুক, শেনপোং, কপ্রেং, পাঙন্দেম অসি উক্কংবা পাইশুবদা থাগনি।"—শঙঃ মশিন।

**উরেন খুবা**, নিংথৌ কাংবগী মচা নিপা অমগী মিং।

**উরেনহনবা**, নিংথৌ কাংবগী মচা নিপা অমগী মিং।

**উরেপ চাখিল্লবা**, পুক মথক মথা ওনবা।

**উরেপ চার খিনবা**, মচা মশূ থনবা, মূত্তনবা চার থাবা।

**উরেপ চারা**, মচা মশূ, ধারা, "ইপারি উরেপ চারা ওইবনু শাংলকবরা?"—চোঃ থাং পাখং।

**উরোং**, খুদম 'থঙনবা য়ুংবা চৈ, "উরোং শংলবদি ইরোই অমা কোংহল্লে।"—মশিন।

**উরোং খিনবা**, চৈ য়ুংবা।

**উরোয়নবা**, উ পুবা।

**উশাং**, থিকলোয় (খূমন্না হায়নথা), "নোংয়ায়না থি কৌনা খূমন্না ঙেংথানা থিকলোয়বুদি উশাং-ও শীংনাংবু নেশ্বী-ও তৌনা কৌএ।"- নিংঃ লম্বুঃ।

**উহক শেংগম শাবা**, উ য়ুংহুনা শেংগম শাবা।

**উয়া**, উ মনাক।

**উয়া হেক্লা**, উ মনাক্তা লাকপা।

**উয়ুম**, পাম্বী জাং অমা, লুরাং শলাইগী অপোকপা খুরুম্বদা য়াওবা, "লৈদি উয়ুমলোল"—থিয়েন মৈঃ লীঃ।

**উয়োককোন**, উ য়োকক্ষম।

**উয়োম্নুং**, উ মনুং।

# ঊ

**ঊক্রোঙ হোঙবা**, কনাগুম্বা মী অমা শিবগা মাগী য়মক্তা কূপ্নে তৌবা, শ্রাদ্ধ শোনবা, মপা মপুগী কীর্ত্তন তৌবা।

**ঊচান**, উ মথল অমা।

**ঊচান পরি**, ঊচান মপুন বায় মঙানা কোনবা।

**ঊচিবা**, ঈয়াং পূজা তৌবদা ঢিথেক মরিদা য়ুংবদা শীজিন্নবা বা মচা, 'থাকন থল্লো ঊচিবা মঙা য়ুংও।"—চীংঃ লাইঃ। মণিপুরগী থা পাংবদা ময়াংইম্ফাল মনাক্তা লৈবা খুল অমগী মিং।

**ঊচি শূম্বল**, হীদাক কান্নবা পাম্বী অপিকপা জাং অমা।

**ঊনম**, পাশোয়গী মনীং মোইরাং লাইজি ওইরপ লৈবা খুল অমা, "পাসোয় নূয়াবী তাউথরো, উনম প্যাথং খুজরো"—নোংঃ শৈঃ।

**ঊনিং**, বা মতাং অমা যাওনা ককপা উতোং, "লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা ঊনিং তাংমা কক্ লাইজা মচীন মেন।"—তুংতেং।

**ঊনৌ**, লৈপাক্তগী হৌগংলকপদা ঙায়রিবা বা মচা।

**ঊনৌ কোন্দে কোম্না হনবা**, মচা অতোম্বা, ইপারি ঊনৌ কোন্দে কোম্না হনবা-ও উনবী নথোয় শাউরগুনো।"—পোঃ লুঃ।

**ঊনৌ তেঙৈঞ্জ লীগা ফাবা**, উনৌনা তেঙৈগী মরী পানবা।

**ঊপী**, শীং।

**ঊপী তরান**, শীং, "শতু তেকচাক মৈ, থাঙ ঊপী তরান মৈ।"—মৈঃ তেংথা।

**ঊপী থারোন**, শীং মপৈ।

**ঊপী থারোন পৈশুমনা**, ঊপী শাং মরোন মরোন

পৈবগুমনা, "উপী থারোন পৈগুমনা লক্কা লানমী লানশিরে।"—লঃ (রাঃ)।
**উমু**, মতাং অমা।
**উমু তাংমরা**, মতাং পান্দবা।
**উরা কোংয়াম্বা**, মহাকথক্তা বাংলেন পুংদিং হৈবগা চকপ্রম চচ্চ ফিশাহৈবীগা শৈশক্রখিবা চহী নীফুমাথোই পানথিবা পুরিংলাই মোইরাং নিংথৌ।
**উরা কোম্বোবা**, মৈদিংঙু শমৈরাংনা মৈত্রৈমা লাইরৈমা পায়দুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ। (খৃঃ ৫৫৮—৬৫৮)।
**উরাপামচিংহৌবা**, উরা য়াওনা চিংবা।
**উরিং মায়হিং থোংদবা**, মায়দা মায়হিং কাদবা।
**উরেকশেক**, উরোক মতু।
**উয়েন লৈমা থংগোংশু**, বাকোংথেম নিংঙোন, "উয়েন লৈমা থংগোংশু সনা লাংবকোইনা মিংথোংকবী ময়ুরোইনাই অঙৌবা নোংনিংথৌ লাংকম হুংচি লাম্বা সনা ঈবু চীরোক্ষবী নোংবান অত্তা কোংয়াম্বা চত্থু চকপা মথাও ওম্বীনা নোংবান্নোন লম্ফেল ওম্বী পল্লেম মমাপোকপু চাদনা লাইহুই থথবনে।"—চাঃ লাইঃ।

## এ

**এনবুম হুইরোয় চনবা**, শাক্ষা লানফাগী দোষ কোক্লবা শাক্ষা লানফাক্লরিবা মী অদুনা য়ুমগী নাকথদা তৌবা থৌ।
**এলাং থৌচংপা শীংজা য়াইকোইবা**, থবক ইনথাং চখোকপা, "মদোম এলাং থৌচংপা শীংজা য়াইকোইবগা লমওক্লরে।"—চায়ঃ।

## ও

**ওইওমদবা**, নংঙমদবা, "পামেল উথোংথাবু ওই ওমদয়ে"—বীঃ পঃ।
**ওইদ্রে**, ওয়রোমদা।
**ওইনফু**, চফু।
**ওইহিকপা**, ওইবা।
**ওক্লবা**, উনবা, থেনবা;—"ঐদি পোয়ম লাই নমু পোংসুও ওক্লরক্কে"—তুতেং।
**ওকতান য়াংগুম্বা**, ওক তানবগুম্বা।
**ওক্লরেন**, লাই অমগী মিং (নিংথৌখোংদা লৈবা)।
**ওকপুরোই**, থবানমিচাক, অনুরাধা নক্ষত্র।
**ওকলাকশা**, ওক।
**ওকলাকোন**, ওক লৈভজকম্।
**ওকলুয়াম**, ওকয়াম লোইবা।
**ওকলেন পনওম্বা**, লাম্বোক্লু চেম্বোকপা।
**ওকলেন**, ওক।
**ওংগাইনবা**, থেংনবা, উনবা, ওক্লবা।
**ওংখি**, ঈশিং, "চীংঙু থবা ময়িমনাক তোংলেন মকাইকম ওংখি লাইজা ঈকমলেন।"—পোঃ লুঃ।
**ওংনবা**, মতু মবা ওইনবা, লোনবা, "শক ১৭৭২ কালেন থা ২৭ নি লংমাইজিংদা সোরামগা নাউরোইবমগা ওংনৈ হায়দুনা হাওজোংগন ওইহনাথ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ওংবা,** মুপীনা মমুম পানবা, লোন লৈনবা, লৈবা, হৌবা, শাংপা, চংপা, হোংবা, পানবা, "মালেম লৈহোম পাত্তা ওংলিবা থম্বাল লৈরিকচিনবু লৈখোম ঈনৈ থোকএ হায়না শীংলেন হুক্লেক্লে।"—বিঃ(মহা)। "ভামুঙ ভায়ান উদা ওংএ।"—শাঃ লমঃ। "মাইবম চক্রপাণিগী কুমদি শক ১৭০১ কালেন ৩ নি লৈপাক-পোকপদা মহারাজনচিংনা বিষ্ণুপুরদগী কাঞ্চিপুর তান্না লৈপাক পুন্নমা ওংএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ওংলকপা,** হল্লকপা, "শক ১৬৪৫ পোয়ম্ব নোংমা যুম-শকৈশদা নিংথেম তথেন নাবা চংলে ২০ নি ঈরাইদা নিংথেম ওংলকএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ওংলুবা,** লৈরুবা, যুম পাল্লুবা।

**ওংলৌ,** হকচাং।

**ওংলৌ য়াইবীরেন শিদবা,** অমাঙ অত্তা লৈতবা শিবা নাইদবা থবায়, আত্মা, "হয়া হে খোইযম লাইয়িংথৌ ওংলৌ য়াইবিরেন শিদবা।"—পোঃ লুঃ।

**ওংহনবা,** চংহনবা। "২৭নি নিংথৌকাবদা বামোন লাইমমুমগী চুড়ামণি ঠাকুরবু বামোন ওরুও হায়নুনা মঙ্গাং ওংহল্লে।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**ওন্তেখিবা (ওন্দেখিবা),** হনখিবা "খোইমোম লেংনা তিনপা পুমনামাকুঙ মরান ওন্তেখিয়ে।"- পাঃ লাই।

**ওন্দেরকপা,** হল্লকপা, "লাব। মচীহেন তনবা মরাই লাংনা ওন্দেরকলে।"—চায়ঃ।

**ওন্দেরাক,** হল্লকনবা শকপা ঈশৈ।

**ওন্দে হলরাইঈশৈ,** হল্লকনবা শকপা ঈশৈ।

**ওন্না ওন্না নাংথনবা,** মপুক্তা মওম মওন খনবা "খোইমোম মপারিবু ওইরবরা হায়না ওন্না ওন্না নীং-খনখিয়ে।"—ধঃ লাঃ নীং।

**ওমথরকপা,** নাউপুবা, গর্ভ পুবা।

**ওম্পোৎ,** লফু জাং অমা, 'ফি অশেংবা ফিরোই ১ লফোই ওম্পোৎ চঙথোকপা ১।"—চীঃ লাইঃ।

# ঔ

**ঔগ্রী,** থুগাউ লৈচাউনবা থুম্বাক লৈতাকনবদা শীজিন্নবা লায়রোন ঈশৈ মগল অমা, লৈরোই নোং-লোই ঈশৈ।

**ঔগ্রী হংগেল,** লায়রোন ঈশৈ।

**ঔগ্রী হংগেল চোংবা,** থৌরী পায়তুনা লায়রোন শক্তনা চোংবা, লাই হরাউবা লোইংমবাইদা ভৌগা থবক থৌরম অমা।

**ঔরী,** থৌরী।

**ঔরী লীয়ায় নোঙ্গা,** থৌরী তিংবা।

**ঔরা,** মণিপুরগী নোংপোকতা লৈবা লম, ব্রহ্মদেশ।

# ক

**ক**, মৈতৈ ময়েক্কী অহোবা ময়েক।

**কং**, ঙক্কা পুনবা, হূইকং।

**কংক থাংবা**, (হূইকং থাংহুনা) ঙক্কা পুন্দুনা পুবা।

**কংত্তেক নেমচিনবা**, কন্না হোংনবা।

**কংদা** অকংবা।

**কংদা ঈয়া হেপ্পা**, লৈরাই ময়া, কংফান ময়া।

**কংলা**, কোম্মুং, "কংলে কংলা কৌএ।"—পাথংঃ নাউঃ।

**কংলা চেনগা য়াংবা**, কংলা থুনা ফংবা।

**কংলা থনবা**, ফম্নাই ফানাইবা, অঙম অথৌ, "নোংয়ায় কংলা থনবন্না পূকনীং থাজগোইশিযে।"—চায়ঃ।

**কংলা থোন তরেৎ থোল্লাংমৈ**, কংলা মথোন তরেং।

**কংলা থৌগারকপা**, কোম্মুং কাবকপা, "কেগে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফংথৌ ফমদৌ মঙ ইবোই নিংথৌ মহীশাং ঙাংঙোই অথৌ লীচা হেপ্পা তনবা থাম্নাং কোন্দাই লোনবা পূম্নমাস্তুঙ পুম্মুং লানপোং লৈনশেং মরোং চেপবাইনা তিমেন চেন্দাম্নমা কংলা থৌগারকপদা কেগে মোইবাং নিংথৌ পুনশিব্বা খুরেনচনবনা বাহমলকএ।"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**কংলা ফমগা থেঙবা**, ফম্নাইবা কুইদ্রিবা, "অদোন চকলাই ফান্তোনগী কংলা ফমগা থেঙবা লাংলেন কোঙয়াং উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবনা, কোঙযাং বারেপ ফাবগুম নাউবা লাংজেং মথোকলকপা হুযেন লানবাম মহৈরকলিবা নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বা অথোবনা কোম্না পাউখুমলকএ।"– চায়ঃ।

**কংলা মী মরু**, মী অফবা।

**কংলা লাইরা পরিং তম্বা**, কোম্মুংদা বায়েনবা।

**কংলা লানবাউ তম্বা**, শা লান চৎলুবদা মাষপাক্কুনা হল্লকপদা লান পাউ তম্বা।

**কংলা লিরা শেংপা**, বায়েনবা, বিচার তৌবা।

**কংলা রাফোঙবা**, নিংথৌদা বাকংপ্পা কোম্মুংদা লাউবা "হুজা মতিক নত্তনা থং...মুংশি মৈনা কংলা রাফোঙলুইএ।"—চায়ঃ

**কংলা শীংকাপ তম্বা**, নিংথৌ ...

**কংলা হঙবা**, ফম অমগী মি...

**কংলা হন্দোংফবা**, ফলাংমৈ তোংবা, ফম্বাল তোংবা।

**কংলা য়াইপূং**, শা লান থোকলবদা লৈপাক থীয়াম কৌথংপদা য়েনবা কোম্মুংগী পূংজাউ।

**কংলা য়াইপূং থীনবা**, কংলা পূংজাউ য়েবা, "মৈদিংঙু উবা কোম্থৌবদি ইম্মুং শোয়য়ায়মদা চীংলেন ঙাল্লম ঙান্দনা তুবী মরাঙ হৌ, লাইরেন মথিনাইনা কংলা য়াইপূং থীম্না পোইরে খুঞ্জা তায়ম নাইজা পূমনা কাথংলকও হায়না পাড কৌথংলবদা।"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**কংলৈ**, কোম্মুং, কংলা, সংর, শূমাঙ, "কংলৈ নত্তমাঙদা ফকলোং চবাইমা থাবো।"—য়ুকোঃ।

**কংলৈ য়াথোকপা**, লমজাউ লমহাংদা চথোকপা।

**কংলোন**, কংশি।

**কংলোন হেপ্পা**, কংশি য়েবা।

**কংলৌ**, লৈকং।

**ককচেং তৌদোন খোম্বা**, ককচেং ময়াম ওম্বা (তোংবা), "বাংবন লাউথরকনা খোংবান লাইখোং মবীন থম্না লিল্লি কোম্না তাউ ককচেং তৌদোন খোম।"—হিঃ হিঃ।

**ককতাং শুদাংদবা**, বা মতাং তেনশিন্দবা।

**ককনাউ**, য়ামনা পিশক পিকপা।

**ককনা শমজি লমদাইথেৎ**, ঙক বক্কুনা হাংফম।

**কচক হৌবা**, যামনা শাঙবা, "নিংথৌ য়াইবী কচক হৌনা মোইরাং লনহাম্বদি তাংজগুম লৈনী লোঙেঙ নিংথৌ ঐবু তাংশক্কে, ঙকথী লুমলাং ঈম্না কৌথংলু হায়না থৌশীখিএ।"– সনাঃ লাইঃ।

**কজিন করাওবা**, নিনবা, ঈরাং হৌবা।

**কজিন করাও থোকপা**, লাউথোকপা, ময়াম খঙহনবা।

**কচেং**, **কজেং**, থাঙ, "মতাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পা পুম্নমাস্তুঙ লাইরেন মরোং চুংফুথোন ...চেং থাঙয়ান খোনগীবু শেনবী মনোং মৈবু শোং... লাংগোই শাথৌ থোই তিমেন নমহম্নবা হয়েন ... শোক্করে।"—শমঃ ঙঃ। নোংথাঙ।

**ক...থাংজহনবা**, ফম অমা।




Rs. 15.00

**কজেং থাঙলেন পাররজলবা**, থাঙ পায়জলবা।
**কজেং থাঙহকচনবা**, থাঙকম লৈতবা।
**কজেং থাঙহিং কাদবা**, মকশিনবা লৈতবা।
**কজেংলৈ**, লৈজ্রেং, নূপীগী (লুহোংত্রিবা নূপীশংবা লাই হরাউবদা অমাদ লুহোংবদা কন্যাগী) মশম মথক্তা কোক্তা হাপ্পবা লৈতেং।
**কজেং য়োংহক চনবা**, য়োং তৌবা।
**কজেং য়োংহিং কাদবা**, শক অমাঙ অতা লৈতবা।
**কত্বান**, ইংখোল খংনবগী ৱায়েন (বিচার) তৌনবা (নিংথৌমচাশিংগী) কম অমা, "২৮নি য়িমশকৈশদা মনাউ ইবুংঙো কত্বানবু সেনাপতি হাপএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।
**কতৌনকো**, কদৌনগো।
**কদৌনগো**, করিবু কাম্নগদবগে, "খোয়নৌ ইতা-ও হরি খোম্ভেপতি কতৌনকো।"—খোংঃ নোংকাঃ।
**কদায়রম**, মকম কদাইদা, কদোমদা।
**কদৌনোংগী**, করি মরমগী।
**কদৌবা**, করি মরমগী, করি তৌবা।
**কদৌনোংগী**, করি মরমগী, "কদৌনোংগী চীকলবা লমদম লাইজা মপান্দা নথন্দবু মীকপলিবনো?"—হেঞ্জুঃ।
কদৌবা, করি তৌবা, "লাইরেন ইশাবি নঙদি কদৌবা পাউ খুম্বিদবনো?"—তুতেংঃ।
**কঞ্জাও কোলোয়্**, কল্লক কঞ্জাওনা ঙাঙবা ৱাঙাঙ, ফুংঙাইতবা খোল, খোন অয়াকপা।
**কঞ্জাওবা**, কল্লংপা, মিহোবা।
**কঞ্জাও মাথ নাই কন্থী মথৈকং**, মৈ হোনা শাউ-রতুনা।
**কঞ্জাও মৈয়া হৌ**, মৈ হোনা শাউদুনা।
**কঞ্জাও মৈপোকথোকপী**, শাউগনবী।
**কনবু মুংবু শিনা**, পুকনীং ফুংশিনা।
**কনম ফানা য়াংকোকলা**, য়াংকোক।
**কনহৌনীকনা**, কন্থী থোকনা।
**কনয়োনপা**, কনবা ঙমদবা, "থারায় লায়কররপাপু কনয়োন্নে।"—কৌঞ্চঃ।
**কনা থাক্তনা**, মী অমত্তা চিখদনা, "লাংগোই শগোল শামু তোংবা কন৷ থাক্তনা তিমেন তাবুনশা খুংশু খুংলাই মত্তৌ হেনবা পায়না ইকুংমদা অয়াম তম্পাকশঙলোমদা কুমথরকলে।"—থঃ লাঃ নীংঃ।

**কানানম্নিয়োই**, কনাসু ওইরিয়োই।
**কণ্ড্রুং**, লশিং তক্ষবা হং।
**কণ্ড্রুং কিজেং**, লেংঙতাওমনা হকচাংগী শরুক খরদা কুপ্পুনা শেংপা কিজেং।
**কব্রেং**, মুগা লং মথল অমা।
**কবাক খনবা**, ময়া কাখোকহজুনা থবা।
**কবো**, মণিপুরগী নোংপোক্তা লৈবা লম অমা।
**কবোক নাচন তরেং**, থৌদৌ লাংদৌ ঊরাং থৌম্নাংপদা হাপ্পবা পোকপা কবোক।
**কবো তাইবোং লৌখিবা য়ৈনরুক**, কবোগী ময়ায় পোঙবা থুম্মুক (তাইবোং—লম অমগী মিং)।
**কবোম্বা**, লাইয়িংথৌ নোংয়িন ফাবগী মথংদা (খৃঃ ১৫২৩ – ১৫৪১ ফাওবা) পানাথবা লমক্যাম্বনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ।
**কম্পু**, সিফাই কাঙলুপ অমা, কম্পনি, লাম্নী।
**কম্বা**, হাংপা, থাঙনা ককপা, য়ানবা, "ইঙাইরেন অচেৎপা মশেয়ে, তাঙজা মাখোয়গী লুরেনতোনবু করম কমগে হায়বনো?"—বিঃ (মহাঃ)।
**কম্বা**, মহাউ মাঙলবা।
**কম্বু**, করম্বু, "লানশোক মতৌ কম্বু লৈক্তরে।"—লাংঃ শঃ থাবা।
**কম্বো নকাম্নাম্বা**, নওং নতৌ অয়াম্বা।
**কম্বোং নিংথৌ চম্বু**, থাঙ কম্বোং লনংঙোল, "নয়োল মৈতৈ লৈমা য়োয়রুমলোন লাইরৈমা কম্বোং নিংথৌ চম্বু পম্বৌ মপা পোকপু সনা লাইহুইবদি কনানো?"—চাঃ লাইঃ।
**কমেং**, ইংলগা কলম ওইনা ইনবা য়াবা অপীকপা পাম্বী অমা, খুল অমগী মিং।
**করাং থৌবি**, মঙাল।
**করাং থৌবি লোকমায় হেক্সিঙৈ**, মঙান (মৈশা) কনখংলক্লিঙৈ।
**করি হিকনো**, করি মরমগীনো?
**করেম্নবা**, করেম কথাইনবা, নোক্লবা।
**করোং**, হৌগ্রবা থবক, লম্মন (করোং খুংকুম্বা)।
**করোং খুংকুম্বা**, লম্মন খুম্বা, নশাবিগী দমকপু করোং খুংকুমলো, লাংবন চেঙবুম মনাউতোনঙম লনশিংলো।"—চায়ঃ।
**করৌপেং**, হঙোই, "হঙোইবু করৌপেংও কৌএ। হঙোই করৌপেংবু লংঙং থোংগতিনা কোরৌ

নোংনাংপানগী লাইজা ঈনিবদি ঈশিং তমলেন চাউ লাইজা ঈনা ওমলকএ।"—তোয়ৈঃ।

**করৌখি কিণ্ডাও**, (মমাঙৌডদা চীখ্রাংমপমমা শাবা) ফি অাং অমা।

**কল্লক তকশি শোনহৌবা**, মথদাং চীক্লুনা লৈহৌবা।

**কলহৌ** কম্বি।

**কলহৌনীকপা**, কম্বিথোকপা, "লাইরেন মৈদিংঙুনা ভুবী কলহৌনীকনা ৱাতাখিখিয়ে।"—নিংঃ লম্বঃ।

**কয়াংজৈ**, লমলক্তা শাবা শঙ (লুৱাংনা হায়নবা), "লমশঙ লৈনা শাপাপুত্তি কয়াং লৈ-ও তৌনা কৌএ।" খোংঃ নোংকাঃ।

**ক্বাইশেন**, কোদাং ওথোকনবা পোৎ।

**ক্বাইশেন পুমনান**, অনানবা ক্বাইসেন মখল অমা, "পণ্ডিত, পুরোন, নোংখোন, লৈকাইলাকপা মরি, সেনাপতি, মন্ত্রী, পাচাহনবা, কম্বান, পানা শঙলাকপা মরি, কৈদা হঙবা অসিদি ক্বাইসেন পুমনান খুদশেন কিদা মখা ক্বিবোং চামিবা লেংবান্দা য়ান্দুনা পুইএ, ক্বাইসেন খুদোং পুই।"—কমঃ।

**কাক কাক**, মশান্না অমা।

**কাকচীন**, কাক মচীন।

**কাকতানবা** মেরাগী ভরানি পানবদা ক্লাখন্দা নিংথৌ সেনাপতি অঙম অথৌ ময়াম তিল্লুনা তৌবা মনিপুরগী য়াম্মনা চাউবা কৃপ্মে; মৈদিংঙু গরিবনৱাজ মহারাজগী হাক্তক্তগী হৌখি।

**কাকপা লৈতোন পানবা**, খুমন অথৌবা অমগী মিং, মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবনা (খৃঃ ১১৯৫—১২৬১) লান চৎলুবগী হল্লকপদা কাকপা লৈতোন পানবনচিংবা খুমন্না লুমহুনা মৈতৈনা হল্লকপদা হীরুদা পায়হুনা মথুৎনা য়ানবদা তালিয়া এলাংবনা খুমন অথৌবগী মঙম পায়হুনা হীরুবাক্তা চিংখত্তুনা মথুৎতা পায়বা নৌনা কাকপা লৈতোন পানবগী মকোক কক্তুনা পুরকলগা ক্বাকয়ৈ নাউদা (হিনাউদা) হাপ্তুনা খুমন অমসুং মৈতৈগী মমাঙদা লেপ্লখি। হিয়াঙ হিরেনগী হিনাউদা হাপ্পা মী মকোক অসি খুমন কাকপা লৈতোম পাম্বগী অহুঙৈ কককিবা মকোক অহুগী খুদমনি।

**কাকলা**, উপাল অমা অমসুং মাতুগী মনা, খুমন শলাইগী অপোকপা খুৱবদা কাকলা য়াওনৈ।

**কাকলৈ**, মচু শংবাল্লনা চরোং চরোং ওইনা শাংক্তা উটই মখল অমা।

**কাক মুক্কম**, লাক্তজা মুক্কম, মুক্কশাংরোনগী মুক্কম কায়াৎ মাপলগী মহুংদা চীংখৈ থংবা কায়াৎ, কীয়ান মুক্কমগী অৱাং, শামু মুক্কমগীনা নেংপোক।

**কাকোক চীন্দাইহুং**, পানা ক্বা হাপ্পবা কাগোক মহুং, "নিংথৌ কাকোক চীন্দাইহুংগী পানা চহুম পীনা থৌথোংখিয়ে।"- চায়ঃ।

**কাগোক থনবা**, নিংথৌগী ক্বা পুহুনা থৌগল তৌবা মী, কম অমা।

**কাগোক হানবা**, অচৌ অশাংনচিংবগী চহু নিংঙোন লৌবদা নিপা ময়ুমনা নুপী ময়ুমদা পীবা মংকৎ।

**ক্বা য়াচু শায়বা**, ক্বা চাবা।

**ক্যাম্বা**, লাইগ্লিংথৌ নিংথৌখোম্বনা মৈতৈ লৈমা লিম্বোই ঙম্বী পায়হুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ (খৃঃ ১৪৬৭—১৫০৭) সনা মহাকথক্তা পোংগা মৈতৈগা পুম্না খম্বৎ (অৱা) লৈবাক্তা লান্দাহুনা কবো তম্পাক লৌশিনগিবা 'অমসুং শ্রীবিষ্ণু সেবা তৌখিবা নিংথৌ।

**ক্যাম লীকফাং**, লীক মখল অমা।

**ক্যাঅলৈ**, মনা কৃপ্না ভিংখৎ পানবা উ পাম্বী মখল অমা।

**কাই**, অশিবা হাপ্পবা কৃ।

**কাইকোং**, খজিং, ওাচিং।

**কাইতে**, লৌ ভারুবা শগাই।

**কাইনা হুনবা**, লান্দা ঙম্বা, লান্দা হাৎপা, লান্দা ফাবা।

**কাইনুং চঙবা**, মখুন চঙবা।

**কাইনৌ**, শমজি, "ময়ুম শেলোয়না মিকৌনবদি শম্বু খিং খিং শমজিবু কাইনৌ কৌএ।"—খুঃ কংঃ। "শমলাং ফাকেন্নলা মালেম লৈদা ওন খিংখিং কাইনৌ শমজিথোক পিরেম চাইজি চৈরোয়ননা খুরুমজবৱু মচু শেল্লোয়চা পাখং মপন লংমাই চীংশাং খোকলোয় হৌবশিংনা ৱা চানবিদে।"—নাঃ কঃ কাঃ।

**কাইনৌ ইরেংবা**, মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈকাম্বনা খোঙলৈমা মুৰীশ্ পায়হুনা পোকপনি, য়াংলৌ কৈকাবগী মথংদা খৃঃ ৭৮৪ দা কম্বাল কাহুনা চহী মরিহুক্তরা পানখি।

**কাইনৌ চীংশোম্বা**, শেলোই লংমাই নিংথৌ।

**কাইনৌ পেক্রক শাইতারান**, চান্দুবা, "ৱাংলেন পুংহৌরে, খুক্কং পাউতাকলে, কোরৌ শেনখীয়ান ৱাংবন পাইখীরান কাইনৌ পেক্রক শাইতারাজা শাশঙ মুঙৈশা মুমজিং হাকুপনমা খোইয়া হুক্কং শেমমা তমাই য়াখৈরে।"—নাঃ কঃ কাঃ।

**কাইবা**, লৌথোকপা।

**কাইবী**, শওম, "কাইবী শওম নিংথৌ মন্ত্রী জম্বুখান লৌশিংবা।"—উঃ (রাঃ)।

**কাইবী লৈয়ান থোং**, শওম য়ানবা থোং।

**কাইরং**, মচু শঙবদা শীজিন্নবা পাখী মখল অমা।

**কাইরেল**, লশিং পোলাং, পোন অচৌবা, "অঙম্বা পূম্নমক্কা লশিং কাইরেন য়েনএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**কাইরেন কাইজাউ**, অচৌ অশাং শিবদা শীজিন্নবা লৈতেং হাপলবা কু।

**কাইরৈ**, য়েন, "কাইরৈ য়েলহিং থানা পামেল মমল ভমলবগা লুবাং মমাইবনা পাওমেল্লকএ।"—হিঃ হিঃ।

**কাইরৈ অঙৌপা**, য়েন অঙৌবা, "কাইরৈ অঙৌপাপু শমু নাক্তা য়েপনা য়োয়মগ্নাই অঙানপাপু পাউথেমলম।"—নোংঃ লাইঃ।

**কাইরৈ ময়েঙ্গা**, য়েম্বারাবা, "কাইরৈচাদি কাসা পাউতাক য়েনঙাঙবা, লোইমোম ফৌগৌ য়েনমুবা, মচেও কাইরৈ ময়েঙ্গা তৌবোম মানবা ঈরাংয়েন, হুমিংসনা পুরুময়েন কাইরৈ য়েন অঙৌবনা।"—য়াকৈঃ।

**কাইরৈমা**, খুমস্থেম চম্নু, 'কাইরৈমা হাযনা তেংথাবদি খুমস্থেম চম্নুবু থায়ে।"—পেঃ তেপাঃ।

**কাইরৈ য়েনহৌবা**, য়েনগুমনা খোংবা, য়েন খোংবা।

**কাইহৌবা**, অমুক ইনৌ নৌনা হৌবা।

**কাউখংবা**, মৈদিংঙু পেংশিবনা মৈতৈ লৈমা লাইতোংখু পান্নহুনা পোকপনি, খৃঃ ৩৯৪ দা মৈদিংঙু পেংশিবনা নোংগারবদা কম্বাল কাহুনা চহী তবাতরেং পানথিবা মৈতৈ নিংথৌ।

**কাউখম মরিল হাংবা**, লানবা য়াদনবা থম্বা।

**কাউওমদবা**, কাউবা ঙমদবা।

**কাওজনওম্বা**, থাজরম্বা।

**কাওজনঙৈ**, থাজরকঙৈ।

**কাওজনবা**, নিংঙোন থাজবা, "চীংঙু নথুবাক্তা কাওজনগে।"—তুতেং।

**কাওজোং**, যুম্বী।

**কাওজোং লোয় মুংবা**, যুম্বী মখোঙ মুংব'।

**কাওবী**, কোক।

**কাওবী চিগা লুকনা**, মরু লুকনা, "খুবাং চাংজৌ চেপনা লোন মালেম লৈদা পকনা কাওবী চিগা লুকনা পুরুমজরবদা খোইমোম পাকন অরিবনা পাওমেল্লকএ।"—তুতেং।

**কাওবী শমজনা ঙংবা লী**, তংপা মাইদবা মরী।

**কাওবী মুমলোয়তাউ**, তুরেনগী কাওপীং কাওরাং, "লাইজা মথি মাই ইমু মঙাও হোএ, কাওবী মুমলোয়তাউ খোইযা তৌদোনখোম ইরেন চাংজৌ কোয়নৈএ।"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**কাওরেন**, শামুক, শল্লাবা।

**কাওরেন ঙৌবী**, শনবী।

**কাওরেন চিংলোইবা**, শল মচী শাংবা।

**কাওরেন চীগোনবা**, শল মচী কোনবা, "খোইমুম ঐবু মানবী য়াঙতেকপা কাওরেন চীগোনবনা তাইররো।"—উঃ।

**কাওরেন তনবা লেংলাউচৈ**, শল হোইনবা চৈ।

**কাওরেন নোংদম শল**, লাইদা কংনবা শল।

**কাওরেন মাঙদা তাবা**, মপীগী মতুং ইন্দ্রবা শল।

**কাওরেন লেংবা শল**, শল্লাবা পোপা, "মানবী চকলৈ কাও, কাওরেন লেংবা শলমুঙ হইডিকা নীংলম থিম্না থালৈ মঙম ফংনা লৌকাংনৈএ।"—লাঃ।

**কাওরেন শলকু হোইবা**, শল শল্লুপ শল্লুপ হোইবা।

**কাওরেন শনফাং হোইবা**, শন পরেং হোইবা।

**কাওশৌ**, **কাওজৌ**, শোরাক্ক, "খোংনাং কাওজৌ শোরারুদা চঙনা নোংমল্লে।"—মুঃ কাঃ।

**কাকএন**, উচেক অচৌবা মখল অমা।

**কাগুপ**, নাকল অনী, নাক য়েং, য়েংলোম মায়রোম।

**কাং**, মশান্না মখল অমা, রথ, রথ যাত্রা।

**কাংকৎ**, কাংগৎ, শেনকৎ, "কৈপাউ লানপাউদি লানমী য়ায়রেকশঙদা তম্মে।"—কমঃ।

**কাং কাপ্পা**, কাং শান্নবা।

**কাংখং কাংচাইতমনা**, কাংখোং চাইনা, পুমজোই তোইনা।

**কাংগৎ**, শেনকৎ, শেনথায়।

**কাংগল**, থাউ ওন্নবা থুংপায়কম পানবা পাত্র।

**কাঙ্গ... শীংজেন লৈওইনবা**, উফুল তৈবা।

**কাংগ্রৌ**, পাম্বী মখল অমা অমস্থং মাদুগী মহে মোই রাং য়েক্কী অপোকপা খুরুম্বদা য়াওই।

**কাংগোই**, থুকউ।

**কাংগোই হংমাই তোমবা**, থুকউ পান্দবা।

**কাংঙোই মুরাবী ফানা থাঙ**, থাজোল।

**কাংচুপ**, মৈথু থক্লবা চীঙুপ "কাংচুপ হীজাক থকপম্নু অচুঙৈ হোএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**কাঙজৈ**, খুৎনা কাঙজৈ পায়রগা কাঙক্রম মৈহুনা শান্নবা মশান্না অমা, কাঙজৈ মখল মামই মহুদি খোঙ্ক কাঙজৈ, শগোল কাঙজৈ।

**কাঙজৈবুং**, কাঙজৈ শান্নক্ম লম্পাক।

**কাঙজৈরোম্ম**, কাঙজৈ শান্নবা য়াওবা মী, "নোংমা সাহেবকা পাঙ্গন তরাতরেং শান্নবদা পাঙ্গন অমস্তসু য়াঙ্গবদা মী অহুম হাপ্তুনা শান্নবদা সাহেবনা পাঙন অনী য়াল্লে, অনীরক্মক মৈতৈগী কাঙজৈরোম্মনা ঙমলকএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**কাংথং কাংচাই তন্না**, কাংথোং চাইবা মথৈ, পুম-ভোই তোইনা, মক্ম মরাং খঙদনা ইচাই চাইনা, "তেংগোন লানপু মঙাদংবু কাংথং কাংচাই তন্না থুগাইরে।"—লাঃ শঃ থাবা।

**কাংথং কাংজাইবা**, কাংথোং চাইবা।

**কাঙদেন**, চৈতেক, "চীংশাং পনগা লাউ তাউবা কাঙদেন শু, শুকমু লেংথোংনা।"—নাঃ কঃ কাঃ।

**কাঙদোংফাবা**, মপুং মরৈ ফাবা, চাউরক্লবা।

**কাঙক্রেম**, কাঙজৈ শান্নবদা কাঙজৈনা থোন্নবা অমসুং য়ৈনবা য়াক্লনা শাবা মতুম তাবা শান্নপোৎ।

**কাঙনীং**, কাংগী মনীং থংবা শরুক।

**কাঙপাক**, কাংগী মপাক।

**কাংপু সুংশন তানবা**, পোইনাউতোন, পোইরৈ-তোন, "কৌবা চীংদা তাল্লকলে পোইনাউতোনবু কাংপু সুংসন তানবা কৌএ।"—ক্রঃ লমঃ।

**কাংপোৎ**, কাংথোঙ পান্দবা পোৎ চিংনবা গাড়ী মখল অমা।

**কাঙকৈ**, উমুং।

**কাংবা**, মমাঙৈঙদা মণিপুরদা পাল্লবা নিংথৌ অমা, শম্নকশিবা, মমক মমক্লা থোকপা মক্লগা লাকপা।

**কাংমান্ন**, কাংগী মমাঙ থংবা শক্লক।

**কাঙলেন**, কাঙজৈ কাঙহু, "কংলৈদা শরোয়না কোয়-শিল্লে, হেঞ্জনা কাঙলেন্না হাইবদা হেঞ্জবু ফাবা য়াদে, কাঙলেন খুৎশু হাইনা হাইনা নাম্লোকলে।"—হেঞ্জঃ।

**কাঙহু**, কাঙজৈ মখল অমা।

**কাচক**, কন্থী।

**কাচক হোৌবা**, কন্থী হোৌবা, কন্থী থোকপা।

**কাদেন**, তেন।

**কানথু কালেন**, কালেন থা, "থাদি কানথু কালেন থানে, থৌরানবিচাক্লি থাদোয়ে।"—থিরেন মৈঃ লীঃ।

**কানবা**, লাম্লোকপা।

**কানবী**, কালেন থা, "লারা তোম্লৌ হন্নথা লোইতাম কানপী (কানবী) কালেন থানে হায়দবরা?"—থাঃ।

**কানা**, মমৈ।

**কানা হুনবা**, প্রণামি থাবা, মমিং পানথংহন্নবা (শক-থঙনবা) কৎপা।

**কান্না চোংনা**, লাম্লোক্লুনা, কান্দুনা, লান্দুনা, "তুরেন মোংবা ঈবু কান্না চোংনা লাবা তুংইন্ননা হুয়েন লান্তানখিয়ে।"—চায়ঃ।

**কানা ইপান (য়ুপান) থাবা**, থবক কাবা হোৌবগী লাইদা কৎপা।

**কাপহিকপা**, কাপখিবা।

**কাপতিংচা**, কাককৈ।

**কাপতিং য়াইথংচা**, কাককৈ, "নোংয়ায় চাখা মোই-রেম্বগী তিমেন মতাচানা পাল্লববু খুনবী কাপতিং য়াইথংচানা ইমু তোংগা চিংলে হায়না য়াথং য়াপৈ হায়বগী।"—চায়ঃ।

**কাপ্তু লৈথৈ থাবা**, চেগপ লাকপা, "অমরক চুপশেং কাপ্তু লৈথৈ থাহোৌয়ে অতুগী মকাপ কৌএ।"—পুঃ।

**কাপ্তু লৈথৈ লেংনা**, চেগপ লাকনা, লৈপাক ফাওনা।

**কাপথেকখোন**, কাপ্পগী খোঞ্জেন।

**কাপরাইরাং**, নোংমৈ শীংজং, বজ্র, অথাক অরাউ, থক্কী তেন।

**কাপরাইরাংঙমনা**, নোংমৈশীংজংঙমনা।

**কাবিবা**, লোথোকপা।

**কামথাইবা**, কাম্বা।

**কাম্বা**, অকনবা।

**কাম্বা কাও**, কাও অকনবা।

**কামন্নম**, লোংমৈ, তোপ।

**কামু**, লশৈ থাঞ্জগা নাপী-শীংবীগী মখোক চাকপা লোইদহুনা মচীন তুমহুনা মুসুক মুনা কাহুনা লৈহোৌবা মথাক, "খুম্না থম্বান মানবা অনীমক্কা হাকুম কামু থাঙশোই অমনবনা থুম্না শৌ মুরবরা?"—নাঃ কঃ।

**কারে**, অহন্নুপ নাহারুপ পানা।

**কারি**, লীরি।

**কালা মুংফাবা**, লাইমু লাই অমুবা।

**কালা ম্নাজা**, নিংথৌথোংগী নিংথৌ।

**কালিকা**, থমলাংবগী ত্বালোয়, লাইরেম্মা অমগী মিং।

**কালিকা নোংথাওলৈমা,** লাইরেম্বা অমা, দুর্গা।
**কাসা,** লাই।
**কাসা চাউবা,** লাইবক থাবা।
**কাসা তাইবা,** ঈরাংপা, পূজা তৌবা।
**কাসা নিংথৌ,** সোরারেন।
**কাসা পাউত্তাকপা,** থক্তা লৈবা লাইদা পাউ তাকপা—"কোরী থরাউচী থোংলেন লমপাউবাকপু নিংসা থিনকামননা কাসা পাউত্তাকলে"— পাখং: লাই:।
**কায়দোংবা,** তোংবা।
**কিকোৎ,** কেকু লোংপী, "লাইরেন ইশাবি নঙবু ফম্মোইমিংকা কলাংমৈ তোংলরো হায়না পাওমেনববু শানৌ-ও কিকোৎ মঙারক শুদরিয়ে"— তুতেং।
**কিদি,** বদি।
**কিদি তৌনি,** অতুম ওইতুনন্থ।
**কিশি তাউবা,** কিশি থোকপা।
**কিয়াং নমথৌ চীনখুবা,** কোরেক, তুম্বা।
**কিয়ার মোনতেক,** মোন।
**কিয়োং,** ফুরা, লাইশঙ—"পুথেম ইথাইগী কুম শক ১৬৪৪ কালেন থা ৫নি নিংথৌকাবদা কৃষ্ণগী কিয়োং হোএ"— চৈঃ কুম্বা।
**কিয়োম্বা,** য়োম্বা।
**কুইবা,** শাংবা "৫নি সগোলসেন্দা কীরান লম ১৭ কুইবা হৃমথেকএ" - চৈঃ কুঃ ২৫৮।
**কুক কুক,** পীকলিবা অঙাংদা ঈশং থকউ হায়না খঙহনবা খুদম, কুকু।
**কুকু,** য়ামনা পীকলিবা অঙাংদা ঈশিং থকউ হায়বা খঙহনবদা শীজিন্নবা ৱাহৈ,
**কুক কুক** মীরোন থোক্তবা, কুকু হায়বা খঙদবা, য়ামনা অঙাং ওইরিবা।
**কুচু,** ৱায়েনশঙ্।
**কুৎ,** লায়ীগী (সিকাইগী) কম অমা।
**কুদম ওনবা,** মকু হবা।
**কুবিবা,** থৌজানবিবা, চানবিবা, পীবিবা "পুঞ্জিবা কুবিও" পোঃ শেকনীং; "থাৱী মৈ নিজববু কুবিও" —মৈঃ তেংথা।
**কুম,** চহী, কুমজা; মচু শঙবদা শীজিন্নবা পাৱী মথক অমা, অমুবা মচু জাৎ অমা।
**কুমওল্লকপা,** চহী-ওল্লকপা, "লোইদাম কুমওল্লকপা খুদিংদা রোংখু মপুম অমমম ৱাশা লনহারা-ও— "তুতেং।

**কুমকাউদবা,** চহী খুদিংগী কাউদবা, "চীংঙু নকুম কুমকাউদা, নথা থাজা-ৱাকাউদনা হেন্নি-ও।" লোঃ ঈঃ।
**কুমকাং থাকাংবা,** কুমগাংবা, নোং মতম চানা চুদবা "কুমকাং থাকাংলপতা তৌও নোংচুপনে"— থিরেন চীন।
**কুমকাও নিকপা,** কুমকাংবা।
**কুমকাংপা,** কুমগাংবা, নোং চুবা-ৱাংপা কুম।
**কুমগী লাংদাই,** চহী অনীগী তাইনবা মতম— "শারম তরেংনে ঙারম তরেংনে লাংও কুমগী লাংদাইদা তৌও কৈএ।"—নুং: অচৌ।
**কুমচা,** চহী, কুম, কুমজা।
**কুমজা,** কুমচা, চহী।
**কুমজা তৎফদবা,** কুম খুদিংগী শোয়বা য়াদবা।
**কুমজা তেকহৌনা,** কুম খুদিংগী অনৌবা।
**কুমজিং পরৈ,** ৱা অচেৎপা।
**কুমজিং লোনমায়থক,** কোয়েৎ মথক।
**কুমজিং লোল্লে য়েৎপা,** কোয়েৎ য়েৎপা।
**কুমজেং লোল্লিং য়েৎনা,** কোয়েৎ য়েৎনা—"শৎদিং লাল্লেথেম কুমজেং লোল্লিং য়েৎনা মরোং ঙক্তা ছক খোকলাং তুংশোন্না থেরে মাউইন্না হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংবরমদা হুযেন লান্দাথিগে"—চায়।
**কুমথি,** কুম ফক্তবা।
**কুমথি কুমগাংবা,** নোং মরাং কায়না তাদবা চহী, কুমকাংবা "পাথংবগী থোঙ খুৎ মরিমানে কাওইহেদে, কুমথি কুমকাংঙে"—লৈঃ মঃ লায়াং।
**কুমদম্বা,** কুম অমগী অহানবা নোংখোংবা মায়কৈগী মথুং ইন্না মায়গে অতু ঙাকলিবা লাই অতুনা কুম তম্মি হায়বা খঙনবা।
**কুমদমলৌ,** কুম অমগী (চহীগী) অহানবা তাবা লৌ "লোইদাম কুমদম লৌ'সিবু লোইদাম মরাই কা, চীংঙু নকুমতথু কংলকলবগী"—লোঃ ঈঃ।
**কুম্বা,** কুম, চহী, শুম্বা।
**কুম্বাবা,** কুম পাবা, কুম্বাবা পুরাণ।
**কুম্বা ময়াই কাবা,** লুংঙাইবা কুম।
**কুম্বা য়াই চেংলিবা,** নোং তাদবা কুম।
**কুম্বী,** কুমজা, চহী "কুম্বী মনোং ওইবা কুম্বু"— পোংনিং।
**কুমলং কুমপান লৈ,** মমাউঙদা খুমুকচন্না শঙনবা মচু মথক অমা; —"লংশংবম খুমুকচন্ন নঙদি কুমলং কুমপান লৈবু শঙেঙা"—লোঃ শিনয়েন।

**কুম্নিন,** নুপীগী কিজেং অমা।
**কুমলিক লাই,** চহীগী অনৌবা হৌরকপা—"কুম সনা কুমলিক লাইনা অমাং চীংথং লান্দা কুমওই তিনবা কুম"—পোংনিং।
**কুমশাথি,** কুম ফত্তবা, শাথিবা কুম।
**কুমশাবা,** চহী খুদিংগী থোকপা।
**কুমার কুশাবা,** চক্ষু শাবা।
**কুরাউ,** তিংথং পানবা উ জাং অমা।
**কুরাউ পাল্লং থাংবা,** খাওদা পাইতু য়ানবা।
**কুরাউ হুং চনবা,** হাত করা থাংবা, য়োল্লিং কলাং চনবা, খোঙ খুং পুনবা—"কুরাউ হংগা চন্না ৱাত্তা-থিথিয়ে"—নিংঃ লম্বু।
**কুরাউ হংজৈ লোনবা,** মথোঙ মখুং পুনবা।
**কুরাক লমদাইবা,** শা শল মরাই তাদনবা কুমগী ওইনা লম লম অচুদা লৈবা লাই খুরুম্বা, কুরাক লমদাইগ্রবা মতুংদগীদি লোৱাই থোৱাইদা শল শেয়ে, থাদোরুদে।
**কুরাং,** শউন, শজি।
**কুরাং লৈনা হুবা,** মউন হুবা।
**কুরু,** কুবা, শুরু।
**কুরু খুবা,** শোনবা।
**কুরুম চীং,** নোংহুম শঙ—"কুরুম চীংদি নোংহুম শঙনে"—উঃ লাঃ।
**কুরুহনবা,** অহন ওইবা।
**কুরোন,** মকু—"লোইমোম হুনা কুরোন হুনা"—অহোঙ।
**কুরোন হুবা,** মকু হুবা।
**কুয়োম,** মকুবু য়োমশিনবা শরুক, পোং অমবু য়োম্বা মকু।
**কুয়োম তানা পানবা ৱা,**—লুক্রাক পান্দবা ৱা।
**কুথোইচিন য়া,** মচীন থীবা।
**কেংনবা,** খংনবা, য়েংনবা "হুংবান হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা তাল্লোয় মরুম্বী খয়োয়রোন ডাহু থুম্বীনা মপারি শেনবা মিমাববু শাংনরবদা তাল্লোয় কেংনবা লুমলেন খম্বন ৱাগী হুংবান খম্বন ৱাগী হুংবান মরিমনাকপ্ন নমদা হুন্না"—খুঃ কংলৈ।
**কেগে,** মোইরাং।
**কেগে চাউবা পুং,** মোইরাং—"ময়ু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সি য়ুমোইবগী হৈনা মতুং য়ান সনা মমৈবায়না কেগে চাউবা পুংদা ডাইয়োয়নথিববু"—নাঃ ফঃ কাঃ।
**কেগে পোংলেন হনবা,** মোইরাং নিংথৌ, পুথিক লাই—"নোংয়ায় লৈবোয়কম্বগা কেগে পোংলেন হনবগা নিংথৌ অনীমানা হুয়েন লাল্লম অনী ওইনা পম্বেংলবদি লোকথা য়াগা চাইরে হাওখা মপুং তাকলে"—মোইঃ নিংঃ লম্বু।
**কেগে মনিংথৌ,** মোইরাং নিংথৌ।
**কেগে মোইরাম্বা চা,** মোইরাং মচা—"হৈয়েম মনিন নাইবা চারা কেগে মোইবাম্বা চায়া, মরিম পোইরে মৈতৈ তানদবা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা কনামো?"—থঃ থাঃ হিঃ।
**কেগেরম্বী,** মোইরাংগী।
**কেতু** গ্রহ অমা, "ঈশিং থোঙদগী কেতু পে'বএ।"—কম।
**কেন্না,** পামনা।
**কেনবা,** তাবা।
**কেম কেম্বা,** অমনবা, অশিবা।
**কেমদবা,** মাঙদবা, "মালেম ভানবা মনারোয়না মচু লৈবু কেমদবা অশায়েনা খুইদবা"- ৱাঃ ফঃ কাঃ।
**কেম্বা,** মাঙবা।
**কেমলাইবা,** কায়গনবা, অবেম্বদা মাঙবা।
**কেমরাইবা,** মাঙবা, কেম্বা।
**কৈউন,** কৈ মউন।
**কৈ ক্রন,** কৈ পান্নবা, কম অমগী মিং।
**কৈক্রন শম্লুং,** শন পান্নবা, কম অমগী মিং।
**কৈ খোঙ,** কৈ মখোঙ।
**কৈখোঙ কায়রৈমা,** কৈদগী হৌবা লৈমা (রানী)।
**কৈচা,** কৈ মচা—"কৌপোং কুহু্রা তামববু-কৈচা কৌএ"—।
**কৈজাবা চম্মু,** কৈ নিংঙোন।
**কৈথেল অওম্বা,** কৈথেল মী য়ামনা তিনবা মতম; —"২০নি নিংথৌকাবদা মম শীজা নিংথৌপোকপীনা কৈথেল অওম্বদা কোম্বুং চংএ"—চৈঃ কুম্বা।
**কৈদম্লোই,** কৈ তানবদা চংমিন্নবা মী।
**কৈদা শুম্বা,** বন্দি থম্বা, অৱাকম তাহনবা—'(শক ১৭৮৫) পোয়রু থা ৪নি নিংথৌকাবদা মুথক ২য়ব কৈ হায়রুনা তানমৈববু কৈদা শুমএ"—চৈঃ কুম্বা।
**কৈনবা,** লোয়নবা।

**কৈনাবা,** লোইবা।

**কৈপাউ,** কৈগী পাউ—"কৈপাউ লানপাউদি লানমী য়ায়রেকশঙদা তম্মে"—কমলোন।

**কৈফক,** কৈবন।

**কৈরাং,** কৈগী লাং, কৈ ফানবা লাং।

**কৈরাংলম,** কৈ ফানবা লাং পুত্নুনা চৎপা লম।

**কৈরুংবহন,** কম অমা, কৈরুংবা লোয়শঙগী মকোক অমা।

**কৈরুংবা,** কম্নাইবা অমা; কৈ পান্নবা অঙম্বা।

**কৈরেন,** কৌ থম্নবা কৈ, কোৎ অচৌবা।

**কৈরেন,** পাম্বা, কৈ—"হুইথৌনা চীকেঙৈঙ, কৈরেন্না য়াথোকঙৈ লংমাইনা মাইহনঙৈ"—নাহৈরোন।

**কৈরেন অথোবা,** কৈ অথৌবা, চীক্নবা কৈ।

**কৈরেন খাঙলেনবা,** কৈগুম হাৎপা।

**কৈরেন খোঙওইনবা,** কৈ তোংবা—"খোইয়ম অশীবদি কৈরেন খোঙওইনমা কোরৌ নোংখোঙ কোয়থিরে"—সনাঃ লাই।

**কৈরেনচা.** মৈদিংঙু খোঙতেকচানা পুকৈরোন চন্থ পান্নদুনা পোকপা খৃঃ ১৮৪ দা ফম্বাল কাত্নুনা চহী তরামঙা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।

**কৈরেন তেংথাবা,** কৈমুক থৌবা, কৈগুমনা থৌনা ফবা।

**কৈরেন হাপচা থন,** কোৎ থম্না কৌ হাপচবা —"চহী কুমদম ফরবগা থাঙগি মরীক চুম লোইমোম ফৌরিক চোনবা কৈরেন হাপচথন লোইমোম কাহাপ্পবা নিংথৌনে"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**কৈরেন য়াথোঙ লোনবা.** কৈনা চীকপা, কৈনা শোকপা "নয়াম্মা নিংথৌ থাঙখিববু কৈরেন য়াথোঙ লোল্লে হায়সা নত্তবরা ?"- চেংলৈ।

**কৈরোই লাকপা,** কম অমা—"কমদৌ খুল্লাকফমনা তৌবা মশিন্দি কৈরোই লাকপা পুরেন ওইএ"—কম।

**কৈরোন চীং,** কৈ লৈবা চীং।

**কৈরোম,** লৈকোক লৈকাই—"লৈনম উনবী পুকহুরে,থাঙঙ কৈরোম ভারদি নোংশারে"—কুমদমশৈ।

**কৈশিং লেনবা,** কৈয়াম কাবা।

**কৈগুম হংজনবা,** কাত্নুনা মথোঙ মখুৎ য়োংহ্লিং ফজাং চনবা।

**কৈয়াঙ থেকপা,** মতীক মগুণ লৈবা অথোবা মিশাজাকৈ কাবা তৌবা কুমৈ।

**কৈয়াঙ থেকপগী ফিজেৎ,** অক্নুন অথৌনা কৈয়াঙ থেকপদা শেৎপা ফিজেত্তি নীংথম শমজিন, খুদাংয়াই, খুবোময়াইশিয়োনবা, খোজ্রাই মথক মখা, জাংমৈপুংলেনবা মত্নু, লৈখাম, পজেং থোনমাথক্তা থোনমা, কীয়ান নাম্মথক্তা নাগা থেৎপা, নিংথৌফি তাজিন, শায়াং ভাঙ্কপ অসি শেৎলি, অথম থেংগৌ শাবা চীজোন থেন কাবদম্নু ফিজেৎ অসি শেৎকান। হায়রিবা থেন কাবা অথম থেংগৌ শাবা কৈয়াঙ থেকপদা পোৎলোই অসি শুদবনা শারবাদ শারিবা মী মহাক পুক্তিদে, লৈমা নিংথৌগী ফত্তে, লৈপাক ঋায়, তৌহৈদে, চাকতোন ফিদোন লোম্বা কৌই।

**কোইজ্রাউবা,** লৈপুং।

**কোইজৈ,** কাঙজৈ।

**কোইথিং মুরাবী,** হঙোই।

**কোইতুয়েন,** য়েন কাওনবা।

**কোইরবা,** তেকপা, তেকলবা—"কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনবদি...তেকপবুদি কোইরবা ও কৌএ।"—মোইঃ নিংঃ লম্বু।

**কোইরেং,** থোয়দিং—"নাতোন নাকচি তাবু কোইরেং থোয়দিং মপানগুম"—ধঃ লাঃ নীং।

**কোইরেন নিংথৌবা,** লাই-থাংজিং।

**কোইরেন ফম্বাল তোংবা,** ফম্বাল কাবা।

**কোইরেন লাই,** লাই থাংজিং—"কেগে থাংজিং কোইরেন লাই কোইরেন নিংথৌবা"—হেজু।

**কোকথোকপা,** শেংদোকপা।

**কোকথোন,** কোয়েৎ।

**কোকনীরোঙবা,** মকোক অনী পানবা, কোক অনী লোঙবা "থৌবাল ইরুম লাই তুবী কোকনী রোঙবা লাইরেম মৈমাতোম্বা"—চাঃ লাইঃ—।

**কোকপাকপীচা,** ভারেন—"লেমলৈ ভারেল কোকপাকপীচাগী ভানান শোংয়াম্নুংদা চঙনা শাম্বপলে"—তুত্তেং।

**কোকলেন লুফম হেনবা,** কোক্তা লৈতেংবা,—"শীঙলেন চুনাপা লৈরাং, নীংথিপাপু কোকলেম লুফম হেন,"—পাঃ নোংঃ।

**কোকশা পাকলোই,** কোয়েৎ।

**কোকশেৎনবা,** কোক্তা য়ৎপা।

**কোকশেৎ মচি লাংবা,** কোকশেৎ শেৎপা,—"কোকশেৎ মচি লাং লীকলাং কোনকা য়েংনা চৈরে অজী থম্না লাইথেমলাপাক্তা"—পাঃ নোংঃ।

**কোকশোক্লবা,** "কোক থেংনবা।

**কোকে,** লম্বাই লেম্ফু (শেলোয় লংমাইনা হায়নবা) "শেলোয়না মিকৌনা লংমাইনা তেংথানা তাঙজা লুম্বাই লেনফুবুদি কোকে-ও কৌএ, শেংলববুদি পাম্লবা-ও কৌএ"—নিংঃ লম্বুঃ।

**কোং,** কংকাল (মোইরাংনা হায়নবা)—"ময়ূম কেগেনা বা হায়না মোইরাংনা তেংথানা ঈশিংবু লোকলৌ-ও কংকালবু কোং-ও কৌএ'—নিংঃ লম্বু।

**কোঙ কোয় মিৎসা ওল্লা য়েংবা,** মিং লৈনা য়েংবা—"মোমহু খূপাক লাইথন শানা কোঙকোয় মিৎশা ওল্লা য়েংলমএ"—খোঃ নোংকা।

**কোজায়,** তংখায়, খাইবোক, মচেৎ।

**কোজোই,** কিশি।

**কোজোই ইরারেপ মুংঙোনবা,** পূকনীংদা লৈবা রামা পাওমেনবা।

**কোজোই থুবা,** কোজোইনা হুকচিনবা।

**কোজোই থুরৌ লাং,** কিশ ক্তিহুনা কাবা লাং।

**কোজোইবা,** পুন্দুনা থম্বা।

**কোজোই মিৎসা ওমঙমদবা,** মিং পাঙবা ঙমদবা।

**কোজোই মিৎসা ওল্লা,** মিং কুপ্তনা।

**কোঙৌ,** তিন—"শক ১৭৯২ পোয়হু ৯ নি শগোলশেন্দা লোইথোমশঙগী নোংপোকথংবদা লখি থৌরানীগী লাইশঙ শাহুনা কোঙৌনা কুপএ মতোন্দা সনা লুপএ"—চৈঃ কুম্বা।

**কোংদিং,** শম্বুন, ক্ষি, ইয়োং— "ইয়োং কোংদিং থক্তা লাংবন কৌজেঙ চোংবী চাবু কৌজেঙ মরুতুপনা হুয়েন লান্দমবিখিএ'—চাঃ লাইঃ।

**কোংনা য়েংবা,** মুল্লা য়েংবা, চিংনা য়েংব'—"য়োইপু তম্পা বাংঙমলোম্না অঙৌপা মশাপিপু কোংনা কোংনা য়েংলম্মে কোংঙা পাংও তৌনা কৌএ"—পাঃ খোঃ

**কোংলৌ,** শাবন—"মুংবান হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুজিবনা শাবন লমথোকপা কোংলৌ লময়েংবদা লাইজা ইরেন পূংববু মেংয়েং শানখৈরিঙৈদা"-হিঃহিঃ।

**কোংলৌ লমখৈবা,** লম অথাপ্পা।

**কোংয়াং,** বা।

**কোংয়াং থানফৈ থক,** বাশা মথক্তা, বা মশাদা।

**কোংয়াং চৈশু,** বাগী চৈশু।

**কোংয়াং বা চৈশু,** বানা শেগা চৈশু।

**কোংয়াং তজা পৈ,** বাগী থাবৈ।

**কোয়াং নাবু লুক্লকরা,** মনা পূংবা বা অকোনবা।

**কোংয়াং নোংবু লুমনা পানবা,** মনা য়ামনা পানবা বা।

**কোংয়াং পন্দোনয়া,** বাখোঙ।

**কোংয়াং রাথন থাইশকপা,** বাচেং থায়বা।

**কোয়াং রাতরি তারি লেংবা মরাকথং থংতা পাইজা মরা ওই চিম্বান তারিথোংলা খোমৌ রা,** বাশী।

**কোংয়াং রাতোন থক্তা থংতাকপা,** বাতোন থৌরগা থংবা।

**কোংয়াং র য়িখেৎ,** বাচেংকী কলম—'কোংয়াং রায়িপেৎনা মুকৈম নারিন শোনবিও"—লাঃ শঃ থাবা।

**কোংয়িপা,** কজেং য়েকলাবা — তাউরোইনাইগী চীবেন লাংযেন্না ওইখিবা থাঙ "থাঙলেন নামৈ যেপ্লদি লাইবেন তাউরোই-াই তুবী য়াঙবী য়েকতৈবগী চীরেন লাংয়েন তোম্না ওইখি থাঙ কোংয়িপা কজেং য়েকলাবনে।"—পোঃ লুঃ।

**কোন,** মক্ষম, লৈক্ষম—লৈমকোন—নিংথৌকোন।

**কোনথাং,** ময়েক।

**কোনখাবা,** পনাথংবা।

**কোনখু লৈমা ক্বাথাবী,** কোনখাম নিংঙোন, "কোনখু লৈমা ক্বাগাবী হায়বদি কোনখামনে।"—পেনঃ তেংথা।

**কোনখৈ,** লমদম।

**কোনখৈ অতাম্বা,** য়ামনা লাপ্পা লম—"ঐগী মক্ষম অসিদি কনানা য়োকয়োই হায়না ঙাক্চরে অদুগী কোনখৈ অতাম্বা কৌএ"—পুদিন।

**কোনগুম লিক্কুম্বা কৌবা লৈখাম মানবা খ্বাঙ নৌবা,** হরিনোংনাং।

**কোঙ্গং,** সনা।

**কোঙ্গনবা,** তাইশিনবা।

**কোঙ্গিন তুথোকপা (তিংথোকপা),** লাই অমগী মিং, মুংশীং হাবাবা, গুরুগী মচা অতোনবা, "কোঙ্গিন তুথোকপনা মমিং লৈথিনকাই লৈয়াবা কৌনা মুংশীং হায়াবা কৌনা শারে" নুংঃ অচৌ।

**কোম্বা য়াইথাবা,** সগ লুপা কোনয়াই হনব "য়াইবা শঙ্ অহম্মানা লপাক্তী লাই পুয়ম্বা খুঙোন কংলে, কোম্বা য়াই থায়ে"—কম্বান।

**কোন্দ্রে,** হঙোই জাৎ অমা।

**কোন্দে (কোন্তে) সাকথিন মাই,** নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাইবা — পাখং: লাই।

**কোন্দৈবা,** মুখদা কায়ুতুম্বা, লাক্তবা, মকোন খঙদবা "কাওরেন কোন্দৈবা নঙ কোন্দৈরকও" — সনা: লম:।

**কোন্না.** কাইনথংদা, মমৈদা।

**কোনশাং,** লৈরক।

**কোনয়া,** পাংপান, পাং ময়া — "অদোন মপাচাবু তাংজা ঈকাইরবগী পাংয়া কোনয়া অচনবদা তরা চাবুক লামনা মতোম্মক ওয়া থোইনা শিরে" — খু: ম্নিং: লম্বু।

**কোনয়াই পু,** সনা লুপা অনীবু কোনয়াই পু কৌই, কোনয়াই থাবদা (হুনবদা) শীজিন্নবা সনা মচেং অমগা লুপা মচেং অমগা—"কোনয়াই পু তরা-নীপান হৈরুক মাপন পানা মাপন"—কম্বাল।

**কোনয়াই হুনবা,** সনা লুপা কোনয়াই থাবা;— 'ঙাঙেম নঙ কোনয়াই হুল্লো' লো: শিনয়েন।

**কোন্নুং থোগাবা,** কোন্নুং কাবা।

**কোম্পুং ঈনমথি,** নমথি হাঙাইনা থল্লবা কোম, নরক কোম—"চেংলৌ মমিং তাঙনা কোম্পুং ঈনমথিদা পুথনরিয়ে"—প: স: যজ্ঞ।

**কোরী,** ধাতু অমা।

**কোরী থরাউচি,** কোরীনা শাবা চীন্না কামতুনা খোংনবা যন্ত্র মখল অমা;

**কোরী নাপোম পোবা,** চুবা।

**কোরী পাথাং,** মথৌ শঙবগুম্বা।

**কোরেক,** তুম্বা।

**কোরৌ,** নুমিৎ, নোংদোন, অতিয়া, অৱাংবা।

**কোরৌ অখোং নিংথৌ চন্দু,** সোরারেনগী নিংঙোন।

**কোরৌ অচু খাঙ ৱাংবন অশা লাংবা,** নুংশাগী মৈশাদা হুন্দোক্তুনা থম্বা অমসুং নোং চুবা মতমদা নোং চোংহনবা — "নশানৌ ঐবু নুংশাল মশা ওই লুৱাং মরান ওইরে, মমুং নুংবান মশুমাঙদা কোরৌ অচু খাঙ ৱাংবন অশা লাংনা থৌতু নুংনা নম্না থোৱামলে"—পো: লু:।

**কোরৌ অচু খঙবা,** নুংশা নংবা, নুংশাদা হুন্দোক্তুনা থম্বা।

**কোরৌ অচু নং,** নোং নংবা।

**কোরৌ অচু লোংচাঅগী,** নুমিৎ অচুগী।

**কোরৌ অসি লোংজা,** ঙসি নুমিৎ।

**কোরৌ ইনোংথৌ,** ঐগী ইবুংঙো, ইপুরোয়বা — "কোরৌ ইনোংথৌ নিংথৌ মশানৌ খোইমোম লাইবু নীংবা ও"—ধ: লা: নীং:।

**কোরৌ খাক্তুম খাকপা,** নোং খাকপা।

**কোরৌ খাক্তুম খাক ৱাংবন লাউতুম লাউনা,** নোং খাক লাউনা — "হয়েং কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবগা কোরৌ খাক্তুম খাক ৱাংবন লাউতুম লাউনা নোংলেন মথোঙ ফুইনা চুথরকলবগী লাইজা ঈনা ঙমলকলে" – তুতেং।

**কোরৌ খোংতুম খোংবা,** নোং খোংবা।

**কোরৌ ঙমথং,** য়ামনা ৱাংবা, নোংদোন ধেংনা ৱাংবা "পামেন উতোম্মক কোরৌ ঙমথংনা ৱাংবন ঙমলোয়নবদা লৈম্না নোংজুম্বা লৈবু পাম্লে।"— লৈরোন।

**কোরৌ ঙমলোম্নবা,** শিবা।

**কোরৌ চিন্দুম চিন ৱাংবন মংতুম মংলকপা,** নোংথি নোংমংলকপা —"কৌবা অঙাংঙানা কোরৌ চিন্দুম চিন্নকপা ৱাংবন মংতুম মংলকপা অসিবু ঐ থৌথামগে হায়না কৈগুম থৌনা হায়ঙম্মে।"— তুতেং।

**কোরৌ চীংৱাং ঈ,** নোং—"কোরৌ চীংৱাংঈনা শুমথরক ৱাংবন নোংয়াং ঈনা কেম্বরকএ"—নিং লম্বু।

**কোরৌ চীংহৈকাপ,** লেন হৈথবা, লেন তাবা যন্ত্র তাবা, নোংমৈ শীংজ তাবা 'খোয়ম নামুংবনা ভিন্নাং মথোয় শাউনা কোরৌ চীংহৈকাপ, ৱাংবন হৈথা, থৌতু নুংতুম হুন, মরান মৈগা থানা পম্লেংলবগী অকি পূকনীং চঙলবগী পোইরৈ সনা পুংবু ইন্দাল্লকলে"— সনা: লাই।

**কোরৌ চুমিথাঙ,** চুমথাঙ।

**কোরৌ তমথরাং ৱাংবন শিক্কারাং মচি চিরাইবা ম্নিমচঙ লাং,** বজ্র থক্কী তেন, "কোরৌ তমথরাং ৱাংবন শিক্কারাং মচি চিবাইবা ম্নিমচঙ লাংনা চানা ঈরু কাংনা তেনৱাইথোনগী অমন নোংগারে" না: ক: কা:

**কোরৌ তমথলাং,** নোংলোন্দগী থাদবা লাং, যন্ত্র—"কোরৌ তমথলাংতুনা ৱাংবন তেনৱাইরকপবু খঙলোরোইদে"—কুম: লৈ:।

**কোরৌ তাচিরৈ,** লাইরৈথাক।

**কোরৌ থমনোং খোংবা,** নোং খোংবা।

**কোরৌশু,** থবানমিচাক অমা, শতভিষা নক্ষত্র।

**কোরৌ সুমিৎ অমা,** মোংমা—"কোরৌ সুমিৎ অমদি বাল্মীক মুনি মরানয়ায়বু নাতৈননা শগোল চাক্তাখিবব্"—উঃ (রাঃ)।

**কোরৌ সুমিৎমদা,** নোংমগী সুমিৎতা—"কোরৌ সুমিৎমদা মশাবি থ্রিশ খুন নিংথৌনা হাওশি ঙমগচিংনা"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**কোরৌ সুমিৎমনা,** সুমিৎতুদা।

**কোরৌ সুমিৎ শীংবুম,** সুমিৎ।

**কোরৌ সুমিৎ যুংখাকপা,** সুমিৎ যুংলাইদম, সুমিৎ যুংবা মতম।

**কোরৌ নোং,** অতিয়া, স্বর্গ।

**কোরৌ নোং কাখিবা,** শিখিবা।

**কোরৌ নোংখাকখেন,** নোং খাকপগী খোঙ্গেন।

**কোরৌ নোংখাও মতুপমদা,** অতিংঙা লমখাওমদা।

**কোরৌ নোংগা থৌ,** অশিবগী মথৌ মঙম, পোৎলোইবা, "ময়ু কোরৌ নোংগাথৌবু থৌরম মতোন লোমলবদা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**কোরৌ নোংগাবা,** শিবা—"লাইরেন মপা মৈদিংঙু উরা কোম্বৌববু তুবী মনোং নোংশীং গুরবগী কোরৌ নোংগারে, চৌংঙু শন্দল্লে।"—চাঃ কঃ কাঃ।

**কোরৌ নোংগালমদাই,** শিরমদাই।

**কোরৌ নোংজা,** সুমিৎ।

**কোরৌ নোংজা খুদিং,** সুমিৎ খুদিং—"ভাইবঙ থবায় অপম্বা পুম্নমকপু কোরৌ নোংজা খুদিং লাংবন কাওরেন শন শেনবগুম্বা অপোক ঈছন নোংদমবিরিবা লাইয়িংথৌ"—পেঃ লুঃ।

**কোরৌ নোংতামতা থবি লোংলেপ্পনা,** নোংমতা লেপ্পনা—"থংবা য়াইরুপ পোংপৈথোনবু কোরৌ নোংতামতা থবি নোংলেপ্পনা না ভারবগী কেকে নৈকোয়কপা পুরিকলাই কাং কাং পোংলেনহনবনা বাহমলকএ"—মোইঃ নিঃ লমু।

**কোরৌ নোংদামদনা,** নোংমতা লেপ্পনা।

**কোরৌ নোংদোন,** অতিয়া।

**কোরৌ নোংনাংপান,** লাইরৈপাক অতিয়া—"কোরৌ নোংনাংপানতা কোয়না লংনা লৈরমএ"—খোংঃ নোংকাঃ।

**কোরৌ নোংকানশা,** হামেঙ—"ঐগী মেনাংঙনবা শা নামুং অঙৌবা কোরৌ নোংকান শাতুম শাবি নঙনা লোইরবরা?"—চাঃ লাইঃ।

**কোরৌ নোংবু থোন মালেম লৈবু উপ্পা,** স্বর্গ মর্ত্ত অনীমক শীনবা থুংবা, লৈপাক নোংথৌ অনীমক তুবা।

**কোরৌ নোংবুম্বা,** নোংমগী সুমিৎ অমা।

**কোরৌ নোংমদোন,** অতিয়া।

**কোরৌ নোংমাপা,** লাই, ঈশ্বর—"হন্দক লাংওন অসিদদি লাইরেন কোরৌ ননোংথৌ ঐনা পোইরৈ লৈপাকপু ঙাকলরোইএ, কোরৌ নোংমাপা ঈশ্বর মপুরেন্না শ্রীজী থোইথোইবনা নিংথৌ সনা পম্মু ওইরক্লনো।"—চৌংথংঃ শাঃ কাবাঃ।

**কোরৌ নোংমাবা,** লাই, সোরারেন।

**কোরৌ নোংলাউথোন,** নোং থোংবগী থোঙ্গেল।

**কোরৌ নোংলাংপান,** লাইরৈপাক "চৌংঙু নোংথৌ সোরারেন্দি পোইমোম মঙাইরোয়শিংগা কোরৌ নোংলাংপান্দা তেংথংখিরে"—তুতেং।

**কোরৌ নোলুপান অঙৌবা,** লুপা—"কোরৌ নোংলুপান অঙৌবনা লুপা কোনগা চন মালেম লৈম্না অঙাওবনা সনা য়াইগা চন চংবী লাগা থা চেঙ্গৌ কাহাপ্পা"—হিঃ হিঃ।

**কোরৌ নোং লৈপাক,** লাইরৈবাক, স্বর্গ।

**কোরৌ নোংলোন,** লাইরৈপাক, অতিয়া,—"পোনপী মরূম কোকলিপা কোরৌ নোংলোন পাইপা চেকসুঙ, থোয়মা নারোন সুংকি শাতুপ শাঙাঙ,—পাঃ নোঃ।

**কোরৌ নোংশগোল,** শগোল;—'কোরৌ নোং শগোল, লাংগোই শগোন অঙৌবা মচীন্নাউবু থোঙ শইনবা"।

**কোরৌ নোংশামৈ,মুংশা;** 'লৈমুং থোঙডারেন অহনবা মশানৌ অতোনবদি কোরৌ নোংশামৈদা থৌতু নুংনা নল্লে"—পোঃ লুঃ।

**কোরৌ নোংশোনবা মালেম লৈশোনবা,** লৈপাক নিংথৌনা অতিয়ানা) থঙসনু হায়না বাথকপা।

**কোরৌ নোংহৌবা,** নোংথৌ শেম্বা, লাইরৈবাক শেম্বা, অতিয়া শেম্বা।

**কোরৌ শীথশা বাংবন খুয়ৌ কাও,** শগোল—"তুবী লাংগোই মথুনেৎ কোরৌ শীথশা বাংবন খুয়ৌ কাও"—নিংঃ লমু।

**কোরৌ ফি ফিজাং,** (মমাইজেন চি খ্বাবনা

শানরম্বা ) কি জাৎ অমা "চিগ্বাবম নওদি কোরৌকি কিওাং শাউ"—লো: শিনয়েন।

**কোৰো মপী তোনবা,** নোং;"কোরৌ মপী তোনববু হুপ্পা মাওখিয়ে"—তূভেং।

**কোরৌ মৈ,** মুংশা "রাংলো লমশাং চৎপগী কোরৌ মৈনা কন মুংশা মৈনা শাবগী"—দাঃ কঃ।

**কোরৌ লক্করোই লোংশাংলবগী,** মুমিৎ য়ামনা কুইরবগী।

**কোরৌ লনশাকম,** লাইনীংকম, তপ তৌকম।

**কোরৌ লনশাবা,** লাইনীংবা, তপ তৌবা "কৌবা লাকখোংকা চীংও খোংবান ঝাইনা শীংলেন নৈনৌ কৎ হৈরাও পূংবুরেম ভাউজীং থেনমাই লাংনা কোরৌ লনশাবিরমো"- জিঃ চঙ্।

**কোরৌ লনশামল,** লাই নীংজমন।

**কোরৌ শেনথিরান রাংবন পাইথিরান,** অশিবগী মওাই-মশেন, অশিবা মীগী মশেল মবাই।

**কোরৌ-হনগাংনবা,** নোং কাংবা।

**কোরৌহনবা,** মুমিৎ, লাই অমগী মিং—"চীং-কোক্তা লাইগ্নিংথৌ কোরৌহনবা নৈবনে"—চীংঃ লাইঃ।

**কোল্লাং,** উভোং।

**কোলোকক্যরান্বা,** কলক মিহোংগনবা, পেনগন্দবা।

**কোলোয়,** মিং, য়াথং, পাউ, য়ুম, শজাই—"লাই-রেন মৈদিংগুদি পূকনীং অওক চঙনা কোলোয় শজাইদুং য়াচওখিয়ে"— সনাঃ লাইঃ। "নাউরা কোলোয় ইপাউ তথদি কোয়া তমজগে"—ধঃ লাঃ নীং।

**কোলোয় অমেওবা,** অথোংশা ঝাহৈ, ছুংশিবা ঝাওাও, কজবা ঝাহৈ—"অঙাং মপাউ তাগে হায়না নীংলবগী কোলোয় অমেওবনা পাউহংখিয়ে"—ধঃ লাঃ নীং।

**কোলোয় চমনা থাহৈদবা,** অরৈবা ঝা মথৈ হায়-দোককদবা।

**কোলোয় তৈনশা শজাই তৈনা শেম,** য়ুম প্রপ প্রপ শাবা, য়ুম কৈ খুনা শাবা—"লাইরেন মৈদিংগুবু ময়ুম নোংমায় খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সি য়ুমোইবনা কোলোয় তৈনা শাগে হায়না মদাইরেম নোংমায় খাখা থমবা অদোন লাইখা তিনবশিংনা পাওমেন-খিএ"—নাঃ কঃ কা।

**কোলোয় পাউলাইদনা,** ঝা মচেৎ অমত্তা তাড়না।

**কোলোয় মতীনমেন,** ময়াথং—"অযোধ্যা খাওডা নিওেওানবী কোলোয় মতীনমেনগী সীতা লাই-রৈমানা রাবণ মশক মায়া শানশেনবু চীংও চেংলো মিংথিংলবগী"—উঃ (রা)।

**কোলোয় মতীনমেন তা আনে,** ময়াথংমে, ময়া-থংমকনে।

**কোলোয় মপাউতাক,** পাউত্তাক, ময়াথং।

**কোলোয় মমিং,** মমিং—"লোইদাম থাবুম তরানি কোরৌ মুমিৎ শীংবুম চহমনিবু ঈকা ঈমেল্লে কোলোয় নমিং থোংবু অঙাংকোএ"—মিকৌ।

**কোলোয় মমিং থোং,** কৌনবা মিং—"সীতা লাইরেম্মা মপাগ্নিনে কোলোয় মাবিওাগী মমিং থোংদি লবকুশ কৌএ"—উঃ (রাঃ)।

**কোলোয় মমিং পন্না,** মমিং কান্না, মমিংমক কৌতুনা—"কোলোয় মমিং পন্না পাওমেল্লুইএ"—লাং: শঃ থাবা।

**কোলোয় মিংচৎ থোইবা,** মিং য়ামনা চৎপা, অকাওবা।

**কোলোয় মিংচৎপা,** মমিং চৎপা।

**কোলোয় মিংথোং,** মমিং।

**কোলোয় মিংলেন ফান্না,** মমিং হায়দুনা।

**কোলোয় শোরি ঝা,** অওকপা ঝা।

**কোয়রেং,** শজোয়।

**কোয়রেন,** লবাই লেম্ফু।

**কৌপারেন,** লাই অমা; "নৈশাংথেম নওদি কৌপারেন শওেঙা"—লোঃ শিনয়েন।

**কৌওাম্বা,** কৌরম্বা।

**কৌচালিও,** কৌজোও।

**কৌত্রাংকোন,** অকোনবা, ফাংগোয়, নাপী জাৎ অমা—"তেংনৌ ফেন্সিন নাহন শাবা তেন কৌত্রাং-কোন মানবা থাবী মৈগী তেন"—লাং: শঃ থাবা।

**কৌক্র,** অবাং নোংচুপ থংবা মায়গৈ; ছুংশীংলম; মায়গৈ ওাকপা লাই অমা; —"পুকনপম নওদি কৌক্র শওও"—লো: শিনয়েন।

**কৌবরোন,** মোইরাং অনৌবা রেক ওইবা য়ুমনাকী নিওেওান, খোকচোম চহু—"কৌবরোন হায়না তেং-থাবদি খোকচোম চহুনে"—পেনঃ তেংথা।

**কৌখরোন (কৌপরোন) তাইপোও ওস্বী,** শোইবম চহু—"কৌবরোন তাইপোংওবী হায়না তেংথাবদি শোইবম চহুবু থাএ"—পেনঃ তেংথা।

**কৌবরোন পৃত্তানি কৈথেল থানবী,** ঙাংখম নিঙ্ঙান।

**কৌবা,** অহিং, লাউ হায়বা।

**কৌবা অঙাংঙা,** বাংঙমলোন লাইরোক লেম্বীবু লোৌবা কৌএগী নিংথৌ অমগী মিং।

**কৌবা চীংদোই লম্‌গুম,** চীং অৱাংবদগী হুম্বদা অপন অৱাক লৈভবগুম।

**কৌবা চীংন্নুং নোংগা শোয়বা,** নোং ঙানবা।

**কৌবা চীংন্নুং শোয়বা,** নোং ঙানবা—"কৌবা চীংন্নুং শোয়ববু ঙাইখমখিয়ে"—খঃ থাঃ হিঃ।

**কৌবা চীংন্নুং শোয় শোয়া তৈমা ওয়কপা,** নোং-ঙায়কপা "তুবী য়োইনোংঙা লৈন্নুং লোঙ্গা পাথংবা লাইয়েন লাই পাথং অভেংবা অহিং মীওইবা গু থিগ লাই ওইবা-ও কৌবা চীংন্নুং শোয় শোয়া তৈমা ওয়কলে"— নিংঃ লম্বুঃ।

**কৌবা চীংলেন নোংগা শোয়বা,** নোং ঙানবা—"কৌবা চীংলেন নোংগা শোয়রকলে শোয়া-তৈমা ওয়কলে"—য়াকৈয়োন।

**কৌবা চীংলেন লান্থবা,** সুরচন্দ্র মহারাজগী কম্বাল মিংহন—"ইঙা থা ২৫ নি শগোলসেম্বা মৈদিংগু কৌবা চীংলেন লান্থবগা মৈতৈ লৈমা থয়োয়য়োন কৌবা লৈশং থোম্বীগা স্বমিং য়ুংবা মতুং পূং ৭ ঙাবদা কম্বাল কাএ" চৈঃ কুম্বা।

**কৌবা মনোং শোয়বা,** নোংঙানবা—কৌবা মনোং শোয়রবগা নিংথৌ মচেৎ পাচমবু লেংনা ভিন্না প্রজা লৈপাক পূম্নমবু অয়াম ভম্পাক শঙদা কুমথিববু থাম্বী ভাজোইম্নুংদগীদি নিংথৌ মশানৌ মপা মচা মরিমশী শম্বু মহকসাং শবা লুমথাং থোদি লৈঙমদরে।"— ধঃ লাঃ মীংঃ।

**কৌবা মীওম্বা,** মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বগী (খৃঃ১২৬৩-১২৭৮) মিং অমা—"মৈদিংগু লোইনাই কৌবা মীওম্বসুঙ্ লাইয়েন ৱাকয়ৈ মথুনেৎ থমনৌ লমম্নেং হিবু তোংজেং মমিন নাই খুমু মরাঙ হোনা লীরি থম্মোই তিং লকা তেনমৈ লাকনা হাওরে থানা পাংবরম কাপথখিয়ে"—চায়।

**কৌবা লৈশংখোম্বী,** সুরচন্দ্র মহারাজগী মহারাণী ঙাংবম চম্বু প্রেমময়িগী কম্বাল মিংহন।

**কৌবা শোয়রম শোয়দা,** নোং ঙায়ম ঙানকাত্তনা—"কৌবা শোয়রম শোয়দনা চীংলেন ঙায়ম ঙান্দনা নোংয়ায় য়িমলক চঙ থূমন য়িময়া হেপনা"—খঃথাঃহি।

**কৌবা য়ায়রেকপা,** অহিং লেক্কুনা লৈবা—"নমান ঐদি কৌবা য়াগ্ররেকলয়োই"—মোইঃ নিংঃ লম্বু।

**কৌবী শীংলোয়তাউ,** তুরেল কাওশীং।

**কৌরোং,** মথোঙ, কাচি নাইবা।

**কৌরোং শূমা,** কাচি কারোং পায়হুনা।

**কাকোক চীন্দাই,** কাগোক।

**ক্রি,** করি।

**ক্রিথোই,** করিগুম্বা অহেমবা অথোইবা।

**ক্রিথোই চীনয়া,** চীনথাবা।

**থ**—মৈতৈ ময়েক্কী অনিশুবা ময়েক

**থকথবা,** নৈথংপা।

**থকমাতানা,** অতং অথম নাইদনা,লোইবা নাইদনা

**থকম্যাদবা,** অতং অথম লৈতবা।

**থংনং,** তা—"থংনং তাবুল শা লাইজা ঈদা কুম্র-দি তিমেন খোঙদা নেংনদি লাইরেন মৈতেংঙুবু বাকয়ৈ হি ওকডমএ"- থ: থা: হিং:।

**থংলৈ লমথাতম্বা,** চপ মান্নবা চঙমিন্নবা।

**থঙলোবা,** থঙহৌবা।

**থংরাই,** কেগাম, "মালেম লোইবী থংবাই তরেং শেম্মো"—মু: কা:।

**থজাই লেংওন চুপ্পা,** ওন্না ওন্না থজাই চুপ্পা—"মবেন চথা খোংজোম্নুনা ঈৈরা তান্দা খোংনা পম থজাই লেংওন চুপ"—থা: ঙথা।

**থজিক্কবা,** থত্রাংনবা, মান্নবা, "বাকয়ৈ অনী থজিক্কা তোংজেং অনী থবাংননা বাকয়ৈ হিদান্নগে হায়-রকলেদা"—হিং হিং।

**থজিকপা,** বাথল তৌবা, থনবা, নীংবা; "মথংলেন থাঙয়িববু পানবা অথৌবনা ঙম্বলবরা থজিকলবগী মোমন্থ থবায় মিরেল পাইনা পিরেম থকমাতানা খোয়জি মুংম্না পায়না মুংশি খোয়বু ওন্না মীকপ-থিএ"—চেংলৈ।

**থন্থাংনবা,** পাবোং শেম্বা, পাবোং পুবা "লুরক কাংদৈ থি থৌনাউ লেনথোঙ লেন তৌথোপ থন্থাংনা লান্নু পোন্নেম হান্না মরাম ওন্দেরকলে" চায়।

**থন্নদা,** থেংনবা।

**থ্বা,** য়োং, "থ্বা মথুং পুন য়োংমু মরম ঙমনা মান্নমএ অদু নোংগীবু থ্বা য়োংন্নান কমও তৌনা কৌএ"- তুতেং।

**থ্বাই,** ইম্ফালগী নোংচুপ অমম্নুং অবাং নোংচুপ পাংনা লৈবা লৈকাই অমা।

**থ্বাই নোংচেমপা পিপা,** থাবা কাতোংবা।

**থ্বাইরাকপা,** থ্বাই লাকপা, লৈকাইরাকপা অমা, লুনেকাংথৌ মাপনগী মচুংদা অমা, থ্বাইরাকপগী নাইনাওঁ নাইকন, "থ্বাইরাকপমি নাউকয়ে"কম:।

**থ্বা মুংজেং লাউবা,** থ্বাং নাবা।

**থ্বা য়োংশক শাবা,** য়োং মশক মান্না শেম্বা (য়েকপা)।

**থমকোন,** থমগোন, নোংলৈ মুংশাং, মালং, নোংলৈ "খোইয়ম পাথং য়োইরেনপনা মালং কেঙ্কি ওই থমকোন নোংলৈ ওইনা তাউথরকএ"—

কো: নোংকা:।

**থমখু অয়েংচলবা,** মরায় চায়থবা, ময়েং তাবা "মরান লোনয়ুময়াইবু থমখু অয়েং চল্লে"—মোই: নিং: লম্বু:।

**থমগোন,** নোংলৈ মুংশাং।

**থমগোন মরাং হৌবা,** নোংলৈ মুংশীং কম্না তৌবা।

**থমঙাকপা,** ঙাকপা, কনবা, শেনবা।

**থমতৌ লেপ্তুম চোংবা,** লেপমুক বাংমা চোংবা।

**থমথেংনবা,** থেংগাইনবা, থেংনবা, লান তৌনবা।

**থমন্মুং,** অশিবা, যম, অশিবগী লাই, অশিবগী লৈপাক, ফমুং 'শিনা লাংবু শেমগুনো থমন্মুং বারক চাউবনে"—কুমদমশৈ।

**থমন্মুং ওন্দে পাউহনবা,** অশিবদা পাউ চংপা।

**থমন্মুং কানে খোনবু থঙদবী,** শিরগা অন্মুম তৌগনি হায়বা থঙদবী।

**থমন্মুং কিকোই লওনবী মুরা পাউথেম হৈবী,** অশিবগী লাই লৈহুং খোংঙারেনগী খোঙলোয়, যমগী দূত।

**থমন্মুং কুম্বা,** শিবা, অমং য়াইথোঙ কুম্বা।

**থমন্মুং মাকপা লৌওমবা,** অশিবগী লাই লৈহুং খোংঙারেনগী খোঙলোয়।

**থমন্মুং শরা তান অমং য়াইথোঙ কুম্বা,** শিবা

**থমন্মুং শন্না তানবা (তাম্বা),** শিবা, "থমন্মুং শবা তান্নগে"—হেঙ্গু:।

**থমন্মুং লাংওনবা,** শিবা, "লৈয়াম থুনৌ শিবু থমন্মুং লাংওনতৈ শবা পনকেনবৈদো"—

মু: খো:।

**থমন্মুং য়াইথোং শিংতুবা,** চিত্রগুপ্ত।

**থমনৌ**, নৌ, চৈঙাক "নশানৌ ঐনা থমনৌ ইচৈঙাক চৈ পৌ ইথুৎশূনা য়োংমু খাঙতপ য়ৈনা চৈখিন্নম্মে"—তুক্কেং। "নবিঙাগী ৱাকয়ৈ নথুনেৎ তোংজেং থমনৌ নম্লুংচং"—হিঃ হিঃ।

**থমনৌ চৈরৎপা**, হি হোনবা লেপ্পা "ৱাকয়ৈ হি থাংথিসে থমনৌ চৈরৎথিও"—থঃ থাঃ হিঃ।

**থম্বন লাউয়েক**, কল্লক কঞ্জাউবা।

**থম্বন চাউবা**, মিহৌচাউবা,

**থম্বনবা**, কঞ্জাউবা, মিহৌবা "মুংবান থম্বনবাগী মুংবান মগ্নিমনাকপু নমদা ছম্না"—খুঃ কংলৈঃ।

**থম্বন মীরৈ নত্তবা**, কল্লক কঞ্জাউবা।

**থম্বা**, থৈবা, লোইবা, ইকোন কোনবা। পুয়েম্বগী মচানিপা, মোইরাং থোইবীগী মশাবী ( মপুরোইবা )।

**থম্বা য়াংদৈ**, নোং কাংলবদা নোং তাননবা পূজা তৌনবা নুং অমা "নোং চুদে হায়দুনা মাইবা পণ্ডিত ওঝাশিংগা নোংলম্বুগা মুংথোং নুংলাউবী অরোন্নুং থম্বা য়াংদৈ লাংলি"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**থমলাং**, অরিবা, থায়না, ইপা।

**থমলাং পা ৱারী**, থায়নগী অরিবা ৱারী, অহনলমনগী ৱারী।

**থমলাং পা ৱারী অরুবা**, ইপানা হায়রম্বা অরুবা অচেৎপা ৱারী।

**থমলাংবা**, লাইবংথৌ অমগী মিং, "গুরুগী য়াদগী থমলাংবা পোকএ" "নোংথোনবদি থমলাংবনে"—কমঃ।

**থমলৈ**, অশিবগী লৈপাক, যম লৈবাক, কমুং।

**থমলৈ ইয়েং চেংবা**, হন্না য়েংশিবদা ঐগীনি হায়নিংঙাই কনামতা লৈতবা, কনা লৈত্রবা।

**থমলৈ ওন্দে হনরাইবা**, শিরুবদগী হন্নকপা।

**থমলৈ কুম অমন তাবা**, শিবা, নোংমনবা।

**থমলৈ কুম্বা**, শিবা, অমং য়াইথোং কুম্বা।

**থমলৈ মীলুংকোম**, অশিবগী লৈপাক, যম লৈপাক, "হয়েং য়াইথোং নিয়মলেন শবা লম্মখাঙদা থমলৈ মীলুংকোন্দবু লমওরুরুয়রোই হায়রব্রা? —চাঃ লাইঃ।

**থমলৈ মীলুংকোন শবা মীথুরোম**, অশিবগী লৈপাক, "পারিও থমলৈ মীলুংকোন শবা মিথুরোনগীবু করম হলবাইরকপনো?" —পোঃ শুদ্ধোকঃ।

**থমলৌ**, নৌ, চৈঙাক "লাইরেল ৱাকয়ৈ মথুনেৎকা অরোম থমলৌ মমিংথেংগা হংনাখবা" —থঃ থাঃ হিঃ।

**থমলৌ ইয়েং চেংবা**, লায়রবা।

**থমলৌ ঙারেন চীঙ্খোঙ**, ঙারেন মচীন মানবা নৌ।

**থমলৌ য়াইশিরোনবা**, ককনা য়োমদুনা পুথা।

**থমশূরোম**, শলাম চম্থ, "ময়োন মৈতৈ লৈমা থমশূরোম চীংয়াইশু পম্বৌ মপা পোকপু সনা লাইহুইথদি কনামো?"—চাঃ লাইঃ।

**থরংচা**, ঙাখা।

**থরং হাইনুচেক**, থুম্থ থরং, "কেশরীগী মপারি থরং হাইনুচেক্‌থা অমর শিদবা লহান লক্কা মৈচু থৌরবা তাউজীং চীঙ্খোঙ চাইখায়বা হনুমন্ত অথৌবনে" —লঃ (রাঃ)।

**থরায়**, থোঙ্গান, কোম্বোং, পয়ানা শাবা থুম্মোক অপাবা অরনবা।

**থরায় চাংদোম**, কোম্বোং, থোঙ্গাল।

**থরায় থোঙ্গাল**, কোম্বোঙ, মথোঙ।

**থরায় লায়কন্নবা**, অনাবা লায়কন্নবা "থরায় লাইকন্নপাপু কনয়োল্লে"—কৌঃ লোঃ।

**থরায় লৈপম্বোঙ**, কোম্বোঙ, থোঙ্গান, "ইরোম শোঙাইলাবা-ও নয়াম্মা লৈমা ঐবুদি শুমাই মুংনাংকরোইএ, ইপন থরায় লৈপম্বোঙবুদি হেন্না চংকরোইএ",—চেংলৈঃ

**থরী**, অয়াকপা।

**থরুঙ**, চক্থ অচৌবা জাৎ অমা।

**থরুঙ মাথং লোনবা**, থরুঙ পাবোৎ পুথা।

**থরোনবা**, ওকয়া পানবা অচৌবা।

**থনফৈ**, অফৈবা।

**থলমুক**, উহন্দনবা থনজিনবা।

**থলরোংলোই**, চাং তমদুনা লৌবা।

**থয়োইরোন**, য়েক খুমন ওইবা য়ুমাকী নিঙ্ঙোল। "খুমন চম্থবু তেংথাবদি থয়োইরোন হায়না থাএ" —পেনঃ তেংথাঃ।

**থয়োইরোন নুংকাঙশু**, হিজম শলামগী নিঙ্ঙোন, "থয়োইরোন নুংকাঙশু হায়না তেংথাবদি হিজম শলাম অনীমানে"—পেনঃ তেংথাঃ।

**থয়োইরোন লীক্লাংখোম্বী**, অখাম চম্থ, "থয়োইরোন লীক্লাংখোম্বী হায়না তেংথাবদি অখাম

চম্নুনে"—পেন্নঃ তেংথাঃ।

**খরোইরোন লোইয়িম্পা চম্নু**, সাংগম চম্নু, "খরোইরোন লোইয়িম্পা চম্নু হায়না তেংথাবদি সাংগম চম্নুবু থাএ" – পেনঃ তেংথাঃ।

**খয়োম**, লাইদা কংনবা পোৎয়োম, "লাইজা ঈরোয়্ংদা চামলৌ খয়োম লাক"—পাঃ নোংঃ।

**খাইজেং**, ময়াম।

**খাইজেং লেংনা তিনবা**, মী ময়াম তিনবা।

**খাইথা ঈ**, খাইথরকপা ঈচেন।

**খাইতুম খাই**, খাইতুনা।

**খাইবক লৌ**, খাইদোকপা।

**খাইম খাইথাবম চম্নু**, পাংখাইজম চম্নু।

**খাক্তনা**, চিখদনা, লোইনা, "খুঙ্গা নাইজা খাক্তনা নিপা ৫০৩ না চেকফু ১৪ লিংহনএ"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**খাক্তেন খাক**, য়াম্বোকথিবগী মখাক লৈহৌবা।

**খাকপা**, লাউবা, খোংবা, তেক্কনবা।

**খাকপা তেনমৈ রাইবা**, নোংমৈ শীংজং তাবা।

**খাকপা নিংথৌ**, সোরারেন।

**খাকপা নিংথৌ পাঙ্গুমবা**, সোরারেন।

**খাকপা নোং শীংজং**, —বজ্র, নোংমৈ শীংজং, অখাক অরাউ।

**খাকপা পুরৈরোম্বা**, লাই অমা "খাকপা পুরৈরোম্বা পুরাং নাগাবা খোকমরোক্কী ওন্দে ঈ" —ঈঃ লাইঃ।

**খাকপা মমান লোন মৈ**, অখাক অরাউ তাবগী মৈ।

**খাগথাবা**, মখা থাবা।

**খাগী নহা শাফবা**, তুমিং "খাগী নাহা শাফবনা সনা হংজৈ য়েৎনা শং মরুম্বী নিংথৌ কাংবা চম্নুনা লুপা হংজৈ ওয়না শং থোঙজিন নাতৈ কাঙ চারগী নাপৌ শংলক্লে"– হেঞ্জঃ।

**খাগোই**, ফিজেং, "নোংপোক মালং হুমোইবা তোমাল খাগোই শেৎপা" – লৈরোন।

**খাংখা**, তিংখং পানবা হীদাক কান্নবা পাম্বী অমা।

**খাঙচা ঙম্নক্কবা**, খাঙহুনা অসুম লৈবা ঙম্নক্কবা।

**খাঙচেৎ**, খাঙজেৎ, ফৈজোম।

**খাজং থৌনি**, হায়জ-চৎচা।

**খাজং থৌনি রাৎপা**, চঙজবা খুরুম্বা রাৎপা।

**খাজংনবা**, খুরুম্বা, হায়জবা।

**খাজং রোইনা হৈরবা**, হায়জ-চৎচা হৈরবা।

**খাংজেং**, লোয়শঙ।

**খাংজেং নম্বা**, পেংনম।

**খাংজেং পোংপৈবা ( পোংবৈবা )**, অমা মচা তিনবা, মী ময়াম পৈবা, মীয়াম তিনবা, "নম্বিম কেগেনা নম্ন মীয়াম তিনববুদি খাংজেং পোংপৈবা কৌএ"—মোইঃ নিংঃ লম্নুঃ।

**খাঙজেৎ**, ফৈজোম।

**খাঙতপ**, ময়াম চবুক, "য়োংমু খাঙতপ য়ৈনা রাইরম্মে"—তুতেংঃ। "কেগে মোইরাং শোংকি নৌবু নোরেন খাঙতপ লাক্লা"—হিঃ হিঃ।

**খাঙতপ রায়না**, ময়ামদা পায়তুনা "পামেল রায়না খাঙতপ রায়মা"—অহোঙলোন।

**খাঙতপ লাক্লা**, ময়ামদা পায়তুনা।

**খাঙবা**, অচা অথক পীজবা, চাকখাঙবা, চাক পীজবা,তন খাঙবা,তন পীজবা, "শক ১১৭২ কালেন ২৪ নি নিংথৌকাবদা নিংথেম য়াওনা কাঙজৈ শান্নহনা চৈরাপকী অঙম্বা ঠাকুরশিং তন খাঙেঙ" —চৈঃ কুম্বা ৩৮৭

**খাঙলা**, মনা পাকপা পাম্বীজাৎ অমা।

**খাঙলা পোম্বিং য়ৈবা**, পোন্দা খাঙলা মনা থাহনা হাপ্পা "মোইরু থুমকোই শাবা লমঙাক খোয়তোঙববু খাঙলা পোম্বিং য়ৈ থুমপোৎ লীশিং শুনা লোই হাবস্নঙ পাউ য়াদরে"—খুঃ কংলৈঃ।

**খাঙলেনবা**, অশিবা মী ঙাহাক পন্দুনা থম্বা।

**খাঙলেনফম**, অশিবা থম্ফম, শুমাঙদা অশিবা মী ঙাহাক থম্নবা মফম।

**খাথা লাইথা**, খা অরাং।

**খাথা লাইথা থনবা**, খা অরাং থনবা।

**খানলোবা**, পারম্বা, লৈহৌবা।

**খানা চাউবা** লাই অমা, রাংব্রেন।

**খানা পাংবরম**, মখাথংবা মায়গে।

**খানিং**, মিংগৌ "খানিংবা হোংনদে মিকোনবা হোংনদে খানিং মিকোন অমা তৈবদি"—চাঃ লাইঃ।

**খানীক খানাক**, অরাম্বা চুম্নগী নৃপীশিংগী ফিজেং "আরাম নৃপীগী ফিশেংতি খানীক খানাবনে"— মণিন।

**খানৌ**, শম, খুজিন।

**খানৌ লুহনবা**, খুজিন ককপা, হকচাং ঈকজখোকপা।

**খাপা**, খাবা, শলাই অমগী মিং।

**খাপা কাত্তোংবা,** খ্বাই নোংচেংপম পিপা "খাপা কাত্তোংপা খ্বাই নোংচেংপম পিপা য়েক্তমা হাউ-জংলা"—পাঃ নোংঃ।

**খাকাংনবা,** অমী কাংনবা।

**খাবক লাকপা,** অনী খাত্রাংননা চৎমিন্নবা, "লাংবন থা ২২ নি শগোলশেন্দা হীয়াং কুম্মৈদা শামু অনী খাবক লাক্লুনা মুক্নপ্পা তাইবোং শেম-ন্থনা নিংথেমনা তোংএ"—চৈঃ কুম্বাঃ ৩৪৭।

**খাবরোন,** খাবা শলাই ওইবা য়ুম্নাকী নিঙ্ঙোল, খাবা চম্থ, "নয়োন মৈতৈ লৈমা খাবরোন নোংজেংশু সনা লিনগোইগী নমু মৈদিংঙু নাউথংখোং মঙাং ঙবা-ও তৌনা কৌএ"—চাঃ লাইঃ।

**খাবরোন লোংচেংশু,** খাবা নোংচেনবগী মশ, মৈ-দিংঙু উরা কোঙ্গোবনা লোবা মৈতৈ লৈমা, মৈতৈ নিংথৌ নাউনিংখোংগী মমা।

**খাবা,** শলাই অমগী মিং, উন "ছয়েন লান শোক্ন রুবদি লোইদাম থাজ পাথংবনা ৱায়রা মতেনচা খাবা উনগী তেন"—উঃ (ৱাঃ)।

**খাবাংননা,** তোঙান তোঙানবা পরেংদা চপ মান্ননা লৈদুনা, "তোংজেং অনী খাবাংননা ৱাকয়ৈ হিংদান্নগে হায়রকলে"—হিঃ হিঃ।

**খাবাংনবা,** নাক য়েত্তা মান্ননা লৈবা।

**খাবা ঙানবা,** খাবা অমম্তুং ঙানবা কৌবা য়েক শলাইগী মিং।

**খাবান,** মপান্থোঙ।

**খাবা লিতেং,** থৱানমিচাক পূর্ব্বভাদ্রপদ নক্ষত্র।

**খাবা লৈরেনথৈ,** খাবা শোকচোনবা "খাবা লৈ-রেনথৈ-ও তম্পা নহুইরোন ৱাংকোন লাইরুম্মা অতেংপীতি মিংয়েং শানকৈরোতে"—পাঃ খোংঃ।

**খাত্রাংনা,** পরেং অমত্তদা।

**খাবী,** মাইবী, "য়োইরেন নাকলৌশিন খাবী লেংনা ফাং অশৈ লেংনা তিন্না উরেপ চারা থিল্লে"—তুতেংঃ

**খাবী থিয়াথৌ,** লোংদা লাইরেন পাথংবগী হাক্তনা লৈরম্বা মাইবী, "মমাইগী খাপী (খাবী) থিয়াথৌনা লমখুমনয়ে"—পাখংঃ লাইঃ।

**খাবী থিয়াথৌ অমাই মনাউয়োক,** মাইবা, মাইবী

**খাবী লেংনাউ মোম্বী,** পান্থোইবী, মাইবী ময়াম, "তুবী ঙায়েক চম্থ তংকাম্বী পুইতি ৱাক খাবী লেংনাউ মোম্বীনা অমাই মরাং হোনা"—অনোংঃ।

**খাবী লৈরেনহন অমাই শীংকোক কবী,**—মথোক ওইবী মাইবী, "চৌংগু নঙবী নমাইবী খাবী লৈয়েনহন অমাই শীংকোক কবীনা শীংয়ের লৈহন লোই চামলৌ লাখা লোইনা"—হিঃ হিঃ।

**খাম্ঙবা,** থামলবা; থিংলবা।

**খাপা,** তোগম্থ হায়বা, থিংবা।

**খাম্বী,** মৈ, "খাম্বী মৈহৈননা কোরৌ ননমামনী ব্রাহ্মণ মপান্নীবু নোংমনবনে"—উঃ (ৱাঃ)।

**খাম্বী মৈজ্রেং অরাবা,** মৈ, "চকমোম খাম্বী মৈজ্রেং অরাবা মৈশুং মৈবা মৈ"—মৈঃ তেংথা।

**খাম্বী মৈপোক থোকপা,** মৈ হৌবা, মৈ চাকপা "খাম্বী মৈপোক থোকপা মঙবু খোমলেন মঙ্গখৈ-নরকএ"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**খাম্বী মৈরিংশীং,** মৈরিংবদা তিক্লবা শীং "মপন হম্থ মালৈ কাবীনা শীংবী লুথোং পুনা হেন্দেন মতারম তিঙ্গা ৱাকয়ৈ হিথাংফমলম অহুদা খাম্বী মৈরিংশাং পুনা থিনবীরমলুইএ"—ধঃ লাইঃ নীংঃ।

**খামরন,** ঙৱা।

**খামেন চপ্পা,** খুমু চপ্পা, খামেন চৎপা, ময়েক য়েক পা মুগা ফৈজোম-মনাফিনি, মীচম্না শেৎনদে।

খামেন চপ্পগী শিম্বাদি—উরুংবনা উকম, হি শাবনা উমায়, অয়েকপনা উমায় য়েকপা, পাইজা শুবনা উকম য়ৈফাৎপা, নাহুন্না লৈরক, ফেন্দিন্না নানবা, থাঙজবনা য়োংলী তিংখং, পোৎশংবনা মুকাফি, অয়েকপনা ফিতুপ্পা, থাঙশাবনা য়োৎপী য়ৈবা, হিজবনা য়োথোন, পাইজা শুবনা বক্লুনা হাপ্পা, দোলাইপাবনা য়োথোম য়ৈবা, অয়েকপনা লৈহি হৈবা, অসি থৈবিক মশিন্দা থাগনি, খামেন চপ্পা লৈপ্পা অনীমক্তি অমত্তনি, লাইগী লৈ, চীংজও, থামু, কুহি অসিদি পোৎশংবদা থাগনি, হৈবুংদি ফৈদা হৈ পান্নবদা থাগনি, মুমুম কাইরংদি কৈ-রুংবা মরোয়দা থাগনি, চকৃদি ফুরুংবদা থাগনি, খুদেংদি হাও পান্নবদা থাগনি, য়োৎশরীদি থাঙজ-বদা থাগনি, লৈওৎচৈদি উরুংবদা থাগনি, লৈ-চুমফিদি পোৎশংবদা থাগনি, শীংদি শীংথাংবদা থাগনি" শঙ মশিন।

**খারং হাইস্থ চেক,** থরং হাইস্থ চেক, খুমু প্পা।

**খারা,** খোংপ্পা।

**খারা খুওয়োন খানা,** খোংপ্পাদগী ওন্থনা, "চকপা খানংপাকলৈমা মহোঙবী মপারি শাংকুমার খারা

খুজ্যান খামা নোংমরে"—পোঃ খুম্বোক।

**খারা খুমলোং ওইবা,** পাপ্রা ওইবা, মতু লৈজবা "খাওরি খোংজ্রোবদি জাংজা মরু লুকনা মালেম খোঙবী লৈথে রেমা মতোম পাহাঙনুংচেং ওই খারা খুমনোং ওইরবগী"—চেংলৈঃ

**খারা পানশাং হেনবী,** খোংগ্রাদা লৈবদা চখোনবী।

**খারবা,** খাঙলেন শুংশূ অথোবা (মোইরাংনা হায়নবা) "কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকোঁনবদি খাঙলেন মথুংশুবু খোরবদি খারাবা কোওই"
—মোহঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**খারি,** লৌখোং।

**খারী,** কবো মথল অমা, অয়াকপা মহাউ লৈবা পোংশরু অমা।

**খারি,** লৈখোঙচু চামলৌ লাকম কানবা, য়ু অয়াকপা থকপা 'বাংলৈ য়ুনৈঙম খারি লৈখোঙচু চামলৌ লাকম কান্না নোংয়ায় ঐগী কংলা বাফোংলাক্লা লাইরেন মৈতেংঙগীদমকপু তরা লুকমাইলেম শারেন ফাহাপ্পনা লুকলেন তৈনা শেম্নদি নোংহামঙামও"—খঃ থাঃ হিঃ।

**খারৌ লাইরৌ,** খা অবাং, "খুন থন্না লান থন্না খারৌ লাইরৌ কোয় চুপচি লাইচি কোয়মরে"
—নাহৈঃ।

**খাল্লৈ,** খোংবান, শোংলম "(শক ১৭৩৯ পোইন্থু থা) ২৫নি থাঙজদা খাগেম্বা হাক্কুক্কী ময়াংনা খাল্লৈ তৌরম্বা ফুল্লে"—চৈঃ কুম্বাঃ। লৌবুক, য়োংলম, লাক্লোয়া চংথিবগী মরম 'মশাবী মচেম্' হাওশম তুংখাংনা খাঙলেন নাপন হাই য়োংলৈ নোংথাঙ কুপ.............. তেংপাক লালু কাঙনা খাল্লৈ লৌকুম্মে"—চুপশায়োন।

**খাল্লৈ অয়াকপা,** থক্রবা হীদাক।

**খাল্লৈ উরোং থেৎপা,** খোং তৌতুনা ঙমখে য়াংপা "খুমন লম চল্লমগে খাল্লৈ উরোং থেৎনা লম চল্লগে"—মিয়াং।

**খাল্লৈ ঙমকংনা লোয়াৎপা,** শম্পোং খোইবা।

**খাল্লৈ লোকোইনবা,** লৌবুক্লা ফিরাল য়ুংবা।

**খাল্লৈ লৌতাবা,** লৌতাবা, লৌবুক্ল থবক শুবা "লংবা য়াইকল ওইহ্রৌবা মোরি লৌশিংবদি খাল্লৈ লৌতাবকু উবল্লে।"—মোহঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**খাল্লৈ য়াঅৈ,** য়ু অয়াকপা।

**খালি,** মখাদা লৈবা ময়োল অনাউবা চৎপা লমচং।

**খায়চেং খাইপুং নাইবা,** মচেং মচেং কায়কলা, খুজাউ লৈচাউদরবা "য়িমনীং য়িম্নাং তান্দনা পানবা পুন্নমকপু খায়চেংখাইপুং নাইরে"—খুঃ কঃ লৈঃ।

**খাল্লি,** লৈরাই।

**খিকপা,** চাইবা।

**খিককেন চাইবা,** ঈশিং খিকপা, চাইবা "ময়াইবা ওম্পাক লৈহৌ মাই লংমাই লৈহৌ মাইবীনা তাইরেন লোংমা লৌনা লাইজা খিককেন চাইরবদা পুরৈরোম্বা ময়োল থোক্লে"—নাহৈঃ।

**খিকমরকনা খিকপা,** অমুক খিকপা।

**খিংখিং,** শম (শেলোয়না কৌনবা) 'মখুম শেলোয়না মিকৌনবদি শমবু খিংখিং কোওই"—খুমন নিংঃ লম্বুঃ।

**খিংখিং কাইনৌ,** শমজি।

**খিজিক,** থবা, থজিক্কং।

**খিনবা,** য়ুবা।

**খীকলোয়,** মতাং পানবা পাখী জাৎ অমা, "চিবা পাউনাইদবা মৈশাঙবনসুঙ খীকলোই তাংমা য়াদা চীকনা চিবা মমৈতোম্না খুমু নৌগা ওইনা লাইজা ঈরাল্লকপবু"—হিঃ হিঃ।

**খীকলোয় মানবনথক্লা,** খীকলোয় মথক্লা।

**খুই নিঙোনবা,** মৈতৈ নিংথৌনি, মৈদিংঙু তাউথিংমাংনা হাওতুখু পাল্লতুনা পোকপনি, খৃঃ ৩৬৪দগী ৩৭৯ ফাওবা নিংথৌ ওইখি।

**খুকলু,** খুকউ "খুকলু হংমা তোম্বনা চীংদেন বংম্মা লাম্লিংবগুম"—ধঃ লাই. নীঃ।

**খুকলু হংমা তোনবা,** খোঙ তেকপ, খু কাং হিক তোকপা।

**খুগা তোরৈথেক,** খুগা তুবেলগী অথেকপা তোরৈ।

**খুগায়া শমচেৎ,** শমজেৎ।

**খুচুম কেনবা,** মখোয় কেনবা।

**খুৎকোই,** য়েক শলাই "খুৎকোই তরেং শলাই মাপল মিংথোল্লে"—খাঃ মুমঃ।

**খুত্তা খুম,** খুং চনবা, খুত্ত পায়বা।

**খুত্তা খুমলা,** খুং চন্দুনা, পায়দুনা "মণি য়াইরংচান অসিবু তাইবঙ নোংশাপান্দা য়াইরেন খুত্তা খুমনা পুখিরবগা নিংথৌ নঙগী তোংজা মহৈ কবি লৈবনো"—লাঃ শঃ থাঃ।

**খুদা,** কমকম "শোকপন্থু শাকহৈদে লেঙন্থু লেঙহৈদে শাংবগী খুদানে"—নুঃ অঃ।

**খুদোক ভাইরন কাবা,** থংকা-কাবা, খুদাপ পাম্নশিনবা, "খুদোক ভাইরন থাওম হয়েন লাহোঙ মৃৎনা হয়েন লানয়ায় কারবদা"—নোং:।

**খুদিন (খুত্তিন),** খুদম, "খুদিন্দি নোং লীকলা ভাগদনে" —খু: থি: লা:

**খুদোম,** খোঙদোন।

**খুদোন নাহৈদবা,** খোঙ চোত্তবা "লাইজা ঈপাক থক্তা লমচেনববু খুগ্না ঈচোত্তা খুদোন নাহৈদবা" —উমং:

**খুদোন হিগাউ শাবা,** খুয়া পারকপ।

**খুনথাম (খুনকাম) চন্থু,** উরিৎ খিনবম নিঙ্ঙোন "খুনকাম চন্থু হায়না থাবদি উরিৎখিনবম চন্থুনে" —পেন: তেং:

**খুনকোইবা,** লম্বোইবা, "খুনকোইববু শানা চীংঙু মমায় নোংপোক পাংনা অহিং খোমলেন তুমগন্দা" —দাতাকর্ণ

**খুনথিনবা,** খুন লেপ্পা।

**খুনখৈপুং,** খুন্দাকম।

**খুনগাইরোই,** খুনগামিন্নরকপা মী।

**খুনগুম্বা,** খুন্দাকম থিবা।

**খুনগুম্নকপা** খুন্দানবা লাকপা।

**খুনগোয়বা.** কোয়বা।

**খুনচা,** খুঙ্গাদা য়েংউ।

**খুনচেৎ,** খুন মচেৎ।

**খুনচেৎ নাইবা,** খুন্দা লৈরিবা মীশিং অদু পুক চেন খোয়জেন তিন্নদবা, মচেৎ মচেৎ ত'বা।

**খুনচেৎ হাণ্ডদবা,** খুনগী লম মচেৎ অমাফাওবা চিথদবা।

**খুঙ্গা (খুঙ্কা),** খুন্দা লৈবা মী, "মতাইরেম থাঙ মোইরাং বাঙু শুগু খুঙ্কা (খুঙ্গা) পুন্নমনা সন্দেশ খুদোন কৎনা খুরুমলৈএ"—জি: ঙম:। থাবম লাইফম পানা, "থাবম লাইফম অনীমক্তি খুঙ্গা কৌএ"—কম:। শক ১৬৪৬ পোইন্থু থাদা হাও-মমচা শগোলশেনবনাচংনা খুঙানা ঈপালম লান চংলে"—চৈ: কুম্বা:।

"পোইরৈ হৌনা খুঙ্গা হৌনা অমুম হৌনা নাইজা হৌনা"—অহোঙ:।

**খুঙ্গা নাইজা,** থাবম লাইফম, অহন্নুপ নহারুপ পানা, "শক ১৬০৭ বাকচীং থাদা খুঙ্গা নাইজা থাক্তনা নিপা ৫০৪ না চেকমু ১৪ লিংহনএ"— চৈ: কুম্বা:। "অহন্নুপ নাহারুপ অনীমক্তি নাইজা কৌএ"—কম:।

**খুনথক খুমথা,** খুল অপুম্ব, খা অবাংদা লৈবা খুন মথৈ "মখুন খুনপুক অচত্তবা খুম্নক্তি মরাঙ হৌবা খুনগাদি মনিন নাইবনা"—হি: হি:।

**খুন্দাইমু,** বাইমু।

**খুন্দারম,** খুন্দাবা লম।

**খুন্দারাই,** খুন্দাবা মফম।

**খুন্নিংথৌ,** নিংথৌ।

**খুনপীলোক (খুনবীলোক),** মফম অমগী মিং "পাখংবদি লিন অপিশা ওইনা কোক্লে, লৈপাক্তা মখুন শারে. খুনপীলোক কৌরে"—থা: থা:।

**খুনফাওরকপা,** খুনথোক্লকপা।

**খুনফাংথৌ,** পাখংবগী নিংথৌ মহীশাং ফমদৌ মঙাইরোই, লাইবংথৌ মাপনমকপু শিনবদি খুনফাংথৌ মাপনমক্লে। বাখেরাকপা খুরাইলাকপা খ্বাইরাকপা য়াইস্কুল লাকপা নোংথোনবা পুঙ্গনবা হিয়াংলোয় হঙবা শঙলেন লাকপা চোখানবা হঙবা মাপন অসিবু খুনফাংথৌ মাপন কৌই।

| | |
|---|---|
| **খুনবী কপ্তুংচা**<br>**খুনবী কপ্তুং য়াইচা**<br>**খুনবী কপ্তুং য়াইথংচা** | কাকক্লৈ, "খুনবী কপতিং য়াইচানা ইমু তোংগাচিংবগীবু তৌবনে পাখৌও" |

—চায়: ১৮।

**খুনবী পোংমহন,** খুন হান্না ত্তাবা, খুনগী অহন।

**খুনবী পোংলুম হোংবা,** নাপী মথক্তা হান্না লৈরম্বা মফমদগী কাকক্লৈনা অতোপ্পা অমদা লামঙ্গনা চৎপা।

**খুনবু,** খুনগী মপু।

**খুনমাবা,** নিংথৌ।

**খুন লেপ্পনা,** খুন পানবা ভুমদনা, 'চীংঙু নোংদম খোনগী অদোন মহাকথক্তা নোংয়ায় খুন লেপ্পনা লমলেন চেঙচা বাবকাইদা খুত্তা নিংথৌ চন্থু" —চা: লাই:।

**খুনান তোইবা.** লমজেল য়ান্না য়াঙবা।

**খুমুং.** অরিবা, চৎনদ্রবা।

**খুমুংচক,** চক অমা, বাপর যুগ।

**খুমুং ভানবা চন্থু,** লৈমুংদগী খোরকপী নিঙ্ঙোন "ময়ুবা খুনবী পোংমহন খুমুংয়োই চখা অরিবগা মতৈ লৈমা খুমুংভানবা চন্থুগা চীংবুরোই লাংওলকপদা ময়ুম শেনবী কবোনা উকাক লাথা উকাক লুকখা শয়েন কাহায়না কথঙমে"—নিং: লখু:

**খুনুং চুমখনফি,** (মমাউংওদা খোয়রিগুমমনা শানরবা) ফি মখল অমা, "খোয়রিগুম নওদি খুনুং-চুমখনফি শাউ"—লোঃ শিঃ।

**খুনুং পাউতাকপা,** অশিবগী পাউ চেনবা।

**খুনুং পুরমলেম,** থাইনগী অরিবা বারী।

**খুনুং মুগুমফি,** (মমাউংওদা ওকথিয়াযমনা শানরবা) ফি মখল অমা "ওকথিয়াম নওদি খুনুং মুগুমফি শাউ"—লোঃ শিনয়েন।

**খুনুংলৈ,** অরিবা ঈশৈ।

**খুনুংয়োই চথা অরিবা,** খুন্থোক অহান্বা, খুন্দাহানবা।

**খুনু চীংশাং লমলৈমা,** লমখুনু।

**খুনু মানখিক তোং,** খুনু।

**খুপিং খুপাই,** শা মখল অমা, জীব মখল অমা। "ঈলোক লাইচম্মাতি মুওক পাইপং খুপিং খুপাই পোকএ"—কৌংলোনঃ।

**খুবম (খুবম),** লৈকম "অশীববু তীল্লুপ ওইহন্দুনা লাই খৈবিক্কী খুকম শেমলে"—উঃ লাঃ।

**খুবুল,** চখোম।

**খুম,** চফু মচা "তরা চানিংখাক্লা চাশোবী ঈশিং খুম্মা নোংদম্বী ঈশা খুম্মা নোংখাইবী ভানকম লৈতকপী লৈফুরেন নামুংবী"—মুংঃ অঃ।

**খুমলোন নাথং লোনবা,** লুহোংবগী চাওপোং পুবা "খুমলোন নাথংলোন ভানখা লমলোঙশান হৈনা মরীন তত্তবা সায়া মপান কুমদবা চাদনা লাক্বইবদি কনানো?"—চাঃ লাঃ।

**খুমু,** নৌ, "নৌ শাই হায়বগী খুমুক্তম কৌএ" —খাঃ মুমঃ। "হয়েং খুমু নৌ শৌনসে"—তুতেংঃ।

**খুমু পালোইনবা,** নৌ পায়বা "বাকয়ৈ গোঙওইনা খুমু পালোইননা মুংবান নরমখৈ অসিদা য়াওরো শা তানবদা"—চেংলৈঃ। য়েন্নিঙ।

**খুমু হুনবা,** য়েন্নিঙ হুনবা।

**খুরানবা,** হুরানবা।

**খুরোই,** ওইনামদগী নিংথৌখেংং ফাওবগী লম।

**খুলক,** মী তাবা খুনগী মরক মুমলক 'কবো লৈকায়গী খুলক্তা লৈনা লৈনা চেল্লিবা খোং অতুদি মসিগী খোংশানে"—মুমঃ লাঃ কাঃ।

**খুলাকপা,** খুনগী মকোক ওইবা কম।

**খুলাকফম,** ফমদো "খুলাকফম অয়াম্বু ফমদো কৌএ"—অঃ কিঃ।

**খুয়েপচেল,** খুজেপ শাজেপ হৈবা।

**খুয়োই তোম্পোক,** নোংদা লাইরেন পাখংবনা মৈতৈ লৈমা লাইসনা পান্নদুনা পোকপনি, খুঃ ১৫৪ দগী ২৬৪ ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ ওইদুনা পানখি, মহাকথক্তা লাইকোকত্ত চৈরৈকিশাহনবনা লাইরেন হংকোক উনংকতম তুবী হৈনা মমি লাকনা পুন্নুং মানকফি শাবা হৌখি।

**খুয়োন খুন্দোবা,** মোইরাংদা শৈশক্লিবা খুয়োন হাওবা লায়রবগী মপা।

**খুয়োন থানা,** খোঙকম নাম্বোক্তুনা, খোঙকম শোয়দুনা।

**খুয়োন হাওবা লায়রবা** খুয়োন খুন্দোবগী মচ নিপানি, মহাক্লা খুয়োন ডৌবী শোয়দা লৈরিঙৈদা মোইরাং নিংথৌ সনারাখুগী মমঙগী খুয়োন হাওবা লায়রববু লোকলোরেম্বগী কোংয়াং মরাচাবু কোংয়াং শোইনাউ থেমনা লাংলেম বাখোঙ পেংহল্লবদি নিংথৌগী অনাবা ফগনি হায়না থাংজিং কোয়রেন লাইনা মঙবাও চেল্লরে হায়বদগী মোইরাংগী অঙম্বা ফমনাইবশিংনা খুয়োন ডৌবা শোয়দগী মাবু কৌথংলগা খুয়োনগী বা হাঙহনাখ। মোইরাংগী বারীদা খুয়োন হাওবা লায়রবগা য়াইখিং কোমুগা অনীগী অপাম মুংশি বারী অশৈবশিংনা শৈশকনৈ।

**খুজেং পালোই লাকনা,** খুজেং পায়দুনা।

**খুজেং হংচি পায়না,** খুদাং পায়দুনা, "কৌবা অঙাংঙানা ভাংভোই য়োয়মোংবগা খুজেং হংচি পায়না চিংখংঙমএ"—তুজেংঃ।

**খুজেং হংজি পায়বা,** খুদাং পায়বা, "থাঙরি তাউবং খোংদোবনা খুজেং হংজি পায় খুংপা কোয়োং শূনা থোখামথিয়ে"—চেংলৈঃ।

**খুজেং হংজি রায়বা,** খুজেং পায়বা।

**খুত্তম্বা,** কোংলুংগী শঙ অমগী মিং "খুত্তম্বগী শিঙ্গাদি খোঙতেক খুংতেক লৈপোকপা খৈবিক খুত্তম্বদা থাগনি"—শঙ মশিন।

**খুত্তম,** খুদম, খুংনা তম্বগী মওং।

**খুত্তা শূনা,** খুত্তা পায়দুনা।

**খুত্তুম লালোয় থাবা,** খুদুমনা তুবা "পলেম নমা পোকমাবীনা খুত্তুম লালোয় থা শমলাং তোনকা চিংলপতি নমান মচা হাওকু পাখংপা তরুকমা ইখোয়কা মুরা তরুকমা নখোয়কা ইখোয় তমা

নিথোইমাপু চীংঙু নোংথৌ সোরায়েম অরাং পাখং মোইরেনপাকি সনা মথোঙ থাঙতি কোয়ৌ নোংপু কামামাসে"— খোং নোং।

**খূৎপাক তিল্লাই মেল্লা,** খূবাক্তা তিল থাক্তুনা "খূৎপাক তিল্লাই মেন তিমেন খাঙতপ পায়না হুয়েন লানশোক্লববু"—ঔঃ ঙঃ।

**খূৎপায় শাকবা,** খূৎনা পায়বদা জুগোৎ চাবা।

**খূৎপুন,** খূৎ পুনবা, খূৎনা পায়শিনবা থুংবা শরুক, চথোম,তরা খূৎপুন, চাক চথোম "তরা চথোম পীদা লাইজা চীনখুন য়োংদা"—লাঃ শঃ থাঃ।

**খূৎলঙ,** অমনা অমগী মতেং পাংনবা, মদৎ।

**খূৎলঙলোয়,** খূৎলঙ তৌনরিবা মী।

**খূৎলম ইল্লা,** মতুং ইল্লা।

**খূৎলান তেরানশৈ,** খূৎলঙ ঈশৈ, "মোমদু অবা হুইরাং শোল্লবগী মোমদু খূৎলান তেরানশৈনা পাও মেনথিএ"—মোইঃ নিঃ লঃ।

**খূৎরাইথোং,** খূৎনা হেকপা।

**খূৎশিল্লবা,** হকথেংননা শিল্লতুনা পীবা, পাথোকপা "ইমোম মেহু শাকবীদি খোইমোম নঙেওান্দা খূৎ-শিন্নরে"— তুতেংঃ।

**খূৎশূ চৈথাথোন,** খূৎলাইনা থাবগী মথোন।

**খূৎহৈবা,** লোয়শঙ অমগী মিং, "খূৎহৈবগী শিল্পাদি—লীরুং ইৎপা, তেল্লা চনবা, আরাম্বাই মথোক পানবা তেনথোক পানবা, তাথোকচুম্বা, তেংনা হুমাই শাবা, তোংজৈ উংতাং য়েকপা, লেপথন হুমাই য়েকপা বাংশী য়েকপা, দোলাই য়েকপা পাঙন্দেম য়েকপা, কংলাগী সিংহাসন য়েকপা, লাইগী আসন য়েকপা লাইরিক মথুম য়েকপা, ঙওৎ তমং শাবা, নাচৈ য়েল্লু, তেম, তুম্বা য়িংপা, পজেং, শীংতুম, উতোং মচীন তেম্বা, আরংগী অরুম্বা, ছত্রগী মরু য়িংপা, আরাম্বাঈ তেন চনবা, শামু ওনবা, পজেং ফীরান য়িংপা, লম্বূথোক চুম্বা, সনা লুপ্পা, শমজিন, উকং, পেনা উতোং, লীরি পানবা, যৈনকক চপ্পা অসি খূ হৈবদা থাগনি"—শঙঃ মশিন।

**খূদাং,** খূজেং।

**খূদাং পিকম তৈবা,** কপ্পা, খূদাংদা য়িংকী শি তৈবা "খূদাং পিকম তৈনা নাউয়োকপনে"—য়েল্লুঃ।

**খূদাং শাংচৈ ডাটবা,** খূদাং পিল্লকপা।

**খূদাংরোই,** খূদাংদা হাপ্পা পোৎ।

**খূদেশেল,** লৈমা য়িংথৌ অচৌ অশাংমচিংকী

মাঙদা খিনবা লৈতেং।

**খূদোন,** পোৎকং, মায়োক শাকম ওইনবা অচৌ অশাং অমদি হুংশিনবা মীদা পীনবা পোৎ।

**খূদোন কংপা,** 'খূদোনপোৎ পাবা,"লৈমাকী দাই পুন্নমক্তা খূদোন কংলে"—কম্বালোন।

**খূদোন কাবা** খূদোনপোৎ কংপা (পাবা), "চীংথাং কৌক্ত অসি থৈবিক্তা নিংথৌনা খূদোন কাএ"—কম্বাঃ।

**খূদোপ ঙাইচা য়েৎপা,** মখূৎ পুনবা, "নশানৌ অতোনবদি হুংবান মশা ওই লুবাং মরান ওই শমু তুংবুন্নবা খূদোপ ঙাইচা য়েৎলে"—পোঃলুঃ।

**খূনেৎ,** শাদোং।

**খূবাক তবুং কূবা,** খূবাক খুবা "খূবাক তবুং কূ জগোই লেপলৌ শা নোয়না ওমদম হৌ কৈরোয় মনিন নাই হরাউ মরাং কায়রক্কে হায়দবরা?"

— মোইঃ নিঃ লম্বুঃ।

**খূবাক তিল্লাই মেন খোকলাং পমশিঙনবা,—** খূবাক্তা তিন থাক্লগা তা মথোক্তা নানবা, "নোং' য়ায় চাখা মোইরেম্বনা খূবাক তিল্লাই মেন খোক-লাং পমশিংননা তিমেন তা হুনথিববু হৈরেম কাং বীশূগী শমু মখূদোনবু খিজিক থেংনা তিমেন লৈদা পাল্লে"—চায়ঃ ১৮।

**খূবাক তিল্লাই মেনবা,** খূবাক্তা তিন থাকপা।

**খূবাক লাইথন শানা য়েংবা,** মিংকী মথক পীওম মপা ওইরপ খূবাক উপথন। থম্লগা অরাম্লদা য়েংবা "খোয়নৌ মতা মঙামানা মতা লৈমা য়াংভৌ অতাউপা লাক্তরে হায়না মোমদু খূবাক লাইখন শানা কোংকোয় মিংসা ওন্না য়েংনাঙমএ"—

খোং নোংকাঃ।

**খূবাক লোঙ্গা মরোল হুবা,** খূবাক পোকথোকপা "লৈকাই কৌও লঙবদা খূবাক লোঙ্গা মরোন হু পারি নঙব নাউয়োকপনে"—হেঃ।

**খূবাং চাংজৌ চেপনা লোল্লা,** খূৎ লোয়না, খূৎ জুর তোতুনা "ইম্না নাপা চীক খূবাং চাংজৌ চেপ্পা লোল্লা হম্না হন্না পুরুষজরকে"— পোঃ লুঃ।

**খূবী কৌরোংশূবা,** খূবী পাব্বা।

**খূরাইয়াকপা (লাকপা),** খূনকাংথৌ অম। খূরায় থৈকাইগী মকোক "খূরাইয়াকপদি লাইজিংথৌ হুনবনে"—[illegible]।

**খূরায় লৈমা,** অতোন নিংথৌগী অনাই অইরমা

**খুরুপ মানবন হৌবা,** শগোল খুরুপ থৌবা, "লাংগোই মওম শাবু হুন্না কোক্লোই খুরবগা লাংগোই শয়াঙ ভোং মালং নোংল্লীৎ চৈরোয়ননা খুরুপ মানবন হৌ"—উঃ কাঃ (রাঃ)।

**খুমন,** য়েক অমা, মমাঙৈগদা মণিপুরগী মখা মায়গৈদা লোক্তাক পাৎকী নোংপোক্তা মনিংমখা ভমনা পাল্লম্বা মী কাংলুপ অমা অমসুং মখোয়না লৈরম্বা লমগী মিং, "লোকয়াই থাবা নিংথৌ তরামক্তি খুমন শলাইনে"—ফমঃ।

**খুমন লৈকোয়পুং,** খুমনগী কোম্নুং।

**খুমন খোম্বী,** কোংবম নিঙোন "মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন খুমন খোম্বী পন্থৌ মপা পোকপ্পু সনা লাইহুইবদি কনানো ?"—চাঃ লাইঃ।

**খুয়া,** খোঙপাক্কী মখা থংবা শরুক।

**খুয়া লাইকোই থোংবা,** খুয়ানা নেৎপা, খুয়া পোকথোকপা।

**খুয়া লৈথাঙ পায়বা,** ঙাকপিঘু হায়না মথোঙ পায়বা।

**খুয়া লৈখোঙ খা,** খুয়া খা, "খুয়া লৈখোঙখাবু পুক্নমলবগা পাওমেনথোক্লকএ"—ঔঃ ঙঃ।

**খুয়ালোই,** লম অমা লৌশিনবদা লৌশিল্লিবা লম অতুগী হান্না লোই ওইরম্বা, মখা পোনবগী লোই।

**খুয়া শৌদিগুম্বা,** খুয়াদা শৌ য়ূবা।

**খুয়োন,** মোইরাংগী লম অমা।

**খুয়োন কোমলোখা,** খুয়োনগী লৌবুক।

**খুয়ৌ,** খোঙ।

**খুয়ৌ ওমজাউ হুনবা,** খোঙথাং লাওনা থাংবা।

**খে,** তৈনবা রং মচু অমুবা মখল অমা।

**খেউ,** উ জাৎ অমা।

**খেক,** হামৈ, "নহান নোং হয়িচকঙৈদা হামৈবু খেকও ভৌনা কৌএ"—পাঃ খোঃ।

**খেক লাউনা,** লাউ খোংহুনা।

**খেকপা,** নোক খেবা, লাউবা।

**খেকমোই,** হামৈ, "খেকমোই চাগে হায়না ৱা ওইববু মমান থাবা লৈরেনহনগা মন্থু তেকঅা নিঙোলগা অনীমক্কসু তম্পা ইছুইরোন-ও নঙবু করিগী হামৈ খেকপু চানা ঙাওনৈকে হায়বনো ?"
—পাঃ পোঃ।

**খেন,** মওম, পুংকম, নুং।

**খেন চাং য়েংবা,** মওম অক্ক-ফক্তা য়েংবা।

**খেঞো,** লাই হরাউবদা শরুবা ঈশৈ অমা।

**খেঞো লাংবা,** চোং কনবা।

**খেঞং,** মাংগোল।

**খেঞংলাং,** মাংগোল, "খেঞংলাংগী অৱাং থংবা নাকথদা চুরিদা চক্ষু অমদা চাক থোংও"—লাঃ।

**খেঞোং,** মাংগোল।

**খেঞো লাংমৈ,** লাই হরাউবদা শকপা ঈশৈ খেঞো।

**খেঞো লাংমৈ লিহৌরাক,** খেঞো লাংমৈ অহৌবা।

**খেন্দো মখে লাউবা,** লাউখোংবা।

**খেনম,** খেরাই হৌবদা শীজিন্নবা কবা পান্বী জাৎ অমা।

**খেনম নম্বা,** খেরাই পান্বীগী মনা নত্রগা মউনা কনাগুম্বা মীগী মশাদা থেংবা নত্রগা শোল্লবদি খেরাই হৌই, হকচাং মথা মথা পোমথৎলকই, হাক্কচৈ। অসুম ভৌনা খেরাই হৌরবদা খেনম পান্বীগী মনা নত্রগা মতোন অতু মৈদা হাইরপ শাহল্লপা মথং মথং পোমথৎলকইবা খেরাই হৌরিবা মকম অতুদা নমলবদি খেরাই হৌবা কৈ; অসুম ভৌনা খেরাই হৌবা ফনবা খেরাই হৌকমদা খেনম মনা নত্রগা মতোন লুম্বু লুম্বু শানা নম্বা অসিবু খেনম নম্বা কৌই।

**খেবান,** খে, "মহুং খেবান লুপনা"—থাঃ শৈঃ।

**খেরাং থাংবা,** হরাউ তয়ামহুনা নোক খেৱা, হরাউ তয়াম্বা।

**খেরে,** থাঙ তা মখোক, "খেরেদা চাচনবদা শিজচেপ থাদনা হিংনা চনবা ঐগী থুংশূ তা পুরকউ"
—তঃ ঙঃ।

**খেরে কাংখোক থৌবা,** য়োংখোক্তা খে তৈবা।

**খেরে চীনপাকপী,** ঙাহু।

**খেরে মাঙয়িন্নবা,** তাজিন্না মাঙলোম থংনা।

**খেল,** নুং ( থাঙডা কম্বোংনা হায়নৱা ), "হয়িঙৈদা থাঙডানা ভেংথানা কম্বোংনা ৱাহায়ননা নুংবুদি খেল-ও কৌএ"—নিংঃ লঃ।

**খেল্লাই,** লাইবক।

**খেল্লাই থোঙ,** লাইবক, "লাইবক খেল্লাই থোঙব লোইদাম নিম্মাঙ থাগুম্বা"—ধঃ লাঃ নীঃ।
"লাইপক খেল্লাই থোংদা শীংলেন চন্দন লৈবু ওইনরিবা"—উঃ (রাঃ)।

**খেল্লেন,** খেনকম অক্কবা, পুংকম অক্কবা।

**খৈনা,** লোইনা।

**খৈনা তাবা,** য়ামনা লাপ্পা মেংবদা উবা।

**খৈবা,** লোইবা, লোবা, মথা তানিঙাই লৈত্রবা।

**খৈবিক,** ময়াম, "লাই খৈবিকনা উগমে হায়না খল্লে"—উঃ লাঃ।

**খৈরবা,** লোইরবা।

**খোইজু,** লাইমাং তীনমাং তানবদা শীজিন্নবা অপিকপা কয়া চাউদবা পাম্বী জাৎ অমা ; পয়া ইৎপগী মকুম—"কম্বি নৌরৈ খু খোইজু তোল্লোং ইক মমাইযনা তাইরেন লোংমা লৌ লাইজা গিকফেন চাইনা" —নিংঃ শাঃ।

**খোইজু মথাক লোনবা,** য়ামনা কয়া নারবদা শম পূনশিন্নখিবা।

**খোইজু লথাম,** পাম্বী মথল অমা ;—লাই তীন তাম্নোকপদা খোইজু লথাম মৈ থানৈ।

**খোইজু (খোইচু) লমওক,** লাইশোন মথল অমা, —মাচুদি :—"কোরৌ নোংথৌরেনও সনা নমিরেন মিরেন খৌয়াংবু থামবাই য়ামবাইরকী কোন্নে। হৈরম নোংদমলকী কোন্নে। লৈচিক চিকলিবারকী লৈথম থমলিবারকী কোন্নে। কৌবা কৌরু খোই, মথান খুঙমখোই, হয়েন চামাইঙাং কানা খোইনা কোন্নে। শম্নোও হৈমাত্র হৈমায়াম হৈস্নুক হৈলোই য়াম, নবেন খোইমোম লাইরেম্মা পুই থাগোইহুংদা লিরৌহৈ, তীনচা লাইচা তায়াহৈ, তীনমু লাইমু তায়া হৈনা কোনবা নঙৈনে। চকশংমুবী মশিংথং, মমান লুবাং তপ্পে তপ্পাইবু হাইনিংশাংনা শোনমোই য়াম্নে। শিগুমু পীথক্তে, ঙাত্ত্রামুবীনা পীথংখিএ। হাউমন য়েং ওই কোনকবা ঙাইরোং শিংমিং নক্কবা, কাসান খুঙমশিং, হয়েন লমশাংবু মিংনাইবা কান্নাশিংনা কোনমা নঙৈনে। চেন্নী বায়া খুম, কানাক মাকতৈ নাককাবা, চিনলেন মাইকোইমু কাবা অশেং অয়োংবনা কোন্নে। হাওমু লাঙৌবী লাঙৌবা কানা লা চংবী লামুৎ লামাইরা অশেং অয়োংবনা কোন্নে। লাইরেন নওবু নয়ু থাংচীং খোকলাবগুমনা নত্তাং তায়া-ও তিনমেন তা লাবকুমনা চিন্দুমনাও-ও। থাওলেন য়াশবগুমনা নখৌ হেন্নৌও। বাকয়ৈ হিয়াবকুম নখৌ চোয়ৌও হায়বগী কৌবা কৌরু খোইনা মৈথু নোংলোন কানা পুমশি জোংশাংনা থামৈ কোক্লিও মাক্লৈ কোক্লিও হে কোয়ৌ লেমলে।"

**খোইবু,** চীংমী কাওবু অমা অমম্বুং মখোয়মা তাবা লমগী মিং।

**খোইবুং ময়ৌ চাউবা,** ময়ৌ তৌনা, "খোইমোমদি খোইবুং ময়ৌ চাউ, তিমেন খুত্তা পায়না ঙাইখমলে"—চাঃ ৮৭।

**খোইবুং লৌশাবা,** লৌনম তৌবা, তৌশিন্নবা "তৌইগীদি ইবিঙাদি খোইবুং তুগুমবু লৌসাসে"—
চাঃ লাইঃ ১৩

**খোইমা নারোয়ুং,** মাপী মরক "খোইমা নারোয়ুংদা লাংচেং তোনগা পকনা"—পোংঃ নিঃ।

**খোইমা লাংজেং,** নাপী শীংনা।

**খোইমোম,** লাই, চীংঙু "খোইমোম লাইবু নীংবু কাউগুনো" —কুমদমশৈ। শীংনাং পাম্বীগুম্বা মপান ঙৌনা শাংপা পাম্বী জাৎ অমা, "লহান খোইমোম নারক চৎনা বনবাসী লম্বোইঙৈদা"—
উঃ (রাঃ)।

**খোইমোম কোলোয়,** লাইবাউ।

**খোইমোম তাংথকখিরবদা,** লাইদা তিনগ্রবদা।

**খোইমোমথৌ,** লাইনিংথৌ — "খোইমোমথৌবু হোওনেম্বা"—অহোঙঃ।

**খোইমোম নোংতম মথৌথা,** লাইগী বায়েন, লাইনা তবা ; —"খোইমোম নোংতম মথৌথা হেনকদবা খোঙলৈনা"—উঃ ঙঃ।

**খোইমোম নোংদমখোল,** লাইনা তবা "উনবী পূকনীং য়াংগুনো খোইমোম নোংদমখোলবু লৈরিঙৈনে"—ধঃ লাইঃ নীংঃ।

**খোইমোম নোংদমখোল চেনকদবনা,** চেনবা মাত্রবা লাইগী নোংদমনা।

**খোইমোম নোংলৈমা মথুৎশা কুয়াক হুমদং** মানবা কি, অমন নোংপা কি, শিবদা চেয়নবা কি।

**খোইমোমপাক,** লাইরৈপাক "খোইমোমপাক্তা নোয়এ, লাইরৈপাক্তা নোয়এ"—অনোয়ঃ।

**খোইমোম মথৌথা,** লাইগী নোংদম, লাই বায়েন "নোংমায় মহাকথক্তা খোইমোম মথৌথা চীংঙু মবায়েনবু হোংকদবগী নোংমায় মপুং পিকশনকএ" —খুঃ কংলৈঃ।

**খোইমোম লাই ওইগ্রবা,** শিগ্রবা, নোংগাগ্রবা।

**খোইমোম লাইনিংথৌ,** লাই।

**খোইমোম লাইমক,** অকবা লাই "চীংঙু নওদি

খোইমোম লাইরক নত্তবরা ?"—তুতেং।

**খোইমোম লেংনা তিনবা,** লাইরাম সতা।

**খোইমোম য়েকতম খোংহৈবী,** য়েক খোংপা হৈবী (লাইয়েকপা হৈবী লাইরেম্মা)।

**খোইরম,** পাংপান তাবা, ইমু "খোইরম কৌবদি পাংপান তাববু কৌই। খোইরমু ইমু কৌএ।" কমলোম।

**খোইয়া,** পোকপা, অহানবা, খোইগী মহম।

**খোইরা য়াল্লকপা,** হোয়রকপা।

**খোইরেন,** খোই জাং অমা।

**খোইরেন মশা পাইবা,** ঈরাও লাওবা।

**খোইরেনহী,** খোইহি।

**খোইরম,** লাই।

**খোইয়ম অশীবা,** লৈশেম্বা লাই, অশীবা, সনামহী।

**খোইয়ম অহনবা,** অশীবা, লৈশেম্বা লাই, "খোইয়ম অহনবনা হঙোই লোইদামচাবু শেমখিএ"—সনামহী লাইকন।

**খোইয়া উতংপোক,** পোলাংখোক "পোলাংখোকপু খোইয়া উতংপোক কৌএ"—খম্মোই য়াম্মোই।

**খোইয়া লীথুবা,** লাং থাক্তুনা ফাবা।

**খোইয়ুম,** লাই।

**খোইয়ুম অঙাইবা,** মী শিরগা অশিবগী থবায় পুগনি হায়না ঙাইন্তুনা লৈ হাযনবা লাই, "চীংঙু অরুবা খোইয়ুম অঙাইবনা লাইরুক লেপ্লিদো তাল্লকলে"—হেঙ্গুঃ।

**খোইয়ুম পায়মা চৈরোন্দবা,** লাই নীংদবা মী।

**খোইয়ুম য়াইবা য়েনহোংগী,** তেংবানবা শেম্বিবা লাই অহানবা।

**খোকখু য়াইখুবা,** মখোক চনবা, মখোক পানবা।

**খোকথৈ,** (বা) খোক মখোক।

**খোকথবা,** হোইদোয়কপা।

**খোকথোইরকপা,** খ্বাইগী মকোক ওইবা।

**খোকমরোই তাংচুম্বা,** বা (খোক) মতাং চুম্বা, "চীংতাই অয়োনখোক পোরা লংতিং চৈয়িংকাবা খোয়মা লাইরেং থাংকাবা খোকমরোই তাংচুম্বা হয়েন লানয়াই চেনবা কংলা মৈচনখোকপু লনউনভানবী"—চাঃ লাইঃ।

**খোকলাং,** মখোক (তা মখোক), "শেল্লোয় মপাতাউ অনীদদি লমলেন হৈয়েম মরকশি কোনরা ৈখোকপান্দা খোকলাং লমগীং ওয়রে"—চায়ঃ।

**খোকলাং ভুংশোল্লনা,** মখোকনা ভুংলোমদনা থবা।

**খোকলোয়,** ময়াম।

**খোকলোয় হৌবা,** ময়াম পুম্নমক হৌবা।

**খোং,** পুং (শেলোয় লংমাইনা হায়নবা) "পুং খোংবু থীন মৈ য়াইবু থাম্না ভান্নরকএ"—নাঃ কঃ কাঃ। ঈশিং চেন্নবা ঈরম অচৌবা।

**খোংউপ মুচনওম্বা,** খোঙ নোইরম্ব।

**খোংওইনবা,** তোংবা ; লাংগোই খোংওইনবা—শগোল নল্লগা শামু তোংবা ; ম্বাকহৈ খোংওইনবা—হি তোংবা।

**খোংকাউ,** খোঙ্গাউ।

**খোংকাপ,** খোঙনা অমুক কানবগী লম।

**খোংকাপ অথাং ওমদবা,** খেঙ থাংবা খোক্তবা, খোঙ থাংবা ঙমদবা, চংপা ঙমদ্রবা, "ইখোয়স্তুঙ খোংকাপ অথাং ঙমদয়ে, চেংলৌ মিখোঙ নমশিন্নকলে"—শমঃ ঙঃ।

**খোংকাপ নাউরৈ,** খোংকাপ।

**খোংকাপ নাউরৈ থাং খুদোন লোকলৌ হুনবা,** খোঙ থাংতুনা লাকপা নল্লগা চংপা।

**খোংকাপ মকা লামওমদা,** খোঙ থাংতুনা চংপা ঙমদবা।

**খোংকোইনবা,** খোঙ্গোইনবা, ওকুবা শবক তৌরুবগী মীয়াম মমাঙদা ঈকাইবা পীবা,—"তাংজা মশম কোকনা খোঙ্কোইনবা অমনে"—ঔঃ ঙঃ।

**খোংখুন তৎপা,** খোঙ্গুন মুৎপা।

**খোংখুমফি,** খোঙ কুপ্পবা ফি।

**খোংখৈঙম্বা,** খোংলম্বা, "চীংশোং লমলৈমনা ভাউজীং হৈফু মতোন তোংনা খোংখৈঙম্মে"—তুতেং।

**খোংখৈনবা,** খোংবা, "চেক্লা লোনখোকপা পুন্নমানা খোঙ্গেন মুংশিখোকনা খোংখৈনয়ে"—লাংঃ শঃ থাবা।

**খোংখৈনবী,** ফি শেংপদা খোঙময়াদা তাবী।

**খোংখৈরাই,** খোংখিবা মকম, "পোনবী চীনওল্লনা খোংখৈরাই"—মোই, নিং, লম্বু।

**খোজম,** খোঙ।

**খোজম লোতাক হোংবা,** খোঙনা লাকপা।

**খোজাও,** খোঙনা কাওবা,—"ইমু খোজাওননা মপারি ঐ হান্না লাইজা ঈরাজো"—কলাঃ মীঃ।

**খোজাও থোইবা.** খোজাও কল্লা কাওবা।
**খোজাও থৌদাংমন,** অকনবগী চৈথেং।
**খোজাও মনিনখোম,** লানগী চৈথেং।
**খোখাও,** ফম্মাং, ৱাবা ফেরে লাউবা ককমাওচীং।
**খোজান,** খোঙনা কানথোকপা।
**খোজুম.** খোঙকম, খোঙনা নেৎপগী মফম।
**খোজুল্লীবা.** ফংনবা থিবা. "শানৌ নঙমা নশাবী ঐগী মার খোজুল্লীরকপদি খোইয়ম লাই নমু পোং করম্বু উরকপনো?" - তৃতেং।
**খোংজি,** য়ারী; ঙা ফানবা ঈনগী চিথেক্তা হাপ্পা হংগেন্দা পুন্নবা কিশি।
**খোংজিতোন,** য়ারী।
**খোংজি নারেং লোনবা.** থৌরী থুবা, "পামেন উমৈকক মরাং উকুহন, উনৌ খোংজা শম হিরি খোংজি নারেং লোনগে তৌগুমলকলবদা"— হিঃ হিঃ।
**খোংজোমনুবী,** থৱানমিচাক. কৃত্তিকা নক্ষত্র।
**খোঙতেকচা,** মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোংনা খুম- গুরোন চীংয়াইশু পান্নহুনা খোঙতেকচাগা পুংফৈ লাম্ববগা অনী পোকই। মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মথংদা খুঃ ১৭৬৩ দা খোঙতেকচানা নিংথৌ ওইহনা চহী তরা পানখি।
**খোঙথোংচীং,** খোঙনা নেৎলম্বা চীং।
**খোংদবা.** খোংবা, "চরোম্না খোংদমঙৈ য়াম্বীনা খাইদমঙৈ, হুইথৌনা চীক্ফেঙৈঙ"—নাহৈ।
**খোঙদোই হুনবা,** খোঙশানবা, চৎপা, "লাল্লোই ঙরেৎনা মোংবা যুম চঙলে তম্নু যুমখৈ ঙাকপীবু থাঙ- লেন কোমশৎনরে, তাংজা লুরেন ককলে, লাবা খোঙদোই হুনখরে।"—মোই. নিং, লম্বু,।
**খোঙদৈফি,** খোঙ তৈথোকনবা ফি।
**খোঙদোন,** খোঙ মতোন।
**খোঙদোন শাংবা,** মতোল্লোম্বা।
**খোংদ্রাইবী,** লাইরেম্বা অমা, "পিথাইবী অশেম্বী- খোংদ্রাইবী অশাবী"- খাঃ ঙম্বা।
**খোংদ্রাও,** খোংগনবা।
**খোংনাই,** খোংদ্রুম।
**খোংনিঙ্গীদি,** খোং অহুদি।
**খোঙনেম,** ৱাংদবা, নেম্বা, মখোঙ নেম্বা।
**খোংনেম,** কুমনা।
**খোঙকাং,** খোঙপাক, খোঙশা; "মৈদিংঙগী খোঙকাং থম্বাল মানবনা শামু মরাইরক্তা নেৎলে"— চীংথং. শা, কাবা; ময়াম; — তরেং।
**খোঙকাং অতোনবা,** পোইরৈতোন।
**খোঙকাং লেংনা,** মী ময়াম লেংহুনা, 'খাবীগীদি য়োমলোই হৌনা অশৈগীদি খোঙকাং লেংনা"— অহোঙ।
**খোঙফেন,** লান; "লানশোক থৌওইদনা খোঙ- ফেন লান শোক্লববু হুয়েন লাম্বোঙ মুংনা নোংমন- হল্লে"- উঃ (রাঃ)।
**খোঙফেম্নবা.** লান শোক্লবা, চায়নবা; "যুমনাম মোইবুং লোকপমগী নাহা অমা খোঙফেম্নবদা শিএ" - চৈঃ কুম্বাঃ।
**খোঙফেনথৌবা,** লান্দা থৌবা; "ৱাঙমলোন পানবা কৈশিং নেনবী হুয়েন লানশীং চাইবী লৈমা নাইদাই ফাবী ময়ুরোইনাই লোইনাই খুমোম্বা ঈকোপ খোঙফেন থৌবা সনা ঈবু চীরৌকবী"— চাঃ লাইঃ।
**খোঙফেন লান শোক্লবা.** হকথেংননা (খুৎথেংননা) লান য়ান্নবা; "খোঙফেন লান শোক্লগে হায়বগী"— বিঃ (মহাঃ)।
**খোঙফেন হান্নবা,** খুৎথেংননা লান কল্লা য়ান্নবা, চায়নবা; "শারেপ লোনমল্লাং থুম্বী লৈহৌ চীংদা চায়না খোঙফেন হান্নবব লৈএ"— চায়। (২) "শক ১৬৪৫ ৱাকচীং থাশি নোং লৈপাকপোকপদা ৱাংজিং লৌবক্তা খোঙফেন হান্নহুনা ঙৱাবু চাই- খায়রে, শামু অহুমনচিংনা লান অচঙবা অশিবা থানা ২০০০ ফারৌএ"—চৈঃ কুম্বাঃ।
**খোংফৈ,** ঙা ফানবা শোয় ফম্বদা ফৈবা উ; "য়ামলা খোংফৈ চীরোনথক্তা লেমলৈ ঙাপুম তৈ য়াইবী ঈনিন লোং, পায়মা নিংসা শৎহোম্ননা শিশন্নখিরে" —নাঃ ফঃ কাঃ।
**খোংবান চামলৌ লাতারেং নমঙৌবা,** —পাঙ- খোকলা; "হাওম্নু শোয়মোম তাউবী মরারিং খোং- বান চামলৌ লাতারেং নমঙৌবা পাঙখোক ঈহৌ লাদা খোমলাং চাইজি পিশিন গুম্না ইমুংমদা নাউ- হমগে হায়না পুজরকএ"— ধঃ লাঃ নীংঃ।
**খোংবান য়্যাংশনম,** শনম্বা।
**খোঙবী লৈথৈ য়েংবা,** লুকথহুনা খোঙবী য়েংবা।
**খোঙবুরোন লোনয়াম্বা,** খোঙয়াম্বা, চখোক্লনবা।
**খোংমরক্তা,** খোংবদা।

**খোংলম তরেং,** মথাদা চেল্লিবা খোং তরেং ;— (১) "খোং অমদি কোংবনে, অমদি পুমসাইখোংনে, অমদি মরাংখোংনে, অমদি চীঙোইনে, অমদি হুংজেংনে অমদি হুংখোং হুংনাওবীনে। খোংশিং অসিনা মমিং অমা ওল্লে — (২) খাখোং লাইখোং মরোংখোং লিলহাখোং ফিগুখোং চরোয়খোং মাম্বীখোং তরেং অসিনে।"—শাঃ লমঃ।
(৩) "কুসুমখোং ফিগুখোং তুমুখোং তাউবীখোং নোংদমখোং চরোয়খোং মরাখোং" — নূংঃ অচৌঃ।

**খোঙলোয়,** পাখোল্লোয়, পাউ চংপা মী ; "তখেন্না হায়রকপা পাউ পুম্নমক লাইরিক ইহুনা নিংথৌগী সনা নাক্তা খোঙলোয় শীখরে"—তখেন ঙম্বা।

**খোঙলোয় থৌশী মী,** দূত, পাউ চংপা মী।

**খোঙলোয় হৌবা,** ময়াম পুম্নমক হৌবা, চংপা হৌবা।

**খোঙরায়,** খোঙফম, খোঙনা নেংতুনা চংফম, কুমথফম ; "তুরেল খোঙরায় কুমখিবদা" ধঃ লাঃ নীংঃ।

**খোঙশানখিবা,** চংখিবা, যাত্রা তৌখিবা।

**খোঙশানবা,** চংপা, শানবা, যাত্রা তৌবা—"তুবী চিঙলেন নোংদ্রেন খোম্বনা যাত্রা খোঙশাল্লকুনা পোইরৈ সনা পুঙদা রাইথুংলরে"—ঔঃ ঙঃ

**খোঙশুবী,** খোঙথাং তপনা থাংবী।

**খোঙশোম্বা,** মখোঙ শোম্বা।

**খোঙহাম্পাৎ,** শিরগা থবায়না য়োই হায়নবা মফম অমা, মফম অমগী মিং ; "খোঙহাম্পাত্তা ঈরু শান্দেংলে"—হেঞ্জুঃ।

**খোঙহৌবা,** খোঙ শানবা, যাত্রা তৌবা ; "রায়রা খোঙহৌসে হয়েন লান্দানসে"—নিঃ লম্বুঃ।

**খোঙহৌরকপা,** লাকপা, খোঙশাল্লকপা ; কোরৌ হুমিং মঙানিদা চীঙ নঙবু খোঙহৌরকও"-- তুতেং।

**খোঞ্চেন,** খোঞ্জেল।

**খোঞ্চেল নোংখাক চৈরোয়নবা,** খোঞ্জেল নোংখাকপগুমনা লাউবা —"খোঞ্চেল নোংখাক চৈরোয়নবা হয়েন লাল্লাউখোনবু লাউবদা"—ঔঃ ঙঃ।

**খোঞ্জেল হুংনৌ থোকপা,** খোঞ্জেল হুংশিনা খোংবা ; "শীংলেন নৈকা থূদিংদা খোইমু লাবা অমোম পুম্নমানা খোঞ্জেল হুংনৌ থোকনা খোংনা য়াকানয়ে"—লাঃ সঃ খাবা।

**খোঞ্জৌবা,** খোঞ্জেল খোংপা (নৌবা) ; "পোনবী খোম্নৌবা চেকলা লোম্হোকপা হারি খোস্তেপাপু শাৎলকএ"—খোঃ নোংকাঃ।

**খোনমান শকপা,**—খোঞ্জেল মান্নবা শকপা ; "নুম্না পনম হেকমাই কা বাকমা খোনমান শক্লদি হুংঙাইরে" — কুমদমশৈ।

**খোপথরকপা,** কুমথরকপা ; "ঈরেম লাইবা খারা লৌওনবস্নুও য়াম্মা নিংথৌ পিথেৎলাইববু নোংহামলবরা হায়না অরাং লাইনা পাংবরমদগী খোপথরকএ"—চায়ঃ।

**খোমথক্তবা,** খোম থাইদবা; খোম থকলিবা।

**খোমথৎপা,** লৌখৎপা, ওকথংপা।

**খোমদোন (খোল্লদোন),** অতোম্বা, খোম্মৈ, মচা অতোম্বা ; "ঐদি অমাই খোমদোন্নে, খাবি খোমদোন্নে",— পোংনিং।

**খোমদোন লংবা,** খ্বাইগী মমৈদা লৈবা মী (মাসি ঈশৈ পালাদা নম্না শীজিন্নে।), "খৌঙামুনা খোমদোন লংঙে"—তুতেং।

**খোমনিং তেংবা,** খৌরাংবা।

**খোম্বা,** লান্দা পোচ্চে লোকপা, মুনবা, ফংবা, লোকপা ; "মোইবুং অনী চুঙ্গোয় অনী লাংশোই— তরা লানফমদগী খোমলকএ"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**খোম্মুং হাঙবী,** খোম পান্দবী।

**খোম্মিৎ,** নৈশৌ,—"মপারি হান্না শাৎপা অমদি থাংইকুম চিশাংনা লোইমোনকুম পোংকংনবদি মালেম নৈদা কুমনা নৈশৌ খোমিৎপু ওইনা শানওনখিএ"—সুঃ কাঃ।

**খোমলাং,** খোম।

**খোমলাংতোন অতোনবা,** মচা অতোনবা, থাদক, ইতোন তোনবা মচা ; "ইপারি কুশ খোমলাংতোন অতোনবাও হয়েন নঙবু লানশোক নমায় লৈগুনো ?" —উঃ (রাঃ)।

**খোমলেন,** তুম্বা, মঙ মঙবা ; "মায়রা মতেঙ্গা খোমলেন তুমগন তেন"-- উঃ (রাঃ)।

**খোম্লেন তুমথুন তানবা,** হুংঙাইনা তুম্বা।

**খোমলেন তুমগনখিবা,** তুমথখিবা ; "মীনোক খোঞ্জেল ভানা নূমা খোমলেন তুমগনখিরে"—উঃ (রাঃ)।

**খোমলেন তুমগনহুন (তুমথুনহুন) মিথয়েং লাউওম তম্বা,** মিং উইশিন্দুনা য়াম্না কম্না তুমথবা ;

"হে শানৌ ইবেম্মা নঙদি খোমলেন ছুমগনহন মিৎয়েং নাউঙম তবু মিকপ থোক্লে"—হেল্লুঃ।

**খোমলেন নাউঙবা,** ছুমথবা, ছুমথখিবা; "মপন্দি খোমলেন নাউঙমগ্রে"—হেল্লু।

**খোমলেন মঙখেনবা,** মঙকাওনবা, মঙদা উবা; "লাইয়েন মৈদিংঙুনা খোমলেন মঙখেননা শয়েঙ পাখোম মত্তা অনীমকপু তিংখত্তনা পাওমেল্লকএ" —চীংথংঃ শাঃ কাঃ।

**খোমলেন মঙপাউ তৌবা,** মঙ নীবা, কন্নি কন্নি মঙ মঙখিবগে হায়না অতোপ্পদা পাউতবা; "কোনোয় নশদাই অসিবু থাম্বী মৈপোকখোকপা মঙবু খোমলেন মঙথৈরকএ হায়না খোমলেন মঙপাউ তম্লবদা" —ধঃ লাঃ নীঃ।

**খোমলেন মঙকাওবা,** মঙদা থঙহনবা; "চকপা থমলাং মাইবীনা খোমলেন মঙকাংএ"—নিংঃ লম্বুঃ।

**খোমলেন মঙলানচান,** মঙ; "কেগে থাংজিং লাই মরু শিদবনা নিংথৌগী খোমল্লেন মঙলানচান্দা কেগে তীন থিদরে তীন থিও লাই থিও হায়রকএ" —মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**খোমশি,** শমজেৎ।

**খোমশি লোনবা,** শমজেৎ লোনশিনবা।

**খোমহানবা,** শা লাম চৎনবগী চেঙজেন লাওবা, চেঙজেন য়োম্বা; "তন্না চাকয়োমগে বাংলৈ খোম-হানগে"—চায়ঃ।

**খোম য়ৈথায়বা,** তুম্বা থুগায়বা।

**খোমে,** মচা অতোম্বা, খোমলাংতোন অতোনবা।

**খোলনা,** হুপনা, পাকতক্লনা, তুনা।

**খোল্লোন,** মখোন।

**খোর্জে,** কলম, কাল্ল।

**খোয়,** পূক, খোয়দৌ, "তুবী কন্নি খোয়নো" নাঃকঃকাঃ।

**খোয়খা মিল্লন তবা তাউজিং মহৈ য়ানবা,** গর্ত্ত লৈবা, নাউপুবা, মীয়োনবা।

**খোয়খৈতাবা,** চনীং তাবা, মুন্না পূকনীং চঙনা তাবা; "পূকনীং খোয়খৈ তাবা বাদি হন্নি লাইনিং-থৌবু হেন্না হুত্তি লনকুবিনবা অমা লৈতে"— পঃ সঃ বজঃ।

**খোয়চি নিংতোল চেনগুম চেনগাননা,** নিংদোন পিং পিং চোংনা—"মিৎকোয় লাইজা য়িকমতাউ খোয়চি নিংতোন চেনগুম চেনগাননা"—ঔঃ তঃ।

**খোয়জঙবা পোং,** মী অকনা, মী অচঙবা।

**খোয়জি ঈথক হোবা,** পূকনীং লাঙবা; "মায়গে লমদম য়েংবস্থু ... ... খোয়জি ঈথক হৌএ"— ধঃ লাঃ নীং।

**খোয়াজ চেনতুম চেনগানা,** পূকনীং তমাং তশোইনা।

**খোয়জি সুংজানবা,** পূকনীং সুংশিবা, থবায় শোকপা, য়াম্না চায়বা।

**খোয়জেন,** পূকনীং।

**খোয়জেন সুংজেংবা,** পূকনীং লাঙবা।

**খোয়তোম,** ফিদোন চিংথক্সিবী লৈশাবী মচানা শেৎপা ফিশেৎ; "লৈশাপীকী ফিশেৎতি খোয়-তোমনে" —মণিন।

**খোয়থিঙ খোয়রাংনবা,** অচান মীরায় নাইবা।

**খোয়দাবা,** থবায়না পাম্বা, য়ানিংবা, থবায় তাবা।

**খোয়দোম লুপ্রাবী,** লুপ্রা; "বাল্মীক মরানয়াম্বদা খোয়দোম লুপ্রাবীনা নাউয়োকপা নবিঙতাবু"— উঃ (রাঃ)। "পল্লেম লাইবকথাবী নূরা খোয়দোম লুপ্রাবীবু পান্নি অনী তদে"—হেল্লু।

**খোয়নৌ,** চায়বী মত্তা, "হে খোয়নৌ লেংমায়বী-ও" —হেল্লুঃ "খোয়নৌ মত্তা তরুকমানা কোয়ৌ হুমিৎ মঙানিবু কাইরম্মে, অদু নোনগীবু কায়েং-ও খোয়ৈএ।" —ফৌ: বাঃ।

**খোয়নৌ লেংমায়বী,** হৌমিন কামিয়বী মথায়বা. মরুপ চায়বী।

**খোয়বু ওৎ সুংবু শাউনা,** খোয়শাউ লিনশাউনা, য়ামনা শাউনা।

**খোয়বু ওৎপা,** মখোয় থীংপা, শাউবা, "মৈতিংঙু নাউচিংলেন নোংজ্রেন খোয়দি তুবী খোয়বু ওৎ লাইবেন শয়েং পাখোম তিংনা"—নিংঃ লম্বুঃ।

**খোয়বুং মরৌ চাউবা,** মরৈ মন্না তৌবা, মরৌ তৌবা, "নদাইরেম ঐদি খোয়বুং ইরৌ চাউনা হয়ু ইহুংশং হুংনাং ইনায়েক পায়মা নিংসা সংহোয়না শিশিন্নরকএ"- নাঃ কঃ কাঃ।

**খোয়ম,** লাই।

**খোয়মথৌ,** লাইনিংথৌ, "খোয়মথৌবু হোঙনেম্বা লাইয়িংথৌবু হোঙনেম্বা"—অহোঙঃ।

**খোয়ম মোংদবা,** নোংদম্বা লাই, বিধি ব্রহ্মা।

**খোয়ম তেনাফম,** লাইশিংগী পোথাফম।

**খোয়মা,** পূকনীং; নাপী, "পদ্মৌ নপা নচা অহম্মবু লমলক খোয়মা নাপীরক অসিদা থুহ মাথক তোমা

মরা পুচেং লৈনাউবী লাংলেন কোৎয়াং বা খুছু চীংশোং লম্লৈমবু কথো খুছু খেৎনা পোক্লেং লাই- চম্বুংদা হাপনা পুখিবা অতু লৈরাং মতম মান- ওনলে"—ধঃ লাঃ নীংঃ। "খোয়মা লাংলোন লেওনদি নীংশিয়ে"—কুমদমশৈ। মহৌশা।

**খোয়মা মায় ওনদা,** মায় লৈদনা।

**খোয়মা খ্বাওদা মিহুনবা,** মীরোনবা, গর্ভ লৈবা, "হৈরাও মচা য়ান; তাউজীং মরু পম্না নাকলু কিয়াম্লে, খোয়মা খ্বাওদা মিহুল্লে"- ধঃ লাঃ নীং।

**খোয়মা তোমশত্তবা,** পুকচেল হোংদবা, মপুক লেপ্পা।

**খোয়মা নমায় ওনবা,** মায় লৈবা।

**খোয়মা নারোমুং,** নারক শীংলক, "পারি নওনা কাবা শাদো খোয়মা নারোমুংগী শারেন মওাইরোইদা লেংাতন্দবা য়াওরৌ মহিশাংবু শামায়দবনে"— খুঃ কংলৈঃ।

**খোয়মা মমায় লৈবা,** মায় ওনবা।

**খোয়মা লাংপক মরোন হবা,** মকু হবা।

**খোয়মা লাংশং তোইবা,** নাপী ককপা।

**খোয়মা লিল্লা নাথেৎপা,** নাপী মরক্তা নাথৈদুনা লৈবা।

**খোয়মা লীরোবা,** পুকনীংদা কিশি থবা।

**খোয়মা লৌহিং শামথুপ্পা,** নাপী মরক্তা লোত্নুনা থুপ্নুনা লৈবা।

৫ পুন্সি চেওজেম লোম্বা।

**খোয়রেন থাঙ,** খোয় লেন্নবা (কন্নবা) থাঙ, মথাইরেম খোরিয়ান ফিশাবনা নাউবা খোয়রেম্থাঙবু শমু খুত্তা পায়না পুরুং ফিগোয়রেন চরৈ কিশা ককনা ফিরোইখিয়ে"—নিং: শাঃ।

**খোয়া,** লাং।

**খোয়িম,** লাই।

**খোয়িম লাইনিংথৌ,** লাইগী নিংথৌ।

**খোয়ুম,** লাই, খোইরোম, চীংঙু; "খোয়ুম অয়া- ঙদি নীংলরোই চীংঙু য়াম নামুংববু মিংয়েং থুকম হোংদনা নীংজয়গে"—সনাঃ লাইঃ।

**খৌ,** তা খৌশাবা, খৌরি।

**খৌগংক নাইবা,** চিংনবা।

**খৌথাংনা,** ওক্তা শিনা।

**খৌ থাংবা (খৌতাওবা),** মখৌ তাওবা।

**খৌথাং লম,** মওক থাংগৎনুনা য়েংবা লম।

**খৌনাউ,** খৌরী।

**খৌনাউ লোমথোও লেনবা,** ওক ককপা, "মখৌ কথোংবনা লুরক কাওদৈ থি খৌনাউ লোম্থোও লেম থাওলেন চেপনা চম্না তোথোপ খন্থাংনা লাম্ন পোল্লেম হাল্লে'—চায়ঃ।

**খৌরী চাকয়োৎলন,** খৌনাউ, খৌরী, "থাংথৈ খোইমা অথৌবনা কেন্নবদি খৌরী চাকয়োৎলন্দা তা পাল্লে"—চায়।

**খৌশাথবা,** লান্নাবা, "তোম্বুং মুবাও মপুংয়ামদা খৌশাথবদি তোম্বুং মপুং কায়রে, মুবাও মেৎচং য়াল্লে"—নিংঃ লম্বুঃ।

**খৌশাবা,** তা খৌশাবা, "মৈদিংঙু লাইয়েন উমা কোম্থৌবদি হাওরৈ লাইনা পাংবরম নাপা তি বক্তা খৌশাবনে"—নিঃ লম্বুঃ।

**খ্বা,** য়োং।

## গ

**গ,** মৈতৈ ময়েক্কী অহুমশুবা ময়েক।

**গা,** কা ( কা অমসুং গা অর্থ অমত্তনি, খেন্নবা হায়ববু হৌজিকমক চৎনরিবা মৈতৈলোন্দা কাঙ-লুপকী অহানবা ময়েক্কী হেক মথংদা হায়বদি অহানবা কাঙলুপনা চম্বা ময়েক্কী মথাদা কা শীজিন্নৈ, অদু নত্তবা হায়বদি কাঙলুপকী অহানবা ময়েকনা চমদব বাহৈগী মথাদা গা শীজিন্নৈ। )

**গারোৎ,** বায়েনশঙ, শা লান মীহাং মীপুনগী বায়েনকম লোয়শঙ অসিগী কিজেত্তি অমুবনি—"কো-রৌ হুমিং মঙানি শুনা অযোধ্যা গারোং বায়েন-দ্রবগী"—উঃ (রা)।

**গুরু,** তাকপিব ওঝা, ধর্ম্মগী লমজিংবিবা মী, দীক্ষা পীবা মী. অহল্লমন।

**গুরু পণ্ডিত,** পণ্ডিত লোয়শঙ কাবা পণ্ডিত অচোবা।

**গোরশ্যাম,** মৈদিংঙু ময়াম্বা।

## ঙ

**ঙ,** মৈতৈ ময়েক্কী মঙাশুবা ময়েক।

**ঙক,** কোক্কা লেংজুমগগী মরক্তা লৈবা হকচাং কায়াৎ, ঙকশম।

**ঙক্কোয়,** ঙক্কা কোয়বা।

**ঙক্কোয় হুকপা,** ঙক্কা হুকচিনবা, ঙকচেংবা, মঙকশম চেংশিনবা।

**ঙকথি লুমলাং কোনবা,** ঙকশমদা কোনবা, "ধর্ম্ম নিংথৌরেন্না মশানৌ ভীম পাংগনববু ঙকথি লুমলাং কোন্না হে ব্রাহ্মণ তরা চাকথোংবা-ও নঙদি লানকম কোলোয় মিংচৎথৌ অরুম্ববু পাঙলুরে।" – বিঃ (মহা)

**ঙমজৌ পৈবা,** য়ামনা পৈবা।

**ঙমথংনবা,** থংনবা, মনাক য়ৌরকপা; "বাকরৈ হিসাং থনবশিংও ইথোয়দি নোংয়ায় নাতৈনা অত্তোন ঙমথংনরকলে, তনবা নখোয় নরাঙ হৌ কাওরেন নথি নাইও"—পঃ থাঃ হিঃ।

**ঙমদম্বা,** থৌরাঙ তৌবা।

**ঙমদবা,** মায়থীবা, মায় পাক্তবা।

**ঙমদম লোইরবা,** থৌরাঙ লোইরবা।

**ঙমদাইনবা,** তাইনবা, "মৈদিংঙু মদাইরেম থোংনাং বাহায়না এলুপ ঙমদাইনবা"—জিঃ চঙ।

**ঙমনা,** লোইনা, অমত্তা চিথদনা, "বাকদৈ হিত্তুপ থনবা তরা চাপুম অত্তুব ঙমনা চাথিঙমলবগী"— তুতেং।

**ঙমপনপা ; ঙম্বনবা,** লিম্না নত্রগা শানা শোকপা, চীকপা, লাকপা, (১) "ইরেম তোইবীরৈমা য়াম্না নিংথৌ থাঙয়িবদি অসি কোরৌ হুমিংমদি লাংবন ইশা তানবদা মালেম লৈথোঙ ওক থিংলৌ ওকয়াতাঙনা ঙম্বল্লে, চেংলৌ মিংথংল-ও মিংয়েং শানকৈর-ও—"চাঃ লাইঃ ; (২) "পানবা অথৌবা কৈরেন যেকলাবনা ঙম্বল্লে"—চেংঃ লৈঃ। (৩) তাংজা লিল্লাথিনা ঙম্বল্লে"—কোঃ নোংকাঃ।

**ঙমলোম্লনা,** থংননা, নাতৈননা ; "য়িমলেন অনীমবু ঙমলোম্লনা লোনলোয় লম মরু খাই থুনকমলেনবু অশৈনবা চহু"—চাঃ লাইঃ।

**ঙমল্লোম্লবা,** থংনবা, নাতৈনবা।

**ঙমলোন নাতৈনা,** থংননা, মনাক নকনা চত্তুনা, "(১) খারি লমদাংশাংবু ঙমলোন নাতৈনখিয়ে"— শম্ঃ ঙঃ ; (২) "হেম্বা মদাইমা তপুং তানদববু ঙমলোন নাতৈনা"—নিংঃ লম্বুঃ।

**ঙাইখক,** ঙাইহাক ; — "হৈরেম ইপল্লম খুঞ্জান ইরৌমাঙদা ঙাইখক অম্বা পোখারম্মো"—চায়ঃ।

**ঙাইথম ঙমদনা,** ঙাইঙমদনা, "অহিং ইম্নুং শোয়ায়মদা দ্রৌপদী নিংথীবীগীদমকপু খোমলেন তুমগন্দা ····· পুকনীং অয়াংবনা ইম্নুং কৌবা চীংনুং শোয়ববু ঙাইথমঙমদনা......ঈরু শাম্বেংলে"—বিঃ (মহা)।

**ঙাইথম্বা,** ঙাইবা ; (১) "নপোইরৈ সনা লৈপাক্তি মানবী পীমাঙনা কাওরেন শন্নাউ মচানা শনবী মপী থানরগা কাওরেন খোমথা থকপ ফংদরবগুম লাইরেন নঙবু ঙাইথমজরে" —চীংথংঃ শাঃ ফাবাঃ। (২) কোরৌ হুমিং মঙানি ঙাইথমও"—তুতেংঃ।

**ঙাইথমথিও,** ঙগাক ঙাইথো।

**ঙাইথমলুবা,** ঙাইরুবা।

**ঙাইথাঙ,** মোন।

**ঙাইথাঙনবা,** মোন থাঙবা,—"হাওশম ঙাইথাংননা লোংমল্লে"—নিংঃ লম্বুঃ।

**ঙাইথোং,** লং ; "হুরা ঐদি ঙাইথোং লুকুম ইপা হাঙলিবনে"—সনাঃ লাইঃ।

**ঙাইথোং লুক,** শিল্লুক, কি শাবগী লংচাম্লচিংবা হাম্বা থুম্নোক।

**ঙাইথোং ঙমপী**
**ঙাইথোং ঙম্বী,** } ঙাওবম নিংঙোন—"ঙাইথোং ঙমবী হায়না তেংথাপতি ঙাংপম চম্লনে"—পেনঃ তেংথাঃ। "থয়োম্নরোন ঙাইথোং ঙম্বী সনা লিনগোয়গী নযু মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা-ও তৌনা কৌএ।"—চাঃ লাইঃ।

**ঙাইঙম্বা,**—ঙাইরম্বা।

**ঙাইতে,** লোশঙ, "কেগে লমলেন মদাইমা ঙাইতে লোকোন কোম্নুং অচনবা"—চায়ঃ।

**ঙাইতে শঙ,** লোঙাকশঙ।

**ঙাইনথেন,** ঙাইহুনা লৈনবা থেন ( অপাকপা মকম ) ; "লমলেন মদাইমা নুরা চামা শিরগা পাখং চামা ঙাইনথেন পাখং চামা শিরগা নুরা চামা ঙাইনথেন্দবু ঙাইখিরমও" —হেঞ্জঃ।

**ঙাইনোক্লবা,** নোক্লবা ; (১) "হে লমজা হায়না ঙাইনোকনৈ এ"—ধঃ লাঃ নীংঃ। (২) নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুম্লিবনা মোংবা তুথুপমাদা ঙাইনোক্লখি এ"—থঃ থাঃ হিঃ।

**ঙাইরখিবা,** ঙাইখিবা।

**ঙাইরংচান,** লোন্দিম্লবা ( চাম্লবা ) ঙাই-শেন ;— "ইঙাই-নঙবু ঙাইরংচাম্লে"—পোঃ লুঃ।

**ঙাইরম্লবা,** পায়বা।

**ঙাইরী,** মরী মতা, ঙাইশেন ওইনবগী মরী ; "নঙবু নিংথৌ ইনোংয়ায় ঙাইরী অচেংপা মহাকনে"— লাংঃ শঃ থাবাঃ।

**ঙাইরোইননা,** লোয়ননা;—"মপারি য়োইথোংঙাইগা ঙাইরোইননা লোইবী লৈয়ান মপুংয়ায়দা থৈদনা য়াংগোইখরে"—খুঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**ঙাইরোইনবা,** লোয়নবা,—'দৈত্য মথরা নিংথৌ ঙাইরোইননা চীংঙু ইন্দ্র সোরারেনবু লানশোক মথে লৈতনা শোরুক্লববু'—উঃ (রাঃ)।

**ঙাইরোইনাই,** মপিজা, মরূপ মপাং, মতা ;— "মপন্না কোরৌ হুমিং মাপন্নি শুনা থিববু থিথঙত্রগম্দা কোরৌ হুমিং তরানি শুরবদা খোয়নৌ মতা ঙাইরোইনাইনা তাকলৈএ"—চায়ঃ।

**ঙাইরোং,** শিং ;—"লংমাই হতমপানা ঙাইরোং শিংথা চীং"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**ঙাইরোং শিংমিং,** শিং মমিং ;—"হাউমন য়েংওয়কোনফবা, ঙাইরোং শিংমিং নম্ফবা"—খোইঃ লমঃ।

**ঙাইরোং শিংদৈ লোগে লোঙমদবা,**—"ঙাইরোং শিংদৈ লোগে লোঙমদবা লংমাই তরঙ চীং থুংশাদা"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**ঙাইরোৌরেন,** ইমৌগী মপাম।

**ঙাওতুম ঙাও,** ঙাওবা, ইঙাও ঙাওবা।

**ঙাওনৈনবা,** ইঙাও ঙাওনবা ;—"পামেন উটহ চানা ঙাওনৈনবা কুমদা"—পোংনিংঃ।

**ঙাওনৈবা,** অঙাওবা ; "চেকলা য়োমদম পৈনদি ঙাওনৈরে"—কুমঃ।

**ঙাংখরৈমা,** খবগী মমা; পুরেনবগী তাল্লোর।

**ঙাংখা,** চাকথোংবনচিংবদা শীজিন্নবা চক্ মথল অমা।

**ঙাংখা লমলোকচৈ,** থাবৈ।

**ঙাংখা লমলোংশি** চেংফু।

**ঙাজোই,** ঙক্তা শিনবা লীক মথল অমা।

**ঙাজোইনবা,** লীকশিবা ; "লীকলাং থাবু শি থবা ঙাজোইনবনা চীংগোঙ হাকৈ শকলকলে" —নিংঃ লম্ফুঃ।

**ঙাংঙোই,** মোইরাং ;—"কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা লাকথানা নোংময় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবু পাউহংঙমে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**ঙাংঙোই নাহা,** মোইরাং পাখং।

**ঙাংঙোই পে ংলেন হনবা,** মোইরাং নিংথৌ ;—"কেকে লৈমাপা ঙাংঙোই পোংলেনহনবা সনা মখোঙথাদা রায়খুংলরবদা"—মোইঃ নিঃ লম্ফুঃ।

**ঙাঙোই লৈমাবা,** মোইরাং নিংথৌ ;—"কেগে ইনিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ইকুঁঙো ঙাও"—মোইঃ নিংঃ লম্ফুঃ।

**ঙাংঙোই শাবন লৌবা,** পাখং অকনবা।

**ঙাংঙোই য়োয়মোংবা,** মৈদিংঙু খুয়োই তো ম্পোকী মচা, য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগী ময়াম্বা।

**ঙাংজা,** অঙাং।

**ঙাঙজুনবা,** ঙাঙলৈনবা।

**ঙাংজেং,** খুল অমগী মিং,—"হাওকপ চীংশাং নোংও খুনকম ঙাংজেং নোংও"—নোংঃ ঈঃ।

**ঙাংলৌ,** অঙাঙবা ঙাঙলৈনবা।

**ঙাংশঙ,** ইনা কুপ্পুনা শাবা শঙ (লুবাংনা হায়নবা), লমশঙ ;—"মপাম লুবাংনা মিকৌননা ইশঙ্ লৈনা শাপাগতি ঙাংশঙ-ও তৌনা কৌএ"- খোংঃনোংকাঃ।

**ঙা চেন্নবা,** ঙা কাবা।

**ঙাচোপ থেম্বা,** ঙা কানবা ঈশিংদা চোপ থৌবা,—"ঈনক মায়রং শোন তিন্নাং হাইশিংননা লেমলে ঙাচোপ থৈবদা"—চায়ঃ।

**ঙা চোপ থৌবা,** ঙা কাননবা ঈশিংদা চৈ অমাথো অমা পোপ পোপ কহুনা চোপ থৌবা।

**ঙাতাওম্বা,** ঙা কায়বা।

**ঙাতোই,** ঙাখা ( মোইরাংনা হায়নবা ),—"ময়ুম কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনা ঙাথাবুদি ঙাতোই-ও কৌএ"—নিংঃ লম্ফুঃ।

**ঙা থিবা,** ঙা কাবা।

**ঙাথৌ তামবা,** ঙা কাবা।

**ঙাম্বক,** হীদাক থকপদা হীদাক তিকি হাপকম, হীদাকক্দা পান্নবা মৈ ঈকুনা শাবা লৈপাকী পান্ন ;

**ঙাম্বক তেংনৌ শাবা,** ঙাম্বক অউবী।

**ঙাম্বক শাবা,** কোম্বুগী শঙ অমগী মিং ;—ঙাম্বক শাবগী শিঙা, নিংথৌগী, লাইগী কাংচুপ, ঙাম্বক শাবা, হীদাক কানবদা চনবা ঙাম্বক তেংনৌ অউবা, অচবা লাইগী তৌনগী কর্ম্ম থোকলবসু ঙাম্বকী মথৈ হীদাক কানবা ঙাম্বক শাবদা থাগনি"—শঙঃ মশিনঃ।

**ঙাম্বোইবা,** ঙানবা।

**ঙান্দুম ঙান্না,** ইঙান ঙান্না,—"?চরৈ কিশেং লোমলবদা পোইরৈ লানমী য়ায়দা-লাং থবা তুগুম ঙান্দুম ঙান্না"—খাঃ ঙঃ।

**ঙান্নবা,** ময়াম মমাঙদা লেন্নবা।

**ঙানপ চাজন হাই,** ঙানপ কাবা লম, ঙানপ্ কাকম।

**ঙানফম,** থবাক।

**ঙানবা,** মমদবা,অমম্বা লৈতবা য়েক শলাই অমগী মিং।

**ঙাম্বু খেয়েচা,** ঙাম্বু, "কাইরৈ ময়েক্কাম্বুঙ ঙাম্বু খেয়েচাম্বুঙ কংলৈ লৈপুংথোক লৈয়াম্নাংনা মাঙচিনখিয়ে"—চাঃ লাইঃ।

**ঙাম্বু খেয়ে চৌনপাকপীচা,** ঙাম্বু।

**ঙাম্বুরৈমা,** লাইরেম্মা অমগী মিং।

**ঙাম্বুরোন,** ঙানবা শলাইগী চম্বু নিংঙোন,—"নোংময় খুমন লৈমা ঙাম্বুরোন পিয়াইরোক পায়মা লিমগোইম্বুংগী নম্বু নোংময় খুমন নিংথৌ য়োইথোংঙাইও কৌএ"—খুঃ নিংঃ লম্ফুঃ।

**ঙাম্বুরোন থোংঙাইবা চম্বু,** থোঙাম নিঙোন,—"ঙাম্বুরোন থোংঙাইবা চম্বু হায়না তেংথাবদি থোংঙাম চম্বুনে"—পেনঃ তেংথাঃ।

**ঙাম্বুরোন নিংথৌ য়েন্দং চম্বু,** তেকচম নিংঙোন,—"ঙাম্বুরোন নিংথৌ য়েন্দং চম্বু হায়না তেংথাবদি তেকচা অহনবগী তেংথানে"—পেনঃ তেংথাঃ।

ঙাম্বুরোম ম্নাইবীরৈমা, খাইদেম নিংঙোন, "ঙাম্বুরোন ম্নাইবী নৈমা হায়না তেংথাবদি খাইদেম চহুনে"—পেনঃ তেংথাঃ।

ঙা পরেং, মীন রাশি।

ঙাপৈরোকপী, ঙা পুরকপী।

ঙাপা (ঙাবা) পৌতোংয়ান, মিতমঙা থাবা,—"খয়োম্বরোন কাইরৈমা পলেম মমাপোকপু চেঙলুক লমকোইশু ঙাপা পোতোংয়ান কাওরেন শনকাং হোই"—চাঃ লাইঃ।

ঙামচৌ হুনবা, খোঙ লাওনা কানবা।

ঙামজৌ পৈবা, মপৈ পৈখংপা; "শীংবী ঙামজৌ পৈনা গজ লাইজা ঈরিকপান্দা আগরচন্দন শীঙওইননা শানশেমলে"—পঃ সঃ যজ্ঞঃ।

ঙারা, ঙা জাং অমা।

ঙারা থাওথোংনা, ঙারা থাডনা য়াদ্দুনা।

ঙারুংহনবা, কম অমা।

ঙারেন কোকপাকপীচা, ঙারেন, "হাওরৈ থানা পাংবরমগী শরেং শমশাংবীচা ঙারেন কোকপাকপীচা লেমলৈ মশীং গুনা লম তমখংলকপবু"—তুতেংঃ।

ঙারৌ, ঙা অরৌবা।

ঙাহাতানবা, ঙা খিবা; "মপারি লমবোং ঙাখিবা ঈনঙ্কু তোনগা নং ঈরেন থাকুপ হোবা লেমলৈ ঙাহা তানববু লাক্করে"—হিঃ হিঃ।

ঙৈথং কেনবা,—লংবা, হুনবা।

ঙৌচা, হবাই।

ঙৌজা, হবাই।

ঙৌতুম ঙৌনা, ইঙৌ ঙৌনা, ঙৌরোক ঙৌনা।

ঙৌব্রাম, অঙৌবা।

ঙৌয়েক্লবা, ঙৌক্লনবা।

# চ

চ, মৈতৈ ময়েকগী তরুকশুবা ময়েক।

চকপরোন, চকপা জাতিগী বারী বাখোঙ, চকপশিংগী হৌরকফম।

চকপা, মণিপুরদা য়াম্না কুইনা লৈরবা মী কাংলুপ অমা।

চকপা য়েন, তিলহৌ চকপগী য়েন্থাং।

চকমিংশেন (চাকমিয়েংশেন), শকয়েং মিংশেল, মিংশেল; —"নোংপোক চকমিংশেন অপানবদা হায়া মিরেন লাক্কদি"—খাঃ ঙঃ।

চকমোম, মৈ,—"চকমোম মৈ কনবদা চরৈ মরিন-ফিবু থুম্না চাকলে, থুম্বি-ও কৌএ" চায়ঃ।

চকমোম থাঙ্খী মৈথ্রেং, মৈ; ইশানৌ সীতা লাইরেম্মবু রাবণ নিংথৌ শথুংপাকপীসুঙ চকমোম থাঙ্খী মৈথ্রেং মৈরৈমনা সাক্ষী বাচুমলকএ"—উঃ (রাঃ)।

চকমোম তেমখাং লোনবী, কুম থা ওনবী, পর্ভ লৈবা মপুং ফারবী, মহক থেংলবী—"হাওচোং লৈমা কৈরেন থানবী যোৱমু রাওৱ। মশীংশু চকমোম তেমখাং লোনবী লোইদাম থাবু কাবীবু যোংহমিং লৈচুনা

শারেন কৈমিংনয়ে"—চাঃ লাইঃ।

**চকযোম থাউমৈ থানবা**, থাউমৈ থানবা, – "পুল্লাং ল৷ইজা ঈমায়-চোন তাউজীং নানৌ থেৎপবু পুল্লাং মরেং খিন, সতী পুকনীং ৱাচুম্বীশিংনা চকযোম থাউমৈ থান"— বিঃ (মহা)।

**চকযোম মৈরম চাউবা,** মৈ হোৌবা।

**চকুবা খুংখোংবা,** খোয় ;– "চকুবা খুংখোংবদি খোয়নে"—খঃ য়াম্মোই।

**চথা তাংখুল ভম্বী ( ভম্পী )**, মংসাতাবম চম্ন,— "চথা তাংখুল ভম্পা হায়না তেংথাপত্তি মংসাতাপম-নে"—পেনঃ তেংথা।

**চথাবা**, লাইবংথৌ অমা – "গুরুগী নাতোন য়েত্তগী চথাবা পোকএ—পুথ্রনবদি চথাবনে"—রুমঃ।

**চথাবা চীংমৈশাং,** নাতোন।

**চথাবা চীংমৈশাংদা পানবা য়েন,** নপ, নপথী ; —"শম্বোঙ তৈমায়েন অখোম শী ভুৎয়েন, চথাবা চীংমৈশাংদা পানবা য়েন, মরি শম্বোই চীংদা পানবা য়েন নারবস্ম শিদবা য়েন"—পাঃ খোঃ।

**চথামরিং লে ইখোম্বী,** রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মমাগী মিং,—"লাইরেন ঐনা ইপন মৈতৈ লৈমা ইৱাংলোন শ্রীরসময়ী পোংপোক চথা মরিং লোইখোম্বী মাতৃদেবী ইমুংশিনয়োমমুংগী মালেম লৈদা তাবকভৈগীমখেবু' —চীংখংঃ গঙ্গাঃ।

**চঙ,** শি তাদবা মশীং, শিদবা অচঙবা।

**চঙ থে কপা,** শি তাদবা মশীং।

**চঙনা খোম্বা,** লান্দা হিংনা ফাবা ; "শেনবী দেৎচং ম্মাল্লে, কবো চঙনা খোমলে"- নিংঃ লম্বুঃ।

**চংলৈ,** ফৌ জাং অমা ; লৈঙোই ;–' তুরেল চংলৈ লৈঙোইগুম থাঙয়ি নয়াকমদা য়ারমলো"— ফৌঃ ৱাঃ

**চৎখিঙমলে,** চৎখিরমলে।

**চৎলম,** লম্বী ;—"চৎলমগী নুংকম নুংকম খুদিংদা নেৎনা নেৎনা শোল্লে"—পাঃ নাউঃ।

**চৎৱা হায়বা,** লৈবাক ভাকপা।

**চৎৱা হায়বা মুৱা তেম্বা,** লৈবাক ৱায়েন থৌদাবা ; —"কেকে চৎৱা হায় মেৎইৱাং মুৱা তেমনা হরাউ মথোই তোং মুংভাই মৱাং কায় লৈপাক মনিন নাইনা পাল্লে হায়দবরা ?"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**চৎৱা হায়মম্মা মুৱা তেমম্মবা,** পানমিন্নবা, ৱায়েন থৌদাহুনা লৈমম্মবা "নিংথৌ য়োয়রেন তোম্পোকপনা পোইরৈ চৎৱা হায়মম্মগে ৱাংঙম মুৱা তেমম্মগে হায়বগী ৱাহমলকএ" – মোইঃনিংঃলম্বুঃ।

**চনবা,** ফাবা ; কৈ চনবা—কৈ ফাবা।

**চন্দ্রাব্দ,** মণিপুরদা চৎনবা শোক অমনি, চন্দ্রাব্দগা শকাব্দগা চহী ৭১০ থেম্মৈ, চন্দ্রাব্দদা ৭১০ তিন্নগা শকাব্দ, অদুগা ৭৮৮ তিনশিল্লগা খৃষ্টাব্দ ওই।

**চম্নু,** নিংভোন।

**চফু অহিংবা,** মৈ ইকুবা চফু ফুহিং।

**চফু তিলাং শোবা,** চফু শোবা ; "চফু তিলাং শোদরি, ইৱান খোয়দো ওৎতরিয়ে"—নিংঃ লম্বুঃ।

**চফু ৱানখোং ফু,** চফু ইৱান ;—"ৱাংঙম মুমুখ খুদিংবু থাক্কনা মালেম লৈমাথ তৈ চফু ৱানখোং ফুবু লৈনা শিন তবা চাগা হেন"—চীংখংঃ গঙ্গঃ।

**চবুম শায়বা,** চাক শায়বা।

**চম্পা ভাতোইরোক,** চম্প্রা থাবা মফম ;.

**চমাং,** চাক অমাংব।

**চমাংদা,** চমাং চাদবা ; "অকো ক্ষিশাহনবনা চরৈ কি শাবব লোইশাম থারুম তবানীথোই শুনা তরা চামাংদা শংলৌ যেংমাংদা চরৈ কি মাংদনা'— নিংঃ শাঃ।

**চরাই,** ফক, ফকলোং, "লগন চী লাইতম মেহেন্দ্রি গেনফম যেংনা চাদা য়ুকৌ পোংপু ফকলোং চরাই থা, চেঙবুম চিগা পৈ, শারেন ফাংপনা"— নিংঃ শাঃ।

**চরী চম্বুই তৎপ,** পুবশীংপা, চরী তৎপা।

**চরূ তাংশোই মৈ,** চরূ ফুদিং থাবগী মৈ—"নমুম চকপা হেমচেং ফুয়িক মৈ চেকাই কাকুপমৈ, চরূ তাংশোই মৈ ফুদং নো ফাই মৈরা" ? পোঃ খুঃ।

**চরৈ,** কি।

**চরৈ অয়িন তাম মাল্লৌ অশেৎ ৱাৎপা,** শেৎনা ইন্নবা কি লৈতব (কিবোন মরাং কায়দবা) ; ' চরৈ অয়িন তাম মা ল্লৌ অশেৎ ৱাংলে হায়না ৱাঙই-খিয়ে'—পোঃ খুঃ।

**চরৈ ভক্কা য়েৎ,** ভক্কা কি য়েৎপা —"চরৈ ভক্কা য়েৎ ইয়া নাপী চীক খুৱাং চাংজৌ চেপনা লোম্না হম্না হম্না পুরুমজরক্কে।"—পোঃ লুঃ।

**চরৈ কিনৌ,** কি অহনবা ; —কষাল চরৈ কিনৌ হোং, লীকলাং মঙান নাই, চোয়নৌ সনা লৈওইনা সনা কগাল তোংলে"- মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**চরৈ কি খুৎশা,** খুৎনা শাবা কি ;—"চরৈ কি

খুৎশা মাল্লৌ অচানবদি পাল্ল থোংনা লন উন্নকএ" —হিঃ হিঃ।

**চরৈ ফিশাবা**, ফি শাবা, ফি শাবা মী ;—"লোইদাম থাবুম তরেং শুনা চরৈ ফি শারবগী"—নিং: শাঃ।

**চরৈ ফিশেং নোং**, নুপী চাকখুম থোকউবদগী মকোক মরু তুমথোক্লুনা ঈরু মায়থজবা মুমিং,—"কোরৌ নোংখিন চাইবীগী য়োম্বু চরৈ ফিশেং নোংদা"—সনাঃ লাইঃ।

**চরৈ লুখুম চাউবা**, ফীরুক খুম্বা—'লৈমা নামুন থাম্বীনা চরৈ লুখুম চাউ পিরেম থকমাতানা কেগে মপাম লম মোইরাং মতা লমদা বাকয়ৈ থোঙ-ওইননা বায়রা শা নেকখি হুয়েন লান নেক-খিএ" চায়ঃ।

**চরৈ লেংদোন য়াকবা**, ফি ইনবা।

**চরৈ য়াকু**, ফমু‌্ং ফিরোন।

**চরৈ য়াকু তৈবা**, ফৈজুপ শুপ্পা।

**চলাম্বা**, মৈতৈ নিংথৌনি, (খৃঃ ১৫৪৫—১৫৬২) শানোংবা লালুম থোম্বনা নোংবাল্লোন হাউচোংঙম্বী পান্নহুনা খোংনাম্বগী চলাম্বগী অনী পোকই. মৈদিংঙু তাংজাম্বনা নোংগারবদা চলাম্বনা খৃ ১৫৪৫ দা ফম্বাল বাহুনা মৈত্রবাক্তা চহী তর তরেং পানখি।

**চহুই কাঙবা**, পূক শীংপা।

**চহৈ**, চহী, কুম।

**চয়োন তরেৎ**, নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈ-পাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলসেন, ঈরাই, থাঙজা।

**চয়োম**, লম চৎপদা লম্বীদা চানবা য়োমহুনা পুবা অচাপোৎ, চাক ময়োম ; —"চয়োম চারকলে"—হেঞ্জুঃ।

**চয়োম্বা**, চাক য়োম্বা।

**চা**, মচা, চামা।

**চাই**, কৌথৎচে, সমন।

**চাইজি**, নোংয়া হি, নোংগী ইচুম, নোংথক্কগী তারকপা ঈশিং, তমদা চুবা নোং।

**চাইজি পিশিন কংবা**, নোং কাংবা।

**চাউকোয়**, ইংখোল ; "মশানৌগীবু চাউকোয় য়াংগোইরকলে"—হেঞ্জুঃ।

**চাউথোইবা**, থোইদোক হেন্দোকনা চাউবা ;—"লেমলৈ নীচাবা বানচেং চাউথোইবা, শরেং মী মানবনা ধনঞ্জয় লাইবু নীংববু শমু মহকপাংবু পুমনা য়োৎখিরে"—ধঃ লাঃ নীংঃ।

**চাক্তাংবা**, চাক লঙবা, অতোপ্পগীদা চঙজন্নুনা লৈবা, শাইদাংবা।

**চাক্তাবা**, মচীঙ্গাক খিবা চৎপা ; "বাল্মীক মুনি মরানয়ায়বু নাতৈননা শগোল চাক্তাখিববু"—উঃ (রা)।

"পাৎ অহুগী মঙ্গুংদা তাউথ্‌ণা মরি চাক্তারিএ"—খিরেনঃ চীনঃ।

**চাক্তমপোৎ**, চাক থোং-থাক্কবা চাকথুমগী মপোৎ মচৈ,—"মহারাজনা কীর্ত্তন কুম্বা থোকলবদি চাক্তম-পোৎ পুবদি কৈদা থাগনি।"—শঙঃ মণিনঃ।

**চকরাই থৌবা**, শরাক থৌবা।

**চাকরাইকম**, হকচাংগী চোম্বরিবা লুম অনীহুনা থেংনকম কৈগনগী শরুক ; —"লম অনী থুবোম ওস্তোকও মেন গুরুংদগী লুবদি চাকরাইকমনে।"—পাঃ নাঃ।

**চাকহেম্লবা**, চাক চাদবা, ব্রত তৌবা,—"মোইরাং কোংয়াম্বগী কুম শক ১৬১৬ শজিবু ৫ নি য়ুমশ-কৈশদা নিংথেম চরাইরোংবনচিংনা লাইমিং লৌবা গিবিকপু চাকহেম্লৈএ" চৈঃ কুম্বাঃ।

**চাকয়োৎলম**, খৌরা, —"বাংথৈ থোইয়া অথৌবা তিমেন মখুংশূবু ফেল্লবদি নোংয়ায় হাওনা অথৌবগী খৌরী চাকয়োৎলমদা পাল্লে"—নিঃ লম্বুঃ।

**চাখা খোংজোন মুবা**, লাইরেম্মা অমগী মিং,—"চাখা খোংজোনমুবী মালেম তম্পাক লৈমা হারি-নিংনাং পোকপী কৌজেং হারৌ পোকপী হুপলা হারা পোকপী কৌএ"--নূঃ অচৌঃ।

**চাংকোৎ** কৌ পোৎ চুম্ফু।

**চাংগ্রুং পোংগ্রুং**, পয়ানা শাবা অরনবা পোৎ।

**চাংগম নিংথৌ**, কবো নিংথৌ।

**চাংজৌ**, লৈরাই।

**চাংজৌ খুৎফাংলনা**, খুৎ অনীমক তিংথোক্লুনা।

**চাংজৌ চেপনা**, খুৎ লোম্লনা।

**চাংজৌ চেপনা লোম্লা**, খুৎ লোম্লনা, খুৎ জুর তৌহুনা, "রুক সনা মথোঙ থাদহুম থম্বাল লৈঙাঙ লৈগুম্বা অসিতুম কোয়জগে হায়না খুবাং চাংজৌ চেপনা লোম্লা মচীন মপন গুরু শোম্লা চোম্বনৌ সনা ফম্বাল্লাংবু তরেৎলক কোয়না পুক্নমনিঙে"—পোঃ লুঃ।

**চাংদোন**, লৈরাই, —"পোইরৈ পুমনমক্কি লৈরাই চাংদোনথক্তা অকি পুকনীং ঙকনা য়েংনখিএ"—সনাঃ লাইঃ।

**চাতা নাউতানা,** মচা মশু পোক্লহুনা, "মুনশীং চাপ-হুম পান্দনা চাতা নাউতানদি লৈরগা পুন্সি লোমলগা লাইগী লৈবাক তানখো"—হেন্জ:।

**চাথংলা,** চনা হেনবা, চাদা থকনা; অমা চাথং-লনা—চাক চাদনা, চনা হেন্দুনা, — "নশানৌ অতোনবদি মুংবান মতমাওদা......কোরৌ নোংশা-মৈদা থৌহু নুংনা নম্না অমা চাথংদা লাইজা ঈরোং-দরে"—পোঃ লুঃ।

**চাদা নাউদানা,** মচা মশু পোক্লহুনা।

**চাদা শোইদানা,** মচা পোক্লহুনা, "চাদা শোইদানা পানখিএ"—হেন্জ:।

**চাদোন হাইরোনবা,** ফৌবী হাইবা।

**চানা,** নাপী—"লাংবন কৌজেং চোংবিচানা চানা য়াদা চীকনা লাইজা ঈরাক্লকপবু"—হিঃ হিঃ।

**চানাই থাংথৌ খোয়রেনথাঙ,** লম থাঙজৌ।

**চানা তোংতম শেংপা** নাপী থংপা (ফোয়বা) —"য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা মপোক শানওন য়াবীদি চানা মকা লাম লাংনা মকোং তানববু—চানা তোংতম শেংনা থাদী মৈয়াই লীকুম শমু থুংনা থুমখিরে"-পোঃ লুঃ।

**চানা মতৌ,** পান্দম, মতৌ।

**চানা লাংকা মপৈ অকংবা,** নাপী অকংবা মপৈ; —"পাওব শাগৈ পুম্নমকমুক চানা লাংকা মপৈ অকংববু থাদী মৈনা চাকহৎপা তুগুমলে"—

লাংঃ শঃ থাবাঃ।

**চানিবা,** চাকনিবা।

**চানীংখাক,** চাক অয়েবা, চাক মনীং লৈহৌবা অয়েবা, চাকলেব,—"পল্লৌ লৈরাং মতম মানবা নওখোয়গী অমা চানীংখাকপু পারি নাউহন্নবা অমা চাকনিগে?"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**চানুরা,** লম অমগী নিংডোন,—"কেপে চানুরা, নুরা শমা তোংবী মপন খাংথা নোংলুমপান, মহু য়াখোং চায়েমপানগী থুয়া ঈ-চোত্তা থুদোন নাহৈদনা পাংবী"—য়োইঃ নিং লঃ।

**চাপুম হুকমিন্নবা,** চাক চানিন্নবা।

**চাপোক কাদং শীন্না,** ইচা পোক্লহুনা; "ইচাং হনবাইসে ইয়ান ওন্দেসে, থরুও অনৌববু পাকল্ল-ও, চেংফু লাংনা অনৌবা খুংতমল-ও চাবোক কাদং-শীন নাউদা খোঙকাং লেংনা বাক্তেমন্নিসে"—চাঃ লাইঃ।

**চামলৌ,** লা; "হে ইমা ইবেমা নাকথা লৈমা পাউতোইবী কুয়েপ লৈমা লুচাউবী চামলৌ লুকনা তৌনগে।"—মিকৌঃ।

**চামলৌ থবাল লা,**—থমা।

**চামলৌ য়োই থম্মাল,** থবাল।

**চামায় লাংবা,** চাক চাবা; —"মৈদিংগু লাইরেল নাউথিংখোংনা অমুক চামায় লাংনা পুন্থং হিয়াঙৈ লৈরাই তাহন থানা কুমশাবা"—চ ঃ লাইঃ।

**চামিক্কি,** (মমাউঙ্ডদা খুমল্লমমনা শাবা) কি মথল অমা, "খুমল্লম নওদি চামিক্কি শাউ"—লোঃ শিনঃ।

**চায়,** থোঙ।

**চায় পাতৈ কাওবা,** থোঙ হাংবা।

**চার পৌরোন,** থোঙগী পোরোন।

**চারল তাবী,** মশা নানবী, তুগোঙ লংবী,—"য়োয়বু চারল তাবী ঙাংঙোই থাঙডা নিঙ্ডেনবী"—অনোয়ঃ

**চারাই** ফকলোং।

**চারি কুইবা,** মতম কুইবা, চহী য়াম্বা,—"নশানৌ সীতা লাইরেম্মসিবু সনা অযোধ্যা নপুংয়াদা চারি কুইনা পানফরোইএ"—উঃ (রা:)।

**চারোন,** মচা মরোন মরোন।

**চাহৎলবগা,** চাথোকলগা।

**চাহৈ কবাকলৈ,** পোংশক অহ চারগা পুন্সিবা।

**চাহৈদা লাকপা,** মহৈ মরোং কজনা পান্নগা ঈশিং-থুমহুনা য়াওবা; "শক ১৫৩৩......ঈশিং চাউএ, ফৌ চাহৈদা লাকএ"—চৈঃ কুঃ।

**চায়নপুং,** লান শোক্লকম, লানকম, চায়ননবা মকম।

**চায়নবা,** মী অনী চুং তা পায়নহুনা পায়ন্নবা তা অহুনা লংনহুনা থুংচুবা তায়হুনা শোক্লবা লান-শোক অমা নত্রগা তেন কাপ্পহুনা থুং চুবা তায়বা অহুগা অঙবা অহুনা চঙলক্লুনা অমহুগী মঙক কক-তুনা হাংপা।

**চায়না খোঙকেন্নবা,** মী অনী শীংনহুনা তেন নত্রগা তা পায়নহুনা লান শোক্লবা।

**চায়বা,** চথোক্লনা লৈবা, থমা হল্লোকপা,—"শারেন চিনাহ য়ানাইববু থুহুপ অমা চায়রে"—

চঃ খুনঃ।

**চায়রুং,** হকচাং কায়াং,—মায়গী শরুক অমা।

**চায়রুং মচি লাংবা,** অহল ওইশিন্নক্লুনা চায়রুং চপশিন্নকপা, চায়রুং তাবা,—"চায়রুং মচি লাংনা হহু য়রাই কাওমলে"—থমঃ শুঃ।

চিগাল্লুকপা, মরু লুকপা।
চিংগ্রং, খুঙগ্রং।
চিঙোই, মপাউ।
চিংজাও, চীংও উ।
চিংঙুরেন শাইদাংবা, উরেং কোম্মৌ।
চিংজনথিবা, শায়খিবা।
চিংজা, শায়বা।
চিংজিন. নোংজুপা।
চিংজ্রোইবীচা. ডাচিং, থজিং,—"ডাচিং চিংজ্রোই-বীচা ডাখা খারংচা লেমলৈ ডাপীং ভনা লমদনথং-লকপবু"—তুদোঃ।
চিংথং খোমোল, পাখী মখল অমা।
চিবংবা, মচী পংবা।
চিঙলেন নোংক্রেন খোম্বা, গম্ভীরসিংহ মহারাজ, —"লাইরেন মৈতেংঙু গম্ভীর সিংহ তুবী চিঙলেন নোংক্রেন খোম্বা কোরৌ নোংশীংজঙগুম্বা"— খাঃ ভবাঃ।
চিংলোইনাই, ডাচিং, থজিং, —"হাওরে খানা পাংবরমগী শরেং শমশাংবীচা, ডারেন কোকপাক-পীচা ও চিং চিংলোইনাই" তুদো।
চিথরবা, পুরকপদা মাংহৌবা, থনবা।
চিদাই নাইদবা. মীচং মীখায় নাইদবা, ইচা মীচা য়োংলৈ মেলৈ নাইদবা।
চিনকোই. য়াথং।
চিনঙ্গুরোন, শরাং মৈশাংথেম, হাওয়োক কোম্মৌ চিঙডাখম নিঙোন।
চিনবি শজিবু. "লোইদাম চিনবি শজি কোই খা-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো ?"—খাঃ।
চিবা, উচি।
চিবা পাউনাইদবা উচি, -"চিবা পাউনাইদবা মৈশাং-বমুঙ খিকলোয় ভামা য়াদা চীকনা"—হিঃ হিঃ।
চিব মৈশাংবা, উচি।
চিন্না, নাকচি।
চিন্নাই খোঙ, মমাঙৈদা কংলাদা লৈরবা কোম্মুংগী খোঙ অমা, "শক ১৭৭৩ লাংবন থা ১৩ নি ঊরাইদা চিন্নাই খোঙ য়োংঙৌনা কুপ্পা শজায়"—চৈঃ কুমাঃ।
চি শাবা, (কৌনচিংবা) পৈথংপা।
চীকথম, বাকচীং খা,—"খাদি চীকথম বাকচীং খানে খবাবখিচাকি চীংচরোয়বীনে,"—খিরেনঃ মৈঃ লীঃ।
চীংখোঙ, নিংখৌ, "নদাইরেম লৈছং খারুম অশেবা মোইকাইরি লীকলাং খাবু শি, থবা ডাকোইনথনা চীংখোঙ য়াকৈ শকলকলে"—নিঃ লম্বুঃ।
নিংখৌগী মচুং ওইবা য়াবা থমথং।
চীংখোঙপু থিরুসনো. নিংখৌ থিরুসনো।
চীংখোঙ পুয়োকপা. নিংখৌবু ডাকপা, শেলবা, নিংখৌ কনবা।
চীংখোঙ ফিমু, মুমনাক শংবম মুমনাবন। শানবা কি মখল অমা,— "মুমনাক শংবম মুমবাম নঙদি চীং-খোঙকি ফিমু শাউ।"—লোঃ শিনঃ।
চীংখোঙ লোম্বা, লাইরিক পাদুনা।
চীংখোঙ লোনবা, লাইরিক পাবা।
চীংখোঙ য়ায়মবা, ইবুংঙো য়ায়মা, "মশানৌ চীং-খোঙ য়াথমবা ভরত লৌশিংবনা হয়েন লানগচিংনা" —উঃ রাঃ।।
চীজোই পাউরোনবা, মা অওক অথোং ঙৌনবা, চীন্দায়বা।
চীংচরোয়, থম নমিচাক—পুনর্বসু নক্ষত্র।
চীঙঙু, খোইয়ম, লাই, খোইমোম।
চীঙঙু অকুম্বা, চীঙঙু অশঙবা, মী শিয়গা অশিবা মীদুগী থবায় পুনবা ডাইদুনা শঙদুনা লুমদুনা লৈবা লাই,— "চীঙঙু অকুম্বা খোইয়ুম অঙাইবনা পুরকলে"—হেঃ।
চীঙঙু অশঙবা খোইয়ুম অঙাইবা, মী শিয়গা অশিবগী মথায় পুনবা ডাইদুনা শঙদুনা লৈবা লাই।
চীঙঙু ইতমচাউবা, হংবদা অবাংপা লৈতবী, —"চীঙঙু ইতম চাউ খোইয়ম য়েকতম হৈবী লাই-রিক লৈমা শীংজা খোবী" খঃ লাঃ নীঃ।
চীঙঙু থংপা য়োইথংলেন, লাইগ্গিংখৌ সোরারেন, —"চীঙঙু থংপা য়োইথংলেন নামুংবনা নঙবুদি খোংলেন পাবৈ লাম্না কোরৌ নোংগারকও হায়এ" —চোঃ খাঃ পাখঃ।
চীঙঙু নোংথাং কোন লুংনাং সনাপুং. লাইরৈবাক, —চীঙঙু নোংখাংকোন লুংনাং সনাপুংগী চাকচা মুডাইবা কুমৈ মুংঙাইবা সনা মুকা মপাল-শা অমরাবতী লাইরৈবাক কোরৌ নোংনাংপাল অসিবু অকিঙাবু ওইরে"—পঃ সঃ বজ্রঃ।
চীঙঙু পান্দনবা. শিবা, নোংগাবা .—"ইদাইরেম নোংখোন ঙেংয়াইখিনবা খাবম শিংঙহনববু কোরৌ নোংগায়ে চীঙঙু পন্দয়ে, য়াংদৌ অমাই শঙ লীখরি বাংলেন পুং শোখিএ"—নিং লম্বুঃ।

**চীঙঙু মরনবু**, লাইগী থোজাল।—"থোইয়ম অদী-বদি চীঙঙু মরনবুগী শীংকাপ লৈখৈতু য়েংদৌ উরোং খুংনা পুম্নং হরাই থাওপাক থায়ে মহে অদো পাল্লে" —সনঃ লাইঃ।

**চীঙঙু লাইবক থীবা**, লাইবক ফত্তবা,।

**চীঙঙু লাইবক থীবী**, লাইবক চাউবী, লাইবক থাবী,—'পল্লেম নমা চীঙঙু লাইবক থীবীবু লৈএ" —ধঃ লাঃ নীংঃ।

**চীঙঙু য়াইপী ( য়াইবী ) হুমচাউপা**, লাই সনা-মহী,—"খোইরম লাইয়িংথৌ চীংঙু য়াইপী হুম-চাউপা।" পাঃ নোংঃ।

**চীংচ্রোই অমুবী**, চরোয়।

**চীংঙু য়াইকোম্নুং**, ফুংগা লাইক।

**চীংথংখোম্বা**, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র ;—মৈদিংঙু গরিবন-রাজ মহারাজগী মজা ইবুংঙো শ্যামশাই খুরায়-রাকপনা ইরাংলোন কেগে মোইরাং নিংথৌ চহু চথা মরিং লোইখৈত্বী পান্নতুনা মৈদিংঙু গৌরশ্যামগা মৈদিংঙু চীংথ খোম্বগা কৃষ্ণ চন্দ্রগা মচা ইবুংঙো অহুম পোকলম্মী গৌরশ্যাম মহারাজগা মনাউ ইবুংঙো চীংথংখোম্বগা শিন্ন-শিন্নরা অমুক অমুক নিংথৌ ওইতুনা পান্নখি। ময়াম্নুং গৌরশ্যামনা ফম্বাল ফুমলগা খৃঃ ১৭৫৯ দা চীংথংখোম্বনা ফম্বাল কাখি অদুগা খৃঃ ১৭৬২ দা ময়াম্নুং গৌরশ্যামদা ফম্বাল অমুক শিন্নখি। খৃঃ ১৭৬৩ দা ময়াম্নুং গৌরশ্যাম মহারাজ নোংগাররবদা মনাউ ইবুংঙো চীংথং খোম্বনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইখি। ঙুরাগা লান শোক্লবদা মায়থারতুনা শকাব্দ ১৬৮৬ তা মহারাজ চীংথং-খোম্বনা ময়াংলম চেন্দুনা তেথাউ য়ৌখি। চহী অহুম ঙুরগা থোরক্লুনা শঙাইখেন্দা চহী অমা, শঙাইরোদা মতম থরা, চজীংদা মতম থরা লৈরগা ঙুরানা অমুক ভানথায়তুনা ময়াং লৈপাক্তা চেনখি। শকাব্দ ১৬৯৭তা চীংথংখোম্বনা ময়াংদগী লক্লুনা লম্মাংদোংদা ( বিষ্ণুপুরদা ) চহী মরি পাংখি। লম্মাংদোং কোম্নুংগা পান্নিঙৈদা শকাব্দ ১৬৯৮ হিয়াঙ্গৈ ১০নি পানবা ঙ্গরাই হুমিংতা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌখি। মথংদা শকাব্দ ১৭০১ ..দা লম্মাংদোংদগী লাংথবাদা কাক্কিপুরদা কোম্নুং হোংতুনা মফম অদুদা চহী তরাতরেৎ পানখি। কাক্কিপুরদা পান্নিঙৈদা শকাব্দ ১৭০১ ( খৃঃ ১৭৭৯ ) হিয়াঙ্গৈ ১১ নি পানবা ঙরাই হুমিংতা কাক্কিপুরগী রাসমণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌখি অদুগা হুমিৎ অহুমগী হোতুনা হুমিৎ মঙানি রাস কৎখি। কাক্কিপুরদগী হোংগৎলক্লুনা কোম্নো-জম য়ুমকমদা চহী অনা পানখি। খৃঃ ১৭৯৮ দা মুর্শিদাবাদতা লৈবা শ্রীবাৎ ক্ষেত্রদা নোংগাখি।

**চীংথাং লাম্বুবা**, মৈতৈ নিংথৌ থবানথাবনা মৈতৈ-লৈমা নোংবাল্লোন তোঁগাইঙবী পান্নতুনা চীংথাং লাম্বুবগা সৈমেশুগা মচা অনী পোকই। মৈদিংঙু থবানথাবগী মথংদা খৃঃ ১২৩১ দা চীংথাং লাম্বুবনা নিংথৌ ওইতুনা খৃঃ ১২৪২ ফাওবা পানখি।

**চীংনুং শোয়বা**, নোং ভানবা ; —"হয়েং কৌবা চীংনুং শোয়রবগা নরান লোনন্নিময়াইদা থৌশী-রক্কে"—বিঃ ( মহা )।

**চীংবু নোংবু শাংনা**, হুমিং কুইনা ; –"খোয়নৌ মুংবান চহু য়োইরুমলোন কোরৌ খোংজোমনুবী মতা তরুকমানা মমান মচা হাওকু শোয়শেনবা অতাম শোয়রৌবা চহুই রোকরানবা হাওকু-শেংইনাই শাফবা তরুকমকপু চীংবু নোংবু শাংনা ভাইরম্মে, অদু নোংগীবু হেম্বা চীংশাং খুলেনয়াইও তৌনা কৌএ"– নিংঃ লম্নুঃ।

**চীংলাই**, মকর রাশি, চীংদা লৈগনবা জীব মগল অমা।

**চীংলেন**, চীংজাউ ; –"চীংলেন য়োঙম কাখিরে" —শমঃ ভঃ।

**চীংলেন ভাল্লম ভান্দনা**, নোং ভাল্লম ভানকাত্তনা ; নোং গ্রন্থিংঙদা, –"লাইরেন মৈদিংঙু উরা কোম্বৌ-বদি ইমু শোয়ায়মদা চীংলেন ভাল্লম ভান্দনা তুবী মরাও হৌ লাইরেন মবি নাইনা কংলা য়াইপুং থান্না পোইরৈ খুঙ্কা তয়ম নাইঙ্গা পুমনা কাথৎলকও হায়না পাউ কৌথৎলবদা"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**চীংলেন নোংগা ভানবা**, নোংভানবা ; –"চীংলেন নোংগা ভাল্লকলবদা শমু খোঙশাল্লকপবু লমলেন মকুরেক্তা ফয়েং নোংফাহ তমখিয়ে' জিঃ চঙঃ।

**চীংলেন নোংতাই নিংথৌ**, লাই নোংশাবগী মিং, —"খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চীংলেন নোংতাই নিংথৌ" —নোংঃ লাইঃ।

**চীংলেন নোংতাই লৈমা**, লাইয়িংথৌ নোংশাবগী

**চেন্দোই,** মিং।

তারোয় লাইরেম্মা,—"য়োয়পু মসানৌ থোইমোম লাইরেম্মা চীংলেন নোংডাই লৈমা"—নোঃ লাইঃ।

**চীংলেন পল্লংলা,** চীংজাউ; "চীংলেন পল্লংলাদা য়াকয়ৈ হীরম কাবিদে"—চঃ খুনঃ।

**চী য়াংঙৈ,** নোংগী ঈশিং।

**চীংশোংলমলৈম্মা,** চীং খুম্ব,—"য়োয়বু য়াংঙম শানওনচেক, তম্ফা থাবিয়োইওইচেক চীংশোং লমলৈমনা পোনবী চীনওক্লনা থোংথৈরাই"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**চীনওক্লবা,** মায় শনশিন্নবা, চীনগা চীনগা ওনশিন্নবা ভাওনবা,—"শেনবী অনী চীনওকনা অহুম চীনদিন্নবা মাপা লোনহায়ননা বা তান্নথিয়ে"—থঃ লাঃ নীংঃ।

**চীনওন কায়খিবা,** হান্নাখবা বা ভাক্লবা।

**চীনখুনমা,** য়াউম অমা।

**চীনগোই,** চীন, য়াথং,—"নদাইরেম কুবের চীনগোই মরাথ'বু মাওকদবনিগীনা"—উঃ (রাঃ)।

**চীনগোই ইরাকমা,** বা ভাওলিবা (ভাওজরিবা) ঐ।

**চীননেনবা,** চীনথীবা; —"হাওখোং শিনাইখু অদোন চীননেনবা খুমন নারাংবনা ঐবু করি ওইনা হয়েন তন্দু শকলিবনো"—চায়ঃ।

**চীনকি,** কি মথল অমা, মমাঙৈডদা নিংথৌজগমনা শানরম্মী,—'নিংথৌজম নওদি চীনকি শাউ"—লোঃ শিনয়েনঃ।

**চীনবান কাওমৈখুনা ফমফম্লবা,** হীদাক থক্লুনা মৈখু বা বা কামথে ক্লুনা ফমলবা,—"খা য়াচু শান্ন চীনবান কাওমৈ খুনা ফমফম্লবদা × × × মতাইরেম পে ইরৈ লাইবান্ন চৎপা অনীমানা × × × চরৈ মশীং থীনা পোইরৈ মক্ষ হোল্লকএ"—শমঃ ঙঃ।

**চীনবান মোইগাই,** চীনবান।

**চীনহাবা,** চীনথীবা;— "ভাংভোই য়োয়মো'বা নওঁদ নযোম মেহু লৈতববু লৈএ হায়না চীনহাবনে"—তুতেং।

**চীনাইবা,** মচী পানবা;—"মালেম লৈখাতুংদা তুবী চীনাইবা লাইরেন চীরোওবনা তুবী খেক্লম খেক লাইরেন কোজুম কোন মথেক কৈবু শানা মেনাং তনবা খুয়ৌ ভামজো চোংগুমনা শানকোংভবু চেংলো মিংথিংলবগী"—মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**চীয়েন,** মচী।

**চীরোন পোংপাউ হৈবী,** চীরোন থারোন ভোগনবী।

**চীরোং অথীবা মাওথাননা,** থোন্দা অথাবা বান্না হায়দুনা; "হমু মন্নাই কারবী অসিবু চীরোং অথীবা মাওথাননা য়াথং অকায়বরু ম'ওইরদা থৌজান মায়ওক্লনা নপুম নোংয়ায় চাউবা পুংদা য়াংলোইময়রুও"—খুঃ নিঃ লম্বুঃ।

**চুকশা মৈথাবা,** অশিবা পোংলোইবা, মী শিবগী সংস্কার তৌবা।

**চুকোই,** জগোই,—"চুকোই লেপলো হো"—
পাঃ নোঃ

**চুকোই শাবী,** জগোই শাবী,—"মশাবি কুবের লন্নিংথৌগী মহুইরোন লম্বা ইন্দ্র চুকোই শাবীবু"
—উঃ (রাঃ)।

**চুম্বা,** থোয়দবা, সাক্ষী ওইবা।

**চুম্বুন,** হদাঙ।

**চুমিথাও,** চুমথাও থনবা।

**চুরি,** চু অরিবা, য়ুমগী ইচুম তাকম।

**চুং,** তা খোশাবদা ওয়থংবা খুংনা পায়বা হকচাং ভাক্লবা খুংলাই অমা।

**চুংশেন,** মথোনা, "লাইরেন মৈথিংঙু কৌবা মীয়োম্বা (লোইনাই খুমোম্বা) তুবী সনা মচুংশেন্দি অচুম্নও ঋদোয়দে"—নিংঃ লম্বু।

**চুংশেন মুপী,** থরানমিচাক পুষ্যা নক্ষত্র।

**চুথবা,** লায়রবা।

**চুপচি লায়চি,** মায়গে চিথেক মরি;—"থারৌ লাইরৌ কোয়, নোচুপ নোংপোক কোয়, চুপচি লায়চি কোয়নরে"—নাহৈঃ।

**চুপলেন মঙান নাইবা,** নায়িন খোঙনাই হংনাইপাপু চুপলেন মঙান নাই,"—পাঃ নোঃ।

**চুপ শাবা,** মীশি মীনা জুগোৎ চাদনা শিথিবগী তেকশিন হত্তিন্দনবগী থৌনি।

**চুপশা মোই খেম্বা,** চুপ শাবা।

**চুপশা মোইফেন তম্বা,** চুপ শাবা; "কাফলেন মীওবগী পোনবী চীনকোই চম্বা নোংগীবু চুপশা মোইফেন তমসে"—তুতেং।

**চুপশারোন,** চুপ শাবগী য়রম।

**চুপশেন ওইবা,** নিংথৌ ওইবা; "মযুম মোইরাংদা শম্ববনা চুপশেন ওইরে"—মোঃ য়ুমকোক।

**চুমজেন,** চুম্বা।

**চেজোই কানক নক্করি,** মমিৎ পাওত্রি ; মমিৎ কাক্লি।

**চেজোই কুকু মীরোন খোক্কবা,** বা মপুং কানা ওাওবা হৈত্তবা, মীরোন তাদবা,—"লাইরেন মপাউ চাউদা চেজোই কুকু মীরোন খোক্করিৱে"— নিং: লম্বু:।

**চেকলা,** উচেক ; —"খবায় পোনবী পান্দমনে চেকলা পাইখিবত্তুনা হানগনে দে"—কুম:।

**চেক্কোক,** চেঙ খন মরি, চেঙ উতোং কুম্ব্রা ;

**চেঙখায়,** চেঙ উতোং তয়ামঙা, চেক্কোক অমগী ভংখায়, চেঙ খল অনী।

**চেংঙা,** খবায়,—"মনুংদা লৈবা খবায়না চেংঙা কৌএ"—খ: য়াম্মোই।

**চেঙচা ( চেঙজা ),** চেঙ ; নৃং ;—চেঙজা চীম্নাই-ঙববু নোংয়ায় লৈশাংখোংদা থোঙু লোইগা থাবদি ত্থোমল্লে হায়না লাউথরকএ"—সনা: লাই:।

**চেঙজা কোনখিনবা,** চেঙ্গ খিনবা।

**চেঙজা লেপ্পা খিনবা,** নৃং য়ুবা, নৃং খিনবা।

**চেঙজা মায়ঙৌ তানবা,** চেঙ চোইবা,—"শুকনীং কাওনা মোইনীং কাওনা লোইমোম হুনা কুরোন হুনা মংখারাদা হেনেমগীদি চেঙজা তান্না মায়ঙৌ তান্না"—অ:।

**চেঙজা মাওইন্নবা লোইমোম তুংইন্নবা,** চেঙ থৈবা।

**চেঙজা লাল্লংবা রাপা খুনখিনবা,** বা মপা চানা চানা হায়নত্তুনা খংনবা ;—"খুনগাম মশানৌনা য়াওরৌ ইশাবি-ও ঐগী মেনাং তনবা শা নামুং অঙৌবা কোরৌ নোংকান শাদুম শানৌ নঙনা লৌরবরা হায়না চেঙজা লাল্লঙনা রাপা খুম্বিননা বারোংনখিএ"—চা: লাই:।

**চেঙজা লাল্লুমথেন,** থোঙজিন ;—"থোঙজিনবুদি চেঙজা লাল্লুমথেন কৌএ"—খ: য়াম্মোই।

**চেঙজেল,** চেঙজেল, লংকৈ চংপদা লবীদা চানবা হায়ত্তুনা য়ুমদগী পুবা অচা অথক।

**চেঙজেল নোংদম,** খোয়রেন, পুন্সি ওবা।

**চেঙজেল ওনা,** পুন্সি ত্তোলোইনা, খোয়রেন য়োনা।

**চেঙবা হৈবা,** চেঙ হৈত্তুনা অক কত্তা খেন চাং য়েংবা।

**চেংবী,** লৈঙোই।

**চেঙথুম মনাউত্তোন,** চগেম।

**চেঙলুক,** চেঙ ওয়বা মেরুক।

**চেংলে,** থাংরি, শলাই অমগী মিং।

**চেংলে ইপান লাম্বা,** "মৈতিংঙু নিংথৌচেঙনা মৈত্তৈ লৈমা লাখাশু লৌত্নুনা পোকপনি, মপাবুংগী মথংদা খৃ: ৭৪৭ দা কবাল কাত্নুনা চহী কুন পাল্লম্মী, নিংথৌ ওইত্রিত্তৈদা মমিং থিংবাই অহনবা কৌরম্মী।

**চেঙলুক লমকোইগু,** থুংমোক্তা চেঙ হাপ্তুনা পুবা, চেঙলুক হুংশাং পুবা।

**চেঙলুক লুবাক কাইবা,** লুহোংবা হুমিংত্তা নিপা ময়ুমনা নুপী ময়ুমদা ফিরুক্তা হাপ্তুনা চেঙ ফিরুক অমা পুনৈ। লুহোংবা হুমিংতগী হুমিৎ মঙানিগুবদা অয়ুক্তা নিপা ময়ুমগী নুপী থরা নুপী ময়ুমদা চত্তুনা চেঙ অত্নু কাইরুবা।

**চেংলে খাবা ঙানবা,** শলাইগী মিং।

**চেঙ লৈবা,** মপুন্সি লৈরিবা, শিগদবা বাংলিবা।

**চেংলৌ,** শক, মায়থোং, মিৎ ;—"চেংলৌ নশক উত্রে হায়না মিকপথিরে"—উ: ( রা: ) ; "চেংলৌ মিৎকম তাওধনা মিয়েংশেন শক্কোয় য়েংনিংবগুম"— ধ: লা: নীং:।

**চেংলৌ কোরৌ লাইনা পাংবা,** নোংথক্তা য়েংখংপা।

**চেংলৌ তেনবান য়াম্বা,** য়ামনা য়েংগন লাক্কনবা, মমিৎ চোইবা।

**চেংলৌ মঙম,** মিৎয়েং।

**চেংলৌ মঙম শোয়বা,** মিত্তাওবা, মিৎকম কায়বা।

**চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা,** মিৎকুপ অমগী মনুংদা, ওাইহাক্তদা,—"মালেম লৈপাক লৈমরেন শিদবীনা লিল্লা থৌরী য়েংনা তাউথাকপা সনা কাংথোন কানবু পুখংলবগা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা মালেম লৈপাক কায়রবদা মালেম লৈখারোন্দা চঙথিরে হায়রবরা ?" —উ: ( রা: )।

**চেংলৌ মিৎথিৎপা,** উবা, য়েংবা, "চেংলৌ মিৎ-থিৎলুগে, মিৎয়েং শানথৈকগে"—নিং: লম্বু:।

**চেংলৌ মিৎথোঙ মথা,** য়েংবদা উদবা,—"মায়গৈ মথোঙ উদনা চেংলৌ মিথোঙ মমলে"— লাং: শ: থাবা:।

**চেংলৌ মিৎ শোক্কবা,** মী অমগা অমগা মিৎকা মিৎকা য়েংনবা, মিৎচানবা ;—"অত্নুমনা চেংলৌ

মিথশোকনয়রবদা"—পোঃ লুঃ।

**চেংলৌ মিথয়েং তাঙ্বা,** লাঙ্গা, থাঙ্গা, নক্কবা।

**চেংলৌ মিথয়েং শোয়বা,** মমিৎ উদবা, মমিৎ শোরবা,—"চেংলৌ মিথয়েং শোয়বনা মেংশেল শক্তোয় য়েংবগুম চুনবে"—চঃ খুনঃ।

**চেংলৌ শক্তোয় হেনবা,** মশক মতৌ য়াম্না ফজবা,—"চেংলৌ শক্তোয় হেনবা মশক থঙাল মানববু পদ্মৌ নপা ঐনা উবদা লুংওন পুকনীং হুইএ"—উঃ ঙঃ।

**চেংলৌ শক্তোয় হেনবী,** মশক মতৌ ফজবী।

**চেংলৌ মিৎকম কুৎপা,** মিৎ উদবা, মিৎ কুৎপা।

**চেন্নবা,** হেকপা,—লা চেন্নবা—লা হেকপা; হৈ-চেন্নবা-হৈ হেকপা,—"কন্নিগী চাযলৌ লাচেন্নরগবনো" চায়ঃ।

**চেপকোৎ লোং,** লোং।

**চেপশি অমেগুবা,** অথোৎপা অক্কবা পয়া।

**চের্ব্বাক,** চাবদা ওইনম্না হাউবা ভাঙলেনবা চীং লৈপাক।

**চেরে,** লাইকম খাবম পানা।

**চেরে কারে,** খুঙ্গা নাইজা, লাইকম খাবম অহন্নুপ নাহারুপ।

**চেল্লকপা,** পীরকপা, পীহুনা পুরকপা;—"পম্মৌ পল্লেম অনীনা ভরেংকী শেল চেল্লকএ হিমন পীগে"—হেঙ্গু; পোং পীরকউ হায়রকপা, পাউ হায়রকপা, চেল্লহুনা লাকপা।

**চৈপিবা,** য়ৈবা, ফুবা।

**চৈবিবা,** খুৎলাইনা শোকহনবা, য়ৈবা।

**চৈবুন,** চৈতুপ, চৈপুন;—"চৈবুন পারনা তাল্লে" —হেঙ্গুঃ।

**চৈরক্তনা,** অরেপ্পা লৈতনা, লেপ্তনা; —"মপন সীতা লাইরেম্বু শরেন ওয়রম কোয়না পুরুমলবগা লাস্তান চৈরক্তনা মশাবিগী তাঙজা খোঙ্গুল লীথিববু" —উঃ (রাঃ)।

**চৈরৎপা,** ভোকপা, লেপ্পা;—"চীংঙু পিরেম খকমা তাববু চৈরৎলবগা"—উঃ (রাঃ)।

**চৈরৎলবা,** ভোকলবা।

**চৈরাপ,** বায়েনশঙ।

**চৈরেপ্তনা,** অরেপ্পা লৈতনা, ভক্তনা।

**চৈরেপ্পা,** লেপ্পা।

**চৈরৈ,** ফি।

**চৈরৈ অয়িন তাম মাম্রৌ অশেং য়াৎপা,** শেংনা ইম্নবা ফি, লৈতবা,—"চৈরৈ অয়িন তাম মাম্রৌ অশেং য়াং চানা ঈরু কৌ লোকলৌ পরৈ তং কোরৌ খোইনা য়েংনা নোংখোইরিঙৌদা"—খুঃ কংলৈঃ।

**চৈরৈ ফিখাও শানা,** ফিগাউ শানা,—"নতাইরেম ইরাকমানা চৈরৈ ফিখাও শানা নোংহামলিয়ে"—পাঃ খোঃ।

**চৈরৈ ফিঙৌ,** ফি অঙৌবা।

**চৈরৈ ফিচি হোংলাহন,** মচা নূপা অহন,—"মমোম বাংঙমলোন চৈরৈ ফিচি হোংলাহন, চীংখন খোম্মুক অঙল্লা মমাঙ শাংকবীবু কোরৌ তমথরাং বাংখন শিকারাং মচি চিরাইবা য়িমচঙ লাংনা চানা ঈরু ফাৎনা তেনবাই খোনগী অমন নোংগারে"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**চৈরৈ ফিতোম য়ানবা,** ফি ইনবা।

**চৈরৈ ফিনৌ,** ফি অহনবা,—"নোংতোন লাইরুরা তবেংমানা চৈরৈ ফিনৌ শেংনা"—পাঃ নোঃ।

**চৈরৈ লমহাই নাইবা,** ফীজোন ফজনা শেৎপা।

**চৈরৈ লেংদোন য়ানবা,** ফি লেংবান্দা য়ানবা।

**চৈরোয়ননা,** লোয়ননা, "ফুশ অতোনবদি নোং-শীং চৈরোয়ননা হয়েন লাস্তানথিরবদা"—উঃ (রাঃ)।

**চৈশু পাম্না,** চৈশুগী মপাম্না।

**চৈশৌ,** পান্থৈ, মক্তং;—"নঙবু হেয়া ঐগী পাংগল চৈশৌ ওইনবৃ লৈতরে"—লাং শঃ থাবাঃ।

**চৈহৌথা,** চহীগী অহৌবা থা; লমদা থা;—"লমদা চৈহৌ থা ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো"—থাঃ।

**চোঙ,** নিংথৌ অমদি লাইনচিংবগী মাঙদা খাদুনা পুবা পে মথল অমা, ছত্র।

**চোঙখানবা হজবা,** ফম অমগী মিং, খুনকাংথৌ মাপনগী মনুংদা অমা, নিংথৌ মহীশাং ফমদৌ মঙাইরোই অমা।

**চোংগাবী,** খোংজোমহুবী (মোইরাংদা হায়নবা)।

**চোংদম্বা,** চোংশিন্দুনা পাইশিনবা; "পোনবী চীং চয়োয় অমুবনা পানবা মনা পায়না চোংদম্বু ভমদথিয়ে"—পোঃ খুম্বোক।

**চোংবিচা,** কৌজেং, ভাহৌ;—"লাংবন কৌজেং চোংবিচানা চানা য়াদা চীকনা লাইজা ঈরাল্লকপবু নয়ু হুংবান হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুঙ্গিবনা মিথয়েং শানথৈখিরে"—হিঃ হিঃ।

**চোঙলেন,** চোঙ অচৌবা,—"সনা চোঙলেন ইকময়থান হক্তিং চীংথৈ ইরা থুন্দাপুং"—নিংঃ লমূঃ।

**চোংলোনবা,** চোংবা ওথবা,—"থুমন থোইমোবা অথৌবদি চুংলেপ হক্কু চোংগে চোংবোয়ে"—চায়ঃ।

**চোয়লৌ,** সনা,—"ভমূখ হোঙনেমতবা নিংথৌকমবা শাইরেন ঐগী শয়াং ইত্তানশি চোয়লৌ সনা ইমুংশি অসিবু নঙনা শিহৌ-ও"—চায়ঃ।

## জ

**জগোই,** নোয়বা, জগোই শাবা।

**জগোই থুথেক,** জগোই শাবগী থুংহাই অমম্ভুং মথেক মক্লাক।

**জগোই পুংলোন,** জগোই শাবগা তান চানা য়ৈবা পুংলোন।

**জগোই লেপলৌ শাবা,** জগোই শাবা।

**জগোই শাবা,** নোয়বা, জগোই শাবগী থবক তৌবা নিপা।

**জগোই শাবী,** জগোই শাবগী থবক তৌবী নূপী।

**জং,** কোঙ্গিং।

**জং কাবা,** কোঙ্গিং কাবা।

**জুংগী,** নোংমৈ।

**জমেন,** চমেন, হিংঙোন, য়েকখোংপদা শীজিন্নবা নাপু মচু মানবা পোংশক অমা,—"শম্বোঙ থংবা চীংশা নাপোমদি জমেন হিংঙোন পোকএ"—পাঃ নাউঃ।

**জয় পত্র,** থুইদগী হেনবা অথোইবা মীদা পীনবা মনা।

**জাৎকী মচা,** মপা মপু অচৌবা মচা, মপা মপু কৈয়াক থাবা মচা।

জাত্তাবা, মাগী জাতিগা তিন্নরবা, মপা মপুনা চৎনবা খর্বাঁ থাদোকলবা।

জাত্রা, যাত্রা, যুমগী অথোইবা মক ওইবা যুথী; যুকনা শান্নবদা মপা লৈতবা, মমান্নবগা শান্নবদা মুন্না তকথংনবদা থুাইদগী থাবা নিপা।

জাত্রা হনবা, যুম হৌবা।

জিরি, তুরেল অমগী মিং, মণিপুরগী সমত্তিতিজন অমগী মিং।

জিরি চাংকৎ, বৈদিংভু নাউকংবগী রাজত্বদা থাংই খোংজেল্লবগী মচা চীংজেং নারন পাংগনবগী মমাং-শিংগা জিরিদা লমগী নিংঙাই শাংদানবদা মমাংনা লানে হান্নতুনা সনা চাং লুপা চাং কথৈল,—মাদুমু জিরি চাংকৎ কৌনা থ।

# ত

তওৎ, লং নাইবদা পী জিন্নবা থুংলাই অমা,—"অওঙ অউন লুহোং খোংতোং কৈকন শল্লুং শনসেন নাউলোই তওং ওমং পুম্নমকপু মশীং চাম্না শুনা মম্ন ন লুহোঙ খোঙতোংপিরকপাকি"—কৌঃ লোঃ।

তকলৌ, তকশি।

তকলৌ শিদং শোম্না তকশি শোম্না,—"তনবা মুকম থেন বাংদ হামেঙ চীংদা মালং চীংদা কানা মিংয়েং শানথৈরুববু কম্বোং মন্নিমনাকপু নাতৈনথি-রবগী তকলৌ শিদং শোম্না লাবা কাচক হৌনা হনবাইগিয়ে"—চেংলৈঃ।

তকুপ হৌবা, কুকেং কাকেং তৌবা।

তকেং য়ৈবা, কোক লাউবা।

তংকুম, লা, লাগী মশিং অনীগী মমক।

তংখায়লৌ, থাইবা।

তংখু লৈহৌরা।

তংখু য়ৈবা পোপ পোপ ফুবা।

তঙঙাইবা, ঙাইবা।

তং তাবা অয়েপ্পা, নাখৈ শেংবা।

তংতু নাখেশেংবা, তং তাবা।

তংবা, মহাউ য়েংবা, চাহুনা য়েংবা—"হৈরাঙ মচেৎ গাংমা তংলবদি পলেম পীকাউ হৈ, তাদোম তুকাউ হৈ থংলেন বাকাড হৈ"—পোঃ লুঃ।

তংমিল্লবা, চামিন্নবা।

তংনবা, থামবা, তোম্ননবা।

**তংনবা মুমিৎ,** শজিনু থম্বান পোয়মু থাদা নোং-মাইজিং নিংথৌকাবা ; কালেন লাংবন মাকচীং থাদা মুমশকৈশা অমসুং ঊয়াই ; ঊডা মেয়া কাইরেন থাদা লৈপাকপোকপা ; ইঙেন হীয়াঙ্গে অমসুং লমদা থাদা শগোলসেম অমসুং শাঙজা তংনৈ—তংনবা মুমিংডা অকবা থবক অতৈ তৌনদে অহুপা নিঙোন থাজবা, মীঙোম্মা শেন শিংবদি তৌনৈ।

**তনঙমদবা,** কাবা ঙমবা, "থরোয় লুমাংবনা কা-ঙমদা মোংনাউ শাথিবনা তনঙমদবা তন্না ঊনিংথৌ" —হিঃ হিঃ।

**তনঙমলোই,** লৈবা ঙম্মোই, পম্বনা লৈথবা ঙমলম্মোই।

**তন্দুম,** তন্দন,—"মৈয়া তন্দুম ওইনদি ঙাম্নকলেগে" —পাঃ লাংঃ।

**তন্দু শকনবা,** শাকা লানকা ঊশৈ শক্লবা—"লাকথা লানমিং মথানয়ে অদোন তন্দু শক্লরে"—চায়ঃ।

**তন্না,** থীম্মনা, য়ামনা থুনা, য়াঙনা,—"ময়ু লাইরেন লোয়মা চেঙজা নৃজোইবীদা তন্না হয়েন লায়ু চন্নমলে"—শমঃ ঙঃ।

**তন্না,** তন্দে মান্দেনা, হৈঙ্ঙমশিংঙমদনা।

**তনবা,** পনবা, কাইবা, "ইরৈপাক্কী নমু কনাগী মীথোঙজিন্দা তনগম্লুসে"—থঃ লাইঃ নীংঃ।

**তনবা,** নিপা, নৃপা, বৃষ য়াশি, অতনবা থবক শূনিংদবা।

**তনবা নিপা থোকপা,** নিপা থোকপা, "ইশাবি লব অহনবমু ফারিবা নঙবু তনবা নিপা থোকলবদি কুশ অঙাং অশিশা ঐগী লানশোক মায়ম্মোক য়া-ও"—উঃ ( রাঃ )।

**তনবা মচীহেন লাবা ময়াই লাংনা,** নিপামচা থোদাং য়েংলুরগা মায় পাকলকলদুনা, মায়থোং মকা লামনা,—"লালু পোল্লেম হায়া কেগে থোইব্রী তো-ঙাউশূদি মরোয় থোয়রী লমশিং অশিংবগা ঙাই-রোয়ননা মোইয়াং মপা লমদা তনবা মচী হেন লাবা ময়াই লাংনা হলম্মাইরকএ"—চায়ঃ।

**তনবা মীথন থাই,** অথোইবা শীংথানরবা মী, মশক নাইবা অথোইবা মা, "ইতাইরেম মাংগোন কৈকংবা কোপেং তনবা মীথন থাই-ও নঙদি হীদাকফু ফানবা থুদোং পুমবু পাল্লোইনরগা শজাই শঙজিং কীককলোইগা লাইজা ঊয়ম তাবা মায়মা তেনহৈবা লুপকা হয়েন লাম্মোঙ অমা ওই-ও"—শমঃ ঙঃ।

**তনবা যুম্কম,** যুমশারোনগী যুমকম কায়াং মাপনগী মন্থুংদা নোংচুপ থংবা কায়াং—লোলা যুম্ফমগী মথা, হুইথৌ যুমকমগী অমাং শজাই যুম্ফমগী নোংচুপ।

**তনমু,** নৌ,—"কেগে মোইয়াং শোংকি নৌমু নৌ-য়েন থাঙতপ লাকনা তনমু নাকন কু ইমু নমদা হুম্না হিয়াং কংদং মৈনা পুমুং কুমশাবমু"—হিঃ হিঃ।

**তনমু য়াঙতেকপা,** ঊশিং হায়া।

**তপ্পাই,** মোন।

**তবুং,** থৃবাক, লোক।

**তবুং থূবা,** থৃবাক থূবা।

**তবু'বা,** মৈদিংঙু তেলহৈবনা লমাম্বেবী পায়দুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ ( খৃঃ ১৩১৯-১৩৭৪ )।

**তবোপ্পী,** ময়ী চৎপা মমা পানামনা মানবা মহৈ ঊচিঠি পানবা হীদাক কায়বা পাম্বী অমা ; য়ামনা পানা য়েথোক্তুনা শাবা সনা মপাক অপাবা।

**তম,** তম্পাক।

**তমং,** পাংয়োংগী শূনা হন্দোক্লবা থুংলাই—"হে খোয়নৌ ইভাশিংও ইখোয়না কোয়ৌ নোংগায়কপতি মোমম্ভ তমং ইথুংশূবু কাউরম্মে"—খোং নোংঃ।

**তম্পাক লৈহৌমাই,** পুরৈরোম্বগী মাইবা অমগী মিং—"তম্পাক লৈহৌমাই লংমাই লৈহৌ মাইবীনা তাইয়েন লোংমা লৌনা লাইজা থিকফেন চাইয়বদা পুরৈরোম্বা ময়োন থোক মরি থোক"—মাঃ।

**তম্পাক লৈমা,** যুবয়াজগী মনাউ ইমেম্মা (মতু)।

**তম্পাক য়ুম,** লৈমা নিংথৌগী মপাম, যুবরাজগী শজাই।

**তম্পাকয়ুম হজবা,** ফম অমা।

**তম্পা কোয়ৌ অমাংপী,** মাংঙমলোন পান-থোইবী "খাপা পূমনা হুপনা তম্পা কোয়ৌ অমাং-পীকী মার মথোঙকুনপু লীয়কএ" —পাম্মোইবী খোঙ্গুন।

**তম্পা কোয়ৌ লোংমাইহনপী,** পাম্মোইবী।

**তম্পা মৈয়া পোলচেনপী,** পাম্মোইবী।

**তম্ফা,** মমল য়াম্বা নুং মথল অমা; মহারাণীনা পোকপা মজাইবেম্মা অহন—"মৈতৈ লৈমনা পোকপা শীজা অদুনা থৃয়ায় লৈমা ওইরবা, থৃয়ায় লৈমা অদুনা পোকপা অঙোম শাজা অদুনা অমরক মৈতৈ লৈমা ওইদুনা পোকপা মচানুপী ওইরবদি

তম্ফা কোঅ।"—মঃ।

**তম্ফা ৱাংঙমলোন,** মৈতৈ লৈমনা ( মহারাণীনা ) পোকপা মজা ইবেম্মা অহন।

**তম্ফা সনা,** মহারাণীনা পোকপী নিংথৌগী মজা ইবেম্মা কোকহন লাইহন।

**তম্ভু থনবা,** তমথা লৈবা গী পুন্নমক।

**তম্ভু বীচা,** ইরোই।

**তমলেন,** ঈশিং।

**তমলেন ঈয়াচাউ,** ঈশিং ঈপাক অচৌবা।

**তমলেন খোম্বা,** মধুচন্দ্র মহারাজগী কম্বাল নিংহুন —"মৈদিংঙু তমলেন খোম্বদি লানফমথা শিএ"— চৈঃ কুম্বা।

**তমলেন চাউরকপা,** লাইঙ্গা ইরেনপুংবা (হৈরেমনা হায়নবা)।

**তমলোন,** তম্পাক।

**তমলৌ,** তম্পাক্তা উবা লৌ।

**তময়া,** চীংগা তমগা তাইনবদা লৈবা লম।

**তময়াই হুইশোন লৌ,** তম্পাক্তা তাবা লৌ।

**তময়া খেন্দৌ মঙাও হৌবা,** চীংয়া তময়াদা মুংশীং কল্লা শাংপা।

**তরঙ,** ঈশিং, গুস্তরঙ, অহাঙবা করিশু লৈতবা ওইনা উবা।

**তরঙ লাইজা,** পি।

**তরঙ লাইজা ঈরা চেনবা,** পি তরং তরং চেনবা, পিরাং ঈরা চেনবা।

**তরঙ লাইজা মরাঙ হৌবা,** পি ঈবা চেনবা— "মালেম তম্পাক লৈবেনহনবী পলেম মমাদো মিংল্লা থম্বাল মানবা অনীমক্তা তরঙ লাইজা মরাঙহৌ পিরেম থকমা তা মিংকোয় লাইজা ঈকম তাউ চীংজুম লাইজা ঈফুং খোক্তুম কোবা ঈ হৈথবগুম কোরৌ নোং খোংবগুম মিকপথিএ"—হিঃ হিঃ।

**তরঙ লাইজা শিন্থবা,** পি তাবা, বন্না।

**তরম খোইমুচা,** কংলৈ লৈমাবা থাবা শোকচ্রোন-থগী মচানিপা তম্ফা ৱাংঙমলোন পাম্বোইবীবু অহানবা লুহোংবা নিপা।

**তরা,** চাক, "চেঙ লোইমোম কৌদি তুংথা ইন তরা চেঙদি মাঙ্গা ইরা"—অহোঙলোন; "অঙান নঙনা খোক্রগা তরা চেঙথুন উদেদো"—ৱাকৈবা; "শীংবী লুথোং কৎনা তরা চাক নিথিয়ে"—ধঃ লাইঃ নীংঃ -বী মযাম—"তরাগী চৈঙনা লেংখোং কায"; মখাং মাপলগী অমা থোইবা।

**তরা অচাক তাম্বা,** চাক চানিংঙাই লৈতবা।

**তরা অচা ৱাংহন্দনা,** চানবা থঙবা মরম অয়াংপা লৈহন্দনা, "তরা অচা ৱাংহন্দনা লাংকোয়রে"— ধঃ লাইঃ নীংঃ।

**তরাউফি,** ( মমাঙৈঙদা থৌদামহনা শাবা ) ফি মথল অমা—"থৌদাম নঙদি তরাউফি শাউ"— লোঃ শিনঃ।

**তরা খুংকুম্বা,** চাক চাবা, লুক হাবা—"তরা খুংকুমবিখোঙ ৱাংলৈ চীনখুনমবু য়োংথিরো হায়না পাউথেমঙম্এ"—থৌঃ হিঃ।

**তরা চলিংথাকনা চাশৌবা,** চাক হাম্নগী অয়োইবা নাংদবা ( ৱাংপা লৈতবা )।

**তরা চয়োম য়োম্বা,** চাক অথোংবা ময়োম য়োম্বা।

**তরা চকমাংদবা,** চাকমাং চাদবা।

**তরা চাথংদবা,** চাক চাদবা, চাক চানিংঙাই লৈ-তবা—"তরা চাথংদা পামেন উহৈ চানা নোংলেন-বীনে"—ধঃ লাইঃ নীংঃ।

**তরা চাথোৎপী,** চাক কন্দবী।

**তরা চাদংদবা,** চাক চাদবা, চানিংঙাই লৈতবা।

**তরা চানমথী,** চাক নমথিবা অপুম্বা—"থাংইবনা তরাচানমথীগুম তিঙ্কুম থনাং নীকএ"— চাঃ লাইঃ।

**তরা চানিংথাক,** চাক অরেম অপা, চাক মজীং লৈহৌবা—"মুজা চীংঙু লাইবকথীবী অসিবু তরা চানিংথ কপু পীজরপও"—ধঃ লাইঃ নীংঃ।

**তরা চাবুক লামনা,** চাক লাম্বনা—"তরা চাবুক লামনা মতোম্মক থম্না থোইনা শিয়ে"— খুঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**তরা চাবুক লাম্বনা উনবী চকম হোংবা,** চাক লাম্বনা পুক মথক মথা ওনবা, "পোইরে ইপা লম নোংমায় নপালম্ব তাম্বনিগীনা তরা চাবুক লাম উনবী চকম হোংলে"—চায়ঃ।

**তরা চামাংদা,** চাকশেং চাদুনা।

**তরা তামরাইবা,** চাক লাম্বা।

**তরা তোংমুমথি,** চাক হাউত্তবা।

**তরান, চৈও,** "নীচৈ তরান শুনা সুকমু থরপাপ ৱাতেম্পা"—পাঃ নোংঃ।

**তরা মচা তিনবা,** লৈবাক প্রজা ময়াম তিনবা।

**তরা লুকথোং,** চাক।

**তরা লুকথোং হামিল্লবা,** চাক চামিল্লবা।

**তরা লুকমাই রেম্বা,** চাক হান্না।

**তরা লুকমাইরেম সারেন ফাহাপ্পনা,** চাক হাউনা চাম্মিহনা—"লাইরেন মৈদিংঙুবু তরা লুকমাইরেম সারেন ফাহাপনা লুকলেন পমনা হানা অনৌবা মায়থঙ হৌখিএ"—নাঃ কঃ কঃ।

**তরা র ইবা,** চাক ‹বা।

**তরাম পাউ কৌওবা,** তরাম তরাম কৌরবা—"পোইরে লৈপাক ভাকমন্নংসে হায়না তরাম পাউ-কৌওববু"—নাঃ কঃ কাঃ।

**তরুং থাঙ,** উপোংথা মনাগী মওং মান্নবা থাঙ মখল অমা—"পোংদা পীখিবদি তরুং থাঙগা চৈত থাঙগা অনীমকনে"—থাঃ থাঃ।

**তরেঙ,** লং নাইনবা হং মখল অমা।

**তরেঙ খোঙফাং ন মুংবা,** মোইথাপ নাইবা থিংবা, মোইথাপ নাইহৈদবা।

**তরেঙ খোঙফাং লৈবা,** মোইথাপ নাইবা।

**তরেঙ লৈবা,** নিপা নুপীগী ফানয়াই পুন্নয়াই।

**তরেঙ হুংসোন লৈবা,** তরেঙ নাইবা, "ইঙুং থাবী মৈরা মুত্তা অহিং খোমলেন তুমকত্তা তম্পা লিংলেং নাউঙমদনা তরেঙ হুংসোন লৈ থাপলা মরিনশীং মোংপা তাচিন হাবনা তম্পা মতোম নোংথোইরবগী দমকপু মমান থাবা শোকশোনবনা বাহমলকএ"—পাঃ খোঃ।

**তরেৎ,** তরুক্তী অমা খোইবা, শেন, লন, শেনবুং।

**তরেৎ কোনফু শুংবা,** শেন শাবা।

**তরেৎ খোয়দোওবা,** শেনবুং।

**তরেৎ মনিন মাইবা,** শেল মরাং কায়না লৈবা, ইনাক কৈরাক থুনবা, মুংঙাই য়াইফবা।

**তরেৎ মরন থানবা,** শেন পীহুনা পোং লৈবা।

**তরেৎ লনয়েনবা,** লন্নমগী লাইরেম্বা।

**তরেৎ শেনথিংবা,** করতাল য়েবা,—"করতাল তরেৎ শেনথিংবা মোইবুং থিনকাম ওবা"—ওঃ ঙঃ।

**তরেৎ শেনফা য়েবা,** শেন য়েবা, শেন থিংবা।

**তরা,** উ—"বায়রা ৎেম্বা অমরুক্তি পামেন উদা পান্নবদি তন্না উরাইকং পামেন উচু তংলে"—চাঃ লাই ; "পামেন ভিংবং লৈবা উপান্দা শীংলেন মপান শারবগা লাংবন খোইমু লৈপাবনা শীংলেন লৈহী অথুবদ্‌ তরা ভিংথং পান্নে হায়না খোইমু নমদা হলনা চঙখিওম"—বিঃ পঃ।

**তরাই ওনবা,** উমায় ওনবা।

**তয়ম,** মনাই, ননাই,—"নদাইরেম তয়ম চিংকোম ইবাক মানা হয়িঙৈগী নপি মোইরেনকম সনা লাংবকোই কমলাংচানবু মিংথোংলকে"—নিং লম্বুঃ।

**তয়মথৌ,** কংলা অয়াঙ কমথৌ—লোঃ শিঃ।

**তয়াবা চম্মু,** খোয়দিংজম নিংঙোন—"তয়াবা চম্মু হায়বদি খোয়দিংজমনে"—পেঃ তেঃ।

**তয়ুম,** মনাই, "তয়ুম নঙদি খুয়োন নপাবাবু শেংও"
—মোইঃ নিঃ লম্বুঃ।

**তয়ুম মরান থনবা,** অরৈবা মীনাই।

**তাইদন লৈমা,** মুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী মতু—"ইমু মুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা মোমম্ভু তালোয় মরুম্বী ঈরেম তাইদন লৈমা মোইবা চম্বুবু হোই থিঙৈদা মপন থরে চমোইবনা মমোমগী দমকপু লন উল্লকপা"—হিঃ হিঃ।

**তাইবং,** সংসার, মীওইবা—"তাইবং থুল্লিং মৈ"—মৈঃ তেংথা ; 'নঙদি তাইবংলা হংলে"—হেঙ্কঃ।

**তাইবং কোইজবা,** তাইবং পান্দা লৈবা মী।

**তাইবং খাইবা,** লাইয়িংথৌ ?নামহী—"শক ১৬০৭ মেরা থাদা লাইয়িংথৌ তাইবং খাইবগী শঙ্গাইস্নু মৈ থাদোকএ"—চৈঃ কুঃ।

**তাইবং নমু পোং,** মীওইবা,—'তাইবং নমু পোংয়োকমৈ"—মৈঃ তেংথা।

**তাইবং নমু পোংওইবা,** মীওইবা—"তাইবং নমু পোংওইবা ইখোয়বু হাকথক লাংওন অসিগী"—
ধঃ লাঃ নীং

**তাইবং নিংসাপান,** সংসার, তাইবংপানবা।

**তাইবং নোংসাপান,** তেংবানবা, সংসার, "ইপারি মালং য়েংলম খোঙগী থাম্বী মৈরী কুম্বা নহদি তাইবং নোংসাপানবু পূমনা শেম্বা লৈতরিগে মালেম লৈহৌচা-ও কোল্লোয় ননিংথোংস্নু অশীপা-ও তৌনা কৌএ"—পোঃ লুঃ।

**তাইবংপান,** সংসার,—"তাইবংপানববু পাম্মুইএ ফকাংথুম্বী লাংতুদা তনগম্নু দে।" কুমদমশৈ।

**তাইবং ফাওরকপা,** পোকলকপা—"খোইয়ম নাম্নবদি মুমিং শীং শুরবগী লোইদাম ইঙা থাগী উরাই মুমিং অফবদা থাম্বী মৈবুল থানগুম মতোম তাইবং ফাওরকলে হায়দবরা ?"—সনাঃ লাইঃ।

**তাইবং মমুং ওইনবা,** মী মরক্তা তিন্নবা।

**তাইবং মালং ফাওনা শানকোওলবা,** পোকলবা, তাইবং ফাওনবা—"মোইতাম থা অা মুমিং শীং

ওয়রপকি তাইপং, (তাইবং) মালং কাওনা শানকোং-লপকি"—কোঃ নোংগাঃ।

**তাইবং মীপোক,** মীওইবগী মপোক।

**তাইবং সোরারেন,** মৈতৈ নিংথৌ,—"লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ তাইবং সোরারেন্দি থায়না থৌগথৌবম চানিনা থৌসু থৌরকলেমলে"-লানঃ লম।

**তাইরেন,** উ জাৎ অমা, "নমগন্দগী তুনা তাইরেন" —পুদিন।

**তাইরেন লোংমা লৌনা,** তাইরেন মরোং অমা পায়তুনা, "লংমাই লৈহৌ মাইবীনা তাইরেন লোংমা লৌনা লাইজা থিকক্লেন চাইরবদা পুরেয়োম্বা মরোন থোকলে মরি থোকলে"—নাহৈ।

**তাইহেন নাইবা,** মীচঙ মীথায় নাইবা, ঐগী মীগী থায়বা,—"তাইহেন নাইকরোই শাগে মীচং, খাথি-করোই ভাইরী মরা চংকরোই"—ঔঃ ঙঃ।

**তাউথঙবা,** পীবা, কৎপা, শেম্বি-শাবিবা, শোয়নদবা, "লোইদাম থবান থাগী নিম্মাং তরেৎনি পানবা থাওজা মুমিং অকনবদা থেল্লেন মতম য়েংনা তাউ-থঙলে"—সনাঃ লাইঃ; "নোংমায় পুমনা হুপনা শঙ্গাই য়াকোন তৈনা শা শরীক লাইখন তৈনা শেমনা তাউখঙবিথিএ"— কাঃ। নাঃ ফঃ

**তাউচীং,** হৈ, তাউজীং।

**তাউচীং নানৌ,** হৈনৌমনা,—"পুল্লাং য়িমাইচোন তাউচীং নানৌ থেৎনা লমওক ওমএ"—পাঃ নোংঃ

**তাউজীং,** হৈ, "তাউজীং মপুং কানাদ চাউরকলে"— কুমদমশৈ।

**তাউজীংওম মরু পল্লবা,** গর্ভ পুরবা, মীরোল্লবা, ম ক থেংলবা, মশা খাই শংদ্রবা।

**তাউজীং খুমওই হাউথোইবা,** হৈ অথুবা অহাউবা।

**তাউজীং মরু পনবা,** গর্ভ লৈবা, মীরোনবা,— "য়োয়বু সীতা লাইরেম্মদি তাউজীংওম মরু পল্লবী-নিগীনা মীপোক থোক্লেন ভানা নুরা থোমলেন তুমগনখিয়ে"—উঃ (রাঃ)

**তাউজীং লোনহায়নবা,** লোম্না-তুমিন্না ভাওনবা (নুপী ভাওনবা)।

**তাউজীংহৈচেনবা,** হৈ হেকপা—"তাউজীং লোড়জুববু পোক্লেং লাইচম থম্না তাউজীং হৈচেরোলো"— চায়।

**তাউথিংজাং,** খৃঃ ২৬৪-৩৬৪ দা পানবিবা মৈতৈ নিংথৌনি, মৈদিংও খুয়োই তোম্পোকনা নোংবান-লোন নোংমোইহু পায়রতুনা পোকপনি—"নযোম মৈতৈ লৈমা নোংমোইহু অহোংবী সনা লিমলোইগী ময় মৈদিংঙু য়োইকৈতোন তাউথিংমাংও তৌনা কৌএ।"—নিংঃ লম্বুঃ।

**তাউদনবা,** হুমিং,—"য়োইমম্বায়দি তাউদথবী লৈজহনথিমুলো"—ওগ্রা।

**তাউদনবা মতাং তেনবা,** হুমিং তাগলোম্বা— "নমুঙা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না শেনবী শিবমু হেথা তানদবু লৈরিগবয়া হায়না চীংবুরোই লাংজকপদা তাউদনবা মতাং তেনবগী লোইবী মমুমনাক হেথা মশাইকোন্দা তাংথরম্মে, তাংখুনও থোক্লৈএ"— পোঃ খুম্বোক।

**তাউদন য়াংনা কারবদা,** হুমিং কাথৎলকলবদা— "তাউদম য়াংনা কারবদা য়াকারকে"—ধঃলাঃনীঃ।

**তাউবা,** হুই, য়াংলৈ,—"য়াংলৈ তাউবা হুইথোং থোনবু-না তারবগী" —ধঃ লাঃ নীঃ; শেম্বা,— "পুন্নমাইবু তাউসে হায়থিএ"— তোরৈ; ঈশিংদা লুপ্তবা।

**তাউবা কংকা থোকপা,** হুই হুইকং থাংবা লৌ থোকপা,—"লাইরেন ভাংঙোই য়োম্নমোংবনা ক্ষেকপী ওকখোঙ হাংনা তাউবা কংকা থোকলুয়ে"—তুত্তেং।

**তাউবা কাওদেন,** চৈ; "ইপন শেল্লোয় মনিন নাই ইদু লংমাই মরাঙহৌবশিংও চীংশাং নঙখোয় লোইনা হৌ, তাউবা কাওদেন শু, তিমেন ভানোয় চোং, থাঙ-লেন খেরাং থাংনা ইদু লংমাই নরাঙ হৌ,—ইপন শেল্লোয় নথি নাইববু লাইরেন ইনেম মচানা না তাম্ন-বগী শেল্লোয় পঙ্খোংখি লংমাই পন্নিং খিবনি নমোম ঐসুঙ তুবী থংলৌ পঙ্খোংলম লাইরেম পল্লিংকবু থঙলৌদে।"—নাঃ ফঃ কাঃ

**তাউবা কাওদেন পায়না,** চৈ পায়না, চৈ পায়তুনা।

**তাউবুং খোংতোবা,** থাওরি খোংজোম্বনা পেঙ্গ লৈ-রেন পায়রতুনা পোকপা মচানিপানি,থাওরি খোংজোম্বগী মথংদা চেংলৈগী নিংথৌ ওইখি, মামা উরেন তোইবী লৈমা লুরাংখুবা চক্ষু লোড়ুপা পাংথং অহমদা,

হুমাউরোই য়ায়মবা অমসুং কাম্ অতোনবা কৌবা মচা নিপা অহম পোকখি।

**তাউয়োই,** পুং ; ''অশৈ পঙমাবা তাউরোয় পুং-লেনগীনা''—নাঃ কঃ কাঃ

**তাউরোইনাই,** পাখংবগী শাদোং, লাই অমা, অতিয়া গুরু শিদবগী মিং অমা,—''অতিয়ানা তাউ-রোইনাই শিদবা কৌনা ঈশিংদা তাউরে''— নুঃ অচৌঃ

**তাউহৈরেং,** খবানমিচাক—জ্যেষ্ঠা নক্ষত্র।

**তাউহৈরেং অহনবা,** হুমিৎ সনা থোম্মদোন অতোনবগী ময়াম্বা,—''য়োইমমাই সনা খোম্মদোনদি মশাবি তাউহৈরেং অহনববু চৈবিবু শোং কিবগী তুবী মকোয়ুং লাইয়েন ময়াঙুংদা শান্নপখিএ''—হুঃ কাঃ

**তাওতেক,** নৌ (খুমন্না হায়নবা),—''নোংয়ায়না মা হায়না খুমন্না তেংবানবদি নৌবু তাওতেক কৌএ''— খুঃ কংলৈঃ

**তাং,** মতাং,—''খিকলোয় তাংমা য়াদচীকনা''— হিঃ হিঃ

**তাংকম,** নাপী,—''চীংলেন কৈদোইশম সয়েন তাং-কম য়াদা চীকনা থৌনারকপা নওবু কনানো ?''— তোয়ৈঃ

**তাংকম য়াদা চিকপা,** য়াদা নাপী চিকপা।

**তাংকা,** শেল, তাঙ্কা ;—''শক ১৭৬২ হিয়াঙ্গৈ ২৯ নি ঈরাইদা নিংথেম কৈথেন্দা থোক্লুনা তাংকা ফৈকক ৫০০০ হনএ''—চৈঃ কুম্বা।

**তাংকোৎ চৈশোবা,** শৌ লাং থাকপা।

**তাজা,** শেল ময়েক ;—''খুমন চৈরাকপম লম্ফেনগী কুমদি শক ১৬৫৭ কালেন থা ২৫ মি ঈরাইদা শেনগী তাজা চিথেক নাইবা থোকএ''—চৈঃ কুম্বা।

সনা তাজা লুপা তাজা—সনা লুপাগী শেল।

**তাংচা,** তাংজা, লিন, কোক, ঈকাইবা

**তাংচাখোম্পী,** মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্বগী মমা, তাংজখোম্বী, সনাম চহু—''তাংচাখোম্পী হায়না তেংথাপতি সনাম চহুবু থাঞ''—পেন তেংথা।

**তাংচুমখোক,** মতাং চুম্বা খোক ; কংজীং কোয়রেন খোক খোকুময়োই খোক তাংচুম খোক কেগে খোক-লোই মুরাবী মৈচেন খোকনে''—চায়ঃ।

**তাংজখোম্বী,** মৈদিংগু পাইখোম্বগী মমাগী মিং, তাং-চাখোম্পী ; সনাম চহু—''য়োয়বু মৈতৈ লৈমা তাংজখোম্বী সনা লনগোইগী নম্ মৈদিংগু শেনবা পাইখোম্বা-গু তৌনা কৌএ''—নিঃ লম্।

**তাংজা,** তাংচা, লন, কোক, ঈকাইবা,—''রাইবী থোঙ্ঙাক লৈমাসুঙ খোইময়োম লাইশক মাঙনা তাংজা ঈকাই লৈরোয়রে''—সাঃ লাঃ; শীংলেন ইচু থাউ লৈয়াং থাউবী ইরাকচামনা তাংজা ঈকাই নংসে হায়রনো''— ভঃ (মা) ; গুক, থৌনাউ, লৈ—''চীংগু তাংজা মরৈতোন্দা, হে সীতা লাইরেম-ও চেংলো নশক উত্রে হায়না মিকপখিএ''— ভঃ (য়াঃ)।

**তাংজা ঈকাইবা,** মীমাঙকম্বা, ঈকাইবা,—''হাওখোং শিনাইখুনা নোংয়ায় মপাচায় তাংজা ঈকাইখিরে''— চায়ঃ।

**তাংজা খোঙুল্লীবা,** কংমনবা খিবা, খোঙুল্লীবা ; ''লব পাংগনববু কাখিবু তাংজা খোঙুল্লীনা হুয়েন লান শোক্লরুপে''—ভঃ (য়া)

**তাংজা মরু লুকনা,** নু লুকনা,—''খুয়োম হাওবা লায়রবদি চরৈ কি লৈতবনা তাংজা ঈকাই-কনাই শেং-কোই নীক তাংজা মরু লুকনা লৈরমদে''— মোইঃ নিং লম্ঃ।

**তাংজা মরুলুকনা মালেম লৈবু য়েং,** মরু লুকথ-তুনা লৈপাক্কা য়েংবা,

**তাংজা লমকম্বা লিল্লা নাথেৎপা,** য়েরুববু খঙহন্দ-না নাপী মরক্তা লুমহনা লৈবা ;—''কেগে থাংজেম্মা অথৌবনা খোয়মা নারায়য়ুংদা তাংজা লমকমলে লিল্লা নাথেৎখিয়ে''—চায়ঃ।

**তাংজা লিল্লা,** লিন ;—''তাংজা লিল্লা চহু উলুপী লৌশিংবীগা পল্লেম ইমা অনীমানা মপারি ঐবু নাউ-য়োকপিরিবা অদুনে''—লাঃ শাঃ থাবা।

**তাংজা লিল্লাথী,** লিন,—''তাইবং নম্ পোংওইবগা তাংজা লিল্লাথীগা হুয়েন লানশোক্লবদো থৌরম মতৌ ওহোকপনে''—লাঃ সাঃ থাবা।

**তাংজা লিল্লা থৌ,** শিন্ন অথৌবা ;—''কুপ অতোন-বদি নোংশীং চৈয়োমনা তাংজা লিল্লাথৌঙনা হুয়েন লান তাখিরবদা''—ভঃ (য়াঃ)

**তাংজা লিল্লা পাখংবা,** পাখংবগী লাংঙল অমগী মিং।

**তাংজা লিল্লা পাখংবা রাইচংলম,** পাখংবনা হঙং-হন্দা চৎকম।

**তাংজা লু,** কোক।

**তাংজা লুদা থোংনা,** কোক্তা থোংনা, কোক্তা হাপ্পু-না,—"চীংলেন নোংত্তাইখোম্ববু তাংজা লুদা থোংনদি শৈথিজরক্কে"—চীংথং: শা: ফাবা।

**তাংজা লুরেন,** কোক, "য়ুমথৈ ভাকপীবু থাঙলেন কোমশংনরে তাংজা লুরেন ককলে"—

মোইঃ নিংঃ লম্বু।

**তাংজা লুরেন তোন,** কোক;—"থুমনৌ মখুতোন তাংজা লুরেনতোনবু য়াওরো শানা কানগনে খোই-মোম লাইনা শোকলগনে"—শনকাও।

**তাংজা শম্লাংতোন,** ইশাং শাংনা ওাথরকপা শম-তোন।

**তাংজা শেংগোইবা,** ঈকাইবা নংবা, মায় ফিরুক খুবা।

**তাংতনবা,** মতাং নাইবা, মতাং পানবা;—"নেম্বী শীংনাং তাংতনববু নোংয়ায় শীংবী মকু খোক শীংনাং তাংগা থেকনা কোরৌ-নোংবুম মঙানি শীং থারম্মে"

—হিঃ হিঃ

**তাংথবা,** লাম্নবা, ঙাওনবা।

**তাংনশম,** মথং মথং, মৈনা বায় তাংনা শম,—অমগা অমগা মথং মথং শম্নবা;

**তাংনা শম্না,** কায়দনা মথং মথং শম্নদুনা,—"হম্নি-ডৈদা নোয়ববু মৈনা বাই তাংনা শম্না নোয়বদি লম-লেন মদাইমদা নোয়এ"—অনোম্নঃ।

**তাঙনা,** বানা, লুনা, মমল তাঙনা।

**তাঙবন,** তাঙবল—ফমফম, সিংহাসন, চৌকী,—"অতিম্না শিদবনা মহাক্কী নিংসাবু সনা তাঙবন ওই-নদুনা মথক্তা ফমলগা"—পুদিন।

**তাঙবম্লোই,** থাঙবম্লোই;—অকন অথোদা পীবা শাক্তা লানকাগী মনা অথোইবা, লানশীং চামা কারবা নক্রপা শাগীং চামা মঙা কারবা নক্রপা নিংথৌগী মথ্যায় কম্না শা কাবা নক্রপা লান্দা অতোম্না মায়পৈগী নিংথৌ কাবা নক্রপা নিংথৌগী মথ্যায় কনবা অকল অথোদা পীনবা মনানি। তাঙবম্লোই চারবা অথৌ-বশিংদি চীঙোম থেন কাবস্থ য়ারে। তাঙবম্লোই চাবা অথৌবশিংদা তাঙবম্লোইগা লোয়ননা পীনরম্বা মনাদি—নংথৌকি ওজা (হকচাংগা) খুংকা শাজোন-বা, থোজ্রাই মথক মথা, খুবোমম্লাইশিরোনবা, খুবাং-মাই চৌখুবা, খুংশি, তানশি, খোঙশি, উরেকনেং,

নোংনিংখোই, য়েন্দুলাংমৈ, সনা লৈখম, সনালীক লীকতোম, লোপম্নি য়াম্খৈ ইম্নি।

**তাংমা,** মতাং অমা;—"উনিং তাংমা কক লাইজা মচিন মেন"—তুম্বেংঃ।

**তাংমিৎ,** মতাং অমস্থং মমিৎ,—"খোকলাং তাং-মিৎস্থ তরেং পাম্লে হায়না পাঙ্তাকথিম্লে অদু নোংগীবু তাকনা খোকলাংতাক-ও তৌনা কৌএ"

—চায়ঃ।

**তাঙলম্বা,** চাক্তাঙবা, "কুম অদু য়ামনা তাঙলম্মে, কোপোৎ অমদা শেঙ্গাউ ৪৫ শিংএ"—চৈঃ কুম্বা।

**তাংলৌ,** মতম।

**তাংলৌ লৈনা থেঙবা,** মতম থেঙজিল্লকপা,—"মুমিদাং তাংলৌ লৈনা থেঙ অমম তোনবা নার-নশি"—হিঃ হিঃ।

**তাংলৌ লোইদাম ম্লোইচান লৈ,** হুংদাংদা থামা লৈতেংবা।

**তাংশক্কবা,** উশিং থৌওইদবা,—"থোংনাং ময়াম্বনা চীংঙু ঐবু তাংশক্কে"—সনাঃ লাইঃ।

**তাজিন খুরৌ চনবা,** লোংখ্রৌ য়েৎপা।

**তান,** পাম্বোমদা শিবা সনানা শাবা লৈতেং অমা পাম্বোম ফাবী; "সনা খুজি লমথাং খুলং তান খাম্বেন চম্লা পি"—চৈঃ কুম্বাঃ।

ঈশৈগী মাত্রা।

**তানখংবা,** মানবা।

**তানথোক তেককোম্ন শৌবা,** কোন শাবা।

**তানচপ,** পাম্বোমদা শিনবা লৈতেং, পাম্বোম ফাবী,—"তানচপ মঙান নাই নপুম্ন খোঙশি থোন"—

লাংঃ শঃ থাবাঃ

ঈশৈগী মতাং অমা।

**তাম্বোঙ,** মমুং,—"অহিং চৎপা শাগৈ মরিমদি তাম্বোঙ মমুং কৌএ"—থিরেন মৈঃ লীঃ।

**তাম্বোঙ খোঙখুম্বা,** মমুং লাইবা।

**তাম্বোঙ লেমথোঙ,** মমুং মফেন, মরাক মমুং,—"লৈখম থেংগোনা খমলবদি লৈবাক মম্না ওপই তাম্বোঙ লেমথোঙ মমুং মকৈ পাকনা পাম্লে"—

থেজৌ।

**তামদবা,** মী য়ামনা তাবা, খুঙাউ লৈচাউবা।

**তাম্লে,** থাঙ শাবা, থাঙজবা।

**তাম্না,** য়োনা,—"তরা চেঙদি মাঙ্গা ইম্না য়ামবী তাম্না মায়ঙৌ তাম্না খোইমুমথৌবু হোঙনেম্বা"—অহোঙ।

**তানকংদবা,** কংদবা।

**তানকংবা,** কংবা, "তাইবং মীপোক অসিদি পঙ-মা তানকংঙমদে থোইরম লাইনমুঙ ওইঙমদে"— সাঃ লাঃ

**তানবা,** কংননবা চৎপা—, "১৩ নি ঈরাইদা নিংথেম যাইহ্নিপোক্তা শামু তানবা চৎএ"- চৈঃ কুম্বা; লৈপাক লুথনা ভোথবা, দাবী তৌবা; হোইবা।

**তানয়েংপুং,** তানয়েংবা লোয়শঙনা মতম থঙনবা পুংজা খুদিংগী য়েংবা পুং।

**তানয়েংবা,** লোয়শঙ অমা, পুংজা খুদিংগী মতম থঙননবা থম্বা লোয়শঙ, তানয়েংবা লোয়শঙ মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোকনা পানবা মতমদা (খৃঃ ১৫৪-২৬৪) লিংথৎখি; মখং মনাউ নাইনা লীশাং শীংনা পারী পুরী ইবা:—নিংথৌরোল তানয়েংবনচিংবা।

**তানিং,** তা মনীং।

**তানিং পায়জমন.** তুং ইঙবগী, তা মনীং পায়বগী।

**তাপান রাই,** তা পানথিবা মকম; অদোন রাহেং থমগোইবা পুখা লাঙেলম, রাইশা লিনচিককোন চেনগা লাইকারম, লংমাই কাকলেন শিবম কোইবা তাপানরাই লমলেন রাইশা পন্দোন য়াদা চাংনা খোঙফেম্মবা অতুম্মঙ মদোমদে"—চায়।

**তাপুংশিংমিংনবা.** পোইরৈতোন অমসুং লৈমা লৈনাউতাবীগী মচা নিপা শাংতাপুংগী মিং অমা।

**তাফা থিবা,** অশম্বা থিবা,- "থাঙকাই শোয়ও কৌববু কেকে তাফা থিবনা থাঙ্গা শোয়ও তৌনা কৌএ"—মোইঃ নিঃ লম্বু।

**তাফা (তাবা) থিবা হাইমন তানবা,** অশম্বদা হায়বা,—"থাঙবা-ও কৌববু কেকে তাফা থিবা মোইরাং হাইমন তানবনা থাঙ্গা-ও তৌনা কৌএ" মোইঃ নিঃ লম্বু।

**তাবু,** লুবাক; "তাবু লুবাক ছুন্দা হাপ, লাংজন পুব্রি তু, শরা চাক্কুম নমনা চরৈ পোথাথিয়ে"— নিঃ শাঃ।

**তাবুল,** ফজেৎ মখল অমা;—"চুক অসিদা পাল্লবা কিংথৌদি নিংথৌ ককতু তোনকোনবা লৈমা উরুম খাউচোমবীনে,............অমচৎ মতৌ হোৎদম্বিএ, বিশেষ্ঠি তাবুননে"—শাঃ লমঃ।

**তাম্বা,** উচেক অাং অমা; লাপ্পা।

**তাম্বা উমদোমোই হুকপা,** চক্কবা রাবা।

**তাম্বা,** থাপ্পা; লাপ্পা; রাংপা;—"চৈরাল অাথেন শঙদা মপারি নিংথৌ থৌগল তামলে"—খঃ লাঃ মীংঃ "মোইরাং থোরী তোঙাউশুনা কেগে নোংগাংথোম্বা লুফুই নামথুম্বা শোয়রেন থামনাঙ্গবু লেমলৈ ভাচঙ তামলে"—শলকাও।

**তামলবা,** লাপলবা, অথাপ্পা।

**তামুল্লং,** লং (তাশিনবা)।

**তামৈ,** 'তা মতোন তা মমৈ।

**তারকং,** কংশিঙমনা য়েনবা যন্ত্র মখল অমা।

**তারকপা.** য়োরকপা,—"লোইবী চীংশাং কৈতুপ লাম্না পোইরৈ তম্পাক তারকলে"—খাঃ ওবাঃ।

**তারোন তা,** লংনবা তা, তা মখল অমা।

**তাল্লকপা,** ফংননবা তানবা, খোননবা লাকপা,—"বিষ্ণুপুর য়োতুনা শ্রীবিষ্ণু লাইমরুগী মখোঙ থম্বাল লৈখোঙথাদ। খুবাং চাংজো চেপ্পা লোম্না খুরুম থাজঙলবগা পোইরৈ কোম্মুং তাল্লকলে"- শাঃ ওবা।

**তাল্লোয়,** মতু,—"মোয়্ তাল্লোয় মরুবীগী ৰমকপু হয়েং পোইরৈ চাদোম্না কাউদনবা রাংঙম শুদোম্না নিন্দনববু—হিঃ হিঃ।

**তাল্লোয় অথুবী,** মতু অতোপ্পী, "লৈসুং থম্বায়েন অহনবা; শরা কংলৈ পুংফাবগী তাল্লোয় অথুবী লুমলেন অতোনবী অহিং তরা থোংবী সুংথিন শংলৌ য়েয়ল্লাংবী নম্ববরা?"—পোঃ খুম্বোক।

**তাল্লোয় তুখন য়ামপা.** মতু য়ামনা থিবা;—"চৈয়ে নোংছুম চাউপা তাল্লোয় তুখন য়াম্পা চাকচা লুকথুং হকপা"—মঃ লৈঃ।

**তাল্লোয় তুচা,** মতু মচা;—"পামং হোঙনেম পুংবু নমদা ছুম্না য়োয়বু তাল্লোয় তুচা হৌ তয়ম নাইজা তিম্না পোইরৈ খুনগায়রকপনে"—নাঃ ফঃ কাঃ

**তাল্লোয় তুনুংশি,** অচানবী মতু, খোয়দাবা মতু; —"মাকলোরেম কৌপা মপু নিংথৌচা-ও ইমোম অসিপু তাল্লোয় তুনুংশিপু ওইপিও"—কৌঃ লোঃ।

**তাল্লোয় তুপুক খায়বা,** মতু কায়নবা।

**তাল্লোয় নথৈ নাইবা,** নুপী মরোন নাইবা।

**তাল্লোয় মরুবী,** মতু; "মুনি তাল্লোয় মরুবীশিংবু চেংথৌ শক উনরুগে"—উঃ (রাঃ)।

**তাল্লোয় মীতু পাজা,** মীগী মতু পাবা।

**তাল্লোয় মীতু ছুবা,** অতোপ্পা মীগী নুপী হুরানবা; "মাধা জনরাম পাখনী তাল্লোয় মীতু ছুরনে" লেলোমীবা

**তাল্লোয় লুমতিন্নবা,** মতু থিবা, নূপী থিবা।

**তাল্লোয় লুমলেন,** মতু.—"ইনোংয়ায় নঙবু নরুম নাক্তা থাদনা তাল্লোয় লুমলেন হাওকরোইএ"—নাঃ ফঃ কাঃ

**তাল্লোয় লুমলেন হঞ্জবী,** মতু অহন।

**তাশোল,** তা, ত্রিশূল,—লাই অমদি শিব কৌএ মখুত্তা তাশোল পায়না লৈএ'—নূঃ অঃ।

**তয়ুম্ মরান খানবা,** অরৈবা মীনাই।

**তিকপা,** পোৎ লৈবা, মমল ঙাওনবা—"২১ নিশগোলশেল্দা শীঙ্গা ঙাইথোংঙম্বীগী শামু তিকপা চংথিএ।"—চৈঃ কুম্বাঃ; মৈ য়াইবা।

**তিঙ্গা,** হিডিঙ্গা,—"শীংবী লুথোং পুনা তিঙ্গা ৰাকয়ৈ হিথাংকম লৈরাই চাংদোনথক্তা ৰাইথ্'লুরে"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**তিংনকুইবা,** ময়াংলেন শাংবা।

**তিংডি নাউগা ওনবা,** তিংডি কৌবা উচেক্কুম মতাৎ তৌশিন্নবা।

**তিংবী,** থোং (শেলোই লংমাইনা হাযনবা);—"ইপাম শেলোইনা ৰা হায়না লংমাইনা তে'থানা লম্বীবুদি মুংবী-ও থোংবুদি তিংবী-ও তৌনা কৌএ"—নিঃ থম্বঃ।

**তিতি,** শল অমসুং ইরোইদা য়েৎলোম চংলু হায়না খঙহনবা,—"পানবা কৈনা তিতি ফাই এ"—লৌঃ ঈঃ।

**তিঞ্জুম খনাং নীকপা,** তুক্কচবা, হন্দোইবা,—'খাংইবনা তরা চানমথিঞ্জুম তিঞ্জুম খনাং নীকএ"—চাঃ লাইঃ।

**তিনতু তীনশাবা,** লাই তীন য়েকপা।

**তিনপাল খোকমৈ নেম্বা লাইজা ঈথিন তোকপা,** হকচাংগী ইথিন নেম্বা (শিন্নমদাইগী ফিবম),—"য়াম্মা নিংথৌ থাংয়িবদি তিনপাল খোকমৈ নেম লাইজা ইনিন তোক পায়মা নিংসা খম্বনা হাল্লগনে"—চাঃ লাইঃ

**তিনপান খোকমৈ নেম পায়মা নিংসা খমলবা,** হকচাংগী মৈ মুংলবা, নিংসা স্বর হোন্দ্রবা, শিববা,—"তিনপান খোকমৈ নেম পায়মা নিংসা খমলববু খমলৈ মিঙ্গংকোনগী য়াওনা হলৰাইরকলে"—পোঃ খুম্বোকঃ।

**তিমেন,** তা;—"তিমেন নমুংচঙনা ঙাই থিবিঙমো" —ধঃ লাঃ নীঃ 'তিমেন নথুংশুবু চৈরংও"—তুতেং।

**তিমেন ঙামোয় চোংবা,** তা থোশাবা,—"তিমেন ঙানোয় চোং থাঙলেন খেরাং থাং য়াইবী কলহৌনিকনা অচোংয়িমলেনবা মরানয়ায়বু য়িমলেন শাইগং কোয়না পাওমেনখিএ"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**তিমেন তাজেল্লুবা,** তা লোক্লবা,—"কেগে ইপন লম মোইরাং অয়ুমনাক্তা তিমেন তাজেল্লুখিগে"—চায়ঃ।

**তিমেন তামৈ পায়জমন,** তা পায়দুনা নিংথৌ খনবগী,—"পল্লেম ওয়নামশু লিনগোয়গী পূর্ণসিং নিংথৌখোংজমচা নঙদি লাইরেন তিমেন তামৈ পায়জমনগী থোংনাং থাংচপলোই তিমেন তাজিন খনবা ক্লপাবাম অথৌববু কাবা-ও কৌ-ও"—নিঃ লম্বঃ।

**তিমেন মতাচা,** মহাক্তী খুৎশু তা,—"মচুংলেন্দি ঙক্তা হুক তিমেন মতাচাবু খুত্তা পায়, থাঙলেন নামৈ য়েপনা য়াওনা খাঙদোই হুনথদে"—মোইঃ নিঃলম্বঃ।

**তিমেন লুম্বান লোঙবা,** তা মচীন অহুম লোঙবা।

**তিমেন হুংসোন লৈবা,** তা হুক্ক হুক্ক লৈবা।

**তিলাই,** তিন, "তিমেন মঙ্গ্ চঙবু খুৎপাক তিলাই মেন খোকনাং পমশিংনা, লাবা খোঙকম লৈদা থীন, চীনবান কোইহৌ নান তিমেন তা হুনথিববু"—চায়ঃ।

**তিলাই মেল,** তিন থাকপা।

**তিলাং,** চফ, তিল।

**তিলাং খোয়দাবা,** থরায় তাবা, ঈপূকনা য়াবা পাম্বা, "গুন তবঙগী মথকতা মৈরাগী মশকুমনা ঙাল্লা শানা লৈবিবী নঙবু পায়মা ঐনা মুংজঙবী তিলাং খোবদাবীবু থোকলয়ে'—পুদিন।

**তিলাং খোয়শাউবা,** শাউবা, তীল 'তিলাং মখোযশাউ থাঙ্গা কোজ'য় মানবা ৰায়রা মখুৎশুনা সুশর্ম্মা নিংথৌ লীরুং মখুৎশুবু কক্কথংলে"—বিঃ (মহা)।

**তিলাং খোয়েক্কবা,** তিন হাবা।

**তিলাং চাকনিকপা,** চাক লাম্বা।

**তিল্লাং মখোয় শাউবা,** শাউবা, খোয়দৌ শিকপা, "চীংঙু ঐবু তাংশক্তে হায়না তিল্লাং মখোয় শাউনা ৰাতাথিখিএ"—তুতেং।

**তিল্লাং শাউবা,** খৌজেং য়োবমখৈ শাউবা, য়াম্মনা শাউবা।

**তিল্লাং শীংকল্লবা,** তিন কংলবা।

**তিন্নাং হাইশিংনবা,** তিল শিংপা, "মোমহু ঈনন্থু মায়রংশোন-তিন্নাং হাইশিংননা লেমলৈ ঙাচোপ থেম্বদা"—চায় ।

**তিন্নাই খোম্বা,** শোকউবদা হাক্কচগনবা তীল মখল অমা, বৃশ্চিক রাশি ।

**তিল্লি লাইরি থংপা,** কনাগুম্বা মা অমা য়ামনা কন্না নাক্কবদগী অনাবা ফরবদা অমুক হন্না নায়েক্ক-মবা হায়দুনা নাক্করিবা মী অম্বু লাইশোন তীনশোল শোন্দুনা ঈরুক্কথোকপিরগা মাইবনা লাই থুক্কখিবা ।

**তীংই,** ঈরুপ্পা হৈবা উচেক চাৎ অমা; —"তীংই নাউসং ঈরুপলে ঙাম্মু পেরাং থাংনদি ঈফুরে দে"— —কুমদমশৈ ।

**তীনখুন,** কংকান্দা লৈবা সুরুং,—কংকান্দা লৈবা সুরুংদি তীনখুন কৌএ"—পাঃকঃ ।

**তীনথি লাইথিবা,** লাইগী মরী মথোং থিদোক্কুনা লাই থুক্কবা,—"কেগে তীনথি লাইথিরবদা মোইরাং মনিন নাইনা পাল্লে"—মোইঃ নিঃ নম্বুঃ ।

**তীনথোক য়াংদৌ,** তীদ্রোক ; —"থৌরী মিত্তম চিংবা, চেকপ লুরোই লাকপা তীনথোক য়াংদৌ লেংনা থোইরা চিন্দাই মেনবা"—চায় ।

**তীনলাৎ লাইরাৎ,** লাই তীনগী ঈরাং পূজা ; —"উমং লাই মাপনমক্কী মাইবা মশিন য়েল্লবা মাইবী মশিন পীরবা তীনলাই লাইরাং মশিন থৈবিকপু হায়রক্কে ।"—লোঃ শিঃ ।

**তীন শিদবা,** পাখংবা,—"পাগংবনা ভুমিংকী মপুক মমুংদা হজিনখরে সনা ক্বাকোক মমুংদা তীনশিদবা কৌনা লৈরে"—পাঃ নাঙ্ঃ ।

**তুকনা ছইনা,** শোম্বনা, পখনা, তুকথনা ।

**তুকুপ চুংনা,** মত্তু চুংনা ।

**তুকুমপা,** অদুগুম্বা,—"হম মীহাৎ চৈবু থুম্বা শূনা তানচিল্লকপা তুকুমলে"—লাংঃ শঃ থাবা ।

**তুগুম্বা,** অদুগুম্বা ।

**তুং,** মতুং, মনীং ।

**তুং ইন্নবা,** মতুং ইনবা ।

**তুংওইকোন,** তুংদা থনবা মকম ।

**তুং ওইনা থম্বা,** তুংদা থম্বা ।

**তুংকোৎ,** কোন্না, মতুংদা ।

**তুংথাংনা,** নংগন্দা য়াল্লুনা, তুংলোমদা য়াল্লুনা ; —"মপাম শেল্লোয় চীংদগী হাঁওমম তুংথাংনা শিং পোন শেম"—নাঃ কঃ কাঃ

**তুংশোল্লবা,** তুং থংবা ।

**তুচোং,** মকম;—খাবা মরানয়ায়দগী মালং চৈরোয়-ননা তুচোংপন লাল্লকলবদা অঙোবা মশাবগা মিৎয়েংশানকৈনরে"—পাঃ খোঃ

**তুনানবী,** শন্দং ।

**তুম্মুং,** লং—"তুম্মুং লংলা পূনগুম্বনা মুকমৈ নারিন শোল্লৌএ"—পঃসঃ মজ্ঞ ।

**তুম্মুং লংলা পূনগুম্বা,** লংলা লংজিন থিকম খঙদবা ৰাকমগুম, চমম্নবগুম্বা,—"ৰারম তুম্মুং লংলা পূমগুম্বা অমবু থোকলে"—ধঃ লাইঃ নীং ।

**তুলেম,** লম ;—"তুনেমবু অহুম থোকও, তম্পাক-লোন মঙামা লৈমুরোন তরুকমা"—কোনঃ থাঃ ।

**তুপথংপা,** ককথংপা,—"ৰায়রা তেনবী অমমমনা লিল্লা লথা অমীগুনা তুপথংলুইএ"—লাংঃ শঃ থাবা ।

**তুবানশা,** "মতু পানবা শা,—"তুবান শাগুম পোকলবা পম্মৌ ঈহন নোংগীনে কোকফরোই-দে"—কুমদমশৈ ।

**তুবী,** নিংথৌ, লাইরেন, মতিক চাউবা নিংথৌ ।

**তুবী ঙাংয়েক চম্মু,** ৰাংঙমলোন পাম্মোইবী ।

**তুবী ঙাংয়েক চম্মু তংকা নুপী ফুইতিংঙা তংকা চম্মু,** পাম্মোইবী ।

**তুবী চীংলেন নোংক্রেন খোম্বা,** গম্ভীরসিং মহারাজ ।

**তুবী চুপ্পু থোইবা,** মতিক মগুণ লৈবা, থাইদগী হেনবা নিংথৌ ।

**তুবী থমং লৈমচা,** সনা কোমুংদা মহারানীনা পোকপা মচা ।

**তুবী থয়াঙ মথৌমন,** নিংথৌগী মতীক মথৌনা, "—তুবী থয়াঙ মথৌমন লাইরেল চুঙশেন মরানওল লমচিমবু হাঙদবা"—ঙঃ ঙঃ ।

**তুবী থিংলৌ য়াইদা হৈভাবা মচা,** নিংথৌগী মচা মশু পোকলকপা ।

**তুবী পুয়োকপা লাইরেল পুক্কনবা,** নিংথৌ কনবা ।

**তুবী মউন হু লাইরেন মতাং শিংপা,** তুবী লাইরেন নত্তগা লিন মকু হবা,—"হেবু নোংথোন

তেংবাইথিনবা মশঙলেন শায়াশেনবা লোইনা য়ারেকশঙলা তুবী মউন হু লাইরেন মতাং শিংলম্বু মদাইরেম ইমিংলোই হঙবনা মিথয়েং শানকৈরবগী —নিং: শা:

**তুবী মহী হীনা মেওবা,** নিংথৌ মপুক তগ্না,— "লাইরেন মৈদিংঙু থোংনাং ময়ামবা তুবী মহী হীনা মেওবা লাইরেন ময়াই য়াইনা কবা"— নিং: লম্বু:।

**তুবী লাংগোই থুনেৎ,** মহারাজনা তোংনবা শগোল নক্রগা শামু।

**তুবী শারেপ ইরেং পুরেপ কায়বা,** মপুং কায়বা নিংথৌ।

**তুমথোইবা,** য়ায়া তুবা।

**তুম্বী,** ঈশিংদা লুপ্পা, তগ্নবা নৈবা ইরেল অমা।

**তুমাবা,** তু খোংগী মপু লাই, মীগী লমদগী লাকপা লাই।

**তুমিৎ,** হুমিৎ (থাঙঙা কম্বোংনা হায়নবা);— "মপাম থাঙভানা মিকোনা মহু কম্বোংনা তেংথানা হুমিৎপুদি তুমিৎ ও কৌএ, থোক্লবুধদি পাংলবা-ও কৌএ"—নিং: লম্বু:;য়ামনা পীকপা তীল অাং অমা।

**তুরেং কাই,** তুজোম্বা,— "মেনাং তুনবা তুরেং কাই অঙোবনা লমওকপুং"--নিং: লম্বু:।

**তুরেন থোঙ্‌বাই,** তুরেনগী হিংদেন তাকম,— "ভায়োম অতোম্বীনা লাইজা ইপাম্নাংগে হায়না তুরেন থোঙ্‌বাই কুমলকলে"—হেঙু।

**তুরেল চংলৈ,** তুরেলগী নৈঙোই।

**তুরেল মিথাং কাই,** তুরেল খুদিং য়েংবা।

**তুরেল মিথাংকাই তুবাম মকোই এন লাউরা খোম্লরেম্বাও,** কোঙ্গ্রেং।

**তুরেল লাইজা ইরীক লাই,** তুরেলগী ঈশিং,— "ভাঙোই য়োমবোংবা তুতেং ঈ, তুরেল লাইজা ঈরীক লাইনা ভাংজাকৈনা লাম"—না: ক: কা:।

**তুরেল লাইথংকাল,** তোর্বান্দা হোৱা পীংনাং,— "তুরেল লাইজা ঈরিক লাইনা ভাংজা কৈনা লাম, দিগ্নি কোয়া ভাউ, তুরেল লাইথংকাল ককচেং তোরোম থোম, কাপ্তবী-তমলোইতাউনা লাইজা ঈলনপুংজললম্বু লাইরেন মৈদিংঙুনা শাম্না ঈরোই তমা ইমু থোঙাওনা লাইজা ইশম থৌরকলবগী"— না: ক: কা:।

**তুরেল লুথাইবা লাইজা ঈ থাবা,** চীংঙু কৌবরেন অহনবা "চীংঙ কৌবরেন অহনবা তুরেল লুথাইবা, লাইজা ঈ থাবা"-তোরৈ।

**তুরেল য়াংমা অঙোপানবা,** অঙোম নিংথৌ;— "অঙোম নিংথৌদি তুরেল ৱাংমা অঙোপানবা কৌএ" — কম: মি:।

**তুরেল য়ায়খুবীচা,** য়ায়খু;—"তুরেল ৱায়খুবীচানা মপল পীশা চাবগুম" লাংলোন।

**তুরোই থিবা,** মতু থিবা, নুপী থিবা।

**তুখুন,** লোখোং, ঈশিং খোং, তুরেল নক্রগা ঈশিং চেনবা খোংলমগী মরিন;—"কংলাগা য়োংশাবগা অনীমক্তী মরক্তগী তুখুন্দো থুগা তোরৈ কৌএ"— নুং: অচৌ।

**তুশারম্বা,** ৱারী শায়বা।

**তুথুপ,** তুরেলগী তোরৈ,—লাইরেন মৈতেংঙুনা মোংবা তুথুপমাদা নোংমায় থুমন নিংথৌবু ভাইথম-থিএ"—খ: থা:হি:।

**তুতেংবা,** লোখোং তেংবা, তুখোং তেংবা।

**তুতোবা,** লোখোং তোবা, তু খোং তোবা।

**তুনা,** পুলপনা;—"লমখাংদা কংদুনা নৈপাক মী-য়ামগা নিংথোগা তুনা হাংলে"—মিয়াং।

**তুপ্পা,** খানবা (ছাভিন, পেনচিংবা),— শেনবী পোংবোংচা সনা মুক্তু তুপ্পবু হৈরোএ"—নিং:লম্বু: য়ানা মকু লোপোক্তুনা চাবা (থাংজিং তুপ্পনচিংবা), ককথৎতুনা তোঙান তোঙান ভাবা, তুবৎ লাকপা, (শগোল তুপ্পা—শগোল কাঙজৈ শামবদা শগোল অমনা চুমাক্রং চোম্নঙৈদা শগোল অমনা চেম্নিবা শগোল অত্থু কৈনা তুবৎ লাক্তুনা থেংথুবা)।

**তুমকমলবা,** তুমহুনা নৈবা;—"লমলেন মদাইমা পোকপী শাপৈরো নোংপোক থায়া নৈহৌবীদা মতোম মতোম তুমকনলম্নে" - মোই: নিং:।

**তুশাং,** তুখোং মশাং, তুরেল মরিল।

**তুয়া,** তুরেল, তুরেল ময়া, তোর্বান মরিন;— "লিনবাই মোংবা তুয়া ইয়া তাকনা ঈয়ায় থায়থ-থিয়ে" না: ক: কা:।

**তেক্কা লাইকোই থুংবা,** মায়হিং কাবা,—"অমন খঙলেন চন্নিবী নঙু য়াওবা তঙা মম তেক্কা লাইকোয় থুংহিগনো"—পো: লু:।

**তেকপী,** ওক,—"নমাল মচা য়ীখোয় ভরুকমকপুং তেকপী ওকপু খুয়ো লাকলকে হায়না কোরো মুমিৎ মপানিবু শমু খুংকাং চাংজো মপাবু থেকনা পীং থানরমএ অতু য়োংকিপু পীংথা-ও তৌনা কৌএ" খোং: য়োংকঃ।

**তেকশোনবা,** হিংগৎপা।

**তেখৎলকপা,** লাকপা, কাখৎলকপা,—"লাইরেন ভাংভোইয়োয়মোংবদি বাকয়ৈ নাউদা তোংনা অবাং লাইনা পাংনা তেখৎলকএ"—তুতেং।

**তেঙমলরোই,** হল্লকপা ওমরোই, লাকপা ওমরোই,—"খমুং তেঙমলরোই"—পোঃ লুঃ।

**তেংথানবা,** হায়নবা, শোয়বা, মতিক মগুণ থাহনা শরুবা।

**তেংথাবা,** মতিক মগুণ হায়বা, তেংথা নাওইবা,—"অময কপনা তেংথারে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**তেংপাক (তেংকোক) লাল্লু,** তেংপাক লৈতুম;—তেংপাক লাল্লু শা হাক্ত নোংগা ফৌ"—লৌঃ ঈঃ।

**তেংমাই খিনবা,** লোয়শঙগী মকোক।

**তেংমাই লেপ্পা,** হিয়াং তান্নবগী হি তোংইবা নিপা।

**তেংলৈ,** লৈতুম, খুব।

**তেংলৈ মনপ্পী,** থুমপোং।

**তেংনৌ,** য়োং; "তেংনৌ য়োংপী হইথা চীং, লীয়েন পাকন চীং"—নোংঃ চাংগোই।

**তেংনৌ চিঙাই নাইবা,** অচান মীরাই নাইবা—"সনা ইরৈপাকপু বাংওম চেপনা হৈ লৈপাক তেংনৌ চিঙাই নাই লাংলেম কোয়াং বাপুক থাম্রাওব কায়রইগেনে"—ঔঃ ওবা।

**তেংনৌ রাঙম চদাই নাইদবা** অচান মীরাই নাইদবা।

**তেনকাপ,** তেন্বা, তেন হকাপ,—অর্জুন পাংগল মথৌদা বায়রা তেনকাপ নাগন মতৌ পুম্নমকপু লিংখৌ হওনা সংসঙ মুখওলিবা অজুনে"—লাংঃ শঃ থাবা।

**তেজৈ লিকাবা,** লীয়ি পানবা।

**তেজোং,** তেন হাপ্পবা থাউ;—"মপানৌ-য়োইহৈতোয়া নমদা পোনা পোনা হাওরে খানা পাংব-রমদা মোংবা খুমুম ইন্না হয়েন লান তাম্বকএ"—তুতেং।

**তেন্নোয়,** তেনার, "চেকলা তেন্নোয় লৌশিংবনা চোঙবা লোয়োকপনা পোনবী অনী চীনঙকা চেকলা খোঙাননা শ্রীকৃষ্ণ কোলোয় লিংলেন শোন শ্রীরাধিকা কোলোয় মিংলেন কায়া ইহুং চীংখোঙ য়াকৈনবা"—মঃ বিঃ।

**তেনপানবা,** তেন্না পানবা,— "পোনবী শগন তেকনা তেনপারে"—তুতেং।

**তেনপী (তেনবী),** তেন্নৈ,—"বায়রা তেনপী মপাঙংনা শেকপিন খান্নচোওবু কাপথরে"—লাংঃ শঃ থাবা।

**তেনরায়,** তেনকাপ;—লীয়ি খোজেন তিংখৎলো বায়রা তেনরার ওৎহনদা অর্জুন নথাঙ শওবদা চেংলৌ নবিং থাংনা ককথংকে"—লাংঃ শঃ থাবা।

**তেনরায়বা,** তেন কাপ্পা;—"লীয়ি খমোর তিং লকা তেনমৈ লাকয়া বায়রা তেনবায়থবদি মালেম লৈদা পাল্লবদি লৈকু লৈয়াই কিথৈএ"—চাঃ লাইঃ।

**তেনশীংবা,** শীংবা, ওবা তায়সি হায়বা;—"খু য়োং পাখং পুম্নমকনা চকমোম থাবী মৈবা চিংনগে তেনশীংঙামএ"—তুতেং।

**তেবা,** হল্লকপা, হনবা, হপ্পা, থঙবা, হায়বা ইনবা, হয়া য়েংবা,—"হয়িউঁদা হয়া য়েংবখুদি তেবা-ও কৌই"—চায়।

**তেম,** ঙদা কি শাবদা শাজিয়বা খুৎলাই অমা,—"লংচাক ওয়রম হয়া নাম্বা তেমজিন লোনফদে"—তৌরৈঃ।

**তেমমান্না,** বাতেমিয়বা।

**তেমলাং,** তেম,—"লংচাক ওয়রম হন, তেমলাং খুৎফু খোইনা শঙতিং কিকোয় লেনগে লেনওমলমদে"—লাঃ কঃ কাঃ।

**তেমশীংনবা,** শীংনবা, তায়বা;—"লমকম হানবু য়েংলসে হায়না তেমশীংনখিরে"—চাক; লিপা নুপী লোন লৈনসি হায়নবা;—"লাইরুকলেবীগা হেঙনাহা য়াংলৈওবগা তেমশীংনৈ"—হেঞু।

**তেরকপা,** হল্লকপা (শেলোই লংমাইনা হায়নবা);—মৈদিংঙু মহাইয়েম কদেব শোয়শেনরা আসদি তোংলজে, হোয়েন তেরকপদা দুরুক কাঙৈ থি

খোঁনাউ লেম্বোও লেনসে হায়না হুলাক্লম্মে"—মাঃ কংকাঃ ; "হল্লকপবুদি তেরকপা কৌএ"--পোঃ খুম্বোক।

**তরাকোন,** লৈবা মক্কম, লৈকম।

**তেয়ান (তেরাল),** তেংখা ঈশৈ,— "বাংমন মোং-মিংতাংশুবু নাতম খল্লা তেরানলকে।"- সঃ তেঃ লাঃ।

**তেরালশৈ,** খুংলং ঈশৈ, তেংখা নাওইবদা শকপা ঈশৈ;—"মোমন্থু খুংলং তেরালশৈ তেংবাং লে দে" —কুমদমশৈ।

**তৈনা,** নিংখিজনা; তোঙাম্না,—"মাংলৈ ভাউবা হুই খোঙ তৈনা শেখা মেনাং তনবা শাগারম তৈন কাংপা নমুপোংখোঙ কোনবু তৈনা শেখা কেগে-রক্কী মাখা মিংথৌ"—চাঃ লাই।

**তৈনা লৈতে,** খোইদোকপা অমা লৈতে, অতোপ্পা অমা লৈতে;—"মায়ম অসিবু খোইমা অমা তৈনা লৈতরবনে"—সৌঃ মাঃ।

**তৈনা হালবা,** তোপনা পুবা, তোঙাম্না পুবা।

**তৈনা পরেংশিনা,** পয়েং পরেং ওইনা, পরেং শানা।

**তৈনা মরোংখম,** হেক থংনবা মথং।

**তৈরাং,** লাংবা ;—নমুম নোংরায়মদা তেংখানা খুমন্না মিকৌনা লাংনাবু তৈরাংও কৌএ"—নিংঃ লম্বু।

**তোইতাউনবা,** হরাউবা, হুংওাইবা ;— "অঙাং পাওসা মতৌ য়েংনা তোইতানউরে হায়দবরা?" —বীঃ

**তোক,** মতোক, লৈপাক তৌনবা খুংলাই।

**তোকতোকপীচা,** ওমু;—লাইজা ঈপূক কাপনা ওমু তোকতৌ থেৎ" —চায়।

**তে.ক্লুহকপা,** কায়নবা, খাইনবা, শিবা, থাদোক-পা,—ঐদি মিপারি খাইনা য়াম মিমোন তোক্লু-হকলবগীবু পাউহংবনে"—নিংঃলম্বুঃ।

**তোকলেন,** মতোক,—ওশীবগা খিংগুগা তানহুনা পাকল তোকলেন লীশিঙ পানবা পোকলে"— পুন্দিন।

**তোং,** লা ( শেনবী কবোনা হায়নবা ) ;—"তোং লাম্নাক শেংনা চীংখোঙ পোইরৈতোম্বা পীঙমএ তোংশা-ও কৌই"—পোঃ।

**তোংকাপক্কি,** ( মমাঙৈঙলা হাওখোমদনা শানবা ) ক্কি অং অমা,—"হাওখোম নঙাদ তোংকাপক্কি শাউ' – লোঃ শিনয়েন।

**তোংকোইরোইপা,** ঈশিংতুনা ওা কাবা।

**তোংকোক,** খুমগোংদগী ঈশিং শোক্কংনবা খুম্বোক মানবা পয়ানা শাবা পোংশক অমা।

**তোংচেং,** হি, তোংজেং, কু;—"মাকয়ৈ ইখুনেং তোংচেং ইম্নুংচঙ অসিবু মাকয়ৈ কনাবু হান্না হিতোং হানহনসিবনো"—হিঃ হিঃ।

**তোংচেং নাউমৈ,** হিনাউ।

**তোংচেং নাউমৈগী খুমু নৌচাউশুবা,** নৌ অচৌবা পায়বা হিনাউ শাবা;—"মদাইরেম তোংচেং নাউমৈগী খুমু নৌচাউ শুবা হাওশীবদি পোইমৈ মপল লম্মু মুংশি মাগী তোংচেং নাউমৈথক্কী চোংথহৌএ"—খুঃ কংলৈ।

**তোং চেং শুপী,** থবানমিচাক, মূলা নক্ষত্র।

**তোংজেং,** হি;—"মাকয়ৈ অনী খাচীকনা তোংজেং অনী খাবাংননা মাকয়ৈ হিদাম্লগে হায়রকলে"— হিঃ হিঃ। কু, শম্বুক, "তোংজেং কুপ্পায় মুংগী হৈরেম কাংবীশু অথোবা হুমলেন মাইবী তুপলববু লুরক কাওদে থি খোঁনাউ লেম্বোও লেল্লে"—।

**তোংজেং কাইনৌ,** থবানমিচাক উত্তরফাল্গুনী; "তোংজেং কাইনৌ থবানমিচাক উত্তরফাল্গুনীনা পাল্লি তৈদা নাউনৌএ হায়বগী ফাল্গুনীও বিঃ ( মহা )।

**তোংজেং খনমুক থোকপা,** হি হোন্দোকপা; —মাকয়ৈ পোথাকরোইএ হায়না তোংজেং খনমুক থোকলে"—খঃ খাঃ হিঃ।

**তোংজেং নাউ,** হিনাউ,—"নমু মুংবান হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা মাকয়ৈ লুবু পায় তোং-জেং নাউবু নান্না পায়মা মুংদা নীংখনাখয়ে"— হিঃহিঃ।

**তোংজেং লু,** হিরুবাক;—"অমুম তোংজেং হি-নাউবা খুমন তাউখুচা খুংলোঙবা মায়রা তৈনহৈবা-ও মাকয়ৈ মৈনা ওন তোংজেং লুনা হনও"— চাঃ লাইঃ।

**তোংতম,** ওক,—"করিগী মালেম লৈদা ওন্দনা মাম্বঙমলবনো হায়না লাইরেন ওকশম তোংতম কোম্না চীম সনা থবাল লৈয়োন চুপনা অমুমনা মাহন্নবু" —চীংথং শাঃ কাবা।

**তোংতম শেংপা,** ওক থদংপা, মতোন কোয়দংপা;

—চানা তোংতম শেংনা—নাপী কোয়দংদুনা;—"চানা তোংতম শেংনা খাম্বী মৈয়াই লীকুম শমু থুংনা থুমখিয়ে"—পোঃ লু।

**তোংতিংশম্বা,** মৈতৈ নিংথৌ তেনহৈবগী (খৃঃ১৩০১-১৩৫৫) থাক্ত।

**তোংদম,** ওকশম, তোংতম,— "পাংওল থবাক লোংনা য়া ওকশম তোংদম হাইদুনা ইমাম লাইমিং শৈশকনা"—খাঃ ওবা।

**তোংনা য়াম্নকম,** তোংদুনা অময়ুং য়াম্নুনা লৈনবা মকম,—"লাইরেন মচীন মনাউদি তোংনা য়াম্নফমু লৈতয়ে"—ভূতেং।

**তোং পায়বা,** নূপী তিন্নবা,—"লাই লৈমা অদুবু লুরাং পুম্নিবনা য়োকলদুনা মোংশানা লৈরকলবদা কনাগুম্বা খওহন্দা উহন্দনা সোরারেন লাকুনা তোং পায়রে, মচা নিপা অনী পোকলে"—তাং লমঃ।

**তোওপোন বাইরৌ,** ঙা হাপ্পবা তুংগোন,"—তোওপোন বাইরৌ খনগে থনওমলমদে"—নাঃ কঃ কাঃ

**তোওপোন বাইরৌ থাংবী,** মখুংদা তুজোন থাংবী নূপী,—"খাংমু খাইথিপম চনু তোওপোন বাইরৌ থাংবী কমথা নাতে কাওবী"—নাঃ কঃ কাঃ।

**তোংবাইবা,** তোং পায়বা, নূপী তিন্নবা, "পাওল লম্বোইবীগী তোংবাইবিরে হায়দুনা মতোম্মক মমুম মৈ থাদুনা শিলোংদা চেনখি—"চৈঃ কুম্বাঃ।

**তোংবোন,** ঙা হাপ্পবা তুজোল,—"পাখৌ মখিং কোংঙাবা-ও ঙাইরখি-ও লেমলৈ ঙাশিং ফাদা তোংবোন বাইরৌ থন্দরিয়ে"—চায়।

**তোংলেং,** থবানমিচাক,—"তোংলেং মশীং থীওমম্বনা পাল্লে"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**তোংলেং লৈশংলম,** ইশং হৌবা মকম।

**তোংলেন,** মুংশীং,—"কোয়ৌ মোংমদোন মুংনাং কাউথংকোন্দা, মালং মুংশীং শিন্দবনা তুপনা শীংপদা" —হিঃ হিঃ।

**তোংলৈয়াং,** কমকম।

**তোংপা,** শিবা (শেলোই লংমাইনা হায়নবা),—"মোংবান কদেম শোয়শেনবা অসিদি তোংলে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**তোন্দম,** ওকশম।

**তোনাম থোক্লবা,** শমজেৎ হাংপা।

**তোমানবা,** নাতোল্লংবা, থবক নাহোক্তনবা, হেত্তো হেত্তো লাউবা।

**তোনাবা,** মৈতৈ নিংথৌ কোংয়াম্বনা নোংবাল্লোন খরা ফাবী পায়দুনা পোকপনি, মৈদিংগু তেলহৈবগী মখংদা খৃঃ ১৩১৫ দগী ১৩৫০ ফাওবা পামখি।

**তোম্নৌ হুনবা,** য়েন্নিং হুনবা, য়েন্নিং চোংবা।

**তোপনা হুম্লালবা,** তোপনা থনবা।

**তোমথিন,** নাইতোম, —"শকথোং মঙান নাইবদা সিন্দুর তোমথিন লৈয়েক তৈ"—লাংঃ শংঃ থাবা।

**তোম্ফাং,** অরোওবা, অকাংবা; কোম্ফংগী ইবেমশিং য়োম্বদু য়োইহৈগী ফিশেৎ,—"য়োয়পু য়োইহৈকী ফিশেত্তি তোম্ফাংনে"—মণিন।

**তোমশত্তবা,** মপূক লোওদবা।

**তোমশোল চায়া ইরুথেৎ,** পূক লোওদবা,—সনা চোওলেন খায়া মোইরাং ঙাংথা ময়ায় খায়না খুম্বাপুং লৈনুং ঙাংশবী ঙানিংশিং অনীমকনা তেমশোল চায়া ইরুথেৎ তা-অানে"—।

**তোমাল,** পূংজাউ,—"তোপ নীপাম্লক কাপ, পানা তোমোল পূংচাউ থীন"—ত্রিঃ চঙ; ফিজেৎ,—"থোই-মোম লাইথিংপৌ নোংপোক মালং হুম্মোইবা তোমাল খাগোই শেংপা"—লৈরোম।

**তোমাল খাকোয় শেংপা,** খুংদা কোয়শিন্দুনা শেংপা ফিজেৎ, "লাইথিংথৌনা তোমাল খাকোয়-শেং, পাকলোই লমহাইনাই, চৈরৈ লুখুম চাউ"— পাঃ নোংঃ।

**তোরান,** চৈ;—"লীচৈ তোরান শূনা"—চাংলাইঃ।

**তোরাম হুনবা,** অরাং অপা য়েংশিনবা, বাত্তনবা পীবা।

**তোরৈ,** তুরেল নত্রগা ঈশিং খোংগী খংথেক থেক-চিনবা শরুক,—"মোংবা তোরৈ য়াম্বদু হিদেম চংলৈ খুদিং তোরৈ লমসাংমবু সেন্দনা তেংথারক্লে"—তোরৈ।

**তোরৈ থেক,** ঈচেন নাইনা চেনবা ঈশিং চেম্বগী খুনিংথেক শাবা মকম,—"খুখা তোরৈথেক্তা চায়না খোওকেন্নবদু লৈঞ্জ"—চায়।

**তোরৈ নমশাং ইন্না,** তুরেল মরিল ইন্না,—'অরাং লাইনা পাংবরব অসিদা তোরৈ নমশাং ইন্না চংথৎ-লকপবু হিদেন নওপী নতারম নূরা চেওহী পুম্বারম অসি চেংলৌ মিংখিংনবগী"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**তোরো,** অঙাং

**তোলকপ লোৱা,** মতোন ককপা।

**তোল্লোং ঈকপা,** খোইজু লৈখাম মৈ থাদুনা মৈথু কাহনবা।

**তোল্লোংবা,** মতোন লোঙবা, পুংকাই।

**তোয়াবা,** থোয়দিংজম।

**তোয়াবা চন্নু,** থোয়দিংজম নিংঙোল।

**তোইকীদি**
**তোইগীদি** } তৌইগুম্বসুং,—"তৌইগীদি শানৌ লক্ষ্মণ লৌশিংবা নঙনা চিংনা হুয়েন লান শোক্লকও"—উঃ (রাঃ)

**তোইকুম**
**তৌইগুম** } তৌইগুম্বসুং— "তালোয় তুম্নুংশ অপাম্বীবু ওইঙমলোইএ তৌইগুম সনা অযোধ্যা ইনিংথৌ রামচন্দ্র লাইয়িংথোগী মশানৌ সীতা লাইরেম্মনা সনা লঙ্কা লৈপাক্তা চুমিং মগীং রামনা লৈকরবীবু সনা সিংহাসন লেপহন্নরে" উঃ (রা)।

**তোকুমলবা,** তৌশিন্নকলবা,—'খোইমোম মনা তোক্চুম মচেকপনা চপকে মহুংখংনা মৈগে তোকুমলবগী"—তুতেং।

**তৌকাই ঙখী**
**তোগাই ঙখী** } চকপ্রম চন্নু;—"তৌকাইঙখী হান্না তেংথাবদি চকপ্রম চন্নুবু থাএ"—পেল্লোন তেংখা; "তাংখুন নিংথৌ ঙাইতেববু মোইথিং লৈচুনবা নোংবাল্লোন তোগাই ঙখীনা মোংবাল্লোন খুমন খোম্বী পল্লেম মথা পোকপু চাদনা লাইহুই থথবনে"—চাঃলাই।

**তোঙুমলকপা,** তৌরকপা।

**তৌজ মতিকমন,** তৌজরকপগী মতৌ।

**তৌজেং ফমহাইরোই,** তৌ য়ানবা (খাঙবা) মী।

**তৌজেন্নবা,** তৌ য়ান্নবা।

**তৌথোপ,** তৌগী থুম্মোক, পোলাং;— "তৌথোপ খন্থাংননা লাম্নু পোল্লেম হাল্লে"—চায়।

**তৌথোপ খন্থাংনা,** পাখোং পুদুনা, পোলাং পুদুনা;—লুরক কাংদৈ খি থৌনাউ লেম্বোং লেন্না তৌথোপ খন্থাংনা কেপে মপন লমদা তনবা মচীহেন লাবা মরাই লাংনা হলবাইরকএ"—চায়।

**তৌগ্রি,** খোংনবা যন্ত্র মখল অমা;—"শরীক চোমজাউ খীং লাংবন তৌগ্রি খোং বাকমা খোনমান শকনা পাউদোইনরকলে"—খোইঃ নিংঃ লম্বু।

**তৌদা আলো,** তৌখোক্লনা।

**তৌরা,** তৌ মরা।

**তৌরাং,** ফক।

**তৌরাং চীনফু ফক্,** চীন তেংলগা কামশিন্নবা ফক;—"লাইজা ঈওনখোংদা তুবী মচীন ফু, লাইরেন মমায় তা, মথোং মমম শেংনা তৌরাংচানফূক ক অমা তৈ, চৈরৈ ফিদা অমা শেম"—নাঃ ফঃ কা।

**তৌরাং ফকচা,** ফক।

**তৌরাং ফক্তা ওনবা,** নাদুনা হিপ্পা।

**তৌরা লামথম্না,** তৌ মরা শাংনা।

**তৌরেম,** তৌ।

**তৌরেন খাংপোক শাবা,** তৌনা য়ুম শাবা, তৌনা সুম্না।

**তৌশিক,** তৌশিনবা, তৌরবা,—"লজ্জা অয়োন্ বার করি লৈরবগী তৌশিকনো"—লাঃ শঃ থাবা।

**তৌশিকনিঙ্গীনা,** থৌরাঙ তৌরবনা।

**তৌশিকনে,** তৌবনে।

**তৌশিকনো,** তৌরিবনো,—"লানমী মীয়াম তিনবা রাংঙার য়াইবী পম্বায় হাকনা নোমহনবা অসিবু বায়ম ওইজথৌ করমবু লৈরিবগী তৌশিকনো"—লাঃ শঃ থাবা।

**তৌশেং শেখনা,** তৌনা উপশিন্দুনা।

**তৌহিক মথোমন,** তৌজরকপগী মহৈ, তৌজমন।

# থ

**থক্ক থোংবা,** মথক্কা হাপ্পা;— "মৈশূং থকথোং মৈরিয়াইদা চম্না খাম্বী মৈ নিঙ্গববু কুবিও"-মৈঃতেংথ।

**থক্কী ভেন,** অথাক অরাউ, নোংমৈ শীংজং, বজ্র; "মাইবমচা নৃপী অমা থক্কী ভেন্না শোক্কুনা শিএ" —চৈঃ কুম্বা।

**থক্কী নাপী;** নোংমৈ শীংজং, অথাক অরাউ,বজ্র;— "থৌনাউজমগী ইংখোন্দা থক্কী নাপী তাইএ"— চৈঃ কুম্বাঃ।

**থক্কা,** মথক্কা।

**থক্কা অমা শাত্তবা,** মথক্কা অমা পোক্কবা।

**থক্কা অমা শাত্তবা খাদা অমা ফূয়দবা,** মথক্কা ময়াম্বা নত্রগা মবুং অমদি মচে পোক্কবা মখাদস্তু মচিন মনাউ অৱৈত্ত পোক্কবা, মথন্দা পোকপা।

**থকশি,** মথক্কী মীদা চংপা কৌনবা লমচং।

**থকশি খাশি,** মথক্কী অমস্থুং মখাগী মীদা চংপা হৌনবা ব্যবহার;— "তাইখং নোংশাপালগী নম্ব পোংলমচং,! থকশি কায়লবা খাশি লিকলেংশৈবু" —লাংলোন।

**থকশি খাশি নাইদবা,** অঙম অরায় থঙদবা, থকথা নাইনা চত্তবা, হাবদি হায়রোই থঙদবা।

**থকশি খাশি পরৈ লাক্লোন্দবা,** অহল্লমা মোক-লক্কবা।

**থংগ্রি,** ঊরুম্বা।

**থংগোং,** অরাংবা।

**থংদা,** চহ্ন, নিঙোল,—"বাংঙমলোন থংদা খুনৌবম চম্ন মঙুরোইনাই থংবা লাম্বা সনা ঈবু টীরৌক্বী" —টাঃ লাইঃ।

**থংবী লাম্বা,** মৈতৈ নিংথৌ— মৈদিংঙু মোই-রাম্বনা নোংরাম্লোন খুমন খোম্বী পামহুনা পোকপা মচা,—মৈদিংঙু মোইরাম্বগী মথংদা খৃঃ১০০২-১০২৪ ফাওবা পানাখ।

**থংলেন,** মবা, মপুরোইবা,—"থংলেন হাওয়োক পানপী শূনা মাওরৌ শা শেখমু লাকরে"—শনকাওা

**থংলেন ইনেম্মচা,** ইশাবি, ইপুরোইবা,—"থংলেন ইনেম্মচা-ও থাওবায় কোংগং অহনবা-ও"—চোঃ থাংঃ পাখং।

**থংলেন রাপুক খায়বা,** মবা থাইনবা।

**থংনা,** হেকনা, ক্ষোয়না,—"লংমাইনা খোয়মা নাপা থংনা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**থংপা,** হেকপা, হেন্দোকখিদনবা খিংবা।

**থনুং** পুকনুং, শবায় লৈকম।

**থনুং থীংনা,** থম্মোই শোকনা, মপুক কাওনা।

**থবা,** ভঙ্কশম, থবানমিচাক—ভরণী নক্ষত্র"।

**থবাঙাংলি তৎপা,** শিবা।

**থবা মমৈ রায়বা,** শিবা,—"শজিক মতুং ইন থবা মমৈ রায়বা থবানপিচাক খোংচোম্পী ওইখিরে"— মাঃ কঃ কাঃ।

**থবা লায়দবা,** থাবান অফবা, হুমিং থা অফবা।

**থবা লাম্মোংখাইগুম্বা,** থবানমিচাক থবানা ঙানব-গুম লাক্কমদা ঙানবা।

**থবি,** গুহ হুমিং, থা।

**থবি লোংলেপ্পনা,** নোংমন্না তোক্কনা, নোংমা কাওবা পোখাদনা- 'কোরৌ নোংদামদা থবি লোংলেপ্পনা শংলৌ এনয়োখবু বামমে"—চাই।

**থবি লোইতাম্বা}** থা, লোইনাম থাঙ্গা,—"থবি

**থবি লোইদাম্বা}** লোইবনা থাজা ঙরানীথোই মাবু ভেনা ভেনা মহল্লকএ"—লাংলোন।

**থবি শেঙোইরেং,** হুমিং, কোরৌহনবা, মালেম অঙানবা।

**থবি সেংগোইরেং অপানবা,** হুমিং।

**থবি হান্না উবা,** হুমিং থা মশক উবা হানবা, চহী

হনবা;—"ইশাবিনা হুমিং হান্না খঙেঙ থবি হান্না উঈএ"—হিঃ হিঃ।

**থবি ম্নুম শাবা**, হুমিং মত্রগা থাগী অকোয়বদা কোইরপ কোয়না চুমথাঙ থনবগুম লৈবা মশেক্কী মকোয়,— "অসি খৈবিকপু নীংশিংলকলদুনা থবিমুমগী মশক থোক্লে"—পুদিন।

**থমং**, কংলা, কোম্বং,— "থমং নিংথৌ বাংগোন লৈমচা"—লৈরোন;ঈশিং।

**থমং থাবা নিংথৌ তরা**, শম্নাং লৈশাংথেম, — "থমং থাবা নিংথৌ তরামক্তি শরাং লৈশাংথেমনে" —কমলোন।

**থমং লৈমাচা**, কোম্বংদা লৈবী লৈমনা পোকপা মচা,— "হোঙনেমযোম খুঙ্গাও লোকমি শেন্নোম মাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা অসিবু তুবী থমং লৈমাচা, থমং নিংথৌ লীকলাই বাংগোন লৈমাচা বাংগোন নিংথৌনে"—নাঃ শঃ কা।

**থমোই ঈথক হোবা**, পূকন্নুংদা অবা মুংশিগী মৈচাক চাকশিল্লকপা;—"শ্রীকৃষ্ণ অথোইবদি থমোই ঈথক হোবনা থোইশিল্লকলবগী মালেম লৈদা ওন্না" —ধঃ লাঃ নীং

**থরক হুংগৎপা**, মিপাই থবাইবা।

**থরাউচি**, কোবিনা শাবা চীন্না কামদুনা খোংনবা যন্ত্র মথক অমা—মৈতৈ নিংথৌগী মচা নিপা পোকপদা সোরারেন লাউবদা অমদি নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা তোইবিজমনা কাসা পাউতাকপদা খোংনৈ।

**থরাও**, হারৌ।

**থরাম**, নাপী জাৎ অমা।

**থরাম লামথমা**, মত্তোল লামথদুনা য়েন্দেম থরাম শোইবা—থাঙ্গা পঙকক ককপা।

**থরুক**, পাওন,—"থরুক মঙ্গল লৈদা ওঙবা লৈ, শীংলেন মনাতাদি পাম্বা কৈয়া মামবা লৈরাং মপালতাদি সনা লৈত্রেং মানবা পাওন কুস্থ লৈদা পানবা লৈ"—লৈরোন।

**থরৈ**, মথা, মথা মায়গৈ,—অয়োংদগী তম্ন্ কাওবদা লৈবা লম (কোনয়ায় হুনবদা হায়নবা।

**থরৈ কুম্বা**, মথা মায়গৈদা চৎপা, শিবা।

**থরৈ চম্মু**, মথায়োমদগী লাকপা নিংঙোল।

**থরৈ চমোইবা**, হোওনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মতু ঈয়েম তাইদন লৈমগী মপা।

**থরৈ লেমলৈ**, মথা মায়গৈ, অয়োংদগী তম্ন্ কাওববু থরৈ, অদুগা তম্ন্ মথা মথৈ লেমলৈ কৌনৈ (মাইবা মাইবীনা সনা লুপা কোনয়াই হুমবদা শীজিন্নবা বাহৈ), লোকতোনপম্ চম্মু—"থরৈ লেমলৈ হায়না তেংথাবদি লোকতোনপম চম্মুবু থায়ে"—পেনঃ তেংথা।

**থরাম নোংলৈ উদবা**, অহো অরাং লৈতবা।

**থরায় অপকমা**, থবায় পানবা, জীব পানবা,— 'তাইবং'থবায় অপকমা পূম্নমকপু .কারৌ নোংজা খুদিং লাংবন কাওয়েন শনশেনবগুমনা অপোক ঈহন নোংদমলিযা লাইমিংথৌ-ও"—পোঃ লুঃ।

**থরায় ইমিরেন**, ঐগী থবায়মি, ইথবায়—"ইশাবি অঙোবা নওবু তম্পা থবায়-ইমিয়েন মহাকনে'— পাঃ খোঃ।

**থরায় তৎপা**, শিবা,—"তক্ষক থবায় তৎ চীংঙু তেনবান (তিনপান) খোকমৈ নেমদ রিঙৈ যজ্ঞ মণ্ডম মৈদা তাদ রিঙৈ তম্ফা নওনা য়াওনা য়াংপোইবিও"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**থরায় পোলিৎপা**, থবায় থাবা, শিবা,—"থবায় পোলিংখিববু শমু খুৎনা লাকনা খৌথামফরৌদে"— লাংলোন।

**থরায় মমিরেন**, মথবায়,—"নোংদমখোনবু হেনফদবগী খোক্লয়বনে থবায় মমিরেন্দি হে নিংথৌ খোইযোম লাইবু নীংবা নওনা কনবিরো"—ধঃলাঃনীঃ।

**থরায় লাইকনবা**, থবায় কনবা, শিহন্দবা,— "নিংথৌ মশাবি খোইযোম লাইবু নীংবা অসিবু থবায় লাইকন ডম্মরোইএ—ধঃ লাঃ নীং।

**থরায় লাইথংননা**, মিপাই থাবাইনা, থরক হুনগৎদুনা,—'লানমী কয়ামরুমনা থবায় লাইথংননা চেনখোকশিয়ে"—লাংঃ শঃ থাবা।

**থরায় লাইশেংবা**, থরায় হিংবা, চি লাউনা হিংবা,— "মত্তোম থবায় লাইশেংজরকএ"— খুঃ নিংঃ লয়ুঃ।

**থরায় শিরোই তমগুমনা**, থবায়দা থাকনা, শিনিংচিং তৌমা, শিদি শিহন্দনা।

**থরান**, থা অমগী মমিং।

**থরান নারন পাইবা**, মমশিলকপা,— "থবান নারন পাইওবা বিব হু থোবা চকমোম থাবী মৈথাংথোওবা মশেনবু লিনহা খোংতুম খোংনা

কুণ্ড মৈদা তানা মোংমল্লে"—পঃ সঃ যজ্ঞ।

**থরাজমিচাক,** থরায়মিচাক, নক্ষত্র,—"থরানামচাক কুন্তরেংবা পোকলে"—খিঃ মৈঃ নীঃ।

**থরাও মথৌমন,** মতীক মথৌনা,— "লাইরেন থরাও মথৌমনগীবু মিং ওনখিরে"—নিংঃ লঃ।

**থা,** লোইদাম, থাজা, থবাক, থীক থা,—"পেনা মুংঙোনবু থাদপম চৈজিং য়েংতা পায়না," - হিঃ হিঃ থা অয়ানিথোইগী ( অরিবা ) মমিং – থবি—লমদা; চিনবী—শজিবু; কানবী—কালেন, অশাউ - ইঙা; হায়েং—ইঙেন; য়ানতং—থয়ান; অচিং—লাংবন; আরে – মেরা ; চিকথম - হিয়াঙৈ;উনথম – পোয়নু; ইনথম—য়াকচীং; লাংগা অশিং—কাইরেন।

**থা অহন লোং,** নোংমা পানবা, থাওমনোং – "শক ১৭১০ শজিবু থা অহন নোং থাঙজদা নিংথেমমা শাজগা চংএ"—চৈঃ কুম্বঃ।

**থাওবী,**—চীংগী লোকমায়,— "শনু চীংলাই ঙান, থাওবী লোকমায় হেনয়ে"—নিংঃ লম্বু।

**থাওমনোং** নোংমা পানবা।

**থাকন,**—থবখন, "থাগী লাইনা সনা তাঙবন ওই, থকী লাইনা থাকন ওই"—নুং ঘচৌ।

**থা কাউদবা,** থা অহুদা অসি তৌগনি হায়বা কাউদবা।

**থাংই,** ফৌ, "য়ুম ফৌরামচাশিংনা পামেন উমাই কোনবা লোইমোম কৌইস্তোকনা থাংই চেপনা কোংপবু কোংয়োনবী"—কৌঃয়াঃ; চেংনৈ শলাই।

**থাংই অঙন ফৌ,** অঙন ফৌ থাবা লৌফম।

**থাংই থমচোইনবা,** ফৌ হুনবা।

**থাংই ফৌমায় চোনবা,** ফৌ মমায় চোনবা।

**থাংউরেন,** লৌমী ( মোইরাংনা হায়নবা ),—"কেপেনা ভেংথানা মোইরাংনা মীকোনা লৌমীবু থাংউরেন ও কৌএ।" মোইঃ নিংঃ লম্বু।

**থাজা,** লৈকাই, লোক্তাক মরাম্দা লৈবা ঈথৎ অমা।

**থাজা কম্মোং,** চেংলৈ, মী কাঙলুপ অমা।

**থাজা হেপতোকনা,** লৈকোক লৈকাই লান্দনা।

**থাজুবা,** চিনবা।

**থাঙজা তোনপন নিংথৌ,** লাই থাংজিং, মোইরাং লাইচি থংবা মায়পৈ ভাকপা লাই;—"হাওরৈ নোংচুপ পাংবা ফেনচি নোংহুম লম মালং মথোঙজিল, থমকোন মরাকচিনমু তাম্না থনবা শম্মোং পুংমায় লেগ্না কেগে লৈশাপুং মোইরাং কাসারেন খুয়োন ফক্তোম ফম্বা থাঙজা তোনপন নিংথৌ য়াইবী পল্লোই তানবা তথেল লাকচিন ফম্বা ময়াং শকাং তোংবা পাঙন য়ম্পাক কোইবা কেগে শম্মোং মোরিবা, চীংলেন নাপোম অচেংবা কমফম্বা, থৌহু নুংনাংথক্তা য়াঙলবা লীথিক কোমমাতৈবা লিরেন কংশি নিকপা য়াওরৌ শজিতেং শঙাই কোবম্মুণ্ড সেম্বা তাম্বু কোনমুণ্ড শাবা থারম থোনথৈঙাম্বা হুয়েন চিংপা কপাক ফাপা থোয়ম" পাঃনাহেং।

**থাঙজা,** লৈকাই; "ইপন নথোয়না নপারি ঐবু অবাং কোবা মচীংলেনবু থাঙ্গে ইরৌমাওবু ওইয়ো হায়না থোদমনিপীনা থাঙজা হেপলুবা লৈকাই পোইরুবদা মিংয়েং শানখৈরকপবু লৈয়ে"—পোঃ লুঃ লপলেনকা,—"মোংবা থাঙজা লপয়ান কা লাংলেন শায়োং পুংয়ান থাদা চানা ইক্ল মতাই কাংনা থোইমোম লাই ওইখিরে"—নাঃকঃকা।

**থাঙজা ইমচি মরি,** য়ুমগী চিথেক মরি,—"নোংবান থাঙজা ইমচি মরিমক্তা লোইবী অথোবা হুয়েন শায়োপু মরেম লাংলেনপু চীংগ্রঙ নোংগ্রঙ অথৌবযু লালু থয়োন নীকনা লৈহাও তম্না শেংওইনয়ে"—চাঃ লাই।

**থাঙজা কম্মোং,** মণিপুরগী মী কাঙলুপ অমা, চেংলৈ।

**থাঙজা লপয়ান কা,** লপলেন কা,— লাইরেন মৈদিংঙুদি থাঙজা লপয়ান কাদা নশানৌ থয়োয়য়োন কৈরুহাওবীনা শমু ওয়রমকম, লাইরেন মৈদিংঙুনা শরেন য়েংলমকম"—নাঃ কঃ কা।

**থাঙজা লৈকাই পোইরকপা,** লৈকাই কোইরকপা,—"অহল মতম ওইরবী হমু ময়াই কারবী অমত্তং থাঙজা লৈকাই পোইরকএ"—চায়।

**থাঙজা যুমূম হাওদনা,** য়ুম অমতা চিথদনা।

**থাংচপনা,** থাত্রাংনা।

**থাওচি,** শনুম, থাওজি।

**থাংচীং কোয়রেন নিংথৌ,** (মোইঃ লাইচি থংবা) মায়পৈ ভাকপা লাই অমগী মিং,—"থাংচীং কোয়রেন নিংথৌনা নমঙাওই"—নোংঃ লাইঃ।

**থাংজা পুজা,** পাঙনা পাঙনবা।

**থাংজ মতম পানগুম,** থাঙ অচৌবগুমনা থৌবা।

**থাংজা পুরেন,** কম অমা, "দয়া তোংগ্রা নগুম

লাইরেম ঐনা পায়না পূকনীং পেম্বথোইরে নঙদি থাংজা পুরেন ওইথিরো"—ঔ: ঙ:।

**থাঙজা ফিয়েন,** লুহোঙবগী কুজবা পোৎ শাগৈদা য়েনবা ফি।

**থাংজি,** উ জাৎ অমা।

**থাঙজিং,** লং, মনা লং।

**থাঙজি মিতম চেনবা,** শতুম চেনবা :—লোইবী কাক অমুবনা শরেন থাঙজি মিতম চেনবনা হায়গনে"—উ: (য়া:।

**থাংজীং,** লাই অমা, মোইরাং লাইজি থংবা মায়গৈ ভাকপা লাই, থাংচীং কোয়রেন নিংথৌ,—"থাংজীং লাই মরু য়াইবী পল্লোন তানব, তথেন লাক-চীন ফম্বা, ময়াং শকান তোংবা পাঙন তম্পাক কোইবা মুংনাং সাকান শক্তা ফমফম্বা' পা:নো:।

**থাঙদা চৎপা,** থাঙনা য়ান্দুনা হাংপা,—"চেংলৌ মিংমা য়েংহৈদবা কাদা লাল্লবনা বচেং থাঙদা চৎলরগনি"—ঔ: ঙবা।

**থাঙথবা,** মথং মথং পুথবা।

**থাঙথোম্বা,** থাঙ শাবা।

**থাঙপাক,** হরাই জাৎ অমা, "হরাই থাঙপাক মথাংপাক"—লৈ: লৈখা:।

**থাঙবন,** থাঙবল্লোই,—(তাঙবল্লোইদা য়েংউ।

**থাংবা,** লেঙনা থম্বা লেন্দুনা ফেঙবা, শরুক পুথৎপা,

**থাঙলেন,** থাঙ, থাঙশাং, অথোইবা থাঙ —"মথৌ কম্বোংবনা লুরুক কাঙদৈ থি খৌনাউ লেম্বোং লেন থাঙলেন চেপ্পা চন্না তৌথোপ খম্বাংনা লাল্লু পোলেম হাল্লে"—চায়।

**থাঙলেন কোমশংলবা,** থাঙনা য়ানবা,-"য়াইকুল লাল্লোয় তরেৎনা মোংবা যুম চঙলে, অমু যুমথৈ ভাকপীবু থাঙলেন কোমশংনরে"-- মোই: নিং: লমু:

**থাঙলেন খেয়াং থাংবা,** থাঙ হাইবা,—"থাঙলেন খেয়াং থাং চুংলোং থাকুপ হৌনা ইছু য়াইবী কলহৌনিকপশিংও নখোয়বু ভাইরখিও"- না: ক: কা:।

**থাঙলেন চেপ্পা চনবা,** থাঙনা য়ানবা, থাঙনা কক্পা;—"থাঙলেন চেপনা চনগে হায়না হুয়েন লাল চঙখিরে"—ঔ: ঙ:।

**থাঙলেন চেপনা চনববু মচন কবা,** থাঙয়াম কজনা য়ানবা।

**থাঙলেন পাইজা পিস্নুনো,** থাঙনা হুৎসনো।

**থাঙলেন পাচা হন্দবা,** থাঙকম অমুক হন্দবা।

**থাঙলেন মহাকখাক,** থাঙনা য়ানথিবগী মখাক।

**থাঙরায়,** অরাং।

**থাংরাইননা,** মায়গৈ য়েংনা, মকম য়েংনা।

**থাঙরাই মারনিংথৌ,** মারজিং,—"নোংপোক লাইনা পাংবরম থাঙরাই মার নিংথৌ চীংঙ্ ওংচা চীং মাপা ওকলেম্না য়াকানবা লাইরেম্না পোং পৈনবা কপো ক্যাং ঙবা, থামুং ফাবা, লৈপাক মাইবা হনবা রাতেম্বা মাইবা হনবা রাঙলবা"—পা: মাহে: ।

**থাঙ রাং শমকোন,** মৈতৈ নিংথৌ-তোনাবগী (খৃ: ১৩৫৫-১৩৫৯) থাঙ।

**থাঙশরাই,** থাঙ শাফম।

**থাঙয়ি,** ফৌ;—"থাঙয়ি মপান কাবা লোইম্বোম মহৈ চুবব্ লনকুবিরম্মো"—লৌ: ঈ:।

**থাঙয়ি অঙম্লৌ,** অঙন কৌ (ফৌ অঙনবা) থাবা মকম।

**থাঙয়ি খোংঙম্ব্রোপা,** খৃষ্টগী মঙাঙবা শতাব্দীগী অতুরাইদা পাল্লম্বা চেংলৈগী নিংথৌ অমা।

**থাঙয়েনবা,** থাঙ পায়তুনা লাল শোক্রবা,—"শেনবী খুনগং ১৭ মাবু শেনবী পামতাম্নবা কবো থাঙ-য়েননা খৌশাথবদি হুয়েন লাম্নিগীদি"—নিং:লমু।

**থাঙয়েনা,** মথংশিংনা

**থাচা,** থা, "লোইতাম থাচা চৈহৌ থা লমতা থা-ও কৌপতি কতৌ নোংকিনো"—থারোন।

**থাচিন,** থাজিন, থা হৌগৎলকপা;—"থা অতুগী থাচিন্দা গুরু গোপালদাসনা নিংথেমনচিংনা লাই-মিং লৌএ"—চৈ: কুম্বা:।

**থাজথোইবা,** হেন্না থাজবা,— "নোংমায় কংলা থমথনা পূকনীং থাজথোইগিয়ে"—চায়।

**থাজা,** থা,—"থাজা তরানিথোইমাবু তেনা তেনা মহল্লকুএ"—লাংলোন; "কুমজা নৌহৌরে থাজা তেকহৌরে"—মশিন্।

**থাজা নৌহৌনা,** থা খুদিংগী ইনৌ নৌনা।

**থা তরানিথোইগী মমুং মথৈ,** রাকচীংনে,ইঙানে লাঙ কাইরেম্নে মেরানে কালেমে পোয়মুনে থা তরুকমদি মমুংনে; ইঙেন লাংবন, থবান হিয়াঙৈ লমদা শজিবু থা তরুকমদি মথেনে —খি:মৈ:লী।

**থাতোল,** থবানমিচাক উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্র।

**থাথিন পেকপা,** য়াবন। পেকথোকপা,—"লাইজা থাথিন পেক থুমু নোকন লাক তনমু নাকন কুরবদা বাকয়ৈ মাথ নাইনা তোংচেং ময়াঙ হৌরকলে"—থঃ থাঃ হিঃ।

**থাথুম,** থুম্পাক মচা।

**থাদক,** মচা অতোপ্পা, খোৈম্মা, খোম থকলিবা অঙাং।

**থান,** কু।

**থানজুম,** ফি অচৌবা, ফিজাউ।

**থানকম,** শুমাঙদা অশিবা পম্ফম,—"কংলৈ থানকমদা শরোয় হুম্ফুমাথোইনা কিরাক খায়না নমু তোংশা শেং, ঈঙাঙ পাকতক্লা ইমু পামকেল্লে" হেজুঃ।

**থানকম কুবা,** মং য়ৌবা।

**থানিন,** পূর্ণিমা, তরামঙানি পানবা মাকমৈ।

**থানিন নোং,** পূর্ণিমা নুমিৎ,—"শক ১৩১০ শজিবু থানিন নোং থাঙজদা থা শানা ফংএ"--চৈঃকুম্বা।

**থাপনা কদী করিগুম্বদা,** করি লমদা, করি লৈবাক্তা।

**থাবলা,** চগোৎ।

**থাবলা ফম্বিরেম,** মরৈপাক, ময়ুম।

**থাবম,** খাঙলেনকম, অশিবা পম্ফম, শবা ঙাইনগেন, মাঙোপ শনবদা শীজিন্নবা হুমদাং পুরিবা হুমদাংগী মপাদা থাঙওবুদৌনা হৈবা বা অশাংবা অচৌবা; চাকলেনগী মখাদা হাপ্পা উকৈ।

**থাবল,** থাগী মঙাল।

**থাবল চোংবী,** কেক্রেকে চোংবা, লমদা থাদা য়াউশং মঙ্গংদা লুংদাং নাহারোল পাগং লৈশাবী মো নাহা খুজেং পালোইননা খুংকা খুংকা শয়তুনা (পায়নতুনা) ইকোয় কোয়না চম্তুনা মী অমনা ঈশৈ হল্লগা ময়ামনা খুমতুনা ঈশৈ শকুনা হরাউ তয়ামতুনা খোঙথাং য়াওনা চোংতুনা শাবা মশান্না।

**থাবলজোঙ্‌হলো,** থাবল্দা।

**থাবুম,** থাগীং, থা মপুন, থা অমা,—"লোইদাম থাবুম তরানি শুনা গর্ভ মপুং ফারবী অসিবু"—উঃ (রাঃ)

**থাজলৌ থুপচিনবা,** অখঙবা অদু খঙদবা শাবা

**থারাক,** লৈ।

**থারাকলৈ,** লৈ ফজবা, "সনা কাঙথলঙ্গুংদগী থারাক লৈনা হাইদোকলে, সনা মুখল কাঙজরে"—য়াকৈবা।

**থারুক,** পাঙল—"মঙ্গল অয়াক তম শয়লাং তয়ৈনমা থারুক লুচিংবা পাঙল মীরোংখন অননখা পাতনখা মঙ্গলখা হুয়েন অহুম্মাবু পাঙল চঙনা ফারৌএ"—মঃ ভবা।

**থারুক লৈমুং অশৈবা,** বাহি।

**থারোন,** অফাবা শা, মপৈ;—"নোংয়ায় বাহেং খমকোইবনা শরেন শিখৈ চোকপবা য়াওরৌ কৈশোনরববু শারেন শানাঙ থংনা থিংলো থারোন পুথিয়ে"——নাঃ কঃ কঃ।

**থারোন পুবা,** তানা লেংবা।

**থাল,** কু।

**থালথোকপা,** কু পুথোকপা।

**থা শানা ফংবা,** থা গ্রহণ লাকপা, চন্দ্রগ্রহণ তৌবা;—"থানিন নোং নিংথোকাবদা থা শানা ফংএ"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**থাশি,** থাঙু, কুম্থ্রানি পানবা মাকমৈ, অমাবস্যা।

**থাশি থানৌ,** থা পানথংলকপা অয়ুমুং শিথরকপা।

**থাশি নোং,** থাশি নুমিৎ, অমাবস্যা, কুম্থ্রানি পানবা মাকমৈ,—"থাশি নোং ঈরাইদা নুমিৎপু শানা ফংএ"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**থাশি মায়গৈ,** শজিবু, থবান, পোয়নু থাদা চীংগৈদা; কালেন লাংবন বাকচীং থাদা অবাংদা, ইঙা মেরা ফাইরেন থাদা নোংচুপ্পা; ইঙেন হিয়াঙ্গৈ লমদা থাদা কৌব্রদা থা শি। থাশি মায়কৈদা শা শল পুবনচিংবা তৌবা ফত্তে।

**থাঙু,** থাশি, অমাবস্যা।

**থাহয়োং,** থা নোংমা পানবা, শুক্লা প্রতিপদ,—"লাংহৈ কুবচা খুভিংগী লোইতাম থাহয়োং খুভিংতা চীংঙু লাইরূপ পুন্নমানা য়োম্না খোৎথয়ে"—নোংঃ লাইঃ।

**থারা,** কাচি ফারোং।

**থায়াঙ,** থৌনা।

**থায়াঙ,** পাঙ্গোম, মতিক মথৌনা;—"থায়াঙ মতানপোমনা কোলোয় মিংচৎলে"—উঃ (খা)।

**থায়াঙ কোল্লাই লোনবা,** থৌনা ফবা, লাল্লা খৌবা,—"পাঙু নিংথৌ থায়াঙ কোল্লাই লোনবনা য়াওরৌ শা তানবগুম্ববু"—পাঃসঃ বজ্র।

**থায়াঙ নতানপোমলা,** নপাম্বোমগী পাংগল্লা।
**থায়াঙ নথৌমল্লা,** নথৌনানা, "নপাম্বোমগী পাঙ্গল্লা,-
"শ্রীরামচন্দ্র থোইকোইবা চীংগু নতৌ ওম্বোকপা
থোইমোম থায়াঙ নথৌমল্লা সমুদ্র ঈমায় লাংনা
বাওনবা";—উঃ (রাঃ)।
**থায়াঙ মথৌ,** মথৌনা।
**থায়াঙ মথৌমন,** মতিক মথৌনা,—"নিংথৌ থা-
য়াঙ মথৌমন্দি মহাকথক্তা চনবা লোইদি গুরুং
হাওনে"—মোইঃ নিংঃ লম্বু।
**থায়াঙ মথৌমল্লা,** মতিক মথৌনানা, মপাম্বোমগী
পাংগল্লা।
**থিক,** থা, থবাক, মথা।
**থিকক্রি,** উচেক জাৎ অমা।
**থিকপী,** ফুংগা।
**থিকলেন,** থবাক, মথা, থা,—"চীংগু করি বা-
গীনে হায়না য়োয়বু থিকলেন থাগফুনা ঙকথী
লুমলাং কোল্লা খজাই লেংলোই চুপ, ফৈরা তান্দ-
থোংনা মীকপথিয়ে"—উঃ (রাঃ)।
**থিকলেন থোমছম চনফরোই,**— থোম থকফ-
ক্লোই।
**থিকলেন থোমছক্লনা,** থোম্লাং অমৃত নঙথনা,—
'থিকলেন থোমছক্লনা চাইটি মরাঙ হৌনা হীবনা
হীকমা বাহমলকএ"— থোং মোকাঃ
থিকলেন থোমহুকনবা— পম্মগা থোম পীগকপা।
**থিকলেন থা,** থবাক ;— "তকলৌশিদং শোন
থিকলেন থাবু ফুনা বাওইখিএ"—নোং চীজোই।
**থিকলেন থাদা কোল্লা,** মথাদা পমনা, ——
"মপারি ব্রাহ্মণা থবায় মাঙলববু গাকলেন
থাদা কোল্লা নিংথৌ সনা থোঙলেন ভাকপা
লক্ষ্মণ থোঙলেন শঙহুনবদা বাহমখিয়ে"— উঃ(রা)
**থিকলেন থাদা পমনা,** মথাদা চেংনা কোন্দুনা
**থিকলেন থানা পানবী,** থিক থা ফবী, থবাক
ফবী,থোমচাউবী।
**থিকলেন থাকা ফু,** থম্মোইদা ফুবা, মথবাক্তা
মথন্দা খুত্তুমনা শুবা।
**থিংগামনবা,** কাম্বা থংকাম কাম্বা।
**থিংগু মথি লাইবা,** য়ামনা শাথানা শাউবা,ঙমজবা
মথৈ হৌবা,—"পুরিকলাই পোংলেনহনবা থিংগু
মাথনাই,ইরাং মরাংহৌ চুংলেপ ফুফু চোং কাওরেন
শনখাং তরা লাল্লা খৌশারে"— মোইঃ নিংঃ লম্বু।
**থিংগোল,** নাকথং।
**থিংগোল নাশি লেংবা,** নাকথংদা লেংবা।
**থিঙমদবা,** থিবা ঙমদবা।
**থিংনা,** পেন্না।
**থিংপাই নিংথৌ লাংকাই পাউচেন চেক,** কাক
—'নপন পম্বৌ নিংথৌ খোইমোম রামচন্দ্র না-
মুংবা খুরা পম্বৌ অহুম্মাপু - থিংপাই নিংথৌ
লাংকাই পাউচেন চেক লোইবী কাক অমুবনা
শারেন থাঙজি মিতম চেনবনা হাল্লগনে" - উঃ
(রাঃ)।
**থিংবাই নিংথৌ পাউহনচেক,** কাক।
**থিংলৌ,** অফাবা শা ;— "য়ারেন খোঙখৈ
টীক শয়েং পাংগতিংনা তকলৌ শিদং শোল্লা
ওকলেনগুম কচক হৌ, থিংলৌগুম মথি নাইখ-
য়ে"—চায় ; তুং ; বাথল তৌবা।
**থিংলৌ কাও ঙমথশন,** নাইতোম চংপা শা,
শা তোমচং, ওক তোমচং ;—"লাইরেন মৈদিং-
ঙুনা শিংলৌ কাও তমগশন ওকলেন লাংশম
থৌববু তুবী লাংগোই মখুনেং য়াইশা মুংজ্ঞানবা
রাজবলংব লুবাংবনা লাংগোই শায়াঙ তেকনা
নমলিঙৈ তুবী খোকথৈ লম্বু মখুংশু লম্বু হোংশোন
নৈনা শিংলৌ নমলি তুনা ফারৌশানাচিংনা
য়ারৌ শায়াম ফাবা লাইরেন বায়রা পোঙহৌখোন্দি
অদুমুং মদোমদে"—নিঃ লম্বুঃ।
**থিংলৌ কোনচাইবা,** পল নমথেকপা।
**থিংলৌ ওম্মনবা,** শানা শোকপা,—"ঐদি বাকয়ৈ
ইখুনেংতা চৈরৈ য়াকু তৈ মাল্লৌ ফিগোই নৈনা
খিল তাউজিং হৈঙাঙ তৈ, থিংলৌ ওকয়াতাঙনা
ওম্মনবা শানা ইমু ফিরাক শানা পায়মা নিংসা
শংহোল্লনা শিশন্নঙমগে" চাঃ লাই।
**থিংলৌ চাউবা য়াহিপ,** ইশাং শাংনা হিপ্পা
মহিপ।
**থিংলৌ থরোন,** অফাবা শা।
**থিংলৌ নিংলা তেনা হনরাইবা,** তুংলোমদা
হনবা,— "লোইমোম কৌওইবীনা বাহমখিএ—
খোয়নৌ ইতা লেমলৈ ঙাওইরী নঙদি হয়েং ঈপান
ক, লোইমোম ঈখিং ফরবগা হয়েং তাইবং নমু
পো ওইবগী চামলৌ লুকপান থক্তা লমওক্লসে

হায়না পাওমেন্নবগা খোয়নৌ মতা মঙামক্তি থিংলৌ নিংনা তেনা হলবাইলকএ"—কৌঃবাঃ।

**থিংলৌ পঙ্কনবা**, লান্নংবা, য়েক্লবনা পল্লোন নাইনা কোয়শিনখ্রহুনা অৱাবা তারবা;—"থিংলৌ পঙ্কনবযু লান্নংলগনে, লাইরেন ইবুংঙো নওদি থিংলৌ নিংনা তেথিও"—চায়।

**থি'লৌ য়াইথাবা**, তুংলোমদা চেনবা, মায়থীবা ফংবা,—"মরোং চৈচেনবা থি'লৌ য়াইথানবা লমচৎনা সেকৎননা" থঃ থাঃ হিঃ "মৈরোং চৈ চেনবা থিংলৌ য়াইথাবস্মুঙ পোইর মপল্লমদা হলবাইরকলে"—চায়।

**থিন্দোকপা**, থবক হাপ্পা,—"শক ১৭৭১ পোয়হু থা ২৭ নি থাঙজদা পিংবা পোইলা মাইস্নামচা শেলুংবহন ২মা মেঞ্জোর থিন্দোকএ"—চৈঃ কুম্বা।

**থীঙমদবা**, মশীং থীবা ঙমদবা, মশীং খঙদবা, য়াম্না য়াম্বা।

**থীংকবা**, থীনবা, য়ৈবা, ফুবা।

**থীনবা**, য়ৈবা ফুবা, থেঙবা।

**থীনবী**, শাগেগী অপোকপগী খুবমদা লাই ওইনা থলোংনা মথক্তা থমলগা লৈম্নুংদা থম্নবা য়োংনা শাবা পোৎশক অমা।

**থীবা**, শিবা, নোংম্নবা, মশীং থীবা।

**থুম কাকুপ**, ঈরাং পূজা তৌবদা হাপ্পা কাঙ্গুপ্পনা থম্নবা থুম মপাক অনী,—"ফীদাং ১; থুম কাকুপ, শেন কাকুপ, ঙারি ঙাতাং;—চীংলাইঃ।

**থুমচা মায়ঙৌবী**, মমায় ঙৌবা থুম মপাক—"নোয়হু থুমচা মায়ঙৌপীপু খামপী মৈতা ঊক" —পাঃ নোংগা।

**থুমজাউ পুরেন**, কম অমা।

**থুম্নাউ**, য়েন্নাউ মচা,—"থু'নাউ অপক্বা মশীংঙ য়েন্নাও অপক্বা পূম্না হুপ্না য়াংহৌরকএ"-তৌয়েঃ।

**থুমনাউ হেশোন্দবা**, নাদবা।

**থুমনাউ হেসোন্দবী**, নাদবী.—"তম্পা থুমনাউ হেসোন্তপী ( হেসোন্দবী ) " পাঃ খো

**থুমনাউ হেশোনবা**, নাবা, অয়ো ফংবা, হকচাং ঙমদবা।

**থুম নামা**, থুম মপাক চামা,—থুংয়োল নামা, "থুম নামা শেল লখা তরা পীনখিরে"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**থুম্নাউ চারোকপা**, য়েন মচা কাবা।

**থুংয়োল নামা**, থুম নামা, থুম্পাক চামা,—"পরিকি থুংয়োন নামা মনা পীএ"—চৈঃ কুম্বা।

**থুমলাং**, থুম।

**থুমলাং ময়োন শৎপা**, থুম কুপহনবা,—"চামলৌ তাঙখা শা, থুমলাং ময়োন শৎনা য়োয়নাএ" পাঃ নোংগা।

**থুমলৈম্মা**, থুমগী লাইরেম্মা।

**থুমশোপ্পুং**, থুম থোকফম।

**থূপ্পা**, শিবা, হাৎপা,—"ইবুংশি নবীনদি অবাং থোঙদা থমলে অদুগা থূপথরে"—চৈঃকুম্বা; লোৎতুনা লৈবা, ঊমশিনবা, কি থূপ্পা।

**থে'খিবা**, লান চংখিবা।

**থেঙখিবা**, মতম হৌখিবা।

**থেংখিবা**, কোয়বা, ইম্বোকপা।

**থেঙ্গাইয়েন**, মকু মকু লাউবা।

**থেংগৌ**, থাঙ চুঙ্গোয় পায়হুনা পাখংবগী মথক্তা খোঙফম চত্তুনা শাবা।

**থেংঙৈদা**, লান শোক্নরিঙৈদা।

**থেংনবা**, ওক্লবা, উনবা।

**থেংনা কোইনা**, শাউহুনা।

**থে'বা**, শোকপা, লান্দাবা,—"খুনফম ঙাংচেং নেৎকে হাউকপ চীংশাং থে'গে হায়না শেল্লোয় লান হৌখরে"—নিংঃ লম্বুঃ।

**থে'মন ঙামন্নবা**, লান্দামিন্নবা, লান শোক্নমিন্নবা,—"কিয়াং থেংমন্না থম্পাং ঙামন্নসে হায়না হুয়েন লানপাউ চেন্নবগী"—নিংঃ লম্বু।

**থেৎতম্বা**, থেত্তুনা থমলম্বা,—"থাঙলেন লমম্নিন থাঙবু নিংথৌ য়াৱা ফমলাং চান্দা থেৎতম্বযু খাৱী মঙান অরাবনা থাঙলেন লংনা উৱবগী শমু থুংনা লাকচিল্লে"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**থেৎথাং**, নীংথম।

**থেৎথাং চারিখম**, নীংথম শেংপা,—"ভেংলৈ মকা আঙ্গদি থেৎথাং চারিগমনা কংলা থৌগাঙবযু য়েংনা নোংয়ায় হাওমাবা থুমন নাউদা অশৈবনা পাউহংখিয়ে"—চায়।

**থেৎপা**, য়ুংবা, হাপ্পা।

**থেৎথাং চারিখম লাংমৈ পুংলেম চিন্না**, নীংথম শেংলগা উচেক লাংমৈপুংলেনবগী মতু চিন্দুনা।

**থেন**, লম, অরাংবা অতোঙবদা লৈবা অতেম্বা মফম।

**থেনকোইবা**, কোয়বা, পোইবা।

**থেনজা মাঙ**, থমলিবা অতূগী মমাঙ।

**থেমবা**, ময়াম তিনবা ;

**থেনমাই লাংবা**, ফজনা থমদুনা,—"হৈরাং মথেন তৈ, তাউজীং থেনমাই লাংনা" - লাংঃশঃথাবা।

**থেবরোন**, অনাবগী কাঙলোন ইবা লাইরিক।

**থেম্বা**, য়াননবা হায়বা,—"হয়েং কৌবা নোংগা শোয়রবগা তল্লা হোই থেমগে পামেল হোই চিংগে হায়না মন্নাল থৌচংলকপবু বাকয়ে মখ্নেং অতুদি থৌতু নুং ঙনতাম্মে" - নিংঃ লম্বু।

**থেরে**, লা,—"থেন্দে নিংথৌ থাঙ শাবা ফুরাম্বব্ কংলৈ লম্মথা লাল্লোই লম্মরু কংলৈ মশুমাঙদা উহক শেংগম শা উই পোতোং লোম্না পুংলাং মুহোনা থেরে লাকাম্লনা অহোঙ লাংয়াম্লবা চম্নুনা চিনফুরোন হুয়েন অকুবা কাবী পম্বৌ মপাপোকপু সনা লীকলাই য়েনথংথবনে"— "নোয়ম্নু থ্ বুকুপশি মুয়া চেপনা হৈ থেরে লাগা কাম্না থেমথা মায়খাংগে থোমলেন মঙ চঙলো"—চাঃ লাই।

**থৈথংপা**, য়ৈহুনা থম্বা।

**থৈথবা**, ইন্দুবা, ফম তাহনবা;—"শক ১৬৩৯ লাংবন থানিন নোং থাংঙজদা মৈতৈ লৈমা হাওবম চম্নু ময়াং ভম্বী থৈথয়ে"—চৈঃ কুম্বা।

**থৈথুঙবা**, চেম্বথিবা।

**থৈথোকপা**, হোংদোকপা, তাম্থোকপা, লৈথোকতুনা শোকহন্দবা।

**থৈরাম্লবা**, ককপা।

**থোইকোইবা**, অথোইবা, থোইথোইবা।

**থোইচিল্লকপা**, হায়দগী ফিবম হেঞ্জিল্লকপা,—"নমোম ঐবু অনৌবত্তুম থোইচিল্লকয়ে" — পাঃ নাহেঃ।

**থোইথোইবা**, অথোইবা,—"থাস্নুদেব থোইথোইববু শীংলেন বার্ত্তা তৌবদা পাউ কৌরুবা অহুসান হিংচাববু হুয়েন লানশোক্লবা, লোইদাম বাকচীংথাগী পূর্ণিমা য়াওবা থানিন নোংদা মহাযজ্ঞ অথোইববু তৌনা লাংগোই শগোই থাখিরবগী" —লাঃ শঃ থাবা।

**থোইশিল্লকপা**, হেঞ্জিল্লকপা,—"অবা হুইরাং শোনবস্নুঙ থোইশিল্লকলে"—পাঃ নোং।

**থোক্লম**, থোকলকপা লম।

**থোঙ**, চঙথোক চঙশিনগী লম্বী; হকচাংগী থোঙ তঙ্কক—"শিম্নুং, য়া, নাতোন, নাকোং, চুবা শমহৌদবা অমস্নুং থোয় মফম তঙ্কক অসিবু হকচাংগী থোঙ কৌই"—পোঃশেক :

**থোঙাক**, শিরগা চংনি হায়না নীংনবা লাঙ্গোল চীংদা লৈবা মফম অমা।

**থোঙাক অশিথেন**, শিরবা মীগী থবায়না ঙাইহাক পম্মুনা থেন্দুনা লৈ হায়নবা মফম, লাঙ্গোল চীংদা লৈবা মফম অমা,—"থোঙাক অশিথেল মকোই হুংঙল চীং + + + + লমলেন মদাইমা নুরা চামা শিরগা পাখং চামা ঙাইনথেন, পাখং চামা শিরগা নুরা চামা ঙাইনপেন্দবু ঙাইথমবিরম্মো" —হেঙ্গু।

**থোঙাক লৈমা**, থোঙাক লাইরেম্মা,—"থোঙাক লৈমগী লাইজা থকহল্লে"—হেঙ্গু।

**থোঙজিন নাতৈ কঙ চারগী পোরোল শংপা**, পৌরোন শংলপা পোঙ হাংবা,— "ইশানৌ থোঙজিন নাতৈ কাঙলো চারগী পৌরোন শংলো" - হেঙ্গু।

**থোংনাং**, ময়াং,—"থোংনাং ময়াং জিার থোম্বী" সনাঃ লম।

**থোংনাং চীংজরোই অমুবী**, চরোই,— "থোংনাং চীংজরোই অমুবী লোইবী হেনবা অমুবা থিংবাই নিংথৌ পাউহনচেকনা নমু মুমথোং থুদিং পাউ চেল্লকলবদা"—হেঙ্গু।

**থোংনাং চৈকনথেকপা**, ময়াং ঙম্বা, খাগেম্বা মহারাজ,— "লাইরেন ইপা মৈতেংঙু থোংনাং চৈকনথেকপা"—পাঃ নোংঃ।

**থোংনাং তখেল**, তখেল,—"থোনাং তখেল কেনোং শাগা কেপে শাংদোন অথৌবগা চায়না থোঙফেম্লবা অতুস্নুঙ মদোমদে"—চায়।

**থোংনাং মপুংয়ায়**, ময়াং লৈবাক,— "মতম লাংঙন অতুবু হেম্লববু থোংনাং মপুংয়ায়দবু তেখাউ মতমপাক্লা শানথুপখিয়ে"— চীংথং : শা : কাবা

**থোংনাং মাস্তোরী ( মাস্তোরী )**, থোরী,—'নপন গোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু নামুংবদা থোংনাং মাস্তোরীপা কৈবাক তাগুনা লংকুম মোমংসু শূনা থাঙচিন লংকুম তাচিনহৈনী চীংঙু অপূর্বী নঙদি লৈজহনখিও"—পেঃ লু।

**থোংনাং মায়ংতেকপা য়ৈনরুক**, থুম্মোক মমায় তেকপা (মেরুক)'

**থোংনাং মোংবা চীং মহুৎ**,—চীংমুংহুং,— "নমু পোং চেনবদি থোংনাং মোংবা চীংমহুত্তা লান্দারিএ" —তোরৈ।

**থোংনাং লোইচা খোম্বা**, লাইয়িংথৌ নোং শাবা, খোংনাং লোইচা খোম্বা শীংলেন লৈচা হেকপা" নোঃ লাইঃ।

**থোংবম মনাউ তিনবীজম**, শঙ খুদিং তিন্নবা।

**থোংলেন**, থোং, "য়াংলৌ লমথাঙমদা-থোংলেন তিংবীথক্তা য়াওরৌ শাবু লান্না লমওকওম্মে" -মোইঃ নিংঃ লম্বুঃ।

**থোঙলেন**, থোঙ, থোঙজাউ।

**থোঙলেন নাতে কাঙ চার মথোঙ লৈনা হাং**, থোঙজাউ হাংদোক্লুনা, "অচোঙ য়ুমলেনবা মরানয়ায়বু থোঙলেন নাতে কাঙ চার মথোঙ লৈনা হাংনা লাইরেন মৈদিংঙুবু শমু হকথেং ফংগে হায়না ইনচিনখিববু"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**থোঙলেন নাতে কাঙবা**, থোঙ হাংবা,—"অচোঙ য়িনলেনবা মরানয়ায়বু থোঙলেন নাতে কাঙ মথোঙ লৈনা হাংনা"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**থোংলেন পাম্বৈ**, থোংগী পাম্বৈ।

**থোঙ শঙবা হঙবা**, ফম অমা, থোঙ ঙাকপা মাগী মকোক।

**থোনগম মনায়েকপা**, মথুম খুম্বদা মনা লেকপা।

**থোন তরেৎ**, মথোম তরেৎ

**থোন্নবা**, মমিং থোনবা; কৌনবা,— "কাকলেন মকোক ককলে ককলোও থোন্নৈএ"—তুতেং ;— — খুাই

নোংচেংপম পিবা য়েকমা হাওতংলা নমু পোংবারাচা অত্তনবনা য়োইমরাই তাউদনবা তাউহুই রেং অহনবগী লাংগোই মথুংনেংপু থমুং খিংনা বায়রা ত্তেনপান্নবগী কোরৌ নোংলাংপানগী বাংন্না চাউনা তারকয়ে, অদু নোংগীবু বাংচীংও থোন্নৈএ"—নিং লম্বু।

**থোন্না থোন্না**, হন্না হন্না।

**থোনবা**, মিং কৌনবা।

**থোং ওংবা**, পীবা, হাপ্পা।

**থোনমরক্তি**, নমিং অমুক থোনবদি,—"শীংথা থোনমরক্তি অদুমুঙ মদোমদে'- হিঃ হিঃ।

**থোম্না**, খুজং।

**থৌ**, মুঙেৌ, থবক,—"অশীবনা অগাইগী মকম পরিং মময়ায়দা থুংলে, গুরুগী য়াথং পীনরকপবু নিংশিংদুনা মহাকপু উং শেং সাহা হায়না চাইখায়রে, মথবাক্তা থৌ ওইয়ে, থৌ শিদবগী কমালেং"—পুদিন।

**থৌইনশিন**, হায়জিনবা, ইনশিনবা।

**থৌকাউবা**, কাউবা, নিংশিংদবা,—"শেনবী মপা লাইবু থৌকাউদরবগী অমরক হৈরাঙ মচা য়ানখিরে" —ধঃ লাঃ নীং।

**থৌকাউরবা**, নিংশিংত্রবা, কাউরবা,— "পল্লেম ইমুংশিনঘোমমুংদা থমলম্ববু পূক্তিং করম থৌকাউরবনো,'—লাঃ শঃ থাবা।

**থৌকাউরমলবা**, কাউরমলবা, নিংশিংঙমদ্রবা,—"য়েল্লাং ইঙমহম অরোনবনা লাইরেন থবায় হিং নোংগীবু পোইরৈ করম থৌকাউরমলবনো কল্লকএ" —নাঃ ফঃ কাঃ।

**থৌথাম**, খিংবা, তৌগমু হায়বা,— "থৌথামমু থৌথামদে"—হেঙু।

**থৌথামথোন**, তৌগমু হায়বা, খাম্বা।

**থৌথাম ঙমদবা**, খাম্বা ঙমদবা,—"পল্লেম মবানা ধোবা হমুমাল্লৈকাবী অনীমাগা থৌথামঙমদনা পুরকলে"—ধঃ লাঃ নীং।

**থৌখাম্বা**, তৌদনবা হায়বা, খাম্বা, খিংবা, —'ইচু থৌখাম্বমু খামঙমদরে"- নাঃ ফঃ কাঃ।

**থৌগল মনা**, লৈমা নিংথৌগী থৌগন তৌবা মনাইবদা পীনবা মনা—নিংথৌদি শাইজোনবা, সনা খুজি, য়রিক পূমদা, লমথাং খুংহৎ, খামেন চপ্পা কৈজোম থাম্মি থানম অসিদি থৌগন মনা কৌই )

**থোগনবাই**, থৌগল্লিবা মকম,—"হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম শ্রীবৃন্দাবন মুঙাইবা, কতু ভরুকনা থৌগনবাই"—গঃ নোঃ।

**থোগাউবা,** কাউবা, থোকাউবা।

**থোগাওবা,** থবক কায়বা,-"পাথো তেংলৈ মকা আবা নওদি করি ওইনা কংলা থোগাওবনো"—চায়।

**থোচংপা,** থবক চংপা।

**থোজাল য়ায়োক্লনা,** য়ামনা হুংশিনা।

**থোজাল তাহেন নাইদবা,** ইচা মীচা য়োংলৈ মেলৈ নাইদবা, মীচঙ মীখায় নাইদবা।

**থোজাল লনকুবা,** থোজালবিবা, চানবিবা,—"লাইরেন ঐগী পায়মা উনকোয়হুংবু পেল্লে হায়না থোজাল লনকুবিএ" – ঔঃ ঙঃ।

**থোজাল য়োয়থোন্নবা,** য়ামনা নিংখিনা লুনা তৌবা;—"অস্থম থোজাল য়োয়থোন্নরবগা তুলাই লেংবু খোঙওইননা গুক মশঙ্গাইবু তান্না খিন্নখিরে"—ধঃ লাঃ নীঃঃ।

**থো তবা,** থোদাবা, অদু তৌ হায়না হায়বা, মথো পীবা,—"পারি নওবু ননমনা মালেম য়াঙবী শিদববু ওইয়ো নপুকনা নোংথো ওইনা পারি মহকসাংবু হৈরাঙ তুকুম্ববু চোইনা য়েন্না তল্লা উ থাও পামেল উ লিংও হায়না থৌতবা নত্তবরা?" পোঃ লুঃ।

**থৌতিকখোন,** পাউতাক, য়াথং,থৌদাবা,—"নপন পলেম থৌতিকখোনবু বা চানদবগী"—হিঃ হিঃ।

**থোথাবা,** থবক তৌ হায়বা, থৌদাবা।

**থোথিংবা,,** থিংবা, তৌগনু হায়না থাম্বা।

**থৌদা,** মথৌ।

**থৌদাং কোক,** মীনাই,—"হয়ুম য়ামবা থৌদাং কোক"—ফৌঙ ঈশৈ।

**থৌদানবা,** হোংনবা, মহৈ মহৈ মথো অমমম পাঙথোক্লবা শিন্নবা,—"মাথোয় মরিমা তিন্নরগা থৌদানখিএ"—নূং অচৌ :

**থৌদিকখোন,** থৌতিকখোন, য়াথং, পাউতাক, তাকপা বা,—"কামু অতোনবনা পলেম মমা থৌদিকখোনগী মচি পাংথং লম্বু ইচুং শোয়ায়মদা পরিং য়েংকোইতিং উকাক মায়ফং য়ান্না লমমুনবা" চাঃ লাইঃ।

**থৌদু,** নূং,—"তমেন মথুংশূনা থৌদু নূংদা ইরম্মে, নূংখিও কৌববু পোইরৈ তাবা থিবনা নূংগৈএ কৌএ"—চায়।

**থৌদু খুংপায় থোং শাক্কবা চিংজা নুংলেন অকুপ্পা,** নূংকুপ খুবাম অমা।

**থৌদু নূজন অকনবা,** নূং অকনবা,—অর্জুন মমিংলেং অদুদি থৌদু নূঙ্গন অকনবা মহাক্কবু থাঙজনদনা তুমখিডৈনৈ"—লাঃ শঃ থাবা।

**থৌদু নুংজাউ,** নূং অচৌবা।

**থৌদু নুংনাং শগাংথক,** নূংপাক মথক।

**থৌদু নুংপাকথক্কা নাউনোবা,** নূংপাক মথক্কা পোকপা।

**থৌদু নুংমায় শীৎপা,** নূংদা তকপা।

**থৌদু নুংমোন ওইনবা,** চের্বাক।

**থৌদু হুপমীবা,** নূং মচা।

**থৌদোংবা,** হিকথোংবা, ঈনশিনবা, থৌজিনবা;—"থংলেন ইবুংগো তা-ও,—"থোয়মা নমায় ওনগনু হায়নাথৌদোংখিয়ে"—চায়।

**থৌদোন লোম্বা,** কৰিগুম্বা থবক অমা তৌবদা তৌরিবা থবক অদু লোইশিন্নকপা,—"চীংঙু থৌদোন লোমগে হায়রক্লে"—হিঃ হিঃ।

**থৌনাবা,—থবক** তৌবা,—"অবা হইরাং শোন্দনা ইতোম থৌনাজবনে"—পোঃ লু :

**থৌনি,** ঈরাং পূজা, থৌনিবা।

**থৌনিবা,** ঈরাং,পূজা তৌবা।

**থৌনিরোন,** ঈরাং পূজা, লাই থুরবগী মরম।

**থৌ নেকপা,** নেকপা,—"মোমনু ঐদি তমুম ননাই ওইগে হায়না থৌনেকপবু হোয় য়াংদ"—চায়।

**থৌ পানবা,** থৌনাবা, থবক তৌবা,— "হাওয়িম য়িমনাক চামা তাপাতা"—পাঃ নোংঃ।

**থৌবী,** চীংগী লোকমায়,— "শদু চীংলাইগান থৌবী লোকমায় হেল্লে"—নিংঃ লদু।

**থৌবী মরাক চাম্বা,** থুয়া পাবা।

**থৌমন লুরোই,** থবক কন্না তৌবা।

**থৌরম চিংনা য়াম্বা,** থবক য়ামনা কাংবা।

**থৌরম মতোন লোম্বা,** মথৌ মঙম পাঙথোকপা জোইবা, কর্ম্ম তোঙ্গ্রবা, "মরুদ্বীগী থৌরম মতোন লোমখরে"—মোইঃ নিংঃ।

**থৌরাংব,,** হোংনবা, তৌনবা লাক্লবা।

**থৌরো** বা কথোং, থবক শূনবা।

**থৌরৈ তেংবাংবা,** মতেং পাংবা,—"ইযোম মওদি

নহু নিংথৌ অশীবনা মালেম লৈশেম্বদু থৌরৈ তেংবাংলু-ও হায়না থৌশীখিয়ে"—সনাঃ লাইঃ।
**থৌরৈ তেংথনৌ নীংচুম্বা,** শুনবা য়োৎ।
**থৌরাম্বা,** মৈদিংঙু থবাম্বাবা,—"মৈতৈ নিংথৌ হেমদৌ ইরাম্বাবনা লিনশুরোন খুরোইঙবী পারচুনা পোকপা খৃঃ ১১৭৫দগী ১২৩১ কাওবা মৈতৈ নিংথৌ ওইনা পানখিবা মৈদিংঙু— "নয়োন মৈতৈ লৈমা লিনশুরোন খুরোইঙবী সনা লিজোইগী নম্বু মৈদিংঙু লোইনাই থবান থাবা-ও তৌনা কৌএ"— চাঃ লাইঃ।

**থৌশীখিবা,** থৌদাখিবা, পাথোন শীখিবা—"পাউ কৌথৎলুও হায়না থৌশীখিয়ে"—ধঃ লাঃনীংঃ।
**থোশিবা,** থৌদাবা, পাথোন শীবা,— "পোইরৈ তমদা তানা পম্বেংলুও হায়না থৌশীবাগীবু" — নিংঃ লম্বুঃ।
**থৌশীরকলবা,** থৌদারকলবা,—"যুমচিন কাকৈ থা শুমায় উরোং হিল্লুও হায়না থৌশীরকলবদা"— তুজেং।

# দ

**দাইশি,** দাই য়াদবা, তৌরুবা থবক্তা মায় পাকবা, দাও কাদবা।
**দাইহনবা,** খুথাবা, তৌরুবা থবক্তা মায় পাকবা।

**দাই য়াবা,** তৌরু তৌরুবা থবক্তা মায় পাকপা, চৈ কাবা।
**দাল্লী,** হূমগী অকোয়বদা হূদিবা লোয়গা (উথোজা)

মমগী চুরিপ্পা তাইনবা মকম, চৈথৈ, পনথৈ।

**দারীবান,** দারী মপান।

**দুহোন,** চাকচা হৈজানবা অমদি উৎসবনচিংবদা ঈশিং হোনবা অমদি য়েনবা মী।

**দেৱাল,** কম অমা।

**দোনা,** ঈশিংনচিংবা মহী লাওবা পোৎ হাপ্পবা লানা শাবা পাত্র।

**দোলাই,** লাই মশক নঃইবা অচৌ অশাং নৈমা নিংথৌনাচিংবনা তোংনবা মী মরিনা পুনবা পোৎ।

**দোলাইকুপ ফি,** দোলাই মথক কুপ্পবা ফি, মমাঙ-হৈদা ৱাহেংৰমদনা শানগ্নবা ফি জাৎ অমা,—"ৱাহেংবম নঙদি দোলাই ফি শাউ" – লোঃ শিনয়েন।

**দোলাই থানফি,** (মমাঙৈঙদা কাবাজমনা শাবা) ফি জাৎ অমা, দোলাইদা থানবা ফি,—"কাবা-জম নঙদি দোলাই থানফি শাউ"—লেঃ শিনয়েন

**দোলাই পাবা,** মী কৌথৎপা মী ফাদোক কা-জিন ত্তৌবনচিংবদা শীজিন্নবা খোঙলোই,– "দো-লাই পাবনা নিংথৌগী শঙ্গাই চঙফদে"—কমঃ।

**দোলাই পীবা কমল্লুপ,** "অঙোন নিংথৌনচিংবা গুরু পণ্ডিত, পুত্রনবা নোংথোনবা, লৈকাইরাকপা মরি, পানা লাকপা মরি, মন্ত্রী, সেনাপতি, কত্বাল, শঙলাকপা মরি, শঙলেন লাকপা মার, কৈরুংবাহনবা মার, শলুবা শঙলাকপা মরি, পানা হাজার মরি, কৈদা হঙবা, খোঙশঙবা হঙবা, থাঙবন চারবা মী, দোলাইরোই হঙবা" —কম :; "লোইদগী দোলাই পীবদি—চোপে খুল্লাকপদি মোংশাংগৈগী মথৈ তোংএ (মোংশাংগৈ ফাওবা তোংএ); মোইরাংগী খুল্লাক-পা লুপলাকপা অনীমক্তি লাংপোক ফাওবা তোং-এ" – কম :

**দোলাই ফৈনা তেংংবা,** লৈবাকী অগুপ্প রায়-তোঙ খমদোং, মানা দোলাই তোংদুনা অকা অকুম চংপদা কনাগুম্বনা ৱাকৎপদা অতৈগী মৱা ত্তাইদনা মতোমদনা লম্বীদা বা লোইশোকপা গুম্বা অচৌবা ফম্নাইবা।

**দোলাইরেং,** দোলাই পূবা মী।

**দোলাইরোই হঙবা,** কম অমা,—"মৈদিংগু থা-শেম্বগী খোঙলুপতি দোলাইরোই হঙবদি থাবমনে" কমলোন।

**দোলাই লেংজাউ,** পৌ য়াওদনা নিপা মরিনা পাম্বোমদা পুবা দোলাই— নিংথৌ মহারাণীনা তোংবা দোলাই— "মদাইরেম পোইরৈ লানমী অপৌবা পূমনমাদা লেপলৌ পরেংসিন লাইরেন মৈদিংগুনা দোলাই লেংজাউথক্তা চীংগু নোংথৌ সোরারেনগুম তুবী য়ায়দারাংনা"—ঔঃ গুম্বা।

# ধ

**ধনিরাজ,** হৈরোক খাংঙবোক অনাগী নিংথৌ।

**ধারা,** ঈ, মচা মশূ।

**ধুমেল** পুং য়ামনা যৈবা কুমৈ।

**ধুপ,** মেক্রুক।

**ধুপ কথি,** ধুপ, (মেক্রুক) থানবা লৈপাকনা শাবা পাত্র।

**ধুমকেতু,** থৱানমিচাক মমৈ পানবা।

**ধোপ পালা,** ঝাল থিংদুনা ঈশৈ শকপা পালা মখল অমা।

**ধোরী,** খুং মরী।

# ন

**নঙথক**, নহাক্কী ঙ্গ, নঙগী থারা।

**নখুঙৈ**, ওইরিঙৈ, অঙাং ওইরিঙৈ।

**নখুঙশু**, নহাক্কী খুংলাই,—"লিরুং নখুংশুবু লীয়ি খোঙ্গেল ডিংখৎলো"—লাংঃ শঃ থাবা।

**নঙমদম**, নথোয়াঙ,—"ইয়ু নোংয়ায় নঙমদম নথোয়াঙবু থাকনকয়োই"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নচি**, নয়াখা,—"নপন থাংগ্নিবনসু ইঙা লৌখোং থৈগুম্না থৈদোকঙৈদা নচি পাংথং অহনবগা য়ুনাউ-য়োম য়ায়মবগা অনীমক্কসু নপন ঐবু মীথাইএ, পলেম ঐবু মীয়ায়এ"—চেংলৈ।

**নচীং**, নমায়।

**নতাইলেম**, নদাইরেম, ননাই।

**নতিক**, নগুণ, নহাক্কী গুণ।

**নতিক নত্তবা**, নপা চাদবা, লাখা চাদবা।

**নতিক নপা নত্তবা**, নপা চাদবা,—"তন্খা নঙনা থাবা নতিক নত্তবা য়াংবা নপা নত্তবদা য়াংকোই-রুঙৈ"—পাঃ লাহেঃ।

**নতিনমেন**, নয়াথং,—"ঈপন কোলোয় নয়াথং সীতা নতিনমেনবু থাবিও"—উঃ (রাঃ)।

**নতুলোইনাই**, নতুরোইনাইদা য়েংউ।

**নতুপথাক**, নহাকনা তুপথংলবগী লৈহৌবা মথাক অংেখা।

**নতেনচা**, নহাক্কী তেন, নতেঙ্গা।

**নতোম**, নথন্দা, নদোম,—"য়োইহৈতোন তাউ-খিংমাংও লোইবী চীং কাকলেন অসিবু তুম্মী নতোম কাওমলোইএ"—তুতেং।

**নথংলেম**, নপুরোইবা, ননেম্মচা,—"নথংলেন ঐনা পাও য়ারকএ"—চায়।

**নথিং**, নবুং, নহাক্কী তাদা (মৃপীদা ঙাঙবদা শী-জিন্নবা।

**নথোমন**, নথোনা, নাতক নথোনা,—"নঙগী পাং-পন নথোমন লাংওন মীপোক অরুববু থঙনরগে" — চীংথং শাঃ কাবা।

**নদাইরেম**, ননাই,—"নদাইরেম কুবের চীনগোই ময়াথংবু মাঙক্দবনিগীনা"—উঃ (রাঃ)।

**নদাইরেম তয়ুম ইরাকমনা**, ননাই লাইরিক ইবা ঐনা,— ইবুংথৌ নোংথোয়েন পুমাবা-ও নদাইরেম তয়ুম চীনগোই ইরাকমনা লহান নোং হরিঙৈগী নয়ু মৈদিংঙু লাইরেন নাউথিংখোং মঙাং ঙম্বনা শেল্লোয় সনা চীংদা হুয়িন নোং, লংমাই তেংনা য়িমকাবা, নোংয়ায় লাংগোনশৈ, হুংবান নাউয়োক বাবু হয়া লাউনাশৈথিরক্কে" নাঃ ফঃ কাঃ।

**নতু তাংথাদনা**, নবুং নৌপা লৈ হায়বা মীথানদনা

**নতুনিংথৌ**, নৌপা।

**নতু সানথংদনা**, নবুং খঙহন্দনা।

**নতুরোইনাই** নৌপাশিং—"ইমোম নঙবু চেংলৌ কুইনা উদয়ে নতুরোই নাই (নতুলোইনাই) কোয়া কুইবীশিংনা চেংলৌ শক উরোওম্নু।"—কোঃনোংকাঃ

**নদোম** নতোমদা, নথন্দা।

**নদোম কোরৌ নোং ফংবী**, নথন্দা নোংথৌদা কাবসু ওখী।

**নদোম তোমশাৎনবা**, নতোমদা পোকপা,—"লাইরেন ইপারি মরিক লীকতোমপোক্কুম নদোম তোমশাৎনবা"—জিঃ চঙঃ।

**নদোম তোমশাৎনবী**, নথন্দা পোকপী, নাইতোম শাৎপী।

**নদোম শক্লা পালঙঅহিংগনো,** নথন্দা হান্না শিগন্থ নন্থ, ননেখোক।

**নন্থুংহৌবা** শাউবা, থারোবা,—"তম্ফা কোরৌ নপি তোনকুনো থাঙম নন্থুং হৌপিকুনো"—পাঃ নাহেঃ।

**নংলেমচা,** নপুরোইবা, নথংলেন।

**ননোংয়ায়,** নশু,—"লাইরেন ননোংয়ায় ঐবু য়োয়না থৌজান থাররোক্লনা নাউয়োকওন্মে"—নাঃ কঃ কাঃ

**ননোংয়াই চাউদবা,** চহী য়ামত্রিবা (চাউ শাং-ত্রিবা) নশু।

**নপল,** নপা, নবা,—"নশাবি অহনবা নপন্না নাউ-য়োক্তবু পুন্থুং চংবী লাকোন্নক্তা শান্নখিববু নিং-থৌ কনাগী মক্ত মওম শাশেনথনা পরে লামগা শা শমু ভুংপুন্থনা কাখিরে"—উঃ (রাঃ); নপন মৈতৈ-য়ৈমা খাবরোন নোংজেংশূনচিংনা নদাইরেম পোইরৈ থুনকাংথৌ তমম নাইবংথৌ পুন্নমকনা থৌশীবীরকএ"—নাঃ কঃকাঃ।

**নপল তাংশক্তবা,** নপা নমা লৈ হায়বা শীংখানদবা।

**নপন্না নাউয়োক্তবা,** নমা নপানা য়োক্তবা।

**নপল লম,** নঙগী পোক্লকম লমদম,—"লাইরেন ইনেম মচা নঙদি পোইরৈ নপল লমু ইন্দানখিগ-নো"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নপল সামদানদবা,** নপা নমা থঙহন্দবা।

**নপাচা নয়েন্থ,** নহাক্কী খারা নালা, নহাক্কী শাগৈ নাইন্ত,—"নোংয়ায় নপাচারা অদোম নয়েন্থরা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নপারি,** নচা নিপা,—"নপারি অনীমক্কী শমু মথুং-পাক্তা কন্নম নোংমল্লবনো ওন্থোকএ"—উঃ (রাঃ)।

**নপারি উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা,** নচানিপা অভোবা।

**নপারি উরেপ চান্না,** নচা নিপা।

**নপারি উরেপ চান্ন ওইবা,** নচা অিপা হান্না পোকপা।

**নপারি নদোম,** নচা নিপা, নচা নূপী।

**নপারি য়াকলেন তোংয়ায়,** নচানিপা য়ামমা।

**নপান্না য়ান্নীহন,** নচা নিপা অহন।

**নপিক্না,** নহাক্কী মরুপ, নমান্নবা।

**ন...নবা,** শাউবা, কুক্কাইতবা, থান্না পুক-

লোবা,—"তম্ফা কোরৌ নপি তোনকুনো"—পাঃ নাহে।

**নপী,** নহাক্লা পিকলিঙৈদা নহাকপু ভাকপি শেনবিবা নূপী, নহাক্কী য়োকচবী, য়োকচা।

**নপুম,** নহাক্কী মামা,—"নপুম নোংয়ায় চাউবা পুংদা য়াংগোইমক্লকও"—খুঃ কংলৈঃ।

**নপুরেম,** নবুথৌ পুরেন।

**নপুংয়ায়,** নরৈবাক, নহাক্কী লৈপাক,—"নোংয়ায় নডোন্দা চাকতাংগে হায়বগীবু অদোন নপুংয়ায়বু ইন্দাক্লকপনে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নপোইরৈ,** নরৈপাক, মরম।

**নপোইরৈ চিন্থুম চিনবা,** নরৈপাক (মৈত্রবাক) পানবা ওমলোইদবা,—"চকপা নমলাং মাইবীনা মং পোংচাদং লুদা খোংনা সনা খোম্মদোন অভোনবা নঙবু নপোইরৈ চিন্থুম চিন থাঙম মংন্থুম মংলে ভুবী নকোন মুংগীবু কারকলো"—মুং:কাঃ।

**নপোক খোয়রা য়াক্লকপা,** নপোক করকপা।

**নবিঙভা,** নখোয় অনী;—"নখিঙভাবু অচাউ লেপকাত্রিঙৈদা পাংগল নতিক লৈবগী ইপা ইচা থঙনদনা লাংগোই মঙমশাগীদমকপু হয়েন লান শোক্লকইএ"—উঃ (রাঃ)।

**নমকক,** নম্না, তৌরবা য়ানা, ওইবা য়ানা লৈবা।

**নমথাং,** ইন্নফি, ফুরিৎ।

**নমথুন তানবা,** কোয়ন্তান তানবা।

**নমঙা,** নংগন্না, ভাকম,—"২৫ নি লগোনসেন্দা শ্রীমৈদিংঙু চিংলেন নোংত্রেন খোম্বা মহারাজনা খিপুমৈগী পুত্রা মপান ঈশিংখোং পুত্রী মপান্তা খুত্তা অমা নমঙা ১ নং ২মানা খুতাতা শ্রীমহা-রাজগী খোংকুন য়েকএ—নমঙাতা নোংশা শনথৌ ২মা য়েকতানা"—চৈঃ কুম্বা।

**নমথাক,** মীনবা, লৌনম, উৎপাৎ, মীনম শোক্লী।

**নমঙালে,** লাই হরাউবগী ঈকৌন্থনা লাই লৌ-থংপা লোইরগা কমদেংলিবা লাই মথৎয় হাপল-পা মাইবীনা লাইন্নিংথৌগী লৈয়োম থোকপদা গুলগী লৈ লাংথৈ মপোপ মঙা অদু কমদেংলিবা লাই-য়িংথৌ লাইরেম্মা অনীগী মরক্তা থমই, মাসিবু নমঙা লৈ কৌই।

**নমঙানবা,** নংগন্না ভাবা,—'কেগে খোর লাংমৈং-রেমগী তিমেন মথুৎশূনা কেন্নবদি নোংয়ায় হৈরেম

অথোৌবগী উনবী থঙ্গুং থীংনা ককলৌ শেংশৌনা লাইজা নমঙাননা লুতুরে"—শলকাও।

**নমথাঙ,** নুপীগী ইন্নফি,— "লাইরেম্মগী কৈজারে-থাং খৌচোন ফুরিং, শারোং নমথাং"—ফবাঃ।

**নমদা,** নংগন্দা।

**নমদা পোবা,** নংগন্দা পোবা।

**নমদা হুন্না,** ফুংদা হুন্দোকলমতুনা, থাদোক্কুনা, হুন্দোক্কুনা।

**নমদা হুনবা,** ভুংওইননা থন্বা, হুন্দোকপা,—'লাই-রেন মৈদিংঙু লংমাই তেংনা রিমকাবদি লিনরাই ঊসমথৌনা লংমাই নমদা হুন্নমলে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নম্না নম্না,** মথং মথং, থংন থংননা।

**নমপোক,** মকোক থোংবা ফম।

**নমপোক চৈথং,** মথং, মকোক্তা হেক থংনবা ভম থং,—"নদাইরেম ঐদি নমপোক চৈথং ওয়রম থিন-গে"—খঃ থাঃ ছিঃ।

**নমপোক থিনবা,** লোয়শঙগী মকোক, ফমগী মকোক

**নমশা থিনবা,** চন্দন থিনবা,—"নমশা চন্দন থিন-ববু চন্দন মায়খোং লৈতেং হেন"—দাঃ কঃ।— "লৈপাক থরা লোরগা নমশা ওইনা থিললু"—লৈঃ নাউঃ।

**নমহুক নমশেন্নবা,** পৌণা বাশাদবা, নাচুংদবা লাইরেকপা, বাওহ থৌওইদবা।

**নমান,** নকু, নকুবোক,—"নমান ঐঙোন্দা ইন্দাল্লহঐ"—উঃ (য়াঃ)।

**নমাল মচা,** নকুবোক্কী মচা।

**নমাক্লহে,** নহাক্তা মান্নবা।

**নমু,** তাইবং মী, মীওইবা, 'নমু নিংজেল হুদুদি লাইশোন হীদাক চঙকদে ওষোকএদে"—কুমদনশে; "নমু মীচমদি ওইডম্লোইএ"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**নমু খোঙকেন থৌবা,** লান ফমা শোরবা মী, লান্দা থৌবা মী।

**নমু তমবা,** মী, নিপা।

**নমু তাইবং নোংশাপান,** মীওইনা পোকলরবা মী।

**নমু তাইবং মালংপান,** মীওইবা, মী ওইনা পোকলিবা।

**নমু তোংশা,** মীগী মতোং, মীগী শকুম,—"নমু তোংশা শেংনা ঊথেং থকলরে"—হে০।

**নমু মুজা,** নুপী।

**নমু পোং,** তাইবং মী,—"মালেম লৈকোয়রেন্দা নমু পোং নিংথৌবু ওইহনগে"—পোঃ লুঃ; "নমু পোংলা খোইমোম লাইরা"—পঃ লাইঃ নীঃ।

**নমু পোং ওইবা,** তাইবং মীওইবা,—"নমু পোং ওইবা পুন্নমাহুঙ থবায় অমম্ভনে হায়না নিঙ্গেঙনে"—শাঃ লাই।

**নমু পোংচারী শমথরকপা,** মীরোন মথং মথং শমথরকপা,—"পোইরৈ ৱারমলেন অরুবা থায়না মালেম লৈহৌডৈ য়েনহৌ খেইরা অহানবা নমু পোং চারী শমথরকপা পোংথাং চারী তত্তবা"—

**নমু পোংথং লেংনা থেংতমলকপা,** মী পোলকপা —নাঃ কঃ কাঃ।

**নমু পোংথোক,** তাইবং মী থোকপা,—"য়াবা কোংথাং শাগী নমু পোংথোক মথংলেংনা থেংতম-লকপা"—লাংলোন।

**নমু পোংথোকতম্বা,** মী শেম্বা।

**নমু পোংথোকলকপা,** তাইবং মী থোকলকপা।

**নমু পোংনাউপঙ,** অপঙবা মী,—"নমু পোংনাউ-পঙশিংপু থরাম্নয়োইয়েকপিরুও"—পঃ নোঃ।

**নমু পোং বরাজ অতনবা** নিপা অতনবা।

**নমু পোংবু খজিকপা,** মীনা মান্ন (ওইনা) উবা।

**নমু পোংমহন,** মী ময়ামগী মরক্তগী অথোইবা।

**নমু পোং লমচৎ,** মী চৎপা শাজং,—"খোয়ম সনা থুয়ারেন থম্বাস নৈঙাং লৈগুম্ববু তাংজা লুনা খোংনা তাইবং নোংশাপানগী নমু পোং লমচৎ" —লাংলোন।

**নমু পোংলেপ ফাবা,** মপুং মরৈ ফানা চাউবা, চাউরক শাংলকপা,—"নমু পোংলেপ ফানদি চাউ-রকলে দে"—কুমদমশৈ।

**নমু পোং শেম্বা,** মী শেম্বা, মী শাবা।

**নমু পোংহনবা তাইবং সেংন্নারেন,** মৈথৈ নিংথৌ, মৈতৈ লৈমাবা।

**নমু পোং হাঙদবা,** মী পুন্নমক তেক্ত ফায়দনা পানবা।

**নমু ফমলম শীনবা,** মীবু ৱাতেম্বা, মীগী মরাইবক অফ ফত্ত নোংদম্বা,—"কোরৌ নোংদোন হুনবা নমু ফমলম শীনবা নঙৈনে"—চোঃ থাঃ পাথং।

**নমু মীতমথি,** কত্তবা মী,"পলেম নমা ঐদি নমু মীতম থি পূকনীং মকিং নাইবা, নমু লিংজেন কত্তবশিংগী মথূৎপাক্তা চল্লে"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**নমু মীমচম,** অচমা মী. "চীংঙু গোবিন্দ থোই-থোইবগী লোয়না মপাতাউনে, নমু মীমচম্ নত্তে" —লাংঃ শঃ থাবা।

**নমু মী মপঙ অপঙবা.** মী অপঙবা, জ্ঞান তাদবা মী; –"নমু মী মপঙ অপঙাগংগা কৌশিং বা তাম্নবদি ৱারম মতিক ওক্তে"—লাঃ শঃ থাবা।

**নমু মীরৈহৎ,** কত্তবা মী ; –'তাংজা লিন মিং-নাইবা ঐখোয় নিপাসমাদা নত্ মীরৈহৎনা থৌরম ঙমজনবব্ ৱাহমনোংদা"–পঃ সঃ যজ্ঞ।

**নমু মীরোল.** মীরোল, মীগী চৎনরোল ;— "কাটি লাংশে ই মপিচানা লাংগোই পচাউবব্ শামু মরিল ঙমংতে নমু মীরোল নমদতে" লাংগে ন।

**নমু মীশুংনাং,** মীগী মৰংগীমমক।

**নমু শকখং য়োল্লবা** মী মশক খঙদ্রবা।

**নমোম,** নচা নূপী, –"নমোম চীংঙু লাইবক থীবিবৃ" –উঃ (ৱঃ). নচন নূপী,—"নমোম ঐস্নুঙ তুবী থিংলৌ পঞ্চোংলম লাইরেন পল্লিৎকম্ খঙ-লোদে"—নাঃ কঃ কাঃ।

**নমোম লাংলেন,** নচা নূপী।

**নমোম শয়েং কাইগুম্বী,** নচানূপীগুম্বী।

**নরনকু** নখৌজান, নহাক্কী থেংজাল।

**নরাই লাংবা,** নমায় মাযখেৎ মকা লাম্বা, –"তুবী নচী হেল্লা লাইরেন নরাই লাংলকলে"—সনা লম।

**নরান. নরাল,** নহাক্কী লাল, নহাকনা লান্দা ঙম-লবা (কারবা) মী;— "পাথৌ পুনশি অকা ও অসি কোরৌ মুমিংমাদি হুয়েন নরান ওইরে"—চায়; নয়ূম. নহাক্কী যূম. – "তুবী নঙ কম্মোহনিংতা কমাংঙনে কল্লংমৈদা তাংঙেন, নরান য়াঙনা পোইরৈ থুন কারকও"—নাঃকঃ কাঃ।

**নরাম,** নহাক্কী অবোনবা, নঙগী অশোয়বা।

**নরান ৱাইওংলকপা.** নয়ূমদগী থুনা কারকপা।

**নরানম্নায়,** নয়ূম, নহাক্কী যুম।

**নরাল,** নরান্দা য়েংউ।

**নরিগবনো,** ওইরিগবনো, –"নিংথৌ কনাগী মচা নরিগবনো"—ধঃ লাঃ নীঃ।

**নরিউৱনে,** ওইরিউৱনে,—"নাউবা অথুবা অসিবু ইপারি শেনবা মমাবকো মাদ্রে, পলেম মমানা থৌ-তিকথোনবু নরিউৱনে"—খুঃ কংলৈ।

**নরিবা,** ওইরিবা।

**নরিবোই,** ওইরিবোই, তৌরিবোই।

**নরিবোই,** ওইরিবোই, তৌরিবোই।

**নরী লাচৎপী,** মকম থুংমক ইমৌ য়ৌবী।

**নরুম,** নতু, –'পারি অৱাং কোবা মপুনা নাউ-য়োকপবু মোমহু তালোয় নরুম করম ওইরবনো ? পোঃ লুঃ ; "নরুম নোংবাল্লোন ঐনা ইপন ৱারক-পবু ঙমদরে, ইচু থৌখৎমহুঙ ঙমদরে"—নাঃকঃকাঃ।

**নরুমপান,** নহাক্কী নপাল, নহাক্কী নরুম থূপ্পা,— "নদাইরেম ইথোয়না নিংথৌ নশানৌবু পাউ কৌ-রুবদি নিংথৌ নরুমপাংগী—ধঃলাঃনীঃ।

**নরুম্বী,** নতু ননাউ ইবেম্মা, নঙগী তাল্লোয়

**নর চা,** নঙগী নরুক, নরুক।

**নশ ইকোন,** নবম, নয়ূম —'নংগো য়ায় ঐনা ইমু খোজান হৈবা নঙগী মংবান নয়িমনাক লুৱাং নশাইকোনবু ইন্দাল্লকপনে"—না.কঃকাঃ।

**নশ নৌ,** ননাউইবেম্ম, নতু — 'ৱাবন পূকনীং মাংবন চণ্ডংদবী লক্ষ্মী শোককরবী নশানৌ সীতা লাই রম্মনে" উ; (রাঃ)।

**নশানৌ লৈরাং অতোম্বী,** ননাউ নূপী অতোপী, —"চবৈ কি পীও হায়রবদি নশানৌ লৈরাং অতোম্বীবু পীবম্মো হায়থিম্রে" - চায়।

**নশাবি,**– নম থা, নশাবি নোংয়ায় চাথা মোইরেংগী তাল্লোয় মরুম্বীনে" – চায়।

**নশাবী,** নতৈমা,, "নশাবী সীতা ইশানৌবু মংশি পূকনীং কাউঙমদে" – উঃ (রাঃ)।

**নশা য়াম্বা,** যেক্লগা য়াম্বা।

**নশুংহৈ,** নঙগুম্বা, নহাক্কুম্বা।

**নহম্লোং,** মমাউঙ, থায়না।

**নহাম্লোং,** মমাউঙ, থায়না।

**নহান নোংগীবু লৈয়ে,** মমাউঙদা হায়খিবা বা লৈ।

**নহাম্লো হুয়িউৈগী,** মমাউঙগী, অহুউৈগী।

**নহুইরোই,** নচন, নৌপুরাগী মতু, নমৌ।

**নহুইরোন,** নমৌ নূপী, তম্পা নহুইরোন কোরৌ অরাংপীতী অঙানপা মুমৎ মাথোয় কমনা থাচা পূকলেপনা থৌথাপী কোরৌ নোংপু খোনপী মালেম লৈপু লুম্পা মালেম লৈমা থঙজী কোরৌ নোংদা উতপীনে"—পাঃ খোঃ।

**নয়ানখাক,** নহাকনা য়ানবগী মথাক।

**নয়ু,** নবুধৌ, নপু,—"নয়ু ঐগী বাকয়ৈ ইথুনেৎ তোংজেং ইমুং চণবু ওইনবা কৌবা ইঙেন চীংদা কানা ভন্না অণনবযু হোইথিরু ও"— হিঃ হিঃ; নবেন, নবেম্নৌ,—"পাম্নি শেনবা মমাবা-ও নয়ু হন্নু মমাই কারবী অসিবু"—খুঃ কংলৈ।

**নয়ুরেন,** নবুধৌ।

**নয়োন,** নবেন,— "নয়োন মৈতৈ লৈমা নোংবায়োন ভৌগাইওবী পম্মৌ মপাপোকপু সনা লাই হুইবদি কনানো ?—চাঃ লাইঃ।

**নয়োনলেন,** নবেম্নৌ।

**নাই,** মীনাই,—"ফোপোং ১৫ না নাই অমা থঙেও' —চৈঃ কুম্বা। – "নাই চেনথিবদি মফমদা খোঙুনদা শোন্নো থ্‌না হল্লকপনে"—লৈঃ নাউঃ।

**নাইখুরাকপা,**—কম্নাইবা অমা, ফম অমা, নিংথৌ পোংবা অমা।

**নাইখু শঙলাকপা,** ফম অমা;—"শঙলেন লাকপা মন্নিমা, কৈরুংবহন মার, শেলুংবহন মরি, নাইখু শঙলাকপা মরি, পানা হাজারি মরি ফিদা মথা ফিবোং অশংবা, কাইশেন না পানবা থাউপোত্তা নমহুনা ওক্লা য়াম্লুনা পুইএ" - কমঃ।

**নাইচা,** } —কারে, অহল্লুপ নাহারূপ পানা,— খুঞ্জা
**নাইজা** } , নাইজা অনীমকপু পানা কৌএ"—
—মশিম।

**নাইজা রুপমা,** অহল্লুপ নাহারূপ পানাগী মী পুন্নবক য়াওনা।

**নাইন্তু,** পাঙস, মলোম থবা, পুক্তা বকশি থবা।

**নাই ফুংগা,** মীনাই মতৈ মনাউ,— "নাই ফুংগা অমা পীএ"—পুরার।

**নাউ,** হিনাউ, বাকয়ৈ নাউ,—লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা বাকয়ৈ লুবু পায় তোংজেং নাউবু নাম্না পায়মাঙুংদা নীংথনথিয়ে"—হিঃ হিঃ; লেংবান (মোইরাংনা হায়নবা),—কেগেনা তেংথানা মোইয়াংনা মিকৌনবদি লেংবানবু নাউ-ও কৌএ, শমু মরেংবানবু পায়না —মিকপথিএ, অদু নোংগীবুলমলেন নাউরেংপাই লেংপাই লম্মহন কনশোই লৌতাই চীংও তৌনা কৌএ"—মোইঃ নিং লম্বুঃ।

**নাউইবা,** পোকপা, নাউম্নিবা।

**নাউকম,** লাইবংথৌ অমগী মিং,—ওদগী নাকোং ওয়দগী নাউকন থোকও, "থ্বাইরাকপদি নাউকম্রে" —কম।

**নাউকম থোম্ন্রেনবী,** চাবোকপগী মাইবী।

**নাউকমবা,** নাউয়োকপা।

**নাউকনবী,** অঙাং পোকপী।

**নাউকোনবা,** অঙাং য়োকপা, অঙাং কোনবা।

**নাউথম্বা,** মৈতৈ নিংথৌ কাউথংবনা লাইতোংহন পায়দুনা পোকপনি, কাউথংবগী মথংদা নিংথৌ ওইদুনা খুঃ ৪১১ দগী ৪২৮ কাওবা পানখি,—'নয়োন মৈতৈরৈম্না লাইতোংহন সনা লিক্তোইগী মৈদিংগু নাউথম্বা-ও তৌনা কৌএ"—চাঃ লাইঃ।

**নাউচনবা,** অঙাং ওইথিবা।

**নাউচেনরাই,** মরুম থুবা।

**নাউচিঙলেন নোংত্রেন খোমপা,** মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী মিংহুন অমা,— "লাইরেম মৈতেংগু নাউথিংথোং নোংচুপ মঙাংগুবগী লাইরেন কোলোয় মমিং লেনগা ময়ু লাইরেন মৈতেংগু লোইনাই চীংথংখোম্বা লোইবী সেকপাগু ওদগী কোলোয় মমিং লেনপা লাইরেন মপা মৈতেংগু তুবী চিঙলেন নোংত্রেন খাকপা নোংশীংচঙকুবগী তুবী কোলোয় মিংপোং কবা লাইরেন মৈতেংগু নাওচিঙলেন নোংত্রেন খোমপা"—নিংঃ লম্বু।

**নাউতম ফিশাবা,** ফি শাবা।

**নাউথাক্কবা,** অঙাং থাক্কবা,—'নপারি নাউথাকনা নমোম নাউহম্নন! লৈরমও"—জিঃ চঙঃ।

**নাউথিংথোং,** মৈদিংগু উরাকোম্বোবনা খাবরোন নোংজেংশু লৌদুনা পোকপনি, উরা কোম্বোবনা শিরগা মহাকনা খুঃ ৬৬০ দগী ৭৬৩ কাওবা নিংথৌ ওইখি;—"নয়োন মৈতৈ লৈমা খাবরোন নোংজেংশু সনা লিনগোইগী নয়ু মৈদিংগু নাউথিংথোং মঙাং ওবাও-ও তৌনা কৌএ।"— চাঃ লাইঃ।

**নাউথেম্বা,** অঙাং থেম্বা,—"নপারি শিরি শিরাবযু হয়া-হ নে নে নাউথেমখিএ"—চাঃ লাইঃ।

**নাউথেমরাক,** অঙাং থেম্বদা শকপা ইশৈ, নাউতম ঈশৈ,—"অঙাং নাউথেমবাক্‌ম তেংথাজয়কে।"—
ধঃ লাঃ নীংঃ।

**নাউথেমশৈ,** "নাউতম শৈশৈ, অঙাং থেবদা শকপা শৈশৈ,—"নপম ঐনা নাউথেমশৈপু শৈহৌরক্লে"—মিকৌ।

**নাউত্তা,** নাউদা, অহনগী থাগ্না (ঈ) নত্তবা।

**নাউদা,** মনাউদগী তাথরকপা ঈ, অহনগী থাগ্না নত্তবা মনাউগী মচা মশূ, পিবা নত্তবগী কাত্তবু, "পিবা নাউদা মচোই মচোই থত্তদরববু মরম অত্থদগী অময়ক হয়া পানহল্লগে হায়না সনা পূকনীং থল্লদুনা কাঙ্কিপুরদা শক ১৭৫৫ ইতা থা তরানি পানবা সগোলসেন হুমিৎতা ইবা হৌরবা"—কংলৈঃ।

**নাউদা পিবা,** পিবারেন অমদি পিবা য়াংবী নত্তবা কায়নগ্রবা শাগৈ অমগী পিবা।

**নাউদা য়াম্বা,** থারা নালা য়াম্বা, মচা মশূ য়ামবা।

**নাউনৌবা,** পোকপা, অঙাং পোকপা, অঙাং উনবা,—"লঙ্কা লান শোক্লভৈদা রাবণ নিংথৌরেন পানগনবা ব্রাহ্মণ শাগৈরেন্দা নাউনৌববু শমু ইথুৎপাক্তা মোংমল্লে"—উঃ (রাঃ)।

**নাউপুবা,** মীয়োনবা, গর্ভ লৈবা, মশা বাই শংদবা।

**নাউপেংবা,** অঙাং উনবা, মচা পোকপা,—"য়াওবা মশীংসু লোইদাম থাবু ফায়বসু মোংবা শায়োং লপয়ান কাদা নাউপেংলকপরা নাউপেংলক্কে"—নিঃলম্বুঃ।

**নাউফংবা,** মৈতৈ নিংথৌ নাউথঙ্বনা (খৃঃ ৪১১-৪২৮) য়োইকুমলোন য়াওরৈবা চহু লৌদুনা পোকপমি, নাউথঙ্বনা নোংপাবদা মৈতৈ নিংথৌ ওইদুনা পানখি (খৃঃ ৪২৮-৫১৮);—"নয়োন মৈত্রেমা য়োইকুমলোন য়াওরৈবা চহু সনা লি ঙাইগী নম্বু মৈদিংঙু লাইরেন নাউফংবা ও ভৌনা কৌএ"—চাঃ লাইঃ।

**নাউমৈ,** হিনাউ।

**নাউরৈথু,** কণ্বী,—"কণ্বী নাউরৈথুনা খোইজু তোলোং মৈ,'—মৈঃ তেংথা।

**নাউবা,** অঙাং, নাহা'—"লোইদাম থা অনী তুয়ে; কোল্লোয় মমিং থোংবু নাউবা কৌএ"—মিকৌঃ।

**নাউবা অথুবা,** অঙাং অপিকপা, নাহা;—নাউবা অথুবা অসিবু ইপায়ি শেনবা মিমাবদো মাল্লে"—খৃঃ কংলৈঃ।

**নাউবা খোয়রিলবা,** পোকমিন্নবা।

**নাউবা খোয়রেম্বাঙ,** থাঙ মচা।

**নাউবা নথুঠৈ,** অঙাং ওইরঠৈ,—নাউবা নথুঠৈগী মথৈ নদাইরেম ঈখোয়বু য়াথং অথা হায়দনা নঙনা পোকপা নচাতম লাংগোনবিবনে"—থঃলাঃ নীংঃ।

**নাউলবা,** মশা শোনবা।

**নাউশুম্বা,** থেমত্থনা, তুমহনবা,—"পলেমনা নাউশুমলিঙৈদা লৈফাঙ্গ কৈদা পানশঙ লানবনে?"—হেজ।

**নাউশোলপা,** পোকপা,—"কৈ নিংথৌনাতি নাউসোংফমনে"—কৌঃ লোঃ।

**নাউহম্বা,** অঙাং থেম্বা, থাকপা, পীজ পীথকপা,—"পম্ভৌ লৈরাং মতম মানবা নথোয়গী তরা চানিংথাকপু পায়ি নাউহন্নবা তরা চাকনিগে হায়না লাকপনে"—থঃ লাঃ নীংঃ।

**নাউহিং শানা লোনবা,** নাউহই লোনবা।

**নাউয়ামবা,** পোকপা।

**নাউয়াল্লবা,** মপূক ফংলবা, গর্ভ লৈরবী।

**নাউয়োকপা,** য়োকপা,—নপমা নাউয়োক্তববু পুম্বুং চংবী লাকোল্লক্তা শায়খিববু"—উঃ (রাঃ)।

**নাউয়োকফদবা,** অঙাং য়োকপা ওমদবা।

**নাওাজংলেম নোংদ্রেন খোম্বা,** চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী কম্বান মিছন,—"খুমুজাম্বা থাকম শেলুংবহন পণ্ডিতনা হনবা ......শ্রীযুৎ সনা কম্বাল মিং নাওজিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা হায়না হুল্লে"—চৈঃকুম্বা

**নাক,** নাকন।

**নাক থেংবা,** শেল নিবা'—"য়াম্বা মহুয়ে চংলুসি নাক থেংলুসি, লৈতে হুংদে হায়গদ্রু, তয়েং শেদাওহুংদগী শে শে লাম্বোকউ"—লাই নাকথেংবা।

**নাক তাঙবা,** নাকন্দা তাঙবা।

**নাকতৈমাদ,** নাকন অমাদ।

**নাকথং** হকচাংগী নাকন।

**নাকথা লৈমা পাউয়াপী** লাইয়েম্মা অমা;—"কয়েপ লৈমা লুচাউপী নাকথা লৈমা পাউয়াপী"—পাঃ নোংঃ।

**নাকম** নাক।

**নাকন পাউথিম হোয়াবী,** মীগী মবা তাগনবী।

**নাকনফু** নাকন্দা হোৎপা।

**নাকপাক,** নাকন।

**নাকপান,** নাক।

**নাকম্বোং,** কম্বোং।

**নাকজু কিরাক থোইবা,** মীয়োনবা, গর্ভ লৈবা।

**নাকল্লু কিয়ানবা,** মীরোনবা, গর্ত্ত পুবা, গর্ত্ত লৈবা, নাউপুবা.—"হৈরাঙ মচা য়ান তাউজীং মক্ক পল্লা নাকলু কিয়াল্লে"—ধঃলাঃনীঃ।

**নাকলো,** নাকন,—"শঙাই নাকলোশিনবু নীংথি পুকনীং হুবা"—ধঃ লাইঃ নীং।

**নাকা লাম্বা,** মৈদিংগু ঊরা কোম্বোবগী মিং-থোং অমা,—"নাকা লাম্বা-ও তৌনা কৌএ"—নিংঃ লম্বূঃ।

**নাকোই কাওবা,** লু খোইবী।

**নাকোই কাওবী,** লুখোইবা।

**নাকোংগী মকে,** নাকোং নপথী —"নাকোং অনী-মাকি মকেনা য়াই ওই ও"—খুঃ লোন।

**নাকোং য়াপৈ তাবা,** নাদা থৌওইনা তাবা।

**নাকোং থোঙজাউলেন,** নাকোং.—"মোরি কৌ-শিংবগী নাকোং পেগুকান্দলেন্দা লাবন পোইয় লোন্দাননা পাউতাক লিরমলবগী"—মোইনিংথম্বঃ

**নাখাই,** ঈরাং পুক্তাদা পীজিল্লবা পাম্পী মখল অমা।

**নাচংদবা,** থবক ইথং নিংথিনা তৌদবা।

**নাচুংদবা,** বাঙই থৌওইদবা, মীনা হায়বা থৌ-ওইনা তৌদবা, থৌনা বাশাদবা, নাত্রা শেন্দ্রানদবা।

**নাচুং ঢৈবা,** য়ুংশিনবা।

**নাচুম্বা,** মনা য়ামনা পুংবা,—"তল্লা য়াংস্ত নম-জাউথোইবা থরোয় লুরাংবনা কাওমদা, য়োংনাউ শাথিবনা তনঙমদবা তল্লা উনিংথো নাচুম্ববু লৈনা শানল্লোক্লবনিগিনা"—হিঃ হিঃ।

**নাতক নামেনবা,** তাং তৌবা।

**নতং,** ঈরাং থৌনি নাইংবনচিংবদা পীজিন্নবা নাপী জাং অমা।

**না তাবা,** তাবা।

**নাতৈ কাওবা,** হাংদোকপা,—"কেগে খুন্দিনবীগী লমদমদা শরোয় চম্ফুমাথোইমাবু ওক্লদুনা য়াইগী থবায় লোগে তাল্লবলে ইশানৌ থোঙলেন নাতৈ কাওলো চারগী পোরোন শংলো"—হেক্ত।

**নাতৈননা,** ওমলোম্লনা; ময়া নকনা, মপা ওইনা, চপ চানা,—"লমলেন লিনোং শাহৌ পাংপু ওম-লোন নাতৈননা নোংয়ায় লমশাং ইল্লা হুয়েন লাঙেল্লকপবু"—নাঃ সঃ কা।

**নাতৈনবা,** থংনবা, নক্লবা, মপা ওইনা, মপা য়ৌ-না, ওমলোনবা।

**নাতৈনরকপা,** মনাক নকনা লাকপা, মপা য়ৌ-রকপা, ময়া ওইনা লাকপা।

**নাতোন কোরী জাপোমথোং,** নাতোন তাবা, —"মথংলেন নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী নাতোন কোরী নাপোমথোং চীনবান মোইগাইয়াং মিংথৈ নাশংতান পুক্লং লেপ্লান থোংবু চুনা মাল্লে" —চায়।

**নাথংনবা,** নাদা চিনবা, নাদা য়ানবা।

**নাথং লোনবা,** থুংপায়কম মনা পানবা।

**নান্দেবা,** নান্দেবম য়ুমনাবা ওইবা নিপা; লোয়শঙ অমগী মিং।

**নানবা তেমচিংলোন,** ফি শাবগী তেম থেংবা।

**নানিরোংবা,** মনা অনী লোওবা।

**নাপা** ন;—"নাপা লোনহায়ননা ব তাল্লগিয়ে" ধঃ লাঃ নীং।

**নাপা চীকথেল্লনা** চীকপ্লন, তুমিন্না বা হায়নবা, নাকোংদা তুমিন তুমিন হায়নবা,—"অঙখ্বশিংনা কোল্লা নাপা চীকথেল্লরবগী"—উঃ (বাঃ)।

**নগান হাইবা,** নাক হেং য়াম্বংপা,— 'লুরাং মম ইবনা থাংলেন নাপান হাই কজেং য়োংংক চন্না"—হিঃহিঃ।

**নাপা নারুম কাওবী,** লুখোইবী।

**নাপা লোনহায়নবা** চিকপক চিকপক বা হায়ন-নবা, নাকোংদা তুমিন তুমিন ঙাওনবা,—"নাউবা মথোকলকপা পাখং উরাংদৈ খুাংনোবশিংনা অনী চীনওকনা অহুম চীনদিল্লনা নাপা লোনহায়ননা বা তাগ্নথিয়ে"—ধঃ লাঃ নীং।

**নাপা শিনগুরেন,** মনা হুংপা।

**নাপা শেন্দনবা,** মীনা হায়বা বা থৌওইনা তৌদবা—"মথংলেন থাঙরিন্দম্বু মপারি অনীমা-না হুও নাপা শেন্দাননা মিংমৈ হাইনা য়েংদনা হুন্দাল্লে"—চেং লঃ।

**নপ্পা,** শেমজিংবা, মেরামত তৌবা, লৈপন নাপ্পা - লৈপন শেমজিনবা।

**নাপন,** গপ, চাউথোকপা, ফত্তানি।

**নাপন থেইনা পানবা,** মানা মহেল্লে হায়না খন্দুনা লৈবা।

**না পানবা,** মনা পানবা, খুংনা য়াল্দুনা পুনবা পায়কদ য়াওবা,—"কাইশেন না পানবা খাউপোম্বা

নমতুনা ভক্তা য়াম্লুনা পুইএ"—কমঃ।

**নাপী,** শিন, ভাংজা, মৈতৈপী ঈরাৎ পূজা নাহৈং-বনচিংবদা পীজিন্নবা অপিকপা পাম্বী মথল অমা —খাসি য়েনম মাকুপ্পা অমদি কুন্দাবৈ অঙাঙ-বগী মনা হাইরপ মাল্লি—( শরাং লৈশাংথেমগী নাহৈবদম্ব পীজিবৈ),।

**নাপু মীশেন,** নাহৈবদা পীজিন্নবা পাম্বী মথল অমা,— "পুংফই তোল্লোংবা লৌহিং নাহকপা শিদা নাদা লৌত্রে চাত্রে নাতং নাখাই নাপু নাশেন নাপী পীবী উখোক তাংমবেন য়াওনা হুমিং মচুপ শাংবিবু তম্বিন্নবদা হুমিং লু-ন্নকলে থবি মমায় পাল্লকলে"—মুঃ কাঃ।

**নাপৌ,**—পোৌরোন।

**নাফ ন থাঙ,** নাপী ফাদোকপদা (হাইদোকপদা) পীজিন্নবা থাঙ, "লৈশং মবোং মরি লৈতৌ খোং অমা নাকান থাঙ অমা" চাংঃ লাইঃ।

**নাফা নিকপা,** থংপেক থবা, ভৌনিঙাই লৈ-ভবা, পাম্বে লৈত্রবা, কিবা,— "শেলোয় নাফা নিক লংমাই শিক নিকনা হুযেন লাংগা মাঙলে"—নাঃ ফঃ কাঃ।

**নাকাল হ ইবা,** নাপী হাইদোকপা।

**ন ফুং** নাপী পুন, হারু নৈবা।

**ন ফুং লৈনা থাবা,** লৈপাকা নাপীনা থাবা।

**নাবা,** লান তৌশ, তৌবা, "শক ১৬৪৩ লমদা থাদি িংখোকাবন হল্লে · ··· উশবা শেংলুংবা কোপেংচিংনা শমশোক নাবা চৎলে"- চৈঃকুম্বাঃ।

**নামতা,** চন্দন।

**নামতু** তুরেল ( থুমন্না হায়নবা ),—"নোংমাম পূন্না হুপ অদোম পাকনা ভাইনা নমু মীয়াম তিন তুরেন নামতু মরিন থম্না অদোম কংলে মশুমঙদা লাংরেন মৈদি ঙবু মুংশি থোকাডখিরঙেনে হায়না মীকপ্পরোঁএ"—নঃফঃকাঃ।

**নামতুপ,** ঈতুপ।

**নামতু মরিন থম্না,** তুরেন মরিন থম্না।

**নাম থুবা,** লু থুবা।

**নামথু** তুরেল।

**নাম্বা তেমজিন লোনফদবা,** তেম কাঙফদবা,— "যোমহু ঐথোমবু শুনা হাওতে কাওকদে লংচাক ওইয়োই হুনকদে নাম্বা তেমজিন লোনকদে মুমায় হুংলাংকদে কংলৈ য়াথোকফদে"—থাঙঃচৎঃ।

**নাম্মি বকপা,** মতোন বকপা।

**নামিবা,** শিবি শিরি শীংপা, নিংথিজবা, অপিকপা

**নামুংবা** ভৌহৈদবা, অথোইবা লাই,—"চীংঙু শ্রীরাম নামুংবাও"- উঃ রাঃ)।

**নামুংবা হুমিং,** থবক তৌবদা য়ানদবা হুমিং,— শিব তরুকনি পানবা তরেংনি পানবা; কালেন থা নিনি পানবা, হুমনি পানবা; ইঙা নিপান্নি পানবা কুনহুমদোইনি পানবা, ইঙেন তরুকনি পানবা; তরামাথোইনি পানবা তবাপনি পানবা, থবান মোংমা পানবা, লাংবন কুনহুংদোইনি পানবা, নিপান্নি পানবা; মেরা তবানিথোইনি পানবা, কুম্ভরেংনি পানবা, হিয়াঙ্গৈ নোংমা পানবা, কুমাঙানি পানবা, পোইন্তু নিনি পানবা, তরনি পানবা; ৱাকচীং তরনিথোইনি পানবা, কুম্ভরেংনি পানবা; ফাইরেন তরুমদোইনি পানবা, তরামাপম্নি পানবা; লমদা কুমাপোইনি পানবদা নামুংবা হুমংনি। নামুংবা হুমিংদু থবক তৌইদে ফংকে চংইদে, মী চত্থবা থোকপা যত্তে কুম থিয়োং তৌবা যত্তে।

**নামুংবী** অথোইবী লাইরেম্মা,— "পল্লেম মমা নামুংবীনা শে ইমোম রাঙমালান নপন ঐগী থাবী থিয়াথোইবু কৈয়ে"—পাঃ নহেঃ।

**নামুংশা** শামুক, নোংগোবী, মুকশন— "লহান নোং য়াশরৈ মশাংবিগা থুনংগান মশানৌগা অনী-মকনা কংলৈ লমদাইদা। শামুক্কা নোংগোবীগা মুকশনগা অঙম্মকপু নামুংশা কৌএ"—কঃহীঃ।

**নাযৈ য়েপ,** তুদা নাযৈ য়েপ্পা,— "লো থুম নাযৈ য়েপ্পনা শরেন মনা ওইখি শা"—হিঃহি।

**নারেকপা,** পে মথল অমা, লৈনা হাপ্পা পে।

**নারেং কেবাক,** থাংজিং।

**নারেংবা,** নারেং হুংপা।

**নারেং পাংমা,** অহুংপা মনা নামা (নাকল) অমা।

**নারেং লোনবা,** নারেং হুংযমদ- লোনবা,—" হিরি থোংশি নারেং লোন ঔরি লীয়াই নোপনা হোই শোনথবকপবু তল্লা চাউথোইবনিগিনা পাথেন চিং-ঙমদরবগী"—হিঃ হিঃ।

**নারোঙ,** মনা লোঙবা।

**মারোং খুল্লাকবা,** হয়ানবা মা।

**মারোম,** খণ্ডহন্দনা লৈবা, মাপী মরক,— "খোয়মা মারোম্‌গী চত্তনা শাম্‌পলে"—চায়।

**মারোম খুল্লাকবা,** হয়ানবা।

**মারোম্‌,** মাপী মরক,—"অথিং মোংবীশু খোয়মা মারোম্‌গী ভাংজা লমকখনা ভিয়েম ভা হুল্লকপবু নোংয়াম তোংবু নুঙ্গাচা অখৌবগী লাবা থঙ্গং থিংলে"—চায়।

**মারোম শিংলোল্লা,** হৈ শিংবা।

**মাল্লা,** অণ্ডাং, অংগো,—"হে মাবা শকহেনবা নঙবু কনানো?—খঃ লাঃ নীঃ।

**মাল্লা অখুবা,** অণ্ডাং অশিকপা।

**মালাঙবা,** কেখোকপা, চাউখোকপা, মাপন কা-বা, মঙক হাইগৎপা।

**মাল্লা মখুণ্ডে,** অণ্ডাং ওইন্দ্রিঙৈ,— "মাবা মখুণ্ডে তুরেল মামহু খা ঊকুম্বা তোরৈ তুয়া মুংগী চেকলা শায় ওবাইখৌবু লোঙলেন মথুৎশু অচা লোঙ য়াইখুবনা লেমলৈ ওয়াম কায়-এ, অদু মোংগীবু অলোন শরারোংও তৌনা কৌএ"—চাঃলাই।

**মারায়বিদবা,** শজিক চাবিদবা,— "কোরৌ অদু হুমিৎমাদি পোনবী উচেক য়াওরৌ শা পুন্নমাহুত্ত চেকলা মচীঙ্গাকপু চাবিদা শজিক মারায়বিদে"—লাংঃশংথাবা।

**মাশিনবা,** মাদা চিন্নবা, মাদা য়ানবা।

**মাশিনবী,** মাদা চিনবী,— "মোইচেৎ নশিনবীবু মোইমিং লৈচুনবা চল্ল"—চাঃলাই।

**মাশি পুংমাইরেক্তা,** মাদা উতোং য়ানবা।

**মাশেন,** ঊয়াং থৌনিনচিংবদা শীজিন্নবা মাপী জাং অমা।

**মাহাখোং,** অণ্ডাংখোং, খোংলম অমা।

**মাহা মুবী হঙ্গু হনা,** অণ্ডাং অমঙ্গং অহল (পুন্নমক)।

**মাহাক্লপ,** পানা অমদী মিং।

**মাহাক্লপ লাকপা,** মাহাক্লপ পানাগী মকোক ওইবা কয়াইবা।

**মাহল,** তোক য়ানবা ঊশুবগী থুংলাই জাং অমা— পুং অচৌখনচিংবা শাবদা পুং মক (পুংগী ক্লেশ) ওইখরৌবিবা উ অদুগী ময়ামদা মহুং ঈরা হুত্তোকপ-নচিংবদা শীজিন্নে,—"ভীম শিন্নবগী মহুংপংনা মাহল ওইখিরে";—থাঙঃ চংঃ; হকচাং কেলৈনবা লেপ্পগা খোঙবী মতোন্দগী অতোপ্পা মাকনগী না মতোম কাওবা শাংবা লমজৈ হায়বদি ওদগী খোঙবীদগী অকপগা রেংকী না; মথক কাওবা শাংবা (চাউ-রাক্লা লম অমা নঙ্গগা বী অদুগী মরেলকা অন্না-নি)।

**মাহম,** হকচাং কয়াং অমা: মিকুপ মাহম—"পুং তঙ্কক বিংকুপ অনী নিংসা অনীগনা মাহম ওইরে-নয়ে"—পুদিন।

**মাহৈক্কু,** মাহৈবদা শীজিন্নবা ঊশিং হায়বা চক্কু,—"তাংখা ১ বান্দোন ১ মাহৈক্কু ১"—চীংলাইঃ

**মাহৈবা,** তীনকোক লাইকোল্লবা প্রায়শ্চিৎ তৌ-খোকনবা ঊশিং খিকপা, চাইবা।

**মাহৈকেরোল,** মাহৈবদা শোনবা লাইশোন,—"হাউং হারেং খৌবিক্তে লোইবিক্তে চেংলেঙান ডংলে-ঙান ঊঙানচৈ শিনগুচৈ শাসুচৈ চয়োইনা খোং-দমচৈ মাথীনা খোইদমচৈ হুইথৌনা চীংকেংচৈ কৈরেল্লা মাথোকচৈ অসিনচিংবা।

**মাহ্মাং,** মা হৎপা, নৌনা হি হোনবদা ঊশিং হাই-দোকপা।

**মায়ান,** মাগ্লিন, মায়ানবী,—"লীক্লং মঙান চাউবা গাণ্ডীব মথুৎশু অর্জুন শমু খুংজা পায়, মায়ান লেমলৈ ভা শাবনা চুপলেন মাপা হেন"—লাংঃ শংথাবাঃ।

**মাগ্লিন,** মাদা চিন্নবা লৈত্তেং।

**মায়ৈহুনা লৈবা,** লুমহুনা লৈবা।

**নিঙেঙান,** চল্ল, মচানুপী।

**নিঙেঙানবী,** চল্ল নিঙেঙান, নূপী,—"পাচা হনবগী খুদৈশেন কাইশেন্দি লোই নূপী নিঙেঙানবীনা পুইএ"—ক্ষমঃ।

**নিঙেঙানগুচা,** নিঙেঙান মচা।

**নিঙেঙানগুচারম,** নিঙেঙান লাকপা।

**নিংথম অজুং ওইবা,** নিংথমবা ওইবা।

**নিংথি ওবা,** কজরবা,— "লংমাই লংবা চীংদা পানবা লৈ কাইনৌ শমজি লৈ, শমজি তোমখেৎ লৈগু মমা নিংথিঙমলে"—চেংলৈঃ।

**নিংথি ওরেংবী,** কজবী, নিংথিজবী।

**নিংথৌ অখুবা,** যুবরাজ;—"যুবরাজদি নিংথৌ অখুবমে"—কমঃ মিং।

**নিংথৌ কাংবা,** থাম্না অহুম্ভৈ মণিপুরদা পাম্লম্বা নিংথৌ অমা।

**নিংথৌ কুরাওবা চন্থু,** শম্বান্দুরাম নিংওোন।

**নিংথৌচেং,** মৈদিংগু অয়াংবগী মচা মৈতৈ নিংথৌ (খৃঃ ৭১০-৭৪৭)।

**নিংথৌ তুরেন,** থবানমিচাক- মঘা নক্ষত্র।

**নিংথৌ নাগা,** থবানমিচাক, অশ্লেষা নক্ষত্র।

**নিংথৌ পোকপী,** নিংথেম পোকপী, নিংথৌগী মমা, মংসাতাবম চন্থু—"নিংথৌ পোকপী হায়না তেংথাপতি মংসাতাবম চন্থুনে"—পেনঃ তেংথা; "মৈতৈ লৈমা নোংবাম্লোন নিংথৌ পোকপী সনা লিনগোইগী মখু মৈদিংগু পুরানথাবা-ও কৌএ"—চাঃ লাইঃ।

**নিংথৌ পোংবা তরা,** পুখ্রমবা, নোংথোনবা, খাইরাকপা, য়াইস্কুল্লাকপা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, চোঙথানবা হঞ্জবা, ইমাঙ্লোয় হঞ্জবা, ইমিংলোয় হঞ্জবা, কমথকচা অমসুং নাইথুরাকপা কম্মাইবা তরা অসিবু নিংথৌ পোংবা তরা কৌমরম্মী (কংলা হোবা হায়বা লাইরিক অদুদদি লৈকাইরাকপা মরি, শঙলেন লাকপা অনী, শঙখুবা শঙলাকপা অমী, পুখ্রনবা, নোংথোনবা অসিবু নিংথৌ পোংবা তরা কৌই হায়);—"নিংথৌ পোংবা তরামকনা বা তামদুনা মুমিং সনা খোম্মদোনগী মার মখোং-খুনবু লীববু লীথঙদরবগী থিংলৌ নিংনা তেনা মরান ওন্দেম্রকলবদা নিংথৌ পোংবা তরামকনা পাও-মেল্লকএ"—মুঃ কাঃ।

**নিংথৌ ফি**—মৈতৈ নিংথৌ লাইরেন নাউফংবগী সনা হাক্তক্তা (খৃঃ ৪২৮-৫১৮) হেবু নোংথোন তেংমায়থিনবা মশঙলেন শাম্মা শেনবা লোইনা য়ারেকশঙদা তুবী মউন হু লাইরেন মতাং শীংলম্ববু মদাইরেম ইমাংলোই হঞ্জবনা মিংয়েং শানথৈরবগী (ভৈরবগী) ইমিংলোই হঞ্জবগা শিনৌ নোংথোমবগা অনীমকনা লাইরেন নাউফংবগী সনা মথোঙ থাদা কংলরবগী মখু (মবুথৌ) তুবী য়েকপু য়েক মাঙহল্লোই হায়না নীংদুনা লাইরেন নাউফংবনা মদাইরেম অকো ফিশাহনববু ক্রৌথত্তুনা অকো ফিশাহনবনা লাইরেন থাগী তরামঙানি পানবা ঈরাই হুমিংকী পুং মরি হৌখিরবা মঙা চঙ্লকপা লগন চীংলাইতম মহেন্দ্র থেনকম য়েংনা তরা চাকমাংদা শংলো য়েনমাংদনা কত্রং লংথংতৈ লংলা থাওজিন শুংনা কত্রং চাচু লংনা লংলা খাদা থা, অঙৌবনা থক পোং, অমুবা য়ায়দা লাং, মেমানবনা তুবী য়েক-শোন লৌ, লংলা শীংখন লৌ, উরিং লোনয়াম্বীচা মুমশানা শূনা লংলা লংখন লৌ, কোরী শীংখন লৌ, থাওলেন য়াইওইবনা কোরী তুবাই লোম্না তুবী হৈনা লৌ লাইরেন হৈকোয় শা, মুকতম কোইজা য়েকনা তুবী হৈনা লোনা শাবা হৌখিবা চৎয় ফি—নিং শাঃ।

**নিংথৌ ফি তাজিন,** মনাফি মখল অমা; (১) অকন অথৌদা পীবা লানফা মরিগুবা মনাদা সনা লৈশম, নিংথৌ ফি তাজীন অদুগা লৌ পরি মরিসু ইল্লি; (২) অকন অথৌনা লান ফাবদা লাল চবুক্তা থুগায়দুনা লান ফারবদি নিংথৌ ফি তাজীন পী; (৩) নীংলোমদা তেংগোন চাইরবদি নিংথৌ ফি তাজীনগা খোকতোন লাংমৈগা পী;(৪)অকন অথৌনা থেংগৌ শাবা, কৈয়াং থেকপা অমদি চীংগোম থেন কাবদা শেংপা ফিশেং ফিজোন্দা নিংথৌ ফি তাজীন য়াওগনি।

**নিংথৌ ফি বানকক,** মনা ফিনি, মীচম্না পীজিন্নবা য়াদে; (১) অকন অথৌনা শাকা লানফাবদা লান-ফা অহুম শুবদা নিংথৌ ফি বানকক পীনৈ; (২) অথৌবনা লান ফানবদা লানজীন থুগায়দুনা লান ভমলবদি বানকক ফুরিং পী; (৩) শঙ লানচিংব-বগা মায়োক্নবদা ফারবদি বানকক ফুরিং পী। (৪) নিংথৌগী মমাঙদা লান ফারবদি নিংথৌ ফি বান কক পী; ("কংলা ভাংবা"কৌবা লাইরিক্তদি লানফা নীপাল্লক্তা বানকক, ফীরান নাখাই, লানফা মা-পল্লক্তা নিংথৌ ফি তাজীন খোকতোন লাংমৈ হাপ্পা পীগনি)।

**নিংথৌ ফি শাজোনবা,** থৌগল মনানি, "কংলা ভাংবা"কৌবা লাইরিক্তা হায়বদি "নিংথৌগী মমাঙদা লান ফারবদি নিংথৌফি বানকক পীগনি. × × × অহুমলক্তা তাজীন, মরিক্তা নিংথৌফি শাজোনবা পীগনি হায়না ই;—"মাইস্নামচা মেজোরদা নিং-থৌফি শাজোনবা পীয়ে"—চৈঃ কুম্বা।

**নিংথৌ মন্থু মমৌ,** থবানামচাক, শ্রবণা নক্ষত্র।

**নিংথৌ মকক তাউবা,** নিংথৌ থুবম চেত্তবা,—

"বাখোক লাম্বোক য়াম্মে নিংথৌ মকম তাউএ" লৈঃ মঃ লায়াং।

**নিংথৌ মহিশাং কমদৌ মঙাইরোই,** নিংথৌগী কয়াইবা অঙম অথৌ।

**নিংথৌরোন,** নিংথৌ পরেং, নিংথৌ মথং মথং; খুন্তাক লৈতাকহন্নবা, মাঙহন তাহনগে হায়বদা শন্নবা লাইরোন ঈশৈ,— "× × × × মৈবীথক্তা তাদোই থক্তা হেৰা থক্তা থেনবুংথক্তা মদাইয়েমগা পোইরৈথৌগা খুনকাংথৌগা তয়ুমথৌগা অখৰগা মীপোকপগা অথৌবগা লাংগোনবগা পানবগা কৈশকপগা কৈরেনবগা তেংথাবগা খুংপীগুনা কৌ-রোংশূনা, খুজেং লাক্‌না হংচি লাকনা উক্‌ন হৌনা নোংলৈ হৌনা তিংথৌ তংনা মরাতংনা কোন্নরম্মে। মকোনথোকী কোল্লো।"—নিংথৌরোন।

**নিংথৌরোন তানয়েবা,** পানগি পানাখবা নিংথৌ-শিংগী পারী পুরী মথং মনাউ কায়দনা ইথবা লাইরিক।

**নিংথৌ লৈবাক,** অতিয়া, কোরৌ নোংদোন, লাইরৈবাক।

**নিংথৌ রাংবা শংশানা,** শগ্নুন রাংনা পুনহুনা— "লাইরেন নপা মৈত্তিংগুসুঙ শমলাং চকৌয়ৈ নিংথৌ রাংবা শংশানা চীরেন মঙান নাইনা লাই-রেন শমচিন (শমজিন) নৌয়ৈ হেৰ শঙতিং মঙাম্নাই"— পাঃনোংঃ।

**নিংথৌ রাংবা শন,** নোংদোন্দা পাইবা।

**নিংথৌ রাংবা লৌরাই মানশন্নিক,** নাউশেক।

**নিংথৌ শাইরোং,** শাইরোং।

**নিংথৌ শাম্‌,** থবানমিচাক, পূর্ব্বফল্গুণী নক্ষত্র।

**নিংথৌ শেনবা,** লোয়শঙ অমগী মিং, তাক শেন্নবা নিংথৌগী সনা নাক্তা লৈবা মনাই;—'নিংথৌ শেন-বদা কাবদি পিবাগা মথংগা অনীমানা শেনগদনে" —কমঃ।

**নিংথৌ শেনবা য়ারেকশঙ,** লোয়শঙ অমগী মিং; —"নিংথৌ শেনবা য়ারেকশঙগী শিম্নাদি— শম-কোকপা, খুজিন ককপা, নাহুংপা × × × × নিংথৌ শেনবা য়ারেকশঙদা থাগনি"—শঙঃমশিন।

**নিংথৌ য়েক্কং চল্লু,** তেকচম নিংতোন।

**নিংনাং,** হারি নোংনাং,—"খারম খুচুঙ তানাতা-পানা কোরৌ খোংচোমহুপীপু কৌপতি শিকারুকও কৌয়ে, নিংনাংপুতি পাতেৱা-ও কৌয়ে"— খোঃ নোংকাঃ।

**নিংমৎ,** তুংগী।

**নিংমাংনবা,** মিপাইবা।

**নিংসা থক্কা,** স্বর হোনবা লেপ্পা, নিংসা স্বর হোন্ত্রবা, শিবা,—"পারমা নিংসা থৱনা হান্নগনে" — চাঃ লাইঃ।

**নিংসা থিনকামননা,** হুংসাম্বর থিংবা মথৈ কাম-লগা খোংহুনা।

**নিন্দুং,** শিথরকপা থা, কৃষ্ণ পক্ষ,—"লোইদাম লাং-বমথা নিন্দুং মাকমৈ কুম্নিপাম্নি পানবা কোরৌ হুমিং শগোলসেন্না মপুং লেপলিঙৈ নোংয়ায় মা-লেম শেনথোঙ অনেৰদা নাউয়িৰাচা আনন্দ পুঞ্জন-বনা শেনবী পা বারীু হেপলী মপা থিরকএ।"— —ধঃলাঃনীঃ।

**নিম্নবা,** থা বা লাউনবা,—"হয়েং পোইরৈ চাদোম্না নোংয়ায় শূদোম্না নিম্লগনে হায়না তিমেন মথুংশূনা থৌদু নুংদা ইরম্মে"—চায়।

**নিমবা,** রাংবা, মথিক নেমদবা, মপুং ফাবা, লাঙবা

**নিম্মাং,** থা পানথংলকপা, শুক্ল পক্ষ—"লাইবক খেল্লাইখোঙবু লোইদাম নিম্মাং থাগুম্বা"— ধঃ লাঃ নীং।

**নিয়াইপী,** নিথৌগী নুপী, মনাউ ইবেম্মা, নিংথেম ওবী;— "নিয়াইপী কংলকপসুঙ হুমিং মঙানি য়িমচাউতা লৈএ, লৈতরবা মীদি নিংথৌ তৃশীং চন্দে"—মশিন।

**নীংখন ওম্বা,** বাথল থল্লদা।— "বভ্রুবাহন লৌ-শিংবনা লানমী মনিন নাইনা চঙখিববু চেংলৌ মিংথিংলবগী উনবী পুকনীং ওকনা নীংখনওম্মে"— লাংঃশঃথাবা।

**নীংঙাইদবা,** থৌশা বাশাদনা লৈথোকপা, বাওই থৌওইদবা।

**নুইন লোং,** য়াওং ইনবা মতম।

**নুইনবা,** য়াওং ইনবা,— "ননেম মচা হোঙনেম য়োয় খুঙাউ লোকই শেল্লোই নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা শেল্লোই নুইনবদি কদায়মো"—নাঃকঃকাঃ।

**নুওক,** শা মথল অমা।

**মুখুবী,** মমা অতোবী।

**মুং,** মমুং।

**মুংওল খোয়মহোবা,**—মপুক কত্তবা, পুকনীং হোংবা

**মুংওন পুকনীং হুবা,** থুক লাউনা মুংশবা কাউ-বা,—"চেংলৌ থিংনা উবদা মুংওন পুকনীং হুইএ" —ঔঃঙঃ

**মুংওনবা,** পুকনাং ওনবা, পুকনীং মুংশিবা, পুকনীং থুক লাউবা,—"হেকমাই মপাউ চাউনা পিরেম থকমা তানা মুংওল্লকএ"—চাঃলাই।

**মুংওন মথৈ লৈত্তনা,** বাবগী পান্দমকম থঙদনা,—"মুংওন মথৈ লৈত্তনা মীকপ্নরে"লাঃশঃথাবা।

**মুংঙোন পুকতিন্নবা,** পুকচেল খোয়জেন তিন্নবা, য়ামনা চান্নবা,—"লোইনা অপাম্বা মুংশি য়াওব্বা খোম্বাংনবা মুংওন পুকতিন্নবা লংমাই লাবা খাই-থিবা খোইমোম্বা হৈবোক শৌথিয়ান্দা নোংহাম্ববু পুগে লাকপদা"—চায়ঃ।

**মুংঙোনবা,** পুকনীং মুংশিবা,—"সনা লঙ্কা কো-মুংলেন অশোক বন ইংখোনলেন্দা তম্পা শীংলেন নচু থাউ লৈরাং থাউবী নব্রাকচাম লোইদাম নিন্দুং থাওমনা মুংঙোল্লিঙৈদা রাবণ চেংলৌ শক থঙলৌ-ঙৈনে"—উঃ (রাঃ)।

**মুংঙোনবী,** মুংশিবী।

**মুংচানবা ( মুংজানবা ),** মুংশিবা, অচানবা,—"সেবক ইপারি লাইরেন মুংজানবা-ও চীংঙু নপা লাই অসিদি খোয়ম অসম্বা নত্তে" – সনাঃ লাইঃ —"লীকলাই নওং য়েংবদা মুংচালএ"-ঔঃঙঃ।

**মুংতুমপিচা,** ঙাতুপ।

**মুংদা,** মমুংদা।

**মুংনাং,** অভিয়া।

**মুংনাং কাউথংকোন,** অভিয়া, লাইরৈবাক,—"মুংনাং কাউথংকোন কোরৌ নোংথাঙকোন্দা চঙনা কাসা লাই ওইথিরে হায়দবরা ?" —নাঃ ক্ষঃ কাঃ।

**মুংনাঙ খোয়মবু ওনবা,** মপুক লাঙবা,— "য়োয়মবু মশানোমু মুংনাঙখোয়মবু ওল্লে হায়না নোংলেন-থিরে,'—সনাঃ লাইঃ।

**মুংনৌবা,** পুকনীং ইনৌ নৌবা,—"চীংয়া নোংহৌ পুকহুরে তময়া সানতা উবদা মুংনৌরেদে"-- কুম-দমশৈ।

**মুংপঙ ইরৈচনবা,** পুকনীংদা চঙক্নবা,—"নমু পোং ওইবা পুয়মক্তি উনবী পুকনীং ঙকনা মুংপঙ ইরৈ চম্নরে"—লাঃশঃ থাবা।

**মুংপ্রেং ইরৈ চম্না,** চময়হুনা, তৌকম লাককম থঙদনা চঙক্নলা,—"ভাংজা লিম নিংথৌদি মুংপ্রেং ইরৈ চম্না লোশিং মথোঙ থঙদয়বগী কোলোয় য়াথং থোকঙমদরে" – লাঃ শঃ থাবা।

**মুংপঙবা, (মুংবংবা),** তৌকম থঙদবা, চময়বা,পঙ-শিনবা,—"কিপুন লৈনা থাগে হায়না থোকলকপবু কৈনা চিকথহুনা শিরে, লাইয়িংথৌ থাগেম্বদি মুং-বংলে"—শীঃ লাঃ।

**মুংমত্রেংবা,** মৈতৈ নিংথৌ কাইনৌ ইরেংবগী ( খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪) থাঙ অমগী মিং।

**মুংলান চানবা,** মুংঙাইবা।

**মুংরোনবা,** মপুক ওনবা, মুংওনবা,—"থমুং লৈম-মনা মুংরোল্লে"—হেঙ্গু।

**মুংরোন খোয়হোৎপা,** মপুক কত্তবা।

**মুংশাংবা,** মুমং য়ামনা কুইবা, য়ামনা শাংবা,—"লানগী মতমদা লৈচিন্না লিনগী মশকমুনা চুমনা কারবদি থুনা ঙমদে, মুংশাংঙে, নুনা শোকনৌ কুম নল্লে" লৈচিনঃ।

**মুংশা তরঙ হৌবা.** মুংশা য়ামনা শাবা,—"নমোম ঐদি ঙবা অবাপ্পা খাম্রন অতাম্বা মুংশা তরঙ হৌবা শেমবী লোন ভিন্নদবা খাম্রন থঙনদবদা করম য়াংগোইরুশিবনো"—শমঃঙঃ।

**মুংশা মৈ,** মুংশাগী মৈশা।

**মুংশি ঊথক হৌনা** পাম্মু মুংশিগী মৈচাকনা থুম-গৎলক্নুনা,—"মশানৌ নোংবাল্লোন পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীবু মিংয়েং আথা কায়, মুংশি ঊথক হৌনা পাউকৌঙম্মে"—নাঃকঃকাঃ।

**মুংশি কোলোয় ইতিনমেন,** ঐগী মুংশিজরবা ইবাহৈ।

**মুংশি খোয়থীৎপা.** য়ামনা মুংশবা।

**মুংশি খোয়মবু ওহনা,** য়ামনা বানা।

**মুংশি তরঙ হৌনা,** পুকনীং য়ামনা মুংশিনা,—"অহিং শমু খোঙনা তোম নোংথিল চেংলৌ মিংনা বাংলে হায়না বাঙম হেকমাই মপাউ চাউ মুংশি

**তরঙ** হৌনা পোইরে মপল লম্বু তেংবাননা চীংলেন য়োঙম কাখিরে"—শমঃঙঃ।

**মুংশি থোকাউ য়াঙবা,** য়ামনা থুনা কাউথোক-পা, থ্ূনা কাউবা,—"মুংশি থোকাউ য়াঙবা, লং-মাই চীনওন কায়খিবা লহান থৱায় নমিরেনবু লংমাই পনলিং নোং"—নাঃ ক্ঃ কাঃ।

**মুংশি পুকনীং য়ুমদিন্নবা,** য়ামনা মুংশিনবা।

**মুংশি পোৎলুম কাবা,** মুংশিবদা মতোম্লোম্বা।

**মুংশি মৈ,** মুংশিবগী মৈচাক,—"শানৌ মুংশি মৈনা থৱোয় মৈচাক থোইজিন্নকলে"—লাঃ শঃ থাবা।

**মুংশি লৈথা তাদবা,** মুংশিবা য়োৎদনা।

**মুংশি লৈথৈ তাবা,** যৌনা মুংশিবা, মুংশিনগী য়োৱবা,—"অসুম মুংশি লৈথৈ তারবদা মতোম য়াইবী কনহৌনীক তিল্লাং মখোয় শাউনা"—চেংসৈ।

**মুংশি শামন কোকঙাম্বা,** মুংশিরমদবা—"লাইরেন ইনেম মচানা লৈং়ৌ লাংবন সামনগুম লৈরাং মায়গুন য়াংঙমলে, মুংশি শামন কোকঙামলে"—নাঃকঃকাঃ।

**মুংশিৎলম,** কৌক্র লাইজি।

**মুংশুক মুংঙানবা,** থৱায় মুঙাইতবা, ইশুক-শুকথবা।

**মুংহক থীৎনা** থোয় থীংনা, থমোয় শোকনা,—"তিমেন মথুংশূ ৱাইকৌ চিনী লোঙবনা তনবা মুংহক থীংনা চৈবিরে"—চায়।

**মুংহুম চরৈনবা,** পুক্না ৱাথবা।

**মুজা,** নূপী, নূপীমচা,—মুজা শকপাম ৱাহৃদা লান-থ্ূনয়েদে"—কুমদমশে।

**মুজা মমান লৌবা,** নূপী মানবা,—"মোমমুং মগুং আওইবা মুজা মমান লৌবশিংও নথোয় তরৈৎমদি তনবা ইত্তিক নত্তে কাওরেন ইপা ওইদে"—চায়;

**মুবৈশঙ,** নূপী ময়াম পৈত্নুনা লৈনবা শঙ।

**মুমিৎ অক্লবা থৱা অশেংবা,**—অকবা মুমিৎ থৱান-মিচাক অক্কবনা (অচঙবনা) পানবা মতম (খেনকম),—"নোংমায় মথৌরাও অদোন মঙমদম্বু লোইরবদা লাইরেন মৈদিংঙুবু মুমিৎ অক্লবা থৱা অশেংবা থৱা থৌরাঙ মতোন লোমলবদা"—নাঃকঃকাঃ।

**মুমিৎ থোয়রেম্বাঙ,** মুমিংকুমনা লংবা অমমুং অথোবা থাঙ।

**মুমিৎ চয়োন তরেৎ,** নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, সগোনসেন, ইরাই, থাঙজা, শীং তরেৎ

**মুমিৎ চয়োন তরেৎকী ময়ুং অফৈ,** সগোনসেন ইরাই থাঙজা অহুম্মদি ময়ুংনে; লংমাইজিং, নিংথৌকাবা লৈপাকপোকপা য়ুমশকৈশা মরিমদি মফৈনে—থিঃ মৈঃ লীঃ।

**মুমিৎ মতাং তেল্লবা,** মুমিং তাগদৌরবা।

**মুমিৎমাদা,** নোংমগী মুমিত্তা, নোংমং অমা,—"থমলাং লৈশা পাম্বা চয়ৈ ফিচোনবনা কোরৌ মুমিংমাদা লৌৱাই হাওয়ম মোই চেকলা য়োমমাই কাং ফিঙাও কিশিনবা য়াম্বী পাতৎবু পাচুরে"—চায়।

**মুমিৎ শারৌলোনগুম্বা,** মুমিংকী মৈশাগুম্বা।

**মুমিৎ শাগৈরেন,** সূর্য্য বংশ,—"থোইমোম ইপা-রেন চীংঙু ইপুরেন মুমিৎ শাগৈরেন অথোইবদা পোকলবশিংসুঙ"—উঃ (ৱা)।

**মুমিৎ শীংওনথিবা,** মুমিং হৌখিবা,—"নমূ মীবু ওইনা পোকলবা অসিবু তাইবঙ হকচাং অরেপ্পবু নত্তবগী য়োইমগ্নাই ল্যাইরেন তাউদনবনা মুমিৎ শীংওনথিবা থৃদিংদা"—এঃপঃ।

**মুমিৎ শীংবুম,** মুমিং মশীং,—"মুমিৎ শীংবুম তরেংনিবু অৱা পোথা নাইদনা শোক্লববু পাংগল ময়েং তানদে"—লাঃশঃথাবা

**মুৱা তেম্বা,** ৱায়েনবা,—"লাইরেন মৈদিংঙু হোঙনেময়োয় খুঙ্গাউ লোকয়ি শেল্লোয়নাই পামং খুন্দাবনা কম্মোইমিংতা কম লাংমৈদা তোংনা পোইরে চুংৱা হায় ৱাংঙম মুৱা তেমনা মালেম লৈপাক খুল নিংথৌবু ওইরবদা"—নাঃকঃকাঃ।

**মুহোং থোংদোংবা,** লুহোংবা; নিঙোন থাজতনা পীবা,— "মমোম তক্ষা ৱাংঙমলোনবুমুং মরান লুহোং থোংদোংবিগে হায়শিন্ননা"—নিংঃ লম্বুঃ।

**মুহৌ তোংগুম্বা,** নাহা ওইবা;—"ইরেম তোই-বীরৈমদি মপাম লুৱাং লাইবু লাইকোকলে নূরা মুহৌ তোংগুমলে"—চাংলাইঃ।

**মু,** নূপী, ওন্নগী লমদাং, "নূপী নূরম তাবনা পথোম

তরক থোমও”—নুংকাঃ।

**নুংপাক,** নুং অপাকপা।

**নুংথান তুনানশা,** শক্তি,—“নহু নুংথান তুনানশা য়াওরো শক্তিংতেং অতেংববু য়াংলে তাউবা তন্না কংগশিনা লল উন্নথিও”—চাঃলাইঃ।

**নুংপান,** নুংবান, লুবাং।

**নুংপাল্লোন** নুংবাল্লোন্দা য়েংউ।

**নুংপী,** নুংবী, নুংজাও, নুং অচৌবা।

**নুজরেন,** নুংদা লৈবা।

**নুংখেন,** নুং।

**নুংঙাচা,** নুং মচা।

**নুংবান,** “লুবাং,—মহু নুংবান ময়িমনাক লুবাং মশাহং কোন্দা বাইথ্‌লুরে”—নাঃ কঃ কাঃ।

**নুংবান চহু,** য়োইরুমলোন, লুবাং য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী চহু —“য়োইরুমলোন খোয়নৌ নুংবান চহু মতা তরককমানা মোমহু চয়োম্বু খোকচরম্মে, অতু নোংকিপু চঙৌপুংও তৌনা কৌএ”—খোঃ নোংঃ কাঃ।

**নুংবান পুন্সি ইরাল্লে,** লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী পুন্সি।

**নুংবান মপাচানা,** মাগী ধারা নালা ওইবা লুবাং মচাশিংনা।

**নুংবাল্লোন,** লুবাং য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী লিঙেও ন, —“লুবাং চহুবু তেংথাবদি নুংবাল্লোন হায়না থায়ে”—পেন তেংথা।

**নুংবান হোওনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবা,** পোম্বী লুবাওবনা কৌরবোন নামোইনু পান্নবুনা পোক পা মচা।

**নুংলেন খোম্বা,** দেবেন্দ্র মহারাজ চাকা তাবগী কম্বাল মিংহুন,—“তন্নানি খাওজদা নিংথেম নুংলেন-খোম্বগা চেনমিন্নথিবা মী থেবীকী ময়ুম মকে শীহুনা লাখোংনচিংবা খোড থৈবিক শানৈএ”—চৈঃকুম্বা।

**নুতমথী,** তমথিবী নুপী,—“মোমহু নুতমথী লম-লোয় লিংজেন ফত্তবা অসিশিংবু থাপনা হল্লান খোকউনে”—চঃ থুন।

**নুরা,** লৈশাবী, নুপী,—“নুরা থম্বাল মানবীনা চৈরৈ কিনৌ শেংনবু নৌহোরে দে”—কুমদমশৈ; কন্যা রাশি।

**নুরা কাংগৌ চীং লৈমাবী,** হরি নোংনাং (মোই-রাংনা হায়নবা)।

**নুংবী খনগা য়াম্বা,** অকনবা নুংজাও য়ামনা লৈবা

**নুংবী থাওচুম্লুং,** নুংলক অহোবা।

**নুংবী য়াইশৌ নেৎপা,** নুংদায়দা নেৎপা।

**নুংপোন,** নুংগী পোল।

**নুংথোন শাকল,** নুং পোলাংদা হাপ্পা।

**নুংবী,** নুং অচৌবা, নুংজাও,—“নুংবী য়াশৌ য়াম্বরম নশাবি ঐ থৌনাগে”—তোৱৈ।

**নুংমায়,** নুংগী মমায়।

**নুংমায় শীৎপা,** নুংদা শীংপা।

**নুরা কানক খোইদোং ঈ,** হুমাং।

**নুরা কাবা শেংগোঙ্গী তোংবা,** মথোই কাবা, —“মৈদিংগু নোইনাই কৌবা চীংথং খোম্বাও-কোবদি কদৌনগো, নুবা কাবে শেঙ্গোই তোংলে”—নিঃ লমুঃ।

**নুরা খাংচেৎ মচি নাইবা,** নুপীনা মখাংদা খাং-চেৎ শেংপা।

**নুরা খাংচেৎ মচি লাংবা,** ফনেক শেৎপা,—“থোংনাং লাইরুকনেম্বীদি অঙাওবীগী পান্দমগুম নুবা খাংচেৎ মচিলাং শমলাং ইফা কা কৌবা য়েনর্থম চবাং মানবা শমলাং মুনা উফোং থোকপনবু লেং-দোন লেংপাক ইচাই চাশ্না মীকপলিঙৈদো ইন্নুং চীংগোঙ ভাল্লকলে”—হেঙ্গু।

**নুরা খুৎতৈ মাইতৈনবা,** নুপী উনবা, নুপী তিন্নবা;—“শেনবী নুবা অতেংবী পুহুং লায়োন-খোকুম্বী হুজা শকহেনবীশিংবু শাবি নঙ্গা নুংওম পুকনীং তিন্না লমলক লুথুম্বা নুবা খুৎতৈ মায়-তৈনা শোইখোং তাইথেৎনববু লৈরিঙৈনে”—ধঃ লাঃ নীং।

**নুরা ঙাইখোং শিল্লুকুম মপা হাঙবা,** নুপীগী শিল্লুকুমনা অনীগুদবা।

**নুরা চিঙ্গোই মিৎচুবী;** ফজবী, চম্খোনবী।

**নুরা পাখং শরেঙ্গ লৈমিনবা,** পাখং লৈশাবী চাকচা হৈজানবা।

**নুরা ফাবা,** মৈতৈ নিংথৌ খোঙভেকচামী থাঙ।

**নুরাবী,** নুপী, লৈশাবী,—“য়োইময়াই খুৎলঙ য়াংডৌ লোয়বু লেংতিন্না লৌতারে দে”—কুমদমশৈ;

(২) পাশোয় নুরাবী তাউখরো" — চীংঃলাইঃ।

**নুরা শমল তোমখিলয়েক,** নূপীগী শমদা থেৎপা

**নুরা হৌনা,** নৈশাবী মমাম হৌ হৌ লাউনা,"সুমলেনগীদি মায়পাকপদা নুরা হৌনা পাখংগীদি য়োমবাং শাংনা" — অহোঙ্ঃ।

**নুয়াম শাকবী,** লাইবক ফবী।

**নেৎচেৎ য়ানবা,** তকখায়বা, চাইখাইবা, থ্গায়বা "ঈরাং হৌনবসুঙ তৌরমলবগা য়াবল হিংচাববু লানশোক খমথেংননা দানব নেৎচেৎ য়ানববু শীংপী থর পৈগুমনা হয়েন লানশিহল্লে"—উঃ(রাঃ); বায়রা তেনবায়রবগী ঔবা তেংগোল মনিস নাইববু পাংথং কাংচাই তন্না থ্গায়রে, খাম্রল পামতান্নরে শেনবী নেৎচেৎ য়াল্লে"—শমঃঙমঃ।

**নেৎপা,** লান ঙবা,— "থূনফম ঙাংচেং নেৎকে" — নাঃ ফঃ কাঃ।

**নেনবা,** নেৎপ,, য়ানবা, হেনবা, কাবা।

**নেনে নাউথেম্বা,** অঙাং থেম্বা।

**নেনে য়াহিপ তম্বা'** হকচাং ঙমদবা, নাবা।

**নেমথোক চেম্বা,** পুজেম্বা।

**নেম্বী,** শীংনাং ( খুমন্না হায়নবা ),-নোংয়ায়না মিকৌনা খুমন্না তেংথানা খিকলোয়বু উশাং শীংনাংবু নেম্বীও তৌনা কৌএ-নিংঃ লম্থ্;"খাবা নাহা শনশেনবনা ঙানবা নাহানা শীংনাং নেম্বীনা থোংখোঙ ওই খিকলোয় উশাংনা থোংপাক ওইনা থোং শাইএ অদু নোংগীবু খাবা শনশেনখোংও তৌনা কৌএ"—চাঃ লাই

**নেমশিবা,** অমগা অমগা য়ানবা, তাইবা;—''শকউ শা-উদববু লোয়নরিবা নঙবু-নেমশিগে"—উঃ

**নেনচিনবা,** চঙশিনবা।

**নোইনাই কৌবা চীংথং খোম্বা,** কার্ত্তা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মিং অমা।

**নোইনিংখোই ( নোংনিংখোই ),** উচেক জাং অমা অমসুং মতুগী মতু, লৈতেং অমা ; —"শক ১৫৩২ দা লাইমিংথৌনা নোংনিংখোই চিনহন্দুনা তেন কাপ্লুনা য়ু থকনৈ"—চৈঃ কুম্বা।

**নোইম্,** থ্ম,—"তাউজীং হৈনা শীল্লবসুঙ নোইমু থ্মু হাপ্লবগা ঙানবী পূকনীং থ্ংনা চাবসু য়াকুমদে" —লাংলোন।

**নোইন্ কাগুপনবা,** থ্ম মপাক অনী কাগুপননা থম্বা;—"তরেং ময়ি নাইবপা নোইমু কাগুপনৰ্কি-ও —মুঃকাঃ।

**নোইন্ থুমগ্রাইবা লম,** বারোইবা মফম।

**নোং,** মুমিং,—"লাইরেন থবায় হিংথি নোংগীবু পোইরৈ করম থৌকাউরমলবনো কল্লকএ"— ধঃ লাঃ নীংঃ ; নোংলোন লাইজা, "নোং-ও চুথরো লাংজিং মতোন থ্মহৎলো"—নোংঃ ঈঃ।

**নোং অমা,** নোংমগী মুমিং।

**নোংইন কাবা,** মৈতৈ নিংথৌ লমক্যাম্বনা খয়োয়রোন চংনিংকাবী পান্নদুনা পোকপা খুন্টগী তরাতরুকগুবা শতাব্দীদা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ।

**নোং কাংবা,** নোং চুদবা, নোংগাংবা।

**নোংকাপা,** নোংগাবা, শিবা, লাই খুয়া তানবা।

**নোং কোরৌ অমা,** নোংমগী মুমিং।

**নোংগ্রং ইরুপ্পা,** মৈদিংঙ্ গরিবনবাজ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা নোংগ্রং মশা পায়দুনা শরী নামুংনখিবা থৌদোক অমা।

**নোংখল্লবা,** নোংমা মুমিং অমগী লেল্লবা,- 'অঙাঙবনা ফৌগুবা চন্না নোংখল্লে"

**নোংখলমদা,** নোংমগী মুমিংতা,— "শেনবী পোং নিংথৌ ময়িমফম অপোং ইংখোললেনগী খোম্নম মূর্ত্তি অরুববু য়ৈথায়রবগী চীঙঙ্ ফাল্লোখোম্বা খোম্নম লৈশেম্বনা কোরৌ নোংখল্মদা খোজেল বাংনা লাউথয়কএ" — সনাঃলাই।

**নোংখাকখোন,** নোং খাক লাউবগী খোজেল,— "কোরৌ নোংখাকখোনকুমলে"—লাংঃশঃ থাবা।

**নোংখাকমৈ,** নোংখাং কুপ্পা।

**নোংখায়বা,** নোংদবা, বায়েন তৌবা,—"থৌদু নুংপাকথক্তা লীচৈ তোরান শূনা অশিবা চামা নোংখায়বা অচঙবা চামা নোংদমলিএ"—নুংঃঅচৌঃ।

**নোংখুম নোংনাউবী,** নোং কাংলবদা নোং চুনবা অমাইবা অমাইবীনা ঈরাং থৌনিনবা নোংমাইজিং চীংদগী লৌরুবা নুং।

**নোংখোং ফুইবা,** নোং কুংনা তাবা, নোং চুবা।

**নোংগাংদে,** নোংমতা লেপ্তে।

**নোংগাংবা,** নোং কাংবা, নোং তাদবা।

**নোংগাম্বা,** শিবা, লাই খুয়া তানবা।

**নোংঙান কাইনারাক,** অয়ুক নোংঙাল্লকপদা নিংথৌগী য়াকাইরোন শকপা মী,— "মৈতেংগুগী চীংখোঙ থৌতাইরেম নোংঙান কাইনারাক"— —ধঃ লাঃ নীং।

**নোংচুপ খানা পাংবরম,** মোইরাং লাইজি থংবা মায়গে,—"মরোং ওক্তা ছক, খোকলাং তুংশোয়া, খেরে মাওইয়না, হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংবরমদা ছয়েন লান্দাখিয়ে"—চায়।

**নোংচুপ পাংবা লম,** নোংচুপ মায়গে।

**নোংচুপ লমগাইওম্বা,** নরসিংহ মহারাজগী মপা বুং ভদ্রসিং মহারাজ,—"তুবী মপাতোন নোংচুপ লমগাইওম্বা মপারি শ্রীনরসিংহ চিঙথংলেন পামহৈবদা য়াথং চীংশাং খোইরেলহীগুমনা পাওমেনখিএ" —গ:নো:।

**নোংচুপলা পাংবরম,** নোংচুপ থংবা মায়গে।

**নোংচুম্মা** নোংমা অমা চুপ্পা।

**নোংচুপ হারম,** নোংচুপলোমদগী মণিপুরদা লাক্কুনা লৈরগা (মৈতৈ) ওন্দুনা য়ুমনাক শাগে লিংদুনা লৈরব্বা মী কাঙলুপ।

**নোংজা,** হুমাং, নোংমা।

**নোংজা খুদিং,** হুমিং খুদিং।

**নোংতমখোন,** নোংদমখোন, লাইনা তম্বা,—"কোরৌ নোংতমখোন করমপনা য়োয়পু পায়মা উংলৈ খেংনা শানলোল্লাপানো"—পা:নোংকা:

**নোংতম্বা,** নোংদম্বা, মীওইবগী অফ ফত্ত তম্বিরিবা লাই।

**নোং তাইবা,** নোংদাইবা।

**নোংতামতনা,** নোংমতা পোখাদনা,—"কোরৌ নোংতামতনা খোইমোম লাইকোনলেন্দা য়াকারবদা"—ছুতেং।

**নোংথম,** পোয়মু;—"থাদি নোংথম পোয়মু থানে"—থি:মৈ:লী:।

**নোংথাওলৈমা** কজেং নোংথাঙ লৈমা, লাইরেম্মা অমগী মিং, অশীবনা লৈশেমঙৌদা হারাবনা হোজা হোজা থুগায়রবদা হাম্নাববু থামহন্নবা গুরু শিদবদগী মৈরাগী মশক্কুম্না চোংথোকহনখিবা লাইরেম্মা।

**নোংথিন,** হুংথিন,—"অহিং শমু খোঙনা তাম নোংথিন চেংলৌ মিংনা থাংলে"—শম:ঙ:।

**নোংথিন চাইবী,** সাপম চরু,—'নোংথিন চাইবী হায়না ক্ষেংথাবদি সাপম চরুবু থাদে"—পেন ক্ষেংথা।

**নোংথিন চুপ্পা,** হুংথিন হুমিং চুপ্পা,—থমোয় মৈচাক খোইবত্নম ইনুংশোয়বা কাউওমদা নোংথিন চুপ্পা থানিন্দবগী হুংশি মৈচাক মুংঙমদনা মরৈরিবা অতুদ্রে"—লাং:শং:থাবা।

**নোংথী লাইমন হোৌবা,** নোংথা নোংমংবদা অনাবা হোৌবা,—"তম্ফা ঐবু চুবা ভৈচা য়েকয়ে, খাঙ হুংচেং লাউ নোংথী লাইমন হৌনা অনা ঐবু লাইথোইরকয়ে, ঈরোক অসুপ্পা চীংশাং নাপোম অরাংবা কাওময়ে"—পা:নাহে:।

**নোংথোই ওম্বা,** মতম লেল্লবা,—"পম্বৌ লাংগোন হাওনা নোংথোই ওম্বা অসিনে"ধ:লা:নী:।

**নোংথোইবা,** মতম লেনবা মতম ঙাইদুনা লৈবা; —কোরৌ অচুথাঙ থাংবন অশা লাংনা হুংবান পোনবী পুরাওবা মশূমাওদা.........তরা চাদংদনা নোংথোইরে"—পো:লু:।

**নোংথোইরবী,** মতম লেন্দুনা লৈরকলবী,—'ইপন শেলোয় সনা চীং ইদু লংমাই অচোং য়িমলেনবা মরানয়ায়দা অশী লায়থং তাম লৈম্নাং লৈথাই থাপনা নোংথোইরবী ঐবু"—না:ক:কা:।

**নোংথোনবা,** শিনৌ নোংথোনবা, ফম অমা, খুনফাংথৌ অমা, নিংথৌ মহিশাং ফমদৌ মঙাইরোই; "নোংথোনবদি খমলাংবনে"—ফম:;—"মাইবমা লাইকনথাঙ পুএ, চোঙথানবা হঙবনা চোঙ থাল্লে, নোংথোনবনা চকথাঙ কাল্লে"—ফম্বাল:।

**নোংথৈ,** নাদা য়াম্লবা নায়িন মখল অমা,—"কৌএ থংবা চীংশা নাপোমদি নোংথৈ পোকএ"— পা: নাউ:।

**নোংথৌ,** অতিয়া, স্বর্গ, নিংথৌ, লৌশিং,—"নোংথৌ কৌবদি লৌশিংনে"–থি:মৈ:লী:।

**নোংথৌরেন,** নিংথৌরেন, অচৌবা নিংথৌ, নিংথৌ অথোইবা,—"অথৌবা নোংথৌরেন থৌদিং শাংবা নঙবু লোইবী অগুপ্পবু ইঙা লৌথোংমরম মনিংবা, চীংশাং নাপোম অরাংববু থালৈ য়ুবুং মনিংবা লোইবী ঈরোক ঈরাউখোন চীংশাং নায়েথোনবু শোংকিদা"—লা: লমওক।

**নোংথৌ লৈবাক,** অতিয়া, লাইরৈপাক।

**নোংথৌ রাংপাসন,** লৌরাই মানসরিক,—"নোংথৌরাংপা সন লৌরাই মানসরিকনা খোইমোম লাইরেম্মপু থীকলেন থাতা পমনা লোওথংলকএ" —কৌ কৌ:।

**নোংথৌ সোরারেন**, লাইয়িংথৌ সোরারেন, ইন্দ্রাজ,—"থোইয়ম গন্ধর্ব্ব চীংগু সোরারেন মহেশ্বর য়াওনা তাংজা লিন লৈপাকমুঙ অর্জুন ঐনা মতম্নে"—লাংলংথাবা

**নোংদম**, লাইনা তম্বা, লাইবক্লা তম্বা,—"চীংগু নোংদম মথৌথাবু নোংদম মতুং ইন্নকএ"—লাংলোন।

**নোংদম থাক্অমাবা খজিকপা**, চপ মান্নবা তম্বিদবা।

**নোংদমখোন**, লাইনা তম্বা,—"মতোম মতোম্ন অসুমনা বাশরূদনা শোক্লববু চীংগু নোংদমখোন্না কনবগী থাওবা ঙমলক্তরে"—চীংথংলাংফাবা।

**নোংদম নোংথাইবা**, বায়েনবা, বায়েন থৌদাবা, "তাইবং পানবা অসিবু নোংদম নোংথায়রগে হান্নবা"—খিংমৈংলৈ।

**নোংদম্বা**, লাইনা তম্বা, হুমিং তম্বা, অক ফত্তা পুন্নমক তম্লিবা লাই।

**নোংদম মথৌথা**, লাইগী নোংদম, লাইনা তম্বা,—"নয় তুবী য়োইমোংদা নোংদা লাইরেন পাংখবগী নোংদম মথৌথাগী ইপোইরৈ সনা লৈপাক অসিবু হৌজা খুন্তাক মঙারক তাকলবদা"—চীংথং শাং ফাবা

**নোংদাইবা**, নোংথক্তা লৈবা লাই তাইনবা; নোং তাইবা।

**নোংদা চীংখনয়াং**, নোংইম—"অসুম পাওমেল্লবদা নোংদা চীংখনয়াং লেরা অতোনবনা খুদাং লৈচেঙ কামনা হোংনা লৈন্নুং থোঙঙারেন অহনবদা ইন্দানখিয়ে"—পোংলু।

**নোংদামদনা**, নোংতামতনা, নোংমতা লেপ্তনা, হুমিং খুদিংগী।

**নোংদারীক**, নোংদারীক অঙাঙবা তরেংনা য়াই ঙইও"—খুংলোন।

**নোংদোল**, অতিয়া, নোংথক, কোরৌ লাইরৈপাক, নিংথৌ লৈবাক।

**নোংদোন লাইজা**, নোং, নোংগী ঈশিং।

**নোংদোন লাইরেম্বা**, নোংথকী লাইরেম্বা অমা.

**নোংলাং**, অতিয়া।

**নোংলাংপাল**, লাইরৈপাক, নোংদোন অতিয়া,—"ইমান মচা হাওকু পাথং তরূকমক্তা কোরৌ নোংনাংপান থোইমোম লাইরৈপাক মুংনাং কাউথংকোন চীংগু লাইকোন্নুং অসিদা থোইমোম সনা নখোঙ খাদবু ইন্দানমিন্নসে"—খোংনোং।

**নোং নিংথৌ**, পুরৈরোম্বা,—"নোং নিংথৌ কোষদি পুরৈরোম্ববু কৌএ"—খুংলোন।

**নোংনিং লৈরিকচিন**, হরি নোংনাং।

**নোংনেম**, অৱাং,—"মমায় নোংনেম লাইনা পাংনা য়াহিপলে"—শলকাও।

**নোংনেমথক্তা**, অৱাংবা থক্তা।

**নোংনেম লাইনা পাংবা**, অৱাং মায়কৈ পাংবা,—"ইবু হোঙনেম লৈপুন্সি চারোন লোনচিংদ্রৈ শূয়োন তানকংলৈবু ইমায় নোংনেম লাইনা পাংথোঙলেন ইমাজ কৌবা চীংথংলাং পাংবরম হরি হয়া লাউনা কোনশিল্লমগে"—পোংলুং।

**নোংপুম খুদিং**, হুমিং খুদিং, "নোংপুম খুদিং মাঙখিয়ে য়াইথোঙশীংদা চল্লিবা পান্নুইএ দে"—কুমদমশৈ।

**নোংপুরুম্বা**, নোংথকপু খুরুম্বা।

**নোংপোক**, মমাং থংবা মায়গৈ, লাই অমগী মিং, মহাদেব।

**নোংপোক থাকি লাম্বুবা**, মৈদিংগু থাগেম্বা,—"লাইরেন ইপা মৈতিংগু চোয়নৌ সনা হিহোনহন নোংপোক থাকি লাম্বুবা-ও"—পাংনোং।

**নোংপোক থানা পাংবরম**, মৈরম,—"হাওরৈ নোংপোক থানা পাংবা লম মোনশাং মপূংয়ায়দা সনা খোমহানবদি হুয়েন লাম্নিগীদি চথা মোনশাং মনিংথৌ হুয়েন শাকপ্রবু কাইনা হল্লে"—নিংলম্বুং।

**নোংপোক খেবান তোং**, খে, অমুবা মচুগী রং মথল অমা।

**নোংপোক ঙম্বা**, মৈতৈ নিংথৌ চীংথাং লাম্বাবগী (খৃঃ ১৯৩১-১২৪২) থাঙ।

**নোংপোক চকমিয়েংশেল**, শকয়েং মিংশেল,—"নোংপোক চকমিয়েংশেল্দা শান্না মমি য়েংনা হকলাং লৈতেং শেমলে"—বিঃ (মহা)।

**নোংপোক চকলাইথাঙ তোংকোনবা**, থাদোন, "তম্মু লৌরমচা তরা চাতানবা থাংই অচেন লোইনা নোংপোক চকলাইথাঙ তোংকোনবা তাংখুন থমলো লৌথৈথাঙ ঙাঙোই নুরাবী কান্না থাঙ

থাচিনগ্রাও হাইহু মাবনবা মরা ১৭১ পানবা থোং-নাং শেকপী হাতানবা থাওনা ওয়দা লৈশমগা থোন্নবু থোন্নরোনবী"—কৌঃবাঃ।

**নোংপোক চাকশংকাই তোন্নৌ,** হুমিংকুম তরং তরংমা ফজবা,—"লাইরেন মৈদিংগু তুবী কোন্নৌ ননোংথৌ অসিবু নোংপোক চাকশংকাই তোন্নৌবা লৈকাই তোম্ফাং কোন্নথংনা নপা শিন-ওরোন কোরী নাপোম তাউববু থাওলেন পাইজা পীওনো"—

**নোংপোক চাকশংকাই তোন্নৌবা,** হুমিংকুম তরং তরংনা ফজবা।

**নোংপোক চীংলেমখোম্বা,** চহী তরেৎ থুম্বাক-তুনা ওবা লানগাইনরিৎদা ওবা নিংথৌনা হাম্না মৈতৈ নিংথৌ যদু সিংহগী মিংছম অমা;—"শক ১৭৪৭ যেন্না × × × × ওবা নিংথৌনা ইবুংশি যদু সিংহবু মৈতৈ নিংথৌ ওইহনো হাম-না নিংথৌগী পোৎলোই মশীংগুনা × × × × লোইনদুনা থানিন নোং সগোলসেন হুমিংতা কোহুং চওদুনা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক চীংলেম খোম্বনা চহী ৩৩দা নিংথৌ ওইএ" - চৈঃকুম্বা।

**নোংপোক নিংথৌ,** লাই অমগী মিং।

**নোংপোক মহৌ লৈরাই পাংগা নিংথৌ চনু,** থাবা নিংতোন,— "থাবরোন নোংজেংশু থাবা থাংদনজাম্বনা পোকপী নোংপোক মহৌ লৈরাই পাংগা নিংথৌ চনু মপাম থাবা শনশেন থোংও কৌবদি কদৌ নাংগীনো"—চাঃলাইঃ।

**নোংপোক মালং হুমওইবা,** ভম্ফা বাংওমলোন পাম্মোইবীগী মশাবি,—"মশাবি নোংপোক মাল হুমওইপাতি ভাংখুন মচি হাও পাথংবু শানা"—পাঃখোঃ

**নোংপোক লমহৌয়াই,**
**নোংপোক লমহৌয়াই মরু,** নোংপোক মায়গেদগী থোরকপা হুমিং।

**নোংপোক হাইরং পামহৈবা,** মৈদিংগু গরিবনবাজ মহারাজগী মিং অমা,—"মৈদিংগু থোংনাং মরাযবু নোংপোক হাইরং পামহৈবা ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো?"—নিংঃ লমুঃ; মাৰ্জিৎ মহারাজগী মিং অমা,—"লংমাইথেম মণিকী কুম শক ১৭৩৬ শজিবু থা ১৩নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজ নোং-পোক হাইরং পামহৈবনা মৈতৈলৈমা থোকচাও-মুগা কম্বাল কাএ"—চৈঃকুম্বা।

**নোংপোক শেল্লু নিংথৌ,** মৈতৈ নিংথৌ, বাংওম লৈকোয় কম্বা, কংলৈ লৈমাবা,—"হে লাইরেনমৈতিংগু নোংপোক শেল্লু নিংথৌ বাংওম লৈকোয় কম্বা-ও তুবী নওনা তীৰ্থ যাত্ৰা তৌম্বকপা অসিবু"—চীংথং পজাঃ।

**নোংপোক শেল্লু কম্বা,** মৈতৈ নিংথৌ;—"লাই-রেন মৈতেংগু নোংপোক শেল্লু কম্বা-ও—শমঃগুঃ।

**নোপোক শোয়মায় হাংবা,** নোং ওান্নকপা;—"নোংপোক শোয়মায় মথোঙ হাংলকলে"— হাকৈ-রোন।

**নোংপোক সনা কোনগারম,** হুমিং থোকলকপা মায়গৈ,—"নোংপোক সনা কোনগারমদা লাংগোই শায়াম কানা পুংবু তানকংবা নিংথৌরেম থোংনাং ময়াম্বগী"—নিংঃ লমুঃ।

**নোংপোক সনা কোম্বাংচাম,** হুমিং থোকপা মায়গৈ।

**নোংপোক হারম,** নোংপোক মায়গৈরোমদগী মণিপুরদা লাকুনা যুমনাক শাগৈ লিংদুনা মৈতৈ ওনশিন্দুনা লৈগবা মী কাওবু।

**নোংফাই,** লৈচিন।

**নোংফাইদবা,** মোংমা লেন্দবা, লৈকেম্বা।

**নোংফাইবা,** অহিং লেকুনা লৈবা, —"রাবণ নিং-থৌ হিংচাবদি লানচৎ নোংকাই য়াম লোইদাম থাবু শি লাংহৈ কুম্ব্ ওল্লবনিগীনা বিচার বা থিদনা" উঃ রাঃ)

**নোংক্ষি,** মমাংওওদা যুমলেনবমতনা শানরবা কি জাৎ অমা,—"যুমলেনবম নওদি নোংক্ষি শাউ"—লোঃ শিনয়েন।

**নোংবান,** অঙোম, অঙোম য়েক ওইবা নিপা।

**নোংবাম অঙৌবচা,** অঙোম মচা, অঙোম শনাই ওইবা নিপা।

**নোংবাম্বা,** নোংজু থা, নোং তাবা মতম, নোং চুবা পাম্বা।

**নোংবান মাউয়োকশৈ,** অঙোমনা অঙাং য়োকপগী ঊশৈ।

**নোংবাল্লোম,** অঙোম চমু, অঙোম য়েক ওইবা

মমনাকী নিংঙোন; লোংবাল্লোন হাওচোংঙবী পলেম মমা পোকপ সনা লীকলাই য়েনবদি কনানো ?"— চাংলাইঃ।

**লোংবাল্লোন নিংথৌ পোকপী,** মংসদম নিঙোল, —"চিংঙ্গুরোন কামুহিথাবীনা লোংবাল্লোন নিংথৌ পোকপী পথৌ মপা পোকপ সনা লাইহুই থখবনে" —চাংলাইঃ।

**লোংখু খোনবা,** লোংথক (সোরারেন) খোনবা।

**লোংখুন,** লোংমা।

**লোংখুমবু,** লোংমতংবু।

**লোংখুমলেন,** হুমিং চুপ্পা।

**লোংখু শাংনা,** হুমিং য়ামনা কুইনা,—"লোংয়াং চাউবা পুংদা লকল্লোই লোংবু শাংনা লোংথোইরবদা"—নাঃ কঃ কাঃ।

**লোংমদোল,** অতিয়া, কোরৌ লাইরৈপাক, স্বর্গ, —"লোংমদোল অবাংবদা লমওল্লভেনে"—উঃ(রাঃ)।

**লোংমল ঈশৈ,** অশিবদা শকপা ঈশৈ।

**লোংমলথিবা,** শিথিবা,—"মপারিনা হায়্না লোংমনথিবদু না তারক্কে"—উঃ(রাঃ)।

**লোংমনথিরে,** শিগ্রে —"চন্দ্রকেতু নিংথৌরেন্দি মালং হুংশিং অকনবনা হমথংলক্লবগী শিংলি পাকন ভিংনা থবাল নৈকা তেকনা লোংমনথিরে"এঃপঃ

**লোংমনওমলে,** শিরমলে,—"লৈতাং থরো মথোক লোয়ওমনা লোংমনওমলে"—নঃ।

**লোংমনবা,** শিবা,—"চকপা খানপোকলৈমা কাল্লোওবী মপারি শাংকুরাবু থারা খুংয়োম্বানা লোংমলে অতুগী চকপা মীয়িকমৈ হেমজেং মীরো মৈনে"— —নিঃ লম্বু।

**লোংমনরাই,** শিথিবা মকম, শিফম

**লোংমনহনবা,** শিহনবা,— "লাংগোই শাশেনবা মদাইরেম লানমী পুন্নমকপু লোংমনহল্লে"—উঃ(রা)

**লোংমনরাগী,** শিথিবগী মরমগী।

**লোংমাই নিংথৌ,** লংমাই নিংথৌ।

**লোংমাইহন,** লোংথক্কী তারকপা।

**লোংমৈ থাংকেংনবা,** লোংমৈ কাপ্পা।

**লোংমৈ থিংগাল্লবা,** লোংমৈ কাপ্পা।

**লোংমৈ পান্দমহনবা,** লোংমৈ খুৎচুনা কাপ্পা তমহনবা,— "নিংথেম য়াওনা চীজোন্দা লোংমৈ পান্দমহল্লে"—চৈঃ কুম্বাঃ।

**লোংমোইন, অহোওবী,** চাক্ লমওইবী লাইরেম্মা অমা;—"য়োম্বু লোংমোইন্নু অহোওবীনা তরা লুমায়-ওই য়েল্লম মথেন শেল্লা"—লোঃ লাইঃ

**লোংলম্ব,** অঙোমগী অমাইবা,—"থাম্বনগী হোনবা লোংলম্বনা লোংমাইজিংগী ঈরাং থৌনি কায়কয়োই অমম্থং লোংলম্ব কাবা ফুংগাদি অরা অনা পুদবনি মথোয়স্থু চাকহেন মুল্লেবনিনা অশি অনা চঙদবনি মাইবীগা মান্নৈ" চৈঃকুম্বাঃ।

**লোংলাউথোন,** মোং থোংবগী মথোন।

**লোংলাংবা,** কোয়থোকপা, হয়া চাবা থোকপা, চথোকপা।

**লোংলুম,** মরুম।

**লোংলেন,** লোং,—"লোংলেন ঈনৌ তাবদা লাইজা ঈমায় চোৎনদি নিংথিরে দে"—কুমদমশৈ।

**লোংলেন চাইজি মরাং হৌবা,** লোং য়ামনা কয়া চুবা,—"চুং লোং ইনমথাওদি লৈচিনশিকারাংনে, তিমেম হথুৎশূদি লোংলেন চাইজি মরাং হৌবনে"—পোঃলুঃ।

**লোংলেন চাইচোংনবা,** লোং চোংপা, লোং নংবা।

**লোংলেন লোজা,** হুমিং;— "অসি লোংলেন লোজাদা হুংবান রা মিংখু খুংহৈবা লুয়াং বাংমনাউ হুংবান উথিবা লুয়াং উয়েংবনা চেংলৌ মিংয়েং তেনপাল্লজনা"—লিঃদিঃ।

**লোংলেন মখোঙ ফুয়না চুবা,** লোং কয়া তাবা, "বায়রা মতেল্লোবু লোংলেন মখোঙ ফুয়না বায়রা তেনবায়রকপবু শোংকিদনা"—উঃ(রা); "লোংলেন মখোয় ফুয়না চুরকলবগী লাইজা ঈনা ওমলকলে" —তুতেং।

**লোংলেপ ফা,** লোংথক মপুং কাবা, হুমিং লেপ্পা, অরেপ্পা মতম।

**লোংলৈমা,** লাইয়িংথৌ সোরারেনগী মমাউ ইবেম্মা, —লাইরেম্মা অমা,—"অবাং কোরৌ লোংলৈমাপু ওইনকে"—কেঃলোংকাঃ।

**লোংলোন,** লোংথৌ মরোন, স্বর্গ মরোন, অতিয়া, —"লৈরোন লোংলোন অহুমকপু খুনওবা"— উঃ (রা); "অতিয়া লোংলোন মকোয় য়োনা লৈতেংনয়ে"—লাঃ শঃ থাবা; লাই (মোইরাংনা হায়নবা),—"ময়িম কেকে মোইরাংনা মিকৌনা

খোইমোম লাইপুতি নোংলোন ও কৌএ"—
লুঃ খোঃ

**নোংলোন অপাইবা**, লাই,—"খোইমোম লাইশিংথৌ শেনবা কুন্নাতরা কবো শন্নাং নোংলোন অপাইবা লাই চীংঙু মরনকুগী খাম্বী মৈরী চৈরোয়ননা হুয়েন লাঞ্জেল্লকপবু শেনবী কনানা চেংলৌ শক খঙলোদে"- ধঃ লাঃ নীঃ

**নোংলোন খুদানবা**, শিবা, নৈচিন খোঙনেংনবা

**নোংলোন তরেৎ**, নোংলোন তরেৎ নৈরোন তরেৎতা য়েংউ

**নোংশা**, মুংশা, শংগোম চক্‌ মঙল অমা (শংগোম নোংশাদা য়েংউ), থৌনা কবা শা মখল অমা, সিংহ রাশি।

**নোংশাং কুমশীং কুইশিল্লকপা** চহী য়ামশিল্লকপা, —"লাইনিং ইহৌশাবু থাদোক্লনা সনা কম্বাল কম্বু নোংশাং কুমশীং কুইশিল্লকলে"—চীংগঙ্গা

**নোংশাবা**, লাই অমা, নৈবা

**নোংশাবী**, নৈবী, "মাল্লেম নৈরোন তল্লেৎমাদা নোংশাবী"—লৈঃনাও

**নোংশা লান্দামবা**, নোংশাগুমনা থৌনা কবা

**নোংশা য়াইগুম্বা**, মুংশাগী মৈচাক্‌খা

**নোংশীং**, নুমিৎ মশীং

**নোংশীংজঙ**, বজ্র, শক্তী তেন।

**নোংশীং শুরবা**, মতম শুরবা, নুমিৎ শুরবা

**নোংশীৎ**, মুংশিৎ

**নোংশীৎ নিংথৌ মপারি**, মুংশিৎ নিংথৌগী মচা নিপা, হনুমান

**নোংশীৎ লাংবা**, হবা চাবা,—"কম্বাল্লাংদগী লোলং নোংশীৎ লাংনা থোকলুবনু" (উঃরা)

**নোংশু নাহা**, সোরারেন

**নোংসাং কুইনা**, নুমিৎ মশীং য়ামনা,— "মতম নোংসাং কুইনা চেংলৌ শক উদরিবা পাংগল মরমচৎসুঙ তাদরিবা পম্মৌ ঐবু পোকপগী মতৌক অরুবা মহাকপু হম্বক মতম অসিদা পম্মৌ মাঙৈ। থানা খঙজরভেনে"—লাংঃগঃথাবা

**নোংশাংকা**, কুইবা, নুমিৎ কুইবা

**নোংহাম্বা**, শিবা, থবায় থাবা,—"ইনেম মচা চখা মোইরম্বু লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া পৈথোকপান্দা নোংহামলে"—চায় : ঙাইহুনা নৈবা, ঙাইবা,—"শরা চমাংদা চরৈ ফিশেং শেৎনা মুমিৎ শীংবুম তরেৎনি নোংহাম্বনু চীংঙু মতিক উৎপিঙ্গবগী চীংঙু অতৈবা লমলোঙ চবান চাবা অসিবু চীংঙু লাই মরুনি হায়বদি শীংলেন অরেম্বনে"—
সনাঃ লাইঃ

**নোংহুম লম**, খোইরাং লাইহি

**নোংহুম শঙ**, কংলা মেন তোংকমগী মনাক নোংপোকলোমদা নৈবা মকম অমা, কুরুমচীং,—"কুরুমচীংদি নোংহুমশঙনে"—উঃলাঃ

**নোংহৌবা**, কোরৌ অভিম্বা শেম্বা, অহানবা নোং মবা, চুবা,—"মালেম নৈশেমলকপা কোরৌ নোং হৌরকপা ইবুঙো"—হিঃহিঃ

**নোক্তি**, ওক্তী, নূপী,—"কাংঙবম চন্থু নোক্তিসুঙ অচু মুমিৎতা মচা নিপা অমা পোকএ। মপা খঙদরবগী শংশাং মচা ওইহনখি"- চৈঃকুম্বাঃ

**নোংয়ায়**, অহিং চবুক, ইমুং শোয়ায়বা, অহিং মম্মায়:—খুমনপা,—"নোংয়ায় খুমন নিংথৌ লুংবা অহনবগী কোলোয় মশঙকমদি অচুম্বুঙ মতোমদে"
- খুঃকঃনৈঃ মশু

**নোংয়ায় ইপুংয়ায়**, খুমন ইরৈবাক

**নোংয়ায় খুমন নিংথৌ**, খুমন নৈমাবা

**নোংয়ায়চা**, খুমন মচা, মুমমাক খুমন য়েক ওইবা ক্লিপা

**নোংয়ায় চাউবা পুং**, খুমন নৈবাক

**নোংয়ায় নিংথৌ**, খুমন নিংথৌ, খুমন নৈমাবা, —"নোংয়ায় নিংথৌ নথোখাগী হৈরেম মপুংয়াম্বদা নোংমল্লে"—চায়ঃ

**নোংয়ায় লৈকোয়পুং**, খুমন লৈপাক,—"লাইরেন নপা মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবা মঙংলাংগী নোংয়ায় লৈকোয়পুংদা করম ইন্দানখিগবনো কল্লকএ'
—নাঃ কঃ কাঃ

**নোয়ায় মুমলেনবা**, খুমন নিংথৌ

**নোংয়েংবাচা**, ওঙ্কাই,—"হাওরে খানা পাংথরমগী শরেং শমশাংবৈচা ওঙ্কাই নোংয়েংবাচা ঙাচিং চিংলোইনাই লেমলে মশীং শুনা"—তোরৈঃ

**নোয় খুতেক নোয়মল্লাং**, জগোই শাবা,— "য়োমদু খোইমোম লাইরেম্মা তক্পা বাংঙমলোন

পাম্বোইবীনা মশাবি নোংপোক মালং হুমোইবগা খোইমোম মতৈ মনাউনা শেনবী লমলোকপা। কবো লমজনতৌদা শেনবী চৌনাই ঙরিংকোমগী থাংলা উমোককোন্দা নোয় খুত্তেক নোয়মল্লাংবু লোয়না ঙমদম হো, চৈরৈ ফিজি পায়, লংঙৌ তাবুন য়েংনা ফিবুন ঙাইরং হুরকন"—নিংলথুঃ

**নোয় খুথেক,** অগোই খুথেক, "থোঙশীং মানবন নোয়বু নোয় খুথেকপু নোয়তমএ"—অনোয়ঃ

**নোয় তম্বা,** অগোই ঙবা;—"কোইবী ঙংকা চম্বুগা মপন লাইগা নোয়তমএ"—অনোয়ঃ

**নোয়না ঙমদমহনবা,** অগোই শাহনবা;—"লাই পাথং লাই নূরা অরেংমক তাথোকলে নোয়না ঙমদমহল্লে"—সনাঃলাইঃ

**নোয়না ঙমদম হৌবা,** অগোয় শাবা

**নৌরুংবা,** কম অমা,—"নৌরুংবা লোইত্তোংবা থাত্রা শিএ"—চৈঃকুম্বা।

**নৌয়োং খোং,** নৌ মখোঙ থেংনা পায়বা

**নৌহা খোংফাং শাংবা,** কুইবা

# প

**প,** মৈতৈ ময়েক্কী কুন্নাথোই ওবা ময়েক

**পকপা,** নপ্পা, নপশিনবা

**পংথৈ,** ঙমথৈ, অয়োইবা, সীমা

**পজেঙ,** বাচেত্তগী শিশক শিশক পিকনা মচা মচা থায়দোক্লপা চাং মান্নবা ইত্তূনা শেম্বা চৈ মচা;—নিংসা;—"নিংসাবু পজেঙ কৌই বীর্য্যবু ফীরান কৌই

**পজেঙ ইৎপা,** পজেঙ শেম্বা

**পজেঙ ফীরান,** অকল অথোগী কোয়েংতা থেংনবা মনা মথল অমা

**পজেঙ কীরান থেৎপা,** অকল অথোগী মনা পজেঙ কীরাম্না লৈজেংবা

**পজেঙ শমম্নাবা,** শমচেৎ হাৎপা

**পথাপ,** নিয়ম, চৎনবী, কাঙলোন, লৈয়ি চুমনা চিংনবা চৈ

**পথোম.** পরৈ ;—“সনা থোম্মদোনবু পাউথেমগু হায়রবদি পাগী পারম তাবনা পথোম মঙা থোম্মো নৃগী নৃরম তাবনা পথোম তরুক থোম্মো”—মু:কা:

**পথোম থোম্বা,** পরৈ লৈবা,—“পাগী পারম তাবনা পথোম মঙা থোমও”—মু:কা:

**পনকোয়বা,** কোয়শিনবা

**পনথৈ,** পংথৈ, তাংকক, অরোইবা সীমা, লমথৈ

**পনঙমখিবা,** নাম্থোক্তুনা চেনখিবা,— “শঙাই পিয়েন শানা য়াওরৌ পনঙমখিববু নিংথৌ মিৎয়েং শামথৈরবগী”—প:স:যজ্ঞ:

**পনঙম্বা,** নাম্থোক্তুনা চৎপা,—“শেল্লোয় চীংশাং নাপোম শম্না ওকলেম পনঙমখিও লাইয়েন পনলিৎখিও”—মা: ক: কা:

**পনঙাকপা,** কাঙজৈনচিংবা শান্নবদা পাঞ্জন চনকম ময়াদা ঙাক্তুনা লৈবা মী, পনঙাক্তুনা লৈবা, পনশেনবা।

**পঞ্চি মরি,** চিথেক মরি

**পঞ্চিয়মদাই,,** চিরবা মতম, ওং য়োরবা মতম, অয়োইবা মতম

**পঙোংখিবা,** নাম্থোক্তুনা চেমখিবা

**পঙোংবা,** নাম্থোক্তুনা চৎপা;—“থিংলৌ পঙোংখিরে হায়দবরা ?”—মা:ক:কা:

**পঙোংলম** চেনখিকম, চৎখিবা লম,—“নমোম ঐস্নুঙ তুবী থিংলৌ পঙোংলম লাইয়েন পনলিৎকম্বু থঙলৌদে”—না: ক: কা:

**পঞ্জানবা,** পল শেম্বা, ঙাকপাম্না

**পঞ্জনকম,** কাঙজৈনচিংবা শান্নবগী পাঞ্জল চনকম

**পঞ্জনবা,** পন চনবা, কোয়শিল্লুনা থম্বা, কাবা

**পঞ্জাউ,** পল অচৌবা, অচৌবা থৌদোক।

**পঞ্জেনবা,** কাঙজৈনচিংবা শান্নবগী মাঙ থাবা।

**পন্তোন লোমনা,** মতোম্লোমনা, চিথবা লৈতনা,—“সাকোক লাইয়মলেমগা লাইপুম তোম্নৌবাগা অনীমকপু বালম মতোম্লোমনা য়াথং মতাং শীম্না লীবিয়ম্মো”—সা:লা:

**পম্মেং থাবা,** পন থুগাইবা, লান্দাবা

**পম্মেংবা,** লান্দাবা, লান চঙবা,— “ইমোম তম্ফা বাংঙমলোন নঙবু সনা কম্বাল কমহন্দনা থৈথরবদি খোঙলোয় য়াঙনা থৌশীরকও থাম্রম মপুংয়ায়বু তাকনা পম্মেংগে—”শম:ঙ:

**পম্থৌ;** মপা,— “তুবান শাগুম পোকলবা পম্থৌ ঈছন নোংগীনে কোককরোই দে”—কুমদমশৈ।

**পম্থৌ অথুবা,** থুম্না

**পম্থৌ পানাইদবী,** মপা লৈতবী

**পম্থৌ পামচা,** মপা অমত্তগী মচা,—“শাবি ইচিন ইনাওবু পলেমপীবচা পম্থৌপামচা নত্তবরা ?”—ধ:লা:নীং:

**পম্থৌ পাশোম নাহে তম্বা,** মপা কৌহুনা কম্না

**পম্থৌ পোকমাবা,** মপা অপোকপা,— “পম্থৌ পোকমাবা তা আনে”—উ:(য়া)

**পম্থৌ মপাতোন,** নখুম্না

**পম্থৌ ময়নকু পলেম মথৌজান,** মপা মমাগী থৌজান

**পম্থৌ শাৎমাবা,** মপা অপোকপা

**পম্থৌ শেম্বা,** ইয়াম্বা

**পম্দনবা,** শিবা, নোংগাবা

**পম্দোই.** পন

**পম্নোম লোম্বা,** লোইবা, লোইরবা, মথা তানিংঙাই লৈত্রবা

**পম্নীং,** মনীং থংবা, মতুং থংবা পন ময়া

**পম্নীং পনমাং,** তা থোশারোন অমগী মিং

**পম্মুং,** পন মঙুং

**পনম,** তুম্বা, মীহাৎকম, “ঐবু হয়েং কেগে মীয়ানকমদা মোইরাং মীতুকমদা পনম মীহাৎকমদা নোংমমও হায়রঙেনে”—শলকাও ;
চথোকপা, কোয়থোকপা, — “কৌবা অঙাংঙানা কোংলৌ লমথৈগে শাবন লমতাক্কে পনম চথোকলকপদা তুবী য়োইনোংঙা নোংদা লাইয়েন পাথংববু লমওক্করে”—নিং: লমু:

**পনম কাইথাকম,** অশিবা মী হাপ্পা কু থক্কম,—“লমলেম মদাইমা য়োইহে থয়োইয়োন হেমচেং

চকপা ওবী পনম কাইথাকম"—নাঃকঃকাঃ

**পনম কাইপুরবা,** অশিবা হাপ্পা কু (কাই) পুরবা (থাংলবা)

**পনম নিংথৌ,** লাই অমা, অপ্রোদা খুবম লৈবা লাই অমা

**পনম মীয়ানপুং,** মীহাৎপুং, মীহাৎকম

**পনম মীয়ানকম,** মীহাৎকম,—"কেগে মীথাপুং মোইরাং মীতুকম পনম মীয়ানকমদা নোংমনহল্লো" —মোইঃনিংলম্বঃ

**পনম লানয়ানকম,** মীহাৎকম,—"লাইরেন ননেম মচাবু শেলোয় চীংশাং লংমাই পনম লানয়ানকমদা থাওলেন মথুম লাং লাংগোই সারি থোকনা নোংমনহনগে"—নাঃকঃকাঃ

**পনমাঙ,** পনগী মমাঙ

**পনলিংথিবা,** নাম্বোক্তুনা চেম্বোকখিবা,—'ইনেম মচা-ও নঙবু শেন্নোয় পনলিংথি লংমাই পনচোংখি" নাঃকঃকাঃ

**পনলিংকম,** নাম্বোক্তুনা চেনখিকম

**পনলিংরাই,** চেনখিকম

**পনশাবা,** পন ওইনা থোংগক্তুনা লৈবা, পন থোমবা, পম নাপ্পা

**পনাম,** তিপকম

**পমনা হানা,** মপূক থম্না পেন্না চাতুনা

**পমপান লোইথৈ,** খুন্দোম,—"পলেম মমা মচাশুঙ অমা পোথাদনা পমপান লোইথৈগংবা থাঙা যুমতোনপোক অমদা হান্না রায়থুংলে"- সঃমঃ

**পরম,** পোথি, নোম্না

**পরি,** শঙম মরিগী লম, লৌরাক অনী, বিথা তরেৎ মথায়, একর অনী মথায়, উচান পরি—উচান মপুন রায় মঙানা কোনবা

**পরিং,** অচুম্বা, নিয়ম কায়দবা, চুমজিং চুম্বা, লৌথুপ লৌকোই য়াওদবা, যুম শাগদবগী নাপ তুমতুনা মকম শেম্বা,—'পরিংনা থোং অচুম্বকী মকোকপু নম্না লৈএ"—য়ুঃলাঃকাঃ

**পরিং লাংশং,** যুমগী পরিং থাবা

**পরিং লাংশং হুনবা,** পরিং থাবা,—"পরিং লাংশং হুন, উকাক মায়থোং য়াম্না মালেম লৈশেমলকপা কোরৌ নোং হৌরকপা ইবুংঙো"—হিঃহিঃ

**পরিং হুনবা,** পরিং থাবা, যুম শারমদাইদা থৌরাক্তিংতুনা যুমগী কায়াৎ শেম্বা

**পরি কি,** মনা কি, মমাইঙেদা শাকা লানকাগী মনা অকন অথৌদা পীবদা লৌ পরি অমা পীনরম্বদগী লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী হাক্তকুগী লৌগী মহুত্তা কি ওইনা পীনথি, মসিবু পরি কি কৌই, —"পরিকি থুমপোন নামা মনা পীএ"—চৈংকুম্বাঃ

**পরেং,** লেং, পংক্তি, মথং মথং, ভ মথল অমা

**পরৈ,** কিশি, "লৌথুপ পরৈ খঙহল্লোই, লাইরেন নঙদি পরৈ হোংলা থৎ, ককলাং লোঞ্জা মতাই কাওনা থিমলেন শাইগং পোন্না লিংনা শেন্নোয় চীংশাং নাপোম পম্না ওকলেন পনঙবগিঙ" নাঃক.কঃ

**পরৈ চেৎপা,** পুকচেল হোংদবা, পুকনীং চেৎপা

**পরৈবা,** খুজিন থৌরাঙ তৌবা,— "পরৈবনা পরৈও থাওথোংবনা থাঙ থোংও"। মুঃকাঃ

**পরৈ লাং,** পয়ানা পুনবা

**পরৈ খুদোপ,** খুদোপ মথল অমা,— "লাইরেম্মা লাইয়িংথৌ অনীমাগী ফিরোই অঙবা, হৈজ্রাং, কাক্তি, খোঙশি নাশি, চোম্মাই পু অমা পরৈ খুদোপ"—চীংলাইঃ

**পরৈ লানগা শাবা,** লান্দা কারগা পুন্দুনা থম্বা,পয়ানা নক্রগা থৌরীনা পুনবা,—'মজ্ঞ মঙম শা-শেনবমা পরৈ লানগা শা শমু তুংপুন্ননা কাখিরে"—উঃ,য়া)

**পরৈ হোঙলা থৎপা,** পয়া থদৎপা

**পরৈ লোঞ্জা থৎ ককলাং লোঞ্জা মতাই কাওনা,** ককসাং লেনথক্তুনা

**পরৈ হোংলা থৎ ককলাং লোঞ্জা মতাই কাওনা,** ককলাং হোশায়তুনা

**পরোং থোংথিনবা,** চীনয়া শেংবা, চীনকুপ্পা

**পরোং থোপথিনবা,** অশিবা মীবু ককনা য়োমলগা মথক্তা শৌ মঙা ( নুপী দা তরুক ) খোয়দৌ মপা দা য়ুংলগা লং অহিংবনা নিপাদা মঙারক নুপীদা তরুকলক য়েৎপা

**পরোন চাশুবা,** অরোনবা চা তৈবা থাঙখোক

**পল,** লৈপন, লৈপাকনা থোনগৎপা পরেং শাবা লম, সমাজনা য়াদবা লৌনবা য়াদবা নুপী লৌবশিং থম্নবা মকম

**পলংলা,** পল, চীং অবাংবা,—"অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোবা শেল্লোই মকাইকম লংমাই মথুনেৎ, চীংলেন পলংলা থোয়ম লাইবুংথোন অবাংবা"—নোংচীলোইঃ

**পল মরু**, লম মকোক
**পল্লবা**, শোল্লবা
**পল্লানবা**, পল রাংমা লামবা, মফম হোংবা
**পল লিংখিবা**, মফম হোংখিবা, পল হুত্নূনা চৎখিবা
**পল্লিৎপা**, লাম্বোক্তুনা চৎখিবা
**পলু**, লৈপল
**পলেম**, ইমা,— "হে ইপন পলেম ইমা লৈফু খুংগুমদা য়াত্তারিবী ইমা লৈমারেন শিদবী-ও"—উ:(রো:)
**পলেম ইমুংশিলয়োমলুং**, ইমাগী গর্ভ, ইমাগী নাউয়োমলুং
**পলেম লুখুবী**, মমাক্তোন, মমা পোক্তবী,—"পলেম লুখুবী মচা য়িচি খবলাং পামশবা নত্তরুগ লোইবী হাওকু তেংও"—নি: লম্বু:
**পলেমপী খোয়রেন**, পুনশি চেঙজেন লোম্ব, খোয়রেন ;—"নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবদি পলেমপী খোয়রেনগী কোয়ৌ নোংগাশিরে"—খু:নি:লম্বু:
**পলেম পীথাওশিন্না**, মমা শবনা,—মপারি অনীমকপু পলেম পীথাওশিন্না লাংগোনবাগী"——ধ: লা: নী:
**পলেম পীথাংশিনবী**, মমা শকলবী ;—"তৈরাং মপেন তৈ তাউজীং থেনমাই লাংনা মশানৌ পলেম পীথাংশিনবী শ্রীকুঞ্জবতী য়েল্লাংবীনা পুকনী ভক্তি চৈতোয়ননা"—লাং:শ:খাবা
**পলেম পীনাইদবী**, মমা নৈত্তবী
**পলেমপী মচা**, মমা অমত্তগী মচা, মমা তিন্নবা মচিন্নমাত্ত,—"শানৌ পলেমপীমচা অনীবু করিগী লুংবান মরান ওইরগবনো ?"—পো:লু:
**পলেম পীশোনবা**, অয়ো ইমা হায়না শোনবা, মমা কৌদুনা কপ্পা
**পলেম পীশোনবা পম্বৌ পাশোনবা**, মমা মপা কৌদুনা নাহেবা,—"পলেম পীশোল্লে, পম্বৌ পাশোল্লে, চানা লাইপোৎ কারবদা"—চায়
**পলেম পোকমাবী**, মমা অপোকপী
**পলেম শিন্না**, মমা শকনা
**পলেম শেন্দ্বি**, ইচল, ইচেম
**পলেম হেসোল নিকপা**, অয়ো কংবা, ইমা ইমা লাউবা

**পসি খোইদোম লুথ্রা**, লুথ্রা,—"পসি খোইদোম পুথ্রাবী ওইবীগী পারি-ও"—হেঞ্জু:
**পশোৎ**, কি অত্তৌবা
**পশোম**, চফু
**পয়া মীহাৎ**, রায় মন্ত্রগা কাপ মত্তানা কোনবা পয়া মপুল
**পা**, নিপা,—"পামা পোকাপারা হায়পাপু মুমা পোকলকএ"—লু:খো:
**পাই**, ঈশিং অরুবা, য়ান্দুনা পোৎ পুনবা কিগী খাউ
**পাইখু**—ঔবা
**পাইখু লাল্লুবী**, ঔবা ওবী
**পাইখু লেংহান্না**, পাইতুখাউ য়ানবগুম য়ান্দুনা,—"পাকলোই শাশি তৈ থাংকোই য়াংনম শেম পাইখু লেংহান্নন। কাংচিন লমতাই লৈবু তুংথাংনা খোকলাং লেংদা থোংনা"—চা:লাই:
**পাইখোম্বা**, খৃষ্টী শতাব্দী অরাত্তরেৎ শুবগী লোইরমদাইদা লাইয়াংথৌ খুন্তাওবগী মথংদা তুবী চরাই রোংবগী মগুক্তা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ (খৃ:১৬৬৬-১৬৯৭)
**পাইচংনা**, মবাইগী মরী
**পাইথি**, কত্তবা
**পাইপং**, শা মপল অমা
**পাইবুরোনবা**, কোম থনবা
**পাইরোম লাকলোই শেনবা**, নাকন্দা পাইতু য়ানবা
**পাইরি তুংথাংনবা**, তুংলোমদা পাই য়ানবা
**পাইরৈ রবাই**, মবাইগী কাওবু,—"লাংলেন কোত্তয়াং রা হোঙ্গে হায়বগী অদোম পাইরৈ পাউকৌ নোং"—না: ফ: কা:
**পাইরোরেম**, ইবাই, মবাই,—"পাইরোরেম নোংয়ায় খুমন নিংথৌ ও হৈনা নতুং ইল্লকপা অসিবু কনানো ?"—না:ক:কা:
**পাউকোওম্বা**, পাউ কৌরম্বা
**পাউকৌ নোং**, কৌরবা নুংশিৎ
**পাউকোবা**, কৌবা
**পাউকৌরুম্বা**, কৌরুবা
**পাউখুম্বা**, খুম্বা, পাউখুম পীবা,—"মোংবা তুত্তেংবনে পাউখুমখিএ"—তোরৈ:

**পাউখোম ওমচা চৎপা,** পাখোম চৎপা, পাউ পুত্থনা চৎপা;— "কোলোয় ঐগী ইয়াখংবু পুনা পাউখোম ওমচা চৎপদা অৱা হুইরাং শোনগু-মো"- লাংশংথাঃ

**পাউগৌ চিনবা,** কৌশিনবা

**পাউচুমলকপা,** পাউ অরানবা চুমগোকলকপা, হায়রকপা,—"পাউথেম্ববু লাইরেন মশাবিনা পাউ-চুমলকএ"—তুতেং

**পাউথেম্বা,** য়ানবা হায়বা, থেম্বা

**পাউত্তাকখোম,** পাউত্তাকপা বাহৈ

**পাউতোইনবা,** হরাউ ওয়াম্বা. কাগী জগোই তৌ-নবা, লক্কবা,—"লৈপাক শঙদা লৈবী কোক্‌ন্দা কৱীবু লৈত্থম হন্না পাউতোইখিয়ে"—তুত্তেং

**পাউদানবা,** তান্নবা, থন্নবা

**পাউদোইনবা,** হরাউ ওয়াম্বা, হরাউ কুমৈ তৌ-বা, হরাউ ওয়াম্বদা বা অওক অথোং হায়নবা,— "শরীক চোমচাউ থাং, লাংবন তৌত্রি খোং, ৱাকম খোনমান লাকনা পাউদোইনরকলে"—

মোহঃ নিং লম্বু:

**পাউতোইবা,** তোইনা থুনা কৌবা

**পাউনেমওম্বা,** হায়রবা

**পাউনোক চাউবা,** নোকনা চাউবা.— "নহান ঐদি পাহাং মোংজেং ৎই + + + + নুবা ডাইথোং শিনগুলুকুম ইপা হাঙ্গে, থমনুংদম পা-প্রা ওই ডাইবঙদসু পাগ্রা ওইএ, তাইগু পাউ-নোক চাউএ ৱাথ-বিও"—পোংখুম্বোক

**পাউনোক্কবা বা,** মীনোক চঙবা বা

**পাউনোকপা,** নোক্কবা,—"চংলৌ শক্তোয় থাবসু পঙনা পাউনোককদে"- সৌংয়াইঃ

**পাউরম্ববা,** বা হায়নবা

**পাউরোবা.** বা অমায় অথুম তৌবা,—"অসুম থুমজবগা হারাথমা পাউরোএ"—পুদিন

**পাউশনবা,** বা অমোক অথোং তৌনা ডাঙনবা, —"য়োয়বু মীপুক ওম্বীনা থেককথেকপা মথক্তা থেক্কারাজা ঈকুনা নোংগ নৌবা মথক্তা চৈরৈ মকা কোং মাজৌ মীমাঙতাক মিংথৈ তোরান থা খোয়রুম মোমোন নোকনা চীনগোই ঐবু পাউ-শনরবা নওবু কনানো"—সনাংলাইঃ

**পাউশা,** কাগী জোগাই, বা অওক অথোং তৌ-না ডাঙনবা, কুমৈ তৌবা;—"সনা যাঙলা মহুং কাঙজেবুংদা ময়াং মতৌ মনাউনা থৌরী মথক্তা পাউশা তৌএ"—চৈংকুম্বাঃ

**পাউশাবা,** কাগী জোগাই তৌবা, বা অওক অথোং তৌনা ডাঙনবা,—"হে নাহাৱা অপিশা ! লৈক্থু মরুম খোইচোপ্পা লৈরাই মরুম খোইহাইবা লৈত্থম হন্না পাউশাবা ইপন পুল্লাং লুরোই কায়-রেদা পুল্লাং লুরোই কায়ববু শিংবিরোই হায়রবা ?

—পুদিন

**পাউশোন্নবা,** পাউথাং হায়নত্থনা মথং মথং শোন্ন-বা, পাউ নিঙশিংনবা,— "খোইমোম লেংবাক্তনবা মহাক্সু হুংতাই পুকনীং পেনখিরৈঙনে হায়না অসুম পাউশোন্নয়ে"--লাংশংথাবা

**পাউহংবা,** পাউ চৎপা মী, বা হংবা,— "পোৱী চীং কাকলেন মীওয়দি কদায়রম লান্দারিবনো পাউ-হংখিএ" –ঙ্গোরৈ

**পাউহনবা,** লাক্কুনা পাউ হায়রবা, পাউ ভম্বা, —"তুবী সনা থাদা য়াঙনা পাউ হল্লবদা লাইরেন মৈলেংঙুনা মোইরাং ললহাম্বু য়াঙনা পাউ কৌ-হল্লে"—সনাং লাইঃ

**পাউয়া ওমদবা,** য়াদবা, য়াবা ওমদবা, য়ায়মদবা

**পাউয়াদবা,** হায়বা য়াদবা, হায়বা তাদবা,— "অসুম ৱাহম্বু পাউ য়াদরবগী" উঃ (রাঃ)

**পাউয়াবা,** য়াবা, হায়বা ইনবা—"নহাইরেম ঐনা খোককাং পাংশিংনা তিমেন তা চায়নকগে হায়না য়াখিয়ে"--চায়

**পাওমেন,** পাউত্তাক

**পাওমেনবা,** হায়বা, পাউতাক পীগ,—"খোইমোম কৌক্রনা পাওমেনগম্মে"—পোংলুঃ

**পাউহম্বা,** পাউতাকপা

**পাওমেল্লবা,** হায়রবা,— "খোম্লেন মঙলানচাম্বা পাওমেল্লৈএ"—কোংনোংকাঃ

**পাওহোম্বা,** পাওপংনবা

**পাকতক,** ময়াম, ওমনা

**পাক্ক,** কোয়েৎ, কোক্তা হাপ্পা নত্রগা মেৎপা,— "শানৌ নওগী লাবা শলাই পৈএ, পাক্ক শলাই চুগদে"—পোংলুঃ

**পাক্কমপাক,** ইপাক পাকনা

**পাকমা তাইনা,** মীয়াম হোত্থনা, শল্দোকনা,—

"নুংবান পুমনা হৌ নুৱাং পাকনা তাইনা পোইরৈ থুন-ওমলকপদা"—নোং চীংলোই;—"থূমন পাকনা তাই-না হয়েন লান তানখৎলকলে"—থঃথাঃহিঃ

**পাকলোই,** কোয়েৎ, তোলোক,— "পাকলোই শলাই য়েৎপিখিয়ে"—নাঃকঃকাঃ

**পাকশি তাচৌথক,** কোয়েৎ মথক

**পাকহৈ সাহৈনা,** লেম পানা

**পাখংবা,** লাই অমা, পাখংতা ওইবা, মপা থঙবা,—(১) লৈমুং লোঙ্গা পাখংবা—পাখংবগী মমিং অমা;—"লৈমুংদা লৈঞ হায়বগী লৈমুং লোঙ্গা পাখংবা কৌঞ"—থাঙঃচৎঃ

(২) তাঙজা লিলা পাখংবা,— পাখংবগী মিং অমা,—"তাঙজা লিলা পাখংবগী ফমবান্দি মণিনা থাফম ওই মণিনা ফম্পাক ওই"—পাঃফঃ

(৩) লোলাং পাখংবা,— সেন্রেঙ পাখংবগী মমিং অমা—"লোংখ্রে হায়বগী লোলাং কৌই"

(৪) নোংদা লাইরেন পাখংবা,—নিংথৌজা শলাই-গী পুকোক;— নোংদোন্দগী ( অৱাংলোমদগী ) লাকই হায়বগী নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌই"।

**পাখংলাকপা,** ফম অমা;— "পাখং লাকপদি পাখংবনা লোইরেন্দা য়াকাউম্মী ফমনে"—ফমঃ

**পাখং শঙবায় লোনতাম্বা লৌকুমনা,** লৌ কুম-দা পাখংনা শঙবায় অমতা পুৰথুমনা,— "পাঞ্রা থমনোংপানবু ওইনা পাখং শঙবায় লোনতাম্বা লৌকুমনা মতোম পাংশোই নীকলে"—চেংলৈঃ

**পাখং শরীক চোমজাউ,** পাখংনা খুবোমদা শিবা লৈজেং

**পাগা চোনবা,** অথনবা

**পাগোই,** পিশুম, -"পিশুম পাগোই লৈবু মুকমৈ নারিন শোনগুম্বা

**পাগোন,** কোয়েৎ,—"পোইরৈতোম্না পোইরৈ শি-দবা বাংঙম নাদবু লৈরিগবরা হায়না খুম্বিরকপদা মতে লৈমগী পাগোন নুথোংনা কুমলকঞ"— পোঃথুঃ

**পাং,**—নামা "পাং কৌবদি নাম্ববু কৌঞ"—খিরেন মৈংলীঃ

**পাংকন,** পাংগল

**পাংকলপা,** পাংগনবা, লাই অমগী মিং

**পাংথক,** মান্নবা

**পাংগল,** পাংকন

**পাংগল মপাতাম্বা,** মপাংগল কনবদা মপা লৈতবা, কনবদা পাবিনবা লৈতবা

**পাংগল মরুমথা,** মপাম্বোম পাংগলগী মথা;—"নিংথৌ মাগী পাংগল মরুমথাদা লৈপাক মরাং কায়না হুণ্ডাই মনীং তমনা পানহল্লে"—লাংশংথাঃ

**পাংথং অহনবা।** চেংলৈগী নিংথৌ থাংম্বি তাউথুং খোংদোবনা ঈরেম তোইবী লৈমা পান্নহুনা পোক-পা মচা নিপা অহন

**পাঙথং কাংচাই তমনা থুগায়বা,** কাংখোং চাইবমখৈ পুমতোই তোইনা থুগায়বা,— "ওৱা তেংগোল তরামাবু পাঙথং কাংচাই তম্না থুগায়রে" শম্ঃঙঃ

**পাংবরম,** থংবা মায়গৈ, মায়গৈরোম,—"কাওরেন মশঙ্কা মরাম্বা ককলেন থৌবদি হাওরে থানা পাং-রম"—শলকাও

**পাংবা,** মায় ওনবা,—"মমায়দি অহুমনা নোংপোক পাংঞ"—নূঃঅচৌঃ মতেং পীবা, তেংবাংবিবা

**পাংমনা,** নাম্মনা, অমনা,— "কাকলেন মশা পাং-মনা লাইজা ঈবু খিংকৎলে ঈথিংঙ থোরৈঞ"— তোরৈ

**পাংমা,** নাম্মা,— "কেগে মোইরাং কবায়াকুশুনা থাঙলেন মথুৎশুনা য়াল্লবদি খোংনাং কৈরা পাংমা য়াম্লেকলে"—চায়; পাংবা, রোমথংবা, মায়কৈ-রোম,—"লৈপাক লাইশং য়ামনা কল্লবদি লিকলম পাংমা চিথেক্তা লাংঙ"—খুঃবিঃলাঃমঃ

**পালং মৈ,** ডাহু

**পাংশোই ককপা লমচৎ,** লমচৎ কস্তবা

**পাংশোই নিকপা,** পাংগল শোনবা, শোম্বা, অথোই অহেন নাইবা, নাম্মা তাবা, চুমদবা,— "বিংক্রু চীং কৌবা মাঙোন্দা, থৱানমিচাক অমনা চিকলবদি থুদমদি লৈমা শিঞ নিংথৌ পাংশোই নিকঞ"—নোংলাংঃ; "পাখং শঙবায় লোনতাম্বা থৌকুমনা মতোম পাংশোই নিকলে"—চেংলৈঃ

**পাচম্না,** থারা, শাগৈ অমগী মচা

**পাচা,** শাগৈ, শলাই, লোয়শঙ অমগী মমিং, নূপী লোয়শঙ,—"পাচা শাগৈ লোয়না চান্না পুন্নমক অসিবু হয়েং থৱমুং লাংঙন নোং শবা পনকেন

নোংদা চৈরৈ কি বায়রা লমচেন কিগুম অমন ৱাই-নখিকদে"—এ:প:

**পাচা থৌ খিংবা,** খাম্বা, ঐগীনি হায়না খিংবা, মপু পানবা,-"লৈরাং খুত্তা শূনা শীংলেন খয়োম শানা তম্পা বাংঙমলোনাক তমকপু পাচা থৌখিংলু"—পা: খো:

**পাচাহনবা,** কম অমা, নুপী লোয়শঙগী মকোক

**পাচুবা,** পানবা, খুৎলাইমা শোকপা, অক্ষ কত্তা খুদম কাওবা, খুদম খঙবা,—"শানিগীদি শাদোম-পোক, লান্নিগীদি লান্দোম পোকপু পাচুইএ"—চায়:

**পাৎপা,** অনাবা অমা, থোকপা (খাঙডা কম্বোংনা হায়নবা), —"মৈদিংঙু ইনেম মচাম্বিঙ শোয়নরে, হুমিৎলুঙ পাৎলে"—নিং:লম্বু:

**পাৎলবা,** হুমিৎ খোকলবা

**পাৎয়ায় কোনথল্লা,** থমনা,—"বায়থৌ লমগোন চীংদা পানবা লা ইমু কোনসংলা পাংয়ায় কোন-থনলাবু"—খু:কংলৈ:

**পাতম্বা,** পাদম্বা, মায় পাক্নদরা পাকলোইদরা হায়-না খেন চাং য়েংবা,—"যাম্বী পাতম্বু পাচুরে"—চায়:

**পাতোংবা,** নিপা নুপী তিরবা,—"ইপানা পাতোং-তুনা ইমাদা মরু হুরম্বা"—খ:য়াম্বোই

**পাথাংকোক,** মপানা হায়রম্বা বা, ইপা ইপুগী মকোক

**পাথাং কোকনা শিন্নরম্বা পুথাং কোকনা হায়-রম্বা,** থায়নদগী মপানা মপুনা মথং মথং শিন্নরম্বা অমসুং হায়রম্বা বা হায়বদি মবুধোনা মপুবোক্তা, মপুবোকনা মপাদা, মপানা মাঙোন্দা মথঙ মথঙ অহেন্নমন্না শিন্নরম্বা হায়নরম্বা বা,—"লাইরিক অদি-দি থমলাং পা বারী ইরেংপু বারীনে পাথাংকোক-মা শিন্নরম্বা পুথাংকোকনা হায়রম্বা বানে"— পুদিন

**পাথৌ,** মমান্নবা, মতাঙ, মরূপ,— "তৌইগীদি পাথৌ থেন্দে নিংথৌ হাওতক লাইবা-ও বায়রা তেনবুম্মা কাপনা চায়না খোঙকেম্নসে"—চায়:

**পাথৌ খম্নন বা,** মমান্নবা মশেন ক্রক ক্রক য়েংনবা, কন্নক বা—"খোরী তোঞ্জাউশুনা পাথৌ খম্নন বাগী ইন্নুং শোয়য়ায়মদা য়াওরৌ শাপন পস্তোল য়ানকং-লে"—শনকাও

**পাথৌ লমলোয়,** মরূপ মপিঞ্জা, মরূপ মপাং,—"তাইবঙ লমদাংশাংগী মহৌশা পাথৌ লমলোয় লৈরি, তরেং ললয়াম লোইরি, নমু মীকোক খোং-লি হায়না লমচঙ কোনথোঙ কানকদে"—গ:নোং:

**পাদম্বা,** খেন চাং য়েংবা,— "থংলেন হাওরোক পানবীশুবু কোয়ৌ নোংগারবরা চীংঙু পান্দমখিরব-রা থঙরে হায়না শীংলেন নঙবু নচু থাউও লৈরাং নবাক চামলকও পয়োয়রোন . চীং হাওহুনা থৌ-থামলবনিগীদি শীংলেন নচুথাউ লৈরাং নবাক চাম-গুনো হায়না ককয়াই মানপন লৈবু শমু খুত্তা শীংলেন শুনা পাদম্বু মচু থাউ লৈরাং নবাক চানে"—শনকাও

**পানগলাকনা,** পাম্বোম লাকনা চিংদুনা,—"পরৈ লানগা শানা শমলাং তমলেরৈননা শয়েং পানগা লাকনা × × পুখিরে"—উ: (রা:)

**পানঙম্বা,** পানবা ঙম্বা, হিংদুনা লৈরম্বা, মীওইনা পান্দুনা লৈরম্বা, "নোংবাল্লোন পীতঙডা ঐদি নমু মীবু ওইনা পানঙমলরোইএ"না: ক: কা:

**পানচি, পানঞ্জি** —যুমথোঙ,—' লাংতে লমগী পোৎ-নাদি পানচি অমনা কি অচৎ নাএ, থোয়তিং চাং অনী নাম্বে"—মণিন

**পানচুম থোইবা,** লংবা নক্সগা কাপ্পদা খুৎ য়ামনা চুবা,—' টিমেন হু সোই লৈনা কেংখিববু লাংগোই নাপোম অম্বোঙদা টিমেন টংকোন থুমনা লাংকোই পানচুমথোইবা"— নিং:লম্বু:

**পানচুম্বা, পাঞ্জুম্পা,** হুৎচুম্বা, কাপ্পদা শোয়দবা,— "লানলে-ই পাঞ্জুম্পা চাথা উয়োককোনকি পানবা নাচুম শকপা।"—কংলৈলোন

**পান্দম,** মতৌ. অতুগা মাম্নবা অমা,—"পান্দম মতৌ অমদি থায়না লহান নোং চীংঙু শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌগা মপারি লব কুশ অনীমক্কা চেংলৌ শক খঙনদনা লান শোক্নরুবা তুঙম্বে"—লাং:শ:থাবা

কাপলগা পানগদবা মকম, পানকম,— "বায়রা তেন্দোং হুংগী থাজা মচেৎ শাববু লৌনা পান্দম মিৎয়েং চুমনা তেনবায়খিববু"—লাং:শ:থাবা

**পান্দম খঙনবা,** ইঙ্গিৎ, উরবা, মীনা নীঙবা খঙলবা,— "পার্থ তেনহৈবদি কৃষ্ণ সনা উনকোয়হুংদা বভ্রুবাহন য়োয় কোহুংদা

চৎপিনীংবব্ হান্না ৱারম পান্দম খঙলবগী"—লাং: শংথাবা

**পান্দবা,** পান্নবা কাপ্পা তব্বা,—"সিফাই মীনৌব্ নোংমৈ পান্দমহল্লে"—চৈ: কুম্বা:

**পান পোন,** পান হাপ্পা পোলাং, পানবোন

**[illegible],** কৈ মচা, মুম্বান কবা মচা

**পানর্কারিঙৈ,** হুংঙাই য়াইফনা পাল্লিঙৈ

**পানফোইবা.** থন্না লোৌথোকপা

**পানবা,** লৈবা, হিংবা

**পানবা,** কৈ, পান্বা,—"পানবা চীনগোই চন্না চীঙ্গ বাক্তুগুম কেগে চেন্নদা থোংনাং তন্নদনা হুয়েন লানশোন্নরে"—মোই:নিং:লম্বু:

**পানবা কৈজেংলাংগুম্বা,** কৈজেংলাংগুমনা থোৌবা, লান্দা থোৌবা

**পানবা মনিংলোন,** হৌদোঙ

**পানবা লমফম্বা,** লম্বীদা কৈ লৈবা

**পানবা লাচুমবা.** কৈ হাংপগুম হাংপা

**পানমন্নবা,** লৈমিন্নবা,—"হাওয়ম মরৈমাবী হাওশি পম্থোঙথৈবী নঙব্ কংলৈপুংময়োন্দা পানমন্নরুসে" —তুতেং:

**পানশঙ,** লৈকাই,—"লৈকাই পানশঙ লানগনো" —হেঙ:

**পানশং হেনবা,** মশক মতৌ ফজবী,—"চকপা লৈমা হাওত্নু অতে তাউবা তাঙ্গা শফ্রী পানশং হেনবী"—চা:লাই:

**পানা,** খুঙ্গা নাইজা, মৈতৈ সমাজদা লৈন্নিবা মুমনাকলিং অসি লাইফম খাবম অহল্লুপ, নাহান্নপ হান্নবা মরি পোকনা খায়রম্বী, মথোয় অসিগী অমমমব্ পানা কৌই। লাইফম অমসুং খাবম পানাব্ খুঙ্গা অতুগা অহল্লুপ অমসুং নাহারূপ পানাব্ নাইজা কৌই। খাবম অমসুং লাইফম পানাব্ চেরে কৌই; অহল্লুপ অমসুং নাহান্নপ পানাব্ কারে (কাইরৈ) কৌই।—"খুঙ্গা নাইচা অনীমকপু পানা কৌএ"—মসিন

**পানাইদবা,** মপা লৈতবা

**পানাইদবী** মপা লৈতবী,—"লনকু তাইহেন মাইনবী য়োয়ব্ তম্পা বাঙমলোন মৈতেংঙ চন্নু নপন্দ পল্লেম পীনাইদা বাঙম পম্থৌ পানাইদবী"-পা:থোং:

**পানা খুমৈ,** পানা মমৈ,—হীদাককানবা পোংশংবা

**পানা তপ্পাই,** পানা চত্নম, পানা থুদপ, পানা অতপ্পা,—"মাথোয় মঙামানা হৈরাঙ অশংখন, ভাউজীং অমুন য়েং, কা তশ্বায় লৌ, পানা তপ্পাই শেমনা লাইশঙনুংঙাইবদা চৈরৈ কিকোই থন্না লোইদাম ৱাকচীং থাগী য়াবা থানিননোং কোরো হুমিং শেংথোইবা থাওশা হুমিত্তা লোইচীং শারোনয়াগী নিংথৌ কোনথু নাহাব্ ঈৱাং থৌনিজরবগা য়াথং পাউংজখিয়ে"—সাকোক লাইরমলেন

**পানা থোকপা,** মৈতৈ ওনবা, পানা ওনখৎলকপা

**পানা পাম্বোম,** পানাগী অকন অথৌ

**পানা মচা তিনবা,** মৈতৈ মচা ময়াম তিনবা, বাংঙম লেংনা তিনবা

**পানা মরি,** লাইফম খাবম অহল্লুপ নাহারূপ

**পানা লাউবা,** নিংথৌগী সনা মাঙদা পানাগী জা থৌশারমদাইদা অহৌবগী শলামি তৌরগা নিংথৌগী মতিক মগুণ পাহুনা অমসুং মাগী মাগী পানাগী মমিং হায়তুনা লাউবা,—"হে মহারাজ লাইব্ থোইবা চৎলবম্নু হুংশীংকুম্বা কমলবম্নু হুংগুম্বা লুপা থাঙগুম মঙান নাইবা সনা থাঙগুম মঙান নাইবা নাহাদে (লাইফম। খাবম। অহল্লুপ। নাহারূপ) পানা মচাদে" হায়তুনা লাউতুনা থৌশাগদৌরিবা মী অতুগী মশাগী পানা মমিং হায়

**পানা লাকপা,** পানাগী মকোক ওইবা ফমনাইবা, (লাইফম লাকপা, খাবম লাকপা, অহল্লুপ লাকপা, নাহারূপ লাকপা)

**পানা লাকপা মান্ন,** লাইফম লাকপা, খাবম লাকপা অহল্লুপ লাকপা অমসুং নাহারূপ লাকপা,— "হাওবমচা অহল্লুপ লাকপনচিংবা মৈতৈগী অথৌবা পুন্নমকনা"—তথেন ওম্বা

**পানা হাজারি,** ফম অমগী মিং

**পালোক.** চৈরাউবা—"তরামি পানবদা শজিকুগী পালোক ওইয়ে"—চৈ:কুম্বা:

**পাকন,** তুথুপ, পয়ম নাইনা চৎপা থোঙচৎ

**পাকন চৎপা,** লাই হরাউবদা পাখংশী মথেক মতুং ইন্না চৎপা—"লাইমাঙদা পাকন চৎপা মূগী

পুন্নমক শ্রীযুৎ মহারাজনা ইন্নকি অমমম য়েল্লি"—চৈঃকুম্বাঃ

**পাক্কেৎ মতোন.** লম্মদোন

**পাবা,** থাবা, মপা (লাম্বা) পানবা, পাজ, পাবুং

**পাবা,** থাদবা

**পাবোৎ,** পু, লেংবা, জোড়া—"পু কৌবদি পাবোৎপু কৌএ"—থিরেন মৈঃ লীঃ

**পাবোৎ খম্বাংননা,** পাবোৎ পুদুনা

**পাবোৎ চাং.** তুলা রাশি

**পাবোৎ চীং,** নোংমাইঙ্গিং,—"মমিংদি শেলোয় লংমাইচীং, লংমাই লংবা চীং, মঙল তরং ৱাংবা চীং কৌএ, পাবোৎ চীংসু কৌএ"—নূংঃঅচৌঃ

**পাবোৎ লোনবা,** চগুংননা হোৌবা

**পামতান্নবা.**—কোয়তান তান্নবা', পামদান্নবা—'লাইবেন মৈদিংঙুদি তুবী নোংশা খেরাংখাং লাইরেন থিংলৌ নীংনা তেনা ঐরাবতী ৱাংমা লান নোংপোক লমজাউ ইন্না কোই মনিন নাইববু থমখেংননা খে'ঙকেন লানশোক মায়োক য়া লাংগোই খোঙওইননা খোঁশাথবদি তরেং য়াগা চাইরে কোই পামতান্নরে"—নিংঃলম্বঃ

**পা মচা,** মপা অমতগী মচা

**পামদান্নবা,** পামতান্নবা, কোয়তান তান্নবা

**পাম্বা,** কৈ, পানবা

**পাম্বা কৈ শকপা,** কৈগুম্বা, কৈগা মান্নবা অথৌবা

**পাম্বা লোইনাই মনিংলোন,** হোদোঙ

**পাম্বৈ,** থুংপায়ফম, উপায়

**পাম্বোম মরুমপানগী,** মপাম্বোমগী মরুম থুপ্পুনা, মপাংগলগী মরুম থুপ্পুনা,—"লিকলাই ইশানৌগী থয়াঙ মথৌমল পাম্বোম মরুমপানগীনে"—গঃ নোংঃ

**পামং,** হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা লৈরম্বা মকুবীচীংদা (লোইজীংদা) তারম্বা খুল অমগী মিং

**পামিংনবা.** মপাগুম্বা, মপাগা মিং মান্নবা

**পামেন,** উ ;—"য়াওরৌ শাসুং পামেন উ কারক্তা য়েপনা শিরম্মে অদু নোংগীপু শাশেপও কৌএ"-চায়ঃ

**পামেন অওনবা,** উ অৱাংবা

**পামেন উমাইকোন.** ফৌ ইস্তোক,—"পামেন উমাইকোন লোইমোম ফৌ ইন চৈ"—ফৌঃৱাঃ

**পামেন উতিংকোন,** উয়াম হোৌকম

**পামেন উরু ক্ষুকপা,** উ মপান কুকপা

**পামেন উশা খোনফৈ.** উশা

**পামেন চাউখোইবা,** উ অচৌবা

**পামেন তল্লা.** উজাউ,—"পামেন তল্লা উরিংকোন থেখম্মৈ"—মৈগী তেংবা

**পামেন লাই উ,** হৈক্রু, হৈবোঙ, হৈনৌ, খোংনাং বোরোই

**পার,** নোংমৈ

**পারমচৎ,** মপানা চৎলম্বা লমচৎ, মপানাৎ

**পারমচৎ পুরমচৎ,** মপানাৎ মপুনাৎ, মপা মপুনা চৎলম্বা লমচৎ শাজৎ, পাথাংকোক পুথাংকোকনা তৌরম্বা লমচৎ,—'পায়মা শিল্লেরোম্বা ঐনা নবুধৌ পাখংবু খুরুমনা পারমচৎ পুরমচৎপু খঙদবা মপা লাক উদবা মমি লৌনা খঙ্জিক্তা সনা মাওদা হক্চ্ছগে"—শঙঃ মশিন

**পারি,** মচা নিপা,—"পারি নবিঙওবু লাউও।" পোঃলুঃ

**পারি নাউনোদবা,** মচা নিপা পোক্তবা

**পারি নাউয়োকপা,** মচ নিপা য়োকপা

**পারি ৱাকলেন তোয়ায়মা,** মচা নিপা য়ায়মা

**পারি শাক্তবা মমোম ফুয়দবা,** মচা নিপা মচা নুপী পোক্তবা

**পারি শিরি য়াম্বা,** মচা মশু য়াম্বা

**পারিহন,** মচা নিপা অহন

**পারী পুরী,** পারোন পুরোন

**পারী পুরী তিম্নবা.** পু তিন্নবা, মপা মপু অমত্তা ওইবা

**পারোন পুরোন,** মপা মপু পারী পুরী

**পারৌ,** মপাগী লৌফম, মপাগী লমচৎ শাজৎ লৌবা

**পারৌ পুকলৌবা,** মপুক্তা ৱারৌবা

**পালোইনবা,** পায়নবা, "য়াম্বা নিংথৌ থাওয়িবদি অয়ুম থাওভা পুমনা হৌ লেমখোঙ মনিন নাইনা ৱাকয়ৈ পোঙওইনা থুমু পালোইননা নপাম ফুংবান মরমখৈ অসিদা য়াওরৌ শা তাল্লেএ"—চেংলৈঃ

**পালোক ওইবা.** চৈরাওবা

**পাল্লবা.** শেংলবা (শেল্লোই লংমাইনা হায়নবা),

অরুবা,—"শেলোইনা মিকৌনা লংমাইনা তেংথানা শেংলববুদি পান্নবা-ও কৌএ"—নিংঃলম্বুঃ

**পান্নারী,** মপা মপু হাক্তকী বারি,—"শেনবী পা-বারী ধনঞ্জয় লাইবু নীংববু তেংথা মতোন লোম্নবা থৌথাবিরো"——ধঃলাঃনীংঃ

**পাশানবা,** ঈরোইবা,—'অবাং থোয়বা চীঙ ঙাংলেন ওইথাঙ লৌরুখুম হাওপা সেরা মকাইকমদা লাই-জা পাশানা কোঙয়াং পৌতোংলোন চৈরৈ ফিতোন য়ান্না থাঙবায় লমদনবী থোমলাং চামা য়ান্না তওং তমং মশীং চামা শুনা অবা পোথাবী হাওতন লম-থোনবী খয়োইরোন পিতোংনু"—চাঃলাইঃ

**পাশি খোয়দোং,** লুপ্রা, লুপ্রাবী

**পা হাইবা,** মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা অশৈ-বনা শক শোনবা মরোন অমা ;—"তোইপিজম-না থারাউচি খোংফুনা কাসা পাউতাকএ। অশৈ-বনা নিংথৌ লৈমা অনীমক্কী মিং কৎলে, নিংথৌ লৈমা অনীমকনা খোংঙারেন্দা নাই নিপা অমা নূপী অমা কৎলে, অদুগা অশৈবনা পা হাইরে অদুগা য়ুমজাউ চঙএ।"—ফম্বাল্লোন

**পাহাং,** মপা হাঙবা, মতু নব্রগা মরা লৈত্রবা

**পাহাং সুয়েংচেং,**—লুপ্র', মরূপ মশিজা লৈত্রবা

**পাহাং নোংজা,** পাপ্রা, মতু শিপ্রা। নিপা

**পাহাং নোংচেংবা,** পাপ্রা ওইবা, মতু লৈত্রবা,—'মশানৌ চীংথোং পোইরৈতোন্না শাবি লৈনুং থোং-ঙারেনও নহান ঐতি পাহাং নোংচেং ওই"—পোঃখুঃ

**পাহাং নোংজেং ওইবা,** পাপ্রা ওইবা,—"মতোম "পাহাং নোংচেং ওই থারা থুমনোং ওইরবগী"-চেংলৈঃ নাউবা লাংজেং নাতমলকপা পাহাং নোংজেং ওই-রিবা-ও"—চায়ঃ

**পায়মা,** মহাক মশামক, লৌশিং; পূকনীং, পূক, সুংসা স্বর,—"মোমনু পূকনীং অকি চঙ পায়মা সুংশা মপী হোন্না" —ধঃলাঃনীংঃ ; "সুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুনাশবনা পায়মা পিবুকসুংদা নীংখন খিএ"—হিঃহিঃ ;

—"য়োয়বু ইশানৌ কংলৈ মৈতৈরৈমা নঙদি পায়মা করম লৌশিং থোইবনো" —সনাঃ লাইঃ

**পায়মা ইরৈ চনবা,** লৌশিং চকক্কবা, বুদ্ধি চফকনবা, —"মানা মানা নীংবা থৌরনু মদোম নত্তে নীংবগী উনবী ফকমাংননা পায়মা ইরৈচনগুম রাইথুংকম খঙদনা নোংলেনখিয়ে"—লাংলোন

**পায়মা উনগোইনুং,** পূকনীং,—"পায়মা উন-গোয়নুংনা উনবী পূকনীং পীরবনু পূক নামুংনে হায়বগী য়োয়বু কোলোয় মমিং থোংবু অপুম্বী-ও কৌএ"—পোঃলুঃ

**পায়মা উনবী পরৈ লনবা,** লৌশিং শিংবা বাৎপা, অপঙবা

**পায়মা খোমনিং তেংবা,** পূক লাম্বা

**পায়মা খোয়জঙবী তিলাং খোয়দাবী,** থবায় তাবী, অপাম্বী,—"লাইজা তরঙ থক্তা নমু মীপূকী হূবী তম্ফা নোংথাঙ লৈমবু উরবদা কনানো মোমনু চেংলৌ শকহেনবী পায়মা খোয়জঙব তিলাং খোয়দাবী"—সনাঃলাইঃ

**পায়মা ঙানবা,** লৌশিং শিংবা, লৌশিং চাউবা,—"ওঝা লাইওইনবা নোংবান পায়মা ঙানবন শেম্বা বারী—ধঃ লাঃ নীংঃ

**পায়মা থৌকাউনদনা সুংওন্নবা,** পূকনীংদা অকাউবা লৈতনা সুংশিনবা

**পায়মা নিংসা,** সুংসাস্বর,—"পায়মা নিংসা মপী হোন সুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা মপারি অনীমকপু ঙকথি লুমলাং কোন থজাই লেংলোই চুপনা অসুম মীকপনববু"—ধঃলাঃনীংঃ

**পায়মা নিংসা খম্বা,** শিবা, স্বর হোনবা লেপ্পা, "য়াম্মা নিংথৌ থাংয়িবদি তীনপান থোকমৈ নেম, লাইজা ঈথিন তোয় পায়মা নিংসা খম্বনা হান্নগনে"—চাঃলাইঃ

**পায়মা নিংসা শৎহোন্নবা,** সুংশাস্বর খিংবা,—"পায়মা নিংসা শংহোন্নবা শিশন্নঙমগে" চাঃলাইঃ

**পায়মা সুংজংবী,** গোয়দাবী,— "ইশানৌ তম্পা বাংঙমলোন পায়মা সুংজংবী"—পাঃখোঃ;

"ওয়া শানা লৈরিবী নত্তবু পায়মা ঐনা মুংজওবী তিন্নাং খোয়দাবীবু থোকলয়ে"—পুদিন

**পায়মা মুংয়েং চেংবা,** পূকনীং মুংশিবা,—"মমায় হাওবৈ নোংপোকলা পাংবরম মুংশি মখৈ লৈতা পায়মা মুয়েং চেং খোইয়ম লংবা খোজুন য়েংনা পুক্নমজখিয়ে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**পায়মা পিবুক,** পূক

**পায়মা পিবুক লিতিন্নবা,** পূকমান্নবা, পূকচেল খোয়জেন তিন্নবা

**পায়মাপুক,** পূক, "পারি সনা খোম্মদোন নিংথৌ লাংঙা অনা লাংঙা কম্বাল চুম্বা লানলোই চীংঙা লোথোং তোংবম্মুঙ পায়ম। মপূক কংএ"—নাঃকঃকাঃ

**পায়মা লিনগোয়,** পূক, গর্ভ,—"সুমিত্রা পায়মা সনা লিনগোয়গী শত্রুঘ্ন অথোবনা"—উঃরাঃ

**পায়মা লিন্দাং শাংবা,** লৌশিং শিংবা, লৌশিং চাউবা,—"নোংবান পায়মা লিন্দাং শাংবনা শেম্বীবা বারী"— —ধঃ লাঃ নীঃ

**পায়মা শিল্লেরোম্বা,** লৌশিং লৈত্তবা, বাথল থেনবা, জ্ঞান মপুং ফাদবা,-"লৌশিং নাবা শৈদমপান, পায়মা শিল্লেরোম্বনা চরৈঙক্তা য়েৎ, ইয়া নাপী চীক, লুবাই শমদোং ফোয় থুবাং চাংঙ্গৌ চেপনা লোয়া হন্না পুক্নমজরক্লে"—লাংলোন

**পায়মা শেপ্লোং নিক্তনা না তাবা,** পূকনীং শেপ্পনা তাবা

**পায়মা শেপ্লোং নিক্তবা,** পূকনীং শেপ্পবা

**পায়োৎ,** কৌ হাপ্পবা থুম্মোক

**পায়োৎ কোৎফম,** কোং, কৌ থম্নবা কৈ

**পায়োৎ কোৎফম তিংবা,** কোং ময়েং তাবা

**পিখোম্বা,** মথৌ মঙম লোইবা

**পিথ্রাইবী,** লাইরেম্মা অমগী মিং,—"পিথ্রাইবী অশেম্বী খোংত্রাইবী অশাবী"—খাহি ঙম্বা

**পিথেৎ কাঙবা,** মবূক শেগায়বা

**পিথেৎ লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চনু,**- হিজম নত্রগা শলাম নিংঙোন,—"য়োইকুমলোন পিথেৎ লৈমা লৈহৌনিংথৌ চনু মপী য়োয়রেনফম সনা লাংবকোই কমলাংচানবু কদায় কমনা মিংথোংবনো ?"—চাঃলাইঃ

**পিদাই কাঙবা,** মনীং হাইদোকপা

**পিনিল হৈ,** পেরেল হৈ, অশি হৈবোং

**পিবা,** মচা নিপা, নিঙোন নত্তবা, শাগৈগী পু অহনগী ফুংগা ;—

**পিবারেন,** পিবা য়াঙবী,—চক্ কায়নবা কায়নদবা শলাই অমগী মমুংদা লৈবা মুমনাক শাগে অমগী পুম্নমক্কী পিবা; নাউদা পিবা, পিবারেন অমদি পিবা নত্তবা, অহনগী কাঙবুগী পিবা

**পিবা মুমলেন,** কায়নরবা নত্রগা তোপ্পা খাইগ্রবা শাগে অমগী পিবা

**পিবুক,** পূক

**পিরেন,** পি

**পিরেন চিদাই খোম্বা,** লৌখি য়ানবা

**পিরেম ইফম তাউ মিৎকোয় লাইজা মরাঙ হৌনা,** মিত্তা মপি ঈরা চেন্না,—"থৌজাল মাঙদা পুশিনবিরকএ হায়না পিরেম ইফম তাউ মিৎকোয় লাইজা মরাঙ হৌনা মপা মুংশি মৈনা থমোয় লকামুংদা মুংশি মৈচাক কংলবগী"—

লাংঃ শঃ থাবাঃ

**পিরেম থকমা তানা,** পি তানা,—"চীংঙু ঐবু লাইখক খৌরবগী নিংথৌ লাই কোঙঙানম্মু কুবিদে হায়না পিরেম থকমাতানা লাইজা মিৎ পানশিন তকলৌশিদং শোন্না শোন্না চঙলকলবদা"-পোঃলুঃ

**পিরেম থকমা তাবা,** পি তাবা, মিত্তগী পি শিম্বা

**পিরেম থকমা তা হেকঙাই মুয়েং চেংনা,** মমিত্তা মপি তানা হিকনা হিকনা কপ্পনা

**পিরেম চাইজি চৈরোয়ননা,** মপি তানা

**পিরেম মরাঙ হৌনা,** মিত্তা পি ঈরা চেন্না, পি তরং তরং চেন্না,—"পিরেম মরাঙ হৌনা মুংশি পোনবী চীনঙক্লবু বারম মতোন লোমলবদা"—নাঃকঃকাঃ

**পিশিঙ্গৌ,** মরিক

**পিশিন খোমজক হাংবা,** মথুম হাংদোকপা,—"লাইরেন ডাংঙোই য়োইমোংবনা উনিংতাং মমুংগী

ৱারিপা লাংবন কৌজেং চোংবীচা অদুবু পিশিন খোমহক হাংনা থাদোকলে"—তুক্তেংঃ

**পী;** মমা, মপী,—"কেগে নাৱা অথুবশিংনা পল্লেম পী থিরকলে"—মোইংনিংলম্বুঃ

**পীতংপা,** মমা লৈতবা, অহল্লমন কায়নবা

**পীতং পাতংপা,** পুপাং শুদবা, অহল্লমন লৈতবা, মমা মপা লৈতবা, য়েংবিথিবিনবা মমা মপা লৈতবা

**পীথাং শিনবা,** মমাসী মহুং শিনবা, মমাগুম্বা, পলেন শকপী,—"পল্লেম পীথাংশিন্না লাংগোনঙঙী-ও থোরম অৱানববু তৌদে"—ধংলাংনীংঃ

**পী মচা,** মমা অমতগী মচা,—"শাবি ইচীন ইনাউবু পল্লেমপী মচা পল্থোপা মচাবু নত্তবরা ?"ধংলাংনীংঃ

**পী মাপা,** মপী মপা

**পু,** ভুমা, জোড়া, অনী, পাবোং, মপা মপু,—"পু কৌবদি পাবোংপু কৌএ"—থিংমৈংলীঃ

**পুইদিং,** ই

**পুইদিং হান্না কুপ্পা,** ই কুপ্পা

**পুঙ্কে,** চানবা থম্বা মক্কম, গুদাম

**পুকনবা,** চেকলাউবী মওং মান্না শাবা মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবগী থাঙ

**পুকেরোন চম্বু,** হাওথু লৈমা লমতং নিংথৌ চম্বু হাওকু লমদন নিংঙোন,—'মৈতৈ লৈনা পুকেরোন চম্বু সনা লিনগোয়গী নয়ু মৈদিংঙু কৈরেংচা-ও ভৌনা কৌএ"—চাংলাইঃ

**পুগ্রনবা,** ফম অমগী মিং, নিংথৌ মহীশাং ফমদৌ মঙাইরোই অমা, থুনফাং থৌ অমা, নিংথৌ পোংবা ভরাগী মঙ্গুংদা অমা, মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা পুগ্রনবনা ফম্বান খাউ পুনৈ, লাইপাদি চথাবা,—"পুগ্রনবদি চথাবনে"- ফমঃ

**পুথম লাবী,** পুথম

**পুংফাই,** পুমফাইদা য়েংউ,—নাহৈবা অমদি হীদাক লাংথক্তা পীজিন্নবা অপিকপা পান্থী মথল অমা, —"থাঙদি তোনককপনে মাহৈবদি পুংফাই নারোংবনে"—শলাই থৌনিরোন

**পুঙৌ,** মচু অতৈ শঙদবা অঙৌবা মচুগী ফিজেং, —"মাইবীগী ফিশেংতি পুঙৌনে"—মশিন

**পুচাউ,** উপু অচৌবা,—"লহান নোংকি থোইমোম মুর্ত্তি সংসঙপা মাহাকপু য়োম্বু নশাদৌ ঐনা ৱাঙবা পুচাউনুংতা হাপনা লমলেন লিন্দু লৌকোংপাং পুত্রি লাইজা ঈয়োককোমকি থোইমোম লাইকোননুংতা লোংনা ৱারিরি"—সনাঃ লাইং

**পুচালুক,** থুম্মুক, পুজরুক

**পুজরুক,** পুচালুক, থুম্মুক

**পুজেং,** অরিবা

**পুজাওরেন,** উপু অচৌবা

**পু তিন্নবা,** পুদিন্নবা, পুরোন তিন্নবা, মপু তিন্নবা

**পুথংকোক,** মপুবোকনা হায়রম্বা ৱা, মথং মথং মপুশিংনা হায়রম্বা ৱা

**পুদাংকোই থুংকোইবা,** হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী ময়াম্বা—মমৈথংদা শঙাই চীরেন তোমপোকপা ওনশিবা, লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা কৌবা ইংলেন চৈংদগী উ য়ানংল্লুরগা তান্নহি শাবা লোইরবদা ইহান হান্না মাগী হি অঙুদা ময়াম্বা পুদাংকোই থুংকোইবনা ওনশিবা শঙাই অতুগী মচী অকংবা (য়ারৌ) চীরুকং চীরেন তোম্পোকপা অতুবু ইহান হান্না মাগী হি অদু তোংহনখি। হিয়াং তান্নবগী হিয়াং হিরেন্দা হাপলিবা চীরেন পানবা অদু মমাইঙডা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা হি তোংহনখিবা ময়াম্বা পুদাংকোই থুংকোইবনা ওনখিবা শঙাই অতুগী মচীগী থুদমনি,—"ইশাবি লুৱাং পুদাং কোই থুংকোইবনা লোইরেন থুনবীরোক্তা মরান থৌ চংপদা"—হিংহিং

**পুদিন্নবা,** পু তিন্নবা

**পুনশি ইৱানলৈ,** পুনশি,—"পুনশি ইৱানলৈ অৱাং শরু লুতোংলৈদি থমনা লাকোন লুরোই থক্তা লাইজা লীকলা থকঙমদবা তুগুম্বনে"—লাংলোন ; পুনশি ইৱানলৈদি হনবিদে,—(ঐগী) পুনশি অসিদি চহী হল্লক্তে।

**পুনশি খোঙদোঙ শাংবা,** মতম কুইনা হিংবা, পুনশি শাংবা

**পুনশি চেঙজেম,** পুনশি,—"পুনশি চেঙজেন মন্তোন লোমনা ফমলেন লুচিং তানফংএ"—লাংলোন

**পুনশি নোংশাংবা,** পুনশি শাংবা, মতম কুইনা হিংবা, পুনশিবা,—"হৌজিক্তি অফ মুংঙাইবা কপয়াং

তাংখাংবা পুনশি নোংখাংবা উরুব বাহোংবা,চেঙজা কোনখিনবা, শেরি মখোঙ পাল্লবনা চঙশিল্লকপা মোংপী মশা পান্দবনা পাইশিল্লকপবু কৌরু অৱাং পাংনা হোইগংলগে"—চুপশারোন

**পুনশি মতোল লোম্বা**, পুনশি চেঙজেন লোইবা, শিবা,—"লাইয়েন ইনোংয়ায় অসিবু নোংয়ায় ইপুংয়ায় অনিদা পুনশি মতোল লোমফরোই"— —নাঃ কঃ কাঃ

**পুনশি মথোই তোংবা**, পুনশি হেনবা, পোয়রেন হেনবা

**পুনশি লৈনিবা**, মতম কুইনা হিংখগে হায়না বর নিবা,—"হনুবী চামানিপাল চাক পীজদুনা মহারাজনা পুনশি লৈনিএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**পুনশি হাইহৈ শকপা**, পুনশিরোন শকপা

**পুন্নুং**, ফুরিৎ,—"ভশর্ম্ম নিংথৌরেন্না বায়রা মতেঙ্গা ককথৎপবু খিংলৌ মিৎপিংলবগী লানফম কঞ্জাউ থোইনা বায়রা তেনয়ামলক্কগী তেনবী অথৌববু থম্না × × × × বায়রা তেনকাপননা তীম পাংগনবগী পুন্নুং মফুরিৎপু কাওনা তেনপালে"বিঃপঃ(মা)

**লানপোৎ**, লান্দা শীজিন্নবা পোষাক, —"নমু য়োমলোই হৌ পুন্নুং লানপোৎ শেৎ"—পঃ(ম) ; লফু,—পুন্নুং চংবী লাকোনলক্কা চংগী লারাক শেৎনা মঙমশাবু হুন্না কোক্তোই থুরবগা"—উঃরাঃচক্ ,মরেপ

**পুন্নুং কিশি লোথোকপা**, ফুরিংকী কিশি (কুদাম) লোথোকপা,—"সনা নথোঙ থাবু ইন্দাঙ্গ রকপদা লাইরেন পুকনীং বাকাউরমগুনো হায়না শঙদিং মনিংখম্ন পুন্নুং কিশি থোকপিখিয়ে"— নাঃকঃকাঃ

**পুন্নুং মঙাল নাইবা**, ফুরিৎনা লৈতেংবা

**পুন্নুং মফুরিৎ লিত্তবা**, মফুরিৎ লিত্তবা

**পুন্নুং মেনবরা শাবা**, মরী চৎপা

**পুন্নুং লারাক শেৎপা**, লা মরাক শেৎপা

**পুন্নুং লাহৈ**, লকোয়

**পুন্নুং লাহৈ য়ানবা**, লকোয় পানবা, লকোয় য়ানবা,—"চামলৌ লারাক কুইনা পুন্নুং লাহৈ চুমন লাংঃশঃথাবা

**পুন্নুং লেপপানথোং**, মরেপ মঙান

**পুন্নুং হৈরু**, কুদাম

**পুন্নুং হৈরু হুকপা**, কুদাম পানবা,—"চরৈ মফুরিৎপু পুন্নুং হৈরু হুকপিখি"—নাঃকঃকাঃ

**পুনেমজবা**, খুরুমজবা,— "য়োইমরায়বু চাংজৌ চেপনা লোন্না পুনেমজরম্মে"—বিঃপঃ(মহাঃ)

**পুনেম্বা**, খুরুম্বা

**পুপাং**, মমা মপা

**পুপাং শুদবা**, মমা মপা লৈতবা

**পুবাক্কবা**, উপ্রাকনা হিপ্না

**পুম**, য়েত্তুম

**পুমজাউ**, য়েত্তুম পুমজাও, য়েত্তুম অচৌবা

**পুমকাই**, হীদাক লাংথক ঈরাং থোনি নাহৈবদা শীজিন্নবা নাপী মথল অমা,—"ভাইরেন পুমকাই য়েনবংনা নাহৈও"—চুপশারোন

**পুমবুরেন থেমাই লাংবা**,-মপৈ মপৈ ওইনা পৈবা, মপুং ফাবা

**পুমা**, জোড়া অমা

**পুমাবা**, থরায় পাল্লিবা পুন্নমকী মবুংতো

**পুমিংনবা**, মপুগা মিং মান্নবা

**পুরমচৎ**, মপুনা চৎলম্বা লমচৎ, মপুনাং

**পুরিকলাই,পুরিৎলাই**, মোইরাং নিংথৌ,—ময়ুম কেগেদা থোইয়ুম লাই ফত্তবা তরেং চঙলবদা পুরিৎ লাইনা খুমু লৈরিচাম্বা-ও নঙদি লাই তরেৎ অসিবু তাল্লো হায়দনা লাই তরেৎনক তানখরে"— মোইঃনিংলম্বঃ

**পুরুম খাজংবা** খুরুম খাজংবা, খুরুম্বা, —"ননাইনা কাওবী চীগা লুকনা লোন্না পুরুম খাজংজরবগা" থাঃঙম্বাঃ

**পুরুমজবা**, খুরুমজবা

**পুরুমফি**, ( মমাইঙঙদা কোংবমদনা শানরম্বা ) ফি মথল অমা,—"কোংবম নঙদি পুরুমফি শাউ"— লোঃ শিনয়েন

**পুরুম্বা**, খুরুম্বা, "মালেম লৈদা পকনা পুরুমমরে" ধঃলাইঃনীঃ

**পুরেন**, মকোক

**পুরেন নাককপা**, মবুধৌ পুরেনবু পোকপা

**পুরেনফম**, ফম অমগী মিং

**পুরেনবা**, কম অমগী মিং, থবগী মপাগী মিং

**পুরৈরোম্বা**, লাই অমগী মিং, অভোমগী পুকোক, —"পুরৈরোম্বা মরোন থোক মগ্নি থোক"-নাহৈরোন
**পুরোই**, শিবা, মী শিবা
**পুরোই লৈকোয়বা**, অশিবগী লৈকোয়বা
**পুরোন**, মপু মথং মথং
**পুরোন পারোন**, মপা মপু মথং মথং
**পুরোন পারোন তিন্নবা**, মপা মপু তিন্নবা
**পুল্লাং**, পুল,—"লৈতুম হন্না পাউশাবা ইপল পুল্লাং কায়রেদা পুল্লাং লুরোই কায়ববু শিংবিরোই হায়ববা ?"—পুদিন
**পুল্লাং লুরোই থোংবা**, কোক্তা পুন থোমগৎকুনা পুবা, "ফৈজা পোপতেক লৈ পুল্লাং লুরোই থোংনা লাইজা ইপাল্লাং, ইমু ময়োন শৎ লৈরাই হুইশোন কারকপদা"—মুঃ কাঃ
**পুকক চাবা**, পুক য়োনা চোন্না শিবা
**পুকখল**, বাখল
**পুক্তা চনবা**, পুক্তা হানবা, কাউদবা
**পুকথিন তৌবা**, ইনশিনবা
**পুকনিং ইরৈ চন্না**, হায়কম খওদনা, পুকনীং মরাঙ হোৌনা,—"পুকনীং ইরৈ চন্না লংলা পুনগুম মস্তোম মতোন লৈরবদা"—ঔঃঙঃ
**পুকনিং খোয়থে তানা**, পুকনীং চঙনা,—"মশানৌ চন্দ্রাবতী নিংথিবীদি ভাংজা মরু লুক উনবী পুকনীং চেংনা শ্রীভাগবত অথোইববু পুকনীং খোয়থৈন্তানা না তাজখিয়ে"—এঃপঃ
**পুকনিং মুংশি চঙখোনবা**, মপুক হরাউবা
**পুকনিং পাংশোই নিকপা**, পুকনীং চিংনবা
**পুকনিং পীবা**, পুকনীং চঙবা
**পুকনিং ফমহোং তোয়বা**, পুক চেত্তবা, পুকনীং লেপ্তবা
**পুকনিং কিয়োন উৎপা লোথুপ পরৈ খওহনবা**, অশেংবা খওহনবা
**পুকনিং বাকাউ ওমদনা**, মপুক্তা কাউবা ওমদনা, "পম্নৌ কোল্লোম ময়াথংবু পুকনীং বাকাউ ওমদনা"—ঔঃঙঃ
**পুকনিং বাথিদনা**, অফ কত্ত অচুম অরান খন্দনা, —"দোবা মপারি অনীমা অসিনা পুকনিং বাথিদনা হত্তমলে"—ধঃলঃনাঃ

**পুকনীং শেল্লোং নিক্তনা**, পুকনীং চোইদনা, পুকনীং চঙনা,—"পুকনীং শেল্লোং নিক্তনা তাবিও-দে"
—পাঃলাংয়েনশৈ
**পুকনীং শোক্কাওদবা**, পুকনীংদা (বাখন্দা) আকবা লৈতবা,—"পুকনীং শোক্কাওদবা নতাইরেমশিংনা লাইরেন কোরো ইনোংপোগী"—ঔঃঙঃ
**পুকনীং শৌপিংদবা**, পুকনীংদা চিংনবা লৈতবা, মুংশা থাদবা,—"খোঙমী লানমা অথোবা থাওলেন ময়া খোবা তেনবী য়াইওইবা কামার নোংমৈ মঙ্কনা লাংপন থোইরেন পাইগুম্ববু পুকনীং শৌপিংদবা"—ঔঃঙঃ
**পুকনীং য়িমতিন্নবা**, পুকচেল খোয়ক্তেল তিংবা, পুকমান্নবা
**পুকনীং য়োইথোল্লবা**, পুকনীং চংবা
**পুকশ্রি**, ফৌ চীকথৎকনবা তীল মথল অমা,—"তরেৎনি নিংথৌকাবদা পুকশ্রিনা ফৌ চহৈদা শোকএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**পুকয়ু**, য়ু মথল অমা,—"হৈবীমনা শিংজু পুকয়ু লাইয়ু"—চীংঃলাইঃ
**পুপ্রস্বা**, পুত্রনবগা মাম্নৈ
**পুং**, লম, লৈপাক,—"কেগে নরৈপাক ভাংভোই চাউবা পুং"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ; বাংলেন, তাল পীবা যন্ত্র অমা, ঈশৈ শকপপ্পা তাল চানবা য়ৈবা যন্ত্র, লৈপুং
**পুংজা**, মিনিট হুম্ফুগী মতম, দণ্ড, নোংমগী শরুক হুম্ফু থোকপগী শরুক অমা
**পুংখওরাই**, লৈপুং থোনবা, লম খওখিবা মফম
**পুং খনবা লোল**, লাইশোন মথল অমা, মতুদি :—ঈটিকশি বাকোং নিংথৌবনা বাইকোক লমহন তোংএ। চেকলৈ ফন্নাম্বনা কোংগোই ঈনমথি তোংএ। থাঙ্গা য়োথান্না খুনথাম ভাজেন তোংএ। নোংবান লাইরেঙ্গাম্বনা কৌবা চীংমৈ তোংএ। লুবাং পুনশিবনা শোইরেন ঈ মরু তোংএ। লুবাং কোইমনাওনা থোংভাক পামং তোংএ। পামং হাইরেমনা য়ুংচিং থাংভাপাং তোংএ। মুংবান শিদবা লুবাং নাদবনা ককলৌ তাউথোং তোংএ। ককলা হেমজেংনা লাম্বি শানশেন তোংএ। লৈপুং চারানা হোঙ্গা কাইশি তোংএ। থাবা হুইনাইনা লাজিং কেল্লাংচীং তোংএ। তীনবাম চাচুগোকনা পোবালৌ লাইকংলা তোংএ। কিমপ

কিদাইনা থাংখ্রু থাংহন তোংএ। ইচিকাশ যু-কাংগোন্না লোইয়া কাংগুমং তোংএ। লাইয়েন থিংগন পোংবাইবাবনা পুরুমপাং থারমনাম তোংএ। পশিথোনবাং থাইবাংবনা হাওবান কা-বংপুং তোংএ। পশি চুগোক লাইংবনা লোক-পচীং তোংএ। ঈরোক ঈরাইনা লোকপা ফৌ-ওইচীং তোংএ। পশি কাংবামোনা থাবি মঘোল তোংএ। লৈমা হাওবেমা নিংথৌ ফান্তেক লোক-নাইবনা হাওরা লম্মাংদোং তোংএ। (নোংচুপ লমগীনে)॥ তুবু হৈয়েম লোইনাইনা কোম্বা শান-বান তোংএ। অথোম তত্তবী অন্নাই কংদবীনা খোমবীদোং উত্তামপৈ তোংএ। হাওথোং শি-নাইখুনা চীংলাংখ্রু চীংলাংহন তোংএ। থাবা ফাম্তোংবনা তোংজেং ফকময়ুং তোংএ। মোরিয়া কথান চানা তিনবান হাইরেমখোক তোংএ। লং মাই থিকলেং মাইরেংনা শাচক লোনমথাই তোংএ। লংমাই কুম্বা নৌশংনা লংমাই খুম্নিং খুনমং তোংএ। তারিয়া রিমান্দাবনা কাইরৌ চীংলাইপাক তোংএ। তাম্বোং লোকনাইবনা বাশা থানকৈ তোংএ। তোংমারেংখা তাংমরেংবনা পোইরৌ হামলৌ তোংএ। (নোংপোক লমগীনে)। ঈহৌ পোপতেকনা লৈ-শাং হিদেন তোংএ। তোতোরুবি তোনমৈ শাংনা চেগাইপোক লৈয়াথৌ তোংএ। থোকবাই তা-বাইবনা কাইবা লমহন তোংএ। থিকলেনখুবীনা থোইবা চীংলাংলেন তোংএ। মেন্দে পুং খোংবা তাম্ন থাঙশাবনা কংলৈ লম্নহন তোংএ। (ময়ায়-গীনে)॥ কংলৈরোন্দি—তোনমৈবি তোনমৈশাংনা তাহাবুং তোংএ। তোনমৈাব তোনমৈরোংনা চৌ-বুপুং তোংএ। চেগাই পাংগাইবনা কাংপোকপী তোংএ। চেগাই মকাইয়াবনা লুবাং নোংছমশঙ তোংএ। নোংমোইছনা মুংজেং তোংএ। নোং-থাঙ লৈমানা মুজোইবী তোংএ। পাথংবনা মেন্দা তোংএ।

**পুংগাইবা**, পুং যৈবা

**পুজোইরোন**, লৈপুং অচৌবা

**পুজোই রাইবা**, লৈপুংদা কব্বা

**পুংতোইবা**, পুংদোইবা, পুং যৈবা

**পুংদোই**, মকম

**পুংদোইবা** পুং যৈবা, পুং থীনবা,—"কাংক্রক-লা উরাউএ,—উথুমনা পুংদোইএ, থাকনা অশৈএ"
— তোয়ৈঃ

**পুংদোই লেপ্পা**, লাইবুং কাবা

**পুং কাবা**, মপুং ফাবা

**পুংবুরেম থেনমাই লাংনা**, যাওনা, লৈবুংগুম পৈতুনা কজনা থমতুনা

**পুং ময়োন**, ময়ায় থোকপা লম, লমগী ময়ায়

**পুমথিং ফি**, (মমাঙৈদা থানবমদনা শাবা) ফি মখল অমা,—"খীনবম নঙদি পুমথিং ফি শাউ"—
লোইংশিনয়েন

**পুমনা চন্না**, পুমনমক ওয়মক পুনাশন্না,—"কৌবা কৌম্ন ইরেং ইথমগা পুমনা কাংকানগে"— খুঃ লমঃ;—"তরুকপোকপু পুমনা চন্না অশৈনবা চম্ন থাবরোন থুরায়শুনা মৈতৈ লৈমা থয়োইয়োন লীক-লাংথোম্বী পল্লেম মমা পোকপু চাদনা লাইহুই থথবনে"—চাংলাইঃ

**পুমনা তিন্না**, ময়াম তিন্দুনা,— "পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পা বাংগম থাযাং কোন্দাইলোনবশিংবু পুমনা তিন্না য়াকায়কলবদা"—নিংঃ লম্বঃ

**পুমনা হুপনা**, ময়াম তিন্দুনা, ময়াম হোত্নুনা,— "লোইদাম কুম ওইরকপা থুদিংদা মদাইরেম পোই-রৈ পুমনা হুপনা তানথোঙ চেন্না কুমশাবা লেমথোঙ চেন্না কুমওইবা থোংফৈ য়াংনৌ লমগা চেন্না অয়াং ইরেন ঈরুপনয়ে হায়দবরা ?" —নাংফংকাঃ

**পুমনা হুপ পাকনা তাইনা**, মী ময়াম হোত্নুনা,—"নোংয়ায় পুমনা হুপ অদোন পাকনা তাইনা নমু মীয়াম তিন তুরেন নামতু মরীন থন্না অদোন কংলৈ মগুমাঙদা লাইয়েন মৈদিংগুবু সুংশি থৌকাউ থিরঙৈনে হায়না মীকপন্নরৌএ"—নাংকংকাঃ

**পুমনা হৌনা পাকনা তাইনা**, মী ময়াম হোত্নুনা, ময়াম পুমনমকনা,—"তাংজোই পুমনা হৌ থুয়োম য়াংবা পাকনা তাইনা থাঙলেন নাপন হাই কজেং য়োংহক চন"——মোংনিংলম্বঃ;—"মপন পুমনা হৌনা মতু পাকনা তাইনা বাতা থিঙমএ"—
খোংনোংকাঃ

**পুহাল**, পোহাল, প্রবাল, লৈপাকপোকপা গ্রহশী রত্ন পে, অচৌ অশাং, লৈমা নিংথৌ অমদি লাইথীদ-মক থাবরা ছাত্তিন অচৌবা,—খুদোং পে—কন্নাই

কানাইনশিংদা থানবা পে মথলন অমা

**পে খোকশাং,** মশক নাইবা অচৌবা কমনাইব-শিংনা দোলাই তোংবদা থানবা মখোক শাংবা পে,—দোলাই তোংবা পে খোকশাং থানবশিংদি অঙোম নিংথৌ, মন্ত্রী, পুত্রনবা, নোংথোনবা, লৈকাই-রাকপা মরি ( খুরায়রাকপা ৱাংখৈরাকপা য়াইস্কুল লাকপা খ্বাইরাকপা ), শঙলাকপা মীপান, লৈপাকী পণ্ডিত, শঙখুবা শঙলাকপা মরি, কমদৌ মীপান, হাজার মরি, কৈরুংবা মরি, শেলুংবা মরি, কৈদা হঞ্জবা, হীয়াকফু, কানবা হঞ্জবা, পোচ্ছংবা হঞ্জবা, পাচা হনবা, দোলাইরোই হঞ্জবা, শমু হঞ্জবা, সে-নাপতি, রাজখ্বা অমসুং কপ্তান

**পে নারেকপা,** পে মখল অমা

**পেং,** বুদ্ধি, লৌশিং, পূক

**পেং থোঙ, থুল,** হোইরোং—"গুরুগী পেং থোঙ-দগী মারজিং পোকএ। × × × × গুরুগী পেং থোঙদগী রাহু থোকএ"—কমলোন

**পেং থোনবা,** পূক কংবা

**পেং চোইবা,** বুদ্ধি চোইবা, ৱাখল চোইবা

**পেংলোই,** হয়িং,—"উয়িং মায়হিং থোংদবা হয়িং পেংলোই থীবু পক্তবা চংবী লা ময়োনগুবা"—নাঃকঃকাঃ

**পেংলোইনাই,** হয়িং,—"খোয়মা লাংদোনথক্তা শরম কৈনা খিংনা লাংদপ্পবু হায়ং পেংলোইনাই হুংনাং চায়ারোই অহেনবা খোইয়া লোংজুম্বা চাবু থুগবরা থুদবা লাং"- সনা লমওক

**পেংশিবা,** মৈদিংগু খুই নিংঙোনবনা হাওছহন পায়ভুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌনি, মণিপুরদা খৃঃ ৩৭১ দগী ৩৯৪ ফাওবা পানথি,—"নয়োম মৈতৈ লৈমা হাওছহন সনা লিনগোয়গী মৌদংগু পেংশি-বা-ও তৌনা কৌএ"—নিংঃলম্বুঃ

**পেনা,** খোংনবা যন্ত্র মখল অমা

**পেবেৎ,** উচেক অপিকপা জাৎ অমা,—"নোং-গৌবী য়াকঙোং মোংবা পেবেৎ লাংমৈ অসি কার-বদি শাকালোম লানকালোম কৌই"—শাঃলানফা

**পেমা,** নুপী, ইবেমা,—"পেমা নওবু হন্দে, লৈপাক-শঙদা লৈবী করকান্দা কমতুনা মনম নোংশা য়াইবী চোমকাইদোইশিবীবু হুনবনে"—পুদিম ;—"চীংগু নোংদম্বা খোয়ম কোরৌ ইনোংথৌনা ইমোম পেমা অসিবু লনকুবিরকএ"—বীরসিংহ

**পোইনা হামনা,** কোয়না

**পোইবা,** কোয়বা,—"ইমাদি লৈকাই পোইকগে" থাঙঃচৎ

**পোইরকপা,** কোয়রকপা, চখোরকপা, খুস্তায়বা, —"অহল মতম ওইরবী হন্থু ময়াই কারবী অমতং থাঙডা লৈকাই পোইরকএ"- চায়ঃ

**পোইলা,** লানমীগী অচৌবা ফম, মেঙয়গী মথা সুবিদারগী মথক, মমাঙৈঙদা পোইলা অমদা থা-জনা থীদবা লৌ পরি ভরাক তলব লৌ ওইনা লৌচা পীনরম্মী

**পোইরৈ,** মৈতৈ, ৱাংঙম.— "ইনেম মচা নওদি পোইরৈ নপন লম্বু ইন্দানখিগনো"—নাঃ ফঃ কাঃ

**পোইরৈ অশেংবাই,** মৈতৈগী ঈশৈ শকপা,— "পোইরৈ অশেংবাই ৱাংঙম তেংথাকমনে"— কংলৈরোন

**পোইরৈ কাওজা থৌ,** লৈবাকনা তৌরম্বা থবক

**পোইরৈ খুনফাংথৌ,** মৈতৈ লৈবাকী অঙম অথৌ থাবম অমসুং লাইফম পানা,—"পোইরৈ খুনফাং-থৌ কৌবদি থাবম লাইফম্বু কৌএ"—কমলোন ; —"মদাইরেম পোইরৈ খুনফাংথৌ তরম নাইফং-থৌ পূমনা হুপনা লাংশঙ শঙলাংমৈদা তুবী ফমতোং হৌরবগা"—নাঃকঃকাঃ

**পোইরৈ চৎলা হায়ঙম সুরা তেম্বা,** লৈবাকনা চৎনবা ওাঙনবা

**পোইরৈ চৎলা হায়বা,** মৈতৈনা হায়বা

**পোইরৈ চরি তত্তবা,** লৈবাক মীয়ামনা মথং মথং কাউদবা

**পোইরৈ চাদোন শুদোল্লা,** তুংদা হৌরকপা ইচা ইশুনা

**পোইরৈতা,** অরিবদগী ওন্থরকপা, আরবা নত্তবা, অনৌবা

**পোইরৈ তাফা খিবা** } অশঙ্বা লোন খিবা, মৈ-
**পোইরৈ তাবা খিবা** } তৈরোন অনৌবদা হায়নবা, মৈতৈনা অশঙ্বদা হায়নবা,—'নয়ুবা পোইরৈতোয়া লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু খুনথিয়রকপদা মমুম লোইবী ময়েমনা চকমোম থাবী মৈবু লিংঙাইওম্মে,

মৈরিংও কৌবনু পোইরৈ তানা খিবনা মরিংও তৌনা কৌএ"—নিং:লম্বু:

**পোইরৈতোন,** লৈমা পিয়াইস্তগী মচা খুনবী পোংমহন,খুমুংয়োইচখা অরিবা,লৈমুং পোংনাউতা অতোনবা

**পোইরৈনবা খুঞ্জাওনবা,** খুঞ্জাউ লৈচাউনবা,—'খোইমোমগী দ্রি নপোজানবু পোইরৈনববু খুঞ্জাওনববু"—অহোঙলোন

**পোইরৈ নোংদমলেন অখুবা,** মৈতৈ নিংখৌ মচা

**পোইরৈ পুং,** মৈত্রবাক, মণিপুর, মৈতৈ লৈবাক

**পোইরৈ পুংখাও মিক্তবা,** লৈবাক মুংঙাইনা মরা তপনা পানবা

**পোইরৈ ময়ায় শুমদোংপান,** ইম্ফাল কোমুং কংলা, কংলৈ পুংময়োন,—"পোইরৈ ময়ায় শুমদোংপান্দা তুবী চুপ্প খোই লাইরেন লাইবু রাংনা রাইথুংলে"—নাংফংকা:

**পোইরৈ লৈকোয়পুং,** মণিপুর সনা লৈবাক, মৈত্রবাক, মৈতৈ লৈবাক

**পোইরৈ লৈখোওকায় রাংওম তোৎনৌ চিত্তাই নাইবা,** মৈতৈ লৈবাক কাংখোং চাইনা কায়বা

**পোইরৈ শৈশকপা,** মৈতৈ ইশৈ শকপা,—"লাইরেন মৈদিংঙুগী মদাইরেম পোইরৈ শৈশকপা রাংগুম তেংখাবনা"—হি:হি:

**পোইরৈ সনাপুং,** মণিপুর সনা লৈপাক, মৈতৈ লৈবাক ;—"পোইরৈ সনাপুংবু ইন্দালকলে"-সং:লা:

**পোইরৈ সনা লৈপাক,** মণিপুর সনা লৈপাক,—'পোইরৈ সনা লৈপাক শেমলকতৈগী হৌনা তেংখারক্কে"—চীংথং:শাং:ফা:

**পোকমরকনা পোকপা,** অমুক পোকপা

**পোকমাবী,** মমা অপোকপী,—"হে পলেম পোকমাবী-ও নপারি চাউদবা ইবিংঙাবু ইপা লৈতবনে হায়না লানশোক থৌওইদনা খোঙফেন লান শোক্লববু হুয়েন লানখোঙ মুংনা—উ:(রা:)

**পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা,** মপা মপু পোকপা, তাইমঙ শেম্বা মপু

**পোং,** মী, নমু তাইবং মী ;—কেগে নরৈপাক ঙাংঙোই চাউবা পুং অসিবু মালেম লৈনা রাং নমু পোংনা থোই ; লাইজা ঈনা রাংনা পানবা পুংনে"—নিং: লম্বু: ; ব্রহ্মদেশতা লৈবা লম অমা অমসুং মাচুদা লৈবা মী ; নোংপোক মায়গৈ ঙাকনবা থাম্বিরা পাখংবগী মচা নিপা অমা,—"পাখংবনা লৈত্তক লৈশোই য়াম্বীগা লিলানপীগা অনীমা পান্নচুনা পোংগা পাইখুগা অনীমা পোকএ' —থাঙ:চৎ:

**পোং ওইবা,** মী ওইবা, তাইবং মী

**পোংখু কোলিও পাউত্তাকশৈ,** মচা মশূগী পাউতাক ঈশৈ

**পোংগন,** পাম্বী জাং অমা—মসিগী মকুনা লীরি শানৈ,—"সোয়ারেন্না পোংগন লীরি লীরুং তিংখৎতমা ফক্তবগী মখৈ ভমনা হাংকনি, অরুবদি হিংগনি"—কাইবরোন

**পোংখাও চারি তৎতবা,** মীরোন মথং মথং তংতবা,—'থায়না মালেম লৈহৌতৈ য়েলহৌ খোইরা অহানবা নমু পোংচারি লমথারকপা পোংখাওচারি"—না:ফং:কা:

**পোংনু মচল কুরাউ তাউবী শানওনচেক,** উরা কৌবা উচেক ; "লাইজা ঈনৌ কারকপা হুপলৌ খাওতপ বায়রকপদা চাক্তাবা পোংনু মচল কুরাউ তাউবী শানওনচেক উরা পোং মন্থু থৌবাল উফোং ফোলাং মৈওম শরা উফোং মৈখোং ফবগী মিংথোন ফাবা মৈদিংচু লাইরেন উরা কোম্মোবদি"—নিং: লম্বু:

**পোংপৈবা,** তরা মচা তিনবা, মীয়াম তিনবা,—"শঙ পানবা অয়াম্বা খৈবিকমক নিংথৌগী পোং পৈকমদা ফমদনা চহৈ অতুগী ফত্ত হৌথি চঙদনবা লাইথুন তীনখুন মেনহনগদনে"—মসিন ;—"লৈপুং য়াকাবা খাংচেং পোং পৈবদা হে লমজা হায়না ঙাইনোকনৈএ"—ধং:লা:নী:

**পোঙবা,** চাউথোকপা

**পোংবৈবা,** তরামচা, মী ময়াম পৈবা ( তিনবা ), পোং পৈবা

**পোংবৈশঙ,** মী ময়াম তিনকম শঙ, লোয়শঙ,—"চকপা য়াকা শঙ হেমজেং পোংবৈশঙনে"—নোং চীঙোই:

**পোংমহন,** মীগী মকোক

**পোংলাইমা,** মীচম, চুম্নগী মী ;—"চীংঙু নগী ফম্বাল্লাং মীরাইমনা চঙঙমদবা পোংলাইমনা য়ৌঙমদবা কিয়োং লাইশঙ অসিদা"—হি:হি:

**পোংলেন,** উচেক মত্থু

**পোংলেনখোম্বী,** মহারাজ গম্বীরসিংগী মনাউ ইবেম্মা মাইস্নাম চন্থু কুমুদিনী মহারাণী—চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী মমা শীরগী মিং,—"শক ১৮০৮ ইঙেন ২৪ নি লংবাইজিংদা মবেন শীরা পোংলেন খেম্বী শিএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**পোংলেনহনবা,** মোইরাং নিংথৌ, পুরিকলাই, মোইরাং নিংথৌ অমগী মমিং;—"নমু কেগে লৈবাবা ভাঙোই পোংলেন হনবনা বাংংলকএ"—
মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**পোৎ খোম্বা,** লুট তৌবা

**পোৎচা,** ফংকম থোকপা পোৎ, ফংবা য়াবা পোৎচৈ

**পোৎতম,** মপোৎ

**পোংতম পুবা,** মপোৎ মচৈ পুবা

**পোংতম শাবা,** পোৎ অমা শাবা

**পোংতম শাবা,** পুননবা পোৎ শেম্বা,—"হৈরাঙ নওনা পোৎতম শেম তাউজীং লোম্না পুরকপা অসিবু তংহিলোই"—পোঃলুঃ

**পোথোক,** মহৈ মরোং পাম্বী থারগা মাতুদগী ফংলকপা (থোকলকপা) মহৈ

**পোথোকপা,** পোথাবা

**পোৎনা,** নিংথৌদা পোৎ ওইনা কৎপা, চহীগী কৎপা পোৎ, কাঙ্গৎ

**পোৎলোই,** অশিবা মীগী মশা লোমশিনবা, অশিবগী সংস্কার, "মীগী হকচাং অসিবু থরায় হকচাংগা খাইনরবগা মচা মশু শাগে নাতৈনা হৌনবা পোৎলোই হিথাবা হৌরে"—শাঃলমঃ

**পোৎলোইবা,** সংস্কার তৌবা, 'পোৎলোইবা হায়বদি পোৎলোই মরি শুইএ—অমদি মুংশীংকী পোৎলোই, অমদি ঈশিংগী পোৎলোই, অমদি লৈবাক্কী পোৎলোই, অমদি মৈগী পোৎলোই"শাঃলমঃ

**পোৎলোই হিথাবা,** আশবা মীগী হকচাং সংস্কার তৌতুনা লোইশিনবা,—"পোৎলোই হিথাবা হায়বদি পোৎলোই মরি শুইএ"—শাঃলমঃ

**পোনগ্রং,** পোলাং, পোনগ্রং অরনবদা লাইজা ইয়াবা তুশুববু"—শঙঃমনির

**পোঙেং,** থুম্মোক,—"অরাং থোইবা চৌংভাংলেন্দা পানবা হৈ, হৈরাঙ থমগোইবা তাউজীং লোংজুববু পোঙেং লাইচম থম্না তাউজীং হৈচেন্নৈঙ্দা"—চায়ঃ। লাইশঙ,—পোঙেং লাইশঙথুংদা"

**পোঙেং লাইচম থনবা,** পোম্বাংদা হাপ্পা, থুম্মোক্তা হাপ্পা

**পোঙেং লাইচমথুংদা,** পোলাং মথুংদা—'লাংলেন কোওয়াং বা থুমু চৌংশোং লমলৈমবু কবো থুগু থেম্বনা পোঙেং লাইচমথুংদা হাপ্পা পুবিবা অগু লৈরাং মতম মানগুমলে"—ধঃলাঃনীঃ

**পোঙেন,** পোল

**পোন্দাই লাকপা,**—পোন্দা, হাপ্পা, পোলাংদা হাপ্পুনা থম্বা, মখোঙ মশা পুনবা,—"তেকপী পোন্দাই লাক তাউবা কংকা থুরববু ইমুং শোয়য়ায়মাদা লাইরেন ভাংওই য়োইমোংবনা তেকপী ওকথোঙ হাংনা তাউবা কংকা থোকলুরে"—তুতেংঃ

**পোনবী,** উচেক,—"পোনবী লাংদা থুবা চেকুষীনা মপারি অনিমক্কী মুংশি মপাউ তাবদা মুংশি ঈথক হৌ থমোয় মৈচাক থোইশিল্লকপগী কোনা উপুমুংদা য়াবা পোঙেন পীকনা মীকপলকএ হায়দবরা?"—ধঃলাঃনীঃ; থবায়,—"থবায় পোনবী পান্দমনে"
কুমদমশৈ

**পোনবী কুরেক অঙৌবা,** উরোক অঙৌবা

**পোনবী চৌনগোই চনবা,** উচেকনা লাকপা,—'নশাবি ঐমু কাকলেন মাঙবী পোনবী চৌনকোই চলুবা নোংগীবু চুপশা মোইফেন তমসে"—তুতেংঃ

**পোনবী য়োমদম পৈবা,** উচেক শংগু শংগু তিনবা

**পোপতেক ফুবা,** তেকননবা (কোম্নবা) পোপ পোপ ফুবা—"ফানা চৈনা লোইমোম পোপতেক ফুববু ফুয়োনবী ফৌবা ও"—ফৌঃবাঃ

**পোমগংনবা,** পোমকংনবা, হৈজিং ফানা মুন্দবা, মহৈ পান্দতুনা মাঙবা, শিগংনবা,—"মপারি হাম্না শাৎপা অমদি থাংইগুম চিশাংনা লোইমোমগুম পোমগংনবদি মালেম লৈদা কুমনা লৈশৌ থোমমিৎপু ওইনা শানওনথিরে"—মুঃকাঃ

**পোম্বী,** পোনবী, উচেক, অয়োকপা উচেক

**পোম্বী চেংক্রোই অমুবী,** চরোয়

**পোম্বী চৌনপাকপী,** ভাম্থ,—'মমা লৈঙোই মফেম চানা পোকপী শরা পোম্বী (পোনবী,

চীনপাকপীস্থ তিল্লি নমপুশেনপীস্থং লাইরেন মতুং ইনথংখিয়ে”—তূতেং

**পোম্বী লোকলৌখোং শেঙ্গুরেক নমঙৌবা**, উরোক

**পোম্বী রাইরং চেক মাকপা পাঙ্গুম্বী**, খম্রাং-চাক

**পোম্বী রাতুংথাং চীংলুং নুরাবী**, তেনবা

**পোমশং**, অশংবা

**পোল**, পোলাং

**পোল্লেম**, পোলাং,—‘লাল্লুনে পোল্লেমনে তৌ-থোপনে খম্বাংনে হায়খিয়ে”—চায়ঃ

**পোল্লেম হানবা**, পোলাংদা হাপ্পা

**পৌ**, রা মশাং মপুম,—“চৈ পৌ মথুংশূনা য়োংমু খাঙতপ য়ৈনা য়াঙইরম্মে”—তূতেং

**পৌ চিংনবা**, রাশাং অমগী মনীং মমাঙদা নাকন নাকন্দা পায়নরগা থৌরী চিংনবগুম চিংনবা মশাল্লা

**পৌ নমখোই**, পৌ নম্বা

**পৌ নম্বা**, কৈ চনবদা কৈ চেম্থোকখিবা ওযদন-বা অমদি মথুংতা থাঙ তানচিংবা থুংলাই পায়বা মী লান্দা ফাবদা অশাংবা রা মপূম মনীং মমাঙ পায়রগা মায়গৈ মরিদগী তকশিনবা

**পৌরা**, ঈন চিংবদা হংগেন মথক্তা ফৈবা থৌ-রীনা লেংশিল্লগা ঈন শোনগৎনবা রা, ঈন চিংনবা পৌ (রা)

**পৌরা লীচাঙ**, পৌরা লেংশিন্নবা হংগেন মথক্তা পুল্লিবা লী নত্রগা থৌরি

**পৌরা লুরক চনবা**, পৌরা থিংজিনবা

**প্রেম থকমা তানা মীকপ্পা**, মপি তানা লেপ্তনা কপ্পা

**প্রেম থরুক্কবা**, কপ্পা, মপি তারা

## ফ

**ফকচা**, ফক

**ফকমাঙনবা**, তৌফম থঙদবা, চময়বা, ফকচিনবা, রাখল থোক্তবা

**ফকলাং লোনজা**, ফকলাং

**ফকলাং লোনজা মতাই কাঙনা**, ফকলাং হো-গায়হনা ( লেনথংতুনা ),— “লাইরেন মৈদিংগুদি ফকলাং লোনজা মতাই কাঙ, পরৈ হোংলা থংনা যিমলেন শাইগং পোমা লিং শেল্লোয় চীংশাং নাপোম শমনা তুবী ওকলেন পমঙাখ লাইরেন পনলিংথাখ, থিংলৌ পক্বোংশিরে হায়দবরা”—

নাঃ কঃ কাঃ

**ফকলাং লোঙ্গা মিংফাংলম**, মিহুখোঙ,—‘থবি শেনগোইরেন অপানবনা মঙাল যুমদা চঙলবশিগী ফকলাং লোঙ্গা মিংফাংলমদা” রামঃনোঃ

**ফকলোং চারাই**, ফকলোং,—‘তোংতেং সামু-য়োকপনা থোইমোম থৌহু মথুনেৎপু লৌকম্রপাকা রাকয়ৈ হিচকাং মাঙতা ফকলোং চরাইথম। রাকয়ৈ হিথুংলাপাতা” —সনাঃলাইঃ

**ফমতেংপা,** ফম্বা,—"চেংলৌ শকপামথোংস্নুও সং সং সোক্লমাত্তানা ফমতেংলাপাকা" পাঃনোঃ

**ফমথকচা,** ফম অমা

**ফমদেংবা,** ফম্বা, ফিজেৎ লৈতেংতুনা ফম্বা, লাই হরাউথগী হরাউগদৌরিবা লাই (লাইখিংথৌ লাই-রেম্মা) অমু ফিজেৎ লৈতেংবা লোইরগা তাংবন মথক্তা (সিংহাসন্দা) থম্বা

**ফমদোংখোং,** ফম্বাল তোংবগী মফম অচৌবা

**ফমদোংখোং কাবা,** ফম্বাল তোংবা

**ফমদোংবা,** ফম্বা,—"কোরৌ ফান্দা ফমদোংবা চীং-ঙুম্বাইবী ফমজাউবা থৌবাই তিল্লি শিদবা"—সনাঃতেংথাঃ

**ফমদৌ,** ফমনাইবা অঙম অথৌ, চৈরাপ রায়েন-ফমগী থুল্লাকফম অয়াম্বা, "চৈরাপ রায়েনফদ্গী ফমদৌ কৌবদি থুল্লাকফম অয়াম্বনু ফমদৌ কৌএ"- ফম-লোন ;— "ফমদৌ ইঙাইয়োয় নিংথৌ ইছি-শাংশিংও লমলেম মদাইমা তাংমু তাংহন ঙাচায়াম শরেং পুহান নিংথৌবা লাইজা ঈরাল্লম মোইরাং থাক্তা লুংবা মশোয়রেন থাঙলেন লুগা-শোয় থুয়োন মপাশোয় মপুশোয়দা য়েংলুও"—মোইঃ নিংঃলম্বঃ

**ফমদৌ নিংথৌ,** অঙম অথৌ, নিংথৌ পোংবা তরা

**ফমদৌ হুম্ফুমরি,** অয়াং ফমলুপ,—"শকাব্দ ৬৮৫ মৈদিংঙু থোঙতেকচানা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা লাংজা লৌপুংফৈদা ফমদৌ হুম্ফুমরিমক্তা শা তাল্ল-বদা ঙমনা লাইনা লৌতুনা ঈশিংদা শিথিএ, লোঙ পায়বা অমতং হিংতুনা মাগী ধারা মথৈ লোংজম কৌথিয়ে"—চৈঃকুম্বাঃ

**ফমফম ঙম্বা,** ফমতুনা লৈরবা, ফমলবা,— "নম্ব মীয়াম তিন, মুংঙাই ময়াও কায়না ফমফম ঙমল-বলদা"—নাঃ ফঃ কাঃ

**ফমফম্বা,** ফম্বা

**ফমহমহনবা,** ফমহনবা,—"পোয়ম মতৈ মনাউবু সনা কম্বাল্লাংদা ফমফমহল্লবদা লাইরেন লৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বদি য়োয়বু মশানৌগা থাগী ফরাংজি মথক্তা জগোই লেপলৌ শা পোইরৈ পূম্নমকপু থোঙলৈ নোংথাঙকূপকুমনা তুবীনা ঙাঙলিউে ঙাঙ-মিম্না লাইরেম্না ঙোরিউে ঙৌমিম্না"—সনাঃ লাইঃ

**ফমফি,** থাতুনা ফম্নবা ফি, আসন ওইম্নবা ফি,—"লমদা থাগী থাঙজা অহানবদা মায়কৈ মরি লাৎনবা পোৎম্রাওদি ফমফি মরাকতাইবা মরি, থাকন মরি ......"—থৌদৌঃমঃ

**ফম্বাল কাবা,** নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা, ফলাংমৈ তোংবা

**ফম্বাল কুম্বা,** নিংথৌ ওইবা তোকপা

**ফম্বাল তোংবা,** ফম্বাল কাবা, নিংথৌ ওইবা

**ফম্বাল তোংমিম্নবা,** ফম্বাল কামিম্নবা,—"চেকোং লৈমাবগা ফম্বাল তোংমিম্নরে হায়দবরা ?"—শমঃঙঃ

**ফম্বাল থাঙ,** ফম্বাল তোংবদা পীজিম্নবা থাঙ

**ফম্বাল লাই,** ফম্বাল তোংবদা লৈমনাই নিংথৌ নাইনা নিংথৌ অমসুং লৈমদা কংপা মী

**ফম্বাল মিছল,** লৈমা নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা থোনবা মিং

**ফম্বাল্লাং,** সনা তাঙবন, সিংহাসন, নিংথৌগী গাদী

**ফম্বাল লান,** নিংথৌ ফম্বাল তোংলমদাইদা চৎপা লান

**ফম্বী,** লৈফম, হকচাংগী লীকলা

**ফম্বী ওইবা,** লৈবা, ফমফম ওইবা,—"নহাক্তী ফম্বী ওইও"—শাঃলমঃ

**ফম্বী মকাইফম,** মাগী লৈফম,—"তুবী চিঙলেন নোংদ্রেন গোম্বনা না তারবগী লাইরেন ফম্বী মকাই-ফমদা হলবাইরকলবদা"—ঔঃঙম্বা

**ফম্বীরেন,** অথোইবা মফম, অথোইবা মরু ওইবা লৈফম

**ফম্মি য়ায়মা,** পণ্ডিত লোয়শঙগী ফম অমা

**ফমোই ফম্বা,** ফম্বাল তোংবা

**ফমোই মিং,** ফম্বাল,—"তুবী নঙ ফমোই মিংতা ফমডৈংনে"—নাঃফঃকাঃ

**ফম্মোই মিংতা ফম ফলাং মৈদা তোংবা,** নিং-থৌ ফম্বাল তোংবা,—"হয়েং তুবী নঙনা ফম্মোই মিংতা ফম ফলাংমৈদা তোংলবদা নশানৌ নোং-বাল্লোন পীতঙঙাবী ঐবু লাইরেন সনা নথোঙগাবু ইন্দাঙরকপদা লাইরেন পূকনীং রাকাউগুনো"—নাঃফঃকাঃ

**ফম্মোই মিং ফম্বা,** নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোং-বা,—"পারি হোঙনেময়োয় খুঙাওবু থুনা পাউ

কৌরুও ফমোই মিৎত্তি মানা ফমতৌনে ফলাংমৈদি মানা তোংইনে"—নাঃকঃকাঃ

**ফমলাংচান,** ফমফম,—"হয়িচবগী এপী য়োই-য়েনফম সনা লাংবকোই ফমলাংচানবু মিংথোং-লক্নে"—নিংঃলম্বঃ

**ফমলেন,** ফমেন

**ফমলেন,** লুচিং তানফংবা,—ফমেন ফম্বা ফংবা, অহল ওইবা ফংবা

**ফমলৌ,** ফমনাইবশিংদা মথোয়গী ফম অতুগীদমক্তা পীবা লৌ মথল অমা ;—অসিগুম্ব ফমলৌ অসি-দি লৌ অদু চারিবা ফমনাইবা অমদা ফৌ পোৎ-মা চহী চহীদা থাজনা ওইনা পী। মসিগী লৌ-রিবা ফমনাইবা অদুনা লৌরুংবা কৌই। হায়রিবা পীফম থোকপা ফৌ অসি থা তরানীথোইগী মমুংদা কনাগুম্বা ফমনাইবনা পীদ্রবদি ফৌরুংবন নিংথেমদা হংগৎলগা সনা য়াথং মতুং ইন্না ফৌরুং-বনা থাজনা তোনবা অদু ফারগা মতম অদুদা চৎমরিবা ফৌগী মমল অদু লাক্নুনা শেল ওইনা থাহল্লি। হায়রিবা শেল অসিস্তু পীদ্রবদি লৌ লৌথংলগা অতোপ্পদা অমুক পীথি। মমাংউঙদা চৈরাপকী ফমনাইবশিংস্তু ফমলৌ চারম্মী।

**ফমহোই তানবা,** য়ানবা

**ফমহোৎবা,** চেম্বা

**ফম য়ানবা,** লান তৌবা, লান্দা হাৎপা

**ফলাংমৈ,** ফম্বাল, -"মৈতৈ নৈবাকনা ফাদুনা ফলাংমৈদা তোংহল্লে"—কাইবরোন

**ফলাংমৈ তোংবা,** নিংথৌ ওইবা, ফম্বাল তোংবা,—"ফমোই মিংকা ফলাংমৈবু তোংফরে"—তুতেংঃ

**ফয়েং,** ফাইবা, চকপগী খুল অমগী মিং

**ফয়েং নোংফাইবা,** অহিং লেক্নুনা নৈথোকপা, কাইবা, ফাইদুনা নৈবা ;—"শেনবী তুমু লোক-চাউ ঈদা ফয়েং নোংফাইরবগা পোইরৈ মপল্লমু য়েংথংনা চীংলেন য়োঙম কাপ্পিরে"—শমঃঙঃ

**ফাই,** তম্পাক ( লোইবী মরেমনা হায়নবা ),—"মযুম লোইবী মরেমনা তম্পাকপুদি ফাই ও কৌএ, অদু নোংগীবু নোংচুপ কোংয়াংকাই-ও কৌই"—নিংঃলম্বঃ

**ফাইবং,** নাহৈবনচিংবদা শীজিন্নবা নাপী মথল অমা,—"অরাং কৌবা চাং লুখুম য়েনখন্ড্ ফাইবং পোকপা পুংকাই তোনয়াম পানবা চীংদা নম্বু মুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুনশিবা মরান-য়ায়দা রাইথুংলুও।"—নাঃকঃকাঃ

**ফাইবা,** লেক্নুনা নৈবা, কন্ননবা অনী নত্রগা মাতু-দগী হেনবা লং মচা ভাশনবা

**ফাইবি,** থোরকপা

**ফাগং,** ভৌবোং, পুং য়েনবা চৈ, অকংবা, ( মৈদা য়াইবা নত্তবা মুংশাদা কংহনবা গা অকংবা )

**ফাগংফি,** (মমাংউঙদা চিংডাথনবমদনা শানরম্বা) ফি মথল অমা, ভৌবোং,—"চিংডাথনবম ( চিংডাবম ) নত্তদি ফাগংফি শাউ"—লোঃশিনয়েন

**ফাগং ফিমু,** ফি মথল অমা

**ফাঙম্বা,** ফারম্বা,—"নিংথৌ মতীক লৈবশিংনা ফা-ঙমদবদি লানশোক থোঔইদনা খুনঙমে"—উঃ রা)

**ফাংপা,** সম্বী শেম্বা, হোহনবা, পাঙলনা লৈপাক খোইদোকপা

**ফাঙ্গ হৈতরিবা,** পাইবা হৈত্রিবা

**ফান্দেং,** অচৌ অশাংনা ফম্বা কাল অশাংবা,—"সনা কান্দেং থানা ফমফমহল্লে"—দঃলাইঃনীঃ

**ফানবা,** পায়বা, থকপা, মিং ফান্না কৌবা 'উপম চৈরোঙকান, লোইমোম ফৌমায়ফু"—চাঃলাইঃ

**ফানাম্বা,** নৌ, হি হোন্নবা চৈ,—'লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা মণিহৈবা পোংকন নৌ ঈরাং শং শং খাইফবা ফানাম্বদি নৌচিন তুমহৈরা"—হিঃহিঃ

**ফাফেন্নবা,** মরাং কায়বা

**ফালোক রাইরং পামহৈবা,** চৌরজিৎ মহারাজ,—শক ১৭৪৫ লাংবন ১৬নি পানবা নিংথৌকাবদা মৈদিংগু ফালোক রাইরং পামহৈবনা থিংলম্বা তুরেল ফাং" চৈঃকুম্বাঃ

**ফাল্লোথোম্বা,** লাই সনামহী, লাইবা হায়বা,—"শাইথোম লুরাংগী কুম শকু ১৬৫৫ থোরান থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে, লাইয়িংথৌ ফাল্লোথোম্বা মাঙ-লববু অমরক লিংহোএ।"চৈঃ কুম্বাঃ

**ফাহাপনবা,** ইচাই চাইনা হাপ্পা

**ফাহুম্নবা,** ইচাই চাইথোকপা, ইচাই চাইনা হুনবা, চেকশিন্না হুন্দবা, হুনবা

**ফায়েং নোংফাইবা,** অহিং লেকপা

**ক্ষায়েং লোংকাইরম্বা,** কাইহুম্বা লৈরম্বা
**কায়েৎনবা,** ইকা কানা য়েংপা
**ফি খম্বা,** ফি শেত্তবা
**ফিগাও,** ফি খাউ, ফিনা শেম্বা খাউ
**ফিগাও শানা য়াবা,** থৌগল্লোন্দা মথক থোংবা মীনা পোচ্চে পীবদা খুৎনা হকথেংননা লৌবগী মহুত্তা ইল্লিবা নত্রগা হকচাংদা পকশিবা ফি অত্থুগী মচি অমনা য়াম্বুনা লৌবা
**ফিগে,** শেংননবা অক্ষবা ফি—নিপাগী ফৈজোম নুপীগী কনেক
**ফিগে কনেক,** মুগানা শাবা কনেক কঞ্জবা
**ফিগে লমশং মানবা,** ফিগে অশংবা মানবা
**ফিগোই,** ফিনা ইকোয় কোয়শিনবা
**ফিগোই লেনবা,** ফি ককপা
**ফিগোল্লুং,** ফি মঙ্গুং
**ফিঙাও,** ফি অঙাঙবা
**ফিচুম, ফিজুম,**—"ঈরম তরেংমক্কী ইরান্নবা পোংম্নাওদি কোনয়াই পু তরেং চক্ তরেং ফিচুম তরেং লফোয় লক্ষাং তরেং ক্ষা তরেং মনা তরেং হৈ মনম নাইবা তরেং অথুম অহাউ"—থৌঃমশিন
**ফিত্থুং খাওম্নবা,** কারম্ননা ফি খাওন ওল্লগা তুংদা ফিশি ফিবা
**ফিত্থুং থৌরি,** নাহোং
**ফিনৌ,** ফি অহনবা,— "চৈরৈ ফিনৌ শেংলিউঁ য়াথং সুংওন য়াম্বুবু পাওমেয়্নদে"--কুমদমশৈ
**ফিবাইরোই,** ফি পাম্নবা মী, ফি থোমজিনবা মী
**ফিবাল লোই,** ফিনা লোইপোং কাবা
**ফিবুল,** ফি মতুম তাশিল্লগা থৌরী তাবগুম তা-শিনবা
**ফৈবুল লৈনা থাবা,** ফিনা লৈপাক্তা ফিদা থাবা, "ফিবুল লৈনা থাগে হায়্নবা থোকললকপবু কৈনা চিক-থ্দনা শিরে"—শীংলাং:
**ফিবুল হাবী,** শান্নবা মশান্না অমা
**ফিবোঙ,** মতু চোম্বা অথাবা ফি জাৎ অমা
**ফিবোঙ চাম্নিবা,** ফিবোঙগী ফিদা অচোবা
**ফিবোঙ চাম্নিরোই,** ফিবোঙ্গী ফিদানা লোইপোং হাবা লোই লম
**ফিমু,** ফি অমুবা,—"ফিমু লৈকক্ষনি হৈরাঙ খুত্তা শুনা খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম কোওইবীবু থামলুও হায়না থৌশীখিএ"—কৌঃরাঃ
**ফিমু লানফি,** (মমাঙৈঙদা খোইম্নামদনা শাবা) ফি জাৎ অমা,—"খোইম্নাম নঙদি ফিমু লানফি শাউ"—লোঃশিনয়েন
**ফিমুয়েক পাংয়োংফি,** (মমাঙৈঙদা তাইবংজমদনা শাবা) ফি জাৎ অমা, "তাইবংজম নঙদি ফিমুয়েক পানয়োংফি শাউ"—লোঃশিনয়েম
**ফিরাক,** ফিগী মরাক, মরাক তাইবা ফি,—"বাং-ব্রেনগী ঈরাং পোংয়াওদি কমফি অমা ফিরাক অনী থাকন অমা"—চীংলাইঃ
**ফিরিঙ্গী,** সাহেব
**ফিরেন,** (মমাঙৈঙদা চকপ্রমনা শানরম্বা) ফি জাৎ অমা, মশক নাইবা ফি অক্ষা, কুমৈ ফিয়োং অমদি তরামচা তিনবদা শেংনবা ফি,—"চকপ্রম নঙদি ফিরেন শাউ"—লোঃশিয়েন
**ফিশা শুনা হাংদিং কাওবা,** ফি শাবা
**ফিশাহনবা,** ফি শাবা হঙবা, ফি শাবা লোয়শঙগী মকোক,—"লাইরেন নাউফংবনা মদাইরেম অকো ফিশাহনববু পাউ কৌখত্তুনা হায়রে"—
**ফিশেৎ,** ফিজেং, পোষাক, ফিজোম;— "য়োয়বু য়োইহৈগী ফিশেংতি তোম্ফানে, আরাম নুপীগী ফিশেংতি খানিক খানাকনে, লৈশাবীগী ফিশেত্তি খোয়্নতোমনে, মাইবীগী ফিশেত্তি পুঙোনে, লুথ্রাবীগী ফিশেত্তি শঙচুনে"—মশিন
**ফিয়াং লমওম তেনগুম্বা,** ফি হাইবমুক থ্বা
**ফীরাক,** সুংখম
**ফীরান,** ঝণ্ডি
**ফীরান য়ুমকম,** য়ুমকম কায়াৎ মাপলগী মঙ্গুংদা নোংপোক থংবা কায়াৎ, ক্ষাক (লাঙজা) য়ুমকমগী ম্যা মৈথু য়ুমকমগী অবাং শঙ্গায় য়ুমকমগী নোংপোক
**ফীরোয়,** ফিজেৎ, ফিজোন, পোষাক,— "শীংশৎ শীংথাবগী পোংয়াওদি লাইখিংথৌগী ফীরোয় অঙবা, লাইরেম্মগী ফীরোয় অঙবা থাকন কমফি ××× " থৌঃ মশিন; কনাগুম্বা মী অমা শিরগা মানা শিখিবা চহী অমা কাবদা মাগী দমক তৌবা মথৌ মঙম,সম্বৎসর শ্রাদ্ধ

**ফীরোয় অশুবা**, নিপা ওইরবস্তু নূপী ওইরবস্ত মী অমনা শেংপা হৌনবা ফীজোন মকু অমা,—লাইয়িংথৌগী ফীরোয় অশুবা—ফৈজোম অমা থাঙচেৎ অমা, কোয়েৎ অমা ; লাইরেম্মগী ফীরোয় অশুবা – ফনেক অমা ইন্নফি অমা

**ফুগাম**, মপূক কংথৎপা অনাবা মখল অমা

**ফুংগা**, যুমগী কারনগী মনিংদা মৈ চৌকম,—"মুংবান নয়ুমনাক্তা ফুংগা মৈনিং ফমনা য়াংগোইরিবী হতুমাল্লে কারবী অত্তুব্ শরেন মমল ওইনা পীবিয়ু" —খুঃকংলৈঃ ; শাগৈ—"ইতাইরেম থৌরাংউ পুজার প্রেমান্দ নঙদি কামার নোংমৈ মরুনা ফৈরা নতানপকপু কাপথেকলবব্ তনবা নমায় লৈদবা মঙগী শাগৈ ফুংগা মথৈব্ লাইমনাই ওইববু পানা খোকনা লাইফম লাকপবু ফংজগিরো"—ঔঃ ঙম্বঃ ; নাই ফুংগা,—মীনাই মতৈ মনাউ

**ফুংগা নাই**, মনাই, মীনাই মতৈ মনাউ,—"ফুংগা নাইনা পানাদা ফম নাইহৈদে"— ফমলোন

**ফুংগা নাই শঙলাকপা**, ফম অমা, "২১ নি শগোলসেন্দা মনাউ ইবুংঙো গোপাল সনাবু ফুংগা নাই শঙলাকপা হাপএ"— চৈঃকুম্বা

**ফুংগায়েন জগোই**, নিপা অমগা নূপী অমগা শামিন্নবা জগোই,—মসি লাই হরাউবগী লোইবা লাইরোই মুমিত্তা শাগৈগী লাই ওইরগা পিবাগা পিবাগী মতুংগা অনীনা পূন্না শামিন্নৈ ; লৈকাই নত্রগা খুনগী লাই ওইরগা লাই শেলুংবা নত্রগা লাই পান্নবা মতৈ মনাউনা শাই, জগোই শাগদোরিবা মতৈ মনাউ অত্তুব্ মাইবা মাইবী পেনা খোংবনচিংবা মী ময়ামনা খুবাক খুতুনা "ম্নরেম্বী থোরকলো নহুম পোন্দেন শাবিগে লাই খুবাক খুবিগে"—হায়না শত্তুনা কৌথোরকলগা শাহল্লি।

**ফুংগা লাইরু**, য়ুমগী কায়াৎ অমা ফুংগাগী মনিং থংবদা লৈবা মফম অমা,—"খোইমোম লাইরেম্মনা কেগে থোইদিংজম নিঙোনবিও য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবদি মতাং লেপলে, নঙগী ফুংগা লাইরুরেন্দা তাংথরমগে"— ফোঃৱাঃ

**ফুচা ৱাহোন্নবা**, তাকথোকলুবা, হায়দোকলুবা, শঙহল্লুবা,—"শানৌগা মহুং লিত্তিন্নবা য়াওতুনা ফুচা ৱাহোন্নগনে হায়না থৌখামলে"—ধঃ লাঃ নীংঃ

**ফুজিনবা**, চোংশনবা

**ফুনিনশিং**, হৈশিংবী

**ফুনিল**, চাক থোংবা, চক্ মনিন

**ফুবাক তুবা**, উপ্রাকননা তুবা

**ফুমগন তৌবা**, তৌথোকপা

**ফু**, চক্,—'থৌপাস্তোংনা ফু শায়ে"—মশিন

**ফুন্দ্রে**, উনচিংবা খেংনবা উশূবগী খুংলাই মখল অমা, ফুন্দ্রে খেংপনচিংবগী থবক তৌবা লোয়শঙ অমগী মিং,—"মৈতৈ ফুন্দ্রেগী শিম্বাদি — লাইগী নিংথৌগী, হীদাকক্ মখোঙ মঙক তোংজৈ খুযোং মখোঙ, তোংচৈ তুবা অসি থৈবিক মৈতৈ ফুন্দ্রেদা থাগনি, চিংবদি পাচা, শামুশঙ, শগোলশঙ, দোলাইরোই শঙ মরিমকনা চিংগনি"—শঙঃমশিন

**ফুম**, ঈশংদা তাউহুনা হৌব মথক্তা নেৎপদা থাঙবা নাপী শীংবী ময়ামগী মপৈ

**ফুমদি নাতৈ কাঙবা**, ফুম চিংথোকপা

**ফুম্বী**, ফুম, ফুমজাউ,-"লোক্তাক উথুম খোয়ৌচা ফুম্বী শোয়রেন য়াঙবীদা চেকলানা তুম তুম য়াকৈনৈ।"—য়াকৈবা

**ফুজু**, অশোনবা অকনবা থবক শূবা ঙমদবা খোঙজেকপনচিংনা কাবা থুম্মোকতায়রুক শাবা পয়া শিবনচিংবা তৌবা লোয়শঙ—কংলা শঙবা

**ফুরবা**, য়ৈরবা, শিরবা (খুমন্না হায়নবা)

**ফুরা**, লাইয়ুম, চেকনা শাবা অপিকপা দোলান,—"খোইমোম নোংলোন অপাইবা লাইবু ফুরা লাইয়ুম শা শীংলেন লৈন্নাম হুন্না খোইমোম লাইনীং ৱাগী"-ধঃলাঃনীংঃ;নোংশাবগী থবক তৌবা মাইবী

**ফুরা লাইয়ুম**, লাইশঙ, মন্দির,—"খোইয়ুম লাই কংলাতা ফুরা লাইয়ুম শা শঙকাই মথোন মঙা শানা"—নোংলাইঃ

**ফুরিৎ**, পুমুং, অঙ্গং অশাদগী কন্নবা হকচাং (ভকী মখা মথৈ) কুপ্পবা তুশিনবা ফি

**ফুরিৎ শাবা**, ফুরিৎ তুবা, ফুরিৎ তুবগী থবক তৌবা লোয়শঙ অমা ;—'মৈতৈ ফুরিৎ শাবগী শিম্বাদি য়েতুমনা তুবা তাইবা খোঙউপ খুমিংখুন্না তুবা, নিংথৌফি পুম লাকপা, ফুরিৎ শানাইবা, খোজোন ফুরিৎ তুবা, লৈনা গুপ্পা, মৈতৈ ফুরিৎ শাবদা থাগানি। করো ফুরিৎ শাবগী শিম্বাদি

কাঙখন তুবা, চান্দুবা তুবা, লৈনা য়াৎপা, য়ামবা, চোঙ তুবা, থাগি খুদোন খোঙউপ তুবা ফুরিৎ তুবা অসি থৈবিক কবো ফুরিৎ তুবদা থাগনি"—শঙঃমশিন।

**ফুরূপ,** কাঙলুপ, শাগৈ

**ফুরেন,** চক্, অচৌবা, ভাংখা,—"ফুরেন চাংচৌ ওইরগী"—পাংখো:

**ফুরেপ ভাংগোই থন্না,** চক্ পিক থন্না, "কৌজেং হারো পুন্নমকপু ফুরেপ ভাজোই থন্না শিঙমলে"—শমঃঙঃ

**ফুরেপ লৈমা,** লাইরেম্মা অমগী মিং

**ফুরেপ লৈমা নুচাউবী নাকথা লৈমা পাউ-য়ানবী,** লাইরেম্মা অমগী মিং,-"চাথা খোং-জোনহুবী মালেম তম্পাক লৈমা হারি নিংনাং পোকপী কৌজেং হারো পোকপী হুপলা হারা পোকপী"—নুংঃঅচৌঃ

**ফহিং,** চক্ অহিংবা, মৈ ইকরিবা চক্—"ফুহিং-না থয়োম অমা লাকও"—চৌংলাইঃ

**ফুহিং লাকপা,** চক্ অহিংবদা পোচ্চৈ হাপ্পুনা ঈশংদা ফুমলগা ঈরুপ্পুনা লাইদা কংপা

**ফুহৌবা,** অচৌবা থৌদোক কীর্ত্তনচিংবা কর্ম্ম তৌবদা খোক্কদোরিবা থৌদোক অতুগী নোংমা বাৎলিঙৈগী সুংদাংদা ইমুং মমুং অমসুং থবক নোম্মি-বা অরাকপা মীশিংনা চাননবা হায়দুনা থোংবা উৎসব

**ফুয়বা,** পোকপা, নাউনৌবা, মচা পোকপা,—"নয়োন মৈত্রেমা নোংবাল্লোন নোংমোইনু অহোঙবী সনা লিনগোইগী লাইরেন ভাংভোই য়োয়মোংবগা মশানৌ য়োইহৈত্তোন তাডাঁখংমাংগা শাংমিন্নয়ে, মমোম লৈমা লাইরোকলেম্বীসু ফুয়মিন্নয়ে হায়দ-বরা ?"—তুত্তেং

**ফেনখিবা,** হুনখিবা, লংখিবা

**ফেঙ্কি,** মোইরাং লাইচি,—"মায়কৌদ ফেঙ্কিনে লাইদি নোংচুপ অরিবনে"—খিরেনঃ মৈংলীঃ

**ফেঙ্কি নোংছম লম,** খা নোংচুপ থংবা মায়কৈ, মোইরাং লাইজি,—"হাওরে নোংচুপ পাংবা ফেঙ্কি নোংছম লম, মালং মথোঙচিন খমকোন মরাক-চিনবু তাননা খনবা"—পাঃনাহেঃ

**ফেনজিনবা,** হুজিনবা, হুনবা, লংবা,—"তুবী লাং-গোই মখুনেং লাথোং শেলহোংবগী লাংগোই শা-য়াঙথক্কো তুবী তিথেন মখুংশুবু খুবাক তিল্লাই মেন তিমেন হংসোন লৈমা ফেনজিনখিববু লাং-গোই নাপোম অহোম্বদা তিমেন তাকোম থুমনা তাখবা বাময়া পাঙ্গুমথৌবা নোংপোক সনা কোন-গারমদা লাংগোই শায়াম কানা পুংবু তানফংবা নিংথৌরেন খোংনাং ময়াম্বগী বায়রা খোঙহৌখোল্দি অতুম্বগু মদোমদে"—নিংলমু

**ফেনজিল্লকপা,** কি শাবগী লং ফেল্লকপা

**ফেনজিল্লকপা,** হুজিল্লকপা, লংশিল্লকপা

**ফেন্থবা,** হুম্বা, লংথবা, থাদবা,—"লাই সনা হেলোয় তরেৎমা লেমলৈ ভাতাবীশিংও পীথাং-শীনবী পলেম লাইসনা লৈতৈ লৈমা ও তাংজা লিনশক ওইবা অমনচিংনা খোইমোম লাইরূপ তরেৎতবু তৌরেন ইথুংশূনা ভম্বলবগা মুংচেং নথোয়গী ভাতাফমদা ফেম্বরমলবমে"—পাগংঃলাইঃ

**ফেম্বরকপা,** তারকপা

**ফেন্দিন,** উ শুবগী খুংলাই মথল অমা,—"হাঙমৈ ফামফক লৌ, ফেন্দিন নাকলৌ থিন, হিংঙোন নাকলৌ শিন, জমেন চিদাই শোম"—হিংহিং

**ফেন্দিন উরুংবা,** লোয়শঙ অমগী মিং,—"ফেন্দিন উরুংবগী শিঙ্গাদি উ নানবগী মথৈ, থামেন চপ্পা অনীমক্কী লৈরক নানবা অসি ফেন্দিন উরুংবদা থাগান"—শঙঃমশিনঃ

**ফেন্দি শোজা,** হুন্দুনা শায়বা

**ফেনবা,** হুনবা, লংবা, পৈতক তৌবা,—"লৈচুং খোঙফাং অত্তোনবমুঙ উনবী মখোয় শাউনা চুংলোং য়নমগাং তিমেন মথুংশু সুঙ মালেম লৈদা ফেন্দোকলে"—পোঃলুঃ

**ফৈ,** ফৈগন, মথক্তা চক্ খিন্নবা চরূনা শাবা অকোয়বা পোৎ

**ফৈজা পোপতেক লৈবা,** ফিনা ফৈজা শাবা, "কোরৌ হুমিংমাদি তাল্লোয় মরম্বীনা ফৈজা পোপ-তেক লৈ পুল্লাং লুরোইথোং লাইজা ইপাল্লাং ইমু ময়োন শং লৈরাই হুইশোন কারকপদা"—মুংকাঃ

**ফৈদা,** নপুংসক, লোয়শঙ অমগী মিং অমসুং লোয়-শঙ অতুদা কাবা মী;—অহিংদা নিংথেমনা মনাউ

ইরেম্মশিংগা লৈরবদা ফৈদা নত্তনা মী অত্তে চঙনদে ফৈদাদি শঙপনাবা পুন্নমকনা ইয়াম্না কৌএ। ফৈদাদি মীয়াম কৌবা চঙ্গে, মরম্নাই লৈরবদা কৌগনি, চৎকদি, নিংথেমচা অঙম্বদা ফৈদানা চঙকদে কম্মাং চঙবদা মহারাজ (লাইরিংখোম্বা) অথোবাও য়োইমনাই ননাইশিং সনা থৌগল হৌনবা ম্বারী লীবা ঈশৈ শকপা পেনা খোংবা সনা থৌগল অয়াম্বা চঙলকলে হায়না হংগৎলম্মে। কম্মাং চঙবদা ফৈদানা পাউ তাকএ। ইয়াম্না নিংথৌ শেনবা লোংথিন মিৎতি ইমিৎনে অহিং মিৎতি নমিৎনে উচেক ম্বায়া খোঙেন হৈও, মমিৎ মাকোং শিংও হায়না পাউত্তাকএ। ফৈদানা অহিং ফোলুং চঙবদা লীচৈ মত্তোয়া লৈপাক্কা থোয়ো খোয়ো লাউনা চৎলিলীচৈ মত্তোন থোয়ো খোয়ো লাউবা মথোন তাবদা ফৈদা চৎলি হায়না খঙহনগনি"—মণিন

**ফৈদা নাইজা খোঙথে,** ফৈদা লোয়শঙ

**ফৈদা হঙবা,** কম অমা, ফৈদা লোয়শঙগী মকোক ওইবা কম,—"হঙবা কমদগী ফৈদা হঙবনা হল্লে"—কমলোন ;—"নিংথৌনা কম্বাল কাবদা হঙবনা চপথাঙ থনগনি ফৈদা হঙবদি ফিবোং ক্বাশেন মাঙদা পুএ"—মণিন

**ফৈদা ছিদং,** কম অমা,—'নিংথৌনা কম্বাল কাবদা হিংদংনা ইনচর থানগনি"—মণিন

**ফৈনরম,** কোনা থেকপা

**ফৈনা ওনবা,** ফৈদোকপা

**ফৈনা তুপ্পা,** তুবৎনা লাকপা,—"ঙাংঙোই য়োয়মোংবা তুতেংকোন তুরেন মোংবা ঈবু ফৈনা তুপ্-লকপদা"—পোঃখুঃ

**ফৈনা থেংনা লাইজা শাবা,** থোংগ্রা শাবা

**ফৈনা লামনা,** লামত্তুনা

**ফৈবাক,** ফৈ

**ফৈবাক তামুল্লং,** ফৈবাক্কা তাবা লং,—"থোংনাং মাম্বোরিবা ফৈবাক তামুল্লং যোমম্ম শুনা থাংতিল লংগুম তুংজিন্নমা খুরুমজরক্কে"বংলোঃনীং

**ফৈ অমি তাল যাৎপা,** ফৈ নাম্মা যাৎপা

**ফৈরা,** ফৈগল, ফৈ, তম্পাক,—"মথংলেন নোংয়ায় চাখা মোইরেম্মদি ফৈরা তান্না চাউ শমু লেংগয়ৈএ" —চায়ঃ

**ফৈরা তাজিল থক,** তম্পাক মথক,—"ইমা লৈময়েন শিদবী ফৈরা তাজিনথক্কুদা যাইথুং সে লে পাংলাংয়েনশৈ

**ফৈরা তান্দা,** তম্পাক্কা

**ফৈরা তান্দা থোংনা,** মত্তম্বাক্কা থাংগত্তুনা,—"ঙকথী লুমলাং কোয়া থজাই লেংলোই চুপ ফৈরা তান্দা থোংনা মীকপথিয়ে"—উঃ(য়াঃ)

**ফৈরা মতাল,** মত্তবাক, নফৈগন

**ফৈরা মতাল পাংমা,** মফৈগন নাম্মা

**ফৈরোই কি,** (মমাঙৈঙদা অবুজমবনা শায়ম্বা) কি জাৎ অমা,—"অবুজম নঙদি ফৈরোই কি শাউ" লোঃশিনয়েন

**ফৈয়োয়,** শম্বল,—"থাবা হিংগোম ফৈয়োয়চুংদা চংবী লাকোন চঙনা যাতাগে"—পাঃখোঃ

**ফোইথবা,** লেমহৌবা

**ফোইথুবা,** লেমহৌবা

**ফোইবা,** থরা থরা লৌথোকপা

**ফোইয়ৌ কদা,** ফাতুনা থম্বা ওমদবা

**ফোই হৌবা,** থরা লৌথোকহৌবা

**ফোল্লাং,** খোং অয়ুংবা,—"ফোল্লাং কৌবদি খোং অয়ুংববু কৌএ"—খুঃখিঃলায়াৎ

**ফোয়দিং,** চরোং

**ফৌ,** লোইমোম

**ফৌওইবী,** ফৌগী লাইরেম্মা,—"লোইমোম ফৌ ওইবী কোনমিংনবী কোল্লাংঙ্গুবু তাংজা শম ককনা থামলোবা ভুবা অঙনববু লাকপরা হায়না কোংনা কোংনা য়েংলমএ, শিথোংও কৌনৈএ"— ফৌঃয়াঃ

**ফৌগাক,** অঙনফৌ মথল অমা,—"নঙনা চাকপু হায়রগা ফৌগাক চজিক নমথিবা চাকপু শানা পীজগে"—ফৌঙ ঈশৈ

**ফৌগুম্বা,** ফৌবঙম্বা

**ফৌগৌবা,** লৌবুক্কা ফৌ হুথিবনচিংবা তৌথিবদা দোষ কোকনবা লাই থুরুম্বা, ফৌওইবী লাইরেম্মা থুরুম্বা,—"লোইমোম ফৌগী য়েনমুবা মচেঙ কাইরৈ ময়েঙ্গ।"—য়াকৈঃ

**ফৌগৌরোন,** ফৌগৌবগী মরম ইবা

**ফৌ চাহৈদা লাকপা,** ফৌ পাল্লবা মতমদা ঈশিং

থুম্বা,—'ফৌ চাহৈদা লাকঐ"—চৈংকুম্বাঃ

**ফৌজ,** মপৈ, শংগু, ময়াম

**ফৌদাং,** লাই ভীন্দা কৎনবা ফৌ থুম্মোক অচোনবা,—"ফৌদাং অমা থুম কাগুপ্ শেন কাগুপ"—চীংলাইঃ

**ফৌদাং শঙবায়,** শঙবায় অমা চোম্না হাপ্পা লাইদা কৎনবা ফৌ

**ফৌনাদা পীবা,** ফৌ পান্দোং য়াওনা মহৈস্নু লোকখিনবা লৌ পীবা,—"ফৌনাদা লৌ পরি অমা পীঐ"—চৈংকুম্বাঃ

**ফৌ পৈরম,** ফৌ পৈকম

**ফৌমায়,** ফৌ মমায়

**ফৌমায় চোনবা,** ফৌ অচোনবা

**ফৌরা,** ফৌ ফৌনবা লা, ফৌ ফৌনবা ফোইরপ কোয়বা য়াংকোক্তগী থরা হেন্না চাউবা পম্বানা শাবা পোৎ,—"পাখংবনা ফৌরা মপান কোয়না চৎপবু থাবনা উচুনা খুইদা তাকলে"—থাডচৎ

**ফৌরা তাংথৎ লাইদবা,** ডাঙবদা পন্দবা

**ফৌরা মচেং,** ফৌ ফৌনবা লা

**ফৌরিকম,** ফৌ থমকম, ফৌ লীকম

**ফৌরুংবা,** ফম অমা, ফৌ পান্নবা মী,—"মোইরাং পণ্ডিতনে, থাঙজবা পণ্ডিতনে, লাংগোলাবা ফৌরুংবা ওইরমনে ময়েংবম ফম্মীরায়মা ওইরমনে মরিমানা সনা পুয়া কংলৈরোন ইবদা পুথাংকম লাল্লে"—চৈংকুম্বাঃ

**ফৌরৈমা,** লোইমোম ফৌওইবী, ফৌগী লাইরেম্মা

**ফৌরৈমা ফৌ নিংথৌ,** ফৌরেন

**ফৌরা,** লোইমোম ফৌওইবী,—"অয়ুক লৌকুম অমা তৈনা মপারি নাউথাকমা মমোম নাউহৈমদা লীকলা উনগোইরুংদা মচুং য়াতারিবী ফৌরা-ও"—ফৌ.বাঃ

**ফৌরাম,** ফৌ অহাম্বা

**ফৌগং হোনবা,** ফৌ থুদাপ খোম্বা

# ব

**বজ্রবাহন,** হস্তিনাপুরগী পাণ্ডু নিংথৌগী মচা নিপা অর্জুননা ময়াম্বুং য়ুধিষ্ঠির মহারাজগা মনাউ ইবেম্মা দ্রৌপদীগা লৈমিন্নরিঙৈদা ব্রাহ্মণ অমগী অরাবা অমা কন্নবা মথোয় এচীনমনাউ মঙাগী মরক্তা চৎনগদবা নিয়ম কায়না খুংলাই লৌথোকপা চঙলুবদগী হায়নখিবা বারেপ ডাকনবা চহী তরানীথোই বন চৎখ। খোঙচৎ অসিদা মহাকনা মণিপুর নিংথৌ চিত্রবাহনগী পুত্রিকাপুত্র ওইনা লৈরিবা মজাইবেম্মা চিত্রাঙ্গদা লোহুনা বজ্রবাহন পোকখি। অর্জুনগা ডাঙনখিবা মচুং ইমা চিত্রবাহন নিংথৌনা নোজাবদা মশুনিপা বজ্রবাহনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি। মহাকনা নিংথৌ ওইরবদা হস্তিনাপুরগী নিংথৌরেন ময়াম্বুং য়ুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী অর্জুননা শগোল ডাকপা লাকপদা বাঙাঙ থরদগী মপা মচা লান শোকনতুনা বজ্রবাহনা মপাবুং অর্জুনবু লানকমদা মাম্বথাবা পীখি।

**বাগী থুংবা,** পীরাই মথক্তা চনিং মনাক্তা পোম্বা লায়না

**বিজয়া-গারোৎ,** লোয়শঙ অমগী মিং, তেঙ্গোল পুবা ফমনাইবগী লোয়শঙ.—"শক ১৭৭২ শজিবু ২১ নি ইমলকৈশলদা নিংথেম য়াওনা চীঙ্গোন্দা বিজয়া গারোৎকী সরদার নোংমৈ পান্দমহল্লে"—চৈ:কুম্বা:

**বুদ্ধিরাজ,** ককচিং নিংথৌ ; —"নওদি নিংথৌবু লাইনে হায়না খঙবা ওইরে, নওগী খুন্দা নিংথৌ ওইরো, বুদ্ধি কৈএ বুদ্ধিরাজ কৌনা নিংথৌ ওই-রো"—মিয়াদ

## ভ

**ভুম,** লৈঙোইনা তুম্বক তুমনা মতুম তাশিন্না শেম্বা পোৎশক

**ভুম কাওনবা,** তুরেল লৈরাইনচিংবা অওম্বা মফম-দা মথাদা ভুম অমা থমলগা লৈরাই মথক্তগী অতোপ্পা ভুম অমা নাম্বহন্দুনা মথাদা লৈরিবা ভুম অতুবু থেংগাইহন্দুনা থুগাইনবা শান্নবা, মথা থং-লিবা ভুম অতু থেংগাইবা অতুদা কায়রবদি মথক্তগী নাম্বহল্লকলিবা ভুম অতুনা মথা থংনা থমলগা হান্না মথা থংলম্বা ভুম অতুনা অমুক মথক্তগী ওম্বহল্ল তুনা থেংগাইহন্দুনা কায়হন্নবা হোৎনবা মশান্না অমা

**ভুম তাবা,** লৈঙোইনা তাবা কাওক্রম্মুক চাউনা তুম্বক তুমনা শেম্বা

## ম

**মইলথং,** ইল, মাগী ইল

**মইনফি,** মানা ইন্নবা ফি, ময়িনফি,—"লৈরাই চাংদোনথক্তা মোমতু মাগী চরৈ মইনফি (ময়িনফি) মাল্লো অপাবা অতুবু উরবগী পম্বো মপা মচা অহম্মদি লৈরাই চাংদোনথক্তা ভিহোক মাংদো চোংবগুম"—ধ:লা:নীং:

**মইন্নম্বা,** থুৎলাইনা থিন্নম্বা

**মকাইফম,** লৈফম, মাগী লৈফম,—"চীংঙু য়াইবী মকাইফম খোইমোম সনা মখোঙখাগী চেম্ববা ঈ" মোই:নিং:লম্বু:

**মকানক,** মহাক্কী কানক

**মকাপ,** মাগী কাপ, তন্নকনিশুবা হুমিৎ

**মকা ফোংবা,** তাকথোকপা

**মকি,** লং

**মকিং,** মতু

**মকিং নাইবা,** মপূক থাংবা, মপূক শেংদবা, লোথুপ লোকোয় তৌবা, মরিল চুমদবা, ফত্তবা, —"নমু মীতমথি পুকনীং মকিং নাইবশিংনা পলেম ইমা তাহু লৈম' নিংথাবীবু নূপী মুংশি খঙদনা শমু খূংঙমথিনা হাধরবগী পলেমু শীলেন শেংনরে" —ধঃলাঃনীংঃ; মণিপুর লৈবাক তাকমিন্নবদা লৌশিং কনানবু পুকনীং মাকং নাইহন্দে"—লাংঃশঃথাবা

**মকুবী চীং,** লোইজিং, মণিপুরগী নোংচুপ পাংবদা লৈবা চীং অমা,—"লোইজিং অতুগী মমিংদি মকুবা চীং কৌএ"—চীংঃলাইঃ

**মকে হাথবা,**—পথ পুমথবা, পথবা,

**মকোই পাউনিংশিংবা**—বুদ্ধি লৌশিং চঙখোনবা, লৌশিং শিংবা, অশিংবা, পণ্ডিত,—"থাংখি পাং-থাইচাম্পা মকোই পাউনিংশিংবা পায়মা লিন্দাং শাংবনা —লুঃ খোঃ

**মকোই পুকথোঙ হাঙবা,**—জ্ঞান মতিক চানা লৈতা, রাখল লনবা,—"নাউরা ইখোয়বু পায়মা লৌশিং তামনা উনবী লৈখল লনবা মকোই পুকথোঙ হাঙবা মশেন্নে"—লাংঃ শাঃ থাঃ

**মকোই য়াৱা পুকনীংশিং,**—লৌশিং,—"মৈতেং-ঙুগী চীংথোঙ খৌতাইরেম নোংডান কাইনারাক পায়মা লিন্দাংশাং মকোই য়াৱা পুকনীংশিংবু লোমা তৈবনা"—ধঃ লাঃ নীংঃ

**মকোক পাংমা**—মকোক নাম্মা,"তুবী মকোক পাং-মনা ককচিং চোংচীং লাম্না চাক্তাবা" চাঃ লাইঃ

**মকোং মচু;** মৈরি মচু, "লংশঙবম ইরোম্পম নঙদি তম্লা উরৈরোম মকোং মৈরি মানববু শঙও"—লোঃ শিনয়েন

**মকোল্লোয়,** ময়ূর, মাগী মকোন, মাগী য়ুম,—"য়োয়বু দুর্ঘনা লৈমরেনসুঙ শব্দাই মকোল্লোয়দা লৈজহনখিসনো"—বীরসিংহ

**মকোয়,** অকোয়বা মওঙ

**মকোয়ফাবা,** মপুং ফাবা

**মক্রি,** লংচুম

**মখলমা,** করিওম্বা মফম অমা,—"শোল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমদা চায়না খোঙফেন্না মরোং চুক্‌না তিনেল তা চায়নরদি"—চায়ঃ

**মখানাংলৈত্তাবা (নীকলৈত্তাবা,** লুম, তুকম,—'মখা নীকলৈত্তাবদি লুবমন্নে"—খম্বোই য়াম্বোই

**মখুরোন,** মশৌশা, খুগাতুরেল

**মখুৎফাং,** মখুংকী মচা, খুৎচা,—"য়োম্নবু লাইচম লৈম্না পেকমৈথানবী শমু চাংজৌ মখুৎফাং তরামনা ওইখিচ উপন চৈয়োং মত্তা কাংবনা"— কোঃৱাঃ

**মখুনেৎ,** মানা তোংনবা (হি, শগোল, শামু), মাগী খুনেৎ, মাগী তোংফম,

**মখুৎথা,** মানা থাবা পোৎ, মাগী খুৎফম, মানা তৌরম্বা থবক

**মখুৎফা,** মাগী ওইনা লৈনম্বা মী

**মখুৎশি,** মাগী খুজি,

**মখুৎশু,** মাগী খুৎলাই, মহাক্কী খুৎশু খুৎলাই,—"বভ্রুবাহন নিংথৌ মখোকলকপগী য়ায়রা মখুৎশুনা শমু মহকশাংবু য়োহন্দনা অতিয়া লমখাঙমদা তেনবী মতুপ মতুপ গোকনা মানেম লৈদা তাহল্লে"—লাঃ শাঃ থাঃ

**মখেল্লাংবা,** হৱাউ তয়াম্বা, লাঙবা

**মথৈ,** অরোইবী, অয়োবী

**মখোক,** মচৈ

**মখোকলাং,** মখোক

**মখোক লোয়বা,** কেনগদোরবা

**মখোঙখা,** মহাক্কী খুয়া,—"লাইরেন সনা মখোঙ-খাদা য়াহমখিয়ে"— শঙম্বা

**মখোয় নেৎপা,** ময়ায়দা ফম্বা,ময়ায় লেপ্পা

**মখোয় শাউবা,** খোয়দৌ কুকনা শাউবা, য়ামনা শাউবা

**মঙ,** খোমলেন মঙলান চান

**মং** অশিবা পোৎলোইফম

**মংকৎ,** ক্কাগোক হানবা

**মংগাইরোয়,** মনাই মশন, লোয়্নিন থমমিন, মরূপ মপিজ্জা

**মঙতাবা,** মঙদাবা

**মংতু,** লাইরিক,—"লাইথার পুজারাহোনবগা মংতু লাইরিক খুদোন পুনা মমোম তম্ফা রাংঙমলোনবু— মরান লুহোং খোংদোংবিরকও হায়না পাওযেন্নবগী" —শঙঃমঃ

**মংথোঙ হাংবা,** মোংফম তোখোকপা,—"মালেম লৈথিন তোকনা মংথোঙ হাংলে"—হেক্রু

**মংনাউত্তা,** কংলাদা লৈবা মকম অমা, মাত্নুদা নিংথেম নত্তনা নিংথৌগী ইমুং মঙ্গুংগী মী শিরগা পোংলোইকম —"থৌরানী অহন রাহেংবম চন্থু অপান্বীস্তু শিঞ, মংনাউত্তাদা পোংলোইঞ"—চৈঃকুম্বাঃ

**মণ্ডতবা,** মণ্ড চণ্ডরুরগা খে.মলেন মণ্ডলানচান্দা লাইনা তাকপা মরোন অত্থু শুণ্ডবা,—"নিংথৌ পোংবা ওরামক্তা থোমলেন মণ্ডপাউ তমলবগী"—সুঃকাঃ

**মণ্ডল,** মতিক, মগুন,—"তুবী মতিকথানা লাইরেন মণ্ডল শবনা" — নিংথৌফি শাবা

**মণ্ডল তরঙ্গ রাংবা,** য়ামনা রাংবা, নোংদোন থেংনা রাংবা,—"শেল্লোয় চীংয়াচাউ মণ্ডল তরঙ্গ রাংবা চীং"

—নোংচীংজোইঃ

**মণ্ড পোচ্চাদং** মণ্ড তম্বদা চণ্ডবা পোংলম,—"চকপা লমলাং মাইবীনা মণ্ডপোচ্চাদং লুদা থোংনা সনা থোমদোন অতোনবা নত্তবু নপোইরৈ চিন্দুম চিন নরাংতম মংচুম মংলে তুবী নকোমুংগী কারকও"

সুঃকাঃ

**মণ্ডম,** মশিন, মথৌ, যজ্ঞ, "লঙ্কজববু কোক্লবা অশ্বমেধ যজ্ঞ মণ্ডম তৌসে"—উঃ (রাঃ)

**মণ্ডমণ্ডম,** হোংনবা, লাণ্ডবা, মথৌরাঙ, মণ্ডমদম

**মণ্ডমথৌ,** মথৌ, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম, শোরাং,— "মপন পম্মৌ নিংথৌগীমক শ্রাদ্ধ কর্ম্ম মণ্ডমথৌ পিণ্ড দান য়াওনা উনবী মশীং থীণ্ডমদনা চোয়নৌ সনা রূপাবু শমু খুংনা শোক দান মশীং গুনা য়েল্লে"

—বীরসিংহ

**মণ্ডমদম.** মহাকনা তৌবা থৌরাঙ. মথৌরাঙ,— "মোমন্থু শংলৌ মথৌরাঙ",-"মোমন্থু শংকৌ মথৌরাঙ য়েল্লাং মণ্ডমদম অথুপ্পনা উনবী মচাক হোমনা থৌরাঙবাগী"—নাঃফঃকাঃ

**মণ্ডমশা,** যজ্ঞগী শা, যজ্ঞগী শগোল,—"চংবী লারাক শেংনা লাংগোই মণ্ডমশাবু হন্না কোক্লোই থুরবগা"—উঃ(রাঃ)

**মণ্ডমশানবা,** থবক পাণ্ডবা, মথৌ পাণ্ডবা

**মণ্ডরুক,** মরম

**মণ্ডলানচান,** মণ্ড মণ্ডবা,— "থাংজীংনা অমুক থোমলেন মণ্ডলানচান্দা হায়ররে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**মংলেন,** কংলাদা লৈবা মৈতৈ নিংথৌগী পোংলোইকম,—"মৈতেংঙ, লৈরেন নোংলেন শেক্লেং মনিকথোম্বা নোংগায়এ × × × × × × মংলেন্দা পোংলোইঞ"—চৈঃকুঃ

**মংশক,** লমন

**মংশক খুংকুম্বা,** লমন শিংবা,—"উনবী কচক হৌ পুকনিং মৈচাক থোইনা পম্মৌ মংশক খুংকুমগে চেংবুম মনাওতোনগুম লাংবন অওল্লুককুম্ববু ললশিংগে হায়না"—নিংঃলম্বুঃ

**মংশক তানবা,** লমন খুম্বা,— "পারি ইবুংঙো নঙস্থু লৈরমখো, পম্মৌদি নমাগী মংশক তাল্লুগে"

—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**মঙাই,** মহাক্কী ওাই

**মঙাইরোই,** মহাক্কা লোয়নরকপা মী, মহাক্কা মঙাই ময়াম, মনাই মশন,—"থোইমোম মঙাইরোই চীংঙ মরোইনাই তক্লকমক্তা তুবী য়োইনোংতাগা নোংখিল লাইওইববু মশানৌ হেন্লোই তরেংমকপু লমওকনত্রিউৈদা পনথৌ তোম্পোক পল্লেম্বী তোম্পোক হুইতাও তিংতৌ থাপা তৌশবনা তুবি য়োইনোংতানচিংনা থোইমোম লাইরূপ তরেংমকপু চেংলৌ শক খণ্ডলবগী"—পাখংঃলাইঃ; "চীংঙ নোংপৌ সোরারেন্দি থোইমোম মঙাইরোইশিংগা কোরৌ নোংলাংপান্দা তেথংখিরে।" - তুতেংঃ

**মঙাং গুরু,** হুমিং, মঙাং শাগৈদা পোরখিবা গুরু অমা

**মঙাং গুরু চাকরায়বা,** হুমিং থোরকপা,—"সনা চীংদোমপোক্তগী মশেক মঙাম লোয়ননা মঙাং গুরু চাকরায়রে, কোরৌ নোংদোল ওাল্লকলে।" —য়াকৈবাঃ

**মঙান চাউবা,** মতিক মঙান চাউবা

**মঙারুল,** হুংঙাইনদবা মী

**মঙৈথাং,** মকোকনা থাঙবা

**মঙৈ নীকপা,** মকোক তোয়না তোয়না মথক্দা হাইবা

**মচং,** মতৌ, লমচং, চংপগী মওঙ

**মচংলম,** চংফম

**মচাক থাক,** চাকলেম, চাক অরেম্বা

**মচি,** ময়াম্বা, মবুং,—"লাইরেন ইপাবি সনা থোমমাহন মচি য়োইনাউহন অহনববু কম্মোই-

মিংতা কমহনসে হায়বসু চেংলৌ মঙম শোয়এ কল্লাংমৈবু তোংকবোইএ" — নাউঃ কঃকাঃ

**মচি চিন্নাইবা,** বজ্র,—"কোরৌ অমথরাং বাংবন শিকারাং মচি চিন্নাইবা মিমচঙ লাংনা চানা ঈক কাংনা তেনবাইখোনগী অমন নোংগারে"-নাঃকঃকাঃ

**মচি চিয়েকল্লা মনাউ নাউয়েকল্লা,** মচিন মনাউ মুংভাইনদবা,—' ইপন নিংথৌ য়িখ লৈমাবনা মচি চিয়েকল্লা মনাউ নাউয়েক বাগি[ শগাই খাম্বী] মৈ-থাল্লবগী"— ধঃলঃনীঃ

**মচি লাংবা,** শেংপা (খাঙচেং শেংপা, কোকশেং শেংপা ); — "য়োম্নবু খাঙচেং মচি লাং কিরিস খাঙলেন খুত্তা পায়" – ঔঃঙম্বা

**মচী হেনবা,** মায়থোং মকা লাম্বা মশক মচু থোক পা, মশক মতৌ ফজবা,- লাম্নু পোল্লেম হান তৌথোপ খম্নাংনা লাবা মচী হেন তনবা মরাই লাংনা ওন্দেরকলে"—চায়ঃ

**মচী হেন মরাই লাংনা,** মায়থোং মকা লামনা, ফজনা, চখোল্লা—"কোকলেন লুকম হেন কা মাচু শায় চীনপান কাঙমৈখু তুপী মচী হেন লাই-রেল মরাই লাংনা মুমিংফুম মশোংচাউ থবাগুম মঙান নাই, তুপী নিনতুম লিন লাইরেন ঙানতুম ঙাম্না কমকমলিঙৈতা"—পাঃমোঃ

**মচুংশেন,** মথৌনা,—"তুবী সনা মচুংশেন্দি অতু-সুঙ মতোমদে।"—নিঃ লম্বুঃ

**মচেঙ** য়েন, দারা, পাংগন

**মচেঙ কাইরৈ,** য়েন, য়েনবা,—"মচেঙ কাইরৈ শোকচোয় চানা খোয়নৌ ইতা পোনবী চীনপাক-পীও ঐদি লাইজা ঈদা হৈত্তবনিগীনা ইমু থৌ-য়েকননা নোংমনঙৈনে।"—তুকেঃ

**মচেঙ কাইরৈ মুমানবা,** পজেংনা শাবা কবোক্ক

**মচেঙ কাইরৈ ময়েঙ্গা,** য়েনবা,—"কাসা পাউ-তাক য়েনঙাওবা লোইমোম কোগৌ য়েনমুবা মচেঙ কাইরৈ ময়েঙ্গা তৌবোম মানবা ঈরাংয়েন মুমিং সনা পুরুময়েন"— য়াকৈবা

**মচেঙ কাইরৈ য়েন্দালোই,** লমজেন য়াঙবা

**মচেঙ পাচ,** মাগী শাগৈ, শাগৈ অমতা,—"পল্লেম মমাপোকপু সনা লিকলাই য়েনবদি কনানো মচেঙ পাচমা কাইরৈ য়েন্নুমাজে।"—চাঃসাইঃ

**মচেঙ পাচমদা নাউনৌবা,** শাগৈ অমতদা পোকপা

**মচেঙ হকপা,** মশা লুখা

**মচেঙ্গু,** মাগী চৈঙ, মখোয়গী চৈঙ,—"কোংয়াং মখোয়গী মচৈঙ্গু কনানা য়েনবনো য়েংবদা কৌ ওইবিগী কোংয়াং মচৈঙ্গুনা তাংমা হেল্লে হায়না ককলমএ, লেং লেং কক্রাইও থোৱ্রেএ"—কৌঃৱাঃ

**মণি হৈবা পোংকমনৌ,** মণি তোপ্পা নৌ,—"মণি হৈবা পোংকম নৌ ঈরাংশংখ থায়কবা ফনাম্বদি নৌচিন তুমহৈবা"—হিঃহিঃ

**মতংখাক,** মাগী চুখাক

**মতম মুংশাং কুইনা,** মতম কুইনা, মুমিং য়ামনা,—"মণিপুর পোইরৈ য়াপুংদা তাইপঙ মী নিংথৌবু অনীরক মতম মুংসাং কুইনা পালকবা" – ঔঃঙম্বা

**মতম মাল্লা,** মতৌগুম্না, মতাগুম্না,—"হংসধ্বজ নিং-থৌরেন্দি লাংহৈ কুমশীং য়ামলবসুং হুয়েন লান শোক্লবদি চহৈ কুনশিং তরামল্লাগী পানকন মতম মাল্লা শোক্লয়ে।" লাংঃশংথাঃ

**মতমলকপা,** মথোক কারকপা, ঈরথংলকপা

**মতাই কাওবা,** হোত্তোকপা

**মতা,** মরা

**মতা,** খোয়নৌ চায়বী

**মতাং,** তাং, মতম

**মতাং তেনবা,** মতাং শাংদবা, মতম তেনবা মতম লোইসিন্নকলবা

**মতানবোম,** মপান্থোম, মাগী পাথোম,—" শায়েং মতানবোম্বু পাংমা য়াম্বেকলে" – চায়ঃ

**মতানশি,** মপাথোমদা শিবা তাল

**মতিক,** মঙল, মঙণ

**মতিক মথৈ লৈতবা,** য়াম্না মতিক মঙণ চাওবা

**মতিক থাবা,** মঙণ হায়বা, মঙণ শীংথাবা

**মতিলমেল,** ময়াথং,— "লৈমা নামুল থাম্বীমী কোলোম্ন মতিলমেলবু নাত্তারবদা য়ায়েন খোঙথৈচীক শয়েং পাংগতিংনা তকলৌসিদং শোম্না ওকলেন-গুম কচকহৌ থিংলৌগুম মখি নাইখিএ "-চায়ঃ

**মতুক হাওবা,** কনবদা পাবিনবা লৈতবা, লাম্বা লৈতবা, 'লোংয়াম্ন শিখোং লিংপৌবা য়ারবা শাদা

কনবা হয়েন লাঙ্গা খোবা তনবা মতুক হাও কাওরেন মপাতাঙ্গা শলগুৰবু হয়েন লান নেকলু" —চায়ঃ

**মতুং,** তুং, নীং

**মতুং ফুয়গবরা ফুয়দবা,** মতুংদা পোকত্রবা,মথা-নাউরোন তাত্রবা

**মতুয়া;** মক্কম,—"পোইমোম ফুনিং ৱান্নিং শোৰি মতুয়া"—খুঃকংলৈঃ

**মতেঙ্গা,** মাগী তেল

**মতে হৈ,** মশান ওন,—"খোইমোম উদবা মতে হৈ চীংতু খওদবা মশানওদি"—তুতেংঃ

**মতৈ,** মপুরোয়বা, মৱা, মৱাগী ময়াম্বা, মতৈমা, —"চীংখোঙ পোইরৈতোন্না খুম্নোকউ মতৈ লৈমা লৈনাউ তাবীনা খুল্লিং মৈ"— মৈঃতেংথা

**মতে লৈমা,** মতৈমা লৈমা

**মতোল,** অরোইৰা

**মতোন,** মথুরা

**মতোন কৌজেং পংদবা,** মতোল শোইরোমদবা

**মতোন নৌ,** মচাম্নুপী

**মতোন লোমলকলবা,** লোইশিল্লকলবা

**মতোন য়াৱা চিংজিন,** না, হকচাংগী কায়াৎ অমা

**মতোম,** মথন্দা, মদোম

**মতোমদে,** অসিদস্তু নত্তে (অতৈস্তু লৈরি)

**মতোম মতোম,** মহৈ মহৈ, মখোয় মশেন অমগা অমগা, "খু য়োং পাথং পুমনমক্তি খু মতোম মতোম য়ৈনরে" · তুতেংঃ

**মতোম্মা,** মথন্দা,—"তনবা মতোম মতোম্মা ৱা-শকনৈএ"—চীংথংঃসাংকাঃ

**মতোল্লোমনা,** লৈজবি মখৈ, অয়োবী মখৈ, মখৈ ফংনা, "ধনঞ্জয় তেনহৈবদি কপ্পাউ ময়াইকা কন্বী মতোল্লোমনা শাউখৎলকলে"—লাংঃশঃথাঃ

**মথং,** মথংলেন মৱা মপুরোইবা, —"মথংলেন্না নোয়নৈদি মরুপ্পীনা ঙাইনোকনৈএ"—অনোয়ঃ; "নোংমায় চথা মোইরেম্ববু মরুম লৈমা নামুন চাউ-বীনা শুমাঙ মথৌবোম থৌবোম য়াংবারোইদা কো-রৌ হুমিং মালেম মনারোইনা মথংলেনবু লাক্কবরা হায়না নোংহাম্ববু লাক্তরে"—চায়ঃ

**মথংখনবা,** য়ুবরাজ

**মথংসিন্না,** মথং মনাউ নাইনা, মথংশিংনা,—"লাইরিক ৱাবু মথংসিন্না পারবগা পাওমেনখিএ" —ঔঃঙঃ

**মথন্না,** মতোমদা,—"ৱাকয়ৈ পকশিন্না তোংচেং মথন্না শমজিন্নরুয়ে"—তুতেংঃ

**মথা ম্নাংবি,** কলম

**মথা,** মথিক, মাগী থা, মথবাক,—"নশাবি ঐদি পোনবী মথাসুংদা শান্নু পলিয়ে"—তুতেংঃ

**মথি,** মখৈ

**মথিং,** মবুং

**মথিক,** মথা,—"লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা লৈমরেন শিদবীগী থাওলেল মথুংশু য়াইওইবা পাফন অরিবনা ললকুহোরবা থাওনা কাকলেন মথিক খায়না চোংথোক্কলকএ"—তুতেংঃ

**মথি নাইবা,** শাউবা, মরাঙ হৌবা, চাউরকপা, অকনবা,—"নোংশিং মথি নাইবা মহাকনা শীংচিন ওমদে"—লাংঃশঃথাঃ

**মথি ফোংবা,** লৈ হায়বা খওহনবা

**মথেক,** থেকপগী মওং

**মথোকলকপা,** মথোক কারকপা, ইনখৎলকপা

**মথোঙ খওদবা,** মক্কম মরাং খওদবা,—"হুংশিং মথোঙ খওদন। ইপন থৱায় হিংনবা ইম্নু থৌজান নরনকুবু য়াওনা নোংদম্বীরকও"—লাংঃশঃথাঃ

**মথৌ,** মহাক্না তৌগদবা মশিন

**মথৌথা,** মানা তৌগদবা মথৌ শিন্নবা,য়াথং, "নশাবি মোইরেংদি খুমন নিংথৌ পুনশিবা মথৌথাগী হৈয়েম মপুংয়ায়দা নোংহামলে"—চায়ঃ

**মথৌবুং,** মথৌবোম, শুমাঙ,—"শুমাঙ মথৌবাম খৌবোম য়াংবারোইদা কোরৌ হুমিং মালেম মনারোইনা মথংলেনবু লাক্কবরা হায়না নোংহাম্ববু লাক্তরে"—চায়ঃ

**মথৌমল,** থোনা কবগী মতিক

**মথৌ হেনবা,** খোনা কবা, থাও অথৌবা

**মথৌ য়াংগেনবা,** অশিবা মীগী তৌকম থোকপা (পিণ্ড দানন'চংবা) তৌবা

**মদাইমা,** মক্কম, লমদম,—"শেল্লোই নাকপকমা লংমাই মদাইমদি শেল্লোই লম নামুং থেংগ্না শাকা-রমও কৌবদি কদৌ নোংগীনো ?,'—নোংঃচীংজোই

**মদাইরেম,** মনাই, নিংথৌগী মনাই,—"ভেংগোল লাল্লোয় মপুং চাউনা হুন্দেম লান হৌরকপবু লাইরেন মৈতেংঙুনা হাওশি ঙমগাচিংনা মদাইরেম পোইরৈ অথৌলিচা হেপ্পা পূমনম্মা ঙৈরা মায়োক য়ানা শোকনববু"—চীংথং:শা:ক্বা:

**মধু,** মবুং, মৌপ্।

**মধু নিংথৌ,** মৌপ্।

**মধু শানম ঙাইখিংতোন,** মৌপ্। অতোপ্পা,—"চেংলৌ শঙ্কোয় হেনববু মিংয়েং শানখৈরবদি মধু শানম ঙাইখিংতোনবু ওইরবসু মোমধু লাংজেং মথোকলকপীনিংনা পূকনীং ঈথৌরাংযে"—চ:খু:

**মধু য়ুমকুপ্পা,** মবুঙ মৌপ্গী য়ুমদা লৈখিবা

**মদোম,** মথন্দা, মতোমদা,—"করাং হিঙনবা লোকতাক ফিয়ান থানবা মদোম হিদা কুমৈ হৌববু ফাগে হায়নববু পাচুথোইরে"—চায়:

**মদোমদে,** মাসিনস্থু লোইবা নত্তে (অতৈম্বু লৈরি)

**মদোম্বা,** লোইবা

**মদোম মদোম,** মহৈ মহৈ "মদোম মদোম বাহোমনরে"—হেঙ্:

**মদোম লৈজহনখিবা,** বা অসি অসিবাইদা থমখিগে (কোয়া অমুক মত্তাং চানা হায়গে)

**মদোম বাওনবা,** নপচ তাংজা লৈতনা মথন্দনা হৌবা

**মনতিকনবা,** মমল হুনবা, মমল ঙাইনবা

**মঞ্চ,** মংকং

**মঞ্চ হোনবা,** মনকং পীবা, কাগোক হানবা,—"হে ইশানৌ মুংবান খুনমাবীও নঙসু কৌবা মঞ্চ হোন্না চৎনববু শংলৌ থৌরাঙও"—পো:লু:

**মন্নকুক,** থুম্মোক অমনবা

**মনম থাং,** মনঙলদা ইনবা ইমকি,—"ফকলোং চরাই খারবদা খোইমোম থাংবা মনমথাংনা কনক্ষেৎ কম্বরবদা থাংগ্নিচিগা শানা লনকুবিরমএ"—ফৌ:ব':

**মনশিল,** পোৎ অমগী মমলগা মান্নবা শিন্নরকপা

**মনাউয়োক,** পুরোহিত, "নোংপোক থাগী লাম্বদি পুকনিং হরাউ থোইনা অমাই মনাউইয়োকনা তাইরেন লোংমা লোঙা মরান য়ুমশেংথৌবু লোইরে"—; সমা:লাই:

**মনাকমৈৎ,** মগুক থৎপা,—"মেনাংতনবা মনাকমৈৎ শঙ্গ মান্দে লৈনা কোয়না" মাইবয়োন

**মনাতা,** মনাগী মগুং

**মনা লোইবা,** মনা লেকথবা

**মনিং,** মনম্মা, মবুংগী মতু,—"য়োয়বু খোইমোম লাইয়েম্মা য়ুমোইয়ু অহোঙবী চীংঙু য়াইওইবীবু মনিং খয়োয়রোন ঙাহু থুৰীনা"—খু:নিং:ল:

**মনিং কোংদিং হেমবী,** তুংদা শন্থুল পুমবী

**মনিংথৌ,** মথোয়গী নিংথৌ,— "ময়িম কেগে মনিংথৌ ঙাঙোই মা লাকখ্রানা কেগে খুয়োনবাবু লাংলেন কোঙয়াং যাহোইঙদা"—না:ক:কা:

**মনিংলোস,** মনম্মা

**মনিং শুমলৈ লেপ্পু, লেপফারবী,** মনম্মমুক চাউরবী

**মনিক,** মণি

**মনিক কোনফুনুং,** গর্ভ মন্নুং

**মনিক মুংলেন খোম্বা,** দেবেন্দ্র মহারাজ,—"শক ১৭৯৩ থবান ২নি ঈরাইদা মনিক মুংলেন খোম্বা নোংগাখি"-চৈ:কুম্বা:

**মনিক লোইরেন খোম্বী,** "শক ১৭৯৩ থবান (অহানবগী) ১৮নি শগোলশেন্দা মহারানি অঙোম চনু মনিক খোম্বী নোংগাই"—চৈ:কুম্বা:

**মনিল নাইনা পানবা,** মুংঙাই য়াইকনা পানবা,—"সনা শেনপাক চাকচানরবগা সনা অযোধ্যা মনিল নাইনা পাল্লে হাইদবরা ?"—উ (রা:)

**মনিল নাইবা,** মুংঙাই মরাং কায়বা, মুংঙাইবা, মীয়াম

**মনিল নাইবা পুং,** মুংঙাইনা পানবা ( লৈবা ) মফম

**মন্ত্রী,** ফম্নাইবা অমা

**মন্নুং,** মতম, ময়ায়, মরী মত্তা

**মন্নুং ওইবা,** মতম ওইবা, মপুং ফাবা

**মন্নুং খোয়বা,** মপুক শেংদবা, মপুকচেন চুমদবা, "কোন্নোই ময়াখং অসিবু মন্নুং খোয়বা লিরোব। তাইবঙ মীনম লাংথাকপ্পাবুনরিঙেনে"—জিলা:চঙ:

**মন্নুং খোয়বা লিরোননা,** লৌতুনজুনা "নঙ্গা মন্নুং খোয়বা লিরোননা লৌনখিরবদি নামুং থৌবু ওইএ"—ঙৈ:ঙম্বা

**মন্নুং খোংগা পরৈনবা,** লোন্না হুপী তিন্নবা

**মপুং মতম ওইবা,** চহী মতাং চাবা

**মপুং লিঙ্খিল্লবা,** লোম্না বা তাম্নবা, লৌতুনবা "শ্রী তাম্বু লৈমা নিংথিবীবু শম্বু খুংঙমথিনা কোনা উপু মপুংদা হাপনা পুগে হায়রবু মপুং লিঙ্খিল্লা থৌরাং-লকলে।"— ধঃলাঃনীংঃ—"নাহাইরেম ইথোয়রবু উনবী পরৈ মপুং লিঙ্খিল্লববু কনা য়াওদে।"— ধঃলাঃনীংঃ

**মপুং শাংলৈরেম্বা, লেপকংলবী,** মচেমুক চাউরবী

**মপুং হৌবা,** পূক শাউবা, খোরশাউবা

**মপুং য়াত্তারিবী,** মপুংদা লৈরিবী

**মনেম,** মনেমখোক

**মনেম মচা,** মনেমখোক্কী মচা, মতু, মবা মপুরোইবা "লোইনাম থাশিল্লা লাংহৈ কুম ওল্লবদা মনেম মচা নোংবাল্লোন পীতঙ্ঙা লীকলু লৌখিবী মুরাম শাক-বীগা পুকনীং য়িমতিল্লা শমচু লৈবাইনা শেল্লোই মশাইকোন্দা য়াংগোইরবদা"—নাঃকঃকাঃ

**মনোং,** মুমিং, মহাক্কী মুমিং

**মনোং নোংশীংশুবা,** মহাক্কী চেঙ লোইবা, মপুন্সি লোইবা, খোয়রেন য়ৌবা, মাগী মুমিং শুরবা "লাই-রেল মপা মৈদিংঙু উরা কোম্বোবনু ভুখি মনোং নোংশীং শুরবগী কোরো নোঙ্গারে।" নাঃকঃকাঃ

**মনোং শোয়রবগা,** নোং ভাল্লগা "হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবগা হাওশি মংখিনগে হায়রে"- চায়

**মনোংয়ায়,** মগু নিপা "থাঙই তাউবুং থাংতৌবা মনোংয়ায়" ধঃলাঃনীং "কোম্না মনোংয়ায় খাবা ফা ন্দোংবনা লাবা থুমনবু য়াংদৌ শারম লীবদা অঙানবা থোকখৈ নেমলে অচু নোংগীবু খাবা কান্দোংবা তাংজা লমকম কম অঙানবা ঙাইথমকমও তৌনা কৌএ।" নোঃ চীংগোইঃ

**মপন পম্বো অখুবা,** মখুরা

**মপল,** মপা,—"হে ইমোম মংসদেশ লৈমাবিও নঙগী শম্বু নাক্তা কমজরিবী অসিবু কনানো? মপন কনানা পোকপনো?'—বিঃ মহা)

মমা "কুশ অতোনবনা মপন সীতা লাইরেম্মাবু শরেন ওয়রম কোয়না পুরুমলবগা লাত্তান চৈরংতনা মশাবিগী তাঙজা থোদুঁল লিখিবনু"—ঊঃ(রাঃ); মপাগী মরাখা,

**মপল ওন্দেবী,** মপামদা হল্লবী মুপী

**মপল লম,** মপাগী লম, মমা লৈবাক, মাগী পোক-কম শাংফম "কেগে মপল লম মোইরাং মতা লমদা ল্লাকয়ে খোঙওইননা বায়না শানেকখি হুরেন লান নেকখিয়ে।"—চায়ঃ

**মপনলোন,** মপম্বৌ, মাগী মপা মমা,—"মপনলোন লেকলো থামেন লোকপম চম্লনা পুংলিংবাই"— নিংথলমুঃ

**মপা,** পম্বৌ

**মপাউ,** মাগী বা, মবা

**মপাউতোই,** মরাখং

**মপাং,** মাপা তিল্লবা মী অতৈ "মপাং অয়াম্বদি মুক খিল্লুনা থাদোকএ।"—চৈঃকুমাঃ

**মপাচা ময়েল্লু,** মাগী থায়া নালা 'নোংয়াম মপাচা থুমন ময়েল্লুবু তাংজা ঈকাইখি"—চাঃ

**মপাতাউ,** মরুপ, মপিঙ্জা, মতাউ, "ঈশিং চাইবদি থরারেনগী মপা তাউনে।"—পুদিন; 'উত্তর লৌশিং-বনা পাওমেল্লকএ—কৃষ্ণ লাইয়ংথৌগী লোয়না মপা-তাউ হে গুরু অথোইবও বায়না য়াইওইবা খুংগু মক্তবা লানপো ফিরোই লমঙানবা চেংলৌ মিংপু লংনা নিংথি পুক্লিং হবা অসিনু মরুপ মঙা ওএ।" বিঃ (মহা)

**মপা তাম্বা,** মপা লৈতবা, লাম্বা লৈতবা "পাংগন মপা তাম্বা অর্জুন তেনহৈবা মংচে পাচমানে হায়বগী থৌজান লাংগোনরিবনে।"—খিঃ (মহা);— "লমপান গোইরোংপান্দা চাক্তাবনু মানবী মতুক হাঙলে কাও-রেল মপা তামলে।" শন কাও

**মপাতোন** মখুরা

**মপা নাউনম্বা,** মপা পোক্লবা

**মপাম য়ুমকাবা,** খাইনদুনা মপামগী য়ুমদা লৈবা

**মপারাই মপুরাই,** মপা মপুগী লাই

**মপারি,** মচা মুপা, "মপারি শেনবা মিমাবনু শম্বু নমদা হুরা মপাম নোংয়াই চাউবা পুংনু ইন্দ্রাজকপদা মুংবান শেনবা মিমাবদি মপুম নোংয়ায় চাকনা লো-বাই ছইক্রুগুম মপোপ চাউ শাবন তিংগোইগুম মনালেকনা"—খুঃনিংঃলমুঃ

**পারি অহনবা,** মচানিপা অহন,—"মপারি দেব নারায়ন অহনবনু থাকলেন মায়েল্লনা × × × ×

অসুম খোমলেন য়াতাখিবদা—" ধঃলাঃনীঃ

**মপারি উনৌ কোন্দে কোয়া হুনবা,** মচা নিপা অতোম্বা,—"মপারি উনৌ কোন্দে কোয়া হুনবদি মপল মতিক থঙলবগীনা কোরৌ নোংখোঙ কোয়দে।"—পোঃলুঃ

**মপারি লাংলেন য়াপীহন,** মচা নিপা অহল,—"মপারি লাংলেন য়াপীহন্দি কোরৌ নোংখোঙ কোয়খিরে।"—পোঃলুঃ

**মপারি লৈরাং অতোনবা,** মচা নিপা অতোম্বা,—"খোইমোম থোঙতারেল অন্নিবনা উ-বী লৈনিংশিংনা খোইমোম মহাকসাংদগী মপারি লৈরাং অতোনববু ভাখোকলে।"—পোঃলুঃ

**মপারি লৈলাং য়াপীহন,** মচানিপা অহন

**মপারি শাত্তবা মযোম ফুয়দবা,** মচা নিপা মুপী পোক্তবা

**মপারি শানম ভাইথিংতোন,** মচা নিপা অতোনবা

**মপারি য়াকলেন তোংয়াই,** মচা নিপা য়ামমা

**মপাল,** মনাক, ঈশিং লৈবা লমগা তাইনবা লম, ফিবাল

**মপাল,** লৈ, মতেং, মচুং নত্তবা, য়াম্মা লায়া লৈবা চাওথপা

**মপাল,** পান্দোং, মউ, উপাল

**মপালাকপা,** অন্দাজ তৌবা, মকম ওইনা শনবা "চীংঙু উদবা মপালাক খোইয়ুম থঙদবা মখি তমলজুমা চীংঙু লাইবাউ চেন"—হিঃ হিঃ

**মপিজা,** মরুপ

**মপী মপা,** মমা মপা,

**মপুথিপা (মবুথিবা),** শৌবোন য়াইরেন চহু শানৌ মটিন মনাউবু পোকপা নিংখৌ "কেক্রুপান্দা নিংখৌ মপুথিপকি লৌ লৈবনে।"—মুঃলাঃকাঃ

**মপুম,** মামা, মাতুন, মমাগী মবুং নত্ত্রগা মৌপা "হয়ু ময়াই কারবী অসিবু চীংলেং অথাবা মাঙ থাননা য়াথং অকায়ববু মাঙইন্নদা থৌজান মায়ওক্লনা নপুম নোংয়ায় চাউবা পুংদা য়াংগোই মমরুও।"—থুঃনিঃলঃ

**মপুরেন,** খুায়গী মবুংতো,—"খরাম অপকমাগী মপুরেনবু ওইরিবা"-লাংঃশঃথাঃ

**মপুংতাকপা,** মরৈপাক মাঙতাকপা, মরৈপাক কায়বা "ময়ুম থামরন মনিন নাইবা শুরাতানদবনা থোংমাং মপুংতাক ময়াং মরৈকায়মা পহুং নোংদা"—জিঃচঃ

**মপুঙয়ায়,** মরৈপাক, লমদম, লৈবাক "চীংঙু ঐদি শেনবী মপুঙয়ায়দা ইন্দানখিরগে।"—সনাঃলাইঃ

**মপোক,** লাংওন, লাঙোন

**মপোকথোক ময়া লাংবা,** অরল ওইরবা, হয়ু মাল্লে কাবা

**মপোক নোং,** মপোক থুমিং

**মপোং পৃ দাং খোক,** পাবোং চৈ, পুনবা চৈ

**মপোপ চাউবা,** শাকৌ কনা হৌবা,—"লাইরেন ইলেম মচা অসিবু ইপাম শেল্লোম চাকনা হইস্নুশুম মপোপ চাউ ইপন লংমাইয়ুনা তিংগোইগুম মনারেকলে।"- নাঃফঃকাঃ

**মফনিক,** মফনেক, মাগী কনেক

**মফেৎ লোয়,** মরুপ মপিজা,—"লাই পাখং মঙ্গাইরোইবু য়াওরোবা শাইক্লরা মফেৎলোয়বু খৌনেকপা" —উঃ; –"য়ামশ্নেং মফেৎলোয় পুমনা তিন্না চরৈফিনৌ শেং" মোইঃনিং.লম্বঃ

**মবিঙওা,** মলোয় অনী, "মবিঙওাগী মঙ্গিং থোংদি লব কুশ কোঞ"—উঃ(রাঃ)

**মমাইবা,** মাইবা, মাগী মাইবা,—"থুমিং মচুপশাবু তাউঙগ হায়না ভুমী মাইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখংগী মমাইবা কোন্দে নাকথং মাইনা শরেল য়েংংম ফম, কোকে মমাইবা সিঙ্গোম মখি কৌবিয়াচা লাজেং লা খৈবা মঙখি মঙলাং চুম শোইবা য়ুংবা মাই, অমাই লাইচাপনা শমু ওয়মম কমনা য়োংমমাইবু পুরুম তুইগী ঈনা শাদেবিখিএ"- লুঃকাঃ

**মমাঙ শাৎকবয়া শাৎতবা,** হায়া পোকত্রিবা, —"দলা থাওবায়গী য়াকলেন তোংয়াগী চীংবল খোম্মুক অঙল্লা মমাঙ শাৎকবয়া শাৎতবা হুয়াইলীকলু অথেঙ আ ও মতুং কুংনা ফুয়গবরা ফুয়দবা"—নাঃফঃকাঃ

**মমান,** মকু, মকুবোক—"বীর সিংহ নিংথৌ অথোইবসুঙ মমান নিংথৌরেনব পুরুমলবগা"—বীরসিংহ

**মমান মচা,** মপুরোইবা, মকুবোকী মচা নিপা, মৱা, —"য়োইরুমলোন হুংবান চহু খোয়নৌ মতা তরুকমকা মশাবি মমান মচা হাওকুরোইনাই অতাম শোয়শেনবা চহুই ওকবানবা তরুকমকা"—হিঃহিঃ

"খোংচোন মুপী লৈভারে, হাওকু মমান মচা ওক্ন-রেদে।"—কুমদমশে

**মমা লাউলবী,** মমা পোক্কবী,—

**মমা পুচেং লৈনাউপীচা,** লমথুমু,—"থুমু মানথিক মমা পুচেং লৈনাউপীচা চীংশোং লমলৈমাপু পোক্কেং লাইচম থম্না"—পাঃখোঃ

**মমাল শম্বা,** ককপা

**মমায় লংমাই থাতোপ্পা,** নিপাগী হকচাং, তি, শিংগল ভোলোম্বা, —"মমায় লংমাই থাতোপ্পদি তিবু কৌবনে"—খমোম য়াম্নোই

**মমায় ৱাংনা ( মমায় লাংনা ),** মায়থোং মকা লামনা,—"মানবী মতুক হাও কাওরেন মমায় লাংনা মরান ওন্দেরকলবদা"—শলকাও

**মমিং নাইবা,** অফাওবা, মমিং চৎপা, খ্বাইনা শক-থও মাংথোক্বা

**মমি পাইবা,** মিপাইবা, পাখৎপা

**মমি মপোং,** মনাই মশল, থোগল লাংগল, মহাক্কী মী

**মমিয়োক,** য়াইফবা

**মমৈ ৱায়বা,** মতুং ইনবা,—"মৈতৈ লৈমা লৈনাউ তাবীমুও মশানোগী সনা মমৈ ৱায়মকলে"--পোঃলুঃ

**মমৈ হাইনা য়াংমু চোংজোন থাংবা,** ক্সিমুংগী শম, মুন,—"মমৈ হাইনা য়াংমু চোনজোন থাং-বদি মুন্নে"—শংয়াঃ

**মমোইরেং,** মোইথাপ (পাওভা কম্বোংনা হায়বা) —"মোইথাপ পুক্ত মমোইরেংও কৌএ"—নিংলমুঃ

**মমোম,** মচা মুপী,—"পুমাদেব মালেম লৈকোয় কথদি মপারি শাংতে মমোম ফুমদে হায়দবরা" —ধংলাঃনীংঃ; মচে, "কীচোক অকনবদি...কোমুংদা বিরাট লৈমাবনু চেংলৌ শক উরুরবগা মমোম বিরাট লৈমরেনবু চেংলৌ শক উনগে হায়না সনা সম্বাইমুংদা চঙগিরবদা বিরাট লৈমাবীনা সনা কান্দেং থানা কমহল্লে" - বিঃপঃ;মচন মুপী,— "মমোম খোম্মদোন ৱাংগোল লাইরুরাবু লৈবরা পাউহংলু-ও"—ভুতেংঃ

**মমোম লাংলেল,** মচা মুপী

**মমোম লৈরাং অতোনবী,** মচা মুপী অতোম্বী "সৌবোন য়াইরেন মথংগী মমোম লৈরাং অতোম্বী সনা খোংনাং লৈথবু কোয়া শাংলকএ"—শোঃয়াঃ

**মমোমলোই,** মচা মুপী,—"মুহি নিংথৌরেলগী মমোমলোই মুইস্রানি কৌবী কোলোয় মনিংথোংমা তেনবী মগুং ওইনা থমোয় ঐগী অথাবদা মুংওল তেনপানওমলে"—বীরসিংহ

**মমোমলোল,** মচে, মচন, মচা মুপী,(১)"মমোম-লোনবু মপাম্বিবু পন্না পন্না কপলমএ"—পোঃখুঃ (২) "নয়োন মৈত্রেমা নোংবান্নোন য়াওসোম্বী পম্বৌ মপাপোকপু সনা লাইহুইবদি কনামো ? ৱাংওমলোন মরোংওবী মৈদিংগু লোইনাই লাম্বা-বা মমোমলোন নোংচুপ মরোংওবী নোংবান্নোন য়াওসোম্বী পম্বৌ মপা পোকপু সনা লাইহুই খৎ-থবনে"—চঃলাইঃ

(৩) "ইদু নিংথৌ কৌবা মপু নিংথৌ নওগী শেল্লোরেম ইথংলেন মুংবান পামিংলবনা খোয়মৌ ইতা লাইরেন ভাংডোই য়োয়মোংবা মমোমলোন-গা নবিওভাদা পুনেমলুও থৌশীরকএ"—পোঃলুঃ

(৪) "কৌবা মপু নিংথৌগী মমোমলোন মোমমু কৌবরোন নাগোইমু পায়মা মুংচওবী তীল্লাং ঐনা খোয়দাবীবু তালোম ভুমুংশিবু ওইনবু ইপন নগোম শংলৌ খৌরাংবিয়ো"—পোঃলুঃ

(৫) "মদু কৌবা মপু নিংথৌনা খৌজান য়া-য়োকননা মমোমলোন নাগোইমু লনকুশীওমলবদা শম্বোও ছইমু লৈমমুও মরান ওন্দেরকলে" পোঃলুঃ

**মরনকু,** মথৌজান,—"চীংগু মরনকুগী ভামু লৈমা নিংথিবীদি হৈরাও মচা য়ান তাউজিং মরুপন্না নাকলু ক্সিন্নল্লে" —ধংলাঃনীঃ

**মরন য়ারা পুজা ওইবা,** ইনাক খুনবা, মরন য়াম্না লৈবা, মুংডাই য়াইকবা

**মরম,** মাগী লম

**মরম,** ৱারম

**মরম করিহিক্কী,** করি মরমগী,—"কোলোয় নাপল বাংলিবা অসিবু মরম করি হিক্কীনো ?—লাংশংথাঃ

**মরমথৈ,** লমদম, মাগী লমদম,-- "চেংলৈ শংনা মতোম নোংহাম্বা মরমথৈবু ওমপংননা লাম্নোই মদাইমা কংলৈ লম্মহন্দা থিংলৌ পনচনওামও"—থংপাঃহিঃ

**মরলকু,** মথৌজান, মরনকু

**মরাই,** লায়না অচৌবা, মী য়াম্না শিনবা লায়না
**মরাই কোন,** মরম, মাগী লমদম
**মরাক চীন,** থোংজিন,—"কোরৌ মথোঙজিন বাং-বন মরাকচীনবু কতাইরম লৈবনো"—খোঃ নোংকাঃ
**মরাং কিলা মাওনবা,** লাংকিহুনা মরৌ তৌবা
**মরাইতাবা,** অনা অয়েক তৌবা, লায়না লাইচং অমা চংপা,—"শা মরাই তাদুনা য়াম্না শিরে।" চৈঃ কুম্বাঃ
"থেঙেন মরুদা ঈশিং হৌরদি লৈপাক মরাই তাবনে" —লৈঃ থিঃ
**মরাংমৈ,** উচেক লাংমৈ মতু
**মরাং লাংনাদা,** লাং থাক্তবা, লাং থাকপা নত্তবা
**মরাঙ হৌবা,** ইরাঙ লাঙবা, মথুম মরাঙ হৌবা, নিনথোংবা
**মরাঙ হৌনা,** ইরাঙ লাঙনা
**মরান,** মযুম,—"হরাঙ মথৈ লৈতনা মরান ওন্দেন-খিরে।"—বিঃপঃ(মহা)
**মরান,** মাগী অরানবা, মাগী দোষ
**মরান,** মাগী লাল, লান্দা কারবা য়েক্লবা "ইসাবি লৈলুং থোঙ্তারেন অহনবদা পাওমেনজখিগে নশানৌ ঐবু সুংবান মশা ওই লুবাং মরান ওইরে, মযুম সুংবান মগুমওদা কোরৌ অচু খাঙ বাংবন অশা লাংনা থৌহ সুংনা নম্না থৌখামলে।"—পোঃ লুঃ
**মরান অতোন তাবা,** অবা অনা নংবা, মরাইবক পাবা, "মীগী মরন হবা, থঙ্গনা অগঙ শাবা, লৈতনা অরৈ শাবা, হৈত্তনা অহৈ শাবা, মীনম শোরী চংপ-শিংদি তযুম মীনাই ওইবা মরান অতোন তানা পোকলবনে।"—সৌঃয়াইঃ
**মরান ওন্দেবা,** মযুমদা হল্লকপা,—মরান ওন্দেরক-লে।"—মোঃ নিঃ
**মরান ওন্দেরক মচেঙ হনরাইরকপা,** মযুমদা হল্লকপা
**মরান থোকুম্বা,** মযুমদা কুম্বা, মযুমদা হল্লকপা— "মরান থোকুমখিরে"—চায়ঃ
**মরান থৌচংপা,** থবক চংপা, 'লৈহৌ মরমপুনা বাংকোন পুকৈলোইবু লোইথৌগে হায়না মরান থৌচংখিবদা"—নিঃ লথুঃ
**মরান থৌচংলকপা,** থবক চংথোরকপা

**মরান মোংবা য়ায়,** মযুম,—"মরান মোংবায়ায়দা লৈরবদা কোরৌ নোংমা সুমিত্তা"— ঔবা ভবা
**মরান লুহোং থোংদোংবা,** লুহোং কৈহোংবা, লুহোংবা, যুমকৈ পানবা "নমোম তমফা বাংঙমলোন লুপা য়োয় থম্বালগুম্বীবু মরান লুহোং খোংদোংখিরকও হায়না পাওবেল্লকএ—"শমঃঙঃ
**মরানলোনলেময়াই,** মযুম "বাংগোই লৌশিংবনা নিংথৌ মাঙলা চিংনা শীংঙেন লৈশেম্বীগী মরান লোনলেময়াই নোংচুপ ইমনিং থোঙব য়ৌরবদা লাং-গোই লৌশিংবনা বাহমখিরে।"—বীরসিংহ
**মরান লোনয়ুম,** য়ুম, মযুম
**মরান লোনয়ুময়ায়,** য়ুময়ায়, মযুম
**মরান রাইথুংবা,** মযুম য়ৌবা "নিংথৌ সনা মরৈ-পাক্তা মরান রাইথুংলুরে।"—বিঃ(মহা)
**মরান য়ায়,** মযুম
(১) "তম্ফা বাংঙমলোন পানথোইবীনা মহু লাই পাখং তরেংমক্তা থোয়নৌ মতারোই তরেং মক্তা থাবা মরানয়ায়বু য়াংগোইরোই হায়বগীদমক লোম্না থুপনা ভাঙনরম্মে অহু নোংগীবু ভাঙনরোকও তৌনা কৌএ।"—লাঃ চীঃ
(২) "মমোম কৌক্র নমোইসুম্লুঙ মপন মরানয়ায়দা য়াংগোইরে।"—পোঃলুঃ
(৩) "বাল্মীক মরানয়ায়দহুম ইশানৌ সীতা থমলু-রো।—ভঃ(রাঃ)
**মরান য়ুমগা তম্বা,** মযুম ওইবা,—"কোংয়াং বা-ত্তোনথক্তা মরান য়ুমগা তম্বা চেকনা লৌকুম অমা তৈ সুমিদাং লৌকুম অমা তৈনা"—কৌঃবাঃ
**মরাম,** মনিপুরগী অবাংখংবদা লৈবা চীংমী তাং অমা
**মরাম অচৌবা,** তা থৌশারোন অমগী মিং
**মরাম উকুহনবা,** উ মতুংদা হন্দোকপা,—"তল্লা উক তুপ পামেন উমৈবক মরাম উকুহন"—হিঃহিঃ
**মরাম সুংজোম্বা,** তা থৌশারোন অমগী মিং
**মরাম সুংশেপ্পা,** তা থৌশারোন অমগী মিং
**মরাম মচা,** থৌশারোন অমগী মিং
**মরাম লুপ্রাবী,** তা থৌশারোন অমা
**মরাল,** মরানগা মায়ৈ, মরান
**মরাল ওন্দেবা,** মযুমদা হনবা
**মরাল লানগা তাক,** মযুম মকৈ মাঙ তাকপা

**মরিখাও,** চৎনবী
**মরী লিঙ্গা,** থিবা নত্তবা
**মরী লীতিন্নবা,** হৌরকক্নম মান্নবা
**মরু,** মকোক, পাম্বীগী মরু
**মরুং,** লীরুং
**মরুং কুম্বা,** মপাঙ্গল লৈত্রবা
**মরু তুপ্পা,** মকোক্তা তুপ্পা,—"থোং তিংবী লানবদা বাইকৌ মরু তুপ্পু মালং মথি নাইবনা হুমখরে"—নোংঃ চীঃ
**মরু থেৎ,** মকোক্তা থেৎপা,—"লাংমৈ পুংলেন মরু থেৎতি লাইজা ঈরোনম্নুংগী তাউগৎলকএ" —তুতেংঃ
**মরুপ,** মপৈ, ময়াম, মপিঙ্গা,—"নমু পোংগী মরুপ্তী নোম নোম নিংথৌ মাঙদা থানা চেনশিন্নরকলে"—লাংঃশংথাবা
**মরুপ লেংতিন তমউও,** মরুপ অফবা থন্দুনা লিংঐ
**মরুম,** মতু, মনাউ ইবেম্মা, মশানৌ
**মরু মপান,** মপান, মতেং,—"বাংওমলোন মুতুম চনু লৈশাংথেম লৈমা কম্পোম্বীনা ঐদি ইপন মরুম পানবু পাল্লিঐ"—শনকাও
**মরুম্বী,** মশানৌ, চান্নবী মতু, লোন্না ভাওনবী মুপী,—"মরম্বীগী তাজা লুরেনতোন্দি শমু নমদা পোরকলে" –মোইংনিংঃ
**মরুম লুমলেন,** মতু
**মরু লৈদা তানা,** মকোক লৈপাক শোকনা,—"মরু লৈদা তানা থুরুমশবগা ময়ান থৌকুমথরে"—চায়ঃ
**মরু থা,** মরু হুনপিবা থা, মপোক থাদগী থীবদা মরিগুবা থা
**মরু মুমিৎ,** মপোক হুমিংতগী হুমনি গুবা মুমং, মপানা মম্মাদা অঙাং শিন্নবা মুমিং, গর্ভ হুনথিবা হুমিং
**মরেং,** লেংবান
**মরেং চম্মা কৌরোং পাম্বৈ নিকপা,** মখোঙ থাঙবদা নীকপা
**মরেং শীন্না,** মথং মথং মরীক চুমনা,—"মুংবান শলাই থান্ন লুবাং মরেং শীন্না তেংথারকে"– পোঃলুঃ ;—"মাথং মরেং শীন্না কোলোয় পাঊতমববু না তারবদা"—লাংঃশংথাঃ

**মরেম,** হাও, চীংমী মখল অমা
**মরৈ,** মাগী লৈ
**মরৈপুং,** মরৈবাক,—"লহান নোং যিশু মরৈপুংগী হৌনা"– ধংলাঃনীংঃ
**মরৈবাবী,** মরৈবাক্কী মবেম্মা, মহারাণী
**মরোং,** চুঙ,—'মরোংগুক্তা হুক থোকলাং ভুংশোন্না খেরে মাওইন্ননা হাওরৈ নোংচুপ থানা পাংবরমদা হয়েন লান্দাথিয়ে"—চায়ঃ
**মরোং থোং,** পোঙলম অমগী মিং,—"গুরু সিদবনা মচা অনীমাকি থৌজান য়েংকে হায়না সন্ য়োংমানপাকি মউন অকংপাপু তোংতনা ক্রম্ লাউনা সান্লকপা মকমনে অতুকি কুরুম চীং কৌএ, মরোংথোংতা ভাউথরকলে"—উংলাঃ
**মরোং খুথালৌ,** খুংনা লিংবা লৌ
**মরোং ভক্তা হুকপা,** চুং মঙক্তা হুকচিনবা,—"মরোং ভক্তা হুক থোকলাং ভুংশোন্না খেরে মাওইন্না"– চায়ঃ
**মরোং চুংফুনা তিমেন তা চায়নবা,** চুং তা পায়নহুনা লাল তৌনবা,—"শেম্লোয় মদাইমা লংমাই মখনমদা চায়না থোক্কেন্না মরোং চুংফুনা তিমেন তা চায়নবদি অঙৌবা পিপা লাংলোই ভম্বনা তিমেন মখুংগুনা নমনা ফারে"—চায়ঃ
**মরোং চৈজেনবা,** চুঙ পায়হুনা চেনবা (লাজেনবা),—'খিংলৌ য়াইথারে, মরোং চৈজেল্লে পোক্টরৈ নীংনা তেঙমল্লরোইএ"– থংপাংহিঃ
**মরেন অহুম,** ত্রিভুবন, স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল 'তাইবঙ নোংসাপান মরোম অহুমকপু অর্জ্জুন ঐনা মঙমলিবা অসিদা নম্বা খোমনম নম্বা অঙাং নাউবা ওইরিবা মঙগুম্বনা পাংগল নতীক নত্তনা কোলোয় নাপল মাংলিবা অসিবু মরম করি হিককীনো"—লাংঃশংথাঃ
**মরোয়,** মতুং ইনবা মী;—"ক্যাং ভম্বা চরাইরিক ফাবা মরোয় লোয়নবদি কম্বোং লোইরাংখু লোইরাংহন শাংখু শাংহমনাও অকোই অশাউবা শকউ নাউদববু লোয়নরিবা নঙবু মেমশিগে"— —উমংলোন
**মরৌ,** মডানি গুবা মুমিং, মরৈ মরা, মাগী লোকম, মাগী লৌ

**মরৌপান,** মাগী লৌ ময়া
**মরৌ লৌবা,** কোচি থাংবা
**মরৌ লৌনা হৈনা,** য়াম্না হৈশিংনা, মরৌ তৌদুনা,—"লাইরেন ঙাংঙোই য়েম্নমোংবনা মরৌ লৌনা হৈনা উন্নিং তাংমা কক"—তুতেং:
**মরৌ লৌনা হৈনা কোইনবা,** মরৌ তৌদুনা রা ঙাঙবা

**মল,** মমল
**মল্ল,** মংকং, কাগোক হানবা
**মল্লমশীংশু,** মংকং,—"কাওয়েন শনফাংহোই মল্ল মশীংশু খুমলোন নাথংলোন"—চা:লাই:
**মল্লায়বা,** মমল য়ামদবা, মমল লায়বা,—"হাওসি খুদোপ মল্লাইবী হাওমল লাংনা কেমরাইবা" —না:ক:কা:

**মল্লায়বী,** মমল য়ামদবী, মমল লায়বী
**মরাক চামবা,** খুইথবা, পথবা,—"শীংলেন ইচু থাউ লৈরাং ইরাকচামদরিয়ে"—না:ক:কা:
**মশম রায়না,** মশম পায়দুনা,—"মশম মনা রায়না ফারে রায়খোও কৌএ"—চায়:
**মশলপুং,** শল ময়াম
**মশা,** কনাগুম্বগী হকচাং
**মশা,** তৌচেক্কী মশা, ফি শাবগী লংচাক চাকপদা লং হাপচিন্নবা খুংলাই, মপুং নন্তবা,—"সনা লঙ্কা লৈমাবা রাবণ নিংথৌরেনবু মাঙহনবগী রামায়ণ মশা তরক শুথিরা লঙ্কা কাণ্ড মথংগী উত্তরকাণ্ড মশা অকোনবা"—উ (রা:)
**মশাইকোন,** মরম, মাগী লম, ময়ুম,—"লাইরেন মৈদিংঙুনা শেংলাই মম্নিমচীংদা য়িমকাবা লংমাই মশাইকোন্দা হুয়িনববু লোইদাম থা শিরা লাংহৈ কুম ওল্লবদা"—না:ক:কা:;—"মুনি মশাইকোন্দা গৃহ যুম তাংলিববু"—উ: রা:)
**মশান ওন,** লাংওন, অবতার,—"লাংগোই খোঙওইননা য়াওরৌ তুংইন তাল্লকপবু চীংঙু মশানওন শঙাই লামপি শাদি খোংনাং উখোং তান্না চেনশনথিরবগা য়াওরৌ খোঙুন তংনা শঙাই থুপলৈনথরে হায়দবরা ?"—বীরসিংহ; —"খোইমোম উদবা মতে হৈ চীংঙু থঙদবা মশানওন্দি অছুম্বুও মদোমদে"—তুতেং:

**মশানৌ,** মনাউ, মতু,—"মশানৌ সীতা লাইরেম্মবু বাল্মীক মুনি মরানয়ায়দা থম্লুরে"—উ:(রা:)
**মশা পাংমা,** মশা নাম্মা,—"কাকলেন মশা পাংমনা লাইঙ্গা ঈদবু থিংলে ঈথিং-ও কৌএ"—তুতেং:
**মশাবি,** মবা, মপুরোইবা,—"য়োম্নবু সীতা নামুংবীসু মশাবি রাম নামুংববু চেংলৌ শক উত্রবগী পিরেম থকমা তানা মুংওনখিয়ে"—উ:(রা:); **মযাম্বা,**—"মশাবি কুবের লম্নিংখোগী মহুইরোন"—উ:(রা:)
**মশিংখোয়,** মখোয় মশেল
**মশিৎ,** তরেংনা শুয়া হুমিং
**মশীং পাঙমদবা,** মশীং থাবা ঙমদবা, য়ায়া য়াম্বা,—"ঔরা লালপু মশীং পাঙমদবা পুম্নমদি লাইরেন মথুংসুনা থৌতোংখোলবু শোংকপাকি থামরল তেংকোল মথং মথং কায়নগিরবগা"—ঔ:ঙ:
**মশুং মানবা,** মঙং মানবা, শুম্বা, কুম্বা,—"পোনবী রাইরংচেক মশুংমানবা মিংয়েং নানিরোঙবা" —অহোঙ:

**মশুংলাং,** মরম, দমক,—"ইপন ত্বাব মশুংলাং লাইরেন মঙাইকক্কীদমকপু লৈকাই পুজরুক লাংবন অওল্লক চেঙনুম মনাউতোনগুম্ববু লনশিংগে হায়না" না:ক:কা:

**মশুংলাংগী,** মাগী মরমগী, মাগী দমক
**মশেন,** মাগী মতুগী মোপ্
**মশেন,** মখোয় অমগা অমগা, মহৈ মহৈ,—"খা মশেন মৈনা য়োংমু মশেন হাংনরিঙেদা"—তুতেং:
**মশেম,** মরিনিঙবা হুমিং
**মশোং চাউবা,** মতিক মগুণ লৈবা, গুণ চেনবা,—"ঐরু শীঙবা ইবুংঙো লাইয়িংখৌ নোংথৌরেন অথৌবদি হুমিংকুম মশোং চাউ, থবাগুম মঙাম নাই কুমজা তেকহৌনা থাজা নৌহৌনা পুনশি চারি কুই রাংঙম গোঙদোন শাং তাম্বোও ময়ুং কুই লেমখোও মকৈ পাকপা পোইরৈ থুনহোও লৈহোঙবা থুগাও লৈচাওবরু লেপনা তানফংঙেনে"— চৈথাবনা লাউবা রারোন

**মশোয়ফম,** মাগী শোয়ফম
**মহক থেৎপা,** গর্ভ পুবা, নাউপুবা, মীরোনবা
**মহাক,** মশামক
**মহাকথক্তা,** মাগী মতমদা, মাগী হাকতক্তা,

মহাক্ক' পাল্লিভৈদা,—"সনা মহাকথক্তা হাওসি না-মোইমুগী শৈশকনৈএ"—মোই:নং:

**মহাক পুমনা,** মশা পুম্নমক

**মহাক পুমনা ঙৌবা,** পুমঙৌ ঙৌবা, মশা পুম্নমক ঙৌবা,— "মঙম শাদি লাংগোই মহাক পুম্না ঙৌবদা চোয়নৌ সনা ফিগে মাল্লা ঈরৈপুং থিনবা" উ:(রা:)

**মহাক ফংনা,** হকথেংননা, মশা শোকনা—"কেগে খোইরী অথোবনা নোংম্নায় থোংবু ৰাইনু চাবু মারেন খোঙখৈতোল্লা মহাক ফংনা চীকখায়রে অদু নোংগাবু চীকপীও তৌনা থোরৈ"—চায়:

**মহাক শোনবা,** মবুক কংবা, গর্ভ লৈবা,— "২৭নি লংমাইজিংদা নাউরোইবা কুংকী মচা মুপীবু বামোন ৰারী লীবগী মচা নিপা য়ায়মগা ঙাওনবদা মহাক শোল্লবদা কোঞ্জেংবা বামোন ওঁবীনা অঙাং য়ৈথবদা মমা য়াওনা শিরে"—চৈ: কুম্বা: ; "—মহাক শোল্লা শিরে"—চৈ:কুম্বা:

**মহারাজ,** নিংথেম, নিংথৌ, লৈমাবা,— "গরিবনৱাজ মহারাজনা পানবা মতম শক ১৬৪৬ তগী "নিংথেমবু মহারাজ কৌবমুং অদুডৈ হৌএ"চৈ:কুম্বা:

**মহিখোম,** খোম তুম্বা মোরোক মহি;— "লাই অদুদা লোকলাইনা নারবদা লাং ও পোংয়াওদি ওাহু মশা কনবা অমা, লশিং পোন তরেং, মৈথ্ হাদাক, মোরোকপোন তরেং মহিগোম অমা, কাংচুপ অমা চেঙ লৈ হৈ-রা লৈশং ফুহিং আস য়াওনা লাংও"—চীং:লাই:

**মহিথেন,** মহাক্কী হিদেন, মাগী হিদেন তাক্ম,— "নিংথৌ শাম্বা মহিথেন অরোং শঙলাংমৈদুদা কারকলে সে"—পা:লাংয়েনশৈ

**মহিশাং,** ধারা নালা, মরুপ মপাং, মনাই মশল

**মহিশানা,** মহৌশানা

**মহি হিনা মেঙবা,** মবুক ফবা,— "থাঙলেন য়াশবগুম মথৌ হেপ্ ৰাকয়ৈ হিলাবগুম মথৌথোন তুবী মহি হিনা মেঙ লাইরেন ময়াই য়াইনা ফহৌনবৰু ৰাকমা তেরোনভৈনে"—লা:লমওক

**মহুই,** মমৌ মুপী

**মহুইরোন,** মমৌ, মমৌ নুপী, মচা নিপাগী মতু, —"কুবের লম্নিংথৌগী মহুইরোন"—উ: ( রা: ); —"লৈমুং য়াবীরোক চাখামুরোনপী মুয়াম শাক্বীদগী মহুইরোন লাইমা খোইমোম লাইনা শাবীনা শিনলোকা থাওভা লপলেন কা"—মা:ক:কা:

**মহুইরোমচিন,** মমোগা মাল্লবী

**মহুম,** ময়ুম, উচেক্কী লৈক্ম, মকোন

**মহুমমনুংদগী,** মহুম মমুংদগী

**মহুল্লকপা,** মপোক মশ্নিফবা

**মহৈ শিলম্ব থোইবা,** মহৈ মশিং হৈবা

**মহোপ,** হকচাংগী শরুক অমা

**মহৌ,** হৌজ পেংগাং

**মহৌ নিংথৌ,** ৰাংবরেন খানা চাউবা, লাই অমা, "হে ইপু মহৌ নিংথৌ ৰাংব্রেন খানা চাওবা ও মহৌ ফমদনলোনবু তাল্লা খনবা"—

**মহৌ ফবা,** মশা ফবা

**মহৌ মহৌ,** হৌজ হৌজ, হন্না হন্না, তোয়না তোয়না,— "লৈপাক শেম্ববু শেমফদনা হারাবনা মহৌ মহৌ য়ৈথায়রে"—পুদিন

**ময়াই কাবা,** বিং কাবা, নাপল তৌবা; ঐনা মংল্লে হায়না খনবা,—"ঐনে ময়াই কাবদি ৰাংলৈ য়ুবু হেলএ; থকক্রোইএ"—লাংলোন

**ময়াই য়াইনা ফবা,** মরাইবক ফবা

**ময়াঙ শম্বা,** মখুাঙ তেকপা

**ময়ায় কোয়রেনচীং,** চীং অৱাংবা, কংলা

**ময়ায় কোয়রেন তোংবা;** ফম্বাল তোংবা

**ময়ায় শুমতোংপাল লাংগোই শারো কপুং;** কংলৈপুংময়োন, কংলা

**ময়ায় শুমদোংপান,** কংলৈপুংময়োন,— "লৈমরেন গুরু অনিমানা লৈএ হায়বগীবু কংলৈপুংময়োন ময়ায় শুমদোংপান কংলা থোনব্রেং থোল্লাংমৈ মিরেন তোংমুবা চীং লাশং চীংলাংমৈও কৌএ" নুং:অ:

**ময়িনফি,** মানা ইনবা ফি,—"চরৈ ময়িনফিবু থুল্লা চাকলে থুম্বিও কৌএ"—চায়:

**ময়িম,** ময়ুম, য়ুমনাক,—"ময়িম নোংয়ায় লানপাম্ববু লাইরেন মৈতেংঙনা থিংলৌ পনচল্লে লাৱা তকুম্ববু পলকোয়রে, নোংযায় লানতুরে'-নিং:লম্বু:

**ময়িমনাক,** ময়ুম, য়ুমনাক

**ময়ুমনাক চাদা য়াম্বা**, য়ুম য়ায়া তাবা, য়ুমনাক শাগৈ য়াম্বা

**ময়েক ফংনা**, তশেং তশেংনা,—"বব্রুবাহন কৌ-বা ঐনা ৱাৱম ময়েক ফংনা হায়জববু হোয় য়াবিদে"—লাং:শ:থা:

**ময়েল্লু**, মাগী ধারা নালা, মচা মশু

**মা**, অমা, মহাক, ইমা

**মাইপং চৌংমাবা**, কাছাড়ী নিংথৌ

**মাইবা**, লাইরোন তীল্লোন খঙবা মী, লাই তীন পূজা তৌবা মী, অনাবা লাইয়েংবা মী, ডাক্তর

**মাইবা তান**, তানয়ৈবা লোয়শঙ, পূংজা য়ৈবা লোয়শঙ,—"১৭ নি থাংজদা য়ুহ্বারাই, অদু মুমিৎ-তা মাইবা তানগী পুঙজা য়ৈবা লোয়শঙ পুং-শেগায়"—চৈ:কুম্বা:

**মাইবা ফম**, য়ুমগী যাত্রা পাবা উথোংগী মনাক

**মাইবা লোয়শঙ**, কোনুংগী লোয়শঙ অমগী মিং, পণ্ডিত লোয়শঙ

**মাইবা শঙলেন**, সনা কোনুংগী পণ্ডিত লোয়শঙ,—"শান্তদাস পুরুষনা থোকলকলবা অতুগী মথৈদি লৈপাক্কী গুরু, পণ্ডিত থোংনাং থাবনচিংবা পণ্ডিত অহুম্দি মাইবা শঙলেন্দা থৈএ"—ফম:

**মাইবী**, লাইরোল ভীল্লোন খঙবা, লাইতীন ঈরাং পূজা তৌবা মী, শেল হুল্লগা অতোপ্পা মীদা লাই-বাউ তাহনবা মী, চাবোকপদা মাইবগী খবক তৌবা নুপী, মাইবী মখল অহুম, (১) মোংমাই—য়ুমজাউ লাইরেম্মগী খবক তৌবা মাইবী (২) কুরা—লাই নোংশাবগী খবক তৌবা মাইবী, (৩) শঙলেন—পাখংবগী খবক তৌবা মাইবী

**মাই মৈচিন ওনবা**, মায় ওনবা, মায় লৈবা, মায়রোং য়াদবা, শোয়রবা, "ইমোম ভম্পা ৱাং-ঙমলোনও ৱাংঙম নতিক নপানে নশাথি অতৌবা কোল্লোয় মতিনমেনবু লীকলাং পাউহোংলগুনো মাই-মৈচিন ওনফরোইএ হায়না ৱাহমখিএ।"—পা: খো:

**মাইলৌ কনবা**, য়াদবা

**মাইৱাকনফদবা**, মাই (ভম্মোই) হায়ফদবা

**মাই ৱাচানদবা**, হায়বা য়াদবা, "পলেম থৌতিক খোনবু মাই ৱাচানদবগী মরমনা"—হি: হি:

**মাক**, লীরুং,—"ময়িম শেল্লোয়না ভেংথানা লীরুং মথুংগুবু মাক কৌএ।"—না: ফ: কা:

**মাকপা লাংহৈচাম্বা**, খুংচুম্বা,

**মাকপুরৈ উনগোইথোংবা**, ফুরিং লিংপা

**মাকমৈ**, থাবান, তারিখ, তিথি

**মাকলোরেন (মাকলোরেম)**, মম্মাক নিপা, মচা নুপীগী মৱা, মচে নত্রগা মচন্না পোকপা মচা নিপা "মাকলোরেম থাওয়ি তাউবুং থোংদোবনা লুংবান ইরমথৈ লুৱাং ইশাই কোন্দবু ৱাকয়ৈ খোঙওইননা য়াওরো শা তাল্লবদা ইমোমবু পাউথেমথোকখিরে কল্লকএ।"—চেংলৈরোন

**মাঙ**, মমাঙ, মায়োক, তুংগী ওল্লতৈনবা মায়গৈ

**মাঙওইনা**, মাঙ পাতুনা, মাঙ থানা

**মাংগোন শাইনোল্লবী**, মাংগোল থংনবী, মাং-গোন লোন্নবী

**মাংগোল শাইগং থা**, মাংগোলগী শাইগং মথা, "নপল ঐনা চেংলৌ শক খঙদবগী খুংনা ইম থেংনা কোইনা ৱারংনরবদা খোইমোম লাইয়েম্মনা মাংগোল শাইগং থদা য়াতারমএ"—ফৌ: বা:

**মাঙজোং**, চোংতুনা শান্নবা মশান্না অমা

**মাঙজোং চোংবা**, মাঙলোমদা ভম্মথৈ শান্না চোং-তুনা শান্নবা মশান্না অমা

**মাঙ থাবা**, মমাং থংবা

**মাঙ ৱাই তুংৱাইবী**, মমাংঙৈদা তৌখিবা অমসুং তুংদা তৌগদৌরিবা খঙবী, লাইরেম্মা অমগী মিং

**মাঙশোক**, য়ুমগী অৱাংথংবা নাকথরোম থংবা শরুক, ফম্মেল্লোম থংবগী ওল্লতৈনবা মায়গৈ

**মাঙশোক ফুঙ্গা**, পু অহুমগুবগী মথা অতোনবগী ধারা

**মাঙশোক লাইথংবা**, য়ুমগী অৱাং থংবা শরুক "মাঙশোক লাই থংবদা মৈরা তম্দুম ওইনা ৱাঙনবী"—সনা লমওক

**মাঞ্জা**, মৱা, মপুরোইবা "লংমাই লাংয়াবী তরা-মঙামকনা খোয়নৌ মাঞ্জা ইবা ওইবশিংও হয়েং কৌবা নোংগা শোয়রকলবদা অনৌবা লমওকনহৌশে হায়না লাইজা ঈবু চাইনা লাংনা শীংনরম্মে, অদু নোংগীবু ঈরং থোঙাইপালও ভৌনা কৌএ"—নোং: চীংগোইবা

**মাল্বক থাম্নাইরোনবা**, মথক্কী মীবু থোনা ফংনবা
**মাল্বিক**, থুমু.—"কোরৌ হুমিংমাদি থুমু মাল্বিক তোংতেরা মমা পুচেং লৈনৌবীচাবু কোয়াং ৰাশা কোনফৈথক্কী পান্দম্ববু পানচুরে"—নুঃকঃ
**মান্দোম**, লীকলাবিচাগী মচা, থোইদোমগী মনাউ
**মান্দোম্বিবা**, থৌরি ভাবা
**মানবী**, শনবী, শল অমোম,—"মানবী লী থুদবা নঙ লী থুরো"—সংলমলেম
**মানবী ঈরিকলে**, শংগোম অনৌবা
**মানবী খুচুম কেন্দবা**, নাহা ওইরিবা, মশা ওনদবা
**মানবী খুদপনা**, খুরু খুদক কুন্না, খুক্ত লৈতানা খুং লোন্নবা,—"খোইমোম সনা নখোঙগাদা মানবী খুদপনা মুকমু লৈতোন কোন্না পুরুম জরক্কে"—চেংলৈঃ
**মানবী চিগাক্লক**, শনলাবা, কোক নোননা
**মানবী চীয়েখোন**, শন ৰাইনবগী মচি অমগা অমগা থেংগাইনবগী খোঞ্জেন,—"লোইমোম ফৌ ওইবীদি কাওরেন লাইথেংখোন মানবী চীয়েখোনবু নাচুংঙমদে"—ফৌৰাঃ
**মানবী মতুপ হাওবা শনগুম্বা**, মাগা ৰাইনবদা, মপা লৈতবা শনগুম্বা
**মানবী লীহেপ্পা**, কোয়গনবা ফোন্দৈগনবা শন —"মানবী লীহেপ্পা কাওরেল ফোন্দৈবনা থাংগি নেংকা নেং"—ফৌৰাঃ
**মানলৌ**, নাহোংফি,—" × × × × × × চৈরে লাকতোন্নৰ মানলৌ য়ুংনা হৈবা ঝিনা শমু ঙক্কা য়েংনা নোংমল্লগে হায়না হাওরোক পানবী শুদি লোইদাম থা শিরে"—শনকাও ; —"মপারি দেব নরায়ণ অহনবু চৈরে নাহোংশা মাল্লৌ থুপকিনরে হায়দবরা ?"——ধংলাংনীংঃ
**মানহৌনবা**, ফত্তবা অমনবা পোং ফনবা শেম্বা, মেরামত তৌবা,—"শক ১৭০৭ চন্দ্রাব্দ ৯৯৯ ইঙা থা ইরাইনা হুল্লে, অদু হুমিংতা কংলা মানহৌনএ"
—চৈংকুম্বাঃ
**মাবা**, মপু, লম্মাবা, লমগী মপু, লৈমাবা লৈবাক্কী মপু ; নিংথৌ
**তুমাবা**, তু-খোংগী মপু, থুংনা লামহুনা য়েংবা
**মার**, খোঙল
**মার খোঙ্লীবা**, মরী মখোঙ থিবা, খোঙ্লীবা,—মশাবী মতৈ লৈমদি মালেম খুনফাওমনরকপবু মশানৌগী চেংলৌ মশক উদ্রবদা মার মখোঙখুনবু থিবসুঙ থিগঙদ্রবগী মতোম কৌবা মচাংলেনদু ইন্দানাখয়ে"—পোংলুঃ
**মার্জিং**, লাইবংথৌ অমা, —"গুরুগী পেংখোঙদগী মার্জিং থোকএ"—"হিয়াংলোই হঙবদি মার্জিংনে"
—ফমলোন
**মারহম**, মার্জিং (লাই)
**মারাং**, লাং, লানফম
**মালং**, ভরঙ, অহাঙবা মফম, হুংশীং, নোংশীং, "খাবা উল্লেনহীবু চঙ্হন্দা মালং নোংশীং য়ৈহন্দা থাম্বী মৈশা লাংহন্দনা তল্লা চাউথোইবা নঙবু নাউয়োকপদি শীংঙেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেদা"—হিংহিং
**মালং অচিক থেম্বা**, হুমাই হুম্বা,—"চৈরে হক্কো থোংনিংদা মালং অচিকথেম ভৌখি শোংকাং নিক"
—ধংলাংনীংঃ
**মালং অয়াঙবা**, হুংশীং অকনবা,—"তুলাই মথু নেংপু মালং অয়াঙবা চৈরোয়ননা থৌচিনখিরবগা"
—লাংশংথাঃ
**মালং খোঙ্গাওনবা**, শিবা, চোঙ্গলম চাদবা, ঙাওচং ফৈচংনবা,—"তুবী নঙগী লাইহুই চীংবু তান্না খনবা, মালং খোঙ্গাওনবা তিল্লাং থোইশিংনবা, নোংপোক মালং হুমওইববু শমু তুংওইনবা শংলৌ নিংনা তেনাবা লাইয়িংথৌ ও"-লোকনিংথৌগী তেংগা
**মালং চৈরোয়ননা**, হুংশাংকী মমাঙ থানা, য়াঙনা, য়ান্না থুনা,—"অর্জুন পাংগনবনা মালং চৈরোয়ননা হুয়েন লান্দানচিনখরে" —বিংপং(মহা)
**মালং নোংলৈয়াং**, য়ান্না কন্না শিংপা হুংশীং
**মালং নোংশীংথোঙ**, নাতোন,— "খোইমোম পায়মা উনগোইহুংগী মালং নোংশাংথোঙ শমু য়েংলম থংবদা খোইয়ম লাই নামুংপা অমবু থাম্বী মৈরে, চোংগুন্না চোংথোকলে"—পোংলুঃ
**মালং নোংসাপান**, সংসার, তাইবং পানবা
**মালং নোংছুমপাউ**, হুংশাংনা পুরকপা পাউ,—"য়াংলৈ তাউবা হইখোংখোনবু লাপনা মালং নোংছুম পাউগুম্ববু তারবগী"—সংমং; মীনা ঙাঙনবা

**মালং ফেঙ্কি,** মুংশীৎ নোংহুম,—শানৌ মতৈ মনাউদি মায়কৈ মতম য়েংনা মালং ফেঙ্কি ওই খমকোন নোংলৈ ওইাথরে হায়দবরা ?"—বীরসিংহ
**মালংবা,** মুংশীৎ
**মালং মথি নাইনা,** মুংশিৎ কয়া শিত্তুনা
**মালং মথি নাইবা,** মুংশিৎ কয়া শিৎপা,—"নহান নোং লাইজা ঈলৈচন্দা মালং মথি নাইদা খমগোন মরাঙ হৌত্রিংঙৈগী কোরৌ নোংমদোন অত্তিং ঙাদা চীংঙু পায়মা ননিংসানা সনা তাঙবন ওইনা ফমফমলিঙৈদা"—পোঃলুঃ
**মালং য়েত্তা লৈনা,** স্বর য়েৎলোম লৈনা,—"হালং য়েত্তা লৈনা হৈরাঙ মচা য়াল্লবদা"-চোঃথাঃপাঃ
**মাল্লৌ.** মানলৌ, ফি, নাহোং ফি, ইন্নফি,—"মালৌ লেংহুম নাইনা ইনবিখিয়ে"—নাঃফঃকাঃ
**মাল্লৌ থুপকিনবা,** খঙদবা শাবা, নাহোং শাবা
**মালেম,** লৈপাক, পৃথিবী,—"পরিং লাংশঙ হুন উকাক মায়খোং য়াননা মালেম লৈশেমলকপা কোরৌ নোংহৌরকপা ইবুংঙো"—হিঃহিঃ
**মালেম অঙানবা,** মুমিৎ
**মালেম উনবী খুনফাওবা,** লৈপাক মনুংদগী থোকফকপা
**মালেম খিং খিং খিংগারকপা,** লৈপাক্কী চোংখংলকপা, মুমিং থোকপা
**মালেম চীং লৈপাক,** চেক্বাক,—"মালেম চীং লৈপাক্কসু তরা চউম্মে"—খোংঃনোংকাঃ
**মালেম তম্পাক লৈরেনহনবী,** লৈপাক লৈমা,—"পল্লেম মমা শাংমাবী উপী উরেন পোকপী মালেম তম্পাক লৈরেনহনবী"—হিঃহিঃ
**মালেম থৌরৈ লুদা থোংনা,** লৈপাক কোক্তা থোংগত্তুনা
**মালেম লীরি লীহৌরাক,** লৈপাক শেমলকপা, লৈশেমলোন,—"পোইরৈ রারমলেন অরুবা লাইজা তরঙ ঈপাক থক্তা মালেম লীরি লীহৌরাক তাম্বোঙ লেমথোঙ থাঙবরম উকাক লাখা হৌনবা রায়মলেন পুমনমকপু পাউত্তাকপীগে"—নাঃফঃকাঃ
**মালেম লীরু য়াফাকলৌ,** লৈপাক ইকোয় কোয়না তৌবা
**মালেম লৈকোয়,** পৃথিবী
**মালেম লৈকোয় ফম্বা,** ময়ায় লেপ্পা, নিংথৌ,—"পুমাদেব মালেম লৈকোয় ফম্বগী মশানৌ শ্রী ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা-ও তৌনা কৌএ"—"ধঃলাঃনীঃ
**মালেম লৈগা হৌঁডৈ,** লৈপাক শেম্বা হৌরকঙৈ,—"মালেম হৌঙৈগী লৈগহৌঙৈগী হেয়ি-ও"—
—লৌতা ঈশে
**মালেম ফুবাকননা,** লৈপাক্কা উপ্রাক্কনা চিংথুহুনা, লৈপাক্তা উপ্রাকনা তাহনা
**মালেম লাংজখৈ,** লৈবাক্কী ময়ায়দা লৈবা, মুমিৎ, থবি শেংগোইরেন অপানবা,—"য়োইময়াই সনা খোম্মদোন থবি শেঙ্গোইরেন অপানবা মালেম লাংজখৈ নঙবু নপন কোরৌ নোংবু খোনবা মালেম লৈনুরুম্বা চমু সনা নিনপোইগী নোংপোক মহৌ লৈরাই পাক্তা নিংখৌ চম্নুনা পল্লেম পীথাং শিন্না নাউয়োকপীবা মৈ"—মুঃকাঃ
**মালেম লৈ,** লৈবাক,—"য়োংকী চৈশুব মালেম লৈদা য়ুংনা থৈরমএ অত্তু নোংগীবু শেলোয় লৌচিং তৈবু কৌএ"—পোইঃখুনঃ
**মালেম লৈখোনবা,** লৈপাক খোনবা
**মালেম লৈঙাকপা,** লৈপাক অশোয় অঙাম লৈতনা ঙাকপা
**মালেম লৈতাফরোই,** লৈপাক্তা তাফরোই (তাকপীরকপা য়াথং ইঙ্গনি)
**মালেম লৈদা শোক্তা,** লৈপাক্তা শোক্তা
**মালেম লৈবাক কোইবা,** অঙম অথৌ, অচৌ অশাং
**মালেম লৈমায় হনবী,** লৈপাক্তা হান্না তাবা লাইরেম্মা
**মালেম লৈরিৎপা,** লৈমুংদা চঙবা
**মালেম লৈহৌবা,** লৈপাক শেম্বা হৌবা
**মালেম লৈস্না অঙাঙবা,** সনা,—"ময়ুম শেনবী কবোনা মালেম লৈয়া অঙাঙববু শোইও কৌএ, চামলৌ লাবু তোংও কৌএ"—নিঃলম্বুঃ
**মালৈ,** লমদোং, শাবন, দারি,—"দারি মালৈ চোংথৎপদা শরোয়না শমলাং য়াল্লে"—হেঙ্গুঃ
**মাল্লৈ কারবা** ,অহল ওইরবা, হনুরবা, চহী য়ামলবা, "পল্লেম ধোপা মাল্লৈ কারবা অসিবু"—ধঃলাঃনীঃ
**মাল্লৈ চীংওল্লবা,** হনুরবা, অহল ওইরবা,—"ধোবা মাল্লৈ চীংওল্লবা ইবিংঙানা হান্না তিমেন তাজিন থংগে"—ধঃলাঃনীঃ

**মাল্লে মরেং চনবা,** হন্থবা, অহন,—"কুমচীন লৈনৌ য়েংজুনা মাল্লে মরেং চনবনা মীকপলে দে"—কুমদমশৈ

**মাল্লৌ,** ইন্নফি, ফি, নাহোং,—"মাল্লৌ লেংহুম নাইনা ইনবিখিয়ে"—নাঃফঃকাঃ; "মাল্লৌ শুগে"—খঃলাঃনীঃ

**মাল্লৌ মন্নিনফি,** মানা ইন্নবা ফি

**মায়,** মায়থোং

**মায়কৈ,** মায়গৈ, হাওরে

**মায় খাওবা,** খওবা, খওনবা, শকখও মায়খওনবা

**মায়গৈ,** হাওরৈ, মায়কৈ, মুমগী অরোইবা শরুক্তা নাকথা অমসুং কমেনগী লোয় অনী অমসুং উঁথোক-তেন অনীগী মখক্তা ভুনা ফৈরিবা উ নত্রগা মা

**মায়গৈ লাৎপা,** চিখেক মরিদা লৈবা লাই খুরুম্বা (ঈরাৎ পুজা তৌবা)

**মায়ঙৌ তানবা,** (চেঙ) চোইবা, ঙৌহনবা,—"চেঙ-চা তান্না মায়ঙৌ তান্না"—অহোঙঃ

**মায়চৌ,** মায়জো, পণ্ডিত, অখণ্ড অহৈ, গুরু

**মায়তা তম্বা,** মায় তাবা

**মায়থোং মযেং তাবা,** শকফম কায়বা,—'মায়-থোং মযেংতা চেংলৌ মমায় মক, খৌরি চরম কংনা"—লাংঃশঃথাঃ

**মায়নৌ,**—পণ্ডিত নত্তবা, সেবোক

**মায়চৌ মায়নৌ,** গুরু শিষ্য

**মায়মু তোমশোন,** অতুঙৈগী ফিজেং মখল অমা

**মায়োক য়াওমদনা,** মমাওদা খাওবা ঙমদনা,—"শমু মহকশাংদা তেনপান তুখোঙ লোইনা পাল্ল-বগী অঙাং নাউন্না মায়োক য়াওমদনা অব মগৈ লৈতরবগী"—উঃ(রাঃ)

**মায়য়োক য়ানা,** লাম্বা পানানা, দাখি পুনা, মায়রোং য়ানা,-"খায়ি মায়য়োক য়ানা কোরৌ হুমিং চুপ্পা হুয়েন লান শোরুববু খায়ি লোংনা হন্না হুয়েন লানচেনখিরবগা"—ওঃঙম্বা

**মিকপ ঙম্বা,** কপলম্বা

**মিকপ্পবা,**—কপ্পবা

**মিকপ্পরোবা,** কপ্পহোবা

**মিকপ্পা,** কপ্পা,—"কোলোয় ইশঙ্গাইদি খাম্বী মৈ-পোকথোকলকলে হায়না মিকপখিয়ে"—খঃলাঃনীঃ

**মিকপমিন্নবা,** কপমিন্নবা,—"মিংকোয় লাইজা য়িকমতাউ খোনচেন নোংখাক চৈরোয়মনা মি-কপমিন্নরবগা"—ওঃঙম্বা

**মিকোন থাগোনবা,** খরায়মি কৌশিনবদা শকপা। ঈশৈ, খরায়মি কৌশিনবা

**মিকৌরোন,** খরাইমি কৌশিনবগী মহৈ

**মিখুরোন,** মাগী মাগী মরোন ভাঙবা মী

**মিং,** কোল্লোয়, মন্নামদগী মশক খঙনবা থোন্নবা

**মিং ওনবা,** মমিং হোংবা,—"কমবোং নানৈ কাবা মিং ওনখিয়ে"—নিংঃলম্বুঃ;—"সনা খোমহানমনগীবু মিং ওনখিয়ে"—নিংঃলম্বুঃ

**মিংখৈখিবা,** মমিং থোনখিবা,—"নোংপোক কোই তরেং ঙম্বা কোংমু তাগা লানমিংনাই চোইনৌ সনা লৈ ওইনববু কাইনা হুনবা-ও মিংখৈখিয়ে"—নিংঃলম্বুঃ

**মিংচৎ,** খুাইনা খঙনবা মিংফম, মিং অঙ্কবা

**মিংচৎপা,** ফাওবা

**মিং তিন্নবা,** মিং মান্নবা

**মিংথা লাউবা,** মমিং হায়বা,—"পামেল মতিক থা তন্না মঙন হায়রবদা পামেল মিংথা লাউনা কৌবা ঈরোক লাইচম লান চীংশাং নাপোম শমনা নুংবান মমুমনাক্তা রাইথুংলবদা"—হিঃহিঃ

**মিংথোং,** মমিং,—"কোল্লোয় মিংথোংবু অঙাং কৌএ"—মিকৌরোন

**মিংথোংবা,** কোলোয় মমিং থোনবা,—"ঙাংবা য়াইবংবদি কদৌ নোংগীনো লাইরেন চুঙশেন ইরাম ওনগীবু মিংহোংসে হায়না মারাম পাকক ফাবাও মিংথোংখিয়ে"—শলকাও

**মিংথোন ফবা,** মিং অফবা থোনবা

**মিংনবা (মিংনাপা),** মিং মান্নবা,—"মোমচু মিংপু মিংনপা ফাম্না খেন্নে"—লুঃখোং

**মিংনাইবা,** মিং চৎপা, ফাওবা,—'লিল্লা অঙম্বা তাংজা মিংনাইবা তৈক্ষ কর্কোট হায়না কৌবা"—লাংঃশঃথাঃ

**মিংনাইদবা,** মমিং য়াওদবা, মমিং লৈত্তবা

**মিংনাইদবী,** মমিং লৈত্তবী

**মিংলেন,** মিংচৎ,—"কোলোয় মিংলেন ফত্তববু চীংঙ্ ঐবু মিংচৎলে"—উঃ(রাঃ)

**মিংশেল কাওলোন,** শকয়েং মিংশেন্দা য়েংলগা খঙনিংবা, উনিংবা পোৎ উবা ওম্বগী মহৈ

**মিংহুনখিবা,** মমিং থোনখিবা,—"মপারিবু খোম্নয়েন য়ুপান থারগা কোলোয় মিংহুনাখ্যে"— ধঃলাঃনীংঃ

**মিং হোংবা,** মমিং অমা কৌনবা,— "হেকওাই সোপোন লোকপা-ও তৌনা মিংহোংখিএ"— নিংঃলম্বঃ

**মিৎ কোরি হৌবা,** মিং কোরি এচু মান্না ওাঙবা "মমিং কোরি হৌবা তলবা মখা চীকপা"—ওঃঙম্বা

**মিৎকোয় লাইজা ঈফম তাউনা,** মমিংতা মপি ঈরা চেন্না

**মিৎকোয় লাইজা ঈফম তাউবা,** মিত্তা পি ঈরা চেনবা,—"মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউ চীংজুম লাইজা ঈফুং থোক্নম কৌবা ঈহৈখবগুম মিকপখিএ"—হিঃহিঃ;—"বৃষ কেতু অর্জ্জুন অনীমাপু কৌনা মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউনা মুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা মিকপলবগা পম্বৌ মপা মচাবু য়াইবী থৱায় মাঙহনবগী ওাংজা লুরেনতোন অদুবু থেঙ্গু ইথুৎশুনা মগুং তরেৎ থোক্লা থুগাইরগে"—লাংঃশংথাঃ

**মিৎকোয় লাইজা মরাঙ হৌবা,** মিত্তা পি ঈরা চেনবা

**মিৎচা অশৈবা,** মিং থাঙবা

**মিৎচুবা,** য়ান্না য়েংতুনতা লৈনিংবা, য়েংবা

**মিৎ থিৎপা,** উবা,—"মেনাংতনবা শা নামুং অঙোবসুঙ য়াওচিনখিববু চেংলৌ মিং থিৎলে"— চঃলাইঃ

**মিৎথাবা,** মিত্তাঙবা

**মিৎথোঙ লোনবা,** মমিৎ খুবা

**মিৎ ফিংবা,** মিৎ তন্দন পাইবা,— "পাংগল মতিক উৎনা হনুমন্ত লাইবক খেনলাইথোঙদা নমশা তোমথিনলমদা থুৎতুম কিঞাও খিল্লবগা হনুমন্ত কোকয়িকা চেংলৌ মমিং ফিংলিঙৈদা নীল অথোববু তম্না ৱাইরা তেনৱাইখিবদা"—লঙ্কা

**মিৎমৈ তোরান থাবা,** মিৎচিনা হাইরপ য়েংবা, মুংশি মিৎয়েংনা য়েংবা,—"য়োয়বু মীপুক গুম্বীনা '+ + + + চৈরৈ মকাক্নোং মালৌ মীমাঙতাক মিংমৈ তোরান থা খোয়রুম মোমোন নোকনা চীনগোই ঐবু পাউসানরবা নঙ্ম কনানো? 'সনাঃলাইঃ

**মিৎলম,** চীংগে—"য়ূহানা মিৎলম ওাকএ, য়ূচেংনা মৈরম ওাকএ, খৱানা লাইচিরম ওাকএ, চেংওানা মুংশিংলম ওাকএ"—পুদিন

**মিৎমৈ তোরান চোংবা,** মিং চোংবা,—"লৈকাই কৈদা পানশঙ লানবনো মিৎমৈ তোরান চোংঙিদা"—হেঞ্জুঃ

**মিৎলু কোনা শাজেল্লম.** পিগুম

**মিৎলৈ মায়রৈনবা,**– থৌওইদবা

**মিৎম্না তরং লাইজা হৌবা,** মিত্তা পি তরং তরং চেনবা

**মিৎসা ওনবা,** মিং কুপ্পা

**মিৎয়েং উয়োন থীরবী,** মমিৎ ফজ্রবী, নিংথিনা উবা ফংদ্রবী

**মিৎয়েং উয়োন থীবা,** মমিৎ ফজ্রবা, নিংথিনা উবা ঙমদ্রবা,—"চেংলৌ মঙম শোয়বা মিৎয়েং উয়োন থীবনা তোংজেং হিনাউ শাবগী লৈকু খমথেং য়ামনা লৈরাই চুপথৈ হুকপা তুগুম্ববু"— লাংঃশংথাঃ

**মিৎয়েং তাংচুম্বা,** য়েংখিবদা অচুম অচুম্বা উবা ওম্বা--"চীংঙু মিৎয়েং তাংচুম্বনা তরা চাকখাংকুমো ৱাংলৈ খুমাংকুনো মালেম লৈতাকুনো হায়রকএ" কৌঃনোঃ

**মিৎয়েং তেমপাল্লবা,** উরবা

**মিৎয়েং নাউশুমদবা,** মিং ককলা অমতা উইদবা, করিমত্তা তুমদবা,—"লীচৈ তরানশুনা মিৎয়েং নাউশুমদা খোমলেন তুমগন্দবা শঙলেন লালুপ কামা ওাকখিয়ে"—বীরসিংহ

**মিৎয়েং নাউশুম্বা খোমলেন তুমগনবা,** তুমথবা,-"অদোন মখিং কোংওাবনা উরোং মায়থানা খোকলাং ওাইথাঙননা মিৎয়েং নাউশুমখিয়ে খোমলেন তুমগনখিয়ে"—চায়ঃ

**মিৎয়েং পাঙুম্বা,** মীচঙ মীখায় নাইদবা,--চীংঙু থংপা য়োইথংলেন মিৎয়েং পাঙুম্বনা কোরৌ নোংমদোনহনবা নমু কমলম শীনবানঙৈনে"— চোঃথাংপাঃ

**মিৎয়েং লান্নবা,** মমিৎ য়াম্বা, মীগী নূপী নত্রগা নিপা ঙাঙনগনবা,—"মিৎয়েং লান্নৈ হায়দুনা খোরিথুন্দা লোই থাই"—চৈঃকুম্বাঃ

**মিৎয়েং শানথৈবা,** য়েংবা, উবা, —চেংলৈ নাউপীগী থাবা লৈরেন খৈও তম্পা নহুইরোন ঝাংকোন লাইরুরা অতেংপাতি মিৎয়েং শানথৈরোতে"—পাঃখোঃ

**মিৎয়েং শানথৈবা চেংলৌ মিৎথিৎপা,** উবা —"য়াইকুল লান্নোই তরেৎমনা পোয়মা নাবোল লেঙববু মিৎয়েং শানথৈয়ে চেংলৌ মিৎথিৎলে"— চায়ঃ

**মিতম্বা,** মীগী মওং লাকনা শাবা

**মিতম্বাল,** মীথীবোঙ, করিমতা কান্নদবা মী, মীতোকচাক

**মিতম হকপা,** মীনা কিনবা

**অজেংং শোম্নবা মিৎয়েংনা,** মিৎয়েং হৈন্তবমা

**মিতোং তুপ,** মৈদিংঙু শর্মৈরাংনা (খৃঃ৫১৮-৫৬৮) খোমলেল তোংবা কৌবা থাঙ অদু মান্না শাখিবা তেম মওঙ মানবা থাঙ অমগী মিং

**মিরুঙাক,** থৌদাবা, পাগোন শীবা

**মিরুতোং,** থৌদাবা

**মিরেন,** থবাই, মি,—"সনা নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু ইরেন লমলেনলক্ষী ইমু ইঙৌরোনগী থরৈ লেমলৈলক্ষী তুরেন কৌগুম কৌরান্নুংগী তাইবং চীংঙুমাং থায়থৎলক্কে"—সনা লমওক

**মিরেন থা,** থবাই,—"শিনৌ লশিং তীনগুম য়াতাবীনা মিরেন থাবু থংনা × × ×মিকপখিয়ে"— ধঃলাঃনীঃ

**মিরেন থাবু থংনা,** থবাই মিপাইনা,—"য়োয়বু য়োইহৈ পুম্নমাবু মিরেন থাবু থং পায়মঃ নিংসা সংহোন্ননা"—ঔঃঙম্বা

**মিরেম পাবোৎ লোনবা,** মী মরিমা অশিবা মী পুবা, অশিবা পুথোকপা

**মিশেল থোইবু তোংবা,** ময়াই কাবা

**মিয়েংশেন,** শক্কয়েং মিংশেন,—"চেংলৌ মিৎফম তাঙবনা মিয়েংশেন শক্কোইয়েংবগুম"-ধঃলাঃনীঃ

**মীকপথোম,** মীমা কপ্পগী থোক্কেন,— "মমোমগী মীকপথোম ভারকলে"—হেঙ্গ:

**মীকপ্পা,** কপ্পা

**মীকোক তোংনা পানফবা,** মীগী মথক থোংনা পানবা, মী ময়ামগী মকোক ওইবা,-"ঝায়েল মীকোক তোংনা পানকরিবা অসিনা করিনো?—গন্তীঃনোঃ

**মীখন থাই,** মরু ওইবা মী, অথোইবা মী

**মীঙা থোক,** মীরা মীশা তাবা,—"লালোই মীঙাথোক শারেল মীশুংলাংবু য়েন্নহৈবা লাইবক থেলাই ইবা লাইরিংথৌ"—কোম্বোঃনোঙ্গাঃ

**মীঙাথোপ মীশুংলাং,** মীবা মীপাউ,—"লালোই মীঙাথোপ শারেন মীশুংলাংবু য়েনহৈবা চন্নু"— খুঃকংলৈঃ

**মীচম,** অচম্বা মী, হাও অরাম, সুংঙাই য়াইফদবা মী,—"তাইবঙ মীবু ওইরবসুঙ নমু মীচমদি ওইঙমলোইএ"—ধঃলাঃনীঃ

**মীচৈ,** শাপ,—"মহাদেবনা শাউদুনা মীচৈ পীরে" মহাঃলৈশেমঃ

**মীচৈখোন,** শাপ,—"ব্রাহ্মণ মীচৈখোন্না লাংওন মপোক খঙলগুনো"—ঔঃঙম্বা

**মীতমথি,** তমথিবা মী, সুংশি হৈতবা মী,—"চীংঙু নোংদমখোনগী খোইমোম মথৌথাবু চেনফদবনা ওরা নিংথৌ মীতমথি মুকমু লিংচেম ফত্তবনা ঐনা পোকপা ইচা ওইনা শেম্নিথরবা মানা করিগী ঐনা কৌবা থোয়রবনো?"—চীংঙ্কাবা

**মীতুফম,** মীহাংফম,—"কেগে মীথাপুং মোইরাং মীতুফম পনম মীয়ানফমদা নোংমনহল্লে"— মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**মীতুয়া,** মী হাৎলকপা

**মীতু লান্নবা,** অতোম্বা মীগী মতু ঙাঙনবা,--"কাওরেন মীশল হুবা নমু মীতু লান্নবা নমু মীহাৎপবু বায়েন মরান মন্তীক কংনা তৌরবদি"—ঔঃঙম্বা

**মীতোকচাক,** কান্নদবা মী, মীরেম, মীথুন

**মীথাদবা,** মীয়ায়বা, উশিত্তবা, থানদবা, লুনা তৌদবা,—"লুংবান ইখোইবু মীয়ায়এ লুবাং ইখোয়বু মীথাদে"—চেংলৈঃ

**মীথাপুং,** মীহাংফম, পনম মীয়ানফম,—"খুয়োন লৈখোঙ কায়ববু মালেম লৈত্তাই ভমত্রবদি ঙাংঙোই মীথাপুং পনম মীতুফমদা নোংমহনগে"— মোইঃনিংঃলম্বু

**মীখিংগাই**, অতোপ্পা মীগী থবক থুগাইবা মী
**মীথিবোঙ**, মীতোকচা, মীরেম, কাম্নদবা অপঙবা মী
**মীনুংকোন**, মী লৈকম
**মীমতোন**, অতোনবা মী,—"নমু মীমতোন অতোনবশিংবু লানবিরিবা"—লাং:শ:থা:
**মীমথি**, মী ফত্তবা,—ঔবা মীমথিনা তকথায়বগী হুথেন লালচেন্নবদা"—ঔ:ঙম্বা
**মীরান**, লান্দা য়েক্নবগী মথুং চন্নবা মী, য়েক্নবনা লান্দা ফারবা মায়থীরবা মী,—"করম নোংয়ায় মীসা ওই অদোন মীরান ওইশিবনো"—থ:থা:হি:
**মীমৌ**, অতোপ্পা মীগী মমৌ
**মীমৌ তেংথা রাইবা**, মী অতোপ্পগী মচা মমৌ পাম্বা
**মীরাংচান**, লৌখিবা মী ফত্তবা,—"ইবুংথৌ নোংথৌরেন পুমাবা তুবী মীরাংচান লাইরেন লাই পাখং অতেংবা"—নিং:লম্বু:
**মীরায়বা**, হুলানবা;—"মাকলৌরেম থাংগ্রিবা নিংথৌবা নঙদি হুংবান ইথোক্লু মীরায়য়ে"—চেংলৈ:
**মীরায়মা**, তগুপ তরাইবা মী, মীচম, মতিক মগুণ লৈতবা অচম্বা মী,—"চীংঙু নঙগী কম্বাল্লাং মীরায়মনা চঙঙমদবা পোংলাইমনা য়েঙমদবা কিয়োং লাইশঙ অসিদা"—হি:হি:
**মীরু মীরাং**, মীয়াম মরক
**মীরেংবান**, মীগী লেংবান
**মীরেংবান কা মীরাইরেনতোং**, মীগী মকোক মরু থংবা,—"মীরেংবান কা মীরাইরেন তোং পুন্সি কোংশাংনা হাইহৈ লৌহৈনা পানগে হায়বগী কোরৌ নোংলুপান অতৌবনা লুপা কোনগা চন মালেম লৈম্না ঙাঙবনা সনা য়াইগা চন্নবনে"—কোন:থাবা:
**মীরৈ মীপুং**, মীরৈপাক, অতোপ্পা মীগী লমদম,—"মীরৈ মীপুংদগী লাকলবদি যা লৈরিয়ে"—টৈ:কুম্ব
**মীরৈহৎ**, ভাৎপাৎ তৌবা মী, নমহৎতুনা ঙাঙবা বা
**মীরোংথন**, মীগী সেবা তৌবা, থৌগল তৌবা, "নোংপোক পাংকা লানথাবা মুমু থোংচাউ ঙাকপা শোংথে মীরোংথনবু কাইনা হুনবা-ও তৌনা কৌএ" —নিং:লম্বু:
**মীশন কোনথিতম্বা**, শংগোম্দা শন চঙবা,—"অমম ভোনবা নারনশি মীশন লাবনা কোনথিতম"—হি:হি:
**মীশিনপুং**, মী শিন্নকম
**মীশুংলাং**, মী অতোপ্পগী মরমগী মীগী দমক,—"লাল্লোই মীঙাথোক শরেন মীশুংলাংগীবু ওইরগনে"—চায়:
**মীয়ানফম**, মীহাৎফম, মীহাৎপুং,—"কেগে হীনংথোনা ঐবু হয়ে' কেগে মীয়ানফমদা, মোইরাং মীতুফমদা পনম মীহাৎফমদা নো'মনও হায়রঙেনে" —শন কাও
**মীয়ৈচৈ**, মী ফুননবা চৈ,—"মীয়ৈচৈবু থাঙলুরবগা তুবী মতাইবেম লাললোই ফম্নাইবা থৈবিকনা পাউহংচরকএ"—ঔ:ঙম্বা
**মুক্তাবলী-লাইশঙ**, মিৎ নাহা
**মুকতু**, পে, "শেনবী পোং নোংচা সনা মুকতু তুম্নবু কাইনা হুল্লোএ"—শমশোক ঙম্বা
**মুকমু** শল, লৈতোল
**মুকমু লৈতোল কোন্না**, লৈশি লৈথোম্না.—"মানবী খুতৃপ্পনা মুকমু লৈতোন কোন্না পুক্নজরবগা":উ(রা:)
**মুকমু লৈতোল শেংবী**, লৈতোন ফবী,ঙাঙশকপা হৈব
**মুকমু হাইমৈচোন**, শল,—'কোরৌ হুমিৎমদি মানবী চকসৈকাও, কাওরেন লেংবা শল মচন হীরাকোংদি'স্তু ফামল মুকমু হাইমৈচোনবু ........" —চা:লাই:
**মুকমৈ নারিন শোনবা**, লাইরিক পাবা, ইবা "হেপলী মপা বি লংগুং চীন্দাই শমনা মুকমৈ নারিন শোনবিও"—ধ:লা:নী:
**মুংনবা**, লৌনবা য়াদবা, মৈতৈগী হুপী থীবদা মুংনবা অসি য়াম্না কুপনা য়েংনৈ। মুংনবা অসি ঈ মুংনবা মিংগৌ মুংনবন'চিংবা থায়রি।
**মুংনবা মচা**, লৌনবা য়াদবনা মুংনবীনা, পোকপা মচা
**মুংফি**, (মমাঙৈঙদদি থেংগুঅমদনা ফি অসি শানরম্বা) ফী মগল অমা, লৈরম,—'থৌদু নুংপাক থক্তা মু'ফি লৈরুমনা ফাগং লৈওইননা বাঙনবা চম্থ" —মোই:নিং:লম্বু:
**মুংবী ( মুংপী )**, তুরেন লৈরাই, থোয়দিং, লম্বী (শেল্লোয় লংমাইনা হায়নবা), "ক লৈ মতাইমতি

মৈতেংঙু শেনপী থাকেম্পনা তনমু কৈনা লাম তন-হাউ চনেৎননা তুরেন মুংপী কৈনা থিংনা থোংলেম নেমনা শাপাত্তি পোইরৈ খুনচামানা লান্না থোংনে" কংলৈলোন ;—"লৈরাই মুংবীথক্কা ঙাইখমখিও"—চায় ;—শেল্লোয়না বাহায়না লংমাইবা তেংথানা লম্বীবুদি মুংবী-ও তৌনা কৌএ"—নিংঃলম্বঃ

**মুংবীতুং,** মুমনীং,—"ময়ুম হৈরেমনা অশৈনা খুঞ্জান্না তেংথানা মুমনীংবুদি মুংবীতুংও কৌএ"-নীংঃলম্বঃ

**মুংয়াম্বা,** মৈদিংঙু চলাম্বনা নোংবাল্লোন লম্ফেল ঙম্বী পান্নদুনা পোকপনি, লাইয়িংথৌ থাগেম্বগী মপাবুংনি, খৃষ্টগী শতাব্দী তরাতরক শুবদা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ

**মুৎনা থান্না,** থোং থোংপা

**মুত্তুম মুনা,** মুস্তুক মুনা

**মুর্শি লাইফৌ,** ফৌ মখল অমা

**মুরা নিংথৌ,** উমংলাই অমা,—"গুরুগী মমিং য়েত্তগী মুরা নিংথৌ পোকএ"—"য়াইস্কুল লাকপদি মুরা নিংথৌনে"—কমলোন

**মুরাবী,** উচেক মখল অমা

**মুস্তমফি,** ইন্নবা ফি মপান লোননবা জাৎ অমা

**মূক,** লাইরিক ইনবা কালী

**মূকতম য়েকপা,** মুনা মকম মকমদা ইকোয় কোয়-না য়েক্কপগুম য়েকপা,—"তুবী হৈনা লৌ লাই-রেন হৈকোয় শা মুকতম কোইজা য়েকনা তুবী হৈনা লৌ য়েকপু য়েক শোয়দরবগী লাইরেন নাউ-কংবদি তুবী হরাউ থোহাগরে"—নিংঃশাবাঃ

**মূক থিনবা,** মুক নম্বা,—"অয়াম্বদি মুক থিন্দুনা থাদোকএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**মূকনা,** মী অনী কি পায়নরগা অমনা অমবু থান-নবা ( তুহল্লগা মখক থংননবা ) লান্ন ফানদুনা শান্নবা মশান্না

**মুকনা যাত্রা,** মুকনা শান্নবদা খ্বাইবু থাবা মী

**মেতু লোইখোম্বী,** ঙাওবম নিংঙোন, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মনাউ ইবেম্মা ভমলেনখোম্বা মধুচন্দ্র মহারাজগী মমা,—"থয়োয়রোন মেতু লোইখোম্বী পায়মা সনা লিনগোয়গী নমু মৈদিংঙু তমলেন খোম্বা ও তৌনা কৌএ"—চাঃলাইঃ

**মেন** কংলা, কংলা সুকুং

**মেনখু য়াইখু,** হী য়াই

**মেনখোম,** নাউকম,—"মেনখোম কৌবদি নাউ-কমনে"—কম্বাল্লোন

**মেন খোম্বা,** চিংশাই মহারাজগী (খৃঃ ১৭৪৮-১৭৫২) মিং অমা,—"সনা লৈবাক পুমনা মান্নদুনা নিংথেম মেনখোম্বা × × × ভাম্বোকএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**মেনখোম্বা থাগী লাম্ববা,** চিংশাই মহারাজ

**মেন্দংচা,** কুরাক,—"কুবাক মেন্দংচাবু থুগবরা থুদবা লাং"—সনা লমওক

**মেন্না তাইনা,** পুকনীং লৈতানা, ভাব তানা

**মেন মেনবা,** শজিবু লৈথুন ফুনবা,"শজিবু লৈথুনফুনব হায়বদি গুরুনা থা তরানিথোইমক অসিদা কত্তবা লাই হিংচাবা করম্ববু অহোবা অসিদা কারত্তনা তাইবং মী নম্ পোং করম্বদা চঙনি হায়রবগী শজিবু লৈথুন ফুনববু মেন মেনবা কৌনা মিংথোনখিয়ে"—
—মশিন

**মেন যাত্রা,** শা লান চংলমদাইদা (হুমিং খুদিং-গীম্ব) ঙসি শিনি শিরোই থঙনবা শাজেল

**মেনাং,** হামেঙ

**মেনাং তনবা,** হামেঙ লাবা,—"কাওয়েন শনকাং হোই মেনাং তনবা চীরৈ চিংনা কাকং পৌ-তোংয়ান, তরেং শেনপুন শেম, তেংনৌ য়োংপুন শা"—নাঃকংকাঃ

**মেনাং তনবা খুয়ৌ ঙামজৌ হুনবা,** কাওশীং ক'ওরা তাউথবা

**মেনাং তনবা তুরক থায়,** হামেঙ লাবা ফজবা

**মেনাং তনবা তুরেং কাই,** হামেঙ লাবা তু-জোম্বা,—"মেমাং তনবা তুরেং কাই অঙৌবনা লমওকপুং"—নিংঃলম্বঃ

**মেমাং তনবা শিওইরম,** হামেঙ লাবা শিথিবা মকম

**মুঙ্ক,** বাহি

**মেনোং,** খুদোন পোৎ, থাঙ—"চীংঙু ঐগী চেংলৈ বাংকোনলেন অসিদা কদৌবা মেনোং থাঙ শারব-নো" তুতেং

**মেলৈ,** লৈম্না, উরৈ জাৎ অমা, মেলৈ লৈম্না লোং-জুম্বা,—"মেলৈ লৈম্না লোংজুম্বা মদাইরেম ভাইতল

অমে নিংঙোনম্থ খালে মরোপান্দা পানবা লৈ”—লৈরোন

**মেল্লোং,** খুদোনপোৎ

**মেলৌ,** চবান, ঈরাৎপা

**মৈগা চেনবা,** মৈ থাবা

**মৈচেন্নবা,** মৈ থাবা, মৈ চাকপা,—“খোইদোম মান্দোম অনীমকনা য়াওরো শা নাবদা চকমোম খাম্বী মৈচেন্নরে”—চায়ঃ

**মৈচাউ,** মৈ অচোবা,—“মৈরীক মৈচাউ য়াইওই মৈ”—মৈঃঙেংবাঃ

**মৈত্রেং,** মৈ, খাম্বী, চকমোম,—তম্ফল অৱাংবীনা ঈশিং তমলেন ফু'গী মৈত্রেং খানিকনা খাওবৌ খাঙশেৎননা কাওরকলে”—সনাঃসাইঃ

**মৈত্রেমা,** মৈতৈ লৈমা, মৈতৈগী মহারাণী,-“নঙোন মৈত্রেমা লৈমুং য়াবিরোক চখা মুরোন পিবোন য়াম্বী সনা লিনগোইগী তুবী যোইনো'ঙা নো'দা লাইবেন পাগংবা-ও তৌনা কৌএ'—চাঃলাইঃ

**মৈতিংঙু,** মৈতে'ঙু, মৈদি'ঙু,—মৈতৈ নিংথৌ,—“ক'লৈ মতাইমাতি মৈতে'ঙু থাংপাই শেনহোং পাম্না অহোঙ য়োইথোনপূ',” ক'নৈলোন

**মৈতেংঙু,** মৈদি'ঙু, মৈতি'ঙু, মৈতৈ নিংথৌ,—“মঙানপূ মৈপুনকুমনা ঙাল্লে হায়পাকি মৈতে'ঙু কৌএ”—খুমুংলোন

**মৈতৈ,** পোইরৈ, ৱা'ঙম

**মৈতৈলৈমা,** মৈতৈ নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা,মৈত্রেমা, মৈতৈগী মহারাণী

**মৈথাঙ লোম্বা,** মচা মশূ মু লবা

**মৈথৌ,** মৈ চাকহনবা

**মৈদিংঙু,** মৈতিংঙু মৈতৈ নি'থৌ,—“মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন নিংথৌ পোকপী সনা নিঙ্গোইগা নমু মৈদিংঙু পুরান থাবা-ও তৌনা কৌএ” চাদ লাইঃ

**মৈদিংথৌ,** মৈদি'ঙু নি'থৌ, মৈতৈ নিংথৌ,-“কোন্নৌ নোংথৌয়েনও লাইরেন ৱা'বা মৈদিংথৌ সনা নম্নিরেনবু”- সনা লমওক

**মৈনা ৱাই, তাংনাশম,** মতুং ইন্না, অমগা অমগা মথং মথং শম্নবা,—“অসিগী মতুংদা মৈনা ৱাই তাং-না শমনা ইৱাং পুরিকলাই তেনহৈবনা পাল্লে”—মোইঃনিংঃ

**মৈনা য়াইনা,** অহল্লমন্না তৌরবা মথং মথং চখ-বকপা

**মৈনঙৎ,** থুগাইবা, চাইথাইবা

**মৈনাইবা,** মমৈ পানবা

**মৈনিন তোংলুক চনবা,** মৈহুম উতোং পানবা

**মৈনীং কুম্বা,** চাবোকপা, চাবোকপগী মুম শেংন্নিবা কাওবা লৈবা

**মৈনীং হিল্লা,** মৈনীং কুম্বা

**মৈবা,** ৱা অকংবা মচেৎ পয়াম্না উদা চিংথুম্না মৈ লৌনবগী পথাপ,—“থাংগ্নি অহোংবীনা ক্রুধলেন মৈন্নাইবমু মৈঙুৎ মৈবা খোনবু মাচুংঙমদে তোপনা হুনানঙমএ”—ফোঃৱাঃ

**মৈবা চিংবা,** মৈ তৌনবা তৌবা

**মৈবা য়াইগা চনবা,** মৈবা চিংবা,—'মৈগুৎ খা-গথা মৈবা যাইগা চম মৈযেং থঙখোন খুৎপী তৌবাই চিংনা চকমোম খাম্বী মৈথৌহনগে তৌ কুমলবগী,'—ভুতেংঃ

**মৈবী,** মৈ

**মৈবী তোংহুম চনবা,** মৈ উতোং হুবা

**মৈবী থিংগামনা,** মৈবী পাইৱঙুম্না

**মৈবী হাম্দোংবা,** লাইসিংথৌ সনামহি, মৈদা হাম্না লৈবমবা—“খো নাং ময়াৱগী খোমলেম মঙলান চান্দা খোয়ম মৈবী হানদোংবনা লাইরেন ইনোং য়াই-ও শ লৌ নথৌরাঙনা নমু ঐদি পুম্নীং হরাও-বে” সনাঃলাইঃ

**মৈবুন,** মৈ মতুম

**মৈবুন হাইজাউ থানবা,** মৈবা থাম্নুনা চৎপা

**মৈবুন হাইজো** মৈবুন অচোবা

**মৈমতোম্বা,** মমৈ লোম্বা,—“লাইরেন মৈমতোম্বা লুগ'প পানকোম্নবা থানৌয়োয়ৎনবা”—চাদঃলাইঃ

**মৈমাঙ চনবা,** মৈ থাবা,—“মুংবান থ'মী মৈমাঙ-চন শাইবু মৈতান পকপমু য়োন্দনা তানক'লকলে” —পোনবী লুৱাওবা

**মৈ মুৎতা,** মৈ চাকপা লোইদবা

**মৈমুৎ তানবা,** মমৈ ফংবা

**মৈমু তোমশোন,** শাইমুতোমশোন, কোক্তা থেং-নবা শমজিল

**মৈরম,** খা নো'পোক পাংবা মায়গৈ,—“মুহানা

মিৎলম ভাকএ য়ুচেংনা মৈরম ভাকএ"—পুদিন
**মৈরি,** চাকথৎলকলিবা মৈগী মথকলোমদা কাখৎ লকপা শরক
**মৈরি পলওইনবা,** মৈ ইকোয় কোয়না থাবা
**মৈরি পোয়াথেম,** মৈ থাবা
**মৈরিংবা,** অহিং শওবা, মৈ হৌবা,— "লৈপাক বাথোকলবগা কৈরোইনা মিৎশেং মৈরিংএ"—কমঃ
**মৈরুং,** মমৈগী হৌকম, মমৈগী মরু
**মৈরুং কাওবা,** মমৈ থেকৎপা, মমৈ থাংগৎপা
**মৈরুপ তৈনা** খোয়রাং খোয়শাউনা,—"পোংহন্দি থোকখিরে সাপিনা লম চিংথরে, অপানবনা মৈরুপ তৈনা মপুক কল্লাওনা ভাইরমলে"—ক্রথোং লমঃ
**মৈরেল,** মমৈ অচৌবা, লেওহবা য়োৎশবি
**মৈরোম্বা,** মমৈ লোম্বা
**মৈশা,** মৈগী মনিন
**মৈশা তানবা,** মৈ থাবা
**মৈশুং,** মৈবা চিংবদা মৈ মরি য়ানবা মকুম— 'ক্রমলেন, মৈনাইবা মৈশুং শেম্বা মৈবা তাউবদা তাংথাথ"—'ক্রমলেন কৌঃরা
**মৈ শোনবা,** মমৈ তেনবা, মমৈ কৌবা
**মৈহনবা,** অশাংবা
**মৈহন্নবা,** কাবা
**মৈহুৎ,** মৈখু
**মৈহুম মোরোক,** থঙহৌদনা খুদোংথীবা থোক-লকপদা কৈ চনবনচিংবদা খুম্বাং য়ৈনা খুল খুন্দা চৎপা পাউ অথ্বা
**মৈ হৌবরোন,** মৈহৌরোন, য়ুমজঙবা, পারী পুরী ইবা লাইরিক,—"(শক ১৬৬০ ইঙেন) ১০নি ঈরাইদা শলাই ৭ মাগী মৈহৌবরোন ইহৌএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**মৈহৌবরোন য়ুমজওবা,** পু নাহা অহল নাইনা মথং মথং ইথবা শাগৈগী লাইরিক,—"পিবাগী মৈ-হৌরোন য়ুমজওবদা লৈরম্বনা চুম্মে হায়তুনা লোই-বিখি"—চৈঃকুম্বাঃ
**মৈহৌরোন,** মৈহৌবরোন
**মোইকাই (মোইগাই),** চীনবান
**মোইগাই ভাওনা হেনবা,** চীনবান ভাওনা নিং-খিজবা,—চীনবান মোইগাই য়াৎপু শাবন তম্নান হৈওন ভাওনা হেন্নে"—বিরাট পর্ব্ব
**মোইগাই য়ারেন,** চীন য়া
**মোইচেৎ,** মোইবুং মচেৎ,— "য়াংলৈ মরৈমাবী লীকোন চাদরৈবী মোইচেৎ নাশিনবীবু মোইমিৎ লৈচুনবা চম্নু"—চাদ লাইঃ
**মোইভানগী থোঙ,** থূন
**মোইথেম,** অতোপ্পা অময় তেহম্নবা য়াননবা হোৎ-নরিবা, "শক ১৭৭৮ শজিবু ১.নি য়ুমশকৈশদা তে-খাউদগী শামু অমোম মোইথেম অমা থুংলে"— চৈঃকুম্বাঃ
**মোইদোন ( মোইনীং ) কাওনা,** খুনীং কাওনা "শুকনীং কাওনা মোইদোন ( মোইনীং ) কাওনা লোইমোম হনা কুরোন হনা"—অহোঙঃ
**মোইবা,** মাইবা
**মোইবী,** মাইবী
**মোইবুং,** চীন্না কাময়তুনা থোংনবা যন্ত্র মথল অমা, "থীকলেন মথামুংনা মোইবুং ভানোয় মানবযু ওইনা শানওনখিয়ে"—মুমিৎ কান্না
**মোইবুং শাদানবা,** মোইবুং মওং মানবা, মশা নোম্ন পেনবা
**মোইরাম্বা,** মৈদিংঙু খুমোম্বগী মথংদা পানখিবা মচা ইবুংঙো (খৃঃ ১২৭৮ ১৩০২)
**মোইরাম্বা চম্নু,** মৈদিংঙু মোইরাম্বগী নিংথৌন, মোইরাং নিংথৌগী চম্নু, মোইরাং নিংথৌন,-"নয়োন মৈতৈরৈমা ইরাংলোন কেগে মোইরাম্বা চম্নু লোইবী ময়োন ওবী"—নিংঃ লম্নুঃ
**মোইরীক,** মোইবুংনা শাবা লীক ( লৈতেং )— "লোইবী লোতৈ থোরাই মনিংথৌ চারারেংগা চদোং লমলাই মরৈমাবী চীংশাং মোইরীক নাশিন-বীগা"—চাদ লাইহুই
**মোইমিৎ,** মিৎ
**মোইমিৎ লৈচুনবা,** উ কাদোংদা য়ানবা,-"কাক-লেন ল'ম্বোয়াঙপু মোইমিৎ লৈচুনাম্নে"—কংলৈঃ
**মোইমিৎ লৈচুবা,** মমিৎ কোথোকপা,-"খাগয়ন চৌফা মিংনাইপাপু মোইমিৎ লৈচুনৈএ"-কংলৈঃ
**মোইরি মম্নম চম্নু,** খুয়োনথেম মুংখোম নিংথৌন
**মোকাং শক্ক,** থবানমিচাক চিত্রা নক্ষত্র
**মোংবা,** (১) শেন্দাংদগী হেন্না পিকপা উচেক

জাং অমা,—উচেক অসিনা যুমদা চঙলবদি কত্তবা খুদমনি হায়বনৈ (২) যুম—"অহিং যুথক মরিগুনা নরান মোংবা নয়িম নাক্না থোথামলে" —উ(রাঃ) (৩) তুরেন,—"কেগে হেমু থরোনচা মোইরাং য়াম্বী শোয়শেনববু কাইনা হল্লকওঁদা অদোন থিংলৌ নিংনা তেরকপদা মোংবা তোরৈমা লৈরাই মুংবী থক্তা খুল্লান হেমথু কানাইচা × ×"—চাদ লাইঃ —"পামেন উপাক তংখাই ওইনা তুরেল মোংবা ঈবু কৈনা থিংনা নমু পোংবু চংনগে হায়দে।" —হিজন হিরাউ, —"শানৌ ইচিন ইনাউদি মোংবা অমরক তু তেংহোসে',—তুতেংঃ

**মোংবা ঈ.** তুরেল

**মোংবা তাজিন খুরৌ য়েংপা.** লোংথ্রৌ য়েংপা (চনবা)

**মোংবা মরানরায়,** মযুম

**মোংবা মশাইকোন,** যুম, মযুম,—"নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবগী মোংবা মশাইকোন্দি কদায়নো"—চায়ঃ

**মোংবা লৈরাই লামথরৈ,** লাংথৈ

**মোংবা হনবা,** উমং লাই অমা, মহাবলী উমং অমসুং মচুগী মনাক্তা মখা পাংবদা লৈবা ইরেন অমা,—"শুরুগী নাকোং য়েত্তগী মোংবা হনবা থোক-এ"—"রাংথৈরাকপদি মোংবহনবনে"—ফমলোন —"শাদোকপম শাইপুগী কুম শক ১৬৫১ ইত্তা থা ১৬ নি লংমাইচীংদা সনা কৈথেল্দা মুংবা নুংবু হমু মানগী মূর্তি শানবা মোংবা হনবা তাল্লা চিংশিন্নে" চৈঃকুম্পাঃ

**মোংবা যুমদাংশাং,**—যুম, "কম্বোং ইপুংরাম্বু ইরান মোংবা যুমদাংশাংবু য়োদনা য়াংলৌ লম্মথাও অসিদা নোংমল্লগবরা থওদে"—চেংলৈঃ

**মোংবা যুমবুম হাওদনা,** যুম অমতা চিথদনা, যুমথোং খুদিংগী

**মোংবা যুমলেন,** যুমজাউ,—"তাউত্তববনা মতাং তেল্লে, নরান মোংবা যুমলেন য়ায়দা য়াত্তারমগে" কৌঃরা

**মোংবী চাংতাইরেন,** কৌএ চীং,— "কৌবা অঙাংঙা-ও লাইরেন ঈচীন ইনাউদি লাইজা ঈনা ঙমলবনিগীনা মোংবী চীংতাইরেম্বু ইন্দাল্লকপনে"—তুতেংঃ

**মোম,** মচানুপী, ইমোম,—ইচা নুপী, নমোম,—নচা নুপী, মমোম-মচা নুপী

**মোমন্নু,** নুপী,—"মোমন্নু চীংঙু লাইবক থীবী ঐবু নুমিং নওগী বংশ শাগেরেন্দা নানৌরেকপী মহাকনে।"—বিরাট পর্ব্ব, —"মোমন্নু ঐদি করি ওইরসিবনো ? -থঃলাঃনীঃ

**মোমন্নু খুজিন শোজিন লাই.** অঙৌবা পকপা লায়না, অহোরাই, "—মপাম লুবাং লাই থোয়মা লাইয়েক লাই লাইপাউশা মোমন্নু খুজিন শোজিন লাইবু লাইকোকলে"—চাদ লাইহই

**মোমন্নু তাল্লোয় মরুম্বী,** মতু,—"মোমন্নু তাল্লোয় মরুম্বীগী শমলাং তোনচিংনরবগী"—উঃ(রা)ঃ

**মোমন্নু থোইনা ইথোকলক নুরা লাংজেং ইকারকপা,** চাউবা হেল্লকপা

**মোমন্নু নুজা,** নুপী

**মোমন্নু নুজা ওইবী,** নুপী ওইবী,—"নুজা মোমন্নু ওইবীনা থংলেন মরা শিরবগা মোমন্নু হমু ময়াই কায়ে"—চরাইরোংবা খুনগুম

**মোমন্নু নুজা মগুং মানবা,** নুপী মানবা,—"মোমন্নু নুজা মগুং মানবশা ঙাইরগিও"—চায়ঃ

**মোমন্নু য়াওরা মগীং শুরবী,** গর্ভ লৈবা কুমথা শুরবী নুপী,—"মোমন্নু য়াওরা মগীংগু চকমোম তেমথাও লোনবী লোইদাম থাবু ফাবীগ।"— নাঃকঃকাঃ

**মোমন্নু য়ারা শিলকাপলি,** হুয়ত্রি

**মোমন্নু য়েনপোৎ ইথৌরাং য়েলাং ইমওদম,** ঐনা থৌরাঙ তৌজবা

**মোরা,** শগোল অঙৌবা

**মোরিময়ুম চন্নু** খুয়োম্নেম মুংথোম অনীগী নিংঙোল,"—"মোরিময়ুম চন্নু হায়পতি খুয়োম্নেম মুংথোম অনীমানে" - পেল্লোন তেংথা

**মোরিয়া কম্বানচা,** মমাউঙদা পালম্বা নিংথৌ অমা ,হওৌই, —"হে মোরিয়া কম্বানচা ঐবু হি থরা লানবিয়ো"—হেজুঃ

**মোল্লাং,** মোন,—"মাংগোল খেজংদা শামুক মাওদা থা মোল্লাং য়ায়দা চন চরৈথক্তা থোংনা কত্রং লংলা তরেৎনা অঙাওবা চীংলাই শা অমুবা কো-

য়ীচেন য়েন্থুম পুমিং থিল্লিডৈ"—হেঞ্জু:

**মোয়াং তণ্ডাই,** মোন

**মোয়াং তণ্ডাই থাবা,** মোন থাবা,—"চৈরৈ য়াকু ডৈ মোয়াং তণ্ডাই থামা মমান মচাবু ঙাইওমখিএ" —শলকাও

**য়ৌ,** য়ুম নাইরবী হুপী

**য়ৌবী,** অপীকপা বা মথল অমা,—"থাংই ফৌ-পোম তা য়ৌবী পোংসাং য়ানগুম য়ান পুন্নুং চংবী লক্কু তুপকুম তুপকে"—ওঃঙবা

## য

**যাত্রা,** য়ুমগী মরু ওইবা য়ুবী, মুকনা তকথংনবী শায়বদা খুাইবু থাবা মী, মুকনা লাম্বা লৈতবা মী, লম চংকদবগী খোঙশানবা

**যাত্রা খোঙশানবা,** যাত্রা তৌবা

**যাত্রা খোশাল্লকপা,** যাত্রা তৌরকপা

**যাত্রা তৌবা,** খোঙশানবা

**যাত্রা পাবা,** য়ুমগী যাত্রাগা মায়োক্লবা উখোঙ

**যাত্রা পুবা,** লুহোংবগী লাই তিনগী পোচৈ পুবা মাঙ ইথং থংনা চংপা মী (যাত্রা পুবী)

**যাত্রা পুত্রা,** খুলামখা অহানবা

**যাত্রা পুংফম খেনফম,** খোঙশানগদবগী মতম

**যাত্রা হুনবা,** য়ুম হৌবা

## র

**রাহু,** গ্রহ অমা,—"পেং থোঙদগী রাহু থোকএ" —কমলোন

**য়োসো,** মৈদিংঙু লোইয়ম্বগী হাকক্তা নৈরম্বা কিশাবা হঞ্জবা,—"য়োসো কিশাবা হনবনা শংদিং কিহৌ তম অঙাঙবা থাগা থা অশংবা থক্তা থোং মেমানবা য়ায়দা চন মকোং চিদাইথোম অমুবা মুতুম থিন শীংখন চাজুমথোক উরিং লোনয়াম্বীচা য়িমশানা চরৈ নিংথৌ ফিবু কোরৌ হুমিং শীংবুম চহমগুনা চরৈ কি শারবগী"—নিংঃকি শাবা

# ল

**লকতরোই নোংথোইবা**, পূকনীং সুঙাইতনা মতম লেনবা

**লক্রোই নোংবু শাংনা**, সুমিৎ কুইনা,—"মমোম রাংঙমলোনবু অমন পীথোমলবদা পামং মপূংয়ায়দা লক্রোই নোংবু শাংনা নোংথোইরবদা"—
নাঃ ফ. কাঃ

**লকা**, থজিন, থমোয়,—"পিরেম ঈফম তাউ, মিৎকোয় লাইঙ্গা মরাঙ হৌনা মপা সু শি মৈনা থমোয় লকাসুংদা সুংশি মৈচাক ফংলবগী পিরেম ঈচেল চৈরোয়ননা পাওমেল্লকএ"—লাং শঃথাবা

**লগন**, লগ্ন, রাশি তরানিথোইগী মস্থংদগী অমগী খেনফম"লগন মতম ফবগী খেনলেন য়াইফচৈরোইননা হুয়েন লানশোকফমগী তেংগোন ফমপী মাঙতা রাই-থুংলবে"—লাংঃশঃথাবা

**লগন চীংলাইতম**, মকর লগ্ন,—"লগন চীংলাই-তম মহেন্দ্র পূংজা লাকনা পুসুং রানফক ফিনু হৌনা চরৈ কিশা তম্মে"—নিংঃফি শাবা

**লং অহিংবা**, চাক মেস্তবা লং

**লঙজা**, অয়োন অরান,—"মচা মানা পোকপগী লঙজা অয়োনবদি পম্মৌ ঈহুনবিবা মপানা ফত্তা রারৌ লিংচেনসুং হৌনদে"—লাংঃশাঃথাবা

**লঙজা অয়োন**, অরান অহই, দোষ, মরান,—"লঙজা অয়োন ঙাকপীও"—ধঃলঃনীংঃ
"শ্রীরাম লাইয়িংথৌনা সীতা লাইবেম্মগী লঙজা অয়োন থঙলূদনা বাল্মীক মুনি বন উমংলেন্দা থৌ-শীখিরবদা লবকুশ অনীমকপু নাউনৌরুইএ"—
লাংঃশঃথাবাঃ

**লঙজা অয়োনবা**, মরান, অয়োন অরান,—"লঙজা অয়োন রাবু করি লৈবগী তৌশিকনো ?"—অশ্বমেধ,-"লঙজা অয়োনবা খৈবিকপু লীকলাই সনা খুয়াথানা ঙাকপীও—ঙ.ঙম্বা

**লঙজবা**, অয়ানবা থবক তৌবা ; লানজবা,—"লঙজবা রারৌবিগুনো"—ধঃলাঃনীংঃ,—"খুনয়ায় নেৎপিগন্থু লঙজরে হায়রে"—চৈঃকুঃ

**লংচা, লংজা**, লং মচা

**লংদোমফি**, (মমাংঙৈদা কোংবজমনা শানরম্বা) ফি জাৎ অমা, লংদোমনা শাবা ফি,—"কোংবজম নঙদি লমদোমফি শাউ"—লোইঃশিনঃ

**লংফাই**, ঙৌবোং, অফাইবা লং

**লংমাই**, শেলোয় লংমাই, খুন অমগী মিং,—"ননোংয়ায় ঐদি শেল্লোয় পঙোংলকলে, লংমাই পনলিৎলকলে"—নাঃফঃকাঃ

**লংমাই অপানবা**. লাই অমগী মিং,—"মচুদি রাউনা ঙৌএ, মমিংদি লংমাই অপানবা কৌএ"
সুংঃঅচৌবা

**লংমাইচীং**, নোংমাইজিং, নোংমাইজিং চীং,-"২৮ নি লংমাইচীংদা নিংথেম থুংলৈএ—চৈঃকুম্বা

**লংমাই তেংনা য়িমগাবা**, নোংমাইজিং চীংদা শেলোয় লংমাইগীদা যাওং ইন্দুনা যুম-কৈ পান্দুনা লৈবা

**লংমাই নিংথৌ**, নোংমাই নিংথৌ

**লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বা**, পাম্বেইবাগী মশাবি নোংপোক নিংথৌ

**লংমাই পনম লানয়ানফম**, শেলোয় লংমাইগী মীহাৎফম

**লংমাই মথলমা**, শেলোই লংমাইগী (নোংমাইজিং চীংগী) লমঅমা

**লংমাই লৈহৌ মাইবী**, পুরৈরোম্বগী মাইবী অমা

**লংমাইলোন**, শক্ক শোম্নবা লাইশোন অমা,—'শিংখাংবম নঙদি লংমাইলোন শকও"—লোইঃ লাইঃ—লংমাইরোন্দি :—চীংথোঙ য়োইরোঙী চা-লনপা, লাইরেন মৈতিংথৌ, লোকয়াই থাপা

নিংথৌসুঙ তরামা, থমং থাপা নিংথৌসুঙ তরামা, ঊলেম থাপা নিংথৌসুঙ তরামা, 'নিংথৌ তরামকী মথক্তা ময়ায় কোয়লেন তম্পা নিংথৌ. লীকলাই ৱাংকোম লৈমাচা ৱাংকোন নিংথৌ তুপী থমং লোকমাই খায়এ। লাইচা ঈ লাইখন তুরেন মুংগী মাতেক-থাঙথোং লাইরেমাপাকা হেন্না পানকবা-ও। লাইরেন নঙগী নরম কৌপা লম্মহন, লোইপী চীংশোং খুনঙম লম তুংথুন্নাকপা লাসোং তাউপা তাউপা কৌপা হুইমিংনপা, শেলাং কৌপা লাইমিংনপা মেনলৈ কৌপা কানচারেম্পা কানা লম, কৌপা লম্মহনপু চৈনমতা য়োয়মমাই তাউতনপা থাপা লাকশিন্নবা লোয়নলিঙৈ সনা খোম্মতোনতি লৈচাহনখিস্সুনো ॥×॥ নমু মৈতিংঙু লাইরেন উরাকোম্মোপা হৈহাউ মুতংথেন ঙাংচেং চীং থেনকাপুং শিনৌ নমথোঙ থেস্তা থেল্লেন মুলান মাইনে ॥×॥ নমু মৈতিংঙু লোইনাই থৱানথাপা থেল্লেন মলানয়ায়নে। নেমনা কাপলপতি নেমনা শি ৱাংনা কাপলপতি ৱাংনা শি। য়ায়তা ফেন্নপতি পোনগী চীং চরোয় অমুপা লাংলেন কোঙয়াং ৱাতোনথক ৱাশা খনকৈ থকী কাপথথেন, মুমু খুনঙমথেন লাংসেং মিনাইপা ফানা থেন থেল্লেন মুলান য়ায়নে। ×॥ নমু মৈতিংঙু লাইরেন শেনপী খাকেম্পা মলানয়ায় ঙাংচেং চীংমথক্তা পুংমা থোল্লে। পুং মথক্তা থেনমা থেংএ। থেন মথক্তা শঙমা শা, শঙ মমুংতা তরারক মাইরেম হৈরাঙ মথেন তৈ, তাউচীং হৈমা চারপতি য়াকুমথেন, ঙাইরোং শিংমা চীকলপতি লৈশাথেন, তনবা খুমাঙ কোপ্তপা কাওরেন লাইথেং কন্তপনা পাথৌ শেনকোইথেন তনপা খুয়াং কোপনা কাওরেন লাইথেং কন্না, পাচেঙ থোম্মা থোইপা ফীরান নাম্মথক্তা নাম্ম হেনপা, পানবা কৈশকপা কৈরেন তেংথাপনা হেকঙাই পাউথংথেন, মৈতিংঙু লাইরেন শেনপী খাকেম্পা ৱায়রা মতেঙ্কা মচীন কোনঙৌ হাইয়ৈতোপফাপা, চেঙচা লুমলেনতুনানা শাপা, শাৱা চেঙকোই মীকনা নানাপ্ পা, তুমুং লংলামানা পাকনপা তেন্না হাওলৈ লাইনা গাংনা কাপলবদি থংকান নিংথৌ মাঙরেনপা কাপকংথেন, হাওলৈ ময়োংচুপলা পাংনা কাপলপতি থোনাং ময়াং নিংথৌ তেক্কালাচা কাপফংথেন, মুমু খুনঙমথেন, লাসেং মিংনাইপা কানা তেন থেল্লেন মুয়ান য়ায়নে।

**লংমাই হান্না শাবা চীং**, হান্না শাবা চীং নোংমাইজিং

**লংমাই হোতন্বনা শিংথা চীং**. লংমাই হোতন্বনা অহানবা শিংথাবা চীং, নোংমাইজিং

**লংমাই য়েনখা**, থমচিংকোন্না কমলবা কাল,—"থমচিংকোন্না খুম্মে. ঐগী ইতুসুঙ মুনখিরে খুম্মে ঐবু পাউহনবা অসিবু শুরু ওইরে হায়না চঙখিএ। মানা চঙখিরবগা থমচিংকোন্না হুইরিগুমনা খোঙখুন শঙহন্দনা লৈহুংদা হনচিনখিরে, পোইরৈতোন্না চোংথংলকপবু মহাক্তি ফংদরে মথুলগী ফালদি নমন্না লৌরোএ, কাল অদুবু লংমাই য়েনখা কৌএ,য়েনবী খুরোম্বনা হোংচবা মুং অদুনে. চংলম মতোনগী মুং অপুম্বা অদুনে, নিংথৌনা নেংহৈদবা মুংনে"—ক্রথোং লমঃ

**লংনবা**, য়াদবা, তোরোং খোদানদবা, ইম্মোকপা

**লংলাচাবু**, লং তিংবা

**লংশঙবা য়ুমনাক**, অকাংজম, চিখ্নাম, ইরোমপম, ফিশাবা ঙানবা নাহা, খুমনথেমবম, খুমুকচম, ইপুশংবম, উসিয়াম. হকৱানথেম।

**লনউনপোৎ**, অউনপোৎ,—"মমোম লৈমা লনউনপোৎ অলঙ্কার চৈরৈ ফীরোয় পুন্নমকপু নিংথৌ মাঙ দা থানা কংলবগা"—লাংশংথাঃ

**লনকুচাউবী**, লন পীনহৈবী, থৌজাল হৈবী.—'নশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা য়োয়বু খুনলৈমা লনকুচাউবীগা"—হিংহিঃ

**লনকুজবা**, শেল কংচবা

**লনকু তাইহেন নাইদবা**, লন পীথোকপদা পেনবা হৈতবা, পেনবা নাইদবা

**লনকুবা**. মচাক মরল পাবা, শেল পীবা, পোইমুম শিদবনা লনকুবিরকপানারঙৈনে"—পোংলুঃ

**লনকুবীবা**, থৌজানবীবা,—"লাইরেন ইনোংয়ায় নঙোন্দা কাওজহনগে হায়না লনকুবীরে"—নাংকংকাবা

**লনকুহৈবা**, থৌজান হৈবা,—"কোয়ৌ লনশামনগী খোইয়ুম লনকুহৈবনা পোনবী তীংই মশক ওইমা সানওল্লকলবগী"—পাংনোংঃ

**লনঙবা**, লন পীবা, থৌজানবা, লনকুবা
**লনমাবী**, লনগী মপু
**লনশাবা**, কংপা,—কোম্নৌ লনশাবা লাইমীংবা
**লনশিংঙমদবা**, লমন শিংবা ঙমদবা
**লনশিং তানবা**. লমন খুম্বা,—"মথংলেন কাকলেন নোংতংস্নু মোইরাং কাপমী অথোবনা ইমু মমৈ থক্কুনা মরুম লনশিং তানগৈ"—চাঃলাইঃ
**লনশিংবা**, লমন খুম্বা,—"থংলেনগীদমকপু লৈকাই পুজরুক থোংনাং মায়তেকপা মাম্নরুক্কুম্ববু লনশিং-বিয়্" - চায়ঃ
**লপ**, শগাই
**লপ্তরৈ**, লপ, শিকা,—"কৈরোইচম নঙদি লপ্তবৈ য়াল্লো"—লোইঃশিনঃ
**লপলী**, অয়ানবা থৌরী
**লপলেনকা**, ফুংগা লাইরু লৈবা য়ুমগী কায়াৎ অমা
**লপরানকা**, য়ুমগী কায়াৎ অমা, লপলেনকা,
**লফাং**, চয়োং ( মসি লফোয় লফাং হায়বনচিংবদা শীজিনৈ )
**লফু**, পুম্নং, মকা পানবা পাম্বী মখল অমা
**লফুৎ**, নাপী, ই
**লফুৎ লৈনা থাবা**, লৈপাক্তা নাপী থাবা, ফক থাবা
**লফোয়**, লফু পাম্বীগী মহৈ, লফোয় লউ, —লফ থয়োদগী লফোয় ওইনা পাম্বীদগী য়াম্থরিবা শরুক
**লফোয় লফাং**, লফোয় চরোং
**লফোয় লফাং চঙথোকপা**, লফোয় লফাংদা অনী অনী পুম্না পায়রগা থীবদা তুমা শুদবা মশীং
**লম**, লৈপাক, লৈবাক, খুতুপ মরী শাংবা, খুতুপ মবি
**লমওকঙম্বা**, লমথাঙদা ওকলম্বা,—"মোইবাং লনহান্বদি পুকনীং বাকাউরবগী চীংঙু লমওক ঙমদরে"—সনাঃলাই; "ইয়ু কোং লৈমাবনা ভিঙ্গা হিপোং শেমনা লৈরাই চাংজৌথক্তা লমওকঙামএ"—শমঃঙমঃ
**লমওকনবা**, উনবা, থেংনবা, লম্বীদা ওকনবা,—অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বনা মশানৌ তুবী ঙাংয়েক চমু তংকাম্ববী ফুইতিংঙা পুইতিংঙা তংকা চমুবু লমওক্লগে হায়না × × × × হাউমন পাথাইথেন ঙাইয়োং বাংবা চীং[illegible] শেল্লোই প্নমনা হুপনা খোঙশাল্লকলে"—নাঃফঃকাঃ
**লমওকঙাম্বা** লম্বীদা ওকলমবা,— "মদাইরেম পোইরৈ খুনজাংগৌ তয়ম নাইজা াঙম্না লাইরেন মৈদিংঙুবু লমওকঙাম্মে"—নাঃফঃকাঃ
**লমওম্থোক**, অঙকপা ওম্থোকপা লম
**লম ওল্লুবা**, চংলুবা, লম মশিঙ থারুবা
**লমকনবা** উবোং গিনবা, লম অসি মপৈ ঐথোয়-গীনি নত্রগা মথোইগীনিনচিংবা হায়দুনা খঙনবা খুদম থম্বা, লমঙাকপা "পোইরৈ মৈতৈ চিমা-রাংবীদ মরোং ঙক্তা হুক তিমেন মাঙয়িম্নবা কোম্না লমকনলৈযে', - চাযঃ
**লমকেৎপা** লামহেনবা, মঙক কনবা লমকেৎ লম-হাইবা,—"নিংথৌ লমকেৎপা কনানা লানশোক কদৌঙমলদে"—লাংঃশঃথাঃ, "থামরল লমকেৎপা ঔবা লমথোইবা অহুম্মাপু পীরবগী"—ঔবা ঙম্বা
**লমকেৎ লমহাইবা** লমহেনবা, হায়বা ইনদবা, "ইদাইরেম নোংয়ায় চাথা মোইরেম্বদি অদোন লমকেৎপা থুমন লমহাইবনে"— চায়ঃ
**লমথম**, লম অরোইবা, সীমা লোম্বা
**লমথম তানবা** লম সীমানা থম পেংবা
**লমথাঙ**, লম্বী, লম্বী ময়ায়,— মোমহু য়াংলৌ লমথাঙদা লমওক্লবীনা"—চায়ঃ
**লমথৈ**. লমগী ঙমথৈ, সীমানা, লম অরোইবা
**লমগন**, লম কনশিনবা, মাগীনি হায়না উয়োং গিল্লবা লম, লাই তিন কনবা লম
**লমগন থৌবা**, মীগী লম লৌশিনবদা থৌনা ফবা, লম লোই.চনবদা থৌনা ফবা
**লমঙানবা**, ফজবা, লেম্বা, চীংলেম্বা
**লমচনবা**, লোইচনবা, লম লৌশিনবা,—"নয়ু মৈদিংঙু নোংপোক বাইরং পামহৈবনা কোই মপান ফুক চেগং মক তুপনা কোংমতো ফুরা লাইফমলেনবু থাঙলেন খুংনা ফংনা পম্বেং লম, শাংথু শাংলাথৌ থৌত্র লুপা চাংদা চবৈ ফীরাল থেংনা ঔবা থোঙলেন লমচনগৈগী তুবী মরান ওন্দেরক-পদা"—নিংঃলম্বঃ
**লমচাওরেন**, লম্বী লমজাও অচৌবা

**লমচাই ফদনা,** থৈদোক থৈজিন য়াদনা, ওণ্ডাই ফদনা,— "লাইরেন মৈদিংঙুদি পল্লেমগী থোয়রেনগীবু লমচাই ফদনা থোইমোম লাই ওইখিরবদা" নাঃফঃকাঃ

**লমচিমবু হাওদবা,** লম মচেৎ অমা ফাওবা চিথদবা, "লমচিমবু হাওদবনে, ৱাইচিমবু শেন্দবনে"—নিংঃলম্বুঃ

**লমজনবা,** লমচনবা

**লমজন থোৱা,** লম লৌশনবদা (লোইচনবদা) থোৱা ফবা, "লাইরেন মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা য়োইমাবা তাংলৈঙান্দা থোদোংবা ঐরাবতী লাইজা ইপান তান্না চেক্যাং লৈময়ায়দা চৈরৈ ফিরাল য়ুংনা লমজন থোৱা নোংপোক কোই ওরেং ওম্বা কোংমুতাগা লানমিংনাই চোইনৌ সনা লৈ ওইনববু কাইনা হনবা-ও মিংথৈখিগনি"—নিংঃলম্বুঃ

**লমজা,** মমা মপা লৈত্রবা মচা, অহল্লম্মন্না নাউয়োক্কবা মচা,—"নশানৌ ঐনা লৈকোক লৈকাই লানবা ইওাউ লৈপুং য়াকাবা থাংচেং পোং পৈবদা হে লমজা হায়না ঙাইনোকনৈএ"—ধঃলাঃনীংবা

**লমজা শারা,** পীতৎ পাতৎপা, লমজা মচা

**লমজা শারা পীতৎ পাতৎপা,** মাগীনি হায়বা হন্না য়েংবদা কনা উত্রবা মমা মরী মপা মরী লৈতবা

**লমতল য়ায়রেকপা,** লম্বীদা ফাইতুনা অহিংলেকপা,—"তাউচীং উথোঙখাদা লমতল য়ারেকলবদা ইমুং সোয়ায়মদা"—ঔঃঙম্বা

**লম তাইবা,** লম ঈরাৎপা, লমদাইবা

**লমতাক তানবা,** লম মাঙহন তাহনবা

**লম তাকপা,** লম থঙহনবা, লম মাঙ তাকপা, লম থুগায়বা

**লমতিন্নবা,** পান্নবা, লম অমত্তা ওইবা

**লমথক,** লম মথক

**লমথা,** কাং মকাপ অমা, কাং শান্নবদা কাপকদৌরিবা মী অতুনা ফমলগা খুং নাম্মগী খুবীগা খুদোনবীগনা অতোপ্পা খুং অতুগী খুংয়ায় অতু অহানবদা ফারগা ইন্দুনা কাপ্পা কাং মকাপ

**লমথাং থুলৎ,** মনাফি--কোয়েৎ মপান চনবান, নিংথৌনা মনা পীৱা নত্রবদি মীচমনা শীজিন্নদে

**লম থাঙজৌ,** য়ামনা য়াৎকনবা ই জাৎ অমা

**লমথোইবা,** লমকেৎপা, লমহেনবা, ইপোঙ পোঙবা,—"পাথৌ ও ইবিঙঙাদি পোইরৈ লমকেৎপা খুমন লমথোইবা মশেন্নে"—চায়ঃ

**লমথোকপা,** মপান্দা কোয়থোকপা, শাবন লমথোকপা, লাই হরাউবদা লাইরোই মুমিং য়ৌরমদাইদা নোংমা লাই হরাউবুংগী মপান্দা লমহাঙ অমদা হরাউরিবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অতু পুতুনা লাই হরাউবগী কুম্মৈ তৌরুরগা লাইবুংদা অমুক হন্জিল্লকপা

**লমথোঙ,** থরায় থোঙ্গান, চঙকম থোঙ,—"হয়েং অৱাবা মতমদা লমথোঙ ঙক্কদবনে"—শাঃলমঃ

**লমদনবা,** লম্বীদা ঙাহাক পোথাবা, লম্বীদা পনবা, ফাইবা,—"ইদাইরেমশা চেংলৌ মিংকুপ মরমদবু অৱা পোথাথিসে য়াংলৌ লমদনথিসে"-চীংথঃশাঃকাঃ "তাল্লোয় মুংচান ৱাতুনা খোঙফৈ চীরোন চন্নদি লমদল্লেদে"—কুমঃ

**লমদম,** লম, লৈবাক,—"লমদমশিবু পল্লেমনা লৈবগা শানৌনা লৈবগা কনানা তাম্বনো"—হেঞ্জুঃ

**লমদম,** লমদা পুদা, লমদা ৱাইদা

**লমদা,** থা অমগী মিং,—"লোইদাম থাজা চৈহৌথা, লমদা থা-ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো ?- থারোন

**লমদাইথেৎ,** লম মতাই

**লমদাঙ,** লম্বী,—"লমদাঙ অচৌবনা মুংলকলবসিদা" -হিংহিং; "লুরক কাঙদৈথি খোনাউ লেনথোঙ লেন লাল্ল পোলেম হান্না ঙাংখা লমদাঙ ইনথিরে" চায়ঃ; ওয়গী লমদাঙ,- মুপী, মুজা, য়েংকী লমদাং, নিপা

**লমদাং ইনবা,** লম্বী মতুং ইন্না চৎপা—লাল্ল পোল্লেম হান্না ঙাংখা লমদাং ইনগিয়ে"—চায়ঃ

**লমদাঙলেন,** লমজাও, সনা লমজাও,—" ৱাংঙম সনা লমদাঙলেনবু ইন্দানখিগনো"—নাঃফঃকাঃ

**লমদাঙশাং,** লম্বী অশাংবা, মরম, —"হৌনা লমদাংশাংবু নত্তনা হুয়েন লান শোক্লবা থোক্লবগী পম্বৌ মপা মচা ৱায়রা তেনয়াম কাপনা শোকনরে"—লাংঃশঃথাঃ

**লমদাংশীৎনা,** লম্বী মতুং ইন্না,—"মপন সনা মথোঙগাগী লৈমুং লমদাঙশীংনা মালেম খুনফাওগে তৌগুমলকলে"—পোঃলুঃ

**লম নামুং**, শোকহৈদবা লম, অশেংবা লম,—"কংলৈ অসিবু কংলৈ লম নামুংবু ওইরে"—চাঃলাইঃ

**লমনেম**, লম অনেম্বা

**লমপোইবা ( লমপোইপা )**, লমদা কোয়চৎ চৎপা, "নসাপা ( বালী ) নিংথৌরেনপু নমতা হুন্না কন্নিকি খোয়মা নারক চৎনা লমপোইঙামপনো" —কিঃ(রাঃ)

**লমফমবা**, লম্বীদা লুমহুনা লৈবা, লম্বীদা তুমিন্না কমহুনা লৈবা, "পাম্বা লমফম্ববু থৌনাগবনো"—পোঃখুঃ

**লমফাৎ**, লম্বী ফাৎপা

**লমফাৎ থৌবা**, লম্বী ফাৎপদা থৌনা ফবা

**লম্ফেন ওম্বী**, অঙোম চন্নু,—"লম্ফেন ওম্বী হায়না তেংথাবদি অঙোম চন্নুব পাএ"—পেনঃতেংথাঃ

**লম্বান**, লমলকতা হৌবা চাবা য়াদবা পাল

**লম্বাম**, লম্বী মপান, সোরোক্নী নাকল,—"শক ১৬৩৪ ইভেন থাশিনোং নিংথৌকাবদা লম্বান খুদিংদা উ লিংহল্লে"—চৈঃকুম্বাঃ

**লম্বান চাক**, লমহাঙদা চাক চানবা,—"খুরায় হাওরমগী কুমদি শক ১৫১০ দা মৈদিংগু মুংয়াম্বা য়াইফুংনদা লম্বান চাক চাঙদা লম্বান পুংজাউ থোল্লে" চৈঃকুমঃ

**লম্বু**, তাগুম্বা মচীন তুম্বা মগোক শাংনা প্যানবা খুংলাই অমা ( মসি কৈ চনবদা শীজিন্নৈ );—"পাথৌ পুরাংশু ও খোকলাং লম্বু নখুংগুদি করি খোকনো,খোকলাং তাংমিংসু করা শুবনো"—চায়

**লম্বু**, লমগী মপু, লমগী থৌবা পুবা মী

**লম মরু**, লমগী মকোক

**লম্মচুম**, লম্বী অশাংবা, লমশাং

**লম্মাথেং**, লম মতোন, লম্মদোন

**লম্মাথেৎ**, লম অচৌবা

**লম্মাপাক**, লম অপাকপা, লমজাউ

**লম্মাবা**, লমগী মপু, লম অহুদা লৈবা লাই

**লম্মামি লম্মাচাউ**, লমকেৎ লমহাইবা লমহেনবা মী

**লম্মারু**, লমথৈ, লমগী সীমানা

**লম্মাহন**, অথোইবা লম,—"লমলেন খোঙহাম্পাৎ লম্মাহন্দা থৌহু চেঙচা য়ুং, কোংয়াং রা থা, চামলৌ লাগা থা"—মোইঃনিংঃ

**লম্মুকরুবা**, লম্মাংনরুবা

**লম্মুক লমশেম্নবা**, রাওই থৌওইদবা

**লমলক লু থুম্বা**, লমদা মুপা কোয়বা

**লমলাংতোং**, লম্মাংদোং, বিষ্ণুপুর,"বিষ্ণুপুর খুরোই হাওরা লমলাং তোংদা রাইথুংখিয়ে"—ঔঃঙম্বা

**লমলানবা**, মীতোপ, ঐগী য়াম্না মরী নরুবা মী নত্তবা, "মীগী মচা লমলানবা নমোম অমা ফুয়বমুও মীরাইতাদা ওঙহল্লে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**লমলানবা**, 'লম্বী ওন্ন তৈননা লাকপা, লম্বী ওন্ননা লাকপা,—"লংমাই তেংনা য়িমকাবা নওদি নোংয়ায় ইপুংয়ায়দা করিগী লমলানলবনো"—নাঃফঃকাঃ চংহৈদবদা চংপা—লাই লমলানবনচিংবা

**লমলেক মশওশা**, লমলক লমহাঙদা য়ায়রেক্লবা শঙ শাবা

**লমলেন**, লমদম, লম, মফম,—"লমলেন লাইফাউবীদা কাওরেন লাইথেংথোইববু লৈএ"-শলকাও —"লমলেন হাওয়াম চিংও তৌনা কৌএ"—তুতেংঃ

**লমলেন মদাইমা**, লমদম, লম,—লমলেন মদাইমা চেংলৈ লুরাংয়ি তাকনা লৈরোংঈ"—হিঃহিঃ

**লমলেন মরাক খায়বা**, লম য়েন্নবা

**লমলৈরাকপা**, লম অমা ঙাকইবা মী

**লমলোই**, লানমী, পাথৌ, মরুপ,—"নমু মীপোৎ হুরানবমুও লমলোই মরুপ লৈতে"—চঃ খুনঃ

**লম লোকপা**, লম কনবা, লমচনবা, লৈবাক অমা লৌশিনবা

**লমশঙ**, লমলক্তা শাবা শঙ মচা,—"খোংজি য়াইনরোক অচনবদা লমশঙ লৈনা শানদি য়াংগোইমিন্নরে"—চেংলৈঃ; "মপাম থাঙভা কম্পোংনা লমশঙ লৈনা শাপাপুতি ভাঙসঙ সা-ও কৌএ" লুঃ খোংঃ

**লমশাং**, লম্বী অশাংবা

**লমশাং ইন্না**, লম্বী মতুং ইন্না,—"নোংয়ায় লমশাং ইন্না হুয়েন লাঙেনলকপবু"-- নাঃফঃকাঃ

**লমশীং**, লম মশীং

**লমহাইবা**, লমহেনবা, লমকেংপা লম শেংদোকপা 'খুমন লমকেংপা অদোন লমহাইবা, রায়রা শাশীংসু হুয়েন লানশীং মুংলবনে"—চায়ঃ

**লমহুই য়ুম্ফম**, হুইথৌ য়ুমফম—য়ুমফম কায়াৎ

মাপনগী মচুংদা মোইরাং লাইজি থংবা

**লমহৌবা,** খোঙশানবা, খোঙদোই হুনবা

**লমহৌরকপা,** খোঙদোই হুল্লকপা, খোঙশাল্লকপা, যাত্রা তৌরকপা,—"মপাম শেল্লোই চীংদগী হাওশম তুংথাংনা ঙাইরোং শিংপোন শেম তাংখুন পানবী পাম্বা ডপ থাঙই চংইন অকুপ্পবু চামলৌ লায়োমশা য়োমবু শমলী ঙাইথোমনা মপাম শেল্লোম চীংদগী লমহৌরকএ"—নাংকংকাঃ

**লময়ায় কাইগা থাবা,** অশিবা কুদা হাপ্পা

**লময়াই কাইদা থিনবা,** শিবা

**লময়েং হৌবা,** লম য়েংবা হৌবা

**লমাবা,** লমগী মপু, লম কোল্লিবা লাই

**লমাবা তুমাবা,** লম তুগী মপু, লম তু কোল্লিবা লাই

**লমুক (লম্মুক)** উ মখল অমা

**লম্পোক্লবা,** লমওক্লবা, লম্বীদা উনবা

**লল,** লন, শেল

**ললকুবা,** লনগুবা, শেল পীবা, থৌজানবা, চানবিবা

**ললশিং তানবা,** লমন খুথা

**ললশিংশা,** লমন শিংবা শা

**লরাই,** কোকতোন, লুতোন,—"মহাক্তি মুপা নিপা মরক ওইএ, লরাইদা হামুন নৈরগা গুরু মশক ওইএ"—থিরেনঃমৈংলীঃ

**লরাই কোইরেন,** লরাই লেনফু

**লরাই লুতোন,** কোকতোন

**লরাই লেমফু;** লরাই কোইরেন

**লরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক চিবা পাউনাইদবা(লরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক চিবা মৈশাংবা)** উচি,—'শ্রীধনঞ্জয় লাইবু নীংবস্পুঙ লহান লাংঙন অমরক্তা মুনি খোইমোম লাই নিংবগী মশানওন লরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক মৈশাংবা ফকলাং লোঙা থেংকোইবনা য়াওয়া পুকথোকফাৎ চরৈ ফিরাক চঙনা মপারি হাথনা মমোম নাউনৌরম্বগী জীব থরাই হাৎনা কংলৈ মশুমাঙদা হুনরে"—ধংলাংনীংঃ

**লরায়,** সহর নত্তবা লম

**লরায় য়ুমফাল,** সহর অমস্তুং খুল্লং

**লহাল,** নহাল, অহুঙৈ

**লহান লোং,** মমাঙৈঙ, থায়না

**লা,** চীংলেন (লুরাংনা হায়নবা), লফু পাম্বীগী মনা

**লা,** ফৌরা, ফৌ শব্দোক্লা। ফৌদোক্লবা য়াংকোক মওং মানবা য়াংকোক্লগী য়ান্না লেন্না পাকপা পোংশক অমা

**লাই,** নিপা মুপী থঙনবা হকচাংগী খুদম, ফিমুং, শিমুং, খোইমোম, খোইয়ুম, চীংঙু, ঈশ্বর

**লাই ঈকৌবা,** লাই হরাউবা হৌরমদাইদা মাইবী মাইবা পেনা খোংবা থৌগল লাংগন মশীং শুনা য়াওরগা পুপ্রি নত্রগা তুরেলনচিংবগী ঈশিংদগী হরাউগদৌরিবা লাইগী মথৱাই মমি কৌথংপা। লাই ঈকৌবদা নৈরাই য়ু খাঙবা থয়োম লাকপা, কোনয়াই থাবনচিংবা তৌই

**লাই ওইখিবা,** শিগিবা,—"পল্লেমপা খোয়রেনগীবু লমচাই কদনা খোইমোম লাই ওইখিরবদা মোংবা থাঙঙা লপয়ান কা"—নাংকংকা

**লাইকল হৌবা,** থৱায় কনহৌবা, শিবা তারবদগী কনবিহৌরা,—"নওপু ঐনা লাইকলহৌএ"—নোংঃ

**লাইকু,** লাইগী থৌজান, চীংঙু মরলকু, শোয়রে খল্লবা পোং কংবা

**লাইকারম,** য়াঙলেন

**লাই কৈথেন কাবা,** হলঙ্কার মুমিং, লমদা কুরি পানবদা থোকপা অচৌবা কুম্মৈ অমা

**লাই কোকপা,** অনাবা কবা, তীনকোক লাইকোকপা মপাম লুরাং লাইবু লাইকোকলে"—চেংলৈঃ

**লাইকোকশু,** মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোক্কী হাকতক্তা (খৃঃ১৫৪-২৬৪) নৈরম্বা ফিশাবা হুৱবনি মহাকনা হংকোক মউন্দা য়েকলিবা ময়েক অহু মান্না ময়েক থোক্লা ৱানফক ফি শাখি

**লাই খংলনা,** খংপেক খংনা

**লাইখল,** খুবাক, য়ুমগী অহানবা কা, মাংগোল, য়ুমজাওগী মনীং অমস্তুং মমাঙ থংবগী লোইরোম তাথরকপা য়ুমথক

**লাই খুরোম্বা,** লাইরেম্মা অমগী মিং,—"নতৈ লৈমা লাইখুরোম্বীবু লাইরেন হুমজাত্তবনা পোকপা মুপীবু চেন্নখিও"—পোংখুনঃ

**লাইখুল,** লৈপুং লৈহো, ঈশিংদা লৈবা শুক্লং,—

"ঈশিংদা লৈবা শুরুংবু লাইখুল কৌএ"—পাঃপাঃ

**লাইখোং,** খোংলম অমগী মিং

**লাইওম,** মৈদিংঙু তোনাবগী থাঙ অমগী মিং (খৃঃ ১৩৫৫-৫৯)

**লাইচম,** ঈশিং লৈবা মফম

**লাইচি,** চিথেক, মথাগা নোংচুপকা লোন্নবা মায়গৈ "চুপকী মমিংদি লীকলমদা উরৈপান্নে, মিংলমদা উরেংবনে, মৈরমদা উশিংবনে, লাইচিরমদা উরৈবনে" —পুদিন; কৌব্রু লাইচি—মুংশিংলম, অৱাং নোংচুপ থংবা মায়গৈ; মোইরাং লাইচি—খা নোংচুপ পাংবা মায়গৈ

**লাইজা,** ঈশিং,—"য়িংথি লাইজা ঈরম ইন্না ইরাবতী লাইজা ঈরম কানা ওৱা তোঙদোই পুঙদা ৱাইথুংলুরে"—শমঃঙঃ

**লাইজা অপাবা,** ঈশিং অথেনবা

**লাইজা অহকপা,** ঈশিং অরুবা

**লাইজা ইপাল লাংবা,** ঈশিং শোকপা

**লাইজা ইপাল লাং ইমু ময়োন শৎপা,** ঈশিং শোকপা

**লাইজা ইরেনপুং,** সমুদ্র,—"সমুদ্র লাইজা ইরেন পুংনা কোয়রিবা তাইবঙ নোংসাপান মরোন অহুম্মকপু অর্জ্জুন ঐনা মঙমলিবা অসিদা"— লাংঃশঃথাঃ

**লাইজা ইরেন পুং তমলেন ঈরাচাউ,** ঈশিং ঈপাক অচৌবা,—"লাইজা ইরেন পুং তমলেন ঈরাচাউ চেংলৌ মিৎয়েং অতাম্ববু লাইজা ৱাংমা লান্না লোইগে লোইঙমলমদে"—নাঃফঃকাঃ

**লাইজা ইরেন পুংবা,** ঈশিং ঈহৌবা, ঈশিং চাউবা,—"মুংবান হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবনা শাবন লমথোকপা কোংলৌ লময়েংবদা লাইজা ইরেন পুংববু মিৎয়েং শানখৈরিঙৈদা"-হিঃহিঃ

**লাইজা ঈ,** ঈশিং,—"লাইজা ঈদা তাবনা হাল্লগনিএ"—ধঃলাঃনীঃ

**লাইজা ইখোং শীনবা,** ঈশিংনা লম্বী শীনবা

**লাইজা ইখৌ লাংবা,** ঈশিং খৌরাংবা,—"মাকলৌরেম পোনবী লুৱাওবা নঙবু য়োইময়াই তাউদনবা মতাং তেনখিরে তরা চাকপু লাম লাইজা ঈখৌ লাংলিঙৈনে"—পোঃলুঃ

**লাইজা ঈঙাওবা,** ঈশিং ঈথক হৌবা, ঈশিং অচৌবা অকন্নবা

**লাইজা ঈদা হৈতবা,** ইরোইবা হৈতবা

**লাইজা ইমুং হকপা,** ঈশিং অরুবা,—"কোরৌ মুমিংমাদি লাইজা ঈমুং হবপবু শোংকিদা"- শলকাও

**লাইজা ঈপাক,** ঈশিং অচৌবা

**লাইজা ঈপাক থক্তা মিংথোনবা,** ঈশিং অচৌবদা মামিং থোনবা

**লাইজা ঈপুক কাপ্পা,** ঈশিং ময়াইদা পোপ পোপ ফবা,—"শমু মখুৎ পাংমনা লাইজা ঈপুক কাপনা ঙুমু তোকতৌ থেম্বা"—চায়ঃ

**লাইজা ঈফম্বা,** পি তরং তরং চেনবা, ঈশিং লেঙদবা

**লাইজা ঈফাই চনবা,** ঈশিংনা লাকহৎপা,—"ঈশাবিবু লাইজা ঈফাই চনগনে খুদোপ ঙাইজা য়েপ্পীও"—হিঃহিঃ

**লাইজা ঈফু শান্নবা,** ঈশিংদা ঈফু নাতুনা শান্নবা, "ঈমুং শোয়য়ায়মদা সোরারেনগী মমোম লাইরুবা তরেংমানা লাইজা ঈফু শান্নববু নিংথৌ মুংয়াং চাউবনা ফি মুনখিয়ে"—চায়ঃ

**লাইজা ঈমৈ খৈবা,** ঈশিং চেম্বখিবগী অরোইবা

**লাইজা ঈরিকলাই,** ঈশিং মরিক,-"গঙ্গা লাইজা ঈরিক লাই মহাকপু শ্রীগুরু পরমাত্মা মশক অরেপ্পগী চরণামৃত অথুম্বনা হেনগোইবা নত্তবরা?"-লাঃশঃথাঃ —"য়োইহৈতোন তাউথিংমাংনা লাইজা ঈরিক লাইবু কংনা থকলবদা"—তুতেংঃ

**লাইজা ঈরোম্নুং,** ঈশিং মনুং,—"লাইজা পুংলেন মরুথেৎতি লাইজা ঈরোম্নুংদগী তাউথৎলকএ"— তুতেংঃ

**লাইজা ঈশম থোরকপা,** ঈশিং তুৱৎ লাল্লকপা

**লাইজা ঈহুনবিবা,** মরু হুনবীবা, পোকপীবা, গর্ভ পীবিবা,—"ধোপা মালে কারবা অসিবু শাবি ঈচীন ইনাউবু লাইজা ঈহুনবীবা পম্মৌ ইপা পল্লেম ইমাবু নত্তবরা"—ধঃলাঃনীঃ

**লাইজা ঈয়োক কোম,** পৃথ্রী,—"নিংথৌ মুংয়াং চাউবা ঈকা ৱাইথংনেনবনা ঙাইতে, পনমরুদা লাইজা ঈয়োক কোমবু শেন্না ঈ য়োকএ"—চায়ঃ

**লাইজা** ঈয়োংদবা, ঈশিং থক্তবা

**লাইজা ঈয়োংবা,** ঈশিং থকপা,—"খুহু কুমদম

শোয় উপীপোক চরাং থাংদা কাওয়েন মুচোংবনা লাইজা ঈয়োংলে"—শলকাও

**লাইজা থিকফেনবা**, ঈশিং চাইবা, ঈশিং থিরুপা

**লাইজা চৗনখুন য়োংবা**, ঈশিং যাউম অমা থকপা,—ঈশিং থকপা,—"তরা খুংপুন হুকলে লাইজা চৗলখুন য়োংলে"—মিকৌঃ

**লাইজা তরঙ**, ঈশিং ঈপাক অচৌবা,—"লাইজা তরঙ ঈপাক থক্তা ওঙবা লৈ পাংথায় থরো লৈগুম লৈরাং তোমশাংনবী"—নাঃকঃকাঃ

**লাইজা তরঙ ঈপাকথক**, ঈশিং ঈপাক মথক

**লাইজা থাথিন পেকপা**, ঈশিং পেকথোকপা, নৌ মরেপ থুমনা থিংজিন্দুনা হি হোনবা;—"শয়েং পানপোম্নবু তিং লাইজা থাথিন পেকও"-পঃপঃহিঃ

**লাইজা পাশাননা শানতেংবা**, ঈশিংদা ঈরোইডুনা, শান্নবা, "মৈতৈ লৈমা লৈনাউ তাবীনা লাইজা পাশাননা শানতেংবগী লুমা হেন্না লৈঙামএ"—পোঃখুনঃ

**লাইজা পিচা**, কাংঙা

**লাইজা ফিশুম তাউবা**, ফি শুম্বা,—পুমুং মফুরিংপু হৈরু মতাই কাঙনা মাল্লৌ ময়িনফিবু লাইজা ফিশুম তাউনা য়োয়মযাই তাউদনবগী ৱাংগোন মনোংশা কোরৌ নোংশা মৈদা ফোরম্মে"-নাঃফঃকাঃ

**লাইজা ফৈনা লাম্থোরকপা**, ঈশিং তুবৎ লানথোরকপা

**লাইজা মঙাও হৌবা**, ঈশিং চাউরকলবা

**লাইজা মঙাও হৌরক্লবা**, ঈশিং চাউরকলবা

**লাইজা মথি নাইবা**, ঈশিং থংচাউ চাউবা, ঈশিং ঈহৌবা,—তুরেন লাইথাং ফানবসুঙ লাইজা মথি নাই ঈমু মঙাও হৌএ"—ধঃলাঃনীংঃ

**লাইজা মথি পেকপা**, ঈশিংদা নৌ থুমনা য়েশিনবা

**লাইজা লোক ঈচেন**, হুমাং তাবা

**লাইজা লোকলোথক**, ঈশিং মথক

**লাইজা শান্তেংবা**, ঈশিংদা ঈরুজবা,—"ঈরম তরেংতা লাইজা শান্তেংলবগা কুমচিং লোনশাং য়েংনা"—নাঃকঃকাঃ

**লাইজা শান্দেংবা**, ঈশিংদা ঈরুজবা,—"লাইজা শান্দেংবদা থৌদু নুংনা শমু মথোঙ নল্লম্মে"—চায়ঃ

**লাইজিং নিংথৌ**, লাই অমগী মিং

**লাইজি**, লাইচি, তাইনকম, অনি কাজন্নবা মায়গৈ অনী তাইনকম, কৌক্র লায়জি, মোইরাং লায়জি

**লাই তংবী**, লৈবাক হোংপা

**লাই তাঙবা**, মরাইবক তাঙবা,—"মানবী চৗহেনবা কাওরেন লাইতাঙবনচিংববু খোমথরকএ হায়দবরা"—ঔংঙঃ

**লাইতিনকোন**, লাইমকোন,— "লাই অয়াম্বনা তিন্নবগী লাইতিনকোন কৌএ, পাখংববু কোনঙৈগী লাইমকোনসু কৌ"—পুদিন

**লাই তীন থাবা**, নিপা নুপী লোন লৈনবগী অমদি লুহোংবগী পোং-চৈ কংপা

**লাইথা**, লাইনা থাবা, লাইগী ওইবা

**লাইথাঙ লাইরোং তুপ**, মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী ( খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৭ ) থাঙ অমগী মিং

**লাইথা চারং লৌ**, লাইনা উরম্বা লৌ

**লাইথেংখোন**, লাইবক থেংনবগী খোঞ্জেন

**লাইথেং থোইনবা**, ৱাইনবা, য়েনবা, ফুনবা থেংগায়নবা,—"কাওরেন লাইথেংথোইববু লৈএ" —শলকাও

**লাইথোইজিল্লকপা**, অনাবা হেজিল্লকপা, অনাবা লাইথেং হাপলকপা,— "অনা ঐবু লাইথোইজিল্লকএ, তন্ফা ঐবু করম তৌশিবনো ?"- পাঃনাঃ

**লাই নাক্পথেংবা**, লাই হরাউবগী লাইরোই মুমিংতা মাইবনা ঈশৈ শকলগা পেনা খোংবনা পেনা খোংডুনা মাইবী অমনা শরীক থিংলগা অমনা শেনগা পায়রগা লাই হরাউবগী লাইবুংদা ফমলিবা নীপা নুপী ফমলিবশিংদগী শেল নিবা

**লাইনা পাংনা**, মায় অৱাং ওন্না,— "কৈরাউ চৗলাইবক্তা খোইমোম লাইয়িংথৌ তারিবা লিখন তরামচীং চীন্দা কাওরেন মপা তাম মমায় হাওরৈ লাইনা পাংনা য়াহিপলে"—শলকাও

**লাইনা পাংবা**, অৱাং থংবা মায়গৈ

**লাইনিংথৌ**, লাইয়িংথৌ, লাই

**লাইয়িংথৌ হনবা**, লাইবংথৌ অমগী মিং

**লাইনীং**, কোরৌ লনশাবা

**লাইনীং ইফাই চনবা**, লাইনীং কায়বা,--"পোইরৈ

পোংশক ওয়া লাইনীং ঈফাই,চল্লে"—শাঃলাইঃ
**লাইনীং পরৈ চেৎপা,** পুকনীং চঙনা লাইনীংবা
**লাইনীং য়াচুম শুবা,** সত্য লৈবা, অচুম্বা ভাওবা, ধর্ম্ম লৈবা
**লাইনৌ তাবা,** চীন্দা লাই তোংবা
**লাইপন,** লাইবার, নিংথৌগী পাউ চৎপা মী,—"শক ১৭৬৩ লাংবন'থা ১০নি য়ুমশকৈশদা অঙোমচা নোংথোম্বগা ঙৌবা লাইপন লৈমা নিগে হায়দুনা দুলাই সরুপ্পা পুরকপা থুংলৈএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**লাইপীচা,** থেংগু
**লাইপোক,** মীথোই মীহেনবা মী, মী অচঙবা, মী মরু, মী মচং
**লাই ফদিবী,** মী মওঙ মান্না ফি মচেৎনা শাবা পোৎ
**লাইফম,** তীর্থ, লাইগী মফম, পানা অমগী মিং
**লাইফম পানা,** মণিপুরগী পানা অমগী মিং
**লাইফম লাকপা,** লাইফম পানাগী মকোক ওইবা ফমঅমা, পানা লাকপা অমা
**লাইফমলেন,** লাইফম অরুবা, লাইফম অথোইবা, মরু ওইবা লাইফম
**লাইফম য়াবা,** লাইফম লিংথৎপা, লাইফম শেম্বা,—চীঙগু লাইরী থিনা খোইয়ম চেংলৌ ইশক তমনা নোংপোক চকলৈশেন অপানবনা চীংগু ইশক মান্না সনা কোলু হৈনা খোইয়ম লাইফম য়াবিও"—পাঃ নোংঃ
**লাইফি,** ফি জাৎ অমা, লাই কৎনবা ফি,—(মমাঙৈঙদা লাইরেল্লাকপমদনা শাবা) ফি মখল অমা,—লাইরেল্লাকপম নঙদি লাইফি শা-ও"—লোঃশিনয়েন
**লাইফি তোংকাপ,** (মমাঙৈঙদা চকপা থিয়ামনা শাবা) ফি জাৎ অমা—"চকপা থিয়াম নঙদি লাইফি তোংকাপ শা-ও"—লোঃশিনয়েন
**লাইবক,** খেলাই, হকচাংগী শরুক অমা, নোংদম
**লাইবক চাউবা,** মরাইবক থীবা (নিপা), দাই য়াদবা নিপা
**লাইবক খেলাই,** লাইবক, অফ ফত্ত
**লাইবকথৌ,** হীদাক লাংথক্তা শীজিন্নবা পাম্বী মখল অমা
**লাইবক চাউবী,** লাইবক থীবী, নোংদম থাবী,—"মোমম্ব চীংগু লাইবক থীবী য়ামচেং কাসা চাউ শাবা তুরৈ হাঙনা"—নাঃকঃকাঃ
**লাইবক নেম্বা,** লাইবক থীবা, মরাইবক লৈতবা
**লাইবংথৌ,** লাই নীপা
**লাইবা,** মৈদিংগু লাইরেন নাউফংবগী সনা হাকতক্তা লৈরম্বা নুংবান অশাংবম লাইবা অফাওবা গুরু অমনি লাইফংবা মহারাজগী কংলা হৌবা লাল্লবদগী গুরু অসিনা হৌনবী পথাপ কায়দনা পরিং অমুক হুন্দুনা কংলা শাপি
**লাইবার,** খোঙলোয়, দূত, পাউ চৎপা মী,—"অসুম পাওমেল্লবদা মদাইরেম লাইবার ভমচিংবা অনিমদি কবো য়াংলৌ লমদাং ইয়া নুংবী য়াশে নেৎনা চীংলেন য়েৌঙম কানা ঈরোক লাইচম লান্নী পোইরৈ তমনা তারকলে"—শমঃঙঃ
**লাইবুং,** লাই হরাউবুং
**লাইবৌ,** লাই হরাউবগী মরোন
**লাই মনাই,** লাইগী সেবা তৌবা মী কাঙবু
**লাইমাও ফম্বা,** মাইবীনা লাইবাউ তম্বা
**লাইরমলেন,** লাইগী ওইবা,—"নুংজেংদা ঘনসিং পিবাগা অঙাং অতোম পিবাগা অনীমক ঈরুপনববু ঘনসিং পিবানা লাইরমলেনগী চুমসিএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**লাইরমলেন্দা তিনবা,** লাই মরক্তা লৈবা,—"মথয়মক্তা শীংগুমলকপনে লাইরমলেন্দা তিনকরোই"—হেজুঃ
**লাইরা,** থমনা (নোংয়াইনা তেংথানবা খুমন্না হায়নবা বাহৈ),—"লাইরা নানৌ চোংবনা পুকহুরেদে"—কুমদমঃ
**লাইরী,** লাইগী মরী মখোঙ,—থাপী থিয়াথোপু খোইয়ম লাইরী থিহলও"—পাঃনোংঃ
**লাইরু,** ফুঙ্গা মৈ হৌরুমগী মনীং থংবা মনাক, ফুঙ্গা লাইরু
**লাইরুক,** লাইদা কৎনবা লুক (চাক)
**লাইরুক খুনবা,** লাইদা কৎলবা চাক চাবা,

প্রসাদ কংবা,— "লাইরুক খুললো য়ুমদা পুবস্থং নামুঙ্গদ"—থাঃঈঃচীং

**লাইরুরা,** লাইনুরা, লাই লৈশাবী, লাইরেম্মা,—"ইমুং শোয়য়াম্মদা সোরারেনগী মমোম লাইরুরা তরেং মনা লাইজা ঈফু শান্নবনু"—চায়ঃ

**লাইরূপ মাপন,** মাইবরোন মণ্ডা, অশীবা, অতিয়া, পাথংবা অমস্থং লাইসনা

**লাইরেকনদবা,** কন্না হোৎনবা

**লাইরেকপা,** থৌশাদবা, থৌওইদবা, থৌরা শাদবা,—"লাইগী থোঙনে, গারোৎনে, লাকথোংনে মহুংগী চিরাইনে থোং মরিমা অসি লাইরেকএ হায়দুনা শস্ত্রি তৌবা মীবু য়ৈএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**লাইরেন,** তুবী, মৈতৈ নিংথৌ,—"শামু মচুম তারবা অসিবু লাইরেন শমু নথুংনা নমনা পায়ও"—চীংথংঃশাঃফাঃ, লিনলাই, লাই অশাংবা

**লাইরেন ইমুং ঙানবা,** নোংঙানবা,—"লাইরেন ইমুং ঙাল্লবদা মদাইরেম অথম মীপোকপা অথৌ লাংগোনবা পুন্নমক্তা শমু খোঙশাল্লকপবু"—জিঃচঙঃ

**লাইরেন কদেং ঙানবা চম্মু,** লাই নামুং নামুংবীনা পোকপা চম্মু,—"চীং লাই লৈমা লাইরেন কদেং ঙানবা চম্মুবু পীনা য়োয়চান্নরে"-চীংথংঃশাঃফাঃ

**লাইরেন নোংজা,** তুমিৎ

**লাইরেন পীনাইদবা,** মপা মমা লৈতবা লাই

**লাইরেন পুকনবা,** নিংথৌ শঙবা, নিংথৌবু ঙাক শেনবা

**লাইরেন পুকল্লোই,** নিংথৌ কনবা,— "তুবী মঙাইরোয় লাইরেন পুকল্লোই খৈবিক্কা ঙাইরোয়ননা"—ঔঃঙম্বা

**লাইরেন বং,** মৈদিংঙু কিয়াম্বগী থাঙ

**লাইরেন মণ্ডল হকপা,** মতিক মগুণ লৈবা নিংথৌ নক্সত্রগা লাই

**লাইরেন মথেক চৎপা,** লাই হুরাউবদা মক্সত্রগা থাবল চোংবদা থেকনা থোয়না চৎপা মওং অমা

**লাইরেন মরায় লাংবা,** নিংথৌনা জয় ওয়বা, মায় পাকপা, ঙম্বা

**লাইরেন মৈতেংঙু,** মৈতৈ নিংথৌ

**লাইরেন মৈতিংঙুচা,** মৈতৈ নিংথৌ মচা

**লাইরেন লাংবু লাংবা,** নিংথৌ মমায় পাকপা

**লাইরেন রাকলেম তোংয়ান্নহন,** নিংথৌগী মজাইবুংগো অহল

**লাইরেন রাকয়ৈ মথুমেৎ,** নিংথৌগী সনা খোঙনেংহি

**লাইরেন রাংগোন লাইনুরা অতেংবী,** মহারাণীনা পোকপা মজাইবেম্মা

**লাইরেন শাংবা ম্নাতাবা,** ইশাং শাংনা হিপ্পা শিবা,—"লাইরেন শাংবা ম্নাতাগে হায়রঙৈনে"—
—হিঃহিঃ

**লাইরেন য়াই,** নিংথৌ,—"রাঙয়নবনু,—খুনহোঙনবনু লাইরেন য়াইদি লীকলাইরেন্দি"—অহোঙঃ

**লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ,** মহারাজ ইবুংঙো, "লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌও অসি নোংপুম মরিনিবু স্থুরবগা"—ঔঃঙম্বা

**লাইরৈপাক,** লাইগী লৈবাক, সোরারেম,—"ইমুং শোয়বনা হাল্লগনে ইপা সোরারেনগী লাইরৈপাক্তা কারগে চরৈ ফি পীও"—চায়ঃ

**লাইরৈমা,** থাঙঙা কম্বোং নিঙেঙাম,—"লাইরৈমা হায়না তেংথাবদি থাঙ্গা কম্বোং চম্মুবু থায়ে"--পেনঃতেঃ

**লাইরোংবা,** মরায় লোংবা

**লাইরোকলেন,** লাই য়াম্না লৈবা মফম

**লাইরা,** মন্ত্র, রা জাৎ অমা

**লাইরাংলা,** লাই অচৌবা

**লাইরা পরিং তম্বা,** অচুম্বা রা হায়বা

**লাইরা হায়বা,** লাইয়িংথৌ সনামহী,—"অমোম রাকোংগী কুম শক ১৬৫৪ মেরা থা ১৭ নি লংমাইজিংদা × × × × মোংবহনবদা লাইরা হায়বস্থুঙ মাঙহল্লে"—চৈঃকুম্বাঃ

**লাইশক,** লাইগী শক, লাইগী শক্তা

**লাইশং কনবা,** মীশিবা,—"লৈপাক মীয়াম শিয়ে লাইশং কল্লে"—চীংঃলাইঃ

**লাইশেংখিফরোইদবা,** থাদোকফরোইদবা

**লাইশেংখিবা,** থাদোকখিবা,—"মৈদিংঙু হোঙনেমযোয় থুঙাউ লংমাই ক্ষেংনা য়িমকাবা অসিবু অয়িম লংমাই শেংবা লাকুম্বনু লাইশেংখিফরোইয়ে"-নাঃকঃকাঃ

**লাইশেংবা**, থাদোকপা, কোকপা, মাঙ্খোকপা, চিলাউনা হিংবা,—"মাকয়ৈ ঈকাই চনহন্দা তোংজেং হিরূপ লৈহন্দা কোরৌ নোংম্বিন চেকলা কোঙ্গোয়লাং থঙবগুম থরায় লাইশেংজখিও" —খুঃনিংলম্বুঃ

**লাইশ্রাবিচা**, তীঙ্গোং,—"নপম ঐদি লৈথারোন মঙামক্তা লৈমুরোন তরুকমক্তা তীঙ্গোং লাইশ্রাবিচা য়াগিপ্পনা মালেম লৈথাম্বুংদা ইতোম য়াতারুগে" —পোঃলুঃ

**লাইস্না**, নোংদা লাইরেন পাথংবগী মশানৌ

**লাইস্না খাইরককোন অখুবা**, লাইস্নানা অঙাং ওইরিঙৈ

**লাইস্না হেল্লোয় তরেৎ**, লাইস্না, চিংম্বু, থমম্বু, অহুমম্বু, অরৈম্বু, থেরোংবম চম্বু অমস্যুং তোম্বপাংম্বু

**লাইস্না য়ুম্মথৈ**, লাইস্নানা পাথংবগী মরুন থৈক্ষম (পোচ্ছুওবা শঙলাংমৈ)

**লাই হরাউবা**, লম লম অতুদা লৈরি লৈরিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অতুনা পেনবিনবা খুম্ভাউ লৈচাউনবা মুংঙাই য়াইফনবা তৌবা কুম্মৈ মথল অমা

**লাইছই**, হৌরকফম, লাইদগী তাথরকপা, মগুণ, শরীক

**লাইছইবা**, পোকপা,—"মৈতৈ লৈমা থয়োম্বরোন শেনবুং লোকপী পম্মৌ মপা পোকপু সনা লাইছইবদি কনানো"—চাঃলাইঃ

**লাইয়িংথৌ**; নিংথৌরেন, নিংথৌ, লাইবংথৌ, লাই

**লাইয়িংথৌ হনবা**, লাইবংথৌ অমা,— "গুরুগী মিৎ ওয়দগী লাইয়িংথৌ হনবা থোকএ"—"খুরায় লাকপদি লাইয়িংথৌ হনবনে"— ফমঃ

**লাইয়িম**, লাইশঙ,—"সোম্নারেন কোরৌ নোংলোন অপাইবা লাইবু ফুরা লাইয়িম শেম শীংলেন লৈয়াম হুননা খোইয়ুম লাইবু নীংএ"—ধঃলাঃনীঃ

**লাইয়ু**, যু মথল অমা,—"পুকয়ু লাইয়ু হৌব মনা শিংজু য়োংথুনেৎ"— চীংঃলাইঃ

**লাইয়ুমলেন**, লাইগী ময়ুম

**লাইয়েকফি**, (মমাঙৈঙদা থোংবমনা শাবা) ফিজাৎ অমা,—"থোংবম নঙদি লাইয়েকফি শাউ" —লোঃশিনয়েন

**লাওই লাথেল শেম্বা**, লানা ফজনা শেম্বা

**লাকচা খুজুম চনবা**, লাকচবা, মীথা পোনবা,—"নরৈবাকপু লৈবাক নিংথৌ পানবা অমনা লাকচ খুজুম চনফরোইএ"—ঐঃঙম্বা

**লাকতরোই**, হান্নগুম

**লাকতোন**, মৈতৈ কোম্মুংগী থোঙ অমা, মরবার শঙ অমস্যুং শা লৈরম্বা অতুগী মরক্তা লৈরম্বা থোঙনি,—"হয়েংদি নিংথেম থোক্কনি হায়রবদি য়োয়বু য়োইহৈ নিংথেম মুবীনা লাকতোন্দা, মুংফৈদা শজাই শেনবদা হায়দোক্কনি"—মশিন

**লাকথা কোনয়ানবা**, নাকথদা য়ানবা

**লাকথিনবা**, খুজুম চনবা

**লাকথিল্লম**, কোয়ারবা লম

**লাকথোং কাবা**, (লাইদা) লৌশ লৈথোনবা

**লাকপা**, খুজুন চনবা, পান্নবা, পুনশিনবা, কিবা, পোং মুনবা, লাকশিনবা, ভাবনা শাবা, মচু শঙবা, (উরৈরোম লাকপা, কুহি লাকপা অসিনচিংবা) পায়থুনা, ফি গুবা, ফম অমা, পানা লাকপা মরি লাইফম লাকপা, থাবম লাকপা, অহল্লপ লাকপা অমস্যুঙ নাহারূপ লাকপা, লৈকাই লাকপা মরি— খুইরাকপা, য়াইঙ্কুল লাকপা, খুরায় লাকপা অমস্যুঙ মাংথৈ লাকপা; লৈরুংশঙগী লাকপা — লৌ ইংথোম্নচিংবগী থাজনা লৌথৎপগী থবক তৌবা ফমনাইবা, শগোল লাকপা—শগোল তেহনবা

**লাকমনা**, মারকপা

**লাকমরকনা লাকপা**, অমুক্তা লাকপা

**লাক্লাং মিং থানবা**, লাকখুজুনা মথম্বায় মমি কৌবা

**লাক্লৌ শিনবা**, শিম্নবা

**লাকহে**, চয়ী,—"থবী লোইতাম্বনা থাজা তরানীপোইমাবু তেনা মহললকএ, লাকহৈ কুমমপানা লাকলেন কিশি মতাইশিল্লকএ, পুনশি ইরালৈদি অরাং শরু লুতোং লৈস্যুংহনবিদে"—লাংলোন

**লাকয়েন**, তাইংফম

**লাকাবা**, অরংবা

**লাং**, ই মথল অমা, শা উচেকনচিংবা ফাননবা পোংশক, চুংলোং মনমথাং (শেলোই লংমাইনা হায়নবা)—"মথিম শেলোইনা রা হায়না লংমাইনা তেংপাম চুংলোং মনমখাঙবু লাংও কৌএ"-নিংঃলম্বুঃ

**লাংওন**, মপোক, শায়োন,— "কংলৈ পুংময়োন-দুদি তুবী লাংওন অহৃমলক হৌখিরেসে"— পাঃলাংয়েন

**লাংওন ফবা**, মপোক ফবা

**লাংওনবা** মপোক ওনবা

**লাংকোই**, লাংগোই, শগোল, শমু

**লাংগোই কাপ্রং অহিংবা**, শগোলগী মচু জাং অমা

**লাংগোই ফম্বান শা**, ফম্বান তোংবদা পীজিন্নবা শগোল -"কাপ্রং অহিংবা লোকপানা লাংকোই ফম্বাল শা ওইনএ"—ঔঃঙম্বা

**লাংখোং**, খোংবান, খোংলম

**লাংখোঙজি**, কিশি

**লাঙা অশিৎ, লাঙা ফাইরেন**, ফাইরেন থা,— "থাদি লাঙা ফাইরেন্নে"—খিঃমৈঃলীঃ

**লাংগোই**, শগোল, শামু,—"মদাইরেম পোইরৈ অখৌ লিচা হেপ্পা পুম্নমক্তা ঔবা মায়য়োক য়ানা শোক্লববু অহিং নোংখিন নাইদনা লাংগোই থংলৈ লমথা তম, শাজৈ নময়েননা ফুজিন্নৈএ"—"লাং-গোই মচুম অরিবা শামু অঙাওবা অসিবুদি তুবী শমু ইথুংনা ফংনা শামুগী য়ারেন মমাং পায়বগে"— চীংথংঃশাংফাবা

**লাংগোই কারু**, শগোল অমুবা

**লাংগোই থুতুপ থোবা**, শগোল কন্না থোবা

**লাংগোই খুদোই হুনঙমদবা**, মখোঙ পাংবা ঙম-দবা শগোল

**লাংগোই খুনেৎনবা**, শগোল নংত্রগা শমু তোংব/

**লাংগোই খোঙ ওইনবা**, শগোল তোংবা,— "চীংঙু মতীক উংলগে হায়না ৰোরৌ নোং শগোলবু লাংগোই খোঙওইননা ফীগে লমশং শেং, ৰাহোং তু নিংথৌনা চুড়া লৈথেং হেন কুন্দর চীংলাই শাবন-চুমলেন নাপা ডান সনা লিকফাং শি খুংশি পানহেন হেন্না খোঙলেন নাপৌহাং কোলোয় ডান্না লাংগোই শা থৌজিনখিরে"—সনাঃলাইঃ

**লাংগোই খোঙ ওইমা**, শগোল তোংহুনা

**লাংগোই থাক্লোকপা**, শমু য়াপনবা

**লাংগোই মথুংেৎ**, মহাকনা তোংননবা শমু নংত্রগা শগোল

**লাংগোই মতুম শা**, মজুগী শগোল

**লাংগোই মাম্মকংশা**, শামু, শগোল,—"নোংথাক চৈরোয়ননা লাংগোই মায়ফংশা সাচৈ পোমওন য়ৈ, খুনেৎ নাকথং খোঙকাওননা মতোম মাতাম ফু-জিন্নরবগা"—ঔঃঙম্বা

**লাংগোই মোইশা য়া**, শমু

**লাংগোই মোরা**, শগোল মোরা, শগেল অঙৌবা

**লাংগোই লুরাংবা**, শমু

**লাংগোই শরিথোকপা**, মতীক চাবা

**লাংগোই শরোকপুং**, ইম্ফাল কংলৈ,- "মৈ-দিংঙু হোঙনেময়োয় খুঙাউ লোকয়ি শেল্লোয় নাই লংম, ই তেংনা য়িমকাবদি কংলৈ শুমতোংপান লাং-গোই শারোকপুংদা ৰাইথুংলে"—নাঃফংকাঃ

**লাংগোই শায়াঙথক্তা**, শমু নত্রগা শগোল মথক্তা, —"জাং শাগৈ ফবা কোরৌ নোং শগোল মারদংগী লাংগোই শায়াঙথক্তা রথ তুলাই মখুনেৎ নিংখিববু হাপনা"—লাংঃশংথাঃ; —"লাংগোই শায়াঙথক্তা কোল্লোয় শিল্লান পুংনে"—অংলাল্লঃ

**লাংগোই হকচাউবা**, শামু,—'থাঙলেন য়াশবনা কোন থায়ে, লাংগোই হকচাউবনা পোঙতাবএ"— মোইঃনিংলম্বঃ

**লাংগোন ফবা**, ফঙ্গনা য়োকপা

**লাংগোম্নবা**, চান্নবা

**লাংগোনবা**, য়োকপা, থৱায় কনবা,— 'ঈমোম লেশলৌ শিন্না লাংগোনগে"—পোঃলুঃ

**লাংগেয় চনবা**, কোয়শিনবা

**লাংঙোন**, মপোক, শায়োন, লাংওন

**লাওজন**, মকুনা পোৗরী তাবনচিংবদা শীজিন্নবা পাশী মখল অমা,—"শোগ্রী, অনানবগী মকু ঈশিংদা পুমদবা অকংবা পৌরী,— "শামতোন অয়াঙববু অতিয়া শিন্দবনা হুন্নরাং হুল্লে, লাওজন ৰায়রে চাৰায়বী, লীতোন ৰাঁয়িরে ৰায়তোন, মশেক তারে শেক্তা'—পুদিন

**লাওজন পুরি তু শন্না চাজুম নম্বা**, কাজিলগা নম্বা,—"চরৈ ক্তিথুপ তৈনা তাবু লুবাকফংদা হাপ লাওজন পুরি তু শৰা চাজুম নমনা ফমজিনখিয়ে"— নিংঃশাঃ

**লাওজন পুরী থোকপা**, পুনবা লৌথোবপা

**লাংজন লীগা থুবা,** থোরনা পুনবা,— "মুকমু হাইমৈচোনবু লাংজন লীগা থু"—চাঃলাইঃ
**লাঙজরম্বা,** থবক তৌরম্বা, থবক শুরম্বা
**লাঙজা,** শা অপুম অশা চাবা উচেক মথল অমা
**লাঙজখৈ,** লৈপাক ময়ায়
**লাঙজা য়ুমফম,** কাক য়ুমফম, য়ুমফম কায়াৎ মাপনগী মপুংদা চীংথৈ থংবা কায়াৎ
**লাংজেং,** মথোক কারকপা, মমৈ অরোইবা শরূক, অনৌবা
**লাংজেং কায়না ইছুম তম্বা,** পাথং ঈনথংলকপা
**লাঙজেং খোনবু লৌ,** পাম অনৌবা
**লাঙজেং তোন্দা হৎপা,** মমৈ মৈতোন্দা য়েকপা, মমৈ মৈতোন তাঙবা
**লাংজেং মথোক কারকপা** মথোক কারকপা, ঈনথংলকপা
**লাঙজেং মথোকলকপা,** মথোক কারকপা, ঈনথংলকলিবা নিপা নত্রগা মুপী,—'নশাবী লাঙজেং মথোকলকপনা মালেম লৈমায়তেম কোরৌ নোংখোয় লেম্না নমু পোংলিংলে, তল্লা উ থারে"— পোঃলুঃ
**লাঙজৈ,** ময়ায়, মায়থৈ অথীমক্তগী থীরকপদা ময়ায় খোকপা মফম,—"অঙোম নিংথৌনা লাঙজৈ ফম্মে" —ফমলোন
**লাঙতক্লবা,** খোয়রাঙবা, পুক্লিং লাঙবা, চয়াঙনবা,— "চয়োম চেঙচেন তম্বা ঔরা লাঙতক্লহৌরে"- ঔঃঙম্বা
**লাংথৈ,** মৈতৈগী ঈরাং পূজা তৌবদা য়াম্না শীজিন্নবা হীদাক লাংথক্তসু কান্নবা পাম্বী অপিকপা জাং অমা
**লাংদাঈ.** লাকয়েন, অনীগী তাইনফম
**লাংদে পুং,** লাই হরাউবনচিংবদা য়ৈবা পুং মথল অমা
**লাংন লুকঈনম্মামন,** লুথাকলা
**লাংনা,** ইনা মানবা নাপী মথল অমা
**লাংনা পাদম.** লাংনা মপা তম্বা
**লাংপক,** ইকুম লাংগুম
**লাংফম;** শিবা য়াবা তানফম, মতাং অরুবা তাঙা,—'নিংথৌগী শিগদবা লাংফমদা তৌও ফবনে"— থিরেন চীনঃ

**লাংফম চনবা,** লান লুমদুনা ঙাইদুনা লৈবা,— "মৈতেংঙু লোইনাই থৱান থাবাও নদাইরেম ঔরি য়েংলম লাংফম চনগে"—থঃথঃহিঃ
**লাংফম্বা,** লম্বীদা ঙাইদুনা লৈবা
**লাংফম য়ৈনা ঙাইবা,** লম্বীদা লুমদুনা লান্লুম্বা,—"অহিং নোংশোয়বা লাংফম য়ৈনা ঙাইরে" —মিয়াৎ
**লাংফান কনবা,** ই ফানবা কনবা, ই ফানবদা থৌনা ফবা
**লাংকেন্নবা,** ইরাং লাংবা
**লাংফেৎ ( লাকফেৎ ),** হাইফেং, হাইরপ
**লাংবচক,** কলি যুগ
**লাংবন,** থৱান থাগা মেরা থাগা অনীগী মরক্তা লৈবা থা
**লাংবন অওল্লুক,** ফৌ ওল্লবা শঙবায় (থুম্মুক)
**লাংবন অওল্লুক চেঙয়ুম মনাউতোনঙম লনশিংবা,** চপ চানা লমন শিংবা, চেঙ পুরা চেঙশিং ফৌ পুরা ফৌ শিংবা,"নশানৌ লৈরাং অতোনবগীদমক লাংবন অওল্লুক চেঙয়ুম মনাউতোনগুম্বু লনশিংলুও" পোঃলুঃ
**লাংবম কারোঙ খুংকুম্বা,** লমন খুম্বা,—"নোংয়ায় শিগোং নিংথৌবনা শাবি চাথা মোইরেম্বগীদমক করোং খুংকুম্বু য়োন্দনা তানফংলক্কে"—চায়ঃ
**লাংবন কৌজেঙ চোংবীচা,** কৌজেঙ—"লাংবন কৌজেঙ চোংবীচানা খু মপুমমানা চোংশিনখিত্রে"— তুতেংঃ
**লাংবন খোয়রেন লাল্লম্বা,** খোই পাইবগুম থুনা চেনবা
**লাংবন খোইয়িমলাই ঙারেন য়ুমশংবা,** ঙারেন খোই লাংবন লৈপুং কোইজ্রাউবা,—মি
**লাংবন শাওন লৈপুং কোইজ্রাউবা,** মি,— "শঙতিং লোনফৌ চীংদা য়াওরৌশা তোকপা তোকমু মৈশাংবা থোংলেন লমকামশা লাংবন শাওনকোই লৈপুং কোইচ্রাউববু য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবদা শারেন পুমনা কংনা পুনশি লৈনি বাগী"—নাঃফঃকাঃ
**লাংবন শীংজা খাঙবা,** শীং চনবা

**লাংবা,** কৎপা,—লৈ লাংবা,—লৈ কৎপা

**লাংবান,** লাং মপান

**লাংবান তোম্পোকপা,** নায়ত্তোম হৌবা লাং মপান

**লাংবুক,** মপোক

**লাংবুম,** পুনশিনবা, অমত্তা ওইবা

**লাংমৈ,** উচেক জাৎ অমা

**লাংমৈ ওনবা,** মায় ওনবা

**লাংমৈ য়াকোন নিংথৌ চম্লু,** থিয়াম নঙেঙান,—"লাংমৈ য়াকোন নিংথৌ চম্লু হায়বদি থিয়াম চম্লুনে" পেনঃতেংথা

**লাংলুবা,** তৌ য়ামনা য়ানবা,—"তৌ য়ামনা য়াম্ববু থায়নগী ৱাহৈদা লাংলুবা কৌএ"—থাঃয়ুমঃ

**লাংলেন,** বা,—"ৱায়রা তেম্বা অমরক্তা কোংয়াং ৱাদা পাল্লবদি কোংয়াং বংলা থাঙনা লাংলেন মপান তুপলে"—চাঃলাইঃ, মচা মুপী, লাং অচৌবা, অচৌবা নাপী জাৎ অমা

**লাংলেন কোংয়াং,** বা

**লাংলেন কোংয়াং মচৈশু,** ৱাগী চৈশু,—"কেগেয়াংখোংজম নিংঙোনবীনা লাংলেন কোংয়াং মচৈশুনা ফৈনা ওনবী"—পোংঃনিংঃ

**লাংলেন কোওয়াং ৱাতোন,** নাতোন অতুম্বা মত্তোন

**লাংলেন কোংয়ান ৱাপীহন (লাংলেন ৱাপীহন),** মচা নিপা অহন,—"মপারি লাংলেন ৱাপীহনদি য়ালেম মনা লোইনা কোরৌ নোংখোঙ কোয়গিরে"—পোঃলুঃ

**লাংলেন মনাউয়োক,** বা মচা, উনৌ,—"খুয়োন লোকলোরেম্বা কোংয়াং মৱাচা লাংলেন মনাউয়োকপু তেবপী ওকখুরাইনা ঙারব, কাওরেন শম্না থেংলবগী লোকলৌ শোইনৌ হুন্দরে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**লাংলেন শোইরেন,** উনৌ,—"লাংলেন শোইরেন হুল্লকলে নমু পোংলেপ ফাদি চাউরকলেদে"—কুমঃ

**লাংশঙ,** লোয়শঙ অমগী মিং,—নিংথৌ,—'নিংথৌ সনা তরেংবা লাংশঙ শঙনাং চান্দুদা ৱাইথুংলেসে"—পাঃলাংয়েনঃ

**লাংশোই,** মকোক শাংবা তা মওঙ মানল্লা মচীন তুম্বা থুংলাই অমা,—থুংলাই অসি শামু তানবদা শীজিনৈ

**লাংহৈ,** কুম, চহি,—"লাংহৈ কুমশীং য়ামনা শেনবী চৈরাপ ৱায়েন্দরে"—ধঃলাঃনীঃ

**লাংহৈ কুমওন,** চহি ওনবা

**লাংহৈ কুমশীং,** চহি মশীং,—"নঙবু লাংহৈ কুমশীং য়ামদ্রিবগী অঙাং মতৌ ওইরিএ"—লাংঃশংথাঃ

**লাংয়া থনবা,** শিবা, শিথিবা লাংওমাথবা, শুকমু থনবা—অপোক অশি,—"লাংয়া থনবা হায়বদি শিথিবা লাংওনথিবনু কৌএ"—থঃয়াম্মোই

**লাংয়েন,** থৱামিচাকী মমিং

**লাচুম্পা,** হাংপা, থৱায় মাঙহনবা

**লাচেম্নবা,** লা হেকপা,—"নোংয়ায় ইপা লমদা করিগী চামলৌ লাচেম্নরগবনো"—চায়ঃ

**লাৎপা,** পূজা তৌবা, লাই থুরুম্বা,—' শক ১৭৯৩ ৱাকচিংথা ৯নি ইরাইদা অরাম্বমচা য়োইরেন ফম্মিহনবনা চিপু থুমখোঙ লাৎলে"—চৈংকুঃ

**লাতম,** ফাজীন্দবা চেনা

**লাথাকোন,** লফু য়াম্না হৌবা মংফম

**লাথেৎপা,** তুমিন্না লৈবা, নাথৈতুনা লৈবা

**লান অচঙবা,** লান্দা হিংনা ফাবা মী,—"লান অচঙবা কুম্থ্রামাথোই ফায়এ"—চৈংকুঃ

**লানগাৱা,** লান লাকপা, লান হৌবা

**লান মাঙবা,** লান্দা মায়থিবা ফংবা,—'ময়িম শেল্লোয় লংমাইনা থাঙভা য়ৌথান পেংগে খুনফম ঙাংচেং নেংকে হায়না শেল্লোয় পূমনা হুপনা লংমাই খোঙশানথিববু লাইরেন ইপা মৈদিংঙুনা কৌবা লান লুখলমবগী লংমাই লানগা মাঙলে"—নাঃফঃকাঃ

**লানঙমদবা,** লাম্থোকপা ঙমদবা,—"লাইচা ইরেন পুংপু ফৈনা লানকে লানঙনতে"—পোঃখোঃ

**লানওম্বা,** লানবা ওম্বা

**লান ওম্বা,** পীরম্বা, লানলম্বা, লান্দা মায় পাকপা, জয় ওইবা

**লাঙ্কাক থাকপা,** লান্দা মী হাংলুবগী অমদি শা ফারুবগী দোষ কোকনবা অমসুঙ মচাক্না অমসুঙ মশাদা লায়থুং তীনথুং পান্দনবা প্রতিকার তৌবা

**লাঙ্কানবা,** অচাপোৎ লান্নতুনা চামিন্নবা,—"তরা চাকয়োমসুঙ লানচানথিএ"—চায়ঃ

**লানচিংলেন**, লানগী-লুচিংবা, সেনাপতি, -"ছয়েন লানচিংলেনও থোইমোম ওঁলো য়াইবীরেন শিদবনা শানৌ ইচিন ইনাউবু পাউ কৌরবে"—চীংথং:শা:ফা:

**লাঞ্জাইথোন**, লানদা য়েক্লবা চাইথাম্বগী মথোন

**লাঞ্জাই থৌবা**, লান্দা থৌবা, অথৌবা

**লান্তান থৌবা**, লান তানবদা থৌনা ফবা,—"তাইপোং লানতান থৌবা ক্যাং লমতাক তানবা শেনবী লাংগোই শারুকী রান্দং মাঙহেনবা তামনা মায়য়োক য়াববু কাইনা হুনবা" চা:লাই:

**লান্থকনবা**, লান্নহুনা থকনিন্নবা,—'রাংলৈ খোম-হাল্লকপবু লৈএ থকমিন্নশিসে, তিমেন তামৈ পায়না খোকলাং তাদোন থক্তা লান্থাকনখিযে"—চায়:

**লান্থবা ( লান্থপা )**, লান্দা জয় ওইবা, লান ঙম্বা, লান্দা থৌবা,— 'লাইরেন মৈতিংঙু নোংপোক থাকী লান্থপা তুবী চীংলেন নোংতাই নিংথৌ-রেন্না থোংনাং মচিক থঙ্ ময়াং মতৌ উরপকী"

—নোংশামৈ

**লান্থবী** লান ঙাবী, লান্দা থৌনা ফবী

**লান্থিনবা**, য়েংখিনবা, মুংঙাইনদবা

**লান্থৌ লাঞ্জাম্বা**, লুরাং শলাইগী নিংথৌ অমা

**লান্থৌ য়াং**, লান্দা থৌবা, লান্দা থৌনা ফবা,—"মপারি শরে কৈনিংনবা ওম্বু লান্থৌয়াংবু তনেং শেনয়াম্নে"—চা:লাই:

**লান্দান কাইবা**, লান তৌদুনা লৌবা

**লান্দাবা**, লান তাবা

**লান্নংবা**, অরাবা তাবা, অরাবা নংবা

**লান্না**, পোং কংনা ( মোইরাংনা হায়নবা ), চুমদবা "থোংলেন তিংবিথক্তা য়াওরৌ শাবু লান্না লমংক ঙম্মে" - মোই:নিং:লম্বু:

**লানফম**, অশোয়বা মফম, লান শোক্লফম

**লানফম কাকুপ মথুম হাংবা**, মায়গৈ অনীদা লানমী চোংথোকপা

**লানফম ফমনা শীৎপা**, নারক জঙ্গলদা লান লুম্বা

**লানফম মৈশা লাংবা**, লানফম অকনবা

**লানফা ঈশৈ**, শাফা লানফারুরগা লানচাক থাকপদা শকপা ঈশৈ,—"লাম্থম নঙদি লানফা ঈশৈ শকও"—লোই: লাই:

**লানফি**, লানগী পোষাক, ফি জাং অমা

**লানফেৎ লানফেৎ**, থর থরা, হাঁইরপ হাইরপ

**লালবন**, লালগী পল, কিলা

**লানবন ঙাকপা**, লানবন শঙলিবা মী

**লানবা**, পোং কংপা, পোং লানবা ( মোইরাংনা হায়নবা ),—"থারায় খুদোংথক্তা হাপনা য়াংলৌ লমথাংমদা থোংলেন তিংবিথক্তা য়াওরৌ শাবু লান্না লমওকঙামএ"—মোই:নিং:লম্বু:

**লানমিংনাই**, লান্দা মমিং চৎপা মী, মমিং নাইবা মী,—"লোইবী থারোই মনিংথৌ থাঙশা লানমিং নাইবু উরেপ চাখিন্নেএ" চা:লা:

**লান লোয়নবা**, লান চংমিন্নবা

**লানশা পুনবা**, লানহিং ফাদুনা পুনবা

**লানশি**, লান্দা মাইথারবা মী, মাইথীরবা মী, লান্দা শিরবা

**লানশোক চৈরম্ববা**, লান শোক্লবা লেপ্তবা

**লানশোক হকথেং ফংবা**, হকথেংননা লান শেক্লবা,—"থামরল চনেংননা লানশোক হকথেং ফংলবগী"—ঔ:ঙম্বা

**লানহিং**, লান্দা ফাবা অহিংবা ( শিদবা ) মী,—"অচঙবা লানহিংনা সমু তুংদা লৈ পরৈ লানকা শা"— ঔ:ঙম্বা

**লানয়োনবা**, লাম্বা ফংদবা

**লাপনা ছলাল্লুবা**, লাপনা হন্দোকলুবা

**লা ফানবা**, থকপা

**লাবা**, অমোম নত্তবা, নীপা, য়েংকী লমদাং,—"য়েংকী শাগৈনা লাবগী মওং শেমলে"— ধীরেন মৈ:নী:

**লাবা ইবিংঙা**, নীপা ঐগোই অনী,-"লাবা ইবিঙঙাদি শগল তুংফাং লিংদরিএ"—তু:তে:

**লাবা খুমন**, ওকলাবা,— "য়াওরৌ শক্তি তেংহুব য়াংদৌ শারম লীবানা কোবৌ লমদা তানশংখি নোং কারমদবা তানশংখিএ"—অনোয়:

**লাবা খোকলাং মশোল্লম**, তাখোক হাইগৎপা

**লাবা তুগুম্বা**, নিপা থোকপা, মরীন পানবা, মথৌনা লৈবা

**লাবা থিয়াং থোক্লা**, নিপা থোকনা, থৌনা ফনা,—"বিরেন উংলৈহুংগী লাবা থিয়াং থোকনা লম,

হৌরকপা থোইমুম য়াবা নথোক্লেস লাংবন পোইমু খোন্দানবনা চেংলৌ শকথোং ওইনা মালেম মপুং লমহৌরকপা"—পোঃলুঃ

**লাবা থিয়াং থোকনা লমহৌরকপা**, নিপা থোক্লা চোংথোরকপা

**লাবা লুরোই ইরেং খাংসু পাখং কুমজিং ফায়েৎলি**, শমজিন

**লাবা শমজিন নাউরৈ থোংবা**, কোয়েৎ য়েৎপা

**লামপিশা**, শঙাই—"চীংঙু ইন্দ্র সোরারেনসুঙ য়াওরৌ শা শঙাই লামপিশা সনা তুনানবনু ওইনা মুহি নিংথৌরেনগী মমাঙ শংশঙবদা চেংলৌ মিংলম থন্না লৈরুরে"—বীর সিংহ

**লাম্বন**, লানবন

**লাম্বাউ**, লালগী পাউ

**লাম্বাউখোন**, লান লাকই হায়নবা খোল্লেল লালগী পাউ

**লাম্বাঙ (লামপাঙ)**, আরাম্বম চমু,—"মৈতৈ লৈমা লাম্বাঙ য়া লিনগোইগী নমু মৈদিংঙু নিংথৌচেংঙ তৌনা কৌএ" —চাঃলাইঃ, —"লাম্পাঙ হায়না তেংথাবদি আরাম্পম চমুপু থাএ"—পেনঃতেংথা

**লাম্বী**, লম অমগী মিং

**লাময়োনবা**, লাম্বা ফংদবা, লামশিনবা ঙমদবা

**লারকপা**, লাকপা,—"তাঙজা লিল্লা পুমনমকপু ঙাইরোয়নবনা লারকলে"—লাংঃশঃথাঃ, "বারম করিগী লারকপনো ?"—ঔঃঙম্বা

**লারাক**, লাগী মরাক,—"পুমুং চংবী লাকোল্লক্তা চংবী লারাক শেৎনা লাংগোই মঙম শাবু হুন্না কোঙ্গোই থুরবগা"—লাংঃশঃথাঃ

**লারাক খাংদে থোম্বা**, লানা য়োম্বা, লানা মথা থাবা

**লারৈ লাথুপ**, অরোন অথুপ, ফোংনা মী থঙহনবা য়াদবা অরোনবা বা

**লারোয়**, লা খাঙবা মী, লাই হরাউবদা চবোলগী পুরেংদা হরাউবুংগী য়েংলোম থংবদা ফম্বা মী

**লাল**, হুয়েন, লান য়েক্নবা

**লান চাইবা**, লান থগায়বা

**লালথং**, লান মথং মথং

**লাল নাবা**, লাল থেংনবা, লাল তৌবা, লান শোক্নবা,—"শক ১৬৩৭ পোয়হু ৭নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম ময়াম্বনা (গরিবনবাজনা) সোমসোক লাল নাবা চৎলে"—চৈঃরুম্বঃ

**লালনীং**, লালগী তুং থাবা শক্ক

**লাল পাম্বা**, লাল তৌনিংবা

**লালবম**, লালগী থৎপু, লানমী

**লাল মাঙবা**, লান্দা শিবা, লাল ঙমদবা

**লাল মিংনাইবা**, শা লান্দা মমিং চৎপা

**লাল লাউনবা**, লাল লাউবা

**লাল্লোয়**, লানমী, তেংগোল,—"লুন্নাং লাল্লোয় তরেংমক্কী তাংজা লুরেন কবলে"—মোইঃন্নিঃ ;—"তেংগোল লাল্লোয় মপুং চাউনা হুয়েন লাল হৌরকপবু"—চীংথংঃশাঃফাবা

**লাল্লোয় তম্বা**, লান তমশিনবা

**লাল্লোয় থাবা**, হাৎকে তৌবা,—"ইমোম আসবু থুত্তুম নঙনা লাল্লোয় থাই"—উঃরাঃ)

**লাল লোয়নবা**, লান চৎমিন্নবা

**লাল হৌবা**, লাল তৌবা হৌবা, লান্দাবা

**লালয়াই**, লাঙাউ

**লালয়াম থাবা**, লান্দা মী ময়াম হাৎপা

**লালয়ায়**, লাল ময়ায়, লান চবুক

**লল্লু**, লান লু কোক

**লাল্লু চোমায় ফোয়বা**, মঙক ককপা,—"লাল্লু চোমায় ফোয়রে"—চায়ঃ

**লাল্লু চোমায় লৌবা**, থাঙনা মঙক কক্কুনা হাৎপা

**লাল্লুপ**, লৈপাক নিংথৌগী থৌ পুবা,—"মমাঙদা মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লিংঙদা প্রজানা নিংথৌদা থাজনা থাগদবগী মহুত্তা লাল্লুপ কায়— প্রজাশিংনা চহী অমগী মমুংদা থা অহুম হায়বদি মুমিৎ নিফুনিগী মমুংদা মুমিং তরানি নিংথৌগী (লৈবাক্কী) থবক তৌই। প্রজাশিংনা নিংথৌগী থবক শুরিবা অতুগীদমক মথোয়না অশুমন ফংদে! অসুম তৌনা লৈবাক নিংথৌগী থৌ পুবা অসিবু লাল্লুপ কাবা কৌই। লাল্লুপকী খুদোং চানবা হায়ত্তুনা লাইকম থাবম অহল্লুপ অমসুং নাহাক্লপ হায়না পানা মরি পোকনা থায়দোকলম্মী। মাগী মাগী পানা অমসুং য়ুমনাক্কী মতুং ইন্না থৌ পুনরম্মী। চহী তরাতরেং তবদগী চহী হুম্ফু শুবা নিপা মথৈ লাল্লুপ কারম্মী

কনাগুম্বা নিপা অমগী মচা মম্মাম পোকলবদি অহন্না (পিবানা) নিংথৌগী সনানাক্পা লৈদুনা নিংথৌ শেনবগী থবক তৌই। মচা নিপা অনীগুবনে মরিগুবনে অতোনবনে অসিনা থোং শাবা শঙ শাবনচিংবা থবক তৌই, মখোয় অদুবু লৈকাই শঙশারোই কৌনৈ। অহুমগুবা মচা য়ায়মা অতুনা সিফাই ওইনৈ। অসিদসু নত্তনা য়ুমনাক য়ুমনাক্পী মতুং ইন্না মাগী মাগী মশিন তৌবসু যাওই, মতুদি-অহৈবা থাঙজবা অসিনচিংবা। সনা মতৈ, লৈমা মতৈ, সনাগী মচা, শীঙপাম মখোয় অসিসু লাল্লুপ কানদে, মখোয়দি অপাম থৌগল ওইনা কায়। অচৌবা মশক নাইবা ফম্নাই ফানাইবগী মচা মশু নিংথৌমচানচিংবদি লাল্লুপ কাদে, থৌ কোকনরম্মী, মাতুদি মেজর ওইবা নিপা অমগী মচা অমসুঙ মশুদি হায়রিবা থৌ অসি কোকই, সুবিদার ওইবা নিপাগীনা মচা ফাওবা থৌ কোকই, লাল্লুপ কাদে অসিনচিংবা। ব্রাহ্মণশিংসু লাল্লুপ কারম্মী, মগোয়না শ্রীগোবিন্দগী অমসুঙ নিংথেমগী পূজারিনচিংবগী থবক তৌই। মতুং কাইনথংদা বৃটিশনা ইং কুমজ ১৮৯১ এপ্রিল থাগী তারিখ ২৭ দা মণিপুর লৌরবা মতমদা ১ খোয়না মৈদিংঙু নরসিংহ মহারাজগী মশ ইবুংঙো শ্রীযুক্ত চূড়াচান্দ সিংহবু নিংথৌ হাপলবদা খৃষ্টাব্দ ১৮৯২ গী এপ্রিল থাগী তারিখ ২৯ দা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেণ্ট অমসুঙ মণিপুর ষ্টেটকী স্থপারিণ্টেণ্ডেণ্ট ওইরিবা মেজর এইচঃ সেণ্টঃ পিঃ মেক্সওয়েল্লা লৌ পরি অমদা অক ফত্তা থায়দনা চহীদা লুপা ৫ (মঙা) থাজনা লৌগনি অদুগা লাল্লুপ কাবা তোকলগনি, মতুগী মহুত্তা য়ুমথোঙগী ওইনা লুপা ২ (অনী) লৌগনি হায়না লাউথোকখি অসুম তৌনা মণিপুরদা লাল্লুপ কাবা তোকখি। য়ুমথোঙগী লুপা অনী অনী চহীদা লৌরম্বা অদুসু ইং শোক ১৮৯৯-১৯০০ দগীদি পূমতোক তোকখি।

**লাল্লুপচিংবা**, ফম অমা

**লাল্লু পোলেম হানবা**, ককথৎলবা (য়েক্লবগী) মকোক পোলাংদা হানবা

**লাল্লুম্বা**, লান লুমদুনা য়েক্লবা লাকপা ভইদুনা তুমিন্না লৈবা

**লাল্লেকরাই**, লান লাকপদা লেঞ্জুনা লৈখিবা মক্ম, লাল লেকফম

**লাল্লেথেম**, শাপোং লানপোং, শা লান্দা শেংপা ফি

**লাল্লোই**, লানমী।—"য়াংগোই ঈবু কৈনা শমর্না লাইজা ঈরাল্লকলবদা ফান্থেক লাল্লোই তরেংমানা মুংবান মনিংথৌদা বাকংখিয়ে"—মোইঃনিংঃলম্বঃ

**লাল্লোয়**, হিয়াংথাংদগী ফোগাকচাউ ফাওবা সেগা লম্বী সোরোক্পী নোংপোক মথেগী লম

**লাশমফোয়**, লা মতোন (লাতোন) থংপা

**লাশোং পাম্বা**, মতীক মগুণ চাউবা

**লাহান** ভরাংগী মথক্পী মুমিৎ, মমাঙৈঙ, নহান

**লাহান খোয়মা ঈহৌগী**, হৌদোকমিন্নরকপগী

**লহান নোং**, থায়না মমাঙৈঙ, নহান

**লায়কনবা**, অনাবা ফনবা হোংনবা, অনাবদা নীদাক লাংথক তৌবা,—"অমাই ননাউয়োকসিদি অনা লায়কন হৈয়ে"—পাঃনাহে:

**লায়বা**, লুদবা, মীরায়বা, করিসু লৈতনা তৌবা, থৌওইদবা,— 'লুরাং নাউথোংজাম্বা-ও মুংওাল নপাচাবুদি করম লায়বনো?"—নিংঃলম্বঃ

**লায়রা অতোন তাবা**, লায়রবা,—"নপল্পা হুঙ্গাম্নোং পলেমনদি লায়রা অতোন তাবগীদমক ইমানা লৈদি লৈজদা পারি য়োক্তবদি য়াদা নোমজবসু কনানা শীংথাবিদে"—হেঞ্জুঃ

**লায়াৎ**, থায়দোকপা শক্লক

**লায়োম**, লানা য়োমদুনা শেম্বা ময়োম,—"থাঙম্নি চংইন অকুপ্পবু চামলো লায়োম শা, য়োম্বু শমর্দী ঙাইথোমনা মপাম শেল্লোয় চীংদগী লমহৌরকএ"—নাঃফঃকাঃ

**লি**, ঈশিং থক্লবা লৈপাকনা শাবা পোৎ,—"ম্নক্লক অমত্তদা হামিন্নেএ, সনাগী লি অমত্তদা থকমিন্নেএ" —চৈঃকুম্বঃ

**লিক্লোন**, সমুদ্রনচিংবা ঈশিংদা লৈবা জীব অমা, মসি মতম অমদা শেল ওইনা চৎনরম্মী

**লিক্লোন খাওম্নবা**, লিক্লোন পরেং লেংলগা খা ওন ওন্দুনা শিবা,—"লিক্লোন খা ওন্নববু মোইমিৎ লৈচুনয়ে"—চাঃলাইঃ

**লিক্লোন তোম্বাম্বা,** লিক্লোন শিবা

**লিক্লোন শান্নবা,** মশান্না অমা, মী ময়াম ঈকোয় কোয়না ফমলগা লাইয়ুম অমা থাবগা লিক্লোন মক্ল তক্লক হন্দুনা শান্নবা মশান্না অমা,— লিক্লোন শান্নবদা লিক্লোন মক্ল তক্লকমক পূমলোং লোংলবদি লংহৌ থোকপা নত্রগা লোংথৌ (ত্রিশা) থোকপা কৌই, লংহৌ থোকলবদি পো তক্লক চংলি। লিক্লোন অমথক্তা লোংলগা অতৈ মণ্ডা অদু উপলবদি তম্ন থোকপা কৌই, পো তরামাথোই চংলি লিক্লোন মণ্ডা লোংলগা অমা উপলবদি পঙ্খা থোকপা কৌই, পোকম কুন্নণ্ডা চংলি, লিক্লোন তক্লকমক পূমউপ উপলবদি হন্তা নত্রগা পনরোবী থোকপা কৌই, পো তরামণ্ডা চংলি, হায়রিবশিং অসি নত্তবদদি লিক্লোনশিং অদু হুনবদা লোংইবা মশীং অদু মখৈদা পো চংলি। লিক্লোন মক্ল মরিতনা হন্দুনা শান্নবা মশান্না অদু চোপ শান্নবা কৌই, মক্ল অহুম উপলগা অমা লোংবা অদুবু পো তং কৌই।

**লিজোয়,** পূক গর্ভ, লিনগোয়

**লিংজেন,** থৌনা, মরিন

**লিংজেন শোকচঙনবা,** লিংজেল কত্তবা

**লিনচেন,** লিংজেন

**লিনগোয়,** লিজোয়, গর্ভ, খোয়রী,—"নয়োন মৈত্রেমা লাইগ্না লিনগোয়গী খুয়োয় তোম্পোক তৌনা কৌএ"—চাঃলাইঃ

**লিনথুপ শাবা,** লিন মথেক্কুম থেক খোয়বা

**লিম্ফোই ঙম্বী,** অঙোম চন্দ্র,—'মৈদিংঙু নিংথৌথোম্বগী (খৃঃ ১৪৩২-১৪৬৭) মনাউ ইবেম্মনি অদুগা লাইয়িংথৌ কিয়াম্বগীনা মমানি,—"নোংবাল্লোন লিম্ফোই ঙম্বী সনা লিনগোয়গী নমু মৈদিংঙু শেনবীক্যাম্বা-ও তৌনা কৌএ"—চাঃলাইঃ

**লিন্দ,** মফুৎ মফুৎ লাংবা লিন মগল অমা

**লিনলম,** থাঙপাৎ অমনবগুম্বা অকুংপা নালা অশাংবা

**লিনরাই ঈ,** ঈরিল তুরেল

**লিনরাই ঈরিকলাই,** ঈরিল তুরেল

**লিনগুরোন,** নিংঙোম্বম, লাইতেংঙম অমসুং ৰাংখেম (অঙোম য়েক) চন্দ্র,—"লিনগুরোম হায়না তেংথাবদি নিংঙোম্বম লাইতোঙম অনীমাপু থায়ে। লিনগুরোন হায়না তেংথাবদি ৰাংখেম চম্নুবুম্ন থাএ"
—পেনঃতেংথাঃ

**লিবা,** তুপা তাইবা, খোপ্পা, কুইবা, কুইরবা, মতম শাংলবা

**লিরেন,** লী মগল অমা, লী অচৌবা জাৎ অমা

**লিরেন কংশি নীকপা,** লী য়ামনা কুংনা হৌবা, অকনবা

**লিরেন কাঙফৈ,** নাথাঙ

**লিরেন পাগফানবা,** লী তিংবা,—"ঙাইথোং তদুং চীংজাউ লী, থাঙবাই লী পুন্সি কজেং লীয়াখৌ খুরোই লীতাংশাং, লিরেন পাগ ফান য়ুতিং মতাং তোয়, থোনগম মনারেক থারাম লামথনা অহোঙ লানয়ান ফমনে"—অালাপ্লু

**লিরেন লুহুপ,** লীনা শাবা তুপী

**লিরৌ ৰা,** মরৌ নৈবা ৰারোন, নিংঙাই তৌনবা ৰা,—'মন্নুং খোয়বা লিরৌ ৰা তাইবঙ মীনম লাংপাক ৰাবুনরিঙৈনে"—জিঃচঙঃ

**লিল,** তাংজা, নাপী

**লিলা,** নিল্লা, লিন,—'নঙনা লিলা থৌরী? কোকঙমদবা অসিবু করি ৰানো?—লঃ (ৰা);—'নিল্লা হুয়াই কাবদি লাইশোন হাদাক হৈহনা চৈরংএ দে" কুমদমশৈ;—কুমৈ কিয়োং

**লিলাথি,** লিন, তাঙজা লিলাথি, নাপী

**লিলা নাথেৎপা,** নাথৈহনা লুমহনা নৈবা

**লিলি কোম্দাওবা,** লিন্না তাউবা

**লিলরাই,** লম অমগী মিং, ইরিল তুরেল,—"লিলরাই মোংবা তুয়া ইমা তাকনা ঈগ্নায় থায়থখিয়ে"
—নাঃকংকাঃ

**লিলরাই কাংলৌ মরাম্বা,** গৌরশ্যাম মহারাজ (খৃঃ ১৭৫৩ ১৭৫৯ অমসুঙ খৃঃ ১৭৬২-১৭৬৩)

**লিলরাই ঈ,** ইরিল তুরেলগী ঈশিং

**লিলরাই শন্নম ইনগে তৌগুমজে,** শিগদোয়ে

**লিলি চীক্লেকপা,** ৰা চবেঙ চবেঙ ভাঙবা

**লিলি চীক্লেকপা,** ৰা চবেঙ চবেঙ ভাঙবা

**লিহুইফম,** হজিনকম

**লী,** য়ামনা উন্নবা মরী চৎপা তিংথং পানবা পাম্বী

**মখল** অমা, মহৈ অহু হৈয়ী কৌই, চাবদা হাউই, চরোং ওইনা পাম্লি

**লীক,** ঙক্না শিনবা লৈত্তং

**লীকতোম,** লীক মখল অমা (অকল অথৌগী মনা পীবদা তাঙবল্লোই চাবা অকল অথৌদা নিংথৌনা মনা পীবদা মন অতৈ অতৈগী মরক্তা সনা লীক লীকতোমস্তু য়াওনৈ)

**লীকলম,** গাড়ীগী চাকানা লৈপাক্তা চংথিবগী লৈপাক্তা লৈহৌবা কাংখোঙ মফম, কাঙখুন, তাইনবা মায়গৈ, কৌঙ লাইচি,—"চুপকী মমিংদি লীকলমদা উরৈ-পান্নে, মিংলমদা উরেংবনে, মৈরমদা উশিংবনে, লাইচিরমদা উরৈবনে" পুদিন; —"মমায়দি লীকলম পাংএ" নূঃ অচৌঃ

**লীকলম খা থংবা,** মৈরম পাংবা মায়গৈ

**লীকলা,** অহিংদা তাবা ঈশিং ঈরিক, হকচাংগী ফম্বি

**লীকলা ময়েং তাবা,** ফম্বি ফত্তবা, ফম্বি ময়েং তাবা

**লীকলাই,** লীকলী, নিংথৌ, নিংথৌরেন,—"মতম কুইনা পালফবা নিংথৌরেনও লীকলাই সনা থুয়া থাদা"—ওঃঙম্বা

**লীকলাই ইবুংঙো,** নিংথৌ মহারাজ ইবুংঙো

**লীকলাই তাইবং সোরারেন,**—মৈতৈ নীংথৌ, —"লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ লীকলাই তাইবং সোরারেল নমু পোংহনবাও"—চীংথংঃগঙ্গাঃ

**লীকলাই পন্থৌ মপাতোন,** মহারাজগী মতোন ইবুংঙো, মপাবুংতোন

**লীকলাই মপারি,** নিংথৌগী মজা ইবুংঙো,—"নিংথৌরেন নোইনাই কৌবা চীংথং থোম্বা ধর্ম্ম অতিয়া নিংথৌরেনগী লীকলাই মপারি পলেম মমা থয়োইরোন মেতু লোইথোম্বী ৰাইরং লমনেংপী সনা লিনকোয়গী লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত অন-জিং সিংহ শেম্বী তমলেনথোম্বা"—লাংঃশঃথাঃ

**লীকলাই মৈতেংঙুশু,** মৈতৈ নিংথৌগী মশূ ইবুংঙো

**লীকলাইরেন,** নিংথৌরেন

**লীকলাইরোকপী,** মৈদিংঙু নরসিংহ মহারাজগী মনাউ ইবেম্মা মহারাণী হাওবম চনু,—"শক ১৭৬৬ মেরা থা ১৭নি লৈপাকপোকপদ্বা মৈতৈরৈমা লীকলাই রোকপীনা সনা কৈথেম্দা শেল চাইএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**লীকলাই রাণীহন,** মজাইবুংঙো অহন, নিংথৌগী মচানিপা অহন

**লীকলাই সনা খোম্মদোন,** ইজা ইবুংঙো অতোম্বা, —"লীকলাই সনা খোম্মদোন চরৈ ফিজি নাহোং-তোন"—থাঃঙম্বা

**লীকলাং,** লীক

**লীকলাং চোইনা কেনবা,** শিবা, পুনশি চেঙজেন লোম্বা

**লীকলাং থাৱাইনবা,** ঙক্না লীক শিবা

**লীকলাং পাউহোংদবা,** হায়শিবা ৰা হোংদবা

**লীকলা ৱাইফেন তাবা,** লীকলা তাবা

**লীকলা শাফাবা,** থৌৱানমিচাক আর্দ্রা নক্ষত্র

**লীকশং,** লীক অশংবা

**লীকশি থারোন ফৌ,** চহী লোয়বদা লোকপা ফৌ

**লীকশিরম,** থবাক

**লীগা ৱায়বা,** মরী চংপা

**লীচৈ তোরান শুবা,** লীচৈ পায়বা,—"থোং-ঙাইবা ৰায়েন চুম্বা থৌতু নুংপাকথক্তা লীচৈ তোরান শুনা শুকমু থনবা লাংয়া থনবদা ৰাতেম্বা"-থঃয়াম্মোই

**লীতোন,** থৌরী মতোন

**লীতোন ৱায়বা,** থৌরী মতোন পায়বা

**লীথুবা,** লাংদা থুবা

**লীনাইবা,** মরী চংপা

**লীপক্লবা,** অনী তুবা, জোড়া শেম্বা,—"থবি শেংগোইরেং লোইদাম পা নিংথৌগা লীপক্লনা"—পাঃনোঃ

**লীফম ওইবা,** ফীবম ওইবা

**লীরি,** তেনগী লীরুং পুল্লিবা মরী (থৌরী)

**লীরি তেন,** ধনু রাশি

**লীরি থম্মোয় তিং লকা তেনমৈ লাকপা,** তেন কাপ্পদা লীরি থম্মোয় মপা য়োনা চিংলগা থুংকাপ কন্না কাপ্পা

**লীরুং,** মাক, তেনগী লীরিনা পুল্লিবা অকোনব শরুক

**লীরু য়াফাক লোবা,** কোম তোবা

**লীরৌ,** য়েৎনবা, মরৈ
**লীরৌ থোইবা,** থৌরী লৌশিন্দুনা ক্ষাবা
**লীরৌবা,** নিংঙাই শাংদানবা, য়েৎনবা বাক্ষম
**লীশূহৈবা.** লীরুং তেন শীজিন্নবা হৈবা, তেনহৈবা, —"ইশাবি কর্ণ লীশূহৈববু নোংমনহল্লে"— লাঃশঃথাঃ
**লীহেপ্পা,** কোয়গনবা, কোন্দৈবা,—"ইদাইরেম শিংও কাওরেন ইশনচা ঙাংবা য়াইথংবা মানবী লীহেপ্পা অসিবু লাংবা কারোংখমদা চাক্তাঙামএ"— শলকাও
**লীহৈ,** কৌ মহৈ
**লীয়ায় নেৎপা,** ভিংবা
**লীয়েৎনবা,** কাউদবা
**লু,** কোক
**লুক্রেম,** নিংথিবা লুক
**লুক্রেম পানা চোনবা,** হৈরুক অথনবা
**লুকোই শলাইফি,** কোয়েৎ
**লুখুম,** ফমুংগী কোকলোম থংবা শরুক
**লুখুম চাউবা,** ফীরুক খুম্বা
**লুখুম ফাঞ্জাউ,** কু, শস্তক
**লুগুণ লৌ,** বৃটিশনা খৃঃ ১৮৯১ এপ্রিল তারিখ ২৭ তা মণিপুর লৌশিনখ্রিভৈদা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌশিংগী সনা হাক্তক্তা মৈতৈ নিংথৌনা ব্রাহ্মণশিংবু য়ামনা লুনা তৌরম্মী। ব্রাহ্মণ খুদিংমক লুগুন হেক থাংবগা লৌ পরি অমমম থাজনা লৌদনা নিংথৌনা পী অস্তুম তৌনা পীরিবা লৌ অসি ব্রাহ্মণ অহুনা অতোপ্পা মীদা য়োম্হোক খোম্হোকপা য়াদে। মযুম মকৈ পাল্লবদি ব্রাহ্মণ অহুনা শিরগা মাগী (ব্রাহ্মণ অহুগী) লুথ্রাবী অহুগীদমক লৌরাক অমা খাক্লগা অরেম্বা লৌ মরাক অমা নিংথৌনা অমুক লৌগংলি। অস্তুম তৌনা নিংথৌনা ব্রাহ্মণশিংদা মগোয়না লুগুণ হেক থাংবগা পীনবা লৌচা
**লুখা থাবা,** লুনা (কোকনা) মপা থাবা, মমাঙৈঙদা চীংমী খুল্লাক, লুপলাক শিবদা নত্ত্রগা মপা মপু শিবদা মীগী মকোকনা মখা থারগা ফুম্বা
**লু চনবা,** নোইবা, কোক ফুম্বা
**লু তিনবা.** খোমজিনবা, মং তিনবা
**লুতুং.** লুখম, লুমাঙগী ওন্নতৈনবা শরুক,—"লুতুংদা শমজিন নাইরগা নৃপীগী মশক ওইএ"-থিরেন মৈংলীঃ
**লুচাউবীচা,** ককচেং,— "ককচেং লুচাউবীচানা মালেম থৌরৈ লৈগা হোম্না লৈশেম পুং"-নিংঃলম্বুঃ
**লুতেংবা,** কোক লুবা
**লুতুবা,** তুবা, শিবা,—"লংবা য়াইহৈবনা খাব মকনমঙুং জৌ পায়মা লিনশাং পেকনা য়াইনরবগী খাবি লুকোক চন্নুদি লুতুরে"—মোইঃনিংলম্বুঃ
**লুতোন,** কোকতোন, লৌরাই লুতোন
**লুথুপ,** য়ুশুংবদা য়াওবা উরী জাৎ অমা
**লুথোং,** কোকথোং, মী অমনা মকোক্তা থোংচুনা পুবা ঙগা মীপোং,—"শীংবী লুথোং পুনা তরা চাক নিখিয়ে"—ধঃলাঃনীংঃ; —থুম্মোক মখল অমা
**লুথোং শেম্বা,** কোকথোং শেম্বা
**লুদা থোংনা,** কোক্তা হাপ্তুনা, কোক্তা থোঙ্গত্তুনা ফিগাউ শানা য়াজবা,—"থোইমোম সনা নয়াথংবু তয়ম লুদা থোংনা"—লঃ(রাঃ)
**লু নাউ,** ঈক হিনাউ, মরু মনাউ, ঈমু-ঈভৌ
**লু নাউ তাম্নবা,** ঈমুগা (লোকতাক মপান্দা তাবা মীগা) ঈপোগা (তুরেল অচৌবা মপান্দা লৈবা মীগা) মীয়াঙ তাম্নবা, —"হুমনি ঈরাইদা হি লু নাউ তাম্নি"—ৈংকুম্বাঃ
**লুপা,** ধাতু মখল অমা, কোরৌ নোংলুপান অঙৌবা চান্দি
**লুপা অহিংবা** মৈ চঙদ্রিবা লুপা,—"সনা অহিংবা লুপা অহিংবা চেংলা হৈ"—চীংলাইঃ
**লুপা খাউথাংনবা,** লুপা শিবা
**লুপা তাঙ্গা.** লুপাগী শেল
**লুপান তোংবা,** কোক্তা হাইগংপা
**লুপা লৈখম,** লুপানা শাবা লৈতেং অমা, -অকল অথৌদা মনা ওইনা পীনবা পোংশক
**লুপা হংজৈ** থাগং চৈ, লুপাগী হংজৈ
**লুফা চিকপা,** কোক্তা পেৎপা
**লুফুই.** লু, ঙা ফানবা লাং মখল অমা
**লুফুই নামথুম্বা,** ঙা ফানবা লু থুম্বা
**লুফুই নামথুম্বা শোয়রেন খমনাপ্পা,** পল লিং গত্তুনা লু থুম্বা,—"নোংবান কদেম শোয়শেনবদি লমলেন মদাইমা তোংজেংসোয় খাবৈপুংদা য়ামলা

খোংফৈ চীরোন চন শীঙবুং নাচুং য়ৈ, খোয়মা পল্লাং খা লুফুই নামথুম্মে শোয়রেন খমনাপএ"—নাংফংকাঃ

**লুমজৈ,** শম্পোৎ খোইবদা শীজিন্নবা লুমলি পুন্নবা পোৎপুদা কৈবা কাঙজৈ অনী,— "শারেন নোংশা খাঙনৌবনা অরং ফাএ, পানবা কৈনা তিতি ফাএ হেয়িও খারৌনা পোপ্প ওই, শিন্দুনা কাঙজৈ(লুমজৈ) ওই, নারিন্না লুমলি ওই"—লোঃ ঈঃ

**লুমদিন্নবা,** মতু মৰা য়ুম্বান্নবা, পান্নবা

**লুম্নবা,** লৌনবা হোৎনবা, মতু ওইবা,—' হাওমুথু হাওমুহন অনীমকপু য়োইহৈতোন তাউখিংমানা লুমস্নুনো"—তুম্ভেঃ

**লুমলি,** শম্পোৎ খোইবদা শল মঙক্না হাপনবা পোৎপুগী লুমজৈদা কিদুনা লাক্নবা থৌরী

**লুমলেন,** মতু, "লহান নোংগী তাল্লোয় অপাম্বী লুমলেন হঞ্জবীনে"—চেংলৈঃ

**লুমলেন অতোম্বী,** মতু অতোম্বী, তাল্লোয় অতোম্বী,—"শৰা কংলৈ পুংফাবগী তারোয় অখুবী লুমলেন অতোনবী অহিং তরা থোংবী ফুংখিল শংলৌ য়েল্লাংবী নত্তবরা ?"— পোঃখুম্বোক

**লুমলেন খাবাংনবা,** মতৈ মনাউ ( মতু মৰা ) ক্ষমদুনা লৈমিন্নবা

**লুমলেম নাক্তা থাবা,** নুপী থিবা, য়ুম পানবা

**লুমলেন মরোন য়াম্বা,** নুপী (মতু) য়ামনা থিবা

**লুমলেন হঞ্জবী,** নুপী অহন, মতু অহন

**লুমাঙ** কোক্কী মাঙলোম থংবা শরূক,—লৌৰাই-দা হামুন নৈরগা শুক মশক ওইএ, লুমাঙদা শমজিন চিল্লগা নিপাগী মশক ওই, লুতুংদা শমজিন নাইরগা নুপীগী মশক ওইএ"—থিরেনঃমেংলৌঃ

**লুরক কাঙদৈ থি খোনাউ লেম্মোঙ লেনবা,** মঙক ককপা,—"কৌবা নুংবু চৌংগী মরেং তালমচাবু লুরক কাউদৈ থি খোনাউ লেম্মোঙ লেনলক্কে"-চাঃলাইঃ

**লুরক কাউদৈ থিবা;** ঙক ককপা,— "হোরেন তেরকপদা লুরক কাঙদৈ থিরসে হায়না হুলাল্লমলে" — নিংঃলম্বঃ

**লুরক চনবা,** লোনশিনবা

**লুরেন,** কোক, য়ামনা লুপ্পবা

**লুরেনতোন,** কোকতোন, তাংজা লুরেনন্তোন,— "লাইরেন মৈদিংঙু হেমদৌ লোইয়ম্বা-ও নবেন অরাই লাইগু মচন নোংয়ায় হোংনেমচম নিংঙোনবী তাংজা লুরেন তোনবু হনৰাইবিরম্মো"—নিংঃলম্বঃ

**লুরেন লুবা,** য়ামনা লুবা

**লুরোই থেৎনা,** মকোক্তা থেৎতুনা,—"পোনবী সোংঙাইরাবনা মকোক শিংতুম লুরোই থেৎনা শিনাই মাইগা শকচথিএ"—তোরৈঃ

**লুৰাই কোয়রেনথক,** লৌৰাই লুতোন, লৌৰাই লেমফু,—

**লুৰাই হুমপুতোন,** লৌৰাই লুতোন, লৌৰাই লেমফু,— "মৈদিংঙু মগা পামহৈবা পলেম নমা য়োম্বু হৈরোইনাই তরেৎমকনা লুৰাই হুমপুতোন্দা লাইজা থিকফেন চাইনা য়োইয়োইগবরা য়োইয়োই ঙমদবা লাইয়িংথৌ"—চাঃলাইঃ

**লুয়াংয়ি,** লাঙ্গোল চীংদগী হৌরক্লুনা কমেং অমস্তুং লমদেং খুল ফাওদুনা চেল্লকলগা ইরোইশেমগী ঈরোঙদা নম্বুল তুরেন্দা ঈতিল্লবা তুরেল অমা

**লু,** ঙা ফানবা লাং,—লু মখল—কবোক্ক, সোরাক্ক, লুহুক, তাইজেপ লু, তেথাউ লু

**লূক,** ( ব্যবহার তৌবা ঈকাই খুম্নবা মী অমস্তুঙ থৌগল্লোন্নচিংবদা শীজিন্নবা ) চাক, তরা,—"তরা লুক্কা হানা ফরেং নোংফাইবিয়ে হায়দবরা ?-জিঃচঙঃ

**লূক্কোয়,** চাকলুক, য়েক্কাং মখেল

**লূক খনবা,** নিংথৌনচিংবা অচৌ অশাংগী চাক হাপতোক হাপচিন সেবা তৌবা

**লূক খূনবা,** কংলুরবা প্রসাদি ফংবা (চাবা)

**লূক চনবা,** লাইরূক চনবা, লূক কংপা

**লুকথোং,** ঙারৌ নত্রগা চাক মথক্তা হাপ্পা বোরান-চিংবা, থোংলবা চাক,—"ঙরাং লাইরেন নোংজাদা সনা লুকপোং হাদুনা ইহুং মঙচঙ তমথিবা"-য়াকৈবা

**লূকনমশেন,**—চাক্কী চাং ওন্নবা অমস্তুঙ ফজনা শেম্নবা চাইতেংগোৎকুম্বা পাত্র

**লূকফম,** চাকলুক

**লূকলেন,** চাক, অথোইবা লূক

**লূক হাবা,** চাক চাবা

**লূকং,** কোক্কী শরূ অকংবা

**লূকলাং,** থুম্মোক, ঙা হাপ্পবা তুংগোল,—"হংগেন

তাইবং লাকনা লেমলৈ ভাহা ত'নববু লুকলাং মনিং কোয়গে কোয়ভমলমদে"—নাঃকঃকাঃ

**লূ কাইবা,** লূ থুম্বা লোথোক্লুনা ভা চঙবরা য়েংবা

**লূ চাউ,** হকচাংগী শরূ অচৌবা, য়াঙলেন শরূ,

**লূ থুম্বা,** ঈচেল নাইবা ঈশিং ঈচেল মচাদা ভা ফানবা লূ থম্বা

**লূপ,** কাঙলুপ. কাঙবু,-"লহান সত্যযুগ অহানবদদি বামোন লেংনা তিনবা লুপনা ধ্যান পুকনীং লেপনা তপস্যা লাইবু নীংলম্মে"—উঃ(রাঃ)

**লূপলাকপা,** ফম অমা

**লূপলাকফম,** হিদাকফম, খুল্লাবফমগী মখা, পুখ্রী

**লূরক কাউদে থি থৌনাউ লেম্নোও লেনবা,** হিদং নোংথোন হিদং খুাই হিদং ৱাংগৈ হিদং য়াইস্কুল হিদং অশুম হায়না হিদফম কুম্মুানিথোই লৈরম্মী মাথোয় অসিবু লুপলাকফম কৌই"— নাঃফঃকাঃ

**লূৱাং,**—য়েক অমগী মিং, মুংবান

**লূৱাংখোই,** উ জাৎ অমা

**লূৱাংচম্মু,** লুৱাং নিঙেতান, মুংবাল্লোন, য়োইরূম-লোন

**লূৱাং তৌ,** তৌ মখল অমা

**লূৱাং নিংথৌ,** লুৱাং লৈমাবা, লুৱাং শলাইগী মকোক ওইবা মী

**লূৱাং নিংথৌ পুনশিবা,** অহুঙৈ মণিপুরদা লৈরম্বা অফাওবা গুরু অমগী মিং, লুৱাং নিংথৌ অমগী মিং, লাইয়িংথৌ অমগী মিং,—"গুরুগী ঈশিং থোঙদগী লুৱাং নিংথৌ পুনশিবা থোকএ, অহল্লপ লাকপদি লুৱাং নিংথৌ পুনশিবনে"-ফমলোন

**লূৱাং নোংজ্বম শঙ,** কংলাদা লৈরম্বা থায়নগী শঙ অমগী মিং,—"ইথোয় মঙামক তিন্দুনা লুৱাং নোংজ্বম শঙদা শীং থনবগুম থম্না থম্না হায়গদবা ৱানে"— শীংলাঃ

**লূৱাং লৈমা,** লুৱাং লৈমাবী, লুৱাং নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা

**লূৱাং শঙ্ক,** থৱানমিচাক স্বাতী নক্ষত্র

**লেং,**— লেংবাল, পালি, পরেং

**লেংগা.** হৌমিন কাম্নিবা, লোনগা

**লেংগাতিন,** মমাম্নবা তিম্নবা

**লেংতিম্নবা.** ময়াম তিনবা

**লেংথোংনবা,** লেংবান্দা থোংবা, লেংবান্দা থোং-গক্লুনা পুংা

**লেংদা,** লোনগ', লেংগা

**লেঙদা,** চত্তবা, লেঙদবা

**লেংদা চাবা,** মপা ওইবা, পাবা য়াবা, মপা চানবা

**লেংদা থী,** খুদি থীবা

**লেংদা থোংনা,** লেংবান্দা থোংনা

**লেংনমথোন,** লেংবান্দা থোংগক্লুনা পুবা

**লেংনা কাইনা,** ময়াম তিন্দুনা, ইরাঙ লাওনা

**লেংনা তিনবা,** ময়াম তিনবা, সভা তিনবা,—"য়োৱবু নদাইরেম মুক্তা লাওজোং মথোকলকপীশিংবু লেংনা তিম্নকলে"—হিঃহিঃ;—"মুনি লেংনা তিনবদা পাউ হংখিয়ে"--উঃ(রাঃ)

**লেংনা ফাংনা,** পরেং শানা

**লেংবা,** পাবোং, জোড়া, ফাওনা থিনবা

**লেঙবা,** গোঙশানবা, চৎপা, মফম হেংবা

**লেংবাশল,** শল পাবোং, শল জোড়া

**লেংমাম্নবা,** লেংগা, মমাম্নবা, লোনগা

**লেংমাম্নবা,** লেংগা ওইবী, চহী ওথাক মাম্নবী

**লেংলমশৈ,** লেংলম্বা ঈশৈ

**লেংলোই,** খজাই,—"মুনি লেংনা তিনবা পুম্নমক্কী তাল্লোয় মরুপীশিংনা শমলাংতোনগা। নান খজাই লেংলোই চুপ্পা,, উঃ(রাঃ)

**লেংয়ান,** লেংবান্দা য়ানবা কি

**লেপ,** মরেপ, মৱাং

**লেপখঙদবা,** মওঙ মতৌ পান্দমফম লাকপা ঙমদবা, মওঙ খঙদবা

**লেপতম,** মরেপ

**লেপতম চোংবা,** ৱাংবা হেনগংলকপা

**লেপ্তম হাইবা,** পান্বী ফুকপা

**লেপনা,** শোয়দনা, তঙাইফদনা,—"ইয়ু থৌজান নরনকুনা লেপনা পনগৌ ইপা শাৎমাববু য়াইবী থৱায় হিংলঙেনে"—লাংঃশাঃপাঃ

**লেপফাবা,** চাউরকলবা, চাউবা মপুঙ ফাম্নবা

**লেপলৌ পরেং সিলনা,** পরেং শানা লেপ্পুনা, —"ৱায়রা শা পাম্বা হুমেন লালপামলকপা খৈবিকনা লেপলৌ পরেং সিলনা কোয়"—ঔ:ঙ:

**লেপলৌ শিন্না,** শকনা, মতমগুমনা, মহুংশিন্না,—'ইমোম লেপলৌশিন্না লাংগোলগে"—পো:লু:

**লেপলৌশীংগুম্বা,** মতৌগুম্বা, মানবা,

**লেমগাথাবী,** নিংখিজবী, ফজবী, অরেমবী,

**লেমথোঙ,** মরাক, মফৈ, মপাক,—"হুংখিন চৎপা শাগৈ মরিমদি লেমথোঙ মফৈ কৌএ"—খিরেন মৈ: লী: ;—তাম্থোঙ লেমপোঙ, মরাক-ময়ুং, ময়ুং মফেন

**লেমনা,** থন্না,

**লেমপা ফজবী,** নিঙথিজবী

**লেম্বা,** ফজবা, নিঙথিজবা

**লেমফু,** মরু, থরোগী মরু চাবা য়াবা), লৌৱাই কোয়রেন

**লেমলৈ,** ঙা,—"লাইসনা হেলোয় তরুকমা নঙ থানা তরেংমা চিংমু থমমু অহুমমু অরৈমু খেরেলোংবম চমু তোনথাংমু পোয়নৌ মতা তরুকমক লেমলৈঙা তারকও"—পা:লাই:;গুণ্ মথাগী লম্মৈ (কোনয়াই হুনবদা হায়নবা)—"থৱায় অপকমাবু থরৈ কুমহল্লোই লেমলৈ তাহল্লোই হায়বগী লাইঙা ঈখোঙশীন্না পোখাম্বা"—পা:নাহে:

**লেমলৈ অকাববু নানমবা,** ঙা কাগৎলকপবু খিংবা (নমথবা)

**লেমলৈ ঙাচঙ তাম্বা,** ঙা য়ামনা চঙদবা, ঙা য়ামনা ফাদবা,—"মোইরাং খোরি তোঙ্গাউশূনা কেগে নোংকাংখোংদা লুফুই নামথুম্বা শোয়রেন থামনাপ্পবু লেমলৈ ঙাচঙ তামলে"—শনকাও

**লেমলৈ ঙাতাবা,** ঙা ফাবা,—"লেমলৈ ঙা তারকও" —পা:লাই:

**লেমলৈ ঙাতারাই,** ঙা ফাক্ষম,—"মাহুই নারেংবম চমুগা নোংবান ঙাগাবা নিংঙোনবী লুৱাং মেনলৈজম হঞ্জবীগা অনীমানা লেমলৈ ঙা তাৱাই" —নিং:লমু:

**লেমলৈ ঙাহা তানবা,** ঙা থিবা,—"মপারি লমবোং ঙাথিবা ঈনফু তোনগা লং ঈল্লেন থাকুপ হোৌবা লেমলৈ ঙাহা তানববু লাক্করে"—হি:হি:

**লেমলৈ ঙামৈ শাংদানবা,** কোয়না ঙা কাবা চৎপা

**লেমলৈ তুপ্তবা ৱানজেং কীন্দবা,** ঙা অশেম্বা নত্তবা মপূম

**লেমলৈ নিংথৌ চমু,** লোইতোংবম নিঙেঙান,—"লেমলৈ নিংথৌ চমু হায়বদি লোইতোংপমনে (লোইতোংবমনে)"—পেন:তেংথা

**লেপলৌ,** জগোয়, "খাগী ফরাংজি মথক্তা জগোয় লেপলৌ শা পোইরৈ পূমনা হুপ"—স:লাই:;—খজাই

**লেমহৌখাক,** শীজিন্নবা লোইৱ্রণা লৈহৌবা শরুক (মথী মকুম)

**লেৱা,** লমহেনবা, মঙক কনবা

**লেল,** লেন, অথোইবা, খ্বাইদগী ফবা, খ্বাইদগী হেনবা

**লেল হৈথবা,** লেল য়ামনা কন্না তাবা

**লৈ,** মালেম, লৈপাক,—"নোংখ্রাই চাখা মোইরেম্না খুবাক তিল্লাই মেন খোকলাং পমশিংননা ভিংনেতা হুনথিনবু হৈরেম কাংবিশূগী শমু মখুদোনবু খিজিক খেৎনা তিমেন লৈদা তেনপাল্লে"—চায়:

**লৈ,** মহাউ খঙনবা হকচাংগী ইন্দ্রি অমা, পাম্বীগী শাংকায়রকপা মপান, শীঙেন, নায়ানবী

**লৈইকিতি,** লৈরবদি,—"মমোন খোম্মদোনবু লৈইকিতি (লৈইগীদি)"—তু:তে:

**লৈওনবা,** লৈথোম লৈনাংদা ওনবা

**লৈওনবী,** হংগং হন্দা য়াওনবী

**লৈকন,** লৈপাক অকনবা

**লৈকম জোৌবা,** লৈবাক হুনবা

**লৈকম য়ানবা,** লৈপাক য়ানবা

**লৈকাই,** য়ুমলোন কৈরোন্নবা, শীংলুপ, কৈরোয় লৈকাই, কোন্নুংগী লোয়শঙ হমগী মিং

**লৈকাইগী শিন্না,** লৈকাই হায়না কৌবা লোয়শঙ অতুনা তৌবা মশিংদি—"কীরান যাত্রা উরোং লমজৈ পোৌরী, লৈপাক য়েংবা, লম ওনবা, লৈরক খোংবান য়ুমফমগী ৱায়েন তৌবা, লম্বী খোং ফত্তহৌদি শেম্বা, ঈথিং পন্থিংবা, শল্লম ওকলম খিংবা, লমজেন ফাংপা,তম্পাক লোইদা য়ুগী লৈরঙ থিবা,য়ুগী শেন খোৌতুনা নিংথেমদা কৎপা, চেরে কাইরৈ পাউচেমবা, উয়ান ৱায়ান পয়া-হুমদাং ৱাচেৎ ই উরোং কীরানৱা উচিবা য়ানবা কাইবা য়ানবা, কাইরেন

কাইজাউ শাবা, থৌরী তাবা, শঙ শাবা, থাকন ফক চপ্পা, কাংথোন পুবা, লৈপাক শেম্বা য়েংবা থারা শাবা শগাই শাবা কৌজেং মৈতানবী নাশৌবী শেকচরেকপী লমদম্বী, শাবন পোরোং খোক শাবন কৈগুম লাইকরোংহে, শাবন মরিংখা, ৱান্দেং খোইবী লাবা শাবন নাউডু শেনবাং মথী, কৈগুম লাবা, লাই উতোং ৱারক মকু শাবন মকু চরোয় ৱাহিক ৱাতীন তীম্ব্রোক তীনবী লৈতিন মোইরাং থানম, তরেঙ মনা, অশিবগী মৈথিঞ্জে য়ানবা হুমাইখোক য়ানবা, কাইখোঙ য়ানবা, শীংনাং শংগম, কংলাদা লৈশাগী মুয়ু য়ুংবা অসি লৈকাইগী শিম্থানি"—শঙংমশিন

**লৈকাই ইন্নুমনা,** লম অমত্তদা লৈমিন্নবা, লৈকাই মচা মশেন ওইনবা, য়ুম নক্লনা লৈবা

**লৈকাই খুম্বোঙ মরি,** লৈকাই মরি—খ্বাই য়াই-ফুল খুরায় ৱাংখৈ, "তাউবা হুইগুম কংগশি কাইরৈ য়েনগুম পোন্দাই লাকনা লৈকাই খুম্বোঙ মরিমবু কাওরেন শংগু হোইগুমনা কোরৌ হুমিং তরাতরেং-নিবু মীরাং তাংপৎ নাইদনা অস্থুম খোমখিরে হায়দবরা ?"—গংনোং

**লৈকাই মরি,** খ্বাই য়াইফুল খুরায় অমস্থুং ৱাংখৈ

**লৈকাইরাকপা,** ফম অমা, লৈকাই লাকপা, লৈকাই মরিগী ফম্নাইবা অচৌবা— খ্বাইরাকপা, খুরায়রাকপা ৱাংখৈরাকপা অমস্তুঙ য়াইফুলাকপা

**লৈকাই তোম্ফাংকেল,** লৈকাই অতোপ্পা

**লৈকাই তোম্ফাংকেলনা হেকথোকপা,** লৈকাই-না ৱায়নবা শঙ্গাই

**লৈকাই পানশঙ,** খুন, লৈকাই,—"লৈকাই পানশঙ লানগনো য়েল্লাং থৌচৎকনো"—হেঞ্জুং

**লৈকাই পুজরক,** কৈরোয় লৈকাইনা ৱায়নবা থুমুক

**লৈকাই পুজরক লাংবন লোওল্লকুম লনশিংবা,** চপ চানা লম্মন থুম্বা,—'ইমোম নঙ্গেভান্দা হুায়নবা অসিবু লাইরেন মৈদিংগু উরা কোম্থৌবা মঙুংলাং-গীবু লৈকাই পুজরক লাংবন লোওল্লকুমবু লনশিংগে"—নাংফংকাং

**লৈকিম্বা,** লৈপাক কিম্বা

**লৈকু লৈরাই,** লৈকুং কোম্নুং,—'চাউবা মেল্লে শাবোন শানৌ ঙম্বনা লীরি থম্মোয়তিং লকা তেনমৈ লাকনা ৱায়রা তেনৱায়থবদি মালেম লৈদা পাল্লবস্থু লৈকু লৈরাই কিম্থেয়ে"—চাংলাইং

**লৈকু য়ুনাইবা,** লৈপাক্তা য়ু হৈত্নুনা কংপা

**লৈকোক লৈকাই,** য়ুমলোন কৈরোম্নবা

**লৈকোয়পুং,** খুমনগী লম, খুমন কোম্নুং

**লৈকোয় ফম্বা,** নিংথৌ, লৈপাক ঙাকপা, নিংথৌ ওইবা—"তেখাউ নিংথৌ লৈকোয়ফম্বনা পুকনিং অকিবু চঙনা হে মণিপুর পোইরৈ মৈতে নিংথৌ নঙদি লাংওন মীওই পানবু নত্তরে"—চীংথংশাংফাং

**লৈকোয় ফোং,** মোইরাং লৈকোয়দা তিম্নবা

**লৈকোয়রেন,** কোম্নুং

**লৈখম,** পাম্বী মথল অমা, অকন অথৌদা মনা পীনবা লুপা নল্লগী সনানা শাবা লৈতেং মথন অমা

**লৈখল য়াঙবা,** লৌশিং শিংবা

**লৈখাম,** পাম্বী মচা অমা, পাম্বী অসিগী মনা অহু মৈ থাতুনা লাই তীন ফত্তহৌদি তানবদা শীজিন্নৈ,—"কম্বী নাউরৈখুনা খোইজু তোলোং, লৈখাম ৱাইবা"—মৈংতেংবা

**লৈখিস্নুনো,** লৈজখিসনু,-"হৈরেম কাংবীশু অথৌ-বদি অনা লাইপোৎ ফারবগী মিংথেং নাউগুমদা ঈম্থু মিশেং খাঙনা লৈখিস্নুনো"—চায়ং

**লৈখুন,** লৈপাক মম্নুং, সুরুং

**লৈখুন ফাওবা,** সুরুং ফাওবা

**লৈখুম,** লুখুম

**লৈখুম লৈখাশেন,** (শিবদা হাপ্পবা) খুয়া লুখুমগী শেন

**লৈখেৎ,** লৈয়ি ইবা, লৈ খেৎনবা পোং

**লৈখৈ লেংবা,** লৈপাক ফাওনা লেংবা

**লৈখোঙ,** কোম্নুং

**লৈখোঙ কায়বা,** লৈবাক কায়বা,—"ওকনা থোকলবদি লৈখোঙ কায়-এ, লৈপাক অৱাবা ফংএ"—চীংলাইং

**লৈখোঙ নোংখোঙ,**—লৈপাক নোংথৌগী হোকম,—"লৈরী নোংলী হোরো লৈখোঙ নোংখোঙ নেমমো

কোরৌ খোংতুম খোংলকও"—নোংঙঃ
**লৈখোং নোংখোঙ কায়বা**, লৈপাক কায়বা, নোংখিনা নোংচুবা
**লৈঙম**, সরকারগী হুকুম মতুং ইন্না মী অমগী শূফম থোকপা মথৌ;
**লৈঙাক**, লৈবাক ঙাকপগী থবক, শাসন
**লৈঙাং লৈঙুম্বা**,—লৈ অঙাঙবগুম্বা
**লৈঙাম্বা**, লৈরম্বা,--"শমু খুংনা শেংনা য়েংববু ঙানান শোংয়ান্নুংদতুম লৈঙামএ"—তুতেং
**লৈচপ্পা**, মনাফি-গুলাপ মচু হাইরপ শঙবা লমথাং খুলংকী মহুত্তা পীবা কোয়েং ফি,—মনা ফ লিবা মী অতুনা কোয়েং য়েংপদা তুংলোমদা মনা খুবোম মরুম থাদনৈ,—"শক ১৮০০ ইঙেন ৬নি পাঙঙদা শ্রীযুৎনা কামহাও কমশোন খুন অনীমা থুগায়বা মীদা লৈচপ্পা খুদৈ মনা পীয়ে"—চৈ কুম্বাঃ
**লৈচাই**, ফেংগোরোন অমগী মিং
**লৈচিন খোঙনেৎনবা**, শিবা, লৈচিন মপক্তা লৈবা
**লৈচিনচেক**, খুন্নপ্রঙ
**লৈচিন নোংফাই**, মুংশাগী মঙান ঈশিংদা য়ৈরগা পাইথৎলকপা ঈশিং মনিল, শিফা
**লৈচিন পোমায় হাংবা**, শিবা
**লৈচুবা**, লৈপাক্তা য়ুংবা
**লৈচেঙ**, লৈপাক অকুপ্পা ফ্রা ফ্রা লাউবা
**লৈচোল** কৈরেল
**লৈচোন থানফমলো**, শোরেন ফুম্বা
**লৈচোন লনতিক খঙদ্রবা**, কৈথেন্দা পোং লৈবা হৈত্রবা
**লৈজহনখিম্নুনো**, মতাং অসিরাইদা লৈখিম্নুনো
**লৈতকপা**, ফি শাবদা ফি শাবনা থঙনবা ময়ুং-লোমদা নম্বা খুদম
**লৈতঙ**, লৈপাক অকংবা
**লৈতঙ্গায়**, তেংপাক লৈতুম ক্রং ক্রং লাউবা
**লৈতঙ লেংবা**, লৈপাক ফাওনা লেংবা
**লৈতঙ ফেনবা**, শুবা, লৈপাক শুগায়বা
**লৈ তরেৎ**, মোইরাং লৈমরোন তরেৎ
**লৈতা ল্যায়রা**, অৱা অনং
**লৈতাই নোংদাই**, জগোই মখল অমা, লৈপাক নোংথৌ তাইবা
**লৈতাইবা**, লৈপাক্তা লৈবা লাই তাইনবা
**লৈতাঙ**, পাং অমগী মিং,—"হাওরৈ খানা পাংবা অসিদি নয়ুম নোংয়ায় লৈতাঙ ইমোইকোনবু করম মানবনো ?"—চায়ঃ
**লৈতাঙ শেক্কুরেক চেকলা নমঙৌবা**, উরোক,—"হৈরেম পোনবী লোকলৌখোং লৈতাঙ শেক্কু-রেক চেকলা নমঙৌবনা পোনবী য়েমদম পৈনা য়াকায়রবনু মুংবান মপাচানা হোইগে হোইহন্দে লুরাং মরেল্লনা তানগে তানহন্দে"—নাঃফংকা
**লৈত্রাবা**, লৈপাক্তা তাবা, পূকনীং লেপ্পবা
**লৈতোইচলবা**, শীজঙনা য়ানবা, ককপা, য়ানবা,—"ময়ু মুংয়োং মঙদ্রা নিংথৌগী তিংগা রাকয়ৈ হিরাংচান ফোংদা সনা হিদ শীঙজঙ লৈতোইচন্না থাম্বী মৈ থাদোকলম্মে"—শমংঙঃ
**লৈত্রেং**, কজেংলৈ
**লৈতোঙ খুদি য়াম্বা**, গোঙ থাংবা খুদিং খুদি থাবা
**লৈতৌ য়োৎ**, লৈপাক তৌনবা য়োৎপাক,—"লৈথোঙ ফাৎপগী পোংয়াওদি......লা লাকোন মঙা থাঙজৌ অনী, লৈতৌয়োৎ অনী"—পৌঃমশিন
**লৈথোঙফাৎপা**, লৈপাক তৌবা
**লৈথোঙ ফুনবা**, লৈপাক তৌথোকপা অদু ফুম-জিনবা
**লৈথোঙ হাংবা**, লৈথোঙ ফাৎপা
**লৈদা**, লৈপাক্তা
**লৈদা তাবা**, লৈপাক্তা তাবা
**লৈদা থীনবা**, লৈপাক্তা থীনবা
**লৈনা**, লৈকা, লৈ মনা,—"সনা কাঙগনম্বদগী থরাক লৈনা হাইদোকলে সনা য়ুগন **কাঙ** গরে"—য়াকৈবা, শোয়দবা, লেপ্পা
**লৈনাউ তাবী**, খুমুং ঙানবা চমু ঙানবা থমচিংকোন হাইহৈবা ঙানবা রায়েন খুবনা পোকপী
**লৈনা নীংনা**, মরৈ মরা তৌতুনা
**লৈনা মুকাইনবা**, মফম ওম্মোকপা, হোংদোকপা, মফম শোয়নহনবা
**লৈনা লানা**, লৈথোক্তুনা
**লৈনা নীংনা**, চিথবা লৈতনা

**লৈমিক**, লেংগো শাবগী ফীবম কিদ্ধুপ অমা

**লৈলিং শাবা**, লৈপাক্তগী ফাওগৎপা, থিনগৎপা

**লৈমুং**, লৈপাক মমুং

**লৈমুং অশৈ তেংমাই থীনবা**, পেনা শকপা

**লৈমুং থক্কক অশৈবা**, নোংদা লাইরেল পাগংবগী অশৈবা, পেনা শকপা

**লৈমুং থোঙতারেল অহনবা**, অশিবগী লাই অশিবা চামা নোংদম্বা অচঙবা চামা নোংখায়বা থোদা শিম্বোঙ হৈবা, অচঙবা চামা থোঙহাংবা অশিবা চামা থোঙপিংবা অমন শীংগুম লাল্লমশীনবা লাইমিংথৌ

**লৈমুং পেনতিম্নবা**, লৈমুং পেন্দিম্নবা, অা মথক্তা মবেন তিম্নবা, মবেন অমত্তুদগী পোকলকপা

**লৈমুং লোনজা অরিনা**, পাখংবা,—"ৰাঙম নঙনা লমলেন মদাইখা মুৰা লোকলেম কোন, ঙাং-চেং মন্বী লোক, চাঙান চদুম থোং, ৰাংদৈ হামেং চীং, তনবা মুকুম থেন, খোইয়ম লাইটীং শোয়দা লাইসনা লাইনা শাবী নোংচেং ঙাতা লোং তুবী য়োয়নোংতা নোংতা লাইরেন পাখংবা লৈমুং লোঞ্জা অরিবনু খোনকংলো", পজ্জেং চারল লোং, চোম-লাং খোঙপিন লোং, ফুমথি হামং লোং, শংগাই তোম্লো লোং, কোংয়াং চেপশি লোংবু খোনকংকে হায়না তম্ফা নঙনা নরান পৌচৎলকপদা"—পংগাহেং

**লৈমুং শিনাই আখাচা**, পেনা শকপা আখাম মচা, —"ইদাইরেম লৈমুং শিনাই অখাচা নঙবু লাউ-ও" —নাংফংকাং

**লৈপন খরায় থোঙ**, কোম্বোঙ, পোজান

**লৈপাক**, মালেম, পৃথিবী, প্রজা, পূকনীং,— "লৈপাক কৌবদি পূকনীংনে" খিরেন মৈংলীং

**লৈপাক চাবা**, লৈপাক ঙাকপা,—"অযোধ্যা লৈপাক চারকপা রাজা নিংথৌ অয়াম্বমুঙ মপা-রিনা হাম্না নোংমনবিবনু না তারক্কে"—উং(রাং); "পূর্ণিমা লংমাইজিংদা কালে নিংথৌবু শোমশোক নিংথৌনা লৈপাক চাবা শিম্নৈএ"—চৈংকুম্বাং—ঈশৈ অরিবা পালাগী (বংদেশগী) পালা অমগী মিং— "৬নি ঈরাইদা মোইরাং থাবন পণ্ডিত অচৌবনু লৈপাক চাবা পালাগী ঈশৈহনবা হাপই"—চৈংকুম্বাং

**লৈপাক কোইবা**, অঙম অথৌ, য়াম্নতোং থমদোং, —"লৈপাক কোইবা পূম্নমাবু শেনবী চৈরাপ ৰা-য়েন শঙদা পাওমেনপিএ"—ধংলাংনীং

**লৈপাক মচা**, প্রজা, লৈবাক অদুদা লৈবা মী, —"লৈপাক মচাসুঙ পুন্সিদে"—লৈংচিং

**লৈপাক মচা তাবা**, চাওখৎপা, সভ্যতা লৈবা

**লৈপাক মপু**, নিংথৌ,—"লাইরেন উরা কোম্বো-বনা লৈপাক মপু ওইরমএ"—শাংলমং

**লৈপাক মরা চেৎপা**, লৈবাক প্রজা ঈংনা মুং-ঙাইনা পানবা,—"ফুহিং লাকও; থয়োম লাকও লৈপাক মরা চেৎপনে"—চীংলাইং

**লৈপাক মরা তপ্পা**, লৈপাক প্রজা ঈংনা মুং-ঙাইনা পানবা,—"লৈপাক মরা তপ্পনে"—চীংলাইং

**লৈপাক মরা তাউবা**, লৈপাক মরা তপ্পবা, লৈপাক ঈশৌ লাংবা,—"অসিনা তারবদি লৈপাক মরা তাউএ, পূক শাউএ"—লৈংচিং

**লৈবাক মাবা**, লৈবাক্কী মপু, নিংথৌ

**লৈপাক লৈমা** নিংথৌগী নুপী অহন, মহারাণী, —পৃথিবী মাতা, "মালেম লৈপাক লৈমনা শমু খুৎপু থুমনদি য়াজরে দে"—কুমদমশৈ

**লৈপী**, ফকলাংগী অহানবা ৰাই তৈবগী থবক, ফকলাংদা অহানবা ৰাই তৈনবা থিংপা লৈপাক

**লৈপুৎ লৈহৌ**, লৈখুল

**লৈপুন**, মুংশি কোঙ্গোই, নিপা নুপী মুংশিনবগী মরী লৈনবা, লোন লৈনশি হায়না মথক্কী লাংভোন্দগী তেমশী নরকপা থাদোকনবা য়াদবা নিপা নুপীগী মরী, লুহোংবদা নিপা নুপীগী মখুৎ অনী পুনবা

**লৈপুং**, লৈতোঙ

**লৈপুং খাংথা**, ছীদাক লাংথক কান্নবা তিংখং পানবা অপীকপা পোৎ অমা অমসুং মাদুগী মহৈ

**লৈপুং ফম্বা**, লৈপুং য়াকাবা, অহাঙবা মফমদা ময়াম তিনবা

**লৈপুং শল্লেম ৰা**, চিথ নাম্বনবা ৰা (মন্ত্র)

**লৈপুং য়াকাবা**, লৈপুং ফম্বা, মুমিদাংৰাই খুন্দা লৈবা মীশিংনা থবক শংবা মতমদা লন্দাংদা ফমদুনা ময়াম তিন্দুনা মুংঙাইনা ৰারী ৰাতাই শানবা,—

**লৈপুং য়াকাবা খাংজেং পোং পৈবা**, মী ময়াম তিন্দুনা লৈপুং ফম্বা

**লৈ পোন**, লৈপাক হাপ্পা পোলাং

**লৈফম**, থেংগৌ শাবগী ফীবম ফিংপ অমা

**লৈফু মাবা**, লৈগোম লৈনাং তৈত্থুনা শান্নবা

**লৈবাক**, দেশ, মালেম, লৈপাক

**লৈবাক কোইবা**, লৈবাক্কী অঙম অখৌ, য়ায়তোঙ-খমদোঙ

**লৈবাক পুংজাউ থীনবা**, ৱাংলেন পুংজাউ থীনবা, পুং য়ৈত্থুনা ময়াম শঙহনবা, মী পুম্নমকনা শঙনববা

**লৈমকোন**, মহারাণীগী কোল্লুপ, কোন্নুংগী ইবেম্মশিংগী লৈফম

**লৈমখুম্নু**, খুম্নু চফুনী, খুম্নু জাং অমা

**লৈমখুবী**; নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা অমা

**লৈমখুবী অহন**, নিংথৌগী মরিক্তা মনাউ ইবেম্মা, অপাম্বী নাহাগী মথং লৈমখুবী নাহাগী মমক

**লৈমখুবী নাহা**, নিংথৌগী মঙাশুবা মনাউ ইবেম্মা, লৈমখুবী অহনগী মথ

**লৈমনাই**, মহারাণীগী মনাই, নিংথৌগী লৈমগী মনাই, কালিসা কাঙলুপ অমা

**লৈমা নিংথৌ**, নিংথৌ মহারাণী

**লৈমা নিংথৌদা ফীজি-ফীনানা ছুম্বা**, লৈমা নিংথৌদা লঙঙবা,নিংথৌ মহারাণীগী মফমদা অরানবা পবক তৌবা

**লৈমরেন**, নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা মহারাণী, লাইরেম্মা অমা

**লৈমরেন কা**, য়ুমগী ফুংগাগী মরাং থংবা ফকলাং ময়ারোম পংবা লৈমরেনগী খুবম য়ারিবা কা

**লৈমরেন ফমথোন কাবা**, মহারাণী ওইবা

**লৈমরেন শিদবী**, লাইরেম্মা অপোইবী

**লৈমা শীজা**, নিংথৌগী কাঙবুগী ইবেম্মশিং

**লৈমরোৎ**, লাঙোলগী অমত্তং নোংমাইজিং চৌগী লে ক অমগী মিং

**লৈময়ায়**, লৈবাক,—"লাইরেন মৈদি ঙুনা অদোন লৈময়ায়দা লোইদাম থারু শি লাহৈ কুম্ব ওন্না য়াংগোইরবদা"—নাংফংকাঃ

**লৈময়োন**, লৈবাক্কী মথোন, কংলৈ লৈময়োন, মাণপুর, মৈত্রবাক,—"কংলৈ অসিবু লমদম ফৈএ মালেম লৈময়োনবু নরিঙৈনে হায়না পুংখঙদিয়ে"—মোইরাংনিংথৌ

**লৈমা**, মহারাণী, নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা অথোইবী, খুমন লৈমা-খুমনগী মহারাণী, খুমন লৈমাবী,খুরায়লৈমা অঙোম নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা অথোইবী, অঙোমগী মহারাণী ;—মৈতৈ লৈমা—মৈত্রেমা, মৈতৈগী মহারাণী, মমা সনানা পোকপী নুপী ; কব্রং তীল

**লৈমাবা**, লৈবাক্কী মপু, নিংথৌ,- হে নিংথৌ লৈমাবা-ও পুকনীং চিংনবাবু লৈরগুনো—লাংশংথাঃ

**লৈমাবী**, লৈবাক্কী মবেম্মা, মহারাণী

**লৈমা মমাঙগী**, মমাংতৈগী মহারাণী, হান্না ওইখিবা মহারাণী

**লৈমা মশানৌ**, মনাউ ইবেম্মা মহারাণী,—'লৈমা মশানৌ রত্ন মঞ্জুরী কৌবী অতুম্নঙ চেংলৌ মাগী শকপাম্মোং চরিত্র মরমচৎ মতীক অরুবা পুম্নমকপু য়োমবু লক্ষ্মী লাইরেম্মগী মমোম মুংচানবীবু করম মানবনো ?"—লাংশংথাঃ

**লৈমি**, মওং লাকপা, মওং মতৌ,— "মুংশীংনা কোনবীত্থনা লৈমি ওইরে"—খিরেনঃমৈংলীঃ

**লৈমু**, লৈপাক অমুবা, লৈপাক মগা

**লৈমুরোন তরুক**, ওইনম্বা, অগাবা, অথুম্বা, অশীনবা, অফকপা, অচম্বা লৈপাক মরোন তরুক—খুংসোনঃ

**লৈরক**, খুংগংদা লৈবা লম্বী

**লৈরক শাথৌবা খোংবান লাংয়ানবা**, তীনমু লাংমু ফত্তবা, সনা মগী,—"মোমম্নু ঐবু লৈরক শাথৌবা খোংবান লাংয়ানবা করম্বু লমওক্করবনো ?" —পোংলুঃ

**লৈরম তরেৎ**, লৈ মরম তরেৎ, তোঙান-তোঙানবা লৈ জাং তরেৎ ( থৌদৌ লাংদৌদা শীজিন্নবা ৱাহৈ )

**লৈরাই**, উপাল, তোর্বান, ঈশিং মপান্দা লৈবা অকংবা লম

**লৈরাই নকুম লম**, নথোম্বগী শিদেন তাকম

**লৈরাইবীচা**, ঙাসাং

**লৈরাই য়ুখাঙবা**, ( লাই হরাউবা ) লাই ইকৌবদা ঈশিং মথাদা লাইদা লাইবংথৌ লাইরুরাগীদমক পোৎ-চৈ কথোকপা

**লোই কারম্বা**, লোইপোং পীরম্বা
**লোইকা হাণ্ডবা**, লোই কারকবা
**লোইকা য়াণ্ডবা**, লোইপোং থোবা কনবা
**লোইকুম্বা**, লোই থাবদা লোই মফম য়োনবা চংপা, তাম্বে কপা
**লোইকুম লোইকা**, লোই থাবা মফম য়োনবা চংপা অমসুং লোই থাফমদগী অমুক হল্লকপা
**লোইকেনবা**, লোই চনবা,—"নয়োম কেকে মোইরাং লৈমা নোংবাল্লোন মৈরা পোত্তেনবী মওক লোইনেনবা তানবন খোশাবা লনহাং লোইকেনবা হুয়েন য়েনহোইবী য়েনহোইববু কাইনা হুনবম, চম্বু" —মোই:নিং:লম্বু:
**লোইকৌ চীং**, লোই ওইরম্বা চীং
**লোইখোম**, য়ুমগী শাই ময়াদা হুমদাং পমলিবা ( য়ারিবা ) ব্রা নত্রগা উ অশাংবা
**লোইগী পোৎনা**, কাংগং, লোইহাপোং
**লোইচনবা**, লান ভোত্থুনা লৈবাক লৌশিনবা, লৈবাক খোপচিনবা
**লোইচা**, লোই ওইনা চাবা
**লোইচাপা চম্বু**, লোই চাবা চম্বু, লোইজাবা চম্বু, লোই নিণ্ডোন –"লোই চাপা চম্বু হায়না তেংথাবদি লোই চম্বুবু থাএ"—পেন:তংথা:
**লোইজাং**, মণিপুরগী লোংচুপ্পা নৈবা চীংজাউ অমা, অরোইবা চীং, মকুন্দী চীং
**লোইজাং ফীরুক থুম্বা**, মনশিল্লকপা
**লোইতাম**, লোইদাম, থা
**লোইতাম নিনমাং থা**, থা পাংখংলকপা, শুক্লা পক্ষ,—"লোইতাম নিনমাঙ থাকুম মচাউরকলে"— পা:নো:
**লোইদাম**, থা,—"লোইদাম থাসুঙ ওল্লোয়ে শক্র লুতোং লৈদি ওনফদে দে"— কুমদমশৈ
**লোইদাম কুম্বা অনৌবা**, চহীগী হোংগংলকপা থা,—"লোইদাম কুম্বা অনৌবনা চৈকারকপা অসিদা ফত্ত হৌদি শাবাউ লানবাউ কল্লক য়েকনা পুম্নমদি থরৈ লেমলৈদা তারসনো" - চৈ:লা:বারোন
**লোইদাম কুমশীং য়াম্বা**, কুমশীং মশীং য়াম্বা
**লোইদাম থাজা**, থা
**লোইদাম থাজা পাখংবা**, থা,—পাখংবা,-"শ্রীকৃষ্ণ লাই মরু অত্থুবু চকমোম থাম্বী মৈত্রেং লাইজা ঈরিক লাই মাল্লং নোংলৈয়াও য়োয়মমাই তাউদনবা লোইদাম থাজা পাখংবা পব্বায় অপকমা পুম্নমক্কী মপুরেনবু ওইবনিগিনা" — লা:শ:পা:
**লোইদাম থা নিংথৌ**, থাজা, থা, – "চেংলৌ শকপানথোংবু োংপোক চীংলুখুমগী লোইদাম থা নিংথৌনা য়াথোকলকপগুম" – লা:শ:থা:
**লোইদাম ( লোইতাম ) থাবুম**, থা মপুম,— "লোইদাম থাবুম অনী শুরে"—মিকৌ:
**লোইদাম থাবু লৈ**, থাগী লৈ
**লোইদামচা**, হঙোই,—"গোয়ম অহনবনা ( অশীবনা ) হঙোই লোইদামচাবু শেমখিয়ে"—সনা:লাই:
**লোইদাম মমুং ওইবা**, তৌগদবা থা ওইরবা
**লোইদাম থাশিরা লাংহৈ কুমওল্লকপা**, কুম ওল্লকপা, চহী ফারকপা
**লোইন**, খোঙলোয়, লোইন থমইন, মতুং ইনবা মী
**লোইনা**, শিং শীংনা, তেংনা, তকনা, শুম্না
**লোইনা অপাম্বা**, চান্নবা, লুনা তিন্নবা
**লোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা**, কার্তা মহারাজ, জয়সিংহ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মিংলেন অমা
**লোইনেনবা**, লোই চনবা
**লোইনেনবী**, লৌশিনবী
**লোইনেমকোই**, লোই কারকপা মফম
**লোইপী**, লোইবী, চীং, চীংমী
**লোইপীরেন**, লোইফম অচৌবা
**লোইপোৎ**, কাংগং
**লোইপোৎ কাবা**, লোই হাবা, কাংগং হাবা
**লোইবী**, চীং, চীংদা লৈবা মী, চীংমী "লোইবী অনান ওম্বী"—সনা লমওক ; "হেম্বা মওক হাই লোইবী মথা চীক"—ওঃ ওম্বা ; "অনান খুনথক তানদা খুনথা মনিল নাইনা পানবা পুংদা য়োয়বু মৈতৈ লৈমনা সনা খোমহানবদি হুয়েন লাল্লিগীদি লোইবী অনান মনিংথৌ খোকচুম লানচুংববু কাইনা হুল্লে"— নিং:লম্বু:
**লোইবী চীং**, চীং
**লোইবী চীং কাকলেন**, কাকয়েন, অচৌবা উচেক জাং অমা

**লোইবী চীংজাউ,** চীং অচৌবা
**লোইবী চীংবুরোইবা,** চীংদা লৈবা লোই পুন্নমক
**লোইবী চীংশাং ঈ,** চীংদগী চেক্সরকপা ঈশিং
**লোইবী মারেম,** হাও
**লোইবীরেন,** লোইফম অচৌবা
**লোইবী লমথোইবা,** চীংদা তাবা লোই লমহেনবা
**লোইবী লৌমল্লাং,** চীংদা লৈবা লৌ অমনবা
**লোইবী হেম্বা অমুবা,** চীংদা লৈবা কাক
**লোইবী হেম্বা কল্লুকপা,** চীংমী, চীংদা লৈবা হাও
**লোইবুনাই,** ইবেল
**লোইমু,** ইরোই,—"ওয়ুম মরেংশিন কাওরেন পাংদতাবা মানবী চীনমদবা লোইমু চীংহেনববু কাওরেন শনফাং হোই (শনকু হোই) চৈরৈ মরোন থীডমদনা × × × × ফাগং ফিমু মশীং থীডমদনা কেগে চাউবা পুংদগী নোংয়ায় থুমন নিংথৌগা লাইরেন হোঙনেমযোয় খুঙ্গাঙগা ভাইরোইননা মরান লুহোং থোংদোং থিল্লকএ হায়দবরা?"—নাঃফঃকাঃ
**লোইমোম,** ফৌ, থাঙয়ি,—"লোইমোম ফৌদি তুংদা ইন তরা চেঙদি মাঙদা ইন্না য়াম্বী তাম্না খোয়মপৌব হোঙনেম্বা"— অহোঙঃ; —"থাঙয়ি মপান ফাবা লোইমোম মহৈ চুম্বু লনকুবিরম্মো।"—লৌঃঈঃ
**লোইমোম কুরোন হুবা,** ফৌ শুবা,—"পাগেন বাইনা শূকনীং কাঙনা মোইনীং কাঙনা লোইমোম হুনা কুরোন হুনা"— অহোঙঃ
**লোইমোম ফৌওইবী,** ফৌওইবী লাইরেম্মা, ফৌগী লাইরেম্মা
**লোইমোম ফৌগং লাংলুবা,** ফৌ পুবা চংলুবা, ফৌ চোল্লুবা
**লোইমোম মনাহিগুম্বা,** ফৌ মনাহি চোনবগুম
**লোইমোম ফৌরম চেম্নরম,** ফৌ মরক্কুগী চেনখিবা
**লোইহা পুরুমপোৎ,** মায়োক থাক্ম ওইনবা অথেনপোৎ,—"পাংগন নপৌ লৈতববু ওইংক্লংদি লোইহা পুরুমপোৎ মঃকপু পুংবুরেম থেনমায় লাংনা ভাইখমচঙমও"—লাংঃশঃখাঃ

**লোইহাপোৎ,** লোইপোৎ, কাংগৎ
**লোইয়া তমলোন ঙানবা,** নোং ঙানবা,—"লোইয়া তমলোন ঙাল্লবদা নপন ঐবু ফকলোং চারাই থাও পাওদেনখোনগী কংলৈ নগুমাংদা ফক্লোং চরাই থারবদ।"—ফৌঃবাঃ
**লোইয়া পুরুমশঙ,** লোই কারবপা পুম্নমকনা থুরুমনবা শঙ
**লোইয়া লাকপা,** লাই অমা,—' লোইয়ারাকপা গোঙকেন থৌবা চীংঙু হনকোই নিংথৌ শল্লম মঙানপা কাম্বা সনলাম্বা, নমা পোংঙু লৈমাচা নিংথৌ সম্পুম মংরাপা"—পাঃনোঃ
**লোইয়ুম্বা,** মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংবনা শয়োয়রোন হাওরৈমা তমহৈবী পান্নদুনা পোকপনি, মপাবুংগী মথংদা মৈতৈ লৈবাক্তা খৃষ্টাব্দ ১০৭৪ দগী ১১২২ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। সনা হাকতক অদুদা লৈবাক ঙাকপদা খুদোং চানবা লুক তক্রক থায়দুনা ফমদৌ ফমলুপ হাপখি। নিংথৌ অসিনা লাংশঙদা ফমদুনা মৈতৈ য়ুমনাক খুদিংমক্কী মাগী মাগী মশিন য়েনপোকখি মাদুবু নিংথৌ অসিগী মমিং লৌদুনা লোইয়ুম্বা শিনয়েন হায়না খঙনখি।
**লোক,** ঈশিং (মোইরাংনা হায়নবা),— "ময়িম কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনা কংফালবদি কোংগু লাইজা ঈশিংবুদি লোকও কৌএ"— শলকাও; চীংদগী চেক্সরকপা ঈরম; তুরেল মচা; লায়না মথল অমা
**লোকঈ,** চীংজুম, লোক্কী ঈশিং, হুমাং,—"লাংগোই শায়াঙ তোং মাল্লং নোংশীং চৈরোম্ননা খুরূপ মানবন হৌ হুমাং লোকঈ চেম্না শান্নঙম্বু"—ঙঃ(রাঃ)
**লোকচা মানচা ঈ,** লোক্কী ঈশিং
**লোকতাক,** ইম্ফালদগী খা নোংচুপ পাংবদা লৈবা মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা পাৎ
**লোকমুং লকাবা,** লোক্তা ইঙান ঙানবা, ইরং লংবা
**লোকপা,** খোমবা, - "তিনমেন তাখোম থুমনা খিরূরে, লাল্ল চোমায় ফোময়ে, চুঙোয় লীশীং অমা খোমলে, থাঙশাং লীশীং অমা লোকলে"—শমঃ ঙঃ; ঈশিংদা তাউগৎরকপা পোৎ খুনবা নক্রগা লোখৎপা; থোইবা, হেনবা, মহৈ মরোং থাওবা,

থৌদ্র নুংপাক লেপ্পা, নফৌ নঙান পান, নচৈ নরোং পানবু তৈনা শেম্বিরকও ননোংয়াইশিংবু কুবিও য়েংবিও"—খুংলিংশাঃ

**লোয়িন খময়িন**, মনাই মশল, শোংলোয়

**লোওনবা**, মীনম্বা,—"শেনবী কোম্বোং লাকপা অপেবা ঝিয়াং লাকপা অতৈবা মংসা লাবপা মীনম্বা তুমুলাকপা লোওনবা লোইতাম থাপুম চুপনা তরা চেঙকোক পীতরপকা তরা চেঙকোক থৌলুইএ হায়না তাংচা নরৈতোম্না লোশিং মীনমনা পাউখুমলেএ"—নোঃ

**লোকা য়াংবা**, লো ওম্না কাবা

**লোকোই ইনগুম্বা**, লোবুক্তা ফীরান য়ুংবগুম্বা

**লোখায়**, লো শঙম অমগী তংখায়

**লোথৈ নিংথোবা**, লম অমগী মপু ওইবিবা মী

**লোখেংৎ মাঙইনবা**, য়েংনা মাঙ থাবা

**লোচেনবা**, লোকুম্বা

**লোতা ঈশৈ**, কুম অমগী লো অহানবা তাবদা শোনবা লাইশোন অমসুং শক্লবা ঈশৈ—"হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়াস হয়াস হয়াস য়িংস য়িংস য়িংস হে হে হে হে হে হুপ। লমলেনমদা হেয়্যি-ও, মদাইমদা হেয়্যি-ও, কংলৈয়োন্দা হেয়্যি-ও, পুংময়োন্দা হেয়্যি-ও, য়োয়মমাইবু হোয় ও, তাউরোইনাইবু হেয়্যি-ও, তাউরোইনাইবু অঙানববু মালেমথৈবু লাংজথৈবু সনা তোনবু গোম্দোনবু থবি শেংগোইরেং অপানবদি লৈজহনথিন্নো। হয়িচকতৈগীবু হেয়্যি ও। চীংঙু খোইমোম লাইয়িংথৌ মালেম লৈলেম্বা কোরৌ নোং হৌরকপা নঙ্গা নশানৌ খোইমোম লাইরেম্বা মালেম লৈহৌবী কোরৌ নোংহৌবীগা গোইয়ম নতে মনাউনা মালেম হৌভৈগী লৈগহৌভৈগী হেয়্যি-ও। কোরৌ হৌভৈগী নোংগা হৌভৈগী হেয়্যি-ও। শারেন নোংশা থাংনৌবনা অরৎ ফাইএ। পানবা কৈনা তিতি ফাইএ হেয়্যিও। খারৌনা পোপ্পু ওই, লিন্দুনা কাওজে ওই, নারিন্না লুমলি ওই, লিনখাকনা বায়খুমিং ওই, তুরননাউবুন্না য়োংপালি ওই, তাংলৈনা য়োচ্চি ওই, থৌনাইবনা লাঙ্গোল ওইএ, ভৌনাইবনা য়েংথোন ওইএ, থেংগুনা লোঙখুম ওইএ, লিনহানা চৈবুল ওইএ, অরৎ হাগা শোন তিতি ওমগচিংনা থাল্লে লোখোই হৌরকতৈগীবু হেয়্যি-ও। চীংঙু নকুম কুমগাউদা নথা থাজা বাকাউদনা হেয়্যি-ও। গোইয়ম "লাইবংথৌলেংগফাং য়োয়বু লাইরুবা লেংগতিন্না লাংলেন বাংরুকোন থৌরৈ নীংতুম্বা তেৎনৌ য়োৎফাকপবু য়োংলৈ লোংনা ফান্না থাল্লে লোতা হৌভৈগীবু থাজা বাকাউদনা হেয়্যি-ও। গোইযম নতে মনাউনা চীংঙু নকুমতম্বু ফংলকলবগী খোয়ম নঙগী লোইদাম কুমদমলোদিদা চীংঙু নঙাইরোইবু লেংনফাং খোইমোম নশিশাংবু লেংগতিন্না চীংঙু নবম্বু খোয়ম নমাইবা অশে লোতা য়োইরেন লোতা অনীমনা হাওশিঙমগচিংনা নমু মীপুম মঙা থাল্লে য়োৎসু মঙানা শাবী লেংনা তিন অমাই লাকলোশিন অশে গোংফাং লেংন পোইরৈ খুঞ্জা হুপ, তয়ম নাইজা তিন্না য়োংলৈ নোংথাঙ কুপ মালেম লৈঙাও মপান ফোয় পৌরী লীশাং তোই তেংপাক লাল্লু শা হারু নোংগা ফৌ, পোরোম মতা শম, কাইথেং মরু তুপ, য়ুপা খুমন তান, য়াংদৌ মমৈ শম, বাতি কোক্রাই তুপ, লৌরী শুংদাই য়ান, পীরেন মচী খোমনা থাল্লে ওমথুংলে, খোয়ম লাইয়িংথৌও হেয়্যি ও। চীংঙু খোয়ম লাইয়িংথৌ য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্বা খোয়ম নতে মনাউগী থাল্লে লোরেনবা অসিব লংমাই চাইজি লোরেন পাকপা লোইদাম কুদম লো সিব লোইদাম ময়াই কা চীংঙু নকুমতম্বু ফংলকলবগী কেগে মোইরাং চাদি শিদফৌ নোংয়ায় খুমন চাদি নাদ ফৌ, নোংবান লোইজা য়াংবা লোইমোম ফৌরম তরেৎমানা মালেম লৌপাক মনমশিনা থাঙয়ি চোইনা লং য়ামজেং লৈকুপ শিরসিদা হেয়্যি য়ো। চীংঙু খোইমোম নরনকু পোইরৈ মীপুম্বু শেন্দা বাংঙম তেৎনৌ চিদাই নাইদা থাঙয়ি মপান ফাবা, লোইমোম মইহ চুম্ববু লনকুবিরম্মো খোয়ম লাইয়িংথৌ-ও হে য়ি য়ো। চীংখোং ইপুং মনাই ওক্লবা লীকলু থম্বাল লাংজেমসে। ইপারি ইমোম ওক্লবা কৌখা কাওপুম তাঙ্গেম্মসে হে য়ি য়ো। চীংঙু নরম্বু খোয়ম নমাইবনা চীংঙু নতিক অক্লববু তেংথা ওমদে হায়বগী চীংঙু তাথিবিগুনো খোয়ম

অরাই, লাংবিগুনো, পোংথৌ লাবা ষিংয়েংনবিগুনো, অখিদি অখি নঙ তেম্বি ও, অরাইদি অরাই নঙ লাংবিও. চীংঙু খোয়ম লাইয়িংথোও ইয়ু মুংবান হোঙনেম লৈপুক্সিবু তা ক্সা লুদ' পোংনা কোনশিল্লমগে হেম্বিয়ো। হোইরৌ হয়' হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া হয়া স হয়া স হয়া স যিংস যিংস যিংস যিংস হে হে হে হে হুপ হে"—লোতা ঈশৈ

**লোতা ওসবা**, লৌ শূরবা.—"শাচুং নিংথৌ সকাং লাংমৈরেম্বনা পানফুক পানকোই লৌ শিংথা শিংথুম লৌদা লৌতাওসবদা পাউহংথি"—পোংখুম্বোক

**লোতারোন**, লোতাবদা তৌবা থবক্কী মরম

**লোতারাই**, লোতাফম,—"পুরোহনবী লোতারাই বাংঙমলোন চারনকাবী মপী য়োয়রেনফমদি কদায়ফমনা মিংথোংবনো"—চাঃলাইঃ

**লোতাশঙ**, লৌ উরিঙৈদা লৈননবা মতম থরগীদমক শাবা যুম মচা

**লোতিং লোঙাম্ব**, লম ঙাম্ব

**লোতুনবা**, ফঙবা থবক্কী শরৌ শীন্নবা, ফঙবা ৱা তান্নবা

**লোথীবা**, শাথিবা, পৃকচেন ফঙবা, মরৌ তৌবা

**লোথুপ**, মীনম শোরি

**লোথুপ পরৈ**, লোথুপ লৌকোয়

**লোনবা য়াদবা**, চংনবীগী মতুং ইন্না লুচোং থোংদোংনবা য়াদবা

**লোনম**, মীনম শোরি, নমথাক, উংশাং

**লোনম হুরান নম্বা**, মীগী মপোং লোমীংবা

**লোনীং ঈপৌ লাংবা**, য়ামনা লোনী গোংনিঙবা, লোনীং চানীংবা,—"লোনীং ঈপৌ লাংবগী শম খুংলাম তোয়বদি তাইবং লিরৌ লান্দা চঙিএ"
—লংলোন

**লোপাক মনমশি**, লৌবুক পন্নমক,—"লোইমোম ফোরম তরেংমনা মালেম লোপাক মনমাশনা থাঙযি চোইনা লং য়ামংঙ' লৈকুপশিবসিদা হেম্বিয়ো।"—লৌঃঈঃ

**লোপান্নবা**, লৌ শীন্নবা

**লোমা তৈবা**, কবা, চঙ্খোনবা.—"শানৌ নঙবু নাউরা নমান্নবা লক্কী মুকমৈ নারিন শোনববু লোমা তৈএ" থংলাংনীং: হেম্বিন্নকপা.—"নমোম ঐবু নোংথি লাইমন হৌ য়াঙলেন লুচাউ খোয়ববু লোমা তৈরকলে"—পাঃনাহেঃ

**লোমান্নবা**, লৌতুনবা,—'লাকপা মরিমকপু পাউকোপাস্তুঙ মরিং তারাউ লোমান্নরপকি লাক্তরে"
নোঃ

**লোরাক**, শঙম অনী, পরিগী তংথায়

**লোরাংচান**, অকবা নীংথিবা লৌ, লৌ শূবা

**লোরাং শূবা**, লৌ শূবা, লৌবুক্তা লৌ পেংবনচিংবা থবক শূবা

**লোরি থিংবী ইনম ফাৎপা**, লোরী ঈথোঙ ফাৎপা

**লোরুং পুরেন**, ফম অমা

**লোরুংশঙ**, লৌ ইংগোলগী থবক শূবা লোয়শঙ

**লোরু চাউপোকপা**, মুংঙাই য়াইফনা পানবা,—'য়ুমোইমু অহোঙবীবু নোংয়ায় মপুংয়ায়দা য়াংগোইমন্নবগী অদোন লোরুচাউপোকলে শীংচা কোনাথল্লে"—খুনিংলমুঃ

**লোরৈ থাংবা**, পুনবা, কিশিনবা

**লোরাই মানশরীক**, ফোরীক,—"লোরাই মানশরীকনা লনলোইব"—চাঃলাইঃ

**লোরাই য়ুপুংকোয় য়ুনারেক চিবা পাউনাইদবা**

**লৈশাংবা**, উচি,—"য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফোওইবীদি লোরাই য়ুপুংকোয় য়ুনারেক চিবা পাউনাইদবনা লোরী মনমফাংনা মরান য়ুমগা ওইনদা তাংথিয়ে"—ফোঃরাঃ

**লোশঙ**, লৌ ওক্লগা লৌবুক্তা শাবা শঙ মচা

**লোশান**, ওতোপ্পগী লৌ শান্দুনা উবগী লৌপুদা ওমগদবা ফৌ

**লোশাপা ( লোশাবা )**, মরৌ তৌবা,—"চীংঙু অঙণপা খোইয়ম অতৈপা মরৌ খোয়পুং লোশাপা তীংইকুম লৌওনপাপু নহাকনে"—পাঃনোঃ

**লোশিং কুরুশুংবা**, জ্ঞান লৈতবা, অপঙবা

**লোশিং খুংশিন্নবা**. পোরম তাকপা, লোশিং তাকপা,—"লোশিং খুংশিন্নবগা লাইরেন মৈদিংঙু তুবী চীংলেন নোংতাই নিংথোরেন্দি মগায় নোংনেম লাইনা পাংনা পোইরৈ সনা লৈপাক্লা ওংলকলে"—নোঃ

**লৌশিং তাংথক নাইদবা,** পূকনীংনা নীংলবদা ঙমদবা লৈতবা

**লৌশিং নাতমলকপা,** মহৈ-মশিং তমখৎলকপা, জ্ঞান তানখৎলকপা,—"লৌশিং নাতমলকপা নবিঙ-ঙাদি কোঙয়াং থাম্বিথেৎনা মুকমৈ নারিন শোনবিও" —লাং:শং:থাঃ

**লৌশিং নাম্না শৈদমপাল,** লৌশিং মপুং ফাম্রিবা

**লৌশিং মাঙওইনবা,** অশিংবা,— "মদাইরেম পাম্ভ লৌশিং মাঙওইনবনা খোইমোম সনা থুম্বা-রেন্দা থাকৎচখিম্বে"--উঃ(রাঃ)

**লৌশিং মিথোং মম্নবা,** জ্ঞান মপুং ফাদবা,--"উমু চাকথেকথাক্তুবা লৌশিং মিংথোঙ মম্নবা ঐগী ভক্তি ইথোগনবু ওইজগে"—লাং:শং:থাঃ

**লৌশিং লাইজা ইরেন পুন্দুম্বা,** লৌশি। য়ামনা শিংবা, জ্ঞান য়ামনা লৈবা

**লৌশিৎ,** লৌ উত্রবা লৌবুক

**লৌশি নাহাকপা,** নাহাকপম মচা

**লৌশি হুনবা,** মকোক ওইবা, মকোক থোংবা

**লৌহোন,** লিংননবা ফৌ চাম্না, ( লৌহোন হুনবা মথল অনী শুই—কংলৌহোন অমসুং চাইজি লৌ-হোন—অকংবদা ঈশিং য়াওদনা হুনবা লৌহোন্না কংলৌহোন, ঈশিং ইনাং তানা থাৎলগা অচোৎপদা হুনবা লৌহোম্না চাইজি লৌহোন )

**লৌহোন চাইজি,** ঈশিং ইনাং তানা থাৎলগা হুনবা লৌহোন

**লৌহোন চাইজি মীরৌমন,** চাইজিগী লৌহোন অরেম্বা হুন্দোকখাক

**লৌয়োল ঙম্বা,** মঙং মাম্না লৌবা ঙম্বা,—"তুবী হৈনা লৌ লাইরেল য়েকতম লৌবনু লৌয়োল ঙম-গবরা ?"—নিং:শাঃ

# ৰ

**ৰা**, মতাং পানবা মনা শাংতক ভৌবা পাম্বী মথল অমা,—লাংলেন, কোংয়াং, ৰাহৈ, থবক, হীবম, মৰা মপূৰোইৰ। "তাল্লোয় তুকাউ হৈ থংলেন ৰাকাউ হৈ"—পোঃলুঃ

**ৰাই**, ফৌ মকু, থৰুঙ ( শেনবী কবোনা হায়নবা ),— "ময়ূম শেনবী কবোনা থৰুঙবু ৰাই-ও কৌএ"— পোঃখুম্বোক

**ৰাইকোইবা**, কোনবা, থিবা

**ৰাইকোইৰম**, লৈকম, কোইদুনা লৈবা মফম,— "হঙোই কোম্বিং নূবাবী ৰাইকোইৰমও ভৌনা কৌএ"—নিংঃলম্বুঃ

**ৰাইকোক**, অহানবা, অহানবা ভাবা যু

**ৰাইকৌ**, মতোন পংবা, য়েম্পাক,(লুৰাংনা হায়নবা) —"ময়ূম লুৰাংনা মিকৌনা মুংবাম্না তেংথানবদি থোংবু তিংবি লম্বীবু মুংবী য়েম্পাকপু ৰাহকৌও কৌএ" নোংঃচৌঙ্গোই

**ৰাইকৌ চিনী লোঙবা**, তেঙ্গৈ মচীন অনী লোঙবা,—' ৰাযবা মতেঙ্গা ৰাইকৌ চিনীলোঙবনা থবাক মংহক থেংলে"—চায়ঃ

**ৰাইখৎপা**, পুখৎপা,— পাইখৎপা, —"চৈবৈ ফিঙৌ অঙৌপাম্বুঙ কোৰৌ অৰাংপানা ৰাইখংথিপাপু নিংয়েং শানথৈবপকি"—কংলৈ

**ৰাইচৎপা**, পুদুনা চৎপা

**ৰাইচৎলম**, চংপা মফম,—' তাংজা লিল্লা পাখংবা ৰাইচৎলম লিনৰাই ঈ মৰুদা থৌনা-ও"—তোৰৈঃ

**ৰাইচিমা শেন্দবা**, লম চিখদবা

**ৰাইচু**, থৌৰম

**ৰাইথুংক্সম**, য়োকম, থুংফম

**ৰাইথুংবা**, য়োবা, থুংবা,—' শম্বোঙ হুয়মুলৈমাম্বুঙ মৰান ওন্দেৰকলে, মুংপান ময়ুমনাক্তা ৰাইথু লুৰে" পোঃলুঃ

**ৰাইথুংলবা**, থুংলবা, য়োৰবা,— "কেগে কংলা তোংনায়াংদা ৰাইথুংলবে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**ৰাইথোকলকপা**, পুথোকলকপা

**ৰাইনা**, লাক্কুনা

**ৰাইনৌবা**, লৌবা, মাবা

**ৰাইফাংৎপা**, হোগায়বা

**ৰাইবা**, শোকপা, কাপ্পা

**ৰাইৰং**, নোংপোক ( কোনয়াই হুনবদা শীজিম্বা ৰাহৈ )

**ৰাইৰং চেক**, উচেক খম্ব্ৰাংচাক,—"লমলেন ৰাইশা পন্দোনলম যোইবা ফনাম্বা শী'চেপ লানবনথন অংখোং থৰা চীংগাৰম পোনবী ৰাইৰং চেকনা হুয়ৰম" —চায়ঃ

**ৰাইৰং শীংয়েন খুইবা**, লৈমন চনবা

**ৰাইৰৌ**, খ্বাঙ, তু'কোন ৰাইৰৌ-খ্বাঙদা পুনবা তু'কোন,—"তম্ফা মাগী তু'কোন ৰাইৰৌম্বুংদা হাপনা খাবা মৰানযায়দা ৰাইথুংলৰে"—পাঃনাহেঃ

**ৰাইৰৌনবা**, পূবা, ৰায়বা

**ৰাইশেং**, ৰাই মচং, শীজিমদ্ৰিবা ৰাই,—"খোইজু লৈখাম ৰাইশেং লুকয়ু লাইয়ু"—চীংঃলাইঃ

**ৰাইছুইনবা**, ঙম্বা, জয় ওইবা

**ৰাইছুই নাবা**, লান্দাবা

**ৰাইছুম্নবা**; লান শোক্লবা, থুগায়বা

**ৰাউচিক**, অশাবা

**ৰাউতৰুক**, ৰাউৰুক, ওলাংথা থা তৰুক

**ৰাউত্তু**, ঈন কম্বোকপা

**ৰাউথোৰকপা**, নিংথমখা লোইশিলক্কুনা ওলাংথা চঙখৎলকপা মতম

**ৰাওইওম্বা**, শাউৰম্বা

**ৰাওইবা**, শাউবা, থৌওইবা,—খোইমোম অশীবা য়াঙবী খুবম ওইনৰনা পায়মা উনগোনম্বুংদা উনবী

কাচক হৌনা তাংজা মরাইবকপু শমু খুংনা নমনা রাওইহিত্রএ"—পোঃলুঃ; "মতৈ লৈমবু রাওইখিএ"—পোঃখুম্বোক

**রাওইরকপা,** শাউরকপা

**রাওইলুপা ( রাওইরুবা ).** শাউরুবা,—"চীংথোঙ পোইলেত্তোনও তাইপং কোইচা পোংপু মুনথিপাপু কত্তোপা রাওইলুপানো"—পাঃনোঃ

**রাক,** অপাবা বা মখল অমা ( থাউ উতোংনচিংবা শানবা ),—ঈশৈ,—"ঙঙাং নাউথেমরাক্সুম তেংপা-জরক্কে"—ধঃলাঃনীঃ; ঈশৈ শকপা, লাইরিক ইবা

**রাকচ্চনা,** হায়জবা,—"মযোম চিত্রাঙ্গদা অহৈন-বীনা রাকচ্চয়ে"—লাঃশঃথাঃ

**রাকচ্চরকপা,** বা হায়জনকপা, হংগচ্চরকপা,—"চাংজৌ চেপনা লোম্না রাকচ্চরকএ"—মোইঃনিংলম্বঃ

**রাকৎপা,** বা হংগৎপা,—"মোরি লৌশিংবদি খ লৈল্লে লৌত্তাববু উরম্মে হায়না রাকংলবদ"—মোইঃনিংলম্বঃ

**রাকতং,** রানা শেম্বা হীদাক থক্লবা হীদাকক্ মখল অমা, বা মকক

**রাকতং নাশিবা,** নাদা উতোং হুকচিনবা,মমাইঙৈগী তাংখুলগী মনাদা চিনবা উতোং

**রাকতং ফিশেৎপা,** উতোংগী ফি শেৎপা

**রাকথৌ,** ঙঙাং পোবলগা ঙঙাংগী থোয়রী কক্লবা বা অপাবদা ইরুনা শেম্বা খুৎলাই অমা

**রাকনখিবা,** শাউদুনা হায়না তানা য়াখিদবা

**রাকনঙম্বা,** য়ারনদবা

**রাকনবা,** হায়বা য়াদবা, শাউবা,—"নম্পুক চৈথংহনবনা রাকনখিয়ে"—থঃথাঃহিঃ

**রাকনা,** রাক কৌবা রাগী মনা, ঈশৈ শকপা মীনা

**রাকনা চানা লৈনৌবী,** রাক মনানা লৈ ওইনা ফজনা চিনবী

**রা কম্বোং,** উচেক জাং অমা, নোংগৌবী,—"খুইগা পাগংবগা হাংনঙৈদা খুইগী মথুংয়না রা কম্বোং ওইখি"—থেংগোঃ; "মৌতিংঙু পোইরৈ খুনখোম্পানা থৌলৈ রাকম্বোং (রা কম্বোং) চীংমুং নোংকৌপী ফানা পুঙনে"—লুঃখোঃ

**রাকমা,** ঈশৈ,—'শাবি নোংমায় লাংলেনহনও রাকমা হেপলী মপা থি লংশুং চীন্দাই শমনা মুকমৈ নারিন শোনবিও"—ধঃলাঃনীঃ; ঈশৈ শকলিবা মী

**রাকমা খোনমান শকমা,** ঈশৈ শকপশিংনা খোঙ্গেন অমত্তা ওইনা মান্নরনা শক্লুনা,—"পাথং উরাংমৈ থাংনৌবা পামেল চুমলৈ মহুল্লকপশিংনা শমু খুৎশম পালোইনা হুংশি শমৈরেন শরীক চোমজাউ থীং লাংবন তৌদ্রি খোং রাকমা খোনমান শকমা পাউদোইনরকলে"—মোইঃনিংলম্বঃ

**রাকমা তেরান শকপা,** ঈশৈ ওইনা শক্লুনা তেংথা নাওইবা

**রাকমা তেরৌ,** নহৌশা

**রাক্রেক,** উচেক জাং অমা

**রাকলেন,** পুং মরু চোমায়

**রাকলেন তোংয়ায়,** মচা নিপা য়ায়মা, থাদক্কী মথক, মরায়, য়ায়মা

**রাকলেন হাইচৌ ( হাইজৌ, )** চোঙ শেকপিন, পে, চোমায় অচৌবা,—"লাইরেন মৈদিঙু লোকরি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা থ্রিমকাবদি রাকলেন হাইজৌপু নাশি পুংমায়রেমনা ময়িম নোংয়ায়পুংদা য়াংগোইববু"—নাঃফঃকাঃ

**রাকয়ৈ,** হি.—"খুয়োন খুন শেম্বা তারে হায়দনা মদাইরেম্বু রাকয়ৈ হিদা হাপুনা পুখংলকদে"—মোইঃনিংঃ

**রাকয়ৈ ইফাই চনবা,** ঈশিংদা হি লাকপ,—"তোংচেং হিনাউ শানা লাইচা ঈরাল্লকপাত্তা রাকয়ৈ ঈফাই চল্লে"—ফৌকৌঃ

**রাকয়ৈ খোঙওইনবা,** হি তোংদুনা চৎপা

**রাকয়ৈ তেংমাইথক,** হি মথক

**রাকয়ৈ নাউ,** হিনাউ,—'রাকয়ৈ নাউদা তোংনা ঙরাং লাইনা পাংনা তেথংলকএ"—তুতেংঃ

**রাকয়ৈ লু,** হীরুবাক,—"ইশাবিবু রাকয়ৈ লুদা তোংহল্লে"—হিঃহিঃ

**রাকয়ৈ হিথাংঙম্বা,** হি থাংলম্বা,—"লৈরাই মুংবী খাদা রাকয়ৈ হিথাংঙববু মিংয়েং শাংখৈরবদা"—তুতেংঃ

**ৱাকটৈয় হিপোং,** হিপোং,—"মখিম মংকন মনিন ময়িপতি তিন্না ৱাকটৈ হিপোং শেম" -সঃলাইঃ

**ৱাকাউ ঙম্লোই,** কাউরম্লোই, নিংশিংঙমখিনি,—"মুংশি কোল্লোয় ইপাওমেন কোঙ্গোই ইৱারেপ মুংওনববু লাইরেন ইনেম মচানা পূকনীং ৱাকাউ-ঙমলোইএ"—নাঃফঃকাঃ

**ৱাকাউদনা,** কাউবা লৈতনা,—"পাওমেল্লকপা অত্থবু পূকনীং ৱাকাউদনা নী শিংলুৱবগী"-লাঃশঃথাঃ

**ৱাকাউদবা,** কাউদবা, নী শিংবা

**ৱাকাক,** ৱারক্রাক, লুক্রাক

**ৱাকোং,** দণ্ডি, জার

**ৱাকোংবা,** জরি তৌবা

**ৱাকে ং শীঙ্গোংবা,** জরি তৌবা

**ৱাখল কৈবা,** কৈবে তুরেং খনবা, লান্না খনবা, "পায়মা ৱাখল কৈখরে' - হেঞ্জুঃ

**ৱাখিনবা,** ৱা য়ুংবা, মেরা ৱাখিনবা মেরা ৱা য়ুংবা, মেরা ৱাখিনবা হুমিং—মেরাগী তরামঙানি পানবা (পানিল পূর্ণিমা) হুমিং

**ৱাখৈবা.** ৱা লোইবা, ৱা খৎনবা (মোকদ্দমা তৌন-বদা) ঙম্মে হায়বা খঙনবা অঙম অথৌ ময়ামগী মমাংঙদা ৱা ঙম্লিবা মী অতুনা শেল পীবা

**ৱাখৈশেল.** খৎন-চৈনবনচিংবদা ৱা ঙম্বা মীনা ময়াম মমাংঙদা মহাকনা ৱা চুম্মে হায়বা খঙনবা পীবা শেল,—"পুথেম থাপাকা শামা মরৈরোম্পকা পিপা মুন্নপপু খাপানা চুম্মে হায়তুনা ৱাখৈএ"-চৈঃকুম্বাঃ

**ৱাং,** হি শাবা পূংশাবা অমসুং খুদেং শাবনচিংবদা য়ামনা ফবা উ জাং অমা

**ৱাং খুদেং,** ৱাং কৌবা উনা শাবা খুদেং

**ৱাংখৈ.** মণিপুরগী লৈকাই মরিগী মন্নুংদা অমা, খুরায় অমসুঙ য়াইস্কুল লৈকাই অনীগী মরক্তা লৈবা লম (লৈকাই)

**ৱাংখৈরাকপা,** লৈকাইরাকপা অমা, খুনফাংবৌ অমা, নিংথৌ পোংবা তরাগী মনুংদা অমা,—"ৱাং-খৈরাকপদি মোং বহনবনে"—ফমলোন

**ৱাংখৈ লাকপা,** ৱাংখৈরাকপা

**ৱাংগোন,** চাবোকশঙ, চাবোকপা, মচা পোকপা, অঙাং উনবা

**ৱাংগোন নিংথৌ,** য়ুবরাজ, মথং খনবা

**ৱাংগোন লাই পাখং,** নোংপোক নিংথৌ, নোং-পোক মালং হুম্মোইবা,—"নোংপোকপু ৱাংগোন লাই পাখং কৌই"—উঃলাঃ

**ৱাংগোন লাইরুরা,** পাম্বেইবী,—"পাম্বোইবীবু ৱাংগোন লাইরুরা কৌএ" উঃলাঃ

**ৱাংগোন লৈমাচা,** ৱাংগোন শঙ শাতুনা পোকপা (নিংথৌগী) মচা

**ৱাংগোনশঙ,** চাবোকশঙ

**ৱাংঙম,** মৈতৈ, পোংবৈ,—"চৌংঙু খঙদবা নঙসু খঙহৌরো খোইস্থুম উদবা নঙসু উংহৌরো ৱাং-ঙমনা চুপশাববু হায়গে"—চুপঃ

**ৱাংঙম নাইফংথৌ,** নাহারূপ অহল্লুপ পানা,—"ৱাংঙম নাইফংথৌ কৌবদি নাহারূপ অহল্লুপ কৌএ"—ফমঃ

**ৱাংঙমলোন,** মৈতৈ নিংথৌ চম্মু, নিংথৌজা নিং-ঙোন, লাইরেন কদেংঙানবা চম্মু,—"নিংথেমগী চম্মুবু তেংথাবদি ৱাংঙমলোন হায়না থাএ" পেনঃতেংথাঃ

**ৱাংঙমলোন চম্মু,** নিংথৌজা নিংঙোন

**ৱাংঙমলোন মৈদিংঙু চম্মু.** নিংথেম্মচা নিংঙোন, মৈতৈ নিংথৌ চম্মু

**ৱাংঙমলোন লাকহিমোম,** কাঙলুজম নিংঙোন

**ৱাঙনবা,** ৱায়েনবা, লৈবাক ঙাকপা,—"খোইমোম থায়াঙ নথৌমন্না সমুদ্র ঈয়ায় লানা ঙাঙনবা"— উঃ(ৱা); —"শঙদিং লোনফৌ চীং মুংবান মকুবী চীংদা ৱাঙনববু লৈবনে" - নাঃফঃকাঃ; খোন কন্না ঙাঙবা, ৱাঙাঙ কনবা, ৱাহৈ থুবাম চাউবা

**ৱাংজেং,** য়েঙ্খাং, ঙা

**ৱাংথোইবা,** য়ামনা ৱাংবা, ৱাংবা হেনবা—"কম্বোং নানা ৱাংবরা হায়ববু ৱাকয়ৈ লুনা ৱাংথোইএ"— হিঃহিঃ

**ৱাংদৈ,** য়ু,—"অঙোবা পুবৈরোম্বা ৱাংদৈ খুদ্দা য়ু শীংখাঙ খনফম নানম য়ু য়ুঙো পুৎচা ওৎকববু লৈয়ে"—নাঃফঃকাঃ; কৈ, ফৌ থম্মনবা কোং

**ৱাংদৈ কৈথোঙ হাংবা,** কোংথোঙ হাংদোকপা

**ৱাংমু লৈমা খোংচোম কাবী,** ৱাংবরেন পানা চাউবগী মমা

**ৱাংমু লৈমা খোংচোম কাবীচা,** ৱাংব্রেন,—"ৱাংমু লৈমা খোংচোম কাবীচা ৱাংব্রেন্না থুনেৎ ওই"—নোং:লাই:

**ৱাংবম,** মুংশীং, অতিয়া, অৱাংবা, নোং মুংশীং অকনবা,—"য়োম্বু নাকলৌশিন অমাই খোঙফাং লেংনা তিন্না কোয়ৌ লনশাঙম ৱাংবন পাউশাঙম্দা" না:ক:কা:

**ৱাংবন অৱাই লৈমা,** সোরারেনগী মচা নুপী লাই নুরা তরেৎকী অতোপ্পী,নিংথৌ মুংয়াংচাউবগী তালোম, —"কোয়ৌ অখোং নিংথৌ চমু ৱাংবন অৱাই লৈমা"—চায়:

**ৱাংবন অশা খাঙঙমদবা,** মুংশা খাঙবা ঙমদবা, —"কোয়ৌ অচু য়াঙমদা ৱাংবন অশা খাঙঙমদরবগী" হি:তি:

**ৱাংবন অশা লাংবা,** মুংশা নংবা

**ৱাংবন ইকাশা,** ঐঙোন্দগী থোইবা ( হেনবা ) ইবুংঙো

**ৱাংবন কাসা চাউবী,** লাইবক চাউবী, লাইবক থীবী,—'মোমমু চীংঙু লাইবক থীবী ৱাংবন কাসাচাউবীবু করম ওইহরবনো বল্লবএ" চো:থা:পা:

**ৱাংবন থিংলৌ নিকপা,** নোং থাকপা

**ৱাংবন নোংৱাং মৈ,** অখাক অৱাউ, নোংমৈ শীংজং, বজ্র, অতিয়াগী মৈ

**ৱাংবন পাউফা ঙমলবা,** লাইনা থৌজানবিরবা

**ৱাংবনলক্কী,** অতিয়াগী,—"কোয়ৌরক্কী তমথরকপা ৱাংবনলক্কী থাইথরকপা"—সনা:লাই:

**ৱাংবন লাউথরকপা,** নোং তারকপা,

**ৱাংবন লাউদুম লাউ কোয়ৌ থাক্তুম থাক,** নোং থাকপা অমসুং খোংবা

**ৱাংবন লৈমা চিনফুরোন নাহুইমু,** কোম্থোজম লাইরেম্মগী মিং

**ৱাংবরেন,** মণিপুরগী খা থংবা মায়গৈদা লৈবা লাই অমা, মায়গৈ ঙাকপা লাই,—"হাওরৈ খানা পাংবরমদা ৱাঞনবা লাইজা ঈমৈথৈনা ইমু হংচৈ শুবা ঈঙৌ হংখোঙ লোনবা ৱাংবরেন খানা চাউবা মমা ৱাংমু খোংচোম কাবীচানা পোকপা লাইজা মুংথেন চামিলোদা কমকম্বা ঙাখোঙ থিংবা নমু পোংথোঙ লোনবা, থৱায় অপকমাবু থরৈ কুমহল্লোই লেমলৈ তাহল্লোই হায়বগী লাইজা ঈখোঙ সিন্না থৌখান্না খোইমোম মরুপী অনাল খুমক চমু মারেম থৱায় চমু খোইমোম লাইরেম্মবু লুয়বা চীংঙু পীশুম কলবা খোইয়ম খোংফৈ চাউবা লেমলৈ ঙারা ঙাখোয়াং শরেং শমশাংবীচা ঙারেন কোকশাকপীগনা য়াকানবা লাইয়িংথৌ লৈমুং চোপচা ঙা লেমলৈ ঙা মুকলাংনা মৈথান্নবা লাইয়িংথৌ হেমচেং চকপা য়ি মারেম চাপং য়ি পোংচাই য়ি নামুংববু তান্না খল্লবা লাইয়িংথৌ"—পা:নাহে:

**ৱাংবা নিংথৌ পাঙুম্বা,** অৱাংবদা লৈবা মথুং চুম্বা লাই, সোরারেন

**ৱাংবি,** য়ু

**ৱাংমা তাবা নিংথৌ তরা,** অঙোম শলাই,—"ৱাংমা তাবা নিংথৌ তরামক্তি অঙোম শলাইনে" ফম:

**ৱাংলুক খোং নাইবা,** মেরুক

**ৱাংলুরোন শঙ্কাবী,** খজিং অতেকপা

**ৱাংলেন,** পুং, মিকুপ, পুংজা

**ৱাংলেন পুংচা (পুংজা),** পুং (মতম খঙনবা পুং), ৱাংলেন পুংজামরুম—পু' অমরোম

**ৱাংলেন পুংহৌবা,** পুং য়ৈবা

**ৱাংলেন মৱাংহৌবা,** পু' মথাম য়ৈবা, -"চৈরৈ ফীবান পবেং শা, মোইরু' শিনকাম গোং, ৱাংলেন মৱাঙ হৌ"—লা:শ:খা:

**ৱাংলেন মরী লাংশাবা,** পুং তিংবা

**ৱাংলৈ,** য়ু,—"ঐনে ময়াহ কাবদি ৱাংলৈ য়ুবু হেল্লে"—শা:লাই:

**ৱাংলৈ ইতংখাক,** ঐনা তংলবা ( থকলবা ) য়ু অরেম্বা,—"লাইরেন ৱাংলৈ ইতংখাক অসিবু নখোয় নৱাঙ হৌনবা কাওরেন নথি নাইববু ৱাংলৈ চীনখুনমবু য়োংমল্লসে"—থ:থা:হি

**ৱাংলৈ চীনখুনমা য়োংবা,** য়ু য়াউম অমতং থকপা, —"ৱাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্বু লৈয়ে ৱাংলৈ চীনথুনমবু য়োংখিও"— না:ফ:কা:

**ৱাংলৈ খোমহান্দবা,** য়ু হান্দবা,—"লুমলেন খাবাংননা লোনবনিগিনা লুমলেন খম্বনবাগী তরা চাক·

য়োমদা ৰাংলৈ খোমহান্দবা ৰাগীবু নোংয়ায় লোন-য়াখদি"

**ৰাংলৈ খোমহানবা**, লিকলীদা নত্ৰগা উতোংদা যু হাক্তিনবা

**ৰাংলৈনা খারি তোনওমলবা**, যু কন্না ভাওরদুনা মকোক পুবা ওমত্রবা

**ৰাংলৈ শেকনীং ৰ'ৎপা**, যু মরাং কায়দবা

**ৰাংলৈ য়ুরানবা**, যু লানবা

**ৰাংলৈ য়োংমন্নবা**, যু থকমিন্নবা

**ৰাংলৌ**, অতিয়া

**ৰা চাদবা**, য়াদবা, চানদবা, হায়নবা য়াদবা

**ৰা চানদবা**, হায়বা য়াদবা. ৰা য়ানদবা,—"মশা-বিনা শুমায় লাথা কোইগুম কোইথনা লাংবন ইভা লৌখোং থৈগুম থৈয়ায়ননা পাউখুম্বনু ৰা চান-দগিন্নে"—থংলাংনীং:

**ৰা' চানবিদবা**, হায়বা য়াবিদবা

**ৰা চিনদবা**, থাজদবা

**ৰাচুম**, অচুম্বা ৰা, সত্য,—"মীনম লাংবু তৌগুনো ৰাচুম মিংয়েংথৌবনা উঙৈনে দে"—কুমদমশৈ

**ৰাচুম চৈরোয়নবা**, ৰা অচুম্বা ভাওবা

**ৰাচুম্বা**, সাক্ষী ওইবা, ৰায়েনবা

**ৰাচুমলকপা**, অচুম্বা থবক তৌরকপা, লাই ৰা-য়েন তৌরকপা,—"হৈরেম মপা লাই খুঙ্গান মপু লাইনা ৰাচুমলকলে"—চায়:

**ৰাচুমলন্বা**, সাক্ষী পীরম্বা,—"লমচৎ শোয়দবীনে হায়না সাক্ষী ৰাচুমলম্মে"—উ:(ৰা:)

**ৰাচুমশুবা**, অচুম্বা অওইবা ৰা ভাওবা

**ৰাতা থীখিবা**, শাউখিবা, খোন্দা থানা হায়খিবা,—"তিল্লাং মখোয় শাউনা ৰাতাপাথিএ"—তুতেং:

**ৰাতা থীবা**, খোন্দা থীবা, ফজদনা ভাওবা, শাউ-বা,—"সোরারেন্না মমোম শানম ভাইপিংতোনগীদ-মকপু ৰাতাথীরকলে"—চেংলৈ:

**ৰাতেম্বা**, য়ারকপা, ৰা তাইশিনবা, ৰায়েনবা, বিচার তৌবা,—"এলুপ ওমদাইনবা থোংনাং সো-রোক য়াংলৌ লমদাংশাংবু ৰাতেমলিবা"-জি:চঙ:

**ৰাথিনপা**, ৰা অচুম অরান লিগৎপা; তদন্ত তৌবা,—"লমপোইপা সিতলভাসপু হাৎকে তৌবা মী খিবিকপু চারাপ্তা ৰাথিনপা হৌএ"—চৈ:কুম্বা:

**ৰাথিনবা চৎপা**, মরী মখোঙ থিবা চৎপা, তদন্ত তৌবা চৎপা,—"শকাব্দ ১৬৮৮ মেরা মরিনিপান-পদা ৰায়েনবমচা নোংপোনবা খেলেম্বনচিংনা মন্নাং হাৎপগী ৰাথিনবা চংলে"—চৈ:কুম্বা

**ৰানজেং**, লেমলৈ, ভা,—"লেমলৈ অকাবনু না-নম্মে, ৰানজেং অকুম্বনু থোথাম্বনা"—না:ফ:কা:; 'ৰানজেং অকুমশোয় লেমলৈ অকাশোয়নু শোয় মুন্নউৈদা চাউবা শৌবোন ওম্বা মপারি লোকপা লাইবনা কৌবা লম্মহন্দা লময়েংএ"- চা:লাই:

**ৰানজেং অকুম্বনু থোথাম্বা**, ভা অকুম্বা থৎপা

**ৰানজেং শৌরাই পান্দবা**, ভা পন্নবা শৌ য়াওদবা

**ৰানতৎ**, পৌরান থা

**ৰানথাক**, য়েন্থোং থোংবগী থাউ মথাক অমা,—অহানবা য়েন্থোং থোংগৎপদা থাউ ভৌদনা য়েন্থোং থোংগৎলগা কোন্না শৌরকপদা থাউ থাকপা

**ৰানথোংবা**, ইৰান্দা থোংবা

**ৰানদোন**, ইৰান, য়েন্থোং থোংননবা চকু মচা,—"ভাম্বরোন য়াউশোম্বী মরু তোংখনবী মতোং চেং-লৌ লাথেম্বী ইৰান ৰান্দোনথক্তা খাবৈ হুইরান শোনউৈ পুমুং লাকহৈ শকপী"—চা:লাই:

**ৰানফক**, মনাফি মখল অমা,—মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোক্কী সনা হাকথক্তা (খু: ১৫৪-২৬৪) নিং-থৌগী ফি শাবা লোয়শঙগী মকোক লাইকোক-শুনা লাইরেন হংকোক উনয়েকতম তুবী হৈনা মমি লাকনা লংলা লংখন তৈদুনা কত্রংনা লং ওইনা মেরা থাগী থানিন (পূর্ণিমা) থাওজা হুমিংত্তা শাবা হৌখিবা ফি জাৎ অমা,- "লগন চীংলাই লাইতম মেহেন্দ্রি পুংজা লাকনা পুমুং ৰানফক হোনা চরৈ ফিনা তমএ"—নিং:শা:

**ৰানা কদংফি**, (মমাউৈভদা কখামদনা শাবা) ফি জাৎ অমা, "কস্নুৰাম নওদি ৰানা কদংফি শাউ" লো:শিনয়েন

**ৰানা ভৌদোং ওইবা**, মিং থকপা, মমিং শরাম শীবা, উথিবা

**ৰানিন ওম্বা**, ৰা হায়বা

**ৰান্নুংপও ওইবা**, চমন্নবা, জ্ঞান-মান তাদবা,—

"রঘুপতি নারায়ণ লাইখ্রিংখৌনা না তারবগী সংশয় রাক্ষুংপঙকুমে হায়দবরা"- উঃ(রাঃ)

**রাপা,** রা মপা, বিবাদী

**রাপা খুনখিনবা,** র' মপা চাবা

**রাপান,** রা পান্দোং, রা পাম্বী

**রাপী,** মরু ওইবা রা

**রাপীহন,** মচা নিপা অহন

**রাপী হায়বা,** অচেৎ অশোম খঙবা, য়ায়তোঙ খমদোঙ, অচুম্বা রা হায়বা, রায়েনবা,—"ইদাইরেম খমঙুং রাপী হায়বা নথোয়বু খোইমোম নঙাইরোম চীংঙু নহিশাংবু তাঙজা ঈকাইদবরা ?"—পোঃলুঃ

**রা পুবা,** লম শাবা মী, পাউ পুবা

**রা পেৎপা,** রা তেহোন তেহোন হায়বা, রা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়বা, রা ভাঙবদা লোইবা নাইদবা

**রাপৈ,** ওইদবা রা, চুমদবা রা,—"তাংজা ঈকাই রাগী য়াথং রাপৈ হায়গিএ"—চায়ঃ

**রাপৈ হায়বা,** ওইদবা রা ভাঙবা,—"নোংয়ায় চাখা মোইরেঙগী তিমেন মতাচানা পাল্লববু খুনবী কাপতিং য়াইখিংচানা ইমু তোংগাচিংবনে হায়না য়াথং রাপৈ হায়খিয়ে"—চায়ঃ

**রাফুকপা খুমিৎ,** হিয়াঙ্গেগী থানিল (পূর্ণিমা), মেরা রাফুকপা খুমিৎ

**রাকৈ,** রাচোই, রারেম, রাকোই

**রাকোংবা,** রা কোংদোকনা হায়বা, —রা তাবিনবা লাউজবা,—"মুজা মতীক নত্তনা থংলেন খুংশি মৈনা কংলা রাকোংলুইএ" – চায়ঃ

**রাকোংলকপা,** রা কোংদোকলকপা

**রাবাক্ষেরে লাউবা ফকমাং চীং,** গোজাঙ, কম্যাংগী মনীং থংবা মায়কৈ ফুংগাগী মথা

**রাবা,** উচেক জাৎ অমা,—"কাইরৈ য়েনচা কোক্তরিয়ে রাবা পোন্দাই লাওথিয়ো"— নিংলম্বুঃ

**রামুকচৈ,** কলম

**রারক থৌবাউ তম্বা,** রারক রাতেম্বা, ফু চৈথুনা রারকপা,—"পোম্বী রা শোইবোন অমুববু মথোঙ মথা থেকনা রারক থৌবাউ তমখি"—তুঃদৌঃ

**রারংনবা,** রা তাদবা, থংনবা,—"মপুরোইবব্ নত্তে হায়না রারংনববু রঘুপতি নারায়ন লাইখ্রিংখৌনা না তারবগী সংশয় রাক্ষুংপঙকুমে হায়দবরা ?"-উঃ(রাঃ)

**রারক রাতেম্বা,** অরানবা থবক তৌবগীদমক রারকপা

**রারম,** থৌরম, হীরম

**রারম চেঙজেন ময়েং তাবা,** হায়খিবা রা কাউম্বা

**রারম চৈথৈ লোম্বা,** লোইবা,—"লাইনিং ইহৌ শাবু খাথোকতনা নীংজরিবা অসিনা তানকংজরব্দা রারম চৈথৈলোমলে" – গঃনোঃ

**রারম ফত্তথোকপা,** ফত্তবা তাবা,—"মঙথোয়বু য়াথং রা তানবদি রারম ফত্তা থোকলে"-লাংশঃথাঃ

**রারম মচি ওইবা,** মচু ওইবা রা,—"ইপারি খমলাং তাওগমলাং অতোনবা-ও রারম মচি ওইববু পাউতাকপিরমগে" – ঔঃঙঃ

**রারমলেন,** রা মচং, কান্নবা রা, মরু ওইবা রা, —"পোইরৈ রারমলেন পুন্নমকপু পাউতাকপীগে"— —থংলঃনীংঃ

**রারমলেন অরুবা,** অচেৎপা রা, অরুবা রা,—"পোইরৈ রারমলেন অরুবা থায়না মালেম নৈহৌঙ য়েনহৌ পোইরা অহানবা নমু পোংচারি লমথারকপা পোংথাং চারি তত্তবা" – নাঃফঃকাঃ

**রারামথাং,** মপুরোইবা অহানবা,— "লৈরাং হায়া খঙনবা থংলেন রারাংথাম" - নাঃফঃকাঃ

**রারু,** রাগী মরু, রাহৌদোক হায়বদি অরুবা কত্তবা থোকপা অংগোবা রা

**রারুক্রাক,** লুক্রাক, রারুকাক

**রারুমিৎ থোকপা,** রারু মান্না ময়েক পোকপা ফিশা জাৎ অমা

**রারেপ,** ময়ামনা য়ানরবা রাকম, লেপ্পরবা রা

**রারেপ চারা,** মচা মশূ থারা নালা

**রারেম্নবা,** রা অরেপ্পা ভাঙনবা

**রারেল,** অরুবা রা

**রারেল পাচু থাবী,** অচুম্বা রা হায়বা

**রারৈ চেনবা,** রা থোকপা

**রারোই,** র' ভাঙ শকপগী পোলোই

**রারোইপোৎ পুবা,** নূপী হাববদা নিপা মমুমনা নূপী মমুমদা কা হৈ পুতুনা ময়াম মমাঙদা রা লোইনবা

**রারোওনবা,** থৎনবা, বা শোক্রবা. থৎন-চৈনবা,—'রাওরৈ মপাবিনা খুনকাম ইপানৌও ইবিঙা লৈরাং অক্তিংভাবু রারোওনখিয়ে"—চাঃল ইঃ

**রারৌনবা,** শাউনবা

**রারৌ পুকলৌবা,** খোয়থা লিনথা থাবা, শাউবা

**রালহৌবা,** (লাই, নিংথৌ অমদি অচৌ অপাংন-চিংবগী) চাক থোংবা

**রালহৌনগঙ,** চাকথোং শঙ, চাকশঙ

**রাশক,** শরী নাম্বং

**রাশকপা,** শরী নাম্বং শোনবা, সত্য শোনবা

**রা.শা লমশাবা,** রাকোং শীংগোংবা

**রাশা শাবা,** কোংবা, বা কোংং, ভাব তৌবা,—"শক ১৭০৩ হিয়াঙ্গৈ থা ১৭ নি শগোলসেন না-হারূপ অহনুপ কাওইজ শাবৈ, নাহ রূপনা ওম্মে, অহনুপনা লাই গোবিন্দজিগী মমাঙদা কীর্ত্তন রা.শা শাইএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**রাশা লনহাবা,** কোংবা,—"রাংথৈ ওকথিয়াম থাঙ-ঙা মরৈকাইনিংও নথোয় লাইরেন ইচীন ইনাউগী তরা চাপুম হিতুপ থনবরু হুনিবে রা.শা লনহারা-ও হায়গিএ"—তুতেঃ

**রাশুকোন শাকবা,** য়োংথোক অকবা

**রাশোক্রবা,** থৎন চৈনবা, রারোংনবা, থৎনবা,—"পাখং হুইযাই চেংকালম ঙংনপা থমতিংকেংনকা চীংথোং পোইলেতোনকা তারোয় রাশোক্রবা লম্নে" পাঃনোঃ

**রাশোক মীমাঙফম্বা,** রাশোকপা

**রাহম.খিবা,** হায়খিবা

**রাহমখোন,** হায়রকপা বা

**রাহমথিবা,** বা হায়থিবা

**রাহম্বা,** হংবা, পাউদম্বা, হায়বা,—"চীংঙু মাগী ফগিবেন সনা ফগাল্লাংদা থোইমোম মত্তোম কম-কমলবদা চীংঙু খোইমোম লাইয়িংথৌনা রাহম-খিয়ে"—পোঃলুঃ,—"হপন গুর শিদবনা রাহমগিয়ে" পোঃলুঃ

**রাহমলকপা,** বা হায়রকপা,—"লাইঙা মপান্দা নথন্দরু মীকপনিবনো পাউহংনোদা লৈমনা রাহম-লকলে"—হেঙ্গুঃ

**রাহায় পরেং শীরা,** রাহৈ পরেং শীংরা, মরিক চুমন",—'থোতু নুংশাক কপা... থমতিংকোঙা লৈহং পোম্নাউত্তোন অতোনপা... হু শি মপাঙ্উত্ক রাহায় (রাহৈ) পরেং শীরা রাহম-চারুএ"—পাঃনোঃ

**রাহায় শাংতাম্না,** বা শাংথননা, বা মশা তাথনা—"জনম নারদ অনীনক রাহায় শাংতাম্না রাখং রংরোংননা থংনরবগী জনম খ্বাব কৌবনা রাহমলক-এ"—বীর সিংহ

**রাহি,** তীল মথল অমা

**রাহৈ অরাক তমঙমদবা,** রাহৈ খুবাম চাউনা হায়বা ঙমদবা,—"রাহৈ অরাক তমঙমদা পাথোম মিকুমথ.পনা অসুমনা পাল্লিভৈদা"—চীংথংঃশাঃকাঃ

**রা হোংবা,** বা হায়বদা অরেপ্পা লৈতবা

**রা হোঙপা,** বা পূজা তৌবা

**রাহোম্বা,** বা হংবা

**রাহোল্লুবা,** বা হায়জরবা

**রায়,** কাপ অমা, মঘম,—"শক ১৭২৯ লাংপন ৭ নি শগোনশেন্দা মৈতেংঙু ফাল্লোক রাইরং পামহৈপাকি পামপোম তমনা শেনগী কামন অনী হৈএ ময় খুতুপ ২ মচাউ রায় অমা থুতোন অহম-নে"—চৈঃকুম্বা

**রায়খৎপা,** পুথংপা, হুমগৎপা,—"খুনকাম মপা-নোগী মেনাংতনবা শা নামুং অঙৌবস্তুগু চরৈ কি-ঙৌবস্তু কোরৌ অবাংদনা রায়খৎখিয়ে, রাংবন্না হুমগংখিএ"—চাঃলাইঃ

**রায়খু,** কর্কট রাশি, ঈশিংদা লৈবা জীব মথল অমা, থোঙ অমাদ উপুনচিংবা লোনশিন্নবা খুংলাই, শো

**রায়খুবীচা,** রায়খু,—"অদোন রাহেং থমগোইবাদ তুরেন রায়খুবীচাগুম নীংনা তেনা ককলো মানবন থক্কা পুথা পুথা চেনখিয়ে"—চায়ঃ

**রায়খু মথা চনবা,** খু ঙয়েৎ ক্বিবান্দা চনবা নোম্না জাৎ অমা

**রায়খুমিং,** শম্পোৎ থোইবগী পোৎপুদা য়াম্বা য়োথাংলি চেম্নোক্তনবা পোৎপু ময়ায়দা হাপ্পা চৈ মচা অনী,—"নারিন্না লুমলি ওই, লিনথাকনা রায়খুমিং ওই"—লোতাঃ ঈশৈঃ

**শউন খুলৈ তিংবা,** শউন্না তিংবা,—"লহাল ইমাঙকি খাপা লাংথংচা ভাউলোয় পূংলেনকি অশৈ পনমাপা ভাংভ্রাচা তৌশূপা খানিং লোনচা পূংতোইপা নৈরক তেলানপা লুখুম ফমশবপা শউনখুলৈতিং পূংপু লেংলোই য়ান্না য়াইথোং নানম শকলকপা" পাঃনোঃ

**শক,** মায়পোং, শক্তম, মওঙ মতৌ

**শকওঙ,** শক্তা, কুচু কুমেন

**শক ওম্মোক,** ওম্মোকপা শক্তা

**শক্কোয় হেনবা,** মশক মতৌ য়ামনা ফজবা,—"নাউবা শকহেনবা অসিবু খোইমোম লাইরা নমু পোংলা চেংলৌ শক্কোয় হেল্লে"—ধঃলাঃনীঃ

**শকপানথোং,** শক্তা, মশক মতৌ,—চেংলৌ শকপানথোংবু চীংঙু নশকলেনবু মাল্লে"- উঃ(রাঃ)

**শকলেন,** শক, শকফম, শক্তম,- "চীংঙু নমিংলেন সিতাপাপু তাংচা লৈত্তোন থোং খোইয়ম শকলেন মীংখিপাপু"—পাঃনোঃ

**শকলেন মঙান নাইবা,** মশক মতৌ চঙ্খোনবা, ফজবা,—'লাইরেন চেংলৌ মপূং ফাংহোরে শকলেন মঙান নাইহোরে হায়দবরা ?"—নাঃফঃকাঃ

**শকলোন,** শকফম

**শকহেনবা,** মশক মতৌ য়ামনা ফজবা,—হে নাউবা শকহেনবা নঙবু কনানো ?—ধঃলাঃনীঃ

**শকহেনবী** ফজবী, নীংথিজবী,—"কনানো মোমহু চেংলৌ শকহেনবী পায়মা খোয়জঙবী তিল্লাং খোয়দাবী-ও"—সংলাঃ

**শগন,** পাম্বোম মরু,—"তেনবী য়াওইবনা চেকলা শগন তম্না তেনবাইরকও"—তুতেঃ

**শগাই,** ফম্বাক,—"কনবা পোংয়াওদি শগাই মখোন তরেৎ শা-ও, ফমফি অমা কিদা অমা"—চীংঃলাইঃ

**শগাই শাবা,** ফম্বাক হাবা, শগাই শেম্বা—"নোং ভাল্লবদা তেখাউ নৈপাক পূমনমকনা শোঙ তৌরে' পন শারে, শগাই শারে, নিংথৌনতিংবা নৈপাক পূমনমক ফমহুনা কুমৈ য়েংলবদা"—গোঃনিঃ

**শগোল কাঙজৈ,** শগোল তোংলগা কাঙজৈ কাঙহু পায়হুনা কাঙদ্রুম মৈহুনা পাওন চন্নবা লম্পাক্তা শান্নবা মশান্না অমা

**শগোল কত্রং অহিংবা,** মচু অঙৌবদা অমুবা কান্না শগোল

**শগোল কাক্ত,** মচু মুবা শগোল,—"শ্রীচন্দ্রকীর্তি সিংহ নিংথৌরেন্দি হরাউ মখোই তোংনা লাংগোই (শগোল) কাক্ত খোঙদাওবা য়াইশা মথং কিবা শামায় কোংগোন খিনবা নাকথং মরুপ্পা আরাম্বাই তেন্দোং থেংপবু তোংনা যাত্রা খোঙ শাল্লকএ"—জিঃচঙঃ

**শগোল কোরী মচু,** মুনা ভাঙবা মচুগী শগোল

**শগোল তৃপ্পা,** শগোল কাঙজৈ শান্নবদা শগোল অমনা কন্না য়াঙনা চেল্লিঙৈদা অতেপ্পা শগোল অমনা মাঙোন্দা থেংগায়নবা ফৈনা থৌজিল্লকপা

**শগোল ফিখন,** মুমগী শাই মম্বাদগী হৌহুনা নাকল অমদা ফেলৈননা তপখব (তাথবা) শঙতপ

**শগোল মপাশা,** শগোল লামচা, মরু লোনবা শগোল লাবা

**শগোল মোরা,** মচু ভোবা শগোল, শগোল অঙৌবা

**শগোল লমজেন,** শগোল তোংলগা লমজেন য়াঙবা তাৱবা

**শগোল লাকপা,** শগোল তেহনবা, শগোল তোংবা য়ানবা তম্বিবা

**শগোল লানশা,** লান্দা শীজিন্নবা শগোল

**শগোলশেন,** যুমশকৈশাগী মথংগী হুমিং
**শগোলশেনবা,** শগোল পান্নবা, শৈথ
**শগোল শেনবা হঞ্জবা,** শগোল হঞ্জবা, ফম অমা, মৈদিংঙু উরাকোন্থোবগী খোঙলুপ,— "মৈদিংঙু উরাকোন্থোবগী খোঙলুপ্তি শগোল শেনবা হঞ্জবদি থাবমনে, শঙ লিংএ"—ফমলোন
**শগোল শোই,** মচা পোক্লিবা শগোল অমোম
**শগোল হঞ্জবা,** শগোল পান্নবা ফমনাইবা অচৌবা 'শক ১৮১৩ × × × মচা ইবুংঙো কালা, শগোল হঞ্জবা য়াঙংবা লৌরুং পুরেন য়েনখোইবা পোইলা লোংজাখা পোইনা অসিংচিংবা সিফাই ১০০০ লোইনদুনা লান চংলে লাইমতোন্দা তেংগোল শাদুনা লৈএ"—চৈ:কুম্বা
**শগোল য়াঙবা,** কৌ মখল অমা
**শঙ,** যুম
**শঙকন,** শঙবা, মীচঙ
**শঙকন লোংফাই য়ৈবা.** অহিং লেকুনা শঙবা
**শঙ থনবা.** খাংপোক থনবা
**শংগন,** মীচঙ
**শংগন চঙবা.** মীচঙ চঙবা
**শংগাই,** মখোক শাংবা থাঙ অখোবা জাং অমা, '.পাখং শংগাই য়াইনম মখুংশুনা চীরেন তোম্পোকপবু ওইখি শাবু লৈএ" হিংহিং
**শঙ্গাই.** যুম ( খোংগল্লোন ), অচৌ অশাং মতৌক মগুন লৈবা মীনা লৈননবা যুম—' শঙ্গাই অরাংবা শাবগু অদুদৈ হোঐ" চৈ:কুম্বা:
**শঙ্গাই মকোল্লোয়,** ময়ুম, মরানয়ায়, মশঙ্গাই "কংলা লানবাউ তমলবগা লাইরেন শঙ্গাই মকোললোয়দা বাইথু লুরে"—শমংঙঃ
**শঙ্গাইরেন.** যুমজ উ
**শঙ্গাই শঙবা,** নিংথৌগী শঙ্গাই পান্নবা
**শঙ্গাইশেন,** মৈবী
**শঙ্গাই যুমফম,** নিংথৌগী শঙ্গাই (যুমজাউ) শাফম, যুমশারোনগী যুমফম কায়াৎ মাপনগী মঙুংদা ময়াম থংবা যুমফম কায়াৎ
**শঙ্গাবা,** যুম অহনবা শাবদা অহানবা হোংজিনবা হুমিং

**শংগু,** ময়াম, মপৈ
**শঙ্গুবা শঙলাকপা.** ফম অমা ( লাইগী ফমলুপ্তগী অতোপ্পা চৈরাপ ফম অমা )
**শংগু হোইবা,** ময়াম হোইদুনা পুবা
**শঙ্গোইবা হঞ্জবা,** ফম অমা,—' চীংথংখোম্বা মহারাজনা মোরাংদগী হল্লকলবদা প না মরিমগী শঙ্গোইবা হঞ্জা নিংদং নীপালমা হাপএ, ফমদো খুল্লাকফম নীপালমাকি মখাদা ফমহল্লে, হান্নদি য়ারেকশঙদা শঙ্গোইবী শঙ্গোইবা কৌবমএ, অদুগী মথে য়ারেকশঙদা ল.ল্লুপনচিংবা কৌহৌরে"—ফমলোন
**শঙ্গোইবা হিদং.** ফম অমা
**শঙ্গোই তাবা,** মৈদিংঙু গরিবনবাজগী মজা ইবুংঙো মহাবাঙ ভরত শাইগী মিং অমা,—''কালেন থানিন নোং থঙজদা শঙ্গোয় তাবা ভরত শাইনা নিংথৌ ওইএ"—চৈ:কুম্বা:
**শংগোম অহিংবা,** শংগোম অনৌবা
**শংগোম নোংশা,** শংগোম ডাংখা অমা,—"শীংশং শীংথাবগী পোংয়াওদি × × × × লফোই লফাং মঙা, চুহি লি অমা শংগোম নোংশা অনী × × × শীংনাং য়াওগনি" —খোদো মশিন
**শঙচু,** লুপ্ত্রাগী কিজেং,—' লুপ্ত্রাগী কিশেংতি শঙচুনে"—মশিন
**শঙজারোয় ( শংশারোয় ).** যুম বৈ শঙ লুকশাবংচিংবগী থবক তৌবা লোয়শঙ অমা
**শঙদিং,** ঈয়োং— ''খোথোক কুমৈংদ্ ঈয়োং শঙ দিং কক্কে হায়রকলে"—হিংহিং , ফি— "চনমোম থাম্বী মৈথাঙ কোংগুম্বীবু শঙদিং থোইনা নামিবীবু নুবা মেল্লোং খুংশাগী মমোম কৌবরোন নামোইহু চেংলৌ শকনা হেনবী শমতে হাইদুপীপু মিংয়েং শানথৈরবগী তরা খুংপুন হুক হুকঙমদা লাইজা চীনখুনমবু য়োংঙমদনা উনবী লাঙতকনা হু বান মরানয়ায়দঃ বিংলৌ নীংনা তেনা হলবাইরকলে হায়দবরা ?—পেং:লু:
**শঙদিং ফিথৈ লোজ্জা,** ফি শাবা লোইবা—"কোরৌ হুমিং শীংবুম চহম শুনা চরৈ ফি শারবগী শঙাদং ফিথৈ লোমলবদা"- নিংশা:
**শঙদিং কিশি কিবা,** ফি কিশি কিবা,—

"নোংবাল্লোয় পীতঙভাবীগী শমু মেল্লোং মখুৎথোন শঙদিং কিশি কিরকপবু চৈরৈ কিশিথোক পুমুং মফু-রিংপু হৈরু মতাই কাওন।"—নাঃকঃকাঃ

**শঙদিং লাল্লে থেমনা**, শাপোৎ লানপোৎ শেৎ তুনা

**শঙদিং লাল্লেথেম্বা**, শাপোৎ লানপোৎ শেৎপা, শাপোৎ লানপোৎ শেম্বা -"নয়ু ঙাংঙোই সনা হোঙবদি লানপোৎ শঙদিং লাল্লে থেম পুমুং মঙান নাই চোয়-নৌ সনা লৈঙইননা চেংলৌ মিৎপু লংনা চৈরৈ ফি থোল্লবদা মদাইবেম অথৌ লিচা হেল্লা পুমন-মকম্ভু শঙদিং লাল্লে থেম চু'লেন ঙক্কা হুক শিমেন মাঙওইননা হুয়েন লান্দাখিএ"—মোইঃনিংঃলম্বঃ

**শঙনা য়েংবা**, মুন্না য়েংবা

**শঙবায়**, লীথায় অনী নত্রগা লাইতং মরি চনবা থুম্মোক (ফৌ ওনবনচিংবদা শীজিন্নবা); "শঙবায় লোন্দাম্বা লৌকুম্না ইতোম পাংশোই নীকইদা পাউ-খুম্মে দে"— কুমদমশৈ

**শঙম**, লৌরাক্কী তংথায়, পরি অমগী মগুং

**শঙমায়**, লাইখন

**শঙমু লাংমুফি**, (মমাঙতৈদা ৰাংবজমদনা শাবা) ফি জাং অমা,—"ৰাংবজম নঙদি শঙমু লাংমুফি শাউ"—লোঃশিনয়েন

**শঙলাকপা**, ফম অমা

**শঙলাকপী**, শঙলাকপগী মুপী

**শঙলাংমৈ**, নিংথৌগী ফি শেংনবা শঙ কোম্মু'গী শঙ অমা, 'নিংথৌ গনা তরে'বা লাংশঙ শঙলাং চান্দুদা ৰাইথু'লে সে"—পাঃলাঃ

**শংলেন**, অশংবা মচু

**শঙলেন**, শং অচৌবা, য়ুমজাউ, "মাইবী লোয়শঙগী মমুংদা পাখংবগী ঈরাং পুজানচিংবা তৌবা মাইবী

**শঙলেন লাকপা**, ফম অমা, —নিংথৌ মহিশাং ফমদো মঙাইরোই অমা, থুনফাংথৌ মাপনগী মতুংদা অমা, শঙলেন লাকপদি পে খোকশাং থানবা য়াই, - "২৮নি শগোলশেন্দা হাওবম শঙলেন লাকপা শিএ"—চৈংকুৱাঃ

**শঙলৈমা**, খুয়োম্বেম নিংঙোন,—"শঙলৈমা হায়না তেংথাপতি খুয়োম্বেম চহুপ্‌ থাদে"—পেনঃতেংঃ

**শংলৌ**, য়েল্লাং, থৌরাঙ

**শংলৌ ইথৌরাঙ য়েল্লাং ইঙমদম**, ঐনা লাঙজবা থৌরাঙ, ঐনা তৌজবা থৌরাঙ

**শংলৌ ঙমদম্বা**, থৌরাঙ তৌবা, "অনৌবা শং-লৌ ঙমদমখিরে"—নাঃকঃকাঃ

**শংলৌ নাকম্বা**, থৌশাদবা

**শংলৌ মুংগম্মবা**, য়াদবা .

**শংলৌ মুংগনবা**, য়াবা

**শংলৌ ৱাংগন অকনবা**, থোংতুনা চাবা য়াবা উৎয়েন

**শেংলৌ য়েনমাং হনবা**, য়েল্লাং অমাংবা পীজবা

**শঙাই**, শজিগুম্বা শা জাৎ অমা

**শঙাইশেল**, মৈবী

**শজিক**, থৱানমিচাক অমা,—"তমিং থা শজিক থাবা মঙাল উৎলে"—খঃয়ামোই; হাজং নাপী, ফৎবিমুক চাউবা অনাৰা মথল অমা

**শজিক মতুং ইনবা থবা মমে ৱাম্নবা**, শিবা, নোংগাবা

**শজিক লালওং তম্বা**, শজিক থোকপা

**শজিকলোয়**, শাজক ফানবা মনাই

**শজিখোক**, ফৌ মথল অমা

**শজিং** পুজা কায়বা, মচিং মশোন

**শজিবী**, লাইরেম্বা অমগী মিং,—"লাইদি পান থোইবীনে, মহাক্তি শজিবীনে"—চীঃলাইঃ

**শজিবু**, থা অমগী মিং

**শজিবু লৈথুন ফুনবা**, শজিবু থাদা তৌবা ঈরাং পুজা অমা, মেন মেনবা,—"শজিবু (শচিফু) লৈথুন ফুনবরু মেন মেনবা কৌনা মমিং থোনবিরে"-মশিন

**শজিৱা**, ফৌ মথল অমা

**শত্তান**, ফম অমা

**শত্রু**, নাপী, রুজ

**শত্রুং**, মথোঙ মরি পানবা অপিকপা শা মথল অমা

**শত্রু চীংলাইঙান**, চীংবা হৌবা শত্রুনা (নাপীনা) ঙানবা

**শত্রু নাকম্বা**, নাপী মরক্তা হম্বা

**শত্রু লোইবী**, চীংদা হৌবা ই

**শনখাঙ**, শামুক্কী মরেপ

**শঙ্কুকি,** কনাগুম্বা নিপা অমনা লম্বোইরগা পোক-পা মচা, লম্বোইবগী মচা

**শম্বুক,** অশিবা হাপনবা কু

**শম্বোং,** মোইরাং লায়জি, -খা নোংচুপ থংবা মায়কৈ

**শম্বৌ,** শা মখল অমা

**শন্দং,** শা মখল অমা

**শন্দুবা,** শন হাংপা, শস্তুবা

**শম্বৌ,** শা জাং অমা

**শনন পুকফাংলাং,** শনন লাং,—" শনন পূকফাং লাংনা থুরোরে" - পোংখুম্বোক

**শনপোংলোয়,** শম্বোং খোইবা মী

**শনম্বা,** মগোঙ মরি পানবা মমৈ শাংবা অপিকপা ঈশিংদা ঈরুপ্পুনা ঙা ফাদুনা চারগা হিংবা শা মখল অমা,—"লেমলৈ ঙামোং চাউরক্লে শনম্বা ফুমপৌ কানদি কুমশারে"—কুমদমশৈ

**শনশেল্লোয়,** শন শেনবা মী– "মানবী শনশেল্লোয় পূমনমকনা কাওরেন শনগোন ঙাকলোরে"— বিঃপঃ (মঙ্গা)

**শনয়াংথক,** শন মথক

**শফম ( শবম ),** শগোল শঙ শগোল থম্ফম শঙ

**শমকক লোনহেনবী,** মমান্নবী

**শমখাং,** খোয়দিং

**শমথাংলোই.** শমদা হাপ্তুনা পুবা লোই

**শমখোঙ নারন ঈ,** কোক্তা কাবা (.শাবা) হুমাং —"হুমাং সেনখোয় ঈ শমখোঙ ঈ চুপা সাংচুম ঈপু তাক্তরিঙৈ মৈতেংঙ্নুনা হুয়েন লাম্তান থুরকএ" নিংঃজঃম্বঃ

**শমচিন নাউরে থোংবা,** কোয়েং য়েংপা

**শমচি ( চি ) হুক তুথাংনা,** শমজি পুন্দুনা "শম্মৈ শমদোন য়োম শমচিহুক তুংথাংনা থবাক ঙৈথোমনা কোল্লোয় মঙান নাইনা খোইমোম লাইফম লেন্দা ঙাইথমলে"—তুতেঃ

**শমচু লৈরাইনা,** চান্না চিন্নবা

**শমজিন,** কোক্তা খেংনবা লৈতেং

**শমজিন নোরৈ থোংবা,** কোয়েং য়েংপা,— "লাবা শমজিন নোরৈ থোংবু পাকলোই শলাই য়েংপিখিয়ে"—নাঃফঃকাঃ

**শমজু লৈরাইনবা,** চান্নবা

**শমথিখিবা** শমতুনা চংখিবা

**শমদোংপান,** শমদা থেংপা লৈ

**শমন,** উ জাং অমা

**শমপোক থোকলবী,** ( হমুরতনা ) মপোক হো-রবী,—মপোকথোক ময়া লাংলবী,—ইরেং মাল্লে চন্না হনু শমপোক থোকলবী ইখোয়মুং খোঙকাপ অথাং ঙমদরে" - শমঃঙম্বা

**শম্ভুম ঙারং য়ানবা** তুংদা তুজোন য়ানবা

**শম্ভুম মহারাবা,** লাই অমা

**শম্মাল্লৌ,** শম শেম্বা

**শমলাং,** শম,—"ল'লা অমনা থোং ওই, শমলাং অমনা পাম্বৈ ওইবদা ওয়গা য়েংকা লানমন্নসে" —হেজু

**শমলাং কোইককনবী,** মশম লৈশারিবী নুপী, লৈশাবী

**শমলাং চগোরৈ,** শমবুন, শমপুনবা

**শমলাং তরৈ চিংবা,** শম ফোয়বা

**শমলাং তরৈননা.** মশম পুন্দুনা,—"শমু তুংপুন্না পরৈ লানগা শা লমলাং তরৈননা শয়েং পানগা লাকনা"—উঃ(রাঃ)

**শমলাং তরৈনবা,** শম য়েংপা, শমনা পুনবা

**শমলাং ফায়েংনবা,** শম ইফা ফাবা

**শমলাং লৈরোং শাবা,** মশম য়ামনা ফবা

**শমলাং য়ুমদোন লোম্বী.** মশম থোদবী

**শমলা নোংমাই ( লংমাই ) নিংথৌ চমু,** লং-মাইথেম চমু, অচোং য়ুমলেনবম নিঙোন,-"শমলা লংমাই নিংখৌ চমু হায়না তেংথাবদি লংমাইথেম চমুবু থায়ে"—পেন তেংথা

**শমশাংবীচা,** শরেং

**শময়া,** নিংপোগী শমজেং

**শময়াখোম্বা,** শমজেং হাংপা

**শামায় লৈবা,** মায় লৈবা, নীংহন্নবা

**শমু হকচাং,** ( হকচাংগী খোং, খুং, ওয়, য়েং, নাক অসিনচিংবদা শীজিন্নৈ )

—"সনা মখোঙথাদা শমু থাংচপননা রাকচ্চগিয়ে" উঃ(রঃ)

**শমু ওয়ুরম ফম্বা,** ওয়দা ফম্বা

**শমু খুৎ,** খুৎ, "শমু মখুৎ লোয়া পাউতমখিয়ে"— ধঃলাঃনীংঃ

**শমু খুয়োন থানা,** খোঙকম শোয়হুনা, "মেহু থোংবু থোংলেন পাম্বে লানবদা শমু খুয়োন থানা লাইজা ঈরোয়ুংদা লুপখিরে"—তুতেংঃ

**শমু খুত্তা খুম পায়মা পুক্তা চনবা,** খঙবা

**শমু খুৎনা ফংনা,** হকথেংননা

**শমু খুৎনা হোংদবা,** খুৎকম কায়দবা

**শমু গোঙশানবা,** যাত্র' তৌবা, খোঙদোই হুনবা

**শমু খোঙশেকপা,** মখোঙ শেকপা

**শমু তুংবুয়বা,** মখুং তু'লোমদা পুনবা,— "ঐবু শমু তু'বুয়ববু থাদোকও হাযনা তাংজা মবৈত্তোয়া পুরুমজগিয়ে"—চায়ঃ

**শমু থাংচপননা,** মখুং লোয়হুনা,—"লক্ষ্মণ অনী মানা শমু থাংচপনা মপন পল্লেন মমা য়োয়বু সীতা লাইরেম্মদা রাকচ্চগিয়ে"—উঃ(বাঃ)

**শমু নম,** ঙন্নন

**শমু নমদা পোবা,** ঙন্দা পোবা

**শমু নমদা হুনবা,** তু'ওই নাইতনরম্বা, তু'ওইননা থমলম্বা

**শমু নাদা হুনঙমদবা,** থৌশা রাশদবা

**শমু পরৈ লানগা শাবা,** খুং পুনবা

**শমু পালোইনবা,** খুং পায়হুনা চংমিয়ব', খুং পায়নবা

**শমু পালোই শমনা,** মখুং শমহুনা—,"দেব নারায়ণ অহনববু শমু পালোই শমনা... .......... মরান ওন্দেরকলে"—ধঃলাঃনীঃ

**শমু মখুৎ পাংমা,** মখুং নাম্বা

**শমু লেংগোয়বা,** অমগা অমগা লে'কোয়বা,— "শমু লেংগোয়না হলবাইখিয়ে"—চায়ঃ

**শমৈরাং,** মৈদিংগু নাউফংদনা মৈতৈ লৈমা কাইরৈমা পায়হুনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌ অমা,— "মৈদিংগু শমৈরাং য়োইরেনবমা হুয়েন লানচাক চানা শঙমে"—অঃলালুঃ

**শরাং লৈশাংথেম,** শলাই অমগী মিং,—"থমং থাবা নিংথৌ ভরামক্তি শরাং লৈশাংথেমমে"— কমলোন

**শরা মিখুরোন তাদবা,** মরোন খঙদবা

**শরী,** "শরী লাংখোংচোংববু রাংমা লায়া চোংঙ্গ হায়ংগী অম্বা'বা শরী লাংখোং চোংবা কোওএ"-চৈঃ কুম্বাঃ ; রাশক—"নারদ মুনিরেনগী মমাঙ শংশংবদা সত্যশরী অহমলক শোনবা নত্তবরা ?— এ:কাঃ, অচৌবা শক্লক "১৩ নি ঈরাইদা চীংনাং খোনাং মপা শরী থা থংবা তেকএ'—চৈঃকুম্বাঃ

**শরীক,** ধাতুনা হৈবা ( শাবা ) মখোন পোকনা থি'নবা পোৎ, লাইথন ( খুময়া হায়নবা )—"ময়িম লোংয়ায়না মিকৌনা অদোয়া রা হায়নপদি শঙ্গাইবদি যাকোন ও লাইথনবদি শরীকও তৌনা কৌএ"—াঃকঃকাঃ

**শরীক নোংদম,** খুংপায়কম পানবা খুৎনা থি'নবা শরীক মথপ অমা

**শরীক লাইখন খুম্বা,** মা'গোন লাইংন কিম্বা

**শরী নামুং,** রাশক

**শরী নামুং শোনবা,** রাশকপা— "কোরৌ মালেমনা ৭ঙসনো হাযনা শরী নামুং শোয়ে"— হেঙ্গুঃ

**শরী মথৈ ফং ন'মুং মতোল্লোমনা রাশকপা,** লাইশোনবা হৌনবা মথৈ শোন্দুনা রাশকপা, লাই কয়া শোনবা—'চাইরেন নিংথৌ য়াফুরাকপনা শরী মথৈ ফং নামু' মতোল্লোমনা রাশকপবু থাজবিদে" —চায়ঃ

**শরী শোয়বা** রাশকবা, "১৩ নি ঈরাইদা নৌশোম অরোইনা ইতোক হাওবু শরী শোয়বা চ'এ"-চৈঃকুম্বাঃ

**শক্ল,** হকচাংগী মক্ল

**শক্লক,** চাখুং

**শক্লক লৌতম হুনবা,** শক্লক য়েনবিবা—"নমু কমকম শীনবা তাইপঙ অচঙ অশি লুংপা শক্লক লৌতম হুনপা হুনবা)...লাইয়িংখোও" কোনঃনোংঃ

**শক্স পোলাং,** শক্স হমদাং

**শরেং শমশাংবীচা,** শরেং, মকোই অশাংবা পানবা গা অগোবা মথল অমা,—"হাওবৈ থানা, পাংবরমগী শরেং শমশাংবীচা ভামাই নোংয়েংবীচা ভাচিং চিংলোইয়াই মণীং সুনা লমদমথংলকপবু পোনবী শোইবোম্মা চীজোই শোয়ানগমএ"—তোরৈঃ

**শরেন,** খুংয়েং—"শরেন য়েংনা লাম, থূবী কোরোং শূ খুজেং হংজিলাক"—সনাঃলমঃ ; শদুম—"থাওতি মিতম চেন শরেন হিংগোং শায়না পায়েন উকৈযক্কা পাউজোইবমু শোংকিয়ে" —চায়ঃ

**শরেন ওয়লমক্ক,** য়েঙ্গং থোনবা ইরান

**শরেন চনবা,** লাইদা থরায় পানবা কংপা

**শরেন মাকপক মরোন হুবা,** চীমায় পূয়মক শা মকু হুবা

**শরেন লৈতোই য়াংপা,** শা মতুপ মতুপ ককপা

**শরেল শাজিল চাইবা,** শায়াম চোইথোকপা

**শরেল শিথৈ চোংলবা,** বাবনা শিগদোরবা শা

**শরেল য়েংলা কোম্না,** থূং য়েংনা কোন্দুনা

**শরৈ কুমশা লাংপা,** কুমগী ঈরাংপা

**শরোংফি,** ( মমাডৈঙণা লাই পাগ্রাম্বমনা শাবাফি জাং অমা—মাইবীগী ঈয়ফি ফজিন্দা হাপ্পা মাইবীগী মনা কি -"লাই পগ্রাম্বম নওদি শারোংফি শাউ"—লোইঃশিনয়েনঃ

**শরোল,** অশূকপা, মরু, মসুং

**শরোল মংলোন ঈ,** অশূকপা ঈশিং

**শরোল হু,** পূয়মক

**শরোয়,** তমবা লাই, ভুং প্রেং, মরু ওইবা মশক নাইবা লাই থরগী খোঙলোয়

**শরোয় থাওবা,** শরোয় ভারোয়গী মচীঙাক থাদোকপা

**শয়োয় হুনবা,** চোংশিনমিন্নবা

**শলকল মকেৎলোই,** মপাখোমগী পাগল

**শল্কা,** থবানমিচাক—বিশাখা নক্ষত্র

**শলাই,** য়েক, শাগৈ,—"অসুম পাল্লবা নিংথৌ অসিশিংগী হাক্তা হৌনরকপদি শাগৈ শলাই লাইয়েক লমইচু নাইরমদে, লাইবু নীংবা লমচত্তি অরেপবু লাইনীং ওইনৈএ"শাঃলমঃ;কোয়েং ময়েং অমা

**শলাই মাপন,** 'লুবাং, অঙোম, মাঙ্গং, খোয়া, চেংলৈ, থাবা, খূমন,' ভানবা উরোক শলাই মাপনমা মসিগী মপুদি পাখংবনে"—পাঃফান

**শলাই তাবা,** শগ মরাই তাবা

**শলুংপুরেন,** ক্ষম অমা

**শলুংহনবা,** ক্ষম অমা, মৈতেংঙু মতাইরেম কাওরেন শলুংহনবনা হুম্না কোঙ্গোই থুগে থকদে লাংজন লীগা লোগে লোকদে"—শলকাও

**শলোনবা,** মপোক

**শরা,** শো

**শরা ভাইনথেন, থানক্ষম,** অশিবা থাঙলেনক্ষম,—"থাক্ষমবু শরা ভাইনগেন কৌই',—খংয়াম্মোই

**শরা চাজুম থোঙ থিংবা,** অশি থোঙ থিংবা, অশি লম্বেল থিংবা

**শরা তুরোই থিবী,** লাইবক থীবী

**শরা তোংবী,** লৈশাবী ( মোইরাংনা হায়নবা ), "ময়ূম কেগেনা ·· নূরাবুদি শরা তোংবী ও তৌনা কৌএ'—.চাঃথাঙঃপাঃ ; —"কেগে চা নূরা শরা তো বী"—মোইঃনিংঃলম্বঃ

**শরা পোলবী চিনপাকপী,** ভাম্বু,—'মমা লৈতোই লৈফেম্ন চানা পোকপী চীনপাকপীস্থ তিরি নম্পু শেনবীসুঙ লাইরেন মতুং ইনথংখিএ" তুতেংঃ

**শরা লুমথাঙথৌ,** লাইবক্কী শন্ধ, অস্থি, চিন্তামণি, "লাহৈ কুনজা ওম্লকপগী লোইদাম কাত্তিক মেরা পা ৩ নি পানবদগী হৌনা শ্রীগুরু বৈষ্ণব লেংনা তিন, ব্রাহ্মণ পণ্ডিত পূমনা হুপ, পাত্রমিত্র য়াওনা দিবস মঙমথৌগী মহা মহোৎসব অচৌববু কোয়ৌ সুমিং ৭ নি শুনা দান দক্ষিণা মশিংঙ, পালা খূংপু লেংশিন্না পূকনীং লাইজা ঈনৌকা প্রেম আবেশ থোকনা বিজয় মঙম লোইরবদা লাইরেন মৈতেংঙুগী য়ায়াথংবু পূক্লিং বাকাউদনা অস্থি শরা লুমথাঙথৌ চিন্তামণি অচেৎপবু য়া য়োই কোনজুংগী মংলেন খোয়জি সুংচানক্ষমদা পোৎলোই মণীংশু, হাওশি মংলেন চন্না অমন শোংলৌ লুতিনলে হায়দবরা"—চীংথংঃগজঃ

**শরা হংবৈ লোম্না,** শো লোন্দুনা,—"ভাইবং নিংসাপালগী লাংলোল মথোঙ তরে মাদা থোয়ম,

লাইগী মথোঙজিদা শয়া হংগৈ সোয়া থোঙ থংন-রিয়ে"—লাংলোন

**শয়াং ইতানশি,** ঐগী পাম্বোমদা শিবা তাল

**শয়ি,** উ মখল অমা

**শয়ি মৈথাংলৈ,** শৈ মৈতাল অরাবা

**শয়েং,** পাম্বোম—"শয়েং পানবু ভিংনা লৈপুং কোই-য়াউবা লমচংননা চরৈ কায়েংননা"—পোঃলুঃ

**শয়েং পাংগা ভিংহুনা,** পাম্বোম ভিংহুনা

**শয়েং পালবু ভিংবা,** পাম্বোম ভিংবা,—"লাইরেন মৈভিংগু তুবী চীংলেন নোংদ্রেন থোমবা মালং নোংপীংচঙগুম্বনা শয়েং পালবু ভিং থাঙলেন মথৌ হেয়া পাংথমেল্লকএ"—ঔঃঙবা

**শয়েঙ থৈনবা পাম্বোম ভানবা,** শামান লেং-মায়বা থেংনবা, চাং য়েংনবা, হকথেংননা লান তৌনবা—"অমুম থোংনাং মনিন লাইবগা মমুম কেগে চাউবা পুংগা শয়েঙ থৈনসে পাম্বোম ভান-সে"—মোইঃনংঃলম্বুঃ

**শয়েঙ পাম্বোম ভানবা,** কয়া লারু কানবা, শা-মান লেংমায়বা অনী চাং য়েংনবা

**শয়েঙ মতানবোম,** মপাম্বোম

**শয়েঙ মশা পাংমনা,** মপাম্বোম নাম্মনা

**শা,** শয়েঙ,—খুং তিংথোক্লগা খুংয়ায়গী খুদোনবী মতোন্দগী পাম্বোম মরু কাওবগী মশাং, "ময়াক খুতুপ অমা মখুং শা কুইবা"—নুংঅঃ; —"অঙাং নাউবা অপিশা হয়া থোঙথাং হৈথ্রিবনা কোরৌ নোংমদোনগী লোইদাম থাজা পাগংববু শা খুংনা লাকলীংবগুম"—ধঃলাঃনীংঃ

**শা,** য়ারৌ, মথোঙ মরি পানবা জীব

**শাই,** য়ুমগী শাইজিন, লৈশাবীগী শমকক মখল অমা

**শাইগং পোল্লিবা,** লাই অমগী মিং

**শাইগং লৈহনবা,** শঙণ তৌবা (হয়ানবা)—"মীরন চোইশাবা শাইগং লৈহনবা নমু লিংজেন কতবশিংবু মিংয়েং শানপৈরক্কে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**শাইজিন ইলুম লোয়বা,** য়ুম থংনবা, য়ুমলোয়বা

**শাই ভাংবা,** য়ুমভাংবা, য়ুমদাংবা

**শাইরুক,** মথোঙ মায় পানবা খুমোক মচা জাৎ অমা

**শাইরুক তিন্নবা,** নূপী নিপা লোনবা য়াদবা মখল অমা, মবেন তিন্নবা,— নূপী অমনা য়ুমনাক শাগৈ অমগী নিপাদা ওঁহনা মচা পোকলমলগা অতোপ্পা য়ুমনাক অমগী নূপাদা অমুক মমুথ নাই-হুনা মচা খরা পোকলবা, নূপী অহুনা পোকলিবা ভোগান ভোগানবা য়ুমনাকী মচা অমম্ভও মশুশিং অদু লোনবা য়াদে মসিবু শাইরুক তিন্নবা কোই। মসি মৈতৈগী চংনবীদা লুহোংবা লোনবা য়াদবা মখল অমনি; শাইরুক তিন্নবা মখল য়াম্মি,— য়েক্কী শাইরুক তিন্নবা (মোইরাং অরিবগা চেংলৈ থাবা ভানবগা শাইরুক তিন্নবা), শাপকা কোয়বা শাইরুক তিন্নবা অসিনচিংবা।

**শাওঙ,** মওঙ মতৌ, শাওঙ শাদা, মশাগী মওঙ

**শাওঙনবা,** শাওঙ শাদা মানবা

**শাগন তুফাং লৈনবা,** মশা থপ্পা

**শাগৈ,** য়ুমনাক, নক্নবা মরী মতা, কাঙলুপ, কাঙবু

**শাগৈ ভাইরি,** শাগৈ নাতৈ ভাইশেল মরী মতা,- "শাগৈ ভাইরি য়েকনা লাং, লৈথা কোম্পুং ওয়া লাং"—লাংলোন

**শাগৈরেন,** জাগৈ জাং অকবা, অথোইবা শাগৈ

**শাংনা,** তেন্দনা, কুইনা

**শাংবা,** কুইবা, তেন্দবা

**শাংগু ভমদমনা,** বাংবা মপুং কানা

**শাচুং তেলহেবা,** থরানমিচাক, মৃগশিরা নক্ষত্র

**শাজং য়ুঙৈরান,** শা য়ু কংপা

**শাজন,** শজিগী জাং শা মখল অমা, থচরগুম্বা শা

**শাজম নাবা,** লেংবান্দা থোংহুনা মী ময়ামনা পুবা, লেংথোং নাবা

**শাজম পুবা,** মী অনীনা ময়েংবান্দা থোংহুনা পুবা

**শাজেল,** শাজেল, মিৎনা শিংবা, খুশেনবা

**শাজেল য়ুথৈ শা,** শা য়ু হাপ্পা

**শাজৈ,** কুননবা চৈ, বাশা

**শাজৈ ভাউবা,** শিংলি থোকপা

**শাজোম,** থোয়াঙ, শেম শাবা

**শাজোর,** কম অমগী মিং
**শাৎতবা,** পোক্তবা,—"ইপারি শাত্তে ইমোম কুই-যে"—পোঃলুঃ
**শাত্তরিবা,** পৌক্রিবা
**শাৎপা,** পোকপা, মপান্ন শাবা, শন্না শনবা
**শাৎমাবা,** মপা, পম্বৌ, অপোকপা,—"ইপা পম্বৌ ইখোযগী শাৎমাবদি শানলোন যাম্বনে"—পোঃলুঃ
**শাৎমিন্নগুম্বা,** পোকমিন্নরম্বা
**শাতারোই লাম্তারোই,** শান্নী লানমী,—"তুবী ন্বায়রা শাতারোই হুয়েন লাম্তারোই থৈবিকপু ঙাইরোয়ননা"—ওঃঙম্বাঃ
**শাথিন,** চোংশিন্দুনা থিনবা তা খোশাবগী ফীবম অমা
**শাথিবা,** কা হেনবা, লাকনবা বাবা
**শাথৌ থোইবা,** কন্না থোবা
**শাথৌবা,** শা থোড়ুনা চংহনবা
**শানওন,** লাংওন, মপোক, অবতার—"য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা মপোক শানওন হকপী চীংঙু শিদবনা পায়মা উনগোয়ম্বু'দা তানিল্লে"-পোঃলুঃ
**শানওনখিবা,** ওনখিবা, ওইথবা
**শানখঙদবা,** খঙদবা,—"মচা মানা পোকপনে হায়ববু শানখঙদবগী যাইবী কলহোনিকপবু থোক্ল-গনে"—
**শানখঙবা,** খঙবা,—"কোরৌ অসি হুমিংসিদা শানখঙবা নঙায়এ"—উঃ(রাঃ)
**শানখৈবা( শানগৈবা ),** য়েংবা, উবা, মিৎ থিংপা, মিৎয়েং তাবা, মিৎথিংপা
**শাজেংবা,** ঈরুজবা, শাস্তেংবা
**শাত্তাক্তবা** খঙহন্দবা, তাক্তবা
**শাস্তেংবা,** ঈরু মায়থঙবা, ইরুজবা
**শানথুম্বা,** মাঙবা, খঙহন্দনা লৈবা, লোৎপা,—"দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্দি ভীম লানজিংবগী নাক্তা চঙনা শান্থুপলুরে" মহাঃবিঃপঃ
**শানম্বা,** মতৌ মান্নবা তম্বা
**শানদা তোয়দাও হৌবা,** ঈরুজবা
**শান্নগুম্বা,** শান্নরম্বা

**শান্না পাউদোইবা,** শান্নবা
**শানকোংদবা,** খঙহন্দবা,—"অসাইঠৈগী হায়নববু থোকাউয়রবয়া কাউগুনো চৰ্ত্রে ফিগোন হুংগী পথৌ শানফোঙদববু"—চায়ঃ

**শানবা,** যাত্রা তৌবা, মকম অমা য়োনমবা চৎপা হৌবা, খোঙশানবা "( শক ১৭৭৮ পোয়স্থু ) ১৭ নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা অকামহাও নাবা শান্নে"—চৈঃকুম্বাঃ

**শানবা,** বায়বা পীবা, বায়হনবা, পুথোকপা, উশা হিদোকপা
**শানম,** শাগী নংগন
**শানম ঙাইথিংতোন,** অতোম্বা, থাদক, মচা অস্তোম্বা, মচানুপী অতোম্বী,—"মালেম নৈদা ওন্না মীকপলিবা অসিবু পলেম করি বানো পাউহংববু ইপারি শানম ঙাইথিংতোন কুশ হুংচানবা-ও"—উঃ(রাঃ) "হে ইনোংয়ায় নঙবু ইমোম শানম ঙাই-থিংতোনগী মপারিনে"—চেংলৈঃ
**শানম থিৎপা,** শাগী মনংগন্দা থেৎপা
**শানশেম্বা,** শেম্বা
**শানশেম মতোল্লোম্বা,** শেম্বা লোইবা,—"চীংঙু নঙনা মল্লেম তাইপঙপানপা অসিবু শানশেম মতোল্লোম্বাপাকা তাউতনপা মহু হুং অঙানপা মযুমনাক্তা খোইয়ম নথন্নমা তেখৎথিরপাতা"—পাঃনোঃ

**শানাবা,** শা তানবা,—"মপন লীকলাবীচা নোং-দংহু নিনগোইগী খোইদোম মান্দোম অনীমকনা য়াওরৌ শা নাবদা চকমোম খাম্বী মৈচেন্নরে" চায়ঃ
**শানা ফংবা,** গ্রহণ তৌবা,—"থানিন নোং থাঙজ-দা থা শানা ফংএ"—"থাশি লংমাইজিংদা হুমিৎপু শানা ফংএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**শান্নু,** মচা নিঙোন,—"ইচুম্মা শাচুন নিংথৌ শাচুন লাংমৈলেম্বা ও নঙনা পানফবা পানক-রৌ শিংথা শিংথুম লৌবু লৌতামিন্নবসিদি শান্নুরা শাপারা য়োমলোল্লা য়োমদাংলা হান্নমা পাউহংববু চীংখোঙ পোইরেত্তোন-ও শান্নু শাপা

নম্বে য়োমলোই য়োম্নদাংনে"মোইঃনিঃলম্ঃ

**শান্নুবি চয়ৈ কি শেৎপা,** কি ভাখংতুনা শেংপা

**শানেহৌবা,** শা মন্নাং কায়না চাবা

**শানৌ,** মনাউ ইবেম্মা, মতু,—"শানৌ, মাদি লানবা য়ারোইয়ে, মথম্নমক্তা শীংগুমলকপনে"—হেম্লুঃ মনাউ নিপা,—"ইশানৌ সীতা থমলুরো শানো-ও চীংঙ্ কোলোয় ইমিং থীবনা কত্তে"—উঃ(রাঃ)

**শানৌ ইনেন্মচা.** ইতু, ইনাউ ইবেম্মা

**শানৌত্তোন,** ইনাউত্তোন, ইনাউ অতোপ্পা

**শাপনলোপা.** পাখং ( মোইরাংনা হায়নবা ),—"ময়ুম কেগেবা ত্তেংথানৈএ পাখংবুদি শাপন লোপা ও ত্তোনা কোওএ"—

**শা পায়বা,** মকোক ওইবা, খ্বাইদগী অথোইবা ওইবা, মমাউঙদা লমজেন তান্নবদা লমজেন চেললিবা মীশিং অতুনা লমথাক্মদগী চেল্লক্লগা কংলা উত্রা মমাঙগা মমায় নোংচুপ পাংনা লৈরম্বা অশাবা শা অনী অহু চোংথক্তুনা পায়বা হানবা অহুনা লমজেল থোইনৈ হায়হুনা মাসিদগী শা পায়বা হায়বা ৱাহৈ অসি থোকখি।

**শাপ্রেৎ,** "মৈরম থংবা চীংশা নাপোমদি শাপ্রেৎ থোকএ। মকমদি শঙলেনগী মনঃকনে"পাঃনাউঃ

**শাপৈ য়েংবা,** শা অমনা ঈরাংলগা অফ ফত্তা থুদম য়েংনবা

**শাপেৎ,** শগোল শাবন

**শাফবা,** থরা ফবা

**শাফবা,** মশা ফবা

**শাফবী,** মশা মউ ফবী, লাইবক ফবী

**শাফা,** মচানিপা, পিবা

**শাফা ঈশৈ,** শা ফারগা মাহুগী ফত্তবা দোষ কোকনবা অমসুং তেকাশন হঞ্জিন্দনবা শাফাক থাকপদা শকপা ঈশৈ

**শাফা লানফাগী মনা,** শা লান ফাবগী অকল - অথোদা পীবা মনা—লাইয়িংথৌগী (মৈতৈ নিংথৌগী) মনাই অকল অথৌবনা শাফা লানফাবদা পীনরম্বা মনাদি :—লানফা অহানবদা পজেঙ, শাফা অহানবদা পরিকি ; লানফা অনিরক্তা লুপা লৈথম, শাফা অহমদা পজেঙ, লানফা অহুমলক্তা লাংমৈ মতু, শাফা মঙারক্তা লুপা লৈথম, লানফা মরীদা পজেঙ থোকয়োম্বা, শাফা তরেৎলক্তা লাংমৈ মতু, লানফা মঙারক্তা সনা লৈথম ফীরান অকৈবা, শাফা মাপল্লক্তা পজেঙ থোকয়োম, লানফা তরুক্লক্তা ফীরান মথক কৈবা, শাফা তরামাথোইরক্তা সনা লৈথম ফীরান অঙাঙবনা কৈবা, লানফা তরেৎলক্তা থামেন চপ্পা ফীরান, শাফা তরাহুমদোইদা ফীরান অঙাঙবনা মথাদা কৈবা, লানফা নীপানলক্তা ৱানফক ফীরান নাশাই, শাফা তরামঙাদা থামেনচপ্পা কুরিং, লানফা মাপল্লক্তা নিংথৌ কি তাঞ্জীন থোকতোন লাংমৈ হাপ্পা, শাফা তরাতরেৎতা থোঙদোন লাংমৈ হাপকনি। লানফা তরারক্তা খোঙ্গাই মথা, শাফা কুন্নাথোইদা খোঙ্গাই মথা, লানফা তরামাথোইরক্তা খোঙ্গাই মথক, শাফা কুনহুনদোইদা খোঙ্গাই মথক, লানফা তরানীথোইরক্তা খুবোম য়াই, শাফা কুনমঙাদা খুবোম য়াই, লানফা তরাহুমদোইদা খুদাং য়াই, শাফা কুন্তরেৎতা খুদাং য়াই, লানফা তরামরিরক্তা চপথাঙ, শাফা কুনমাপন্দা চপথাঙ, লানফা তরামঙারক্তা পজেঙ থোনমা থক্তা থোনমা, শাফা কুন্থ্রামাথোইদা পজেঙ থোনমা থক্তা থোনমা, লানফা তরাতরুক্তা মৈবুনথাঙ, শাফা কুন্থ্রাহুমদোইদা মৈবুনথাঙ, লানফা তরাতরেত্তা নিংথৌস্সু ফারবদি শাশীং চামা গুরে লানশীং চামা গুরে তাঙবলোই পীগনি। শাফা কুন্থ্রামঙাদা নিংথৌ কন্না ফারবদি শাশীং চামা গুরে হায়বা য়াই, থাঙবন লোই পীবা য়াই, চীংগোন থেঙ্গাবস্থ য়ারে,। নিংথৌ কন্নবাদি শাগা চামামঙাদা থাঙবন চায়। লাইয়িংথৌ থাগেম্বা হাক্তক্তা লোগী মহুং কি পীবা হৌখি অহুগী পরিকি কোই। লান্দি ফীরান অভৌবনে শাদি ফীরান অঙাঙবনে। অমরক হৌবদি পজেঙনা হৌএ; অমসুঙ লাইয়িংথৌগী ( নিংথৌগী ) মমাঙদা লান ফারবদি নিংথৌ কি ৱানফক পীগান।

**শাফি লানফি,** শা লানগী ফিজেৎ

**শাফু,** মিথুন ৱাশ

**শাফু,** চৈক

**শাপুৎক্ষু,** ইবান, য়েঙ্খাং থোংনবা পাত্র

**শাবন,** অতোঙবা লম্পাক, য়াঙদোঙ,— "শাবন উন্নিং ৱান্নিং হৌদববু উন্নিং ৱান্নিং হৌবগে" উমংলোন ; "চীনবান মোইগাগী য়াংপু শাবন ভয়াল হৈগুম মোইগায় ভ'ঙনা ছেনবা"-ধঃলাঃনীঃ; শগোল তোংবা মীনা ফম্নবা শগোল মথক্তা হাপ্পা কম্ফম

**শাবন কৌক্রুক,** পাংকী উচেক মথল অমা

**শাবন লাংথাক্পা লমলক লুথুপ্পা মসুং থোংগা-পরেনবা,** নিপা নূপী লোম্না ভাঙনবা

**শাবন লৈরি মঁহেকথাক,** মীনা হেকপদগী চিথ-হৌবা শাবন্দা হৌবা লৈরি

**শাবাইবা,** পাদোংবা, নিপা নূপী তিন্নবা

**শাবাং ভাপাং,** অপোকপা থুরুম্বনচিংবদা শীজিন্নবা ভাগী ভাপাং, শাগী শাপাং

**শাবি,** মৱা, মপুরোইবা,—"হে ঈশাবি লাইবু নীংবা-ও শাবি নঙদি নিপা মীওই চত্থোক্লে"—ধঃলাঃনীঃ

**শাবি ইতৈ লৈমা,** ইতৈমা লৈমা

**শাবি ইনেম্মচা,** ইৱা ইপুরোয়বা

**শাবিরৈ,** ময়াম্বা

**শাবি ঈ,** ইয়াম্বগী ঈ, তাদগী কাওলুপ

**শাবি লাংলেনহন,** তাথন, ইয়াম্বা অহন,—"শাবি নোংমায় লাংলেনহনও ৱাকমা হেপলী মপা খি লংঙুং চীস্তাই শমনা মুক্তৈ নারিন শোনবিও"—ধঃলাঃনীং

**শাবৈ য়েংবা,** শাপৈ য়েংবা, ঈরাং পূজা তৌরগা শাদা অক ফত্তা থুদম থঙনবা য়েংবা ময়েং অমা

**শাম্থোম্বা,** খেৎম্বা

**শাম্বা,** ইরোইবা,— "থোয়নৌ ইতা লেমলৈ ভা-রৈমদি লাইজা ঈগী মচানিগীনা শাম্বা ঈরোইননা ইমু খোঙাওননা ইভৌ শাৱাইননা লাইজা ঈরাং-খিরে হায়দবরা ? কৌঃৱাঃ ; মপুং ফাদবা, মমি শাম্বা, উ জাং অমা

**শাম্নাঙ,** মমাঙ, তাজীন, শা মমাঙ

**শামাঙ হেনবা,** মাঙ থাবা, মাঙদা চৎপা

**শামাবা,** শেগায়বা

**শামায়,** শগোল য়াচনগী মমায়দা হাপ্পা লৈতেং, শল শগোলনচিংবা শাগী মমায়

**শামি লানমী,** অতিয়াদা পাইবা পাক্তবা লৈচিন জাং অমা, থুয়াদা মফুং মফুং চাশিনবা অনাবা অমা

**শামি লানমি নেৎপা,** তা থৌশারোনগী ফীবম ফিত্রূপ অমা

**শামু,** লাংগোই লুৱাংবা, লাংগোই মোইশা য়া

**শামুক,** মখোঙ অহুম পানবা পোচৈচ থাংগৎনবা ধাতুনা (য়োং নক্রগা পিশ্াইনা) শাবা পোংশক অমা,—"শামুক মাঙদা থা মোল্লাং য়ায়দা চন"—য়েঙ্খঃ

**শামুক,** শল—"শামুক ইরোই থোমলকএ"—চৈঃকুম্বা

**শামুক লাবা,** শল্লাবা, কাওরেন

**শামু কাতি,** শামু থৌবদা (চৎহনবদা) শীজিন্নবা থুৎলাই

**শামু চাগোক,** নাউরোন থুদবা, চাগোক লনবা, মতম শাংনা কায়রগা মচা পোকপা (নাউরোন তাবা)

**শামু তায়বোৎ,** শামু তোংবদা ফম্নবা শামু মথক্তা থাবা কম্ফম

**শামু থাঙকোকপা,** ময়া অশাংবা অনী থিন্দোক-পদু য়াওদবা শামু, ময়া পান্দবা শামু -"উত্রা মাঙদা শামু থাঙকোকপা য়েংবদা মাউৎ শামু শেনবা ময়াং অমা চাংলে"—চৈঃকুম্বাঃ

**শামু পীচা,** থবানমিচাক, উত্তরফল্গুনী নক্ষত্র

**শামু লমশা,** লমলক্তা লৈবা শামু অঙাওবা

**শামু ৱারুম নিংথৌ ৱারুম,** মীনা ফজবা তৌ-গিবদু কাউবা লৈতবা তাঞ্জ: ভাইদুনা লৈবা, লমন থুম্নবা তাঞ্জা ভাইদুনা লৈবা

**শামু শঙ,** শামু থম্ফম, শামু লৈফম, শামু শেনবা মীগী লোয়শঙ

**শামু শেনবা,** ফম অমা, মাউৎ,—"শামু থাঙকোক-পসুং শকমদা ভাওদুনা শামু শেনবা কৈথেল্লাক-

পমচা অমা শোকএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**শামু শেনবা হঙবা,** কম অমা, শামু হঙবা

**শামু য়াইশা,** শামু ময়ামগী মকোক,—"পানা মরি-মা শামু য়াইশা কাপা চৎএ" - চৈঃকুম্বা

**শামু য়াপনবা,** ময়া খিন্দোকলবা শামু,—"কৌক্র-বগী শামু য়াপনবা অমা লোইয়া মশাং ইচুম বা-রোইচীং য়ৌনা কুমথরকপবু লমাবম দেবান, কাং-ঙবমচা মেঙ্গোর অনীমানা হোইগত্তুনা শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজনা ইঙৌরোক্তা থত্তুনা কায়"-চৈঃকুম্বাঃ --"শামু য়াপনবা অমা ফারকএ" – চৈঃকুম্বা

**শামু য়ুমফম,** য়ুমফম কায়াৎ মাপনগী মচুংদা অবাং থংবা কায়াৎ—ক্বাক য়ুমফমগী মনিঙ লোলা য়ুমফমগী মমাঙ শঙ্গাই য়ুমফমগী অবাং থংবা মফম

**শামোক,** শল—"নমু পোদি থা তরা শামোক থা তরা শগোল থা তরা ইরোই থা তরা শামু থা তরা হামেঙ থা মঙা"—পোং নিং

**শারম,** শাগী চৎন থোকনফম

**শারম লীবা,** শাগী খোঙ্গুন লীবা, শাগী লম্বী থীবা

**শারাইতাঙ,** শা লাইতাঙ, মরাইবক তাঙবা শা,—"চীংলেন নাপোম অমদি কাইবী য়েক শঙম শারাইতাঙনা থোক্লকমনে"—পোঃলুঃ

**শারি,** মোরোক

**শারুংবা,** ফম অমা,—"নিংথৌগী মমাঙদা শারুংবা শগোল তোংবা নত্তনা শগোল তোংকদে"—ফম-লোন ; শারুংবম য়ুমনাক ওইবা নিপা

**শারেন,** য়েৎ, শা অথোইবা, শাগী নিংথৌ, নোংশা —"চাংঙু নোংথৌ সোরারেন্দি ঙাঙোই য়োয়-মোংবগী শারেন য়েৎলম লেপ"—তুতেং ; "শারেন নোংশা অকনবগী সিংহ মপারিগুম্মে"—লাংঃশঃথাঃ

**শারেন তাকম (তাকম) য়াদা চীকনা,** খুং-য়েংনা হক্লুনা নাপী চীক্লুনা (বাশকপদা শীজিন্ন-বা),—"থোয়মা ঈমায় ওল্লরোইএ হায়না শারেন তাকম্বু য়াদা চীক, সনা মাঙলম য়েংনা হাউমন শিংপাক শায়না থৌতোংখিয়ে" থঃথাঃহিঃ

**শারেন হিংসোই শায়বা,** শতুম শতুম হিংনা চাবা —"লোইবী ক্বাক অমুবা শীংলেন লৈপাম তুচিনবা চেকলা হাবোইবনা থাঙজি মিতম চেন শারেন হিংসোই শায়না পাউদোইনববু শোংকিএ" – চায়ঃ

**শারোকপুং,** কংলা

**শারোং ফি,** মাইবীনা শীজিন্নবা (মমাঙৈঙদা লাই পাগ্রথমদনা শাবা) ফি অাং অমা, মাইবীগী মনা ফি

**শালওন,** মপোক, লাংওন

**শালওন হকপা,** মপোক লাংওন তেংমনা ওনবা

**শালশেম্বা,** শেম্বা

**শালোন,** মায়া

**শালহাম্দবা,** তাহন্দবা

**শাল্লোম্নকলবা,** মশক ওল্লকলবা

**শারা,** শো,—অশিবা লৈফম, লাইবক, খেলাই

**শারাইথৌ,** লমহুই—"তাউবা হুইখোং খোন্দি পামেন উমংলক অসিদা য়াংগোইরিবা লমহুই শা-রাইথৌনবু নরিঙৈনে লৈঙমলোইএ"—ধঃলাঃনীঃ

**শারা ইনবা,** শগয়া লাম্বা

**শারা তুগুপ চুংবা,** মতু চুংবা

**শারা তুরোই থীবী,** মরাইবক থাবী

**শারা মীখুরোন,** মীগী লোন

**শারা পনথন ঈ,** হুমাং

**শারা চাজুম পাংয়েবা,** ধাতুনা শাতুনা লৈতেং ওইনবা হাম্না

**শারা শিগাই হৌবা,** মতু চোম্বা

**শারোন কোই,** শা য়ামনা লৈবা মফম

**শায়বা ফিয়ানবা তিংখং খোঙচঙবা,** খোঙ তিং-খং য়ুবা,-"খুমন খোইমেংম্বদি পোইরৈ য়ুমলক চঙনা লম্বান কাইগারবদা শায়বা ফিয়াল্লে তিংখং খোঙচঙলে"—চায়ঃ

**শায়া অপানবা,** শামু ময়া অঙৌবা

**শায়াকোৎ,** লাইশোন অমা

**শায়াকোৎ চঙনবা,** শামু শোঙ চঙনবা

**শায়েং কাইবা,** শা হাংপা, শা কাবা

**শায়া শেনবা,** লোয়শঙ অমগী মিং,—য়োয়বু মৈতৈ লৈমা মদাইরেম শায়া শেনবয়োই শঙলেন য়াইনে" – অঃলাম্নুঃ

**শায়াঙথক,** শাগী মনঙ্গল মথক ( শগোল নত্রগা শামুগী মথক্তা তোংবা ), —"লাংগোই শায়াঙথক্তা কোয়োম শিন্নান পুংনে" – অংলাল্লঃ

**শায়োককোম,** শা য়োককম

**শিওকলম,** অশিবা ওকপা লম ( মকম )

**শিওংবা,** চংহনবা

**শিওংহনবা,** চংহনবা,—"হাওরৈ অবাং লাইনা পাংবরম মম্ন হুংবান হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুন্সি-বদা শিওংহনগে হায়না অনৌবা শংলৌ ঙমদমখিয়ে" —নাঃকঃকাঃ

**শিথৈনগে ক্তেমশীংবা,** শিমিন্নগে হায়নবা

**শিথৈনবা,** শিমিন্নবা

**শিংথাং থনফৈ লৈনময়ু,** কাপৈ, লৈয়ু

**শিজম্বা,** শীং য়ানবা, শীং চনবা

**শিজমহনবা,** শীং চনহনবা

**শিজা,** চীম্না কামদুনা পোংনবা যন্ত্র মথল অমা

**শিজারেং,** শীং মপুন

**শিঙেঙন,** লৈ, লৈরাং

**শিংমিৎ,** শিং মমিং, কি শাবদা থম্নবা ( শিংমৎ ) পজেঙ

**শিংলি তোলোম্বা,** নিপাগী হকচাং, ফিগুমুং, লিঙ্গ

**শিংগুবা,** ফম অমা,—"শিংগুবদি পাথংবনা কুচুদা ফমলবদা পুরৈরোম্বনা শিং থাইএ অদুদগী খোক-লকএ, পুরৈরোম্বগী ফমনে"—ফমলোন

**শিথি,** খোঙ্গা থীবা, য়াথং অয়াকপা

**শিথি থোকপা,** হাকথি থোকপা

**শিথিবা,** হাংপা

**শিদখিবা,** শিগিদবা, থবায় মাঙখিদবা,—"নোংম্নায় হাওবা অখৌবদি শিগবরা শিদখিয়ে"—চায়ঃ

**শিদ নাদয়াই,** শিদনবা নাদনবা মনি

**শিদ নাদয়েন,** ত্রিন,—"শিদ নাদয়েন কৌবদি তিয়ে"—পোঃশেকঃ

**শিদরাই,** শিখিদবা মফম,—"লমলেন রায়শেন পুলৈপান ঙাংচা চৈহল্লম মখিং কোংঙাবা শিদরাই"-চায়ঃ

**শিদ হীদাক,** পুনশি নোংশাংহন্নবা হীদাক

**শিদয়াই,** পুন্সি শাংদোকহন্নবা য়াই

**শিন,** খৌ

**শিন্দু ঈ,** চেম্বরকপা ঈশিং

**শিন্দুক্কবা,** অমুক অমুক শিন্না শিন্ননা থকমিন্নবা,—"রাংলৈ খোমহাল্লকপবু লৈএ থকমিন্নখিগে হায়না খোক্লাং তাদোন থক্তা চাকয়োম্বু লানজানখিয়ে রাংলৈ খাংদমখোমবু শিনথকনখিয়ে"—চায়ঃ

**শিনদম্বা,** থবক হৈনবা তম্বা

**শিন্দমশঙ,** মহৈ-মশিং তম্ফম

**শিন্নাংবা,** শিন্নবা, শিন তাংবা

**শিন্নাইফম,** থবক শূকম

**শিনশঙ,** থবক শূফম, পোং শাফম শঙ

**শিনয়োম,** গর্ভ, –"শিনয়োম মুংগী ইরকপা কোঙ-য়াং মা-ই ইরকপা খেংফরোই দে"—কুমদমঃ

**শিনাই,** খুংশা হৈবা মী

**শিনাই নানি লোঙবা,** মচীন অনী লোঙবা লম্ন,—"হয়েন লাম্নিগীদি কেকে হাওতক লমফম চৈ খুগা লমলোকচৈ, কেকে লম্মসি লম্মচাউ ফানা চৈনে, শিনাই নানিলোঙবনা খোকলাং কামু চৈ মোমন্থ হৈকোয় য়েকখিংফদবা চৈনে"—অংলাল্লঃ

**শিনাই য়ানাইবা,** কোয়চং চৎতুনা লৈবা

**শিন্নুং,** নিপা নূপী খঙনবা হকচাংগী খূদম, ফিন্নুং, হকচাং, লাই

**শিনৌ,** লশিং,—'শিনৌ লশিং তীনগুম য়াতাবীনা মিরেন থাবু খংনা হে স্বামী কোরো ইনোংথৌ মশানৌ খোইমোম লাইবু নাংবা-ও কোয়োম ইশঙ্গাইদি থাম্বী মৈপোকপোকলকলে হায়না মী-কপখিয়ে"—ধংলাংনীংঃ

**শিনৌ নোংথোনবা,** নোংথোনবা, ফম অমা, খুনফাংথৌ মাপনগী মন্নুংদা অমা, নিংথৌ পোংবা তরাগী মন্নুংদা অমা, মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা নোংথোনবনা চকথাও ফাল্লি, "লংমাইথেম কীর্ত্তি নঙদি শিনৌ নোংথোনববু ফংজখিও"-ঙঃঙম্বাঃ

**শিনৌ লকা মোইমায়তোন,** নাংবিজবা মায়থোং

**শিফা,** লৈচিন

**শিফা নিকপা,** কিবা, ক্ষীবম চেম্ববা, পাংগন শোনবা,—"লৈখোঙ নোংখোঙ শিফা নিকলথদা লাংও"—য়াংবী ঈরাং

**শিকারাং,** লৈচিন,—"চুংলোং ইমমথাওদি লৈচিন

শিকারাংনে ভিমেন ইথুংথুদি নোংলেম চাইজি মরাও হৌবনে"—পোঃলুঃ

**শিরৈ ভেংবা,** অশিবদা লৈতেংবা, শরুদা লৈতেংবা

**শিরু লৈলিং,** থরানমিচাক—উত্তর ভাদ্রপদ নক্ষত্র

**শিল্লংনবা,** শিন্নাইবা, থবক শূবা,—হয়েং কোরৌ নোংলাংপাস্তা য়িহু করিনা শিল্লংনা য়িমৌ করিনা শিস্তাক্লরুশিবনো হায়না শোনমোইরম্মে"-—

থোংঃনোংকাঃ

**শিল্লেরোম্বা,** লৌশিং মপুং ফাদ্রিবা, অপঙবা, খঙদ হৈতরিবা,—"পোয়ম সনা নখোঙবা থম্বাল লৈকা মানবদা লৌশিং নারা শৈদমপাল পায়মা শিল্লেরোম্বনা চরৈ ঙক্তা য়েং, ইয়া নাপী চীক লুবাই শমদোংফোয় থুংাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্না হন্না পুরুমজরক্কে"—লাংলোন

**শিল্লৌ কা,** থবক শূক্ম কা

**শিয়েং,** কনাগুম্বা মী অমা শিরগা মাগী মথৌ মঙম ভৌবগী মন্তেং পাংনবা পোৎয়েংবা

**শিয়োম,** গর্ভ,—"ঙাঙোই লৈমগী শিয়োমমুংদা লাইয়িংথৌ অশীবা লাইনা তাইবঙ মপোক্লা পোক্কে হায়দনা চঙলম্মী

**শীং,** ফুমিং, উপী, মৈ থাননবা বা নত্রগা ভ অকংবা

**শীংখনফি,** (মমাঙৈঙদা পোইদিংজমদনা শাবা) ফি জাৎ অমা,—"পোইদিংজম নঙদি শীংখনফি শাউ"—লোঃশিনয়েন

**শীংগুম্বা,** শিবা,—"নঙদি পুক্তরোই নতোম শীং-গুমজবনে"—হেঙ্:

**শীং তরেৎ,** ফুমিং চয়োল তরেৎ

**শীংঙেন,** লৈ, শীংলেন

**শীংঙেন অরেম্বা লৈরাং অভিংঙা,** কান্নদবা অরেম্বা

**শীংঙেন অরেম্বা লৈরাং অভিংঙাবু রাওইনবা,** করিসু কান্নদবা অরেম্বদা থৎনবা,—"পেন্দে নিং-থৌ হাওতক লাইবনা পাথৌ ইবিংঙাদি শীংঙেন অরেম্বা লৈরাং অভিংঙাবু রাওইনৈএ"—চায়ঃ

**শীংঙেন ইচু থাউ লৈরাং ইরাক চাম্বা,** কুচু কুমেন খোক্লবা

**শীংচেপ মৈরা,** মৈরা

**শীংচেপ মৈরা হাইজৌ থানবা,** মৈরা থানবা

**শীংজও লৈতোই চনবা,** পীংজওনা য়ানবা,—"চীংলেন নোংগা ভাল্লকলবদি শীংজও লৈতোইচন পামেন উরুক্তপ তোংঙ্গেং নাউমৈ ককনা লাই-রেন শাংবা য়াত্তাগে হায়রঙেনে"—হিঃহিঃ

**শীংজা,** শীং মচা

**শীংজা অমুবা,** কাক, "পোনবী য়োমদম পৈরবগী শীংজা অমুবা অসিদি কবম য়ামনা তাবনো হায়ন-শিয়ে অদু নোংগীবু কাক্তা-ও তৌনা কৌএ"—

মোইঃনিংঃলপুঃ

**শীংজা খে ম্বী,** লাইরকী লাইবেম্মা, মহৈ মশিংগী লাইবেম্মা

**শীংজা রাইকোইফদবা,** শীং চনবা চৎপা য়াদবা, "ইবোই কাংপোং পোমনারে,শীংজা রাইকোইফদরে"

—শমঃগুম্বা

**শীংজা রাইকোইবা,** শীং চনবা, শীং চনবা চৎপা, থবক ইনগাং চৎপা,—"নোংমাই শীংজা রাকোই-বনা না তারকএ" চায়ঃ

**শীংজেনবাই,** শীং চনবা লম, শীং চনফম

**শীংতুম নীঙ্গোয় য়েকপা খোইয়ুম লাইনিংথৌ,** শিশি নোংদম্বা "থংপা য়োইথংলেন শীংকাপ লোং-না থাবা শীংতুম (শীংতুম) নীংকোয় (নীঙ্গোয়) য়েকপা মাকমৈ লুরেন থনপা, নমু ফমফম শীনপা"

কোঃনোংকাঃ

**শীংপৈপথেন,** শীং পৈফম, শীংজমৈ

**শীংলুম,** ফুমিং মশীং

**শীংমিৎ,** শীংচেপ, ছুই, কাঙ্গমচিংবা লেংনবা পজেং অশাংবা

**শীংবী,** শীং

**শীংবী ঙামজাউ পৈবা,** শীং পৈবা

**শীংবী মকারাম্বা,** শীং থাত্নুনা মৈ কন্না য়াঙবা

**শীংলেন,** লৈ,—"থুংফাং চাংজৌ তরামকপু শীং-লেন লৈহাউ অগ্নিগুম নীংশিয়ে"—বিঃপঃ(মহাঃ) 'শীংলেন লৈয়াম কংনা পুরুমবিরম্মো"—ভিঃচঙঃ

**শীংলেন চুনবা,** চিনবদা নত্রগা থেৎপদা পকচবা

লৈকজবা,—"শীংলেন চুনবা লৈরাং নিংথিববু কোক-লেন সুকম হেন"—পাঃনাঃ
**শীংলেন তাইজবী,** ওক্তবী নুপী, মমিৎ য়াম্বী নুপী. —"নংগী পরেম পোরমাবী অতুংও বিদ্যাধরী বেশ্যা শীংলেন তাইজবী নটীনী হামপোইবীনে"—লাঃশঃথাঃ ; "বেশ্যা শীংলেন তাইজবীগী মপারি নঙনা ৱারম মপা থোক্তনা পাউমেল্লিবা অসিবু মরম করিদগীনো ?—লাঃশঃথাঃ
**শীংলেন পুনবা লৈ,** লৈ নাচোম
**শীংলেন মচু থাউ লৈরাং মরাক চাম্বা.** পৎপা, পুম্বা, কম্বা
**শীংয়েন,** শীংলেন, লৈ
**শীজমরা,** নিংথেম ময়ুমগী নিংঙোন মরা,--"শীজমরা, অয়াম্বা অতৈদি অঙাং কৌগনি"-মশিন
**শীজা,** মীবু শীক্তিন্নবা ওম্বী চুপী, নিংথেমচা ওংবী, অঙোম চনু
**শুংদাই,** মতং
**শুক্তা শোইদাবা,** মচা মশূ মথং মথং পোকপা
**শুকনাউ শোইনাউবা,** মচা ধারা কৌবা. মচা মীকপা,--"হোয়দা নঙদি অতুগীবু শুকনাউ শোইনাউ-বনে"—নিংঃলম্বঃ
**শুকনৌ শোইনৌবা,** মচা ধারা কৌবা
**শুকহন শোইহনবা,** মচা পোকলগা শিবা,—"নঙদি অতুগীবু শুকহন শোইহনবনে"—নিংঃলম্বঃ
**শুকহোং শোইহোংবা,** ধারা য়ামদবা,—"নঙদি অতুগীবু শুকহোং শোইহোংবনে"—নিংঃলম্বঃ
**শুকম্,** শুক,—"চীংশাং পনগা লাউ তাউবা কাঙ-লেন শূ, শুকম্ লেংথোংনা তিমেন ঙানোই চোং থাঙলেন খেৱাং থাং য়াইবী কলহোনিক্লা লংমাই অচোং য়িমলেনবা মরানয়ামবু য়িমলেন শাইগঙ কোয়না পাওমেনখিয়ে"—নাঃকঃকাঃ
**শুকম্ থনবা,** পোকপা, পোকলিবা,"শুকম্ থনবা হায়বাদ পোকলিববু কৌএ"—খঃয়াম্মোই
**শুকম্ থনবা লাংয়া থনবা,** অপোক অশি,—"শুকম্ থনববু ৱাহন্বা লাংয়া থনববু ৱাক্তেম্বা"—পোঃলুঃ
**শুকম্ লেংথোংবা,** শুক লেংদা থোংহনা
**শূমথোংপান,** অথোইবা নম,—"ময়াম শূমথোং-পান কংলা থোনতরেৎ থোল্লাংমৈ"—নূঃঅচৌঃ
**শূমদাউ হন্দরবা,** শূম তাউ চাদবা
**শূম্বন তেৱানশৈ,** কৌত্ত ঈশৈ,—"শুকম্ লৈতম-কেন চেক্লজা মায়ঙৌ তানওম্দা শূম্বন তেৱানশৈবু অশৈ তেংথাননা"—থঃনিংঃলম্বঃ
**শূমমিৎ লোক্সবা,** শূম চাদবা
**শূম্মী,** শূম্বন
**শূমলৈমা,** নোংমাইথেম চনু,—"শূমলৈমা হায়না তেংথাপথি লংমাইথেম চনুপু থাএ"—পেনঃতংথা
**শূমলোই,** মপুন
**শূমায়,** শূমাও,—"নয়াম্মা লৈমা ঐবুদি শূমায় সুং-নাংফরোই"—চেংলৈ ; "খুবাক তবুং ফু চুগোই লেপলৌ শা নোয়না ওমদম হৌ কৈরোই মনিন নাই হৱাউ মরাং কায়রকলে শূমায় হাকুফমদা 'নমু মীয়াম তিম্না কেকে মরাও হৌ মোইরাং মনিন নাইনা পালচৌরবলে হায়দবরা"—মোইঃনিংঃলম্বঃ
**শূমাও ইনখানফম,** শূমাওদা অশিবা পুথোকফম
**শূমাও উরোং থিনবা,** হৈজিংপোৎ পুবা, নিঙোন থাজবা, শীবা
**শূমাও কংশিবা,** শূমাংদা পুথোকপা
**শূমায় সুংনাংদবা,** শূমাওদা থোক্তবা,—'শূমায় সুংনাংদে কংলৈ য়াথোক্তে"—তোৱৈঃ
**শূমায় সুংনাংপান,** শূমাও
**শূমায় নোংলাংবা,** শূমাওদা থোকপা
**শূমাও য়াংদেবা,** শূমাওদা পুথোকপা
**শূরোন,** মশূ মরোন মরোন
**শেকচুপ,** উচুক
**শেকচুম ঈ,** চেম্বরকলবা ঈশিং, তাথরকপা ঈশিং
**শেকচুম পন্দাই ওইবা,** উচুক ওইবা,—"নপন ঐগী সনা ইখোঙ থাদা হান্না ৱাইখুংলবদি তাইবঙ নোংশাপানগী শেকচুম পন্দাই ওই তেংনৌ য়োংশী হুইরেন ওইনা মালেম চিথেক মরিমকপু শমু থুক্তা থুমহনগে"—পোঃলুঃ
**শেক্তা,** লৈঙোই,—"লৈঙোই শেক্তা থক্তা থামন তেংপোন অমী লিংমা তিংথা তেংমায়থক্তা কামার পম্লেপ শেম থুদোং থিংকাপমনা পোইরৈ চেন্নদ

খাময়ন চাইনদনা হুয়েন লানশোকনববু লাইয়েন মৈদিংগু লিনবাই কাল্লৌ মরাম্বনা লিক্লাই নোংশা খেচাইবা লাংগোই মোইশা য়ানা খল্লাল লাকোং চাইবগুম খাম্নন তেংগোন কায়রে"—নিঃলম্বঃ

**শেকনরূনরবা**, মরাং কায়রবা

**শেকনীং**, মনীং, মথা—"লৈবাক্কী শেকনীংদগী হৌনা ভাইবং পানবা ক্রাওনা কম্বাল তোংলে"—লৈঃনাউঃ

**শেকপিন**, পে, ছত্র,—"শেকপিন মথোন মাপন গুববু থাক্কনা"—মশিন

**শেকমোম কাইমোম**, মিরাং

**শেং**, কৈশাক (মোইরাংনা হায়নবা),—"কেকেনা তেংবানা মোইরাংনা মিকৌনবদি কৈবাকপু শেং-ও তেকপবুদি কোইরবা-ও কৌএ"—মোইঃনিংঃলম্বঃ

**শৈংগম**, পোলাংথোক,ডাকলৌ,—"থোংডাক অশি থেন্দা লাংনবা পোংয়াওদি—হাওকি অমা কমফি অমা কীরাক অনী থাকন অমা কিদ। অমা উচিবা মঙা খোইরু থাউমৈ মঙা কীরান মঙা য়োংপাক খুবোম কুইবা অমা কাপলেন পাকপা ডাকলৌ শেংগম পোরোন য়োংপী লুতুম্না খুবোম কুইবা অমা নুংগং অম থাঙ মমা যোং অমা তোক অমা লকোই লকাং তবেং চু হৈ অখুম অহাউ অয়াম্বা লাকোন অহুম কা তবেং মনা লৈশং মরোং মরি য়েরুম অমা চেঙ অমা কৌদাং অমা থুম কাগুপ শেন কাগুপ ডাবী ডাতাং লিকোন কন্বী খোইজু লৈথাম পুকমু লাইমু হৈবী মনা শিংজু কোনয়াই পু মরি"—চৌঃলাইঃ

**শেংগম খোংবা**, চীংতুনা লৈবা,—"পানবা কৈ দান লোয়না লীরি থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাকনা বায়রা শেংগম খোংববু পাখং খুবী য়োরাই মেয়া তেনগীবা শঙলেন য়াইনে"—অংলাল্লুঃ

**শেংগম লাকলৌ মুংবা**, উ য়ুংবা

**শেংগোই**, পীথ্রাই

**শেংগোক ঈ**, হুমাং

**শেংগোইবা**, ঈকাইবা

**শেংগোইরোকপা**, শেন তোম্না

**শেংচরৌ**, কনচৌবা

**শেংথাকপা**, ঙনহনবা

**শেংবা**, অমোং অকায় লৈহন্দবা, তরু তরু থবা

**শেংরা তরে কাবা**, অকিবা লৈতবা

**শেংনবা**, থাইনবা, কায়নবা,—"ইথংলেনগু শেংনরে"—হেঙ্গঃ

**শেদৌ তৌ**, শদৌ থোংবা

**শেদৌ তৌগাম হোইহোইবী**, খেন্দে নিংথৌ হাওতকলাইবগী মতু—মাগী ঃ মরমগী মপুরোইবগা চাইরেন নিংথৌ য়াফুরাকপগা মরূপ অনীনা তেন চায়নতুনা লাই বায়েন য়েংনবদা চাইরেন নিংথৌ য়াফুরাকপনা চুম্বা তাখি—চায়ঃ

**শেন অমা**, শেন মথায় অনী

**শেন কাকুপ**, শেন অনী,—"কৌদাং অমা থুম কাকুপ শেন কাকুপ"—চৌঃলাইঃ

**শেনকু মানমলবা**, কাগোক হানবা, শেল্লা কাংকং পীবা,—"তয়ম নঙনা পাচা থৌ খিংলু শেনকু নানমলু-ও"—পাঃখোঃ

**শেনকোইবা**, ঈকাইবা, শেংগোইবা,—"থাঙগিবা-ও হায়গুনো ইপন শেনকোইএ ইদু ঈকাইএ"
—চাঃলাইঃ

**শেন খুনেৎ**, লাই ঈরাং পুজা তৌবদা লৈপাক্কা থম্নগা মথক্কা নেংনবা থাবা শেন (শেন মথায়) অনী,—"হৈবোক্কা শীংশং শীংথানবা পোংয়াওদি—"× × × ×কিয়াক অনী য়োৎ খুনেৎ অনী, শেন খুনেৎ অনী, লাংথৈ খুদাপ অমা × × × ×"
—থৌঃমশিন

**শেনগোইবা**, ঈকাইবা, শেনকোইবা

**শেনচংবা**, ঈশেনগী মরী

**শেনচং পাইচংনবা**, ডাইশেন ওইনবা, মশেন থোক্কবা,-"কোরৌ শেনচংনা বাংবন পাইচংনসে

**শেন চামা**, শেন মথায় নীপাল

**শেন চাম য়াথৈ**,—শেন মথায় তরানীথোই

**শেজাও পাল ওংবা**, শেমুং

**শেনথক শেনখা**, মথোঙ পানবা মথুম য়াওবা মশক নাইবা কাগোক—"নিংথৌ শেনবদা থম্বা নিংথেমগী

শেম্বক শেনথা থোংএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**শেম্রেং,** অরংবা, অপানবা

**শেন্দনা,** চিখ্নদনা,—"শেনবী খিম লৈকাইবু হাঙদনা কবো তম লৈকাইবু শেন্দনা কবো লানয়াম কারে"—নিংঃলম্বুঃ

**শেন্না লোংনা,** থাইদোক্নবা

**শেম্নেখা,** শেমলখা

**শেনফাং তুফাং চৈরোয় থাবা,** শেম্বাং পাইবা

**শেনম্নু,** শেল লীতুনা থম্নবা চক্

**শেনবা,** খরা পাথবা, কোকপা

**শেনবা,** কোনবা, ভাকপা

**শেনবী,** ঔবা, কবো,—"থৌবী লৈফনবীনা শেনবী কবো পাংনা লৈফল্লে"—পুদিন

**শেনবী মিহিখোম থোংমাং মিন্নাইখোম,** মনিঙ মমাঙদগী লাকপা ঈশিং

**শেনপুং,** শেম্বুং, তরেং খোয়দোঙবা

**শেনবুং লোকপী,** বিংগোম চম্বু,—"শেনপুং লোকপী হায়না তেংখাপতি খিংকোম চম্বুপু থাএ"—পেনঃতেংখা; মৈদিংঙু লমগাই ঙম্বগী (লম ক্যাম্বগী) মমা "নযোন মৈতৈ লৈমা থয়োয়রোন শেনবুং লোকপীসনা লিনগোইগী নয়ু মৈদিংঙু লম ক্যাম্বা-ও তৌনা কৌএ"—চাংলাইঃ

**শেন মথায়,** খৃঃ ১৮৯১ এপ্রিলগী তারিখ ২৭ তা বৃটিশনা মণিপুর লৌখিবা অতুগী মমাঙদা মণিপুরদা চংনরম্বা শেন্না শাবা শেল মথল অমা,—শেন মথায়শিং অতুগী মশীং থীবদিঃ— শেল মথায় অমা, শেল মথায় অনীনা শেল অমা, শেল মথায় অহুমনা শেল অমা মথায়, শেল মথায় মরিনা শেল য়াঙ্খৈ, শেল মথায় মঙানা শেল য়াঙ্খৈ মথায়, শেল মথায় তরুকনা শেল অহুম, শেল মথায় তরেংনা শেল [illegible] মথায়, শেল মথায় নীপান্না শেল চামা, [illegible] মথায় মাপন্না শেল চামা মথায়, শেল মথায় তরানা শেল মঙা, শেল মথায় তরামাথোইনা শেল মঙা মথায়, শেল মথায় তরানীপোইনা শেল চামা য়াঙখৈ, শেল মথায় তরাহুমদোইনা শেল চামা য়াঙ্খৈ মথায়, শেল মথায় তরামারনা শেল চনী শেনভাবা, শেল মথায় তরামঙানা শেল চনী মথায় তাবা, শেল মথায় তরাতরুকনা শেল চনী, শেল মথায় তরাতরেংনা শেল চনী মথায়, শেল মথায় তরানীপান্না শেল চনী কৈকক, শেল মথায় তরামাপলনা শেল চনী কৈগক মথায়, শেল মথায় কুম্না শেল চনী য়াঙ্খৈ, শেল মথায় কুম্নাথোইনা শেল চনী য়াঙ্খৈ মথায়, শেল মথায় কুম্নিথোইনা শেল চহুম শেন তাবা, শেন মথায় কুনহুমদোইনা শেল চহুম মথায় তাবা, শেল মথায় কুন্মরিনা শেল চহুম, শেল মথায় কুম্মানীথোইনা শেল চামরি, শেল মথায় নীফুনা শেল চামঙা, শেল মথায় নীফুনীপান্না শেল চাতরুক, শেল মথায় য়াঙ্খৈতরুকনা শেল চাতরেং, শেল মথায় হুম্ফুমরিনা শেল চানীপাল, শেল মথায় হুম্ফুতরানীথোইনা শেল চামাপল, শেল মথায় মরিফুনা শেল লীশিং অমা, শেল মথায় চানীপান্না শেল লাখা অমা, শেল মথায় চামরিনা লুপা অমা

**শেন লাখা অমা,** শেল মথায় চানীপাল

**শেল লীশিং অমা,** শেল মথায় মরিফু

**শেনহিং,** শেলনা লৈবা মীনাই

**শেনহিং নম্বা,** শেল য়ামনা লৈবা—শেল য়ামনা লৈমন্দুনা শেল থীবদা মথুক্তা শেলগী মনম নমলবা

**শেন য়াঙ্খৈ,** শেল মথায় মরি

**সেনাক খনবা,** লৈমা নিংথৌগী সনা নাক্তা চাইশেন পায়দুনা থৌগন তৌবা মী

**সেবোতি কাওনবা,** ফম্নগা থোঙ অনি কৈনা কৈনা নাকল্লোমদা কাওথোক্নুনা শান্নবা মশান্না অমা

**শেফা,** লৈচিন, লৈচিন নোংকাই

**শেফারাং,** লৈচিন

**শেম্বাং মহুম,** শেনবাংগী মহুম, কুমৈ ফিরোংদা শামু তোংদুনা লেঙথোরকপদা নিংথৌগী শামু তায়বোংকী মথক্তা ফজনা শেম শাদুনা থম্ববা লৈতেং অমা

**শেরা লাইখাই থাপ,** মকম থঙবা

**শেরি,** শেন

**শেরি মখোঙ অরাংবা শেঙ্গাউ মরা অপাকপা,** শেল অচৌবা

**শেল্লি,** থুম্বাই, কোন,—"অফ মুংঙাইবা কপম্নাং তাংয়াংবা পুনশি নোংশাংবা উরুম বাহোঙবা চেঙজা কোনখিনবা শেল্লি মখোঙ পান্দবনা চঙ-শিল্লকপা মোংবী মশা পান্দবনা পাইশিল্লকপবু কৌক্ল অৱাং পাংনা হোইগংলগে"—চুপঃ

**শেলৈ মীরু তোং,** মীগী মকোক থোংবা,—"শেলৈ মীরুতোং পোইরৈ মিরাই ঙাকনা পুন্নুং অচৌ মৈগুম নদোম পানববা"—লৈরোন

**শেলুংফম,** ফম অমা

**শেলুংবা,** ফম অমা

**শেল্লুফম্না,** বায়েনবা

**শেল্লুম্না,** বায়েনবা

**শেলোই,** চাং

**শেল্লোয়,** লম অমগী মিং,—শেল্লোয় লংমাই হায়না খঙনবা মী কাঙলুপ অমা

**শেলোয়চা,** শেলোই লংমাই মচা

**শেল্লোয় অগম লৈশারোক,** নোংমাইজিং চীংগী লোক অমগী মিং

**শেল্লোয়চা নূরা,** শেল্লোয় লংমাইদা লৈবী অমসুং পোকপী লৈশাবী ( নূপী )

**শেল্লোয়চীং,** নোংমাইজিং চীং

**শেল্লোয় নাই,** শেল্লোয় লংমাইদা লৈবা মী

**শেল্লোয় মপাতাউ,** চাংবা মরূপ,—"শেল্লোয় মপাতাউ অনীমক্তি লোইনা অপাম্বনিগীনা ×× শমু লেংগোয়না হনখ্রাংখিদ্রে"—চায়ঃ

**শেল্লোই সনা চীং,** নোংমাইজিং চীং

**শেল্লোরেন,** শেলোরেন, ঈশেন

**শৈ,** ঈশৈঃ—"মোইরাং অশৈবা কেগে পুয়াং চৈ-বাকুম নোংয়ায় হাবা কোকচাওশু লৈথম থোইনু [illegible]বু নোংয়ায় হাবা কোকচাউশু না বাকমা শৈ খঙলবগী কেকে পুয়াং চৈমাবদি শৈশুরববু মরোই কজেং লমথোংঙাই থোংঙাই অতোনবনা বাকমা শৈ গঙলকএ"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**শৈওং নাতৈ থিনা,** ঈশৈ মতাং চানা খম্মুনা,—ইযু নিংথৌ মরোন থৃতিংতা শমু হকচাং পুনা কোরৌ নোংকা বা চীংঙু পম্মনখিপাগু শৈওং নাতৈ থিনা তেংথা পরেং শীল্লা শৈশেমও"-পাঃনোংঃ

**শৈওনবী,** ওল্লকপী

**শৈওন মৈগুম্বা,** শৈ চাকপগুম্বা

**শৈখঙবা,** ঈশৈ খঙবা,—"থোংঙাই অতোনবনা বাকমা শৈ খঙলকএ"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**শৈথিবা,** ঈশৈ শকপা

**শৈথিরকপা,** হায়রকপা, শক্লকপা ( ঈশৈ )

**শৈশকপা,** ঈশৈ শকপা,—"লাইরেন মৈদিংঙুগী মদাইরেম পোইরৈ শৈশকপা বাংঙম তেংথাবনা"—হিঃহিঃ

**শোইখোঙ তাইথেৎপা মম্নুং থোংগা পরৈবা,** লমলক লুথুম্বা, নিপা নূপী লোম্না ঙাওনবা, নিপা নূপী তিন্নবা,—"মৈদিংঙু নঙদি শোইখোং তাই-থেৎপা মম্নুং থোংগা পরৈবা লমলক লুথুম্ববু লৈ-রিঙেনে"—নিংঃলম্বুঃ

**শোইখোং তাইথেৎপা লমলক লুথুম্বা,** লোম্না নূপী ঙাওনবা—"মোমনু ঐগী তাল্লোয় ইরুবী অসিবু নঙনা শোইখোঙ তাইথেৎনা লমলক লুথুমনা ××× পান্নরিঙেনে"—চায়ঃ

**শোইদি,** য়েনবী

**শোইনাইদবা,** মচা পোক্তবা, ধান্না থমমদবা

**শোইনিবা,** লাইনীংবা

**শোইপাই,** য়েনবা

**শোইবা,** ককপা

**শোইরেন থমঙাকপা,** ঈশিং ঙাকপৎপা

**শোইরেন লৈফাও থীনবা,** কোম্না পোকপা,—"মশানৌ নোংয়ায় চন্দ্রমাণ লৈরাং তোন্দা শাৎপা উনৌ কোন্দে কোম্না ছনবা শোইরেন লৈফাও থীন-বা"—ধঃলাঃনীঃ

**শোইরেন হান্না লৈফাওবা,** তুমিং থা হান্না উবা, হান্না পোকপা,—"ইশাবি লাংলেন ঘাপীহন শোই-রেন হান্না লৈফাওবা-ও"—ধঃলাঃনীঃ

**শোইরেন ছনবা,** উনৌ ছনবা

**শোইরেন ছল্লকপা,** উনৌ চোংলকপা

**শোকচংবা,** অচবা, ইচম চবা

**শোকচোয়ুচা,** কাইরৈ, য়েন, য়েনবা,—"মচেগু কাইরৈ শোকচোয়ুচানা খোয়নৌ ইতা পোনবী চীনপাকপী"—ভূতেং:

**শোঙ,** শামু তানবদা (ফানবা হোৎনবদা) শামুগী লম্বী চঙকম অমতং থাকলগা শামুশিংনা মায়গৈ অতৈদা চেনাথবা ঙমদনবা তৌবা কোম (শামু চঙখিবা লোইরগা চঙখিকম লম্বী অদু উ অচৌ অচৌবা য়ংহুনা শামু বোকপা ঙমদনবা শেম্বা), —"১৫ নি লৈপাকপোকপদা শামু থাঙকোকপা অমা য়াপনবা অমা অহুম শোঙদা চঙএ"-চৈ:কুম্বা:

**শোংকিদবা,** কিদবা, অকিবা লৈতবা,—"শোংকিদবা মশেনবু মরোং চুংফুন তিমেন তা চায়নবা মশেনবু"—চায়:

**শোংকিবা,** কিবা,—"বিরাট নিংথৌ ঐদি × × পাংগন ইয়েং তারবনিনা হুয়েন লান শোকনগে তৌবদি পুকনীং শোংকি চঙলে"—বি:প:(মহা:)

**শোংজি নাতৈ লোনবা,** কোপ হায়গা লৈপাক শীবা

**শোংনা চাউনা,** য়ামনা

**শোংবু,** হাও

**শোংলোন,** শত্রু

**শোংলৌ,** শত্রু

**শোনখৈ নিকপা,** মডৈ নিকপা, য়ামনা ৱাবা

**শোম্নবা,** ভাঙনবা

**শোম্না শুকনা,** মশা ঙমদনা

**শোনমোইনখিবা,** মুরুক মুরুম শোম্নখিবা,—"হা হা মতৌ করিগীনো হায়না য়াওবা পোজেন ৱাংনা শোনমোইনখিএ"-লাং:শা:থা:

**শোনমোইনবা,** শোম্নবা,—"মতোম মতোম শোনমোইনখিয়ে"—ধ:লা:নী:

**শোনমোইবা,** শোনবা,—"তাইবং লোংশাপান্দা ইতোম খমলৌ মীহুং কোন্নৌশিবনো হায়না শোনমোইনাখয়ে কোন্নোয় মমিং ৱোংবু খমচীংকোন-ও তৌনা কৌএ হায়দবরা ?"—পো:লু:

**শোনাইবা,** তাথা ৱা হায়বা, চিংনবা

**শোরাগুম্বা,** তুম্বা

**শোরি পারি,** ওইদবা, নত্তবা

**শোয়,** ভা ফাক্ম,—"থাবা নোংজেংবগা কেপে মোইরাং চাউবা মেন্নৈবগা ৱানজেং অকুমশোয় লেমলৈ অৱাশোয়বু শোয়মুয়ঙৈদা"—চা:লাই:

**শোয়বা,** নোংঙানবা, লানবা, চুমদবা

**শোয়রিংৱাই,** শোয় লিংবা মফম

**শৌখেৎ,** তাজীন, তা মচীন

**শৌখেৎ থোইবা,** শৌ থাকপা

**শৌদি,** শৌ থাকপা

**শৌদি নাগনম,** শৌ থাকপা

**শৌদিয়ান,** লাং থাকপা

**শৌপন,** শৌ থাকপা পন

**শৌপিংতানা,** থৌশাদনা, শোক্তনি হায়বগী চিংনবা লৈতনা,—"কামার নোংমৈ মকুলু শৌপিংতানা হোংচিনখিরে"—ঔ:ঙ:

**শৌবন মাঙওই থানবা,** পু: য়ৈবা

**শৌবোন য়াইরেন চমু,** নিংথৌ মবুধিবগী মচা নূপী অনী,—"কেক্রুপান্দা নিংথৌ মফখিপকি লৌ লৈবনে, মমোম শৌবোন য়াইরেন চমু শানৌ মচীন মনাউ অনীমানা লোইদাম শজিবু থাদা লৌ কুমলুবদা হাওশমদি তুংথাংনা য়োংখোকনদি মাঙওইনবা মফম লৈবনে"—মু:লা:কা:

**শৌমোনবা,** শাউবা

**শৌৱা তোংবী,** লৈশাবী, নূরা

# স

**সনা**, চোয়নৌ, মালেম লৈন্না অঙাঙবা, নিংথৌনা পোকপা মচা নিপাগী মিংগী মমাঙদা সনা হায়বা মাহৈ অসি শীজিন্নৈ, নিংথেম্মচা

**সনা অহিংবা**, মৈ চঙখ্রিবা সনা,—"হৈবী মনা শীংজু পূকন্নু লাইন্নু সনা অহিংবা"—চীং:লাই:

**সনা কৈথেল**, কৈথেল, পোৎ লৈফম অমম্মুঙ ম়েনফম—"অপোইমচা নঙনা মারম নত্তববু থোকহল্লে হায়দনা ময়াদগী মথুন কাওনা হুয়তেম লেংদুনা শিহল্লে, সনা কৈথেল্দা পুথোকখিরে, লৈপাক পুন্নমানা য়েংনরে"—শীং:লাং:

**সনা পলু**, সিংহাসন

**সনা ফুদোংবা**, মৈ চঙদুনা শেংদোকলবা সনা,—"মীগী মশকনে মচুদি সনা ফুদোংবগুম্মে"—নুং: অচৌ:

**সনামহী**, লাই অমা, তাইবং খাইবা, লাই মাহায়বা, অশীবা, মৈতৈ নিংথৌগী মচা নুপী মহারাণীনা পোকপী অদুনা খুরায় লৈমা ওইরগা পোকপা অঙোম নিংঙোননা মৈতৈ লৈমা (মৈতৈগী মহারাণী) ওইদুনা পোকপা মচা নিপাবু সনামহী কৌই—"মৈতৈ লৈমনা পোকপা শীজা অদুনা খুরায় লৈমা ওইরবা, খুরায় লৈমা অদুনা পোকপা অঙোম শীজা অদুনা অমরক মৈতৈ লৈমা ওইরবা অদুনা পোকপা মচাদি সনামহী কৌএ"—মশিন

**সনামহী কাচিন**, য়ুমগী শম্বোঙ পাংবা কাচিন

**সনারেম্বী**, হৈখাম নিংঙোন,—"সনারেম্বী হায়না তেংথাপতি হৈকাম (হৈখাম) চত্নুনে"-পেন:তেংথা; —"নয়োন মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন সনারেম্বী পনথৌ মপাপোকপু সনা লাইহুইবদি কনানো ?" —চা:লাই:

**সনা লমওক**, লাইরোনঙশৈ অমা

**সনা লমজৈ**, লমজৈ মখল অমা, হাওরম, খুৎ নাম্মা থাংগত্তুনা লেপলগা অতোপ্পা নাকল অমগী খোঙবীদগী থাংগৎলিবা খুৎ অদুগী খুৎ মত্তোন ফাওবগী মশাং—"তুরেল অদুনা পাকপা সনা লমজৈদা লম ৪৩ পাকএ"—চৈ:কুম্বা:

**সনা লমদাংলেন**, সনা লমজাউ

**সনা লাইহুইবা**, পোকপা,—"মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন নিম্মোইঙবী পনথৌ মপাপোকপু সনা লাইহুইবদি কনানো ?"-চা:লাই:

**সনা সেম্পাক চাকচাননা পানবা**, য়ামনা হুংঙাই য়াইকনা লৈবা,—"সনা সেম্পাক চাকচাননা পাল্লে"—ধ:লা:নীং:

**সনা হিহোনহন**, লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মিং অমা, —"লাইরেন মৈতিংগু চোয়নৌ সনা হিহোনহন নোংপোক থাকি লানথাপা চৌফা হোংতৈ ফাপা" —পা:নে:ং:

**সিংগাসোন**, নিংথৌগী তাঙবন, সিংহাসন,—"ইথোয় মঙা য়াওনদি সিংগাসোন্দি করমনা হায়সিবনো নতোমদা ফম্মুঙ হকনা মাবা মফমনে"—শীং:লাং:

**সিত্তা অয়াংফাপী ময়ীনথঙ লাইচা য়ীনফুন্ন লাং**, ঈন—"লৈরাইমুংগী থক্তা মপেন সিত্তা অয়াংফাপী ময়ীনথঙ লাইচা য়ীনফুয় লাংপু তিল্লাং হাইশিংননা লেমলৈ ঙামি কৌঙামপাপু"-পা:নো:

**সেনাপতি**, ফম অমা, লাক্সিংলেন

**সোয়া তৈমা ওল্লকলবা**, নোং ঙাল্লকলবা,—"সোয়া তৈমা ওল্লকলবদা থুমন খোইমোম্বা পুন্সিবগী শেল্লোয় মপাভাঙ লংমাই হৈরোইনাই × × ×

থাইথিবনা থোইমোম্বা হৈবোক শোদিয়ান্দা নোং- হাম্বু পুগে হায়না লাকপদা"—চায়ঃ

**সোয়ারেন,** অবাং ,থাঙবাই মারহনবা, কাসা নোংথৌ থাকপা নিংথৌ পাঙ্খা কাসা পাউতাক হৈবা কোরৌথক্তা থৌদাবা বাংবন থকা বাতেম্বা, লাই অমা

# হ

**হক,** হকচাং,—"চরৈ হক্তা লোংনিংদা"-থঃলাঃনীঃ

**হক্কী ঈশিং,** মুং, হকচাংগী ঈশিং

**হকচাউবা,** মশা চাউবা, শাজাউবা,—"কুম্ভীর লাইরেন হকচাউবনা লাইরেন মনীং তমনা কোয়-জবা তুগুমএ"—লাংঃশঃথাঃ

**হকচেং,** হকচাং, মশা

**হকচেং মমান লৌবা,** (যেক্লবগী অশিবা) মশা পুরকপা,—"মরোং চুংকূনা তিমেন তা চায়নবদি অঙৌবা হিথা লাংলোই ঙম্বনা তিমেন মথুংশূনা নমনা ফারে, লুরক কাঙদেথি থোনাউ লেম্বোঙ লেলে, হকচেং মমাল লৌ লাল্লু চোমায় ফোয়রে" চায়ঃ

**হকচেং শম মমান লৌবা,** মশাদা ফূবা, মশাদা থুংলাইনা শোকহনবা, অশিবা মশা পুরকপা,—শেল্লোই "মপান্তাউ অনীমক্তি লোয়না অপাম্বনিগীনা লুরক কাঙদৈথিদা থোনাউ লেম্বোঙলেন্দা হক-চেংশম মমাল্লৌবিদনা অনীমা শমু লেংগোম্বনা হল-বাইথিরে"—চায়ঃ

**হক্তা,** মশাদা, হকচাংদা

**হকথেং ফংনা,** হাকথেংননা, মশা মশা থেংননা, হকচাংগা হকচাংগা থেংননা

**হকনা,** যামনা,—হকনা চোকপা,—যামনা শাথী-না চোকথবা,—"তনবা মপিংঙাবু অবা হকনা চোকলে"—পোঃলুঃ

**হকপা,** লুমবা, খুদম তৌবা, ককপা, যানবা

**হকমরোই,** কনবা, ফবা

**হকসাং মচু থাউবা,** কুচু ওনবা, মচু অমা তৌবা,—"মালং নোংশা যাইবনা চৈরৈ অমন চনগুমনা হকসাং মচু থাউনয়ে"—চঃখুনঃ

**হকশোক লাংবা,** হকচাং চোকথবা, মুংশীং লাংবা

**হং,** যন্ত্র, কোন

**হক্কো,** চক, যুগ,—হক্কো মরি—ক হক্কো, থোই হক্কো, তয়ো হক্কো, পোই হক্কো

**হংকোক,** চুম মণ্ডপ মানবা জীব অমা

**হংগেন,** বাচেংনা শেম্বা ঈন চিংবগী মপোং মচৈ অমা

**হংগেন কোল্লো,** লায়রোন ঈশৈ অমা

**হংগেন কোল্লো পাউতাকশৈ,** অকায় অতোই-দগী ফনবা থোমজিন্নবা হোংনবদা শক্লবা ঈশৈ, "নংনা নমু হুংবান অয়িমনাকপু ইন্দালকপদি পোইরৈ বারমলেন অরুবা থারনা মালেম লৈহৌতৈ মেনহৌ থোইরা অহানবা নমু পোংচারি লমথারকপা পোং-থাঙ চারি শুভবা চীংঙু ওঁচা চীংমাবনা মযোম কোরৌ অবাংবীগা মচু হৈনা সোজোই লেমনা শামদোন মশা ককনা বা পোংমু কোনলি-ও পাও-মেন লৈ ঔগ্রী কোল্লৌবাক হংগেন কোল্লো পাউ-তাকশৈ থেনচো লাংমৈ লীহৌবাক পোইরৈ বা-রমলেন অরুবা লাইজা তমঙ ঈপাকথক্তা মালেম

লীরি লীহৌবাক ভানথোক্ত লেমথোক্ত খাঙবরম, ঊবাক লাখা হৌনবা পোইরৈ বা রমলেন পুন্ন-মকপ্ পাউত্তাকপীগে"—নাঃকঃকাঃ

**হংগোই নিংথৌ,** লাই অমগী মিং

**হংচিৎ,** হমনি শুবা মুমিৎ, হয়েংগী মথং

**হংচেং লৌবা,** ওক ককপা, কোক ককপা

**হংমতোলবা,** হং য়াওবা

**হংলাক,** ফি শাবগী কোয়বা কানবা নাচৈ

**হঙোই,** ঈশিং অমসুঙ্ক কংফান অনীমক্তা ত্তুনা লৈবা চাং চোংত্তুনা চৎপা জীব অমা

**হঙোই কোন্দে,** হঙোই জাং অমা

**হঙোই চায়া,** হগোই জাং অমা

**হঙোই তাংশাং** মশঃ তবা তবাবা মথোক্ত শাংবা হঙোই জাং অমা

**হঙোই পেংদা,** হঙোই জাং অমা

**হঙোই পোরোবী,** হঙোই অচৌবা জাং অমা

**হঙোই শেম্পাক,** হঙোই জাং অমা

**হঙোই শোংয়া,** হঙোই জাং অমা

**হন,** হল, শা ঙা অপুম অশাদগী পোকপা ত্তাল জাং অমা

**হনচক ঙাচক শাবা,** অওপা শাবা, মী অমদা অমা চায়বা অত্তোপ্পা অমদা অমা হায়জিনবা

**হন্নবা,** ফম অমা

**হন্নবী,** ফম অমা, হন্নবগী নূপী

**হন্দক নোং,** হন্দকী মতম

**হনবা,** লাইয়িংথৌ অমগী মিং,—"শক ১৬০৮ লাংবন থাদা লাইয়িংথৌ হনবদা কৈ অমা ফায়এ"-চৈঃ কুম্বাঃ ; মথক, মুমিং থা নল্লগা চহী য়াম্বা হেন-বা, অমুক্তা ত্তৌবা, খোঙহৌরককমলোমদা হন্না চৎপা

**হনবা কোকচাউ হনু লৈখম,** লাইগী মিং

**হনবা হনু,** অহল লমন, লাই ত্তরু

**হনরাইখিবা,** হনখিবা, অমুক হন্না চৎপিবা

**হনরাইরকপা,** হন্নকপা

**হনা হনু,** অহল লমন, হনুবা

**হনু,** অহল, চহী য়ামলবা মা

**হনু কুরু চনবা** অহল ওইবা;—"ঐাঁদ হনু কুরু চয়ে, লোইবী চীংথাঙ লায়া পোইরৈ মৈত্তে য়ৌবা ত্তমলরোইএ"—সঃলাইঃ

**হনু কোকচাউ,** লাই অমগী মিং

**হনু খুলাম,** হীদাক কান্নবা পান্বী জাং অমা

**হনুবী,** চহী য়ামলবী নূপী, অহল ওইরবী নূপী, চন্ননা শাবা লৌ যৈবা মতমদা শীজিন্নবা শুগজিং

**হনু ময়াই কাবা,** অহল ওইবা, হনুবা,—"পুক-নীং অন্না চঙবনা হনু ময়াই কানয়ে" - চঃখুনঃ

**হনু ময়াই কাবী,** হনুবী, অহল ওইরবী

**হনু ময়াই কারবা,** হনুরবা, অহল মতম ওইরবা

**হনু ময়াই কা হনবা ময়েং চনবা,** য়ামনা অহল ওইরবা

**হনু মাল্লে কাবা,** অহল ওইবা, চহী য়ামলবা,—"মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংবনা হাওকৈ কৈরেন শাথোম্বা মখা লমলোকপদা নোংয়ায় খয়োয় পোন-পুশু অথৌবা হনু মাল্লে কারবা কৌরোং পানপৈ নীকলবরু কাইনা হল্লকএ" - লুঃখোঃ

**হনু মাল্লে কাবী,** অহল মতম ওইরবী, হনুরবী

**হনুরৈ,** মচু অহুম, পান্বী অমত্তদা তোঙান তো-ঙানবা মচু অহনগী লৈ শাৎপা হীদাক কান্নবা পান্বী অমা

**হনু লৈখম,** লাই অমগী মিং

**হনু হনবা,** হনু হনা, হনুবা, অহল্লমন,—"হনু হনবা নাহা নূপী পুন্নমারু লোইবী চীংদা কানা হয়েন লান চেল্লগনি" - ঙঃঙম্বা

**হলরাইখিবা,** হনখিবা,—"ইপারি লৈশং থেক-রাইবা থংজিং কোয়রেন নিংথৌ নওদি চাহৈ চরোং চুম্নবা লাইজা ঈ-থা ও ইঙা কুমত্তরু ইঙেন কুমথাই শোয়দনা কেকে লৈপাক ঙাকলৌ-ও হায়না পাওমেল্লবগা চীংঙু লাইয়িংথৌদি খোয়ুম মকমলেন কোরো নোংমদোন অবাংবদা হলরাই-খিরে"—মোইঃনিংঃলম্বুঃ

**হলরাইবা,** হল্লকপা,—"লৈমা নামুন খাম্বীদি নোং-য়ায় মপুংয়ায়দা অমরক হলরাইরকলে"—চায়ঃ

**হল্লরাইরকলবা,** হল্লকলবা

**হল্লয়েংদবা,** হালেংদবা, হন্না য়েংদবা

**হয়া,** ইয়া

**হয়াচক,** ত্রেতা যুগ

**হয়া লাউনা শৈখিবা,** ঈশৈ শকপা

**হয়া হে,** হে ( ব্রাহ্মোদোক্তা শীজিন্নবা ), হে ঈশ্বর ত্তাইবংপানবগী মপু

**হয়িঙৈ,** থায়না মমাঙৈঙ

**হয়িং চেং,** অকম অখৌ

**হয়িং পেংলোইনাই,** হয়িং,-"পেংলোইনাই যুং-নাং চারারোই অহেনবা"—সমা লমঃ

**হয়ি চক,** সত্য যুগ

**হয়িচা হয়া হে,** হে ঈশ্বর মপুরেন

**হয়ি য়াখোং চংবা,** থায়নদগী হৌনা চংলকপা

**হয়ু নাহে নোং,** নাচুনা লৈবা যুমিং, নাবা যুমিং

**হয়ু মযুংশং যুংনাং মনারেক,** অনা নাহেবা,—"নদাইরেম ঐদি খোয়বুং ইরৌ চাউনা হয়ু ইযুংশং যুংনাং ইনারেক পায়মা নিংশা শংতোয়না শি-শয়রকএ"—নাঃফঃকাঃ

**হয়েং,** মথংগী যুমিং, মতুংদা ওইরকপবা যুমিং

**হয়েং ইযুং কৌবা শোয়রবগা,** হয়েং নোং ঙাম্নগা

**হয়েংশিং,** হংচিং

**হা,** মচা, চাবা য়াবা লৈতুংদা মক চাউনা তাবা মরী চংপা পাম্বী জাৎ অমা

**হাইইগীদ,** হায়রবদি

**হাইথখিবা,** চথখিবা

**হাইথবা,** তুথবা, মথাদা তাথবা, মথা ওত্থবা, চথবা

**হাইবি,** শীংজঙ,—"মঘিম কেগেনা তেংথানা শীং-জঙবুদি হাইবি-ও কৌএ"—চাঃলাইঃ

**হাইমন তানবা,** অশপ্পদা হায়নবা, শমজিনবা অশপ্পা থিবা

**হাইশিংনবা,** তিন শিংপা

**হাইমৈ চোনবা,** মমৈ চোনবা ( শল )

**হাইহংপা,** লেপলমদগী বোম লাউনা লৈপাক্তা তুবা,—"নোংমম্নরে হায়না পাউদমঙৈদা খোইজু হোংবী হাইহংখরে"—হেজুঃ

**হাইহং লৈকাই তুবা,** লৈপাক্তা হাইহংদুনা বোম বোম তুবা,—"অর্জুন যুংশি বাবু না তারবদা থবায় নীকমাঙননা হাইহং লৈকাই তুখিরে"—লাংশঃথাঃ

**হাউনা,** নাপী জাৎ অমা

**হাউমন,** শিং,—"লংমাই হাওতবনা ঙাইরোং শিং থাবা চীং, হাউমন মপান খোক্কে খোকওমদবা চীং, ঙাইরোং শিংলৈ লোগে লোতমদা লংমাই তরং চীং খুংশা"—নাঃফঃকাঃ

**হাউমন থাপাকপা,** শিং মপাক, শিংপাক

**হাউমন মপান খোকওমদবা,** শিং মপাম্বী ফুকপা ওমদবা

**হাও,** চীংমী

**হাও অরাম,** মীচম –"বা অসিদো হাও অরামনা ফংজরবদি লৈমা নিংথৌনা চাল্লে"—শাঃলমঃ

**হাওকাপ,** তুই,-"তরামরিনি নিংথৌকাবদা খুবোম অমা কুইবা হাওকাপ অমা পাকপা নুংদা শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ অপুম হায়না ইয়ে"—চৈঃকুম্বাঃ

**হাওকু য়াইথমপোং,** চীংদা হৌবা য়াই জাৎ অমা

**হাওখুরক্কী ফম্বী ফবা,** হাও ময়ামগী মরকতগী অথৌবা

**হাওকাবা,** চীংদা চংপা

**হাওকু অতাম শোয়শেনবা,** লুবাং নিংতোন খোংজোমযুবী তরক্কী মাঙ্গা মবা ওইবা হাওকু মমান মচা তক্কী মচুংদা অমা

**হাওকু পাথং;** কোরৌ খোংজোমযুবী খোয়নৌ মতা তক্কী মরক্তা অমগী মাঙ্গা মবাগী মিং

**হাওকু মমান মচা তরক,** য়োয়ক্লমলোন কোরৌ খোংজোমযুবী তক্কী মথংলেন ( মবা ) তরক—১। হাওকু অতাম শোয়শেনবা, ২। হাওকুচা চুইবোক বানবা, ৩। মুমুম য়াইশিলোই, ৪। হাওকু পাথং, ৫। চুইযু ওকবানবা অমসুঙ ৬। লুকুই নাপ্পা

**হাওচোং খোলোইবা,** লুহোংবা

**হাওচোং ঙম্পী ( ঙম্বী ),** অঙোম চযু, মৈদিঙু

চলাবলী মমা,—"হাওচোংঙশী হায়না ভেংথাপন্তি অঙোম চমুনে"—পেনঃভেংখা

**হাওচোংপন,** মৈতৈ সমাজদগী তাহোক্লবা মীশিংগী থন্ডম

**হাওতক লাইবা,** খেন্দে নিংথৌ অমগী মিং,—মহাকনা চাইরেন নিংথৌ মাকুরাকপগা তেন চায়নখি

**হাওদৈ,** মু,—"নমোম শংলৌ ইথৌরাঙ য়েল্লাং ইঙমদম ৱাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুব্বু লৈয়ে" নাঃকঃকাঃ

**হাওচোংবা,** কুম খুদিংগী মেরা থাদা মণিপুরগী চীংদা লৈবা চীংগী মীশিংনা মৈতৈ নিংথৌদা মায়োক থানবা মাগী মাগী থুন্দা থোকপা পোচ্ছে পুঙনা লোইপোৎ কৎপা লাকলগা সনা কোন্নুংদা চীংমীশিংগী কুমৈ তৌই, নিংথৌনা মাখোয়বু পীজ পীথক তৌই, চীংগী মীশিংনা মখোয়গী হরাউবগী কুমৈ চোংকনছুনা তৌই, সনা মাঙদা মখোয় মখোয়গী তৌবা ঙম্বা মাতকম্বু উৎছুনা কুমৈ তৌই মাসিবু হাওচোংবা হায়না খঙনৈ। মেরা হাওচোংবগী মশিন্দিগীমু ঈশ্ৱেগী পোৎনাদি শীংলেন ২না শরেং পাউ ঙা ১। থাঙচি কাঙ পোন ১। ঙমু কাঙপোন ১। চীনওক ১০। হাও থিবদা মী ১না শেন ১০০। মী ২না শরেং পাউ ঙা ১ হেস্তাক চক্ ১। ডাহু ১। ঙমু কাঙপোন; থাউমৈ থৌরী নাএ। কোংপারেন কৎলে ॥০॥ উরোইদি উচান থাউমৈ থৌরী কাইরং। মী ২না শরেং পাউ ঙা ১। ঙমু কাংপোন ১। চীনওক ১০। হেস্তাক চক্ ১। ॥০॥ কুমকিগী পোৎনাদি মী ২না শরেং পাউঙা ১। থাঙচি কাঙপোন ১ ঙমু কাঙপোন ১। চীনওক ১০। মী ১না শেন ১০০। হেস্তাক চক্ ১ ॥০॥ কোনম্নাংগী পোৎনাস্থু আসনে। ককচীংগী পোৎনাদি থৌকন ১না শাইচা ২। থৌমী ১না থাইচা ৪। সোইয়াইনা থাইচা ২ ॥০॥ মম্নাং নিংথৌনাইগী পোৎনাদি শরেং ডাতাই নাএ ॥০॥ মম্নাং লৈমনাইস্থু শরেং ডাতাই নাএ ॥০॥ থুমলোইনা সামন থুম নাএ ॥০॥ কৈগী পোৎনাদি মাতারক খোইচু লৈথাম য়াংকোক ঙমচিৎ য়েন্জাই চেঙচামলুক ॥০॥ চোথেগী পোৎনাদি চাকথুরুম ফিতুপ ১০। ফিতুংইন ১০। মিৎলং ২। মাইরং ২। চাক পাউতম ১০। কুরেক ২। ঙমচিৎ ১০। হুয়ত্রি ১০। লোং ১৫। তাপু নাশিখাং ১৫। শাইরুক ১৫। লুপাক চেংপোন পুঙুং ২। পাউতম ১ ॥০॥ লাংতেগী পোৎনাদি শস্তং ১ নাএ ॥০॥ প…চাকথুরুম ফিতুক ১০। ফিতুংইন ১০। মিৎলং ২। মাইরং ২। চাক পাউতম ১০। কুরেক চাউরেন ২। ঙমচিৎ ১০ নাএ ॥০॥ আইমোন্দি চাকথ্রুম ফিতুপ ১০। ফিতুংইন ১০। মিৎলং ২। পাউতম ১০। কুরেক চারোন ২। ঙমচিৎ ১০। চাক পাউতম ১ ॥০॥ খুনপিচারমস্থু অস্মানে ॥০॥ খুনবীনা হাল্লগা মচীনা কৎকনি। অতুদগী খুদৈ খুলেন, কাংজোই, কারোঙথেন ৱাবচীং কৎকনি ॥ তাংখুন থারুপকী পোৎনাদি চা থাপক ১। শিং খোইপাক ১ নাএ। কৈথেন ইরাৎনয়ে। লমচালম পুএ। কৈরুংবদা শেল লাখা ১ কৎলে। খুন অপিশনা লিশীং ৫ কৎলে ॥০॥ তাংখুন অৱাং লুপতি লশিং পোন ১। শিং পোন ১। হৱাই পোন অমা নাএ ॥০॥ ঈথম মোনথৌ কৈহৌ উমং খুন ৫মক্তি মঙতারুক কৎলে। লমচাপতা ফ কৎলে। মরিংগী পোৎনাদি পোন মম্নুংদা থাঙ হাপতুনা কৎলে। হৈমাং পোলাং কৎলে থাঙ ১ থেৎলে। ফিমুনা য়োম্মে ॥০॥ খোইপুগীদি পানচি ১না কুমনা পোন ১ লশিং পোন ১ চাক পাউতম ৫ ॥০॥ লাইরম চীংশাংদি ফক পাউতম ৫ নাপু পাউতম ৫ ॥০॥ খারম চীংশাংদি চীংঙপু পোৎ ---- নাএ ॥০॥ মাকাসাং কাইরোং ২মক্তি পাল্লা কৎলে ॥০॥ তরাউদি হৈপোন, ফিমু কৎলে ॥০॥ ময়োন্দি থোয়দিং নাইফি ১না নাএ। মোনশাংদ থোয়দিং, ফি নাএ ॥০॥ পুরুম নিংথৌ নাইদি কাইরেন ফি ২ ফিতেন ২ থোয়দিং চাং, ॥০॥ অনানদি থোয়দিং পোন ১। উচান শুক ১ হিদাক পোন ১ শেন লখা ১ ॥০॥ খমনেন্দি থোয়দিং নাএ। ৱাংথেরোইদি পানচি ১না লশিং পোন ১ পোনথক পোনথা নাএ। থোয়দিং পোন

১ শিংপোন ১ কাংহ পোন ১ পোন মন্থুং ইনবা লিহিং মপাক ১০ পাউতম য়াইঙং হায়ে ৫ ॥০॥ লুহঙ্গী পোংনাদি লশিং পোন ১। শিংপোন ১ থোয়দিং পোন ১ নাএ ॥০॥ মকেঙ থংকান্দি পানচি ১না ফি ১ নাএ ॥০॥ মুরাখেৱা, তুমনৌ পোকপী, ময়াংথাঙ, থুম ময়োন খুমৌ খুল্লেন খুন ৫মো অসিদি মোইয়ুম নাএ ॥০॥ তোকপা খুন, থোয়মপা; নোংকৌ, চাঙৌপুং খুন ৪মক্তি লাই ১ কংলে ॥০॥ লাংগাদি গোইরু নাএ। শামু পূকলী নাএ। দোলাইগী চমংগী নাএ ॥০॥ মখুই লান-লোইদি চুঙগী ইঙেনলৈ শম কংলে ॥০॥ মথান খুল-লেন খুনৌ ২মক্তি তেতৈ কংলে। জশিং পোন ১ থোয়দিং পোন ১ কুমনা পোন ১ কংলে ॥০॥ কবুই চীংমায়গী পোংনাদি য়েল্লাইচি কংলে ॥০॥ ইরেংনে কাংচুপনে কারাখুন অৱাংনে কোনসা খুন্নে ৪মাক্তে থৌরী পয়া কংলে। নাতোকপনে কবুই অনৌবনে ঊচুমনে মুংপঙনে খুন ৪মক্তি থৌরীগা পয়: সারামথাউ য়েন্নথং পুলৈ মানবীনে মেক্রুকনে মুকথ_বা অসি কংলে ॥০॥ লাফোক শারম্বদি ডাই-খোং পোংলেন ৩ নাএ ॥০॥"-হাউচোংবগী মাশন

**হাওদৈকোক কারবা,** মু ডাওরবা

**হাওমুখু ,** মৈদিংঙু তাউথিংমাংগী ( থু: ২৬৪-৬৬৪ ) মনাউ ইবেম্মা মৈতৈ লৈমা মৈতৈ নিংং খুই নিংগোনবগী মমা

**হাওমুহন,** থু: ৩৭১-৬৭৪ দা পানখিবা মৈদিংঙু পোংশিবগী মমা মৈতৈ লৈমা,—"ময়োন মৈতৈ লৈমা হাওমুহন সনা লিক্লোইগী মৈদিংঙু পোং-শিবা-ও তৌনা কৌএ"—চা:লাই:

**হাওমচা লোয়শঙ,** মৈদিংঙু ইরেংবনা লিংখৎ-লবা লোয়শঙ অমগী মিং

**হাওমচা শঙলাকপা,** ক্ষম অমা

**হাওমুকনা,** মুকনা শান্নবা

**হাওমুকনা লেংফাই চনবা,** মুকনা শান্নবা,-"মু-বান পোনবী লুৱাওবগা লৈম্নং থোংফান অতোন-বগা অনীমক্তি ঊনবী কাচক হোৌনা শমু থুংনা কংনরে, হাওমুকনা লেংফাইচন মোংবা তাজীন খুরৌ য়েংনরে"- পো:লু:

**হাওরং,** ফি

**হাওরা শোনখৈ নীকপা,** চোকপবা

**হাওরৈ,** মায়কৈ,—"লাইরেন মৈদিংঙু লোকখি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবদি হাওরৈ থানা পাংবরম নোংগাই লৈকোয়পুংবু ইন্দানগে হায়না অচেন খংলৈ হৌখিরে"—না:ক:কা:

**হাওরৈ থানা পাংবা,** মখা মায়গৈ,—"পূকচৎ ইফাই X X X X অপোম অতং পূম্নমক্তি হাওরৈ থানা পাংবলমদা হোইথরগে"—চুপশারোন

**হাওরৈ নোংনেম,** অৱাং থংবা মায়গৈ,—"ইমায় নোংনেম লাইনা পাং থোংলেন ইমান কৌবা চীংথং পাংবরমদা"—না:ক:কা:

**হাওরৈমা চন্থু,** খুমন চন্থু, খুমন নিঙেংলান,— "হাওরৈমা চন্থু হায়না তেংথাবদি খুমন চন্থুবু থাএ" পেন:তেংথা:

**হাওরৈ লাইনা পাংনা,** অৱাং ওন্দুনা, অৱাং পাংনা,—"লৈরাং থয়োম শানা ইমায় হাওরৈ লাইনা পাংনা"—চায়:

**হাওরৈ লাইনা পাংবা,** অৱাং পাংবা মায়গৈ, —"হয়েং মৈতৈ লৈপাক অসিদা লৈমা নিংথৌ লৈপাক থৈবিক্তী মীনা ৱারী মন্থুং ইম্না তৌজন-বনু হাওরৈ লাইনা পাংবরগী অৱাং মচীংবু তেং-থারমগে"—লাং:চীং:

**হাওশম,** নংগন্দা য়ান্মুনা পোং পুননবা থুম্মোক অয়ুংবা অশাংবা মথল অমা

**হাওশি,** নাপী মথল অমা, তিংথৌ পোরোম ( নাপী ), অশিবা,—"লোইদাম থাবু শি লাংহে কুমবু ওন হাওশি মতাং কা"—চা:লাই:

**হাওশি খুদোপ মলরাইবী হাওমন লাংনা কেমলবী,** পোরোমনা ( তিংথৌনা ) খুদোপ শেম-দুনা ওহাঙং শিরগা হুন্দোক্লুনা মাওবওম মাঙলবী

**হাওশিঙম,** লুচিংবা, মকোক থোংবা

**হাওশিঙমগা চিংনা,** লুচিংদুনা, মকোক ওইনা,

"কোরৌ হমিং অমদা মদাইরেম মুংবান ৱাং-মিংথু খুৎহৈবা লুৱাং ৱাংমিংনাউ শিনহৈবা নবি-ওানা হাওশিওমগচিংনা ঐগী তল্লা অরেম্বা পামেন অওনববু হোয় থিরু-ও"—হিঃহিঃ

**হাওশি ওমগা চিংবা,** লমচিংবা, লুচিংবা,—"তরা চাক নিজববু তিংগা হাওশি ওমগচিংবা অহল মতম ওইবনা ৱাহমখিএ"—ধলাঃনীঃ

**হাওশি ওমজিংবা,** লুচিংবা, মকোক থংবা

**হাওশি মংথিনবা,** পোৎলোইকম মোংকম তাম্না অশিবা পুবা,—"পোরোম খোপথিল্লে, হাওশি মংথিল্লে"—নাঃকঃকাঃ

**হাক্তক,** পাল্লিডে মতম

**হাকতংতা,** হাকথং তা, শাগোন্নবা তা

**হাকথং,** হকচাংগা তাইবা

**হাকনা,** ষামনা, থোইদোক হেন্দোকনা,—"থানিন নোং ইমশকৈশদা মুংশীং হাকনা শীংলে"-চৈঃকুম্বাঃ

**হাকুম,** হৌথিবা চহী

**হাকুম কোনবী মচীনখাক,** চিন্নরবা লৈমন

**হাকোকপা ( হাগোকপা )** মচা পোকপা

**হাগোকফম,** চাপোকফম,—"কৌবা নাপোম্মাদি পানবা য়েকলাবা হাগোকফমনে"—পোঃলুঃ

**হাংওমলমদবা,** হাংদোকপা ওমলমদবা

**হাওম্বা,** পীবা ওম্বা

**হাজং,** নাপী, শজিক

**হাজেন্নবা,** মফম মৱাং থওদনা চেনবা, শল মঙ্গ পীরমদাইদা চেন্নবা

**হাজেনবা,** চেন্নবা

**হাতিং,** তিংথৌ

**হাথকম,** পোককম,—"চীংলেন নাপোম্মাদি তুবী অওনবা হাগোককম লাইরেন অরেম্বা হাথকমনে" পোঃলুঃ

**হাথবা,** পোকপা, থোকপা, ৱোকপা

**হাথরোন,** মৈহৌরোন, বংশাবলী

**হাথৈবা;** লোৎপা, থৈদোকপা

**হাথোকপা,** থোকলকপা, থোঁকপা

**হান্থিবা,** চথথিবা

**হাপচা,** থফম, হাপকম

**হাপশা,** হাম্না

**হাপশা কৈরেন শন,** কৈ থমনবা

**হাফুরোন হদাংশা,** লৈজবা মী মথৈ হৌবা

**হাম্বোইবী,** ওক্তবী নূপী, লমচৎ ফত্তবী নূপী, বেশ্যা

**হামলেন,** লৈচিন

**হামুক,** য়োংশবীদা পকপা অমুবা

**হামুক কারেম,** য়োংশবী অচৌবা

**হামুক কৈক্কাবী,** কৌরেম অমুবী, হামুক হানাই তৈবা

**হামুক কৈগরৌবা,** লৈখোম লৈনাং তৈবা

**হামুন পাম্বী,** নাপী পান্দোং

**হামুল,** শম,—"লৌৱাইদা হামুল নৈরবগা ওক্নগী মশক ওই"—খিঃমৈঃলীঃ

**হামেং,** মেনাং তনবা, মথোও মরি পানবা শা, মেষ রাশি

**হারৈ মায়ে,** থৱানমিচাক ধনিষ্ঠা নক্ষত্র

**হালয়েংদবা,** থৌশাদবা, হালেংদবা, ৱাওই থৌ-ওইদবা

**হাৱাইরোই,** হুয়রোয়

**হারাবা,** লাই অমগী মিং, কোজিন তুপোকপা,-"কোজিন তুথোকপনা মসিং লৈথিনকাই লৈয়াইবা কৌনা মুংশীং হারাবা কৌনা শারে"—নৃঃঅঃ

**হায়ডৈনে,** হায়গনি,—"পেম্মা নওবু কনানো হং-লবগা লাইরেম্মনা হোয়দা হে নাহাবা অপিচা লৈকু মরুম থোইচোৎপা লৈরাই মরুম থোইহাইবা লৈতুম হুম্না পাউশৰা ইপল পুল্লাং কায়রেদা, পুল্লাং লুরোয় কায়ববু শিংবিরোই হায়বরা ইপন্নবু হায়ডৈনে শিংলমলো"—পুদিন

**হায়থবা,** মথং মথং হায়বা হৌবা,—"ঐ য়াওরৌ মশীং চামা শুনা লনকুবিগে হায়থবদা ওাংওোই য়োয়মোংবনা থোইমোম কোলোয় ময়াথংগী ঈরাং-লবদা"—তুতেং

**হায়মল লাংদা কেমলাইবী,** অরেম্বদা হন্দোক্কনা মাওলবা

**হায়হিকলবস্তু,** হায়রবস্তু

**হায়হৌণ্ডাই,** হায়নিঙাই,—"য়াথং হায়হৌণ্ডাইবু হৈতরে"—লাংঃশংথাঃ

**হায়া লাউবা.** মখোল খোকপা, লাই হরাউবগী হোইরৌ লাউবা

**হি,** ৱাকয়ৈ, উনা শাবা মী অয়সুঙ পোৎ পুত্নুনা ঈশিংদা হোন্দুনা চৎনবা পোৎ

**হিকশা হৈনা,** হিক হিক লাউনা

**হিগাউকি,** হরাউগদবা লাইগী ঈংহাইক্, ঈকৌক্) য়োমংনা লাইপুবগী মঙক্লা পুনবা কি

**হিগা চৎলম কানশাং,** মী চৎনবা লম্বী

**হিগা থানবা য়াইখা থানবা,** নেৎশিন্দুনা খবা

**হিগাবা,** লাই হরাউবগী ঈশিংদগী হিরী কান্দুনা ইকৌক্‌দা লৈয়োম হাপচিন্দুনা লে খৎপা। লোইরগা লাই হরাউকমগী লাইশঙ য়ৌনবা লাকপা

**হিগা শঙ,** হিয়াং তান্নবা মীনা পোখাত্নুনা লৈনবা শাবা শঙ

**হিচকাং ( হিজগাং ),** হি থম্ফম শঙ.—"তোং জেং মনুংচঙ অসিবু ৱাকয়ৈ হিজগাংনু দগী খোই-য়ুম কংলে মপুমাং অসিতঙা য়ৌনবা হয়ামশা চিংখোকশে"—হিংহিঃ

**হিচন ( হিজন ) য়াইচনবা,** হী য়াই কৎপা, ওবা

**হিজন হিনাউ,** হি হোনবা

**হিজিগাং,** হিজগাং,-হি থম্‌বা শঙ

**হিদং,** হক্কবগী মথং

**হিদং অরোনবা,** হিদংগী মহক্তা থবক পুবা মী

**হিদংফম,** হিদংগী ফম

**হিদেন খোঙবাই,** হিদেন তাকম, – "উৎক নাক্তা য়েপনা মাল্লৌ কি শুগে হায়না হিদেন খোঙবাই কুমখিবদা"—ধংলাংনীংঃ

**হিনাউ,** ৱাকয়ৈ নাউ, হিগী অপিকপা মচীন, কাওদোন

**হিনাউ শাবা,** হি হোনবদা হিনাউদা কমহ্নুনা হোনবা মী

**হিরী,** হি চিংনবা খোরী

**হিরী চিংবা,** লং অহিংবনা পুন্নগা ঈশাং শাংনা লং অহু পায়হুনা পুবা,—"লংনা হিরী চিংনা ৱৈরা চীংদগী পুখৎলো"—খুংলোন

**হিরী লাউবা,** লাই হরাউবগী লাই ঈকৌহ্নুনা লাই লৌখৎলকলগা লাইতমাঙদা ভাহু খোজাহ-চিংবা কানবা লোইরগা মাইবনা ঈশাইক্ মহুংদগী লাইয়িংথৌগী লৈয়োম হিরী লৌখোক্লগা হিরী লং অহু পায়বা অহুগা মাইবীনা লাইরেম্মগী লৈয়োম হিরী লৌখোক্লগা পায়রগা মাইবনা পায়রিবা লাইয়িংথৌগী হিরীদা নিপা অহমনা অহুগা মাইবীনা পায়রিবা লৈয়োম হিরীদা কোকশেৎ শেৎপা খুঙচেৎ লাকপা নূপী অহমনা পায়হুনা মিপানা মাইবগী মথং নূপীনা মাইবীগী মথংদা মথং মথং লৈহুনা লাইশঙদা তাঙবন মথক্তা কমদেং-লিবা লাই অহুগী মনাক য়ৌনবা খোঙথাং মায়না চঙশিনবদা মাইবনা লাউবা ৱাহৈ - মাইবনা হিরী লাউবদা মাইবীনচিংবা ময়ামনা খুমই। মাইবনা হিরী লাউবগী মরোল্দি : – "ওঃওঃওঃ লেওঃ" হায়না লাউরগা মাইবীনচিংবা ময়ামনা "হি-হি" খুমই; অহুগা মাইবনা "এঃ এঃ এঃ ও লে ওঃ" হায়না লাউবদা মাইবীনচিংবা ময়ামনা "হি হি হি" হায়না খুমই।

**হিয়াঙ,** হি য়াঙবা তান্নবগী কুমৈ

**হিয়াংলোই,** হিরোয়

**হিয়াঙ হিরেন,** তান্নহি অচৌবা

**হীকোক,** হীগোক, অতিয়া মচু,—"ঈশিং অহুগী মচুদি হিকোক লোয়াম্বগী মচুনে"—লৈংচিঃ

**হীদাক কানবা,** পানা অমগী মিং,—"হীদাক কানববু পোৎশংবনা হল্লি হায়হুনা হীদাক কানবগী ফমফমদা পোৎশংবনা কমলবদা সনা মাঙাং অঙম অথৌ পুন্নমানা বিচার তমেন্নবদা শ্রীযুৎ সনা য়াথং পণ্ডিত লোয়শঙ কৌশিন্দুনা হীদাক কানবনা হল্লি পোৎশংবনা নাহানি হংগৎলি সনা য়াথং পণ্ডিতনা হায়রবদি লোইরে হায়হুনা হীদাক কানবনা অহল ওইখি"—চৈংকুম্বা

**হুই,** খুবীগা খুদোম্বীগা অনী ভিংথোকপদা শাংবা লম, হাওকাপ, শীংচেপ

**হুইতিকা,** শখোং খোইবদা পায়বা মচীন ভুম্বা শাজৈ

**হুইখবা**, লোইরোই ভাথখিবা, পিকথবা
**হুইখা চীং**, হুই থাবা চীং
**হুইতাউ**, হুয়গুবা
**হুইতোক কবাকলৈ চহুই কাওবলৈ**, কথী ( গুরু ) ময়েং ভাদবা
**হুইদোম পোকপী**, লাই অমা,—"শক ১৮৬১ ইওেম থা ৩নি নোংমাইদা মুরেম্বম খুনগা খুরাইঅমগা হুইদোমপোকপী লাই মুন্নবদা পণ্ডিত লোয়শঙনা পুরান্দা লৈ খুন্না চুমই হায়খিঞ"—চৈংকুথাঃ
**হুই ফলাং ওইবা**, শীংচেপ ওইবা, চেৎনা কানবা পোংশক ওইবা,—"মরা চেংপনে মাগী মকম লেঙদে হুই ফলাং ওইবী লৈমরেম্নে"—লৈংনাউঃ
**হুইবা**, কুথা
**হুইম থাবা**, লেঙহন্দনা থথা
**হুইরোং**, কবাক ( বানা শাবা )
**হুকচেম্নবা**, তৌকম খঙদবা, চমম্নবা,—"নমু্‌মীশা চাবী কৈবিকনা শারেন শামুম্নবগী হরাউ মতৌ উবগা অনীমকনা অকি মথৈ ফংনা লানকম হুকচেম্নখরে"—লাংশংথাঃ
**হুংঙা মীকপখোন**, মীকপ মীরাউখোন, কপলাউবগী খোম্লেন, অঙাং কপ্লগী মখোন
**হুনঙমদবা**, হুন্দোকপা ঙমদবা
**হুম্ন লুক**, খুম্মোক, হুম্নবা খুম্মোক
**হুম্না**, হুন্দুনা, লংহুনা
**হুম্না কোজোই থুবা**, লংহুনা থৌরী কোজোই থুবা ( থাংবা )
**হুপচিৎ**, লৌশিং, হুপ হৌবা লৌকম
**হুমওইবা**, মমুম ওইবা
**হুমথৎপা**, পুখংপা
**হুমতং ( হুমদং )**, কাঙক্রক,—"ঐগী ফিশেং লৈতেং পুমনা থা কাঙজে হুম তং য়াঙনা শানশেম্বি-ও" —সংলাইঃ
**হুমকু**, হুম হুম হায়দুনা পোপ পোপ কুবা, কুমু্‌ অনী
**হুমকু নারেং শুবা**, অঙাং শুবা
**হুমকু নারেং শুবা**, মহৈগী লাইরেম্মা, লাইরিক লৈমা,—"চীংঙু ইওম চাউবী হুমু নারেং শুবীদুঙ খুরুমগে দে"—কুমদমশৈ
**হুমলেন**, হুংশীং
**হুমলেন য়াইবী তৎপা**, শিবা
**হুমলেন য়াইবী তুপলবা**, শিরবা, খর হোম্রবা,—"তোংঙেং কুমায়নুংগী হৈরেম কাঙবীশু অথোবা হুমলেন য়াইবী তুপলববু পুরক কাঙদে থি খৌনাউ লেম্খোঙ লেম্লে"—চায়ঃ
**হুমাই মাইরেং**, হুমাই,—"য়ামলা হুমাই মাইরেং হুমবু হুময়োনবী ফৌরা-ও"—ফৌরাঃ
**হুমাং লৈরিক কানা**, হুমাং ভানা, হুমাং কানা, হুমাং শৌনা,—"অশাউ মৈবু থোক নাত্তোল নাকটি অনীমাদা হুমাং লৈরিক কানা"-ওঃঙথাঃ
**হুমাং লোকয়ি চেম্না**, হুমাং ভানা
**হুমানবা**, থোকমিম্নবা
**হুলান ঙমলোই**, থাদোকপা ঙম্মোই, হুলানবা ঙম্মোই
**হুলানবা**, লংথোকপা,—"তিমেন নখুৎশুবু লাপনা হুল্লানকও"—চায়ঃ; হুন্দোক্লুনা থম্বা, নিংথিনা তৌদবা, মীরায়বা, য়াওই থৌওইদবা—"পারি অনীমরুম্ন মপলগী হৈনা মতুং ইন সনা মমৈ বায়না হুল্লাল্লে"—চেংলৈঃ; "লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা বাকয়ৈ মখুনেৎপু মরাং উকুহন হিয়াঙ নাপন থোংবু তাউখঙবদা উনৌ খোংজা শম ঔরি লীম্নায় নোপনা হোয় চিংলকপবু য়োম্নময়াই তাউদনবা মত্তাং তেম্নবগী হয়েং কৌবা ইমুং শোয়রবদা পামেন হোই চিংলগে হায়না হুলাল্লম্মে"-নিংলঋঃ
**হুল্লানবী**, থৌওইনা তৌদবী,—"মশাবি নোংমায় পুয়াম খুনৌ শিবমু হুল্লানবী"—চায়ঃ
**হুল্লাল্লুম্বা**, হুন্দোকলম্বা
**হুয়াই লীকলু অথেংলা**, কোজোই ওইনবা কোম্না লেংবা লীকলু ওইবা
**হুয়াই শেনকোইবা**, ঈকাইবা,—"তাংচা ঈকাইরে হুয়াই শেনকোইরে"—নিংলঋঃ
**হুয়েন**, লাল,—"কাকলেন মীওম্বদি হুয়েন কদায়রম লাক্তারিবনো" ?—তুকেংঃ

**হুয়েন ইরানথাক,** লান্দা ঐগী থুংখাক ওইরবা মী, ঐনা ঙমলবা মী,—"লানশোক মাঙদা থা-ঙমদনা ঙমখিরবনিগিনা ঐগী হুয়েন ইরানথাক অমনবু ওইরবা নঙনদি করম হুয়েন লানশোক ইমাঙ থাদে তৌরিবনো"—লাঃশঃথাঃ

**হুয়েন তন্দু শকপা,** শাকা লানকা ঈশৈ শকপা,—"নঙদি অয়ুম নোংয়ায় লৈকোয় পুংদদি তেংলৈ মকাআম্বু তন্দু শক্লদি তেংলৈ মকা আম্বদি থেংথাং চারিথম্না কংলা খোঁগাঙব্ব উরকএ" চায়ঃ

**হুয়েন নরান শাবা,** নহাক্কী লান ( নহাক্না লান্দা ঙমলবা, ফারবা ) শাবা

**হুয়েন মঙান নাইবা,** লানগী লৈতেং শেম শাবা

**হুয়েন লাঙেল্লকপা,** লান চেল্লকপা

**হুয়েন লানপুং থোনবা,** লান চংপা, লান শোক্ক-কম শেম্বা

**হুয়েন লান শোকফম,** লান শোক্কম, লান তৌফম, লানফম

**হুয়েন লাম্নু চনবা,** লান্দা হাংলকপা য়েকনবগী মকোক নুংগোইবীদা চনবা ( নুংগোইবী লাইরেম্বদা কংপা )

**হুকচেন্নবা,** ইকিং কিংনা চেনবা,—"মিরেন থাবু থুং য়াওরো হুকচেন্না শারেন পন ঙমদিরবগী"—পঃসঃয়ঃক্ত

**হুতৈ তেন,** হু তৈবা তেন,—"হুতৈ তেন শাখিএ" —কংলৈঃ

**হুয়্তাউ,** তাউবা হুয়্গুম্না

**হুখৌ,** অথৌবা হু, ময়াই কাবা হু,—"তাংজা হুখৌ খোইবা খৈবিকপু হুংগাঙ লাউবা য়াওবা খোঞ্জেন ঙংনা ঙংনা"—লাঃশঃথাঃ

**হুপ,** নাপী জাৎ অমা,—"হুপনৌ লেংলেঙ হৌ-রকলে, শজীক য়েম্নৌ কাবনা কুম্নহৌরে দে"—কুমদমশে

**হুপনা,** হুপ মনা

**হুপনা,** ময়াম হৌনা, লোইনা, ঙমনা,—"মৈ-দিংঙু উরাকোম্বোবনা কৌবা ঈরো থোংদা শেল-লোয় লানয়াম থা লংমাই লান মাঙহল্লে হায়বা অসিবু শেল্লোয় পূমনা হুপনা লানচংবাবু হুয়েন লানপাউ চেল্লুদে"—নাঃকঃকাঃ

**হুপনা তোলগা চিংবা,** হুপ মতোন চিংবা

**হুপ্পা,** খোং খোংপা, চিথদবা, লোইনমক য়াওবা

**হুপলেন,** হুপ

**হুরেন,** অকনবা হু,—"তাংজা লিনগী মরুপনা লিল্লা ময়া কা হুরেন থাক্পী মৈরী থোকনা কামথোকএ" —লাঃশঃথাঃ

**হুয়ত্রি,** লশিং কাপ্পবা লাকুংগুম্বা লাগা শীংমিংকনা শাবা পোংশক অমা

**হুয়ক্ত,** নাপী জাৎ অমা

**হুয়ক্রগুম মপোপ চাউবা,** থুনা হোম হোম চাউবা, মশা মঙ ফবা,—"লাইরেন ইনেম্মচা অসিবু ইপাম শেল্লোয় চাকনা হুয়ক্রগুম মপোপ চাউ ইপন লংমাই য়ুনা তিংগোইগুম মনা রেক্লে"—--নাঃকঃকাঃ

**হুয়পুরোই,** হুয় পুবা মী

**হুয়মু তমনা,** হুয়গুমনা

**হুয়রাং শোনবা,** মমায় মকশিনবা

**হুয়রি,** হয়িংগুম্বা তীন জাং অমা

**হুয়রিন থংপা,** বাশকবা ( চীংমীশিংগী মরক্তা চংনবা শরী মামুং ),—"তুয়াই তুরেন মমুং খোং মথক্তা সনা লুপা য়াওনা হুয়রিন থংলে"—চৈঃকুম্বা

**হুয়শোল্লকপা,** চিংলকপা

**হুয়শোল্লাংবা,** অবা পোখাবা

**হুয়হৌরকপা,** হুয়গুমনা লাউনা থোংবা

**হুয়য়াই,** ময়াই

**হুয়য়ায় ঙাইনোকপা,** হাইক্লেং নোকক্লেং তৌবা

**হুয়াই শেনগোয়বা,** ঈকাইবা

**হেকঙাইবা,** হীক হীক লাউবা

**হেকঙাই মুংয়েং চেংনা,** হীকনা হীকনা কপ-তুনা,—"মদু য়াইবী কলনৌনিকলবদা নোংখাল লোন পীতঙঙা লীংলু লোখিবীনা পিরেম থকমা তা হেকঙাই মুয়েং চেংনা বাহমথিএ"—নাঃকঃকাঃ

**হেকঙাই মুংয়েং চেং মুংঙোই সিম ওনবা,** পুকনীং মুংশিবা, মুংঙাইতবা

**হেকঙাই মুয়েং চেংবা,** কপনিং কপানিং তৌবা

**হেকঙাই মপাউ চাউনা,** মখোল থোকনা, হৌনা থরায় বানা, খোঙেন হৌনা,—"ইরেম তোইবী নৈমদি হেকঙাই মপাউ চাউনা পিবেম থকমা ভানা মুংওল্লকএ"—চাঃলাইঃ ; —"বাঙম হেকঙাই মপাউ চাউনা শমু গোঙবু থীগ্না মীকপখিএ"—শমঃমে

**হেকথোকপা,** হায়বা ইন্দবা, হায়বদা তৌদবা

**হেকমাই কাবা,** মথোং কাবা

**হেন্তাক,** ঙাখানচিংবা অপিকপা ঙা মচ কংগ্রগা শুথন্দা কুপনা চোংঙুগা শুবগা লীদুন। মমনবা অচাপোৎ

**হেন্তাক খূত্তম্বা,** হেন্তাক হুথানবা

**হেন্তাক ঙাপান লোই,** হেন্তাক শুনবা ঙা ওম্ব লোই,—"হেন্তাক ঙাপান লোইনে হায়না তেং-থারকলে"—মিয়াং

**হেনথোইবা,** হেন্না ফবা, হেন্না থোইবা,—নৈপাক খুদিংবু হেনথোইএ হায়দববা ?"—ওঃঙবা

**হেন্নদবা,** মান্নবা, খেন্নদবা,—"অজুর্ন তেনাইবগা হেন্নদে"—লাংশঃখাঃ

**হেনবা,** থোইবা

**হেন্নোরকপা,** মশক মতৌ শনৌ নৌবকপ ফঙ-রকপা,—"নুবা কুহৌতো গুম হেন্নৌরকনে" চাঃলাইঃ

**হেনমোই থোইরকপা,** হেন্না ফজবকনা,—"যাম-জেং মফেৎলোই পুম্নমা তিন্না চবৈ খিনৌ শেং লীকশং কোনগা হৈনা শীংলেন চুনবা হৈনা নিংখিববু মোমহু তাংজা শমলকখায চংলেন ম ন ঙান্না হেনমোই থোবকনে"—মোংনিংলম্ব

**হেনমোইপা,** নৈতেংবা,—"খুংগু মবিবানা হেন-মোইপা"—ওঃঙমঃ ; —"শঙলেন অপেম্পা মখায অবাং লাইনা পাংবা শঙ থৌতু নুংমু সিতাপা চেঙচা নুঙেঙৌ নাতাপা নুংকুম্পা শঙনে, শীলেন মশেন লীয়েৎনা নৈরাং মশেন নাবৌনা মতোন থম্পান শানা হেনমোই শঙনে'—কংনিলোন

**হেপথোকপা,** কোয়থোকপা

**হেপ্পা,** কোয়থোকপা, লাকপা, কোয়বা চৎপা,—"শাব ঙ থাঙগা হেপলে"—ধঃলাঃনীঃ

**হেপ ্কপা,** কোয়থোরকপা, চথোরকপা,—'খোয়নৌ মত্তা লাইরোকলেন্দীনা পাউহংঙমে খোয়নৌ ইত্তা শম্বোঙ হুযমু নৈমা-ও নঙবু থাঙজ' হেপথোকনা হেপলকপা নৈকাই পোইথোকনা পাইরকপা অসিবু খোয়নৌ করি বানো হায়না চৈবৈ ফাম্বেং থানা পাউকৌঙমে"—পোঃলুঃ

**হেপলী** চগু,—"হেপলী চীন্দাই শেম শৈওং নাতৈ থিনা শেম্বীবা বাবী"—ধঃলাঃনীঃ

**হেপলুবা,** কায়কবা, চৎথোকলুবা

**হেবা,** যোবা

**হেবি,** ইবেম্মা

**হেবিখু,** ইবুংঙো

**হেমখু,** হি

**হেমচেং,** হেমজেং, চকপা,—"চকপা মীয়িকমৈ হেমচেং মীরোমৈনে"—পোঃখুম্বোক

**হেমজেং,** চকপা, হেমচেং,—"চকপা চা পাখংগা হেমজেং চা নুবাগা চকপা য়োমলোই হৌনা বেবৌ নোয়তমএ"—অনোয়ঃ

**হেমজেংমুবী,** চকপা মুবী, চকপা নুপী,—"চকপা মুবী ফুথি মৈ হেমজেং মুবী ফুথা মৈ"-মৈঃতেংখা

**হেমদৌ,** গোঙ

**হেম্বা** হাও—'হেম্বা পামচাক মৈ"—মৈঃতেংখা ; হেম্বা মচীং কাবকপবু লমওক্লবে"—নিংঃলম্বঃ ; "হাওয়াম পুম্নমানা হেম্বা মঙক হাই লোইবী মখা চীং খুবাক তিল্লাহ মেন তিমেন থাঙতপ পায়না থমেন লানশোক্লববু"-ওঃঙবা

**হেম্বা চংবীরম,** হাওমা চংবী লা থাবা মকম

**হেম্বা মানশরীক,** হাও নাউশেক

**হেম্বা মুবা পাউহনচেক,** কাক

**হেম্বা মুবী,** কাক

**হেম্বালোই** কাক

**হেম্বা শৌ শাবা,** মঙক কনবা, হায়বা ইন্দবা, মনা কনবা

**হেমোইনবা,** নৈতেংনবা

**হেমোইবা,** কেখোক মোখোকপা, নৈতেংবা

**হেলোই,** লমলৈমগী শাইরেংশা

**হেলোয় সুরাবী তরেৎ,** চিংসু, পমসু অরৈসু অহমসু তেংসু তাইসু তোনথাংসু থেরে লোংবম চসু”—নূঃঅঃ

**হেসোন নীকলা,** খরায় বানা,—“য়োয়পু হেসোন নীক লাইরেন পুকনীং থুংনৌ চঙনা বাহমলকপপু” —পাঃনোঃ

**হৈ,** তাউজীং

**হৈ ওম্বোক,** ওনথোকপা হৈ

**হৈকন লাকন,** লাই ভীন থুকনদা য়াওবা হৈ জাৎ, চু হৈনচিংবা,—“লৈথোঙ ফাৎপগী পোৎয়াওদি X X X X অথুম অহাও হৈকন লাকন উচিবা নীপান”—থোঃমশিন

**হৈকু,** হৈক্রু, হৈ জাৎ অমা

**হৈকু পোত্তম পুবা,** হৈজিং খরায় পুবা, হৈজিং পোৎ পুবা

**হৈকু পোত্তম শেম্বা,** হৈনা পোৎ শেম্বা

**হৈকোয় ফি,** ( মমাঙৈগুদা হাওদৈজমদনা শারম্বা ) ফি জাৎ অমা,—“হাওদৈজম নঙদি হৈকোয় ফি শাউ” - লোইঃ শিনয়েন

**হৈকৌনবা,** খয়া বাৎপা, কোবা

**হৈখিবা,** চাখিবা, চঙখিবা, কাখিবা

**হেঙাও,** হৈ জাৎ অমা

**হৈচেন্নবা,** হৈ হেকপা, —“লমলেন মদাইমা অবাং খোইবা চীংঙাংলেন্দা পানবা হৈ, হৈরাঙ খমগোই-থা তাউজীং লোঙজুখবু পোক্লেং লাইচম খয়া তাউ-জীং হৈচেন্নৈগদা”—চাঃ

**হৈজা অওই,** ওইজা ওইথক

**হৈজম খরায় পোত্তম্বা,** হৈজিংপোৎ পুবা

**হৈতরাইবা,** হৈত্তবা

**হৈতৌমুংখাম্না,** অহাউবা হৈ

**হৈ থাম্নদবা,** নীংদবা

**হৈনবা,** শঙ্কবা, থুংলোয়বা, চাথোকপা

**হৈনম,** হৈ মনম

**হৈনমশাং,** কুইনা হৈ মনম নম্বা

**হৈনরম,** হৈনবা লম

**হৈনা,** ভুং, শিকলিবা অঙাংদা চৎপা তখিবদা শীজিন্নবা বাহৈ

**হৈনা ইনবা,** মভুং, ইনবা,—“খমসুং নঙগী নদাই-রেম খোইমুমনা পুবদা সুজানা হৈনা ইন্নকএ”-হেঙ্গ

**হৈনা মউ কেল্লবা,** হান্নমা হায়নচুনা খমলবা, হান্না য়াৎনরবা

**হৈনা মভুং ইনবা,** ভুং ইনবা

**হৈনা মভুং ইন সনা মথৈ য়ায়না,** মভুং ইন্দুনা

**হৈনা মভুং থাং,** মভুংদা লৈবা

**হৈনা মরিন তম্ববা শায়া মপান কুমদবা,** হৌ-নবা কায়দবা

**হৈনা য়াংলু,** য়াংলু মৈবমনা শাবা লৈ, কাক যাত্রাদা কৎপা লৈ,- “হৈনা য়াংলু য়ায়দি কুমশাগে দে”—কুমদমশৈ

**হৈবা,** কোয়চিংবা হৈবা

**হৈবা,** খঙবা, চাবা, - “নঙদি ঐগী তেকপী ইওখ-চা কাইরৈ ইরেনচা ভামু খেরেচাসুঙ শানৌ নঙনা হৈরবরা ?”—চাঃলাইঃ

**হৈ মনম নাইবা,** ঈরাং থৌনিদা য়াওবা হৈ,—“লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী কীরোয় অওবা অনী লফোয় লকাং তরেৎ হৈ মনম নাইবা তরেৎ”—চীংঃলাইঃ

**হৈমাং তানবা,** হৈ পাখী ফ্কলকপা

**হৈলম তরেৎ,** হৈ মখল তরেৎ ( থৌদৌ লাংদৌ ঈরাং পূজাদা শীজিন্নবা ), —“হৈরম তরেং কবোক নাচন তরেং হৈবী মনা শীংজু পুকম্ব লাইবু নাহৈক অমা”—চীংঃলাইঃ

**হৈরাঙ,** হৈ,—“থাংঙাক অশিথেয়ে, অশিবনা পোথাকমনে, তাইবং পানববু হম্না হম্না য়েংদনা মমা মপা মতু মবা মচা অসি থৈবিকপু ঙমনা ভইয়ে হায়বগীবু অশিবা থৈবিকনা মকম অতুদা কপনা লাউনা লৈএ অতুবু খমসুং শিদমুবীনা খম-সুং অশিহৈবু হৈরাঙ থুত্তা পীদনা চাহন্নে”—চাঃলাইঃ

**হৈরাঙ ইউশা,** ইচা ইশু

**হৈরাঙ চার মতমলকপা**, হৈ চারা শেমলকপা

**হৈরাঙ তাইবোঙ্গা**, হৈ চরোং

**হৈরাঙ তুগুম মচা য়ানবা**, গর্ভ পুবা, মশা বাই শংদবা, মীরোনবা

**হৈরাঙ মচা য়ান তাউজীং মরূ পনবা**, গর্ভ লৈবা, মহক থেংপা, মীরোনবা,—"ভানু লৈমা নিংথিবীদি হৈরাঙ মচা য়ান তাউজীং মরূ পল্লা নাকলু ফি য়াল্লে"—ধঃলাঃনীঃ

**হৈরাঙ মচা য়ানবিবা খোয়জি খাংখা মিচুন পীবা**, মরূ হুনবিবা, গর্ভ পীবা,—"নপন পন্থৌ নিংথৌ শ্রীরামচন্দ্র হৈরাঙ নত্তবু মচা য়ানবিবা খোয়জি খাংখা মিচুন পীবা হাওমন খোমশীরিকুম নাতোন নৌনা শিওংবিবা পন্থৌ নপা পোকমাবা তা আনে" - উঃ(রাঃ)

**হৈরাঙ লুকথোং পুনা হোই থিরুবা**, লুহোং খোংদোংতুনা লৌবা

**হৈরাঙ শুংদাই খায়বা**, হৈ মশুং খায়বা,—"কোরৌ নোংজা খুদিংগী X X X হৈরাং অশং য়েং তাউজীং অমুন থম্না পানা লায়াং তৈ, হৈরাঙ শুংদাই খায়, য়েন্নম মপেন শেমনা য়োইনা সেবা তৌজখিয়ে"—একাঃপঞ্চালী

**হৈরু**, কুদাম

**হৈরু কাঙজৈ**, কাঙজৈ মশান্না অমা,— "শক ১৭৯২ ফাইরেন ২০ নি থাঙজদা নিংথেম য়াওনা চৈরাপ গারোং লৈবাক্কী অঙম্বা অকনবা অশোন অনা মপা মপা পানহন্দুনা লৈপাক সুংডাইনবা, হৈরু কাঙজৈ শারৈএ"—চৈঃকুম্বাঃ

**হৈরু মতাই কাওনা**, কুদাম লৌথোক্লুনা,—"পুন্নুং মফুরিৎপু হৈরু মতাই কাওনা মাল্লৌ মখিনফিবু লাইজা ফিগুম তাউনা য়োয়মযাই তাউদনবগী বাংগোনমনোংশা কোরৌ নোংশা মৈদ ফৌরম্মে""—নাঃকঃকাঃ

**হৈরুরা**, হৈ মথল অমা,—"হৈদি হৈরুরানে"—থাঃমৈঃলীঃ

**হৈরু হুকপা**, কুদাম পানবা,—"চৈরৈ মফুরিৎপু পুন্নুং হৈরু হুকপিরি"—নাঃকঃকাঃ

**হৈরেম**, মণিপুরগী মথা মায়কৈরোমদা লৈরম্বা লম অমগী মিং, হৈরেম খুঙ্গান

**হৈরেমচা**, হৈরেম খুঙ্গানদা পোকপা অমসুঙ লৈবা মী

**হৈরেম পোনবী লোক্লাওথোং**, উচেকনা লানবা থোং

**হৈরেম পোনবী লোকলৌখোং লৈতাং শেককুরেক চেকলা নমঙৌবা**, উরোক

**হৈরোম**, জাং অমগী মিং

**হৈরোম কাও**, হৈরোমগী শল

**হৈরৌবা**, ফারম্বা, ফাবা, ফাহৌবা,—"সনা মুকতু তুম্নবু হৈরৌএ" - নিঃলম্বুঃ

**হৈরাইনবা**,—(নূপী) লান্নবা,—"নিংঙোনস্বু হৈরাইনদুনা মুরারি পোকএ" - সংলোন

**হো**, ঈ (থাঙজা কম্বোংনা হায়নবা),— "মখিম থাঙজা কম্পোংনা ঈপু হো কৌএ, ঈ হোপু মালেম লৈতা ডাওতুম ডাঙনা তালমএ"-লমঃথোজ়ন

**হোই থিবা**, "নয়ু ঐগী বাকয়ৈ ইখুনেৎ তোংজেং ইন্নুংচঙবু ওইমবা কৌবা ইঙেনচীংদা কানা তম্না অঙনববু হোই থিরুও হায়না পাওমেন বাগী"—হিঃহিঃ

**হোইথেম ওম্বা**, চিংবা ওম্বা

**হোইরৌ**, শৈহৌ, অহানবা হৌবা, ইপা, নিপা,—"নিপাবু হোইরৌ কৌএ'—অংলমঃ

**হোইরৌ লাউবা**, লাই হরাউবদা শকপা ঈশৈ

**হোই লাউবা**. লাই হরাউবদা শকপা ঈশৈ

**হোই শেম্বা**, শেম্বা

**হোই শোনফম**, পুফম

**হোইশোল্লকপা**, চিংদুনা পুরকপা

**হোইহৌরম**, বা হৌরকফম

**হোই য়ানবা**, য়ানবা

**হোইয়া ফবা**, মীনা হায়বদা য়াগনবা

**হোগাইবী**, কংলাগী মোংচুপ পাংবদা কোন্নুং অমনবদা লৈরম্বা চেকনা শাবা থোঙ অমা

**হোংকু**, অঙৌবা

**হোঙনা**, মরাং কায়না, মমল য়ামদনা

**হোঙনা চাউনা,** মরাং কায়না
**হোঙনেৎ চাউনেৎনা,** মরাঙ কায়না—"ভরা লুকমায়রেম লুকলেন পামনা হা খারম পাকয় হোঙনা লাইরম পাকয় নৈনা কেগে হোঙনেৎ-ননা মোইরাং চাউনেৎনা অহোঙ কুমৈ হৌঙন্দা য়াইথুংলুরে"—নাঃকঃকাঃ
**হোঙনেম্বা,** কুমৈ তৌবা
**হোঙনেময়োই খুঙাউ,** মৈদিংঙু নাউথিংগোংগী মিং অমা
**হোঙবা,** মমল য়ামদবা, শঙ্গাবা,—( কৈথেল হোঙবা, পুঙ্খ্রী হোঙবা, উ হোঙবা, য়া হোঙবা ) —"শক ১৭৯২ কালেন ২০ নি ঈরাইদা ভেরা কৈথেল বিজয় গোবিন্দ য়াওনা হোঙেঙ"—চৈঃকুম্বাঃ
**হোংলা,** কিশি, পরৈ, ফি
**হোংলাতোন,** মচা অতোম্বা, ফি মচীন
**হোংলৈ,** উচেক জাৎ অমা
**হোংলৈ অমুবী,** উচেক জাৎ অমা
**হোজঙ,** থোঙ্গান্দা শাবা শঙ
**হোরৎপা,** নাতৈ চাদবা, থবক পাঙদবা
**হোয়াই,** উনা শাবা পুখম মানবা পোং হাপ্পবা পাত্র
**হোরেন,** ভুহাক লৈরগা, কোয়া
**হোরোন হোপাইবা,** ইরন লনবা, ইহো হোবা, —"নঙনা চরৈ ফি শাবস্তঙ তেমলাং থুংফু য়াংলে হোরেন হোপাইনৈ লংগাই লাম্বী চীংজাঙ উইয়ে"—চাঃলাইঃ
**হোয়দা,** অং, উম, কনাগুম্বা মীনা হংবা নত্রগা হায়বদা শীক্তিল্লবা পাউথুম
**হৌরেন,** হোরেম, ভাইহাক লৈরগা, তুংদা
**হৌ হৌ চোংবা,** য়ায়া লাউবা

# য়

**য়ুম্বা,** পাঙদবা, কিশি ফিরুম তৌবা, মরিংজেন পান্দবা
**য়া,** ময়া নক্কবা, য়ারেন, অচাপোৎ শায়নবা য়ারীদা হৌবা শক্ত অপিকপা, কংফাল ( থুময়া হায়নবা ), —"মমিম নোংয়ায়না তেংথানা থুময়া মিকোনবদি পাংপু কোন-ও কৌএ, কংকালয় য়া-ও কৌএ"-চায়ঃ
**য়াই,** মৈ ( শেলোয় লংমাইনা হায়নবা )—"মমিম শেল্লোয়না তেংথানা লংমাইনা বা হায়না পুংবু থোং মৈবু য়াই কৌএ"—নাঃকঃকাঃ ; লাইরেন পী নাইদবী তরেৎকী নাউকম ; মমল য়াম্বা নুং, মণি ( য়াইভংগুম্বা ) পাম্বী মথল অমা, সনা
**য়াইখুবা,** য়াইখোম শাগৈগী নিপা
**য়াইখোম,** মৈতৈ য়ুমনাক অমা, তাউরোইনাই তরেৎকী নাউকম
**য়াইচনবা,** সনা লুপা চনবা, হীচন য়াইচনবা
**য়াইচেনবা,** য়াই পুবা, মরাইবক ফবা
**য়াইতম্বা,** মাগীদমক শক্তক তম্বা
**য়াই থম্বা মানবী,** য়াইভংগুম্বা পাম্বী অমা
**য়াই থাবা,** হীদাক থাত্লনা পঙথহনবা
**য়াইথিবী,** হরিজনগুম্বা মী কাঙলুপ অমা
**য়াইথী থুত্তম,** কত্তবা থুদম, অমঙলগী থুদম
**য়াই থীবা,** মায়থীবা, লাইবক কত্তবা, দাই য়াদবা,

লাইবক থীবা,—"চীংঙু নঙনা নদাইরেমগী য়াইবী কনবিও য়াই থাবা মপারিনে"—হেঙ্কুঃ

**য়াইথবী য়াইফা,** অরা-মুংঙাই

**য়াইথোঙ,** অশিথোঙ, অশিবগী লম্বী, অশিবগী থোঙজিন,—"ঐদি হয়েং য়াইথোঙ শিরমলেন্দা মাই মৈচীন ওন্দনা রায়রা নথা ওই হুয়েন নরান ওইঙমগে" - চায়ঃ

**য়াইথোঙ করাউখোন,** অশিবগী মীকপ মীরাংচ-পোন.—"ঐদি থমলৈ কানে খোনবু খঙদবী য়াইথোঙ করাউখোনবু শাদবী, শরা মিথুরোনবু তাদবী তেংনৌ পাতাংখোংদবী মেনাং তনবা ঈরীক চোংদবীনে" —নাঃকঃকাঃ

**য়াইথোঙ কুম্বা,** শিবা, নোংমনবা, — "খমনুং য়াইথোঙ কুমডেনে"--চঃখুঃ

**য়াইথোঙ নানম শকপা,** অশিবগী তেংথা নাওই-বা, লিগপলোন শকপা

**য়াইথোঙ রায়েনবা,** অশিবগী নিংথৌ, যম নিং-থৌ, - "চীংঙু য়াইথোঙ রায়েনবা তাইবঙ পানমা থোইবদা খুনখোকসে দে" – কুমদমশৈ

**য়াইথোঙ শাহনবা,** অশিবা পোংলোইনবা থৌ-রাঙ তৌবা

**য়াইথোঙ শিরমলেন,** অশিবগী থোঙজিন, অশি-বগী লম্বী

**য়াইথোঙ শিরমলেন শরা লম্মখাঙ,** অশিবগী লম্বেন, —"হয়েং য়াইথোঙ শিরমলেন শরা লম্মখাঙ-দা থমলৈ মীমুংকোন্দবু নথওক্কররোই হায়বরা" —চাঃলাইঃ

**য়াইথোঙ শীংথালৈ,** অশিভম

**য়াইথোঙ শীংদা চনবা,** অশিবগী খোঙদা চনবা

**য়াইথোঙ শীংগুবা,** চিত্রগুপ্ত

**য়াইনা শোক্কোং থনবা,** থাংপোক থনবা, অশিবা থম্বা শঙ থনবা (শাবা)

**য়াইপল,** য়াই পাম্বী অমমুঙ মাহুগী চাবা য়াথা মপাল

**য়াইপুবা,** মনি পুবা, য়াইচেনবা, লাইবক ফবা

**য়াইফবা,** লাইবক ফবা, মুংঙাইবা

**য়াইফবী,** লাইবক ফবী নূপী

**য়াইফরেন য়াইফ থোইবা,** খু ইংগী হেন্না লাই-বক ফবা

**য়াইফ মিংলেন,** মিংচং অফবা

**য়াইফুবা,** কোনশিবা

**য়াইফৌ,** য়াইতুনা ফৌবা

**য়াইবী,** থবায়.—"শিনজেন রাপৈ নৈতবা য়াইব থবায় খঙবনা য়াইকনয়েদে"—কুমদমশৈ

**য়াইবা ইনিন খম্বা,** হকচাংগী মনিন লৈত্রবা, স্বর হোল্লবা, শিবা

**য়াইবী কলহৌনিক কপ্পাও মথৈ লৈতনা,** কল্লক মিহৌবগা লোয়ননা শাউবনা মৈ হোতুনা

**য়াইবী কলহৌনিকপা,** শাউবা.—"অদোন পুন শিবনা য়াইবী কলহৌনিকনা রাতাথিখয়ে"—

**য়াইবী কলহৌ নিকলবা,** শাউরবা, থবায় শোকনবা

**য়াইবী তুপলবা,** শিরবা, স্বর হোল্লবা.—"হৈরেম কাংবিশু হুমলেন য়াইবী তুপলববু লুরক কাঙদে খি খৌনাউ লেম্বোঙ লেল্লে"—চায়ঃ

**য়াইবী থবায় হিংবা অমন থমলৈ কুম্বা,** শিবা চঙবা

**য়াইবী পীমাপা,** থবায়গী মপু, ঈশ্বর,—"নোং খৌরেন শেনবী খাগেম্বনা পোইরৈ সনা পুংগ ময়ায় কোয়রেন তেংনা চোয়নৌ সনা কম্পান ফমলপতা চীংঙু য়াইবী পীমাপা নঙনা থোইমোম মথানওনপু শানকোংকে হায়পাকি'—স.লাইঃ

**য়াইবী পোললিংখিবা,** থবায় চোংথোকখিবা শিখিবা

**য়াইবী মম্নুংহো তিল্লাং মথোয় শাউনা,** থবায় শোকনা শাউতুনা, য়ামনা শাউনা,—"মুকুতি ব্রাহ্মণা য়াইবী মম্নুংহো তিল্লাং মথোয় শাউনা বা ওইরকলবদা" – ঙঃঙম্বা

**য়াইবী মম্নুং হৌবা,** থবায় শোকনা শাউবা, কম্বী থোকপা,—"তুবী চিঙলেন নোংজ্রেন খোম্বা নিংথৌরেন্না নাতুতারবগী য়াইবী মম্নুং হৌ তিল্লাং

মগোম্ শাউনা পাওখেম্লকএ"—ঔ:ভগা
**য়াইবী মুৎপা,** শিবা,– য়াইবী মুৎলগা তাইবংদা হলখাইনোংবু য়েকলম্বা উঙামলে"—হেঙ্:
**য়াইবী লৌতিন্নরকপা,** পোকমিন্নরকপা
**য়াই মরু,** অরুবা অতাঙবা য়াই,—'চীংঙু য়াইপী হুমচাউপা থবায় তিল্লি য়াই মরু সিত্তাপা-ও খোইমোম নখোঙখাত্তা মানবী খুতপনা মুকমু লৈতোন কোন কাওবীচিগালুক খুংফাং চাংঙৌ চেপনা লোম্না পুরুমচরকে"—স:লাই:
**য়াইরাং চান,** য়াই অরংবা
**য়াইরী,** লী অপিকপা মথল অমা
**য়াইরী থাংখোংনবা,** কাঙ্ছ লেংদা থোংবা
**য়াইরী পাকন,** কাংথোন
**য়াইরী লোকমায় তানবা,** লোকমায় থম্না লী লোবা
**য়াইল শোক্তোং খনবা,** য়েম্পাক তুপ্পা
**য়াইশঙবা,** মচু শঙবা
**য়াইশা,** শগোন অমদি শামু ময়ামগী মকোক (লুচিংবা), —'কৌক্র নোংফৌ চীংখোঙদগী পাম্বোম খুংশম্লনা ফারুবা মুকুঙবলহোপ লুবাংববু য়াইশা হাপএ"—চৈ:কুম্বা:
**য়াইশি,** খুবোমদা শিবা পোং
**য়াইশীং,** শানগী ময়াই কাবা,—"হুয়েন য়াইশীং মরুম ফানলোয়ে"—নিং:লম্বু:
**য়াউশেনবা নমু,** য়াউশেনবা মী
**য়াইশেন য়াইফৌ,** ফৌ অফবা
**য়াইস্কুল,** লৈকাই-মরিগী মমুংদা খ্বাই অমসুঙ বাংখৈ অনীগী মরক্তা লৈবা লৈকাই
**য়াইস্কুল লাকপা,** লৈকাইরাকপা অমা, য়াইস্কুল লাকপগী লাইপাদি মুবানিংথৌ,—"য়াইস্কুল লাকপদি মুবা নিংথৌনে"—ফম:
**য়াউশোম্বী,** অঙোম নিঙেঙান,—'নয়োন মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন য়াউশোম্বী পম্বৌ মপাপোকপু গনা লাইহুইবদি কনানো ?"—চা:লাই:
**য়াওন কোনওনবা,** নিপা নুপী তিন্নবা—"য়াওন কোনওনবদা শোনবদি কাউঙমদবনে"—লৈ:নাউ:

**য়াওজবা,** চাবা, চাখোকপা,—"পানবা লমকন্বা বৈরেন নাখেৎপনা য়াওজনরবরা ?"—খু:লা:লী:
**য়াওবা,** চাবা
**য়াওরৈবা,** ময়েংবম নিপা
**য়াওরৈবা চনু,** ময়েংবম নিঙেঙান,—"য়াওরৈবা চনু হায়না তেংথাবদি ময়েংবম চনুবু থাবনে"—পেন:তেংথা;—"নয়োন মৈত্রেমা য়োয়কমলোন য়াওরৈবা চনু য়াওরৈ লৈম্নাখি খুনকাম লৈ নাম্বুংবু অশেনবা চনু"- চা:লাই:
**য়াওরৌ,** শা,—"লাইরেন ভাংভোই য়োয়মোংবনা য়াওরৌ তুংইন তাম্নরকপদা মোংবা শমু মখুতোনবু পুথরম্মে, অতু নোংগীবু মোংবা কম্পোংপুংও কৌএ"—তু:তং:
**য়াওরৌ থুচুম চোকলবা,**—মফৈ চোকখরবা শা
**য়াওরৌ থুমন,** ওক
**য়াওরৌ পনচনবা,** শা ফাবা, শা কাবা মী,—"লংমাই কোকপা শাকারাম্বা চীংশাং লাংলেপ্পা য়াওরৌ পনচনবনা লাবা খুমন পুনা য়াওরৌ শা নাববু"—না:ফ:কা:
**য়াওরৌ ফমছৌ শা,** চেনখিবা শা,– "য়াওরৌ ফমছৌ শাদি অরাং লাইনা পাংনা চেনখৎলকএ"
—তুতেং:
**য়াওরৌ ফৈশোনরবা,** ফৈ তারবা শা
**য়াওরৌ শজিরেংনা,** শজিনচিংমা
**য়াওরৌ শতুং লৈচাউবা,** শামু
**য়াওরৌ শবেংচা,** শবেং মচি
**য়াওরৌ শা তোকপা তোকমু মৈশাংবা,** হৌদোঙ
**য়াওরৌ শা নাবা,** শা তানবা,— 'খোইমোম মান্দোম অনীমানা য়াওরৌ শা নাবদা খাম্বী মৈচেম্নরে"—চায়:
**য়াওরৌ শামকোই তুরেন মিংথাংকোই নউরা** খোয়্রেম্বাঙ, কোংগ্রেং
**য়াওরা,** লন,—"য়াওবা লন লৈতরবশিংগী মচি লন মরু অচেৎপবু ওইবিরবা"—লা:শ:থা:;
খোঞেন,—"য়াওবা মখোঞ্জেনবু খোঞেন মনিন

নাইনা হুয়েন লান শোক্লকুরে"—লাং:শ:থা: ;
খোন,—"নঙনদি য়াওৱা লোন খঙদরিবা অঙাং মরমচৎকুম তৌরিবা অসিবু মতৌ করিগীনো"—
লাং:শ:থা:

**য়াওৱা থানিন নোং,** পূর্ণিমা নুমিৎ,—"লোইদাম লাংবন থাগী য়াওৱা থানিন নোং কোরৌ নিংথৌ-কাবদা একাদশী পঞ্চালী হায়না কৌবা পুন্য মহৈ চেনবা ৱারী হুংঙাইবা অসিবু পোইরৈ মৈতৈ লোন্দা শৈশেমজরবনে"—এ:প:

**য়াওৱা মশীংশু লোইদাম থাবু ফারবা,** কুম থা শুরবা, অঙাং উনগদৌরবা,—"নদাইরেম ঐগী মোমন্থু তাল্লোয় ইরুন্থী চকমোম তেমথাঙ লোনবী য়াওৱা মশীংশু লোইদাম থাবু ফারববু লৈএ"-চায়:

**য়াওৱা শুজা নম তিক্তা লাইকোয় থোংদরিবা,** মশাদা নমথি হংঙাই লৈত্রিবা অমসুঙ মায়দা মায়হিং কাদরিবা

**য়াকা চাইপা,** য়াগা চাইবা, চাইথায়বা, থুগায়বা

**য়াকাফম,** য়াকানবা মফম,—"হংকোক নারিল্লসুঙ য়াকাফম"—লাই কাও

**য়াকানবা,** লাকনবা, কারকপা,-"লেমলৈ ঙারা ঙাথৌ য়াঙ শরেং শমশাংবীচা ঙারেন কোকপীচানা য়াকানবা লাইয়িংথৌ"—পা:না:হে:

**য়াকারকপা,** লাকপা, কারকপা

**য়াকারকলবদা,** কারকলবদা

**য়াকাশঙ,** মী ময়াম কারকলগা তিনফম শঙ,—"লৈকু খমথেংদা লৈরাই চুপথৈদবা মশেল্লা লেংনা তিল্লা য়াকাশঙনে"—অ:লাল্লু:

**য়াকু,** বৈজুপ, কৈজুপ,—"মোমন্থু য়োইবুনাই নঙদি চরৈ য়াকুহুংদা য়াতাঙমও"—পো:লু:

**য়াকৈবা,** নিংথৌ, লাইনচিংবা তুপ্না হৌদোকপা

**য়াকৈরোন,** লাই অমদি নিংথৌ তুপ্পদগী হৌদোক-পদা শকপা ঈশৈ

**য়াকোন,** শঙ্গাই ( থুমল্লা হাপ্পনবা ),—"নোংয়ায় পুমনা হুপনা শঙ্গাই য়াকোন তৈনা শা [শরীক লাইথন তৈনা শেমনা তাউপংবিথিয়ে"-না:ফ:কা:

**য়াখংলোই,** লাই,—"খোইয়ম লংবা য়াখংলোই তরেৎমদি য়াইবী কলহৌনিকলবগী কেগে চাঙবা পুংবু নমদা হুল্লা থুয়োন লৈখোঙ কায়হল্লমলে"—
—মো:ই:নিং:লম্বু:

**য়াখংলোয় মাপন,** লাই পাখংবা মাপল—"তাই-পঙ পানবু ক্রুনা লৈশেমলকপাতা য়াখংলোয় মা-পল্লা লৈনেৎলকপবু কাওনা কাওনী নেৎলকই হায়পাকি অকাণ্ড থেংকৌ কৌএ"—থে:দৌ:

**য়াগা চাইবা,** লান্দা থুগায়বা, চাইথায়বা,—"মোক য়ুমজাউ য়ান থাহি য়াগা চাইনা পম্বেং নোংগীবু লৈবনে"—জি:চং:

**য়াঙ,** য়াঙলেন, ময়ায়, য়ুময়াঙ য়ুমগী য়াঙলেন

**য়াংথৌ,** হরি নোংনাং

**য়াংগেই,** পাম্বী মখল অমা

**য়াংগোই,** নম্বুল তুরেনগা য়াংগোই কারোংদ তিল্লরগা লোক্তাক্তা তাবা তুরেন অমগী মিং

**য়াংগোই ঈ,** য়াংগোই তুরেনগী ঈশিং

**য়াংকোইপা,** য়াংগোইবা, লৈবা, পানবা

**য়াংগোইবা,** পানবা, লৈবা,—"বিরাট মরৈপাক অসিদা হুনিৎ শীংবুম য়ামনা য়াংগোইফরোই দুর্যোধন নিংথৌরেন্দা খোঙলোয় শীনা রাজ্য লৈ পাক নিহল্লুও"—বি: (মহা:)

**য়াংগোইমিল্লবা,** লৈমিল্লবা

**য়াংগোইরকপা,** লাকপা, লৈরবা,—"হাওরৈ খা পাংনা য়াংগোইরকলে"—হে:জ:

**য়াংগোইরবা,** লৈরবা

**য়াঙতেক,** য়ুম, শঙ্গোয় নল্লগা শঙগী য়াঙ মপক্তা তেকপবা

**য়াঙতেক চাইচিনপা ( চাইচিনবা ),** মতীন ময়াঙ থেকনা হোৎনবা

**য়াংতে খাপা,** ঙাকপা

**য়াংতৌ,** য়াংদৌ

**য়াংদৈ খাবা,** য়াংতৈ খাপা, ঙাকপা

**য়াংদৌ,** লম্মখাং, শারম, লৈহেল্লবা, তীম্বোক,—"পম্বৌ মপা মচা অঙুম্মদি লৈরাই চাংদোনথক্তা তীম্বোক য়াংদৌ চোংগুম করো চাংশোয় ঈরাউ খোনগুমনা মীকপ্পরে"—ধ:লা:নী:

**য়াংদৌ লম্মখাং,** লমখাঙ, লম্বেন
**য়াংদৌ শারম লীবা,** শাগী খোঙ্গুন লীবা
**য়াঙনম,** য়ুংগী য়াঙ মথক্তা হাপ্পা অশাংবা বা নত্রগা উ
**য়াংনা,** লুমদনা
**য়াঙনা,** থুনা, থীন্দনা,—"থৌরম অঙই ওইদা অনীমক্তি সনা নওগী উনগোয়নুংদা য়াঙনা নীংথনবি-ও"—লাংশগাঃ
**য়াংবা,** লুমদবা, থাবা কাঙলুপ,—"তন্ফা নওবু থাবা মরানয়াই য়াংবা মশাকোন্দগী নরাল থৌ চৎলকপরা হায়না কোংনা কোংনা য়েংঙাময়ে কোংঙা পাংও- কৌয়ে, মুনা মুনা য়েংঙাময়ে মুরাপাংও থোয়ারে"—পাঃনাহেঃ
**য়াংলী,** য়ু শুংবদা শীজিন্নবা উরী জাৎ অমা
**য়াংলৈ,** হুয়
**য়াংলৈঙম্বী,** থুমম্বেম নিংঙোন,—"নয়োন মৈতৈ লৈমা থয়োয়রোন য়াংলৈঙম্বী সন নিনগোইগী নমু মৈদিংঙু মোইরাম্বা- তৌনা কৌএ"—চাঃলাইঃ; মধুচন্দ্র মহারাজগী (তমলেন খোম্বগী) মনাউ ইবেম্মা হাওবম চনু মহারাণী,—"১৭নি শগোলশেন্দা মৈদিংঙু তমলেনখোম্বা চহী ৩৭ তা মৈতৈলৈমা হাওবম চনু য়াংলৈঙম্বীগা ফম্বাল কায়ে"-চৈঃকুম্বাঃ
**য়াংলৈ তাউবা,** হুয়,—"য়াংলৈ তাউবা ইহুয় তাংফরোই"—ফৌগোরোন
**য়াংলৌ,** লম্বেন, লম্বী লম্মখাঙ, লমদাং,—"ইবংলেনগী হৈনা ইল্লকপবু য়াংলৌদা চীংঙু নদাইরেমনা তাল্লে"—হেঙ্গুঃ; "য়াংলৌ লম কৈডুনা চেন্নরকপবু হুয়েন লানশোকফম্ব য়োরবগা"—উ.(রাঃ); —"মশাবিগী তাংজা খোঙ্গুন লীথিববু য়াংলৌ শা শেনবগী চেংলৌ মশক উরবদা"—উঃ(রাঃ)
**য়াংলৌ থানথোকপা,** লম্বীদা পুবা
**য়াংলৌ লমখাঙ,** লম্বী লমখাঙ,—'মুংবান লাল্লোই মপুং ফাবনা য়াংলৌ লমখাংমদা খিংলৌ পঙনঙম্বস্তুঙ নোংয়াম ইপা লাই থুমন ইপু লাইনা লনকুবিরবগী ইতোম লাইশেংলকএ"—"মোইঃনিংলমুঃ
**য়াংলৌ লমথৎপা,** লম্বীদা খিংবা, লমখাঙদা থামতুনা চৎহন্দবা,—"লমোই লাইবু নীংবব য়াংলৌ লমথৎলবদি খোইয়ম লাইবু থৎপগা মান্নেএ হায়এ"—দাঃক;
**য়াংজৌ লমদনবা,** লম্বীদা পোখাবা,—"অব পোখ খিসে য়াংলৌ লমদমগিসে"—চীথংঃশাঃকাঃ
**য়াংলৌ লমদাং,** লম্বী, কোরৌ নোং শগোল অতুম্বুঙ মফম মুংঙাইবা থৈবিকপু খিনা খিনা য়াংলৌ লমদাং কুইনা চৎখিরবদা মণিপুর হায়না কৌবা দেশ নৈবাকমদা চঙখিরে"—লাঃশঃথাঃ
**য়াংলৌ লমদাংইন,** লম্বী মতুং ইন্না,—"য়াংলৌ লমদাংইন শমু খোঙথাকম্বু লৈতনা চৎখিবদো"—লাঃশঃথাঃ
**য়াংলৌ লমদাং কুইনা,** লম্বী য়ামনা শাংনা
**য়াংলৌ লমদাংশাং,** লম্বী অশাংবা, লম্বী অরাপ্পা
**য়াংলৌ লমদাং শীৎথখিবা,** লম্বী লমশাং ইন্না চথখিবা
**য়াংলৌ লমদাং শীৎলকপা,** লম্বেল মতুং ইন্না লাকপা,—"পোইরৈ মরাঙ হৌ বাংঙম মবি নাই চৈরৈ মকা ফোং হরাউ পুক্মান্নবা য়াংলৌ লমদাং শীংলকলে"—সংলাইঃ
**য়াংলৌ লম্মখাঙ,** লমখাঙ, লম্বী চবুক,—'য়াংলৌ লম্মগাঙদগী পকলকপা লৈগোমনে"—ঔঃঙম্ব
**য়াংলৌ লম্ম থুপ্পা,** মী শুঙদবা লম্বী, অরোনবা
**য়াক চেক,** উচেক তোংবা
**য়াকাবা,** ময়া কাবা
**য়া কাবা,** মীয়াম তিনবা, লৈবা খোকপা
**য়াকারোই,** মী তিনফম শঙ
**য়াঙম্বা,** য়ারম্বা,—"নঙদি খোঙঙারেমদি য়াঙমলোই নঙবু লোরু হায়দে"—হেঙ্গুঃ
**য়াচঙবা,** য়ুম মনুংদা চঙবা, সন্ধ্যা মমলি মমলি তৌবা মতম
**য়াতানোং,** হিপ্পা থুনিং,—"মশাবি তাইবং সোরারেনগা মোলাং তপ্পাই থক্তা য়াতানোংদা অবাং ফাল্লো লাইমগোম্বনা হৈরাঙ মচা য়ান তাউজীং মরু পাল্লে"—সংলাইঃ
**য়াতাবা,** হিপ্পা, চেপ্পা হিপতুনা লৈবা,—"ঐবু পল্লেম নঙগী কৈরা তাজীনথক্তা য়াতারগে"-উঃ(রাঃ)
**য়াতাবী,** য়াহিপ্পা, হিপলিবী নুপী,—"ক্যাং মোঙ্গুম

যোম্বেকথক্তা য়াতাবী"—ধঃলাঃনীঃ

**য়াদখিবা,** য়াখিদবা

**য়াথং,** ৱাহৈ, হুকুম

**য়াথং অরাক তম্বা,** ৱা কন্না হায়বা, মীবু লাব-থুনা ৱা ৱাঙবা,—"নুংবান ঐবু শোংকিদনা কংলৈ ইঙমাঙদা হুয়েন লান্দারকপা নঙবু কনানো হায়না য়াথং অরাক তমনা পাউহংঙমে"—পোঃলুঃ

**য়াথং অথা থোকনা,** অয়াকপা ৱাহৈনা, অকনবা থোকমনা,—"নপারি ঐগী লঙজা অয়োন য়েংদনা পঙনা য়াথং আথা থোকপিগুনো হায়না পাওমেঙ্গ-বগীনে" - লাংঃশঃথাঃ

**য়াথং চেনবা,** খা চীকপা

**য়াথং থোইয়া শম্বা,** ৱাহৈ শমজিনবা,—"য়াথং থোইয়া শমদৎলাং চিংগোই পাউনম হোয়া লাং শরি পাউওন লৈশোম লাং ফংক্তা য়াইবী শিথিলাং চায় য়েখাই পাউথিনলাং"—লাংলোন

**য়াথং পাংশোই নীকপা,** হায়গদবা ৱা শোয়-থিদুনা হায়দবা, হায়গদবা ৱাংপা

**য়াথং পাওমেন ৱা,** হায়বা ৱা,—"পাংগল মপা লৈতবা অতুনে হায়না য়াথং পাওমেন ৱাদগী হুয়েন লান শোকনখিবদা"—লাংঃশঃথাঃ

**য়াথং লৈথোম্মনা,** লৈশি লৈথোম্না

**য়াথং ৱাপৈ হায়দবা,** অরানবা ৱা ঙাংদবা, অচুম্বা ঙাংবা,—"য়াথং ৱাপৈ হায়দবা পুমুং চংবী লৈয়োংপোক্নবা"—ওংঙম্বা

**য়াথং ৱাপৈ হায়বা,** ওইদব ৱা হায়বা, অচুম্বা হায়দবা,--"য়াথং ৱাপৈ হায়বগী হেরোননা কংলে" —চায়ঃ

**য়াথং হিক হায়না,** থৱায় শোকনা য়ামনা কুং-ঙাইতনা,—"য়াথং হিকহায়না অসুম ৱাকংচবনি"—চীংপংঃগঃচঃ

**য়াথিল্লবা,** শামু য়াথিল্লদা য়েংউ

**য়াথোকপা.** মপান থোকনা চংপা

**য়াপোকলকপা** থোকলকপা,- "লোইদাম থা নিংথৌনা য়াপোকলকপগুম ভুলাই মথুনেং চোয়নৌ সনা লুপ্পদা মিয়েংশেন পুমনা থাম্বা"-লাংঃশঃথাঃ

**য়াথোকশঙ,** থোকফম, পোংথানবা শঙ

**য়ানফৎপা,**—য়ানথৎপা, ককথৎপা,—"পাথৌ থবন ৱাগী ইমুংশোয়ায়মদা য়াওরো শা পন পম্বোন য়ান-ফংলে"—শলকাও

**য়াপনবা,** শামু য়াপনবদা য়েংউ

**য়াবিরোক,** নোংদা লাইরেন পাথংবগী মমা

**য়াবু লাউইরোক,** হঙোই

**য়ামচেং,** য়ামজেং

**য়ামজেং,** লাইক, শারম, কৈকুপ,— "থাঙয়ি লৈরোনচন য়ামজেং কৈকুপ শীৱবু মশীফবি-ও"-চায়ঃ; মায়, মায়পোং,—"শেইমোম তারাবীবু শমু ওয়রম থানা তম্পা য়ামজেং মায়নাংদা ঙাংজা শমপোক্ত" —পোঃলুঃ

**য়ামজেং ইনম মুকপা,** মায় ওনবা,- কিদুনা মায় ওন্দুনা চেনবা,--"থোয়মা ইমায় ওন য়ামজেং ইনম মুকফরোইএ"—চায়ঃ

**য়ামজেং ইতুরোই,** লাইবকনা তবা,— "তুগী চীংঙু ইরাইপক য়ামচেং ( য়ামজেং ) ইতুরোইকি-ৱা ?—সঃলাইঃ

**য়ামজেং কাসা চাউবা,** নোংদম থীবা, লাইবক চাউবা, লাইবক থাবা,—"চীংঙু ঐবু করিগী লাই-বক থারবনো য়ামজেং কাসা চাউরবনো ?"-পোঃলুঃ

**য়ামজেং লাইবক চাউবী,** লাইবক থাবী, লাইবক চাউবী

**য়ামজেং তুরোয় চুংনা,** মতু চুংনা, - "ইমু খলাঙ নীকনা মীকপঙাম্ববু মপন নোবান কাপমী অথোবনা থোমলেন মঙলানচানগুম য়ামজেং তুরোয় চুংনা মিংয়োং শানথৈরে" চাঃলাইঃ

**য়ামজেং লম্মুকনবা.** লম্বী লম্মাংনবা, চংফম থঙ-দবা তৌফম থঙদবা

**য়ামজেং মনম মুক্তবা.** মমায় লৈদুনা চেন্দবা

**য়ামজেং মনম মুকপা.** মমায় লৈদুনা চেনবা, কিদুনা চেনবা

**য়ামদরৈ মেৎশিনবী.** মরা কংহন্দবা

**য়াম্নথোবা,** ফয়াইবা থরদা কৌনবা মিংগৌ,— পানা হাঙ্গারি মরি, পোংশংবা হঙ্গবা, হীদাক

কানবা হঙবা, লৈমনাই হঙবা কমশিং অসি ওইবা কমনাইবশিংবু মশঙনদি অশুপ্পা কৌই, লৈপাক্কদি য়াম্নথোবা কৌই

**য়াম্বা,** ইয়াম্বা, তাদা, ইশাবি

**য়াম্বী,** উচেক অাং অমা, য়াম,—"য়াম্বী তান্না মায়ঙৌ তান্না"—অহোঙ:; লোং, ঙা কোংনবা অমস্তুঙ পোন্নবা থুমোক অরমবা মথল অমা (অঙোমনা হায়নবা),-"ইপাম নোংবান্না তেংপানা লোংবু য়াম্বী-ও কৌএ, মোমহু নুরোইথোং লেমলৈ ভাতাবা শানা য়াম্বী নথংলেনবু মিংয়েং শানখৈরুসে" মোইংনিংলুম্বু:

**য়াম্বী তান্না,** চেঙ চোইতুনা,—"তরা চেঙদি মাঙদা ইন্না য়াম্বী তান্না তরা মায়ঙৌ তান্না খোয়মথোৌবু হোঙনেম্বা লাইয়িথোৌবু হোঙনেম্বা'—অহোঙ

**য়াম্বী মায়ঙৌ তানবা,** চেঙ চোইবা,—"শূকম্ থাঙতপ পায় অহোঙ য়াম্বী মায়ঙৌ তান্না শূম্বান তেরানশৈ"—চাংলাই:

**য়ামলা.** উ.—"নোংবান কদেম শোয়শেনবনা X X X X খোয়পুং মরৌ চাউনা X X X য়ামলা খোংকৈ চীরোনথক্কা লেমলৈ ঙাপুম তৈ য়াইবী ইনিন লোং পায়মা নিংসা শংহোন্ননা শিশিন্নথিয়ে"—নাংকংকাং; হুমাই,—"বাঙেম নাহা কোরায়াংনা খানলৈ লৌতাবদা খোইয়ুম লাইনা ইমুং শোয়ায়মদা লোইমোম থাঙতপশা থাঙয়ি চরাইপেম উপন চেরোঙ কান লে.ইমোম ফৌমায় ফু থাঙয়ি লুম্বান তোং য়ামলা হুমাই মায়রেং হৌঙম্বু থংনা তাম্বোকলে"—চাংলাই:

**য়ারেল,** য়া, য়ারি,—"লাংগোই নাক্কা চঙনা য়ারেল ময়া পাবও"—চৌংথং:শাংক্বাবা:

**য়ারেল খোংজি,** পরেং হোবা য়া, য়ারি

**য়ারেল খোংজি মতাই কাঙনা,** ময়া কাপোক্তুনা

**য়ারেল খোংখৈ চীকনা,** য়া চীকনা, মথা চীকনা,—"মিংলু থম্বাল মানবা অনীমক্কা পিরেম চাইজি ঙৈরাউগোম্বু চৈরোয়ননা য়ারেল খোংখৈ চীক্কদি"—চৌংথং:শাংক্বাবা

**য়ারেল খোংখৈ চাকপা,** য়া ক্রক ক্রক চীকপা, "য়ারেল খোঙখৈ চীক শয়েং পাগতিংনা তকলো শিদং শোয়া ওকলেনগুম কচক হৌ থিংলোগুম মথি নাইথিএ"—চায়:

**য়ারোঙ,** ময়া লোঙবা

**য়ারোঙফি,** (মমাঙৈঙদা থোংগাবমনা শারম্বা) ফি মথল অমা,—"পোংগাবম নঙদি য়ারোঙফি শাউ"—লোংশিনয়েম

**য়ারৌ,** য়া ওরৌ, শা

**য়ারৌ শতুং চাউবা,** শাম্

**য়ারৌ শা নাবা.** শা তানবা

**য়ারৌ শা নিংথৌ,** নোংশা

**য়ারা,** য়াওম্বা, খোঙ্কেল,—'লাইরেন মৈদিংঙুনা থুপাক লোংনা য়া চক্রকন্দরি কৌবনা বেদ মন্ত্র শোন আহুতি পী হৈরিঙৈদা লাইরেন মৈদিংঙুদি য়ারা খোঙ্কেন বাংনা ঐনে ঐনে নোংথিন চাইবী মপারি শ্রীপীতম্বর সিংহ তুবী চরাইরোংবা মপারি হীরাচিংবা থাঙ্গুম্বদি ঐনে"—সংলাই:;"য়ারা কৌবা খোঙ্কেনস্তুঙ কোনথাং কৌবা নিংসাস্তুঙ"—থিংমৈংলীং, লল,—"লনওন পোংয়োন হৈরগা য়ারা লনয়াম তোংচবা, কৈথেন পোংয়োন হৈত্রগা য়ারা লনয়াম মাঙকুম্পনে"—শাংলাই:; ঈশিং, লাইজা,—"য়াওম্বা কোবদি অঙাং পোকলমদাইদা ঈশিং য়ারাগী মশক হান্না লাকপা অতুনা লমলেন শেমলকপনে"—অংলম:; তু, শম, শুজা কোকক্কাই কাবগী মনম

**য়ারা খক্লৌ থিবা,** মগোন থিবা

**য়ারা খোম লৈত্রিঙৈ,** গোন পোকত্রিঙৈ

**য়ারা তুশুপ চুংবা.** তু চুংবা

**য়ারা তুচুংবা,** তু চুংবা

**য়ারা পুরিবা,** খোন পুনশিনবা

**য়ারা মশীংগু চকমোম তেমথাং লোনবা,** মীংরোনবা কুম থা শুরবা,—"খোয়নৌ মতা লৈমা য়াংতৌ অতাঙপীতি য়ারা মশী শু চকমোম তেমথাং লোন লোইতাম থাবু ফারবকী তমকপু খোয়নৌ মতা মঙামক্তী হৈনা মতুং ইনঙমতরে"-খোংনোকাং

**য়ারা মশীং শুরবী,** (গর্ভ পুনা) কুম থা শুরবী

**য়ারা শুজা নম্বা,** কোকক্কাই কাবা

**য়ারা শুজা নম্বা তেক্কা লাইকোই থুংবা,** শুজা

দবা অমম্তও মায়হিং কাবা,—"য়োইবুনাই কৌবা মপু নিংথৌ ××× অমন থাওলেন চল্লিবা নত্তবু য়াবা গুল্লা নম তেক্তা লাইকোয় থুংহিগনো মুংবান ইশারি শাৎনদরি"—পো:লু:

**য়াশৌ,** য়া অরোওবা, য়া অশৌবা

**য়াহিপ্পা,** হিপ্পা,—"য়িরেন চাউকোইমুংদা কমকব্বা লাইচা কোংপোন য়িরোইননা য়াহিপ্পা অঙ্গুম কোয়োয় মিংথৈবিএ"—স:লাই:

**য়াহৌবা,** য়া থিনগ্‌লকপা (হৌগৎলকপা)

**য়াহৌবা,** তুবদগী হৌগৎপা, য়াহৌগৎলকপা

**য়ায়:** ময়ায়, চবুক

**য়ায়তা লাং,** য়ায়দরাং, ময়ায়দা কব্বা,—"লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌনা তুপী য়ায়তালাং"—ঔ:ঙ্গ্বা

**য়ায়তোও থমতোও,** অচৌ অশাং, কয়াই ফানাইবা

**য়ায়দারাংনা,** ময়ায়দা কমত্বনা, য়ায়তা লাংনা

**য়ায়রেকপা,** অহিং লেকপা, কাইবা,—"য়ায়রেকনা চৎলবদি শওলাক কৈরুংনা য়োকলেন ওইএ"—কম:

**য়ারেককম,** অহিং লেককম

**য়ারেকশঙ,** লোয়শঙ অমা

**য়ায়তোও থমদোও,** মচীন তোওবা মী, অচৌ-অশাং, 'লৈবাক কোইবা অঙগ অথৌ, অপান অপিল

**য়ায়ল্লা,** ময়ায় ওইনা তৌবা, মচা নিপা য়ায়মা,—"থাংসি তাউবুং খোংদোবনা ঈরম তোইমী লৈমা চত্ত পানত্বনা পাথং অহনবগা য়ুনাউরোই য়ায়মবগা কামু অতোনবগা অহুম্না পোকএ"—শঙ:ফ:

**য়ায়মা,** অহনগী মথং, ময়ায় থংবা

**য়ায়া লাউবা,** লাই হরাউবদা লাউবা মরাউ অমা

**য়িংখোল কৈরোই,** শবন,—"লৈকাই য়িংখোল কৈরোই মুংতা পানপা লৈ"—পা:নো:

**য়িখেরেন নামুংপা,** লাই অমা, -"খোইয়ম য়িখেরেন নামুংপা নত্তপু কোরৌ নোংমতোন অথাপ্পাকি কুমলক-ও মালেম লৈখারোনতাকি কারকও"—পা:নো:

**য়িমুং মতম ঙানবা য়াই,** থা,—"মশাপি ভাউহুইরেং অহনপাতি য়িমুং মতম ঙানপা য়াই লোইভাম থাচা পাথংপা আত্তে তাউহুইরেং অহনপা থাচা মায়রুপা কুমচা তেশিনয়াই থাচা কুমওন য়াইপু সানলোনথিএ"—পা:নো:

**য়িপাল,** ঈপাল, ঈশিং মপান, তোর্বাল,—"নিংথি য়িপাললেন্দা চাওডা ত্তংকোনলেনবু লোকলে"—ঔ:ঙ্গ্বা:

**য়িম,** য়ুম,—"নিংথৌগী য়িমদা য়াংগোইয়ে হায়বগী য়াংগোইজম কৌএ"—খা:য়ুম:

**য়িমকাবা,** য়াওং ইনবা, মুয়িনবা,— "মৈদিংগু নমেম মচা হোওনেময়োয় খুত্তাউ লোকয়ি শেয়োই নাই লংমাই ত্তংনা য়িমকাবা শেয়োয় মুয়িনবদি কদায়নো ?"—না:ফং:কা:

**য়িমকা রা,** য়াওং ইন্দুনা লৈবগী বারম

**য়িমথৈতাবী,** য়ুমদোমপোক্তা লৈবী,— "হাওমু কৈশিতোনবী কেগে ঙানথা য়িমথৈ তাবী মোইরাং থাওডা য়ুমতোমপোক্তা মথংলেন কাকলেন নোংতংসুচা মোইরাং কাপমি অথৌবনা থৌবা য়িমলাই ঙাক্লবী"—চা:লাই:

**য়িমপুক খুদিং,** য়ুমথোও খুদিং,—"লৈকাই য়িমথোও খুদিংবু হুম যজ্ঞ তৌবদা পুকনীং হয়োক লৈত্তে"-লাং:শ:থা:

**য়িমবী,** য়ুম্বী মথোও

**য়িমলাই ঙাক্লবী,** য়ুম শওনবী, "মথংলেন কাকলেন নোংতংসুচা অথৌবনা য়িমলাই ঙাক্লবী"—চা:লাই:

**য়িমলেন শাইগং কোয়বা,** য়ুমগী মায়গৈ মরিদা কোয়শিনবা

**য়িমশকৈশা,** য়ুমশকৈশা মুমিং

**য়িরাংমা,** তুরেন বাংমা,-"নিংথি য়িরাংমদা লোইচারি চীংখোওমাদা"—ঔ:ঙ্গ্বা

**য়ু,** পু, ইয়ু-ইপু, ইবুধৌ ; নয়ু-নপু, নবুধৌ ; ময়ু-মপুবোক, মপু-, মপুধৌ ; বাংলৈ, হাওদৈ

**য়ুকোবা,** য়ু থকও হায়না কোবা ঈরা পুতা তৌবা, পীজ পীথকপা

**যুতৌ পুজা ওৎপা,** পূকয়ু
**যুচেং,** লাইবংথৌ অমা
**যুতিং মতাং তোয়বা,** যু তিঙবা,—"মপন লাই-রেন লাকপা কংলে মশূমাঙদা উহক শেংগম শা উই পোৎতোং লোন থাঙবায় লী পুনশি কজেং লীয়াথোনা লীরেন পাকা কন যুতং মতাং তোয় থোনথম মনারেক থরাম লামথননা অহোঙ লালু তৈনা তংবম শূ"--চাঃলাইঃ
**যুতুং,** হুমিৎ যুংবা মতুং,—"হুমিৎতি শগোলশেনগী হুমিৎ যুংবা যুতুং পূং মার তাবনে"—শঃথৌনিঃ
**যুথক,** নোংমগী শরক নীপান থোকপগী শরক অমা
**যুনাউয়োই য়ায়মবা,** চেংলৈগী নিংথৌ থাঙমি তাউবুং থোংদোবনা ঈরেম তোইবী লৈমা পায়তুনা পোকপা মচা নিপা য়ায়মান। মহাকনা য়াওরৈবা চহু পায়ে। চেংলৈ শলাইগী ১। লৈশাংথেম ২। থাগোকপম ৩। নাউশেকপম ৪। ইংগুতুম ৫। খোইরোম ৬। মৈনম ৭। চোংথাম ৮। হৈরাম যুমনাকশিং অসি মাগী ঈনি।
**যুনারেক,** মনা থোৎপা,—"লোবাই যুপুংকোই যুনারেক চিবা পাউনাইদবা মৈশাংবনসুঙ"—হিঃহিঃ
**যুনৈনবা,** যু থকপা
**যুনেহোবা,** যু মরাং কায়না থকপা
**যু পানবা,** ফম অমা, যুগী থবক তৌবা ফম
**যুপান লাংবা,** যু কংপা
**যুপানহনবা,** যু পায়বগী থবক তৌবা ফম অমা,—"মদাইরেম যুপানহনবা হোঙনেমগুম্বা নিংথৌ কনবা চোয়নৌ সনা থাউচাউ পুবনা পাওমেন্নকএ"-চায়ঃ
**যুপিংবা,** যু ঙাওবা ( নিপা ),—"লমদা থাদি শগোলশেন্না হন্নে, ২০নি যুমশকৈশাদা শোমপেমচা অনীদংবু যু পিংদনা শিএ"—চৈঃকুম্বাঃ
**যুপিংবী,** যু ঙাওবী
**যুবীরাকপী,** অকম অথৌশিংগী লান্ন ফানবা মশানা অমা
**যুরা তোনওম্বা,** যুনা হায়গত্নুনা কোক্কা কাবা
**যুরা ফানবা,** যু কংপা.—"পূকয়ু লাইযুনা যুরা কান্না লাংও"—চীংঃলাই
**যুমিৎ,** লান,—"হুমিৎ লানজেনখোন কাক লানবাউখোন চীংনুং ঈরাউখোন চীংশাং নায়েখোন তামনা হুয়শোনখোনব নাচুংব্বা"—চায়ঃ
**যুশিন রাইবা,** যু পীথকপা
**যুহু থোবা,** যু তংবা হৈবা
**যু য়োংবা,** যু থকপা
**যুম,** লৈনবা শঙ, শঙ্গাই,—"যুম থাইথিরে হায়বগী যুম থাইবম কৌএ"—খাঃযুমঃ
**যুমওইনবা,** যুম ওইহনা লৈবা
**যুমকা তম্বা,** যুম পানবা
**যুমকাবা,** যুমদাংবা
**যুমথু,** যুম
**যুমথু মনিল মাইবা,** যুম মরাং কায়মা লৈবা
**যুমখৈ ঙাকপা,** যুম শঙবা, য়িমখৈ ঙাকপা
**যুমখৈ ফংবা,** যুম চঙবা,—"নোংয়ায় যুমখৈ(য়িমখৈ) ফংনবা হুয়তাউ য়িময়া হেপ্পববু চীংগু নোংথৌ সোরারেন অয়াং পাখং য়োয়রেনবনা তাংজা শম্পুম মরুম কোয়রেং থোয়দিং ময়মতপু লনকুসুনো"—থঃথাঃহিঃ
**যুমপা তম্বা,** যুম পানবা, মতু থিবা
**যুম চঙবা,** যুমদা চঙবা
**যুমচিন কাককৈ থাবা,** নিংঙোন থাজবা,—"মপন্না পাচা থৌ পিংনা শেনকু নানমনা যুমচিন কাককৈ থা শূমায় উরোংখিন পামেন উরাই হকপবু লৈবরা হায়না পাউ হংবি-ও"—পোঃলুঃ
**যুমজাউ লাইরেম্মা,** লাইরেম্মা অমা, কোন্নুংগী লাইরেম্মা,—"যুমজাউ লাইরেম্মগী কাদি মাপল শুবনে''—যুমঃলাঃকাঃ
**যুমজাও লৈমা,** লাইরেম্মা অমগী মিং, যুমজাও লাইরেম্মা; যুমজাও লৈমগী জেংথা :— মোংবা থাজা যুমজাও লৈমা য়াইফবী, মোংবা থাজা যুমজাও কারেন মাপনমক্তা হেমোইবী ১। যুমজাও কারেন অমদা লাইনিংথৌ সনা কানে ২। যুমজাও কারেন অমদা তয়া চউম কানে। ৩। যুমজাও অমদা নেনে য়াহিপ কানে। ৪। যুমজাও কারেন অমদা কদিবি মৈয়িং কানে। ৫। যুমজাও

কারেন অমদা ইমোইশু অহোংবী কানে। ৬। য়ুমজাও কারেন অমদা লৈমা অরেম্বী খোঙহাম কানে। ৭। য়ুমজাও কারেন অমদা পেতংঙা লিকলু লৌখিবী নোংগা কানে। ৮। য়ুমজাও কারেন অমদা অঙৌবা পুরৈরোম্বা কানে। ৯। য়ুমজাও কারেন অমদা লাইনিংথৌ পাখংবা চৎলম কানশাং কানে। হে ইবেম্মা নারায়ন্না লৈমেন ওইরিবী, নচুনা নোংথাঙ ওইরিবী, নয়েংনা পাম্থোইবী নঙনা নশ হে বুংথৌ হে বের্মাশংবু খয়োম লাগা শানা পুয়োক লাংগোনবিও কুবিও।

**য়ুমতিন্নবা**, য়ুমদিন্নবা, পানমিন্নবা

**য়ুমথৈ**, শক্‌মতুনা লৈনবা শঙ,—"শক ১৬০৭ লমদা থা ১৩ নি শগোলশেন্দা য়ুমথৈ শাইএ"—চৈ:কুম্বা:

**য়ুমদাং**, য়ুম তাংবা

**য়ুমদাংবা**, য়ুম তাংবা

**য়ুমদাংশাংবা**, য়ুম অশাংবা অচৌবা

**য়ুমদাবা**, শাগৈ শাগৈগী অমসুঙ মীরোন মথং মথং হৌরককম ইবা লাইরিক, লম লমদা শন্দোক্লা তাখিবা শাগৈগী মৈহৌরোন, য়ুমশেংপা, য়ুমজঙবা

**য়ুমদারোক**, য়ুম তাবা

**য়ুমদে নাকশেন**, লাইশোন অমা,—"হা মে মাঙ শোক মদাইমদা, ফমলেন মতাংমদা, য়ুমতংদা কোন্নংদা তাকতু মদাইমা, শেনখোং নারিনমা, পরৈহোংগামাগী থুনাম্বা নাঙৈবা নকমশেং নফানশেং নখোজান নরাললি চাশোংকম নাওশেংকম মাংগোন্নাং নগুংলাং নগুমাঙ নথেনমাংগী কাওমাস্নমারোংবু থরৈ লেমলৈমাদা হাউং হায়েং।

**য়ুমদোন লোম্বা**, খুন্দোন্দা লৈবা

**য়ুমলকচঙ য়ুমথৈ কংবা**, খুল্লক য়ুমলক চঙবা

**য়ুমলেন**, য়ুম, মরু ওইবা পিবা,—"কম্বাম ইথায় ভাবা মহুসিং ময়মনে, য়ুমলেন্নে"—শঙ:ক:

**য়ুমলেন ঙানবী**, শক কজবী নুপী

**য়ুমলেন নাকলৌ শিনবা**, নিংথিজনা শিনবা

**য়ুমলেপ চান্না তম্বা**, য়ুম কৈ পানবা, মচা মপু পোকপা

**য়ুমলোম্বা**, হৌদোঙ

**য়ুমলোই**, য়ুমলোন কৈরোম্নবা

**য়ুমশেংপা**, মৈহৌবরোন অচৌবদগী খাইদোক্লুনা ইশ্রবা শাগৈগী পুয়া

**য়ুময়া**, য়ুম ময়া, য়ুম মনাক

**য়ুময়া হেল্লা**, য়ুম ময়ায়, য়ুম চবুক

**য়েক**, শলাই

**য়েক তরেৎ**, নিংথৌজা, অঙোম, লুৱাং, খুমন, মোইরাং, ঙানবা (খাবা), শরাং লৈশাংথেম

**য়েক তৈবা**, ফজনা য়েক থোংপা

**য়েক্ক ইরৈ চনবা**, তাথী শোনাইবা

**য়েক্কবা**, তাথৌনবা, মুংঙাইহনদবা, চান্নদবা

**য়েক্কমৈ**, য়েক্কবনা থাবা মৈ,—"শঙ্গাই খাম্বী মৈ থারবা অসিবু শেনবী য়েক্কমৈবু মাল্লে"-খ:লা:নী:

**য়েকলাবা**, ময়েক লাবা

**য়েৎকোন**, য়ৎলোমদা কোননা,—"লৈতৌ য়োৎ নাকান থাঙ শিং য়েৎকোন ওয়কোন"—চীং:লাই:

**য়েৎক্রে**, য়েৎ থংবা

**য়েন**, হকচাংগী থোঙদগী শৌদোকলকপা মকে,—"য়েন কৌবদি মকেনে—মকে কৌবদি থোঙ তরুক্কেগী শৌদোকপনে"—পো:শেক:; অখোম শাংউৎয়েন্দি মুশীংনে, মাঙোন্দগী নপনে তিন্নে অনীমক থোকএ, শম্থোঙ তৈমায়েন্দি মিৎসাংনে পিনে অনীদি ঈশিংদগী থাকএ, চথাবা চীংমৈশাংদি নাতোম্নে, শম্থোইচীং কৌবদি পীগুম অনীমকনে, শম্থোঙ কৌবদি নাকোং অনীনে

**য়েন**, কাইরৈ, উচেক মখল অমা

**য়েনখোইবা**, য়েনখোম য়ুমনাক ওইবা নিপা

**য়েনখোম খোমহানবা**, চেঙজেন লাঙবা

**য়েনগোই থুংবা**, য়েম্পাক তুম্না

**য়েনচা**, য়েন মচা

**য়েন্দং**, পাম্বী মচা জাৎ অমা

**য়েন্দং লুক**, য়েঙ্গাং হাপনবা খুম্মোক

**য়েন্দাং য়াংগুম্বা**, য়েন তানবগুম্বা

**য়েন্দালোই**, লমজেন য়াঙবা

**য়েন্নারেক**, মমা লেকপা

**য়েনপোৎ ইথোৌরাঙ,** ঐনা শীনবা খূজিন থৌরাং

**য়েনপোৎ ইথোৌরাঙ য়েন্নাঙ ইঙমদম,** ঐনা শিন্নবা খূজিন থৌরাং

**য়েনবং,** পাম্বী জাৎ অমা,—"য়েনবঙ ফাইবং পোকপা চীং পুংফাই তোনয়াম পানবা চীংবু ঙম-লোয়্রনা"—নাঃকঃকাঃ

**য়েনবা,** য়েন লাবা, য়েনবারাবা

**য়েনবা,** পোকপা

**য়েনবা খম্বোম্বা মম্নিশিন,** য়েনহিং থাফম

**য়েনবারাবা,** য়েনবা, য়েন লাবা

**য়েনবী,** য়েন মপী, পোকপী

**য়েনবী ছুয়য়া লোম্বা,** চকম য়াওদ্রবা

**য়েনম্নু তমনা,** য়েনগুমনা

**য়েনহিং,** য়েন অহিংবা

**য়েনহিং থাবা,** য়েন অহিংবা লাইদা কংপা, য়েন অহিংবনা ঈরাংপা,—"মায়কৈ মরিমাদা য়েনহিং থাও খোঙশি নাশি কোনয়াই হাপও"—চীংঃলাইঃ

**য়েনহিং য়েন,** য়েনহিং থানবা য়েন,—"শাদি হামেঙনে য়েন অঙোবা অমা য়েনহিং য়েন অঙো-বা অমা খোঙশি নাশি অসিনা লাংও"-চীংঃলাইঃ

**য়েনহেন্নবা,** চাবা য়াদবা পোৎ, চাহৈদবা পোৎ, —"চুপ শাই চাংগ্রং চুড়ামানবা য়েনহেন্নৈ"-চৈঃকুম্বাঃ

**য়েনয়োম্বা,** য়েক্লাং য়োম্বা

**য়েম্পাক,** ফুংনোং অমম্লুঙ ফুংশাদগী কন্ননবা তুপ্পবা পে মখল অমা,—"সনা য়েম্পাক তুপ্পবু ফাইনা হুনবী"—খাঃঙমঃ

**য়েলহৌ,** অহানবা, অহৌবা হৌগৎপা

**য়েলহৌ খোইরা,** অহানবা, অহৌবা

**য়েলহৌঙৈদা,** হৌগৎলকপদা, অহানবদা, আঃ মমাইঙৈদা

**য়েলাং** য়েক্লাং চাবা য়াবা চাউখোং মানবা পাম্বী অমা অমম্লুঙ মাত্রুগী মনা; থৌরাং

**য়েলাং ঙমদম্বা,** থৌরাঙ তৌবা,—"শংলৌ থৌ-রাং করম তৌনা য়েলাং ঙমদমবিগে হায়রিবনো!" —লাংঃশঃখাঃ

**য়েলাং ঙমদমবীবা,** মরম শীমবিবা

**য়েলাং থোচৎপা,** থবক ইনথাং চৎপা

**য়েলাং থোচৎপী,** থবক চৎপী (নুপী)

**য়েলাং মঙমদম,** মথৌরাঙ

**য়েল্লু,** ধারা, ঈ; ইয়েল্লু- ঐগী ধারা; নয়েল্লু—নঙগী ঈ, নঙগী ধারা, নহাক্কী নচা নশু; ময়েল্লু মাগী ঈ, মাগী ধারা নালা

**য়োই,** ফজবা

**য়োই কোম্নুং,** কোম্নুং

**য়োইকা শকপী,** কেমৌনা শক ফজবী,—"ইচু লাইরেন অরেম্বনা চানবী পোইরৈন। য়োইকা শক-রিঙৈ য়োইকা শকপী, বাংঙমনা য়োইকা থাদরিঙৈ তম্ফা ইতোম হান্না থাবী"—পাঃনাহেঃ

**য়োইচান্নবা,** লুনা তৌবা, চান্নবা,— "মমোম তম্ফা বাংঙমলোন চীংলাই লৈমা লাইরেন কদেং-ঙানবা চম্লুবু পীনা য়োইচান্নরে"—চীংথংঃশাঃফাঃ

**য়োইচানবা,** থৌজানবিবা, মুংশিবিবা

**য়োইচানবিবা,** থৌজানবিবা, লুনা তৌবিবা, চান-বিবা

**য়োইচীংলেন তমহৈবা,** লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়-মোংবা,—'নশাবি য়োইচীংলেন তমহৈবদি থুমনাউ পুমনা হুপ য়েন্নাউ পাকন। তাইনা থৌনাবা, অসিনে পাউতাকথোনগী য়োইহৈতোন তাউথিংমাংনা মশাবি লাইরেন য়োয়মোংবগা লমওক্লরে হায়দবরা"-তুঙেঃ

**য়োইথোনবা,** হাপচিনবা,— "মৈদিংঙু পুন্সিবা থেমথা য়োইথোন শঙনে"—অঃলাম্ল

**য়োইনবা,** চান্নবা, লুনা তৌনবা

**য়োইনা,** লুনা, মুংশিননা, থবায় য়াওনা,—"তাং-জা লুদা থোংনা লীকলাই সনা খুম্না খাদা য়োইনা থোথনজবনি,'—ঔঃঙম্বা

**য়োই ইরনকুবা,** ঐনা তাকপা

**য়োইনা ঙমদম হৌবা,** থবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনবা

**য়োই নোংদা,** মুংঙাইবা চমিত্তা

**য়োইবুনাই,** ইবেম্মা,—"য়োইবুনাই নঙবু নতা খুনবোইগুনো"—য়োইঃনিংঃলম্বুঃ

**য়োইবুনাই ইনেম্মচা,** থোয়দাবী তান্নোম,—

"য়োয়বুনাই ইনেমচা পেম্মা-ও নওদি পারি শাং-মরবা ইমোম ফুমনরবা নত্তবরা"—চাঃলাইঃ

**য়োইমোংবা,** মৈত্রবাক্তা খৃষ্টাব্দ ১৫৪৫গী ২৬৪ কাওবা পাল্লবা মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোকনা নোংবাল্লোন নোংমোইম্বু অহোংবী পাল্লদুনা য়োই-মোংবনে তাউথিংমাংনে মমোম লাইরোকলেম্বীনে অহম পোকই। মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোকনা খুপপ্পবদা য়োইহৈতোন তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওই-খি। মচন নুপী লৈমা লাইরোকলেম্বীনা কৌব্দা পাল্লবা কৌবা অঙাংঙাদা ওংখি। য়োইমোংবগা তাউথিংমাংগা মচীন মনাউ অনীনা লৈবাক অসিগী মরু ওইবা তু খোং কয়ামুক তেংখি। "ঙাংঙোই য়োইমোংবা য়োইচিংলেন তমহৈবনা শানৌ য়োই-হৈতোন তাউথিংমাংও নওদি অবাং ফাল্লো লাই-মাকোন লিনবাই থারনপোক কাকলেন সিলম সাংগোন ঔরি সমৈ থাং মিরা পোংথোকলম লম-লেন কোনবিরা হঙোই কোনথিং নুরাবীনা বাই-কোইরম তাংজা লিল্লা পাখংবা বাইচল্লম লিনবাই ঈ মরুদা থোনা-ও, নুংবী খনথাই য়ামদে, লিরেন কংসি নিকতে, শীংবী থরোন য়ামদবনে লাইজা ঈহুং হক্তে"—তোরৈঃ

**য়োইরাংপোক পুল্লিবা,** খুমন নিংথৌনি, থৌ-বান্দা পাল্লম্মী। খুনন নিংথৌ লুংবা অহনবনা ঙাম্বরোন নিংথৌ য়েন্দং চম্বু লৈমা থমোইরেম্বী পাল্লদুনা পোকপনি। নিংথৌ য়োইরাংপোক পুল্লি-বনা ঙাম্বরোন শম্বোঙ চম্বু য়াইবী লৈমা পাল্লদুনা কচেং বায়েংপা পোকই। মাগী মথংদা মচানিপা কচেংবায়েংমাংবনা খুমনগী নিংথৌ ওইখি। য়োইরাং পোক পুল্লিবা অসি খৃষ্টগী মরিশুবা শতাব্দীগী মমৈ-দা পাল্লমই। নিংথৌ অসিগী মনাউ নিপা য়ায়মা কচেং খুয়ি য়াবগী মচানুপী থয়োয়রোন কাইরৈমা মৈতৈ নিংথৌ নাউফংবনা লৌদুনা মৈদিংঙু শমৈরাং পোকখি। —"মৈতৈ লৈমা থয়োয়রোন কাইরৈমা থৌবান নিংথৌ য়োইরাংপোক পুল্লিবগী মশানৌ য়ায়-মবা কচেং খুয়ি য়াপনা পোকপী থয়োয়রোন কাইরৈ-মগী পম্বৌ মপা পোকপু সনা লাইগুইবদি কনানে'?"
—চাঃলাই

**য়োইহে,** নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা কমথোন কাদবী **য়োইহৈতোন তাউথিংমাং,** মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোকনা নোংবাল্লোন নোংমোইম্বু অহোংবী পাল্লদুনা য়োইমোংবনে য়োইহৈতোন তাউথিংমাং-নে মমোম লাইরোকলেম্বীনে মচা অহম পোকই। মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোকনা খুপপ্পবদা খৃষ্টাব্দ ২৬৪ঃ দা য়োইহৈতোন তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইদুনা খুঃ ৩৬৪ কাওবা পানখি।

**য়োইহৈ য়োম্মদাংশাং,** ইবেম্মশিং মরাম

**য়োইয়োইফবা,** মশা ফবা

**য়োইচয়াইরকপা,** পুথোকলকপা

**য়োইয়োকপা,** য়োকপি থাকপিবা,— "লাইরেন ইপা মৈতেংঙু নওপু য়োইয়োকপিকে"—পাঃনোঃ

**য়োংথিবা,** থকথিবা

**য়োংবা,** থকপা "বাংলৈ চীনখুনমবু য়োংথিও"
—নাঃফঃকাঃ

**য়োংমল্লবা,** থকমিন্নবা,—"বাংলৈ চীনখুনমবু য়োং-মল্লখিয়ে"—থঃথঃহিঃ

**য়োং খুনেং,** লৈপাক্তা থমলগা (থারগা) মথক্তা নেংত্তুনা লেপ্পবা থাবা অপিকপা য়োং মতেক অনী,—"লমদা থাগী খাঙজা অহানবদা মায়গে মরি লান্নবা পোন্নয়াওদি ×××××× য়োং খুনেং তরাতক্লক লাংথে খুদাপ মরি"—থৌঃমশিন

**য়োংপী লুতুম্বা,** য়োংপী অতুম্বা,-"য়োংপী লুতুম্বা খুবোম অমা কুইবা অমা"— চীংঃলাইঃ

**য়োংশুবী,** ফুংগাদা থম্বা মখোঙ অহুম পানবা য়োংনা শাবা পোং, য়োংশবী,—"নাহে কু খাবৈ চেকপ য়োংশুবী লৈতৌয়োং" —চীংঃলাইঃ

**য়োনদনা,** শোয়দনা, তঙাইফদনা,— "খোইমোম ইশাবি চীংগোই ময়াথংগীনা মুংবান খুম্বী মৈমাঙচন শায়বু মৈতান পকপবু য়োন্দনা তানফংলক্লে"— —পোঃলুঃ; "পুনশি চহৈ য়াম চাপীং নোংশাং কুই-না পাল্লবা তুগুম্ববু খোইয়ম লাইনা য়োন্দনা লনকু-সুনো"—রাম নোংগাবা

**য়োনফদনা,** তঙাইফদনা, শোয়দনা,-"লীরী থম্মোই তিংনা বায়রা তেনবায়খিববু য়োনফদনা বক্রবাহন অকনবগী পুকনোপ অহোবদা থারুরে"-লাংঃশঃথা

**য়োন্দবা,** লান্দবা, মরান লৈত্তবা, শোয়দবা

**য়োন্নবা,** য়োনবা নত্তবা

**য়োমদম পৈবা,** ময়াম পৈবা, ময়াম ওমশিনবা,—"হৈরাঙ লোঙচুম পাল্লকলে চেকলা য়োমদম পৈনদি চাওথৈনরে দে"—কুমদমশৈ

**য়োমদাং শাংবা,** ময়াম হৌদুনা, ময়াম য়াওনা,—"নূরা হৌনা য়োমলোই হৌনা পাপংগীদি য়োমলোই হৌনা পাখংগীদি য়োমদাংশাংবা"—অহোঙঃ

**য়োমলোই,** ময়াম

**য়োমলোই হৌবা,** ময়াম হৌবা

**য়োমলোই হৌবা য়োমদাং শাংবা,** মী ময়াম হৌবা,—' শেল্লোই য়োমলোই হৌবা লংমাই য়োমদাং শাংবনা পাওমেনখিয়ে"—নাঃকঃকাঃ

**য়োমলোই য়ে মদাংবা,** লোয়নরকপা

**য়োন,** পেন, বেন, মবেন,— ইয়োন—ইবেন ; নয়োন—নবেন, ম.য়ান—মাগী মবেন

**য়োলবা,** শোয়বা, লানবা

**য়োয়চাল্লখিবা,** লুনা তৌখিবা. চাল্লা তৌখিবা

**য়োয়চাল্লবা,** চাল্লবা, লুনা তৌনবা

**য়োয়নরবা,** থৌজানথিরবা

**য়োয়বু,** নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা কমথোন কাবীশিং—লৈমরেন (মহারাণী), অপাম্বী অহন, অপাম্বী নাহা, লৈমখুবী অহল, লৈমখুবী নাহা, মকোক ওইবী লাইরেম্মা

**য়োয়বু খোইমোম শীংজাখোম্বী,** মহৈগী লাইরেম্মা

**য়োয়বু লোইমোম ফৌওইবী,** ফৌওইবী লাইরেম্মা

**য়োয়বু লোকল্লৌ খুদোন ফুবা,** খোঙবী মরু লুকপা

**য়োয়বু রাংঙম শানওনচেক তক্কা খাবী য়োই ওই চেক,** চীংশোং লমলৈমা, চীং খুন্থ,—"উতোন থক্কা য়োয়বু রাংঙম শানওনচেক তক্কা খাবী য়োইওইচেক চীংশোং লমলৈমনা পোনবী চীনওক্কনা খোংথৈবাই য়ালেম লৈথারোনগী লাইজা ঈয়ম তরেৎমানা খোংলেন ঈফাওরম" মোইঃনিংঃলম্বঃ

**য়োয়বু শমজি ওাইখোল্লবা,** শমজি পুনবা

**য়োয়বু শমু খোঙনা ফংবী,** মনাই অচানবী

**য়োয়ময়াই তাউদনবা,** হুমিং, কোরৌহনবা,-"লৈমা নিংখিবীদি য়োয়ময়াইবু চাংজৌ চেপনা লোল্লা পুনেমলম্মে"—বিঃপঃ(মহাঃ)

**য়োয়ময়াই তাউদনবা মতাং তেল্লকলবা,** হামং তাগদৌরবা,—"মপন য়ারকলম মত্ত থৌখামলমলবগা মরাল ওন্দেরকলবদা য়োয়ময়াই তাউদনবনা মতাং তেল্লবনিগিনা মদাইরেম হাওচা তৌরেন খোনকাবগা ওাইরোইনরকপদা ইশঙ লৈনা শা লমশঙ লৈনা খানা কৌবা য়ারেকলম্মে"—নিংঃলম্বঃ

**য়োয়ময়াই থেঙবা,** হুমিং থেঙবা,—"অসি কোরৌ হুমিংমদি য়োয়ময়াই থেঙলে"—ধঃলাঃনীংঃ

**য়োয়ময়াইনা চুপখিব,** হুমিং তাখিবা,—"য়োইময়াইনা চুপখিবা হুমিং খুজেং লাক্লদি থাম্ফদে দে"
—কুমদমশৈ

**য়োয়ময়াইনা মতাং থেঙ অঙানবনা খোঙলেন খমলবা,** থেঙলদুনা হুমিং তারবা,—"য়োয়ময়াইনা মতাং থেঙ অঙানবনা খোঙলেন খমলবগী লৈনা লেকলম্মে লমলেন লৈনারেক-ও কৌএ"-তুঙেঃ

**য়োয়ময়াই নারন চনবা,** হুমিং তাবা, মমথরবা,—"য়োয়ময়াই নারন চনগ্রে"—হেঙ্ঃ

**য়োয়ময়াই লাইরেন তাউদনবা,** হুমিং,-"কোরৌ নোংলাংপান য়োয়ময়াই লাইরেন তাউদনবা হুমিং পূজোই মহুমহুংগী খুনগুমপূ"—জিঃচঙঃ

**য়োয়ময়াই লাইরেন তাউরোইনাই,** হুমিং

**য়োয়ময়াই সনা খোম্মতোন,** হুমিং,—"য়োইময়াই সনা খোম্মতোল্লা সনা সেকপিন ওই"—
নোংঃলাইঃ

**য়োয়ক্লমলোন,** লুবাং য়েক ওইবা য়ুমনাকী চহু নিঙেঙান, অরাম্বম লাইরেনজম য়ুমনাকী চহু,—"য়োয়ক্লমলোন হায়না ভেংথাবদি অরাম্বনে লাইরেনচমনে অনীমকী ভেংথানে"—পেনঃভেংঃ

**য়োয়রেন,** অমাইবা লোয়শঙগী কম, মাইবী,—"য়োয়রেন থাপী লেংনা তিন অমাই নাকলৌশিন অশৈ খোঙকাং লেংনা তিন লাংলেন কোঙয়াং বানি চীংনে"—লাংঃচীঃ

**য়োঙম,** য়োনা ঙমলবা, য়ামনা ঙমগ্রবা,-"পোইরৈ মপল লম্বু ভেংথাননা চীংলেন য়োঙম কাখিয়ে"— শমঃঙমঃ

**য়োঙমদবা,** য়োবা ঙমদবা

**য়োক্ষদবা,** য়োবদা কত্তবা; য়োবা মাদবা

**য়োকম তানবা,** য়োবা ঙম্নবা লাক্লবা, য়োমবা হোৎনবা

## একাদেমীনা ফোঙবা লাইরিকশিং

১। ডাঃ কমলগী "মাধবী" ইংরেজিদা হন্দোকপা—আর,কে বীরেন্দ্র সিংহ
মমল্ লুপা ৫

২। "প্রোসিডিংস ওফ ডি মণিপুরী ডান্স" সেমিনার এণ্ড আর্টস ফেষ্টিভেল ( ইংলিস অমসুং মণিপুরী ১৯৭১ )
সম্পাদন্—প্রোঃ এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
মমল্ লুপা ১০

৩। "তাংখুল ফোক্ লোর" ( মনিপুরী অমসুং তাংখুল )
অইবা : রাই,কে, সিমারে
মমল্ লুপা ৫

৪। "এন ইণ্ট্রডক্সন টু ট্রাইবেল লেংগোইজ এণ্ড কলচর" (সেভেন ট্রাইবস )
সম্পাদন্ : ডাঃ কে,বী সিংহ

৫। "চৌষষ্ঠী রস ( রস ৬৪ — মূল, মণিপুরী অনুবাদ অমসুং ব্যাখ্যা )
সম্পাদন্ : জি, সুরচান্দ শর্ম্মা
মমল্ লুপা ২৫

ফংফম
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল

ফোম নং: ১০৩২ অমসুং ১৩০৭